হরি ওঁ তৎ সৎ ॥

# শ্রীরাম

## উত্তর কাণ্ড

### শৈরেং

ইরবা

মাহেংবম প্রহ্লাদ

মাহেংবম লৈকাই, ইম্ফাল।

ফোংজবা,
কুমারী গাহেংবম মেমচৌবী দেবী
বাহেংবম লেকাই, ইম্ফাল




অহানবা থুংনম : সেপ্তেম্বর ১৯৯৩ খৃঃ

কোপ : ১০০

মমল : লুপা ৬০

ছাপা নম্বা :
ভাগ্যবতী কার্যালয়
চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ওয়ার্কস
ইম্ফাল।

# শ্রীরাম উত্তর কাণ্ড শৈরে

খোমাং হিল্হানা চংশবা,
তাম্নবং চিঙাক চাখিৎপবা।
ঙাইহাক ইমাখা শরুম্বা,
লৌখিৎ ননাওগী শৈরেং

মাহেংবম প্রেমলা।

# শোনজবা'

হৈতনা অহৈ শানদি,
থংদনা অথং শক্লদি,
শোনজবনি রাম নমিংদি,
শকচবনি নগুন্তদি।

ইরিক অমতং ইপাকী,
লৈরীক অমতং লৈভোইগী,
শোকচবনি ননাইনদি,
খুনগংচবনি খুংনদি।

নমিং অতু শ্রীরাম নংগী,
অমৃতনি অমৃতগী,
শোনবতদা রাম নমিংদি,
চণ্ডাল ওইবা রত্নাকরদি,
ওইজখি অহানবা কবি,
থংখি জগৎনা বাল্মীকি।।

[illegible]

'রামায়ণগী কান্নবা মরম'—

জ্ঞান লৈবা মীশিংনা রামায়ণবু তারবা মতুংদা মখল মখাগী মণি-মুক্তা, সনা-লুপা অমদি নিংথিবা শগোল মরিনা চিংবা দোলাই অমা দান তৌগনি।

নিংথিজবা, পুক্কিং লুরবা দোলাই দান তৌরবা মতুংদা; মহৈ হৈবা মীনা যণবী অমম্ব দান তৌগনি।

মতৌ অমুম্না মহাকাব্য অসিবু তাজরবদি মহাক্কী অপাম্বা অমসুং নিংজবা অদু শোইদনা ফংজগনি, মসিদা করিম্ চিংননিংঙাই লৈতে।

## রামায়ণ করম্না তাগনি

শেংলবা মহাকাব্য রামায়ণ অসিবু তাজরগা বারি লিরিবা নত্রগা পারিবা মীশক অদুদা দক্ষিণা কৎকনি। মরল-মথুম লৈবা মীনা সনা-লুপা, যণ, মখল মখাগী ফিরোন, নায়িন জুরা, খুদোপ, শয্যা, আসন, ছত্র, পাদুকা কমণ্ডলু, লৈবাক, চান-থক্কবা চিঙ্গাক, পানা (তাম্বুল) অসিনচিংবা চান-থক্কবা পোৎচৈশিংবু দান তৌগনি।

অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশিং অমা অমসুং বাজপেয় যজ্ঞ চামা তৌবদা ফংবগী মহৈ অদুগা রামায়ণগী অধ্যায় অমা তাবগী মহৈগা চপ মান্নৈ।

গঙ্গানচিংবা তুরেনশিং অমদি প্রয়াগনচিংবা তীর্থশিংদা স্নান তৌবা অমসুং নৈমিষানচিংবা পুণ্যগী মশক ওইবা বনশিং অমসুং করুক্ষেত্রনচিংবা অশেংবা মফম কয়াদা কোইবগী মহৈশিং অদুগা

রামায়ণ তাবগী মহৈ অদুগা অমতনি। সূর্য্যগ্রহনগী মতমদা কুরুক্ষেত্রদা সনা-লুপা কয়ামুক দান তৌবগী মহৈগা রামায়ণ পাবা নত্রগা তাবগী মহৈগা অনি অসি চপ মান্নে। মী অদুনা মপুক্লিং য়াম্না চংনা রামায়ণবু তাজরবদি পাপ পুম্নমক কোক্তুনা বিষ্ণু লোক ফংগি। মী মহাক অদুনা থোইদোক্লা ভক্তিগা লোইননা মহর্ষি বাল্মীকিনা লেংবা অহানবা কাব্য অসিবু তাজরবদি নত্রগা পাজরবদি লৈপামক বিষ্ণুলোক ফংজবা ঙম্মি মহাক্কী মতু মচা ফংগনি, মরল মথুম হেনগৎকনি অমসুং মচা-মশু, শাগৈ-নাতৈ চাউখৎকনি, মরম অসিনা পুক্লিং চপ থুংনা, অফবা রাখলগা লোইননা রামায়ণ তাগদবনি।

শ্রীরামচন্দ্র, সীতা, ভরত, লক্ষ্মন, শত্রুঘ্ন, সুগ্রীব অমসুং হনুমান, খুরমজবি হন্না হন্না।

শ্রীরামগী বারি লিরিবা মফম খুদিংমক অদুদা মহাক্না মথুং মনি লোন্ননা মমিগা ইরাদি চেন্না তাজরিবা, অদুগুম্বা হি চারাশিংবু নাংহনবা মারুতি ( হনুমান ) মাগী মফমদা খুরমজার।

শক্তি পুম্নমক্না তিন্নবা শ্রীরামচন্দ্র, রঘুপতি, সীতাপতি অমদি জগৎ পতি খুরমজরি ইবুঙেঙা নংগী মফমদা।

রামায়ণ কাব্যবু লেংবা, পারিবা অমসুং তাবিবা পুম্নমক্না মঙ্গলদি ওইবি। মহাকাব্য রামায়ণনা লৈবা লৈবাক অমত্ত শোইদনা চাউখৎপা ওইগনি, মঙ্গল পুম্নমক্না তুংতুনা লৈগনি।

স্কন্দ পুরাণগী মনুংদা লাওবা নারদ-সনৎকুমারগী অনিনা ওাংনবা রামায়ণগী মাহাত্ম্য।

শ্রীগনেশায় নমঃ।

শ্রীসীতা-রামচন্দ্রভ্যাং নমঃ

শ্রীহনুমতে নমঃ।।

## অহানবা অধ্যায়ঃ।

শ্রীরামচন্দ্রনা জগৎ সংসার পুম্নমকী অমতা ওইবা চংজফমনি। শ্রীরাম নত্তনা জীবশিংগী করম্বা অতোপ্পা উপায় লৈবগে? কলি যুগকী পাপীশিংবু মাংহনবনি ইবুঙেঙা মহাক্তনা। কালগী মশক ওইবা অকিবা মশক ফংলবা লিন ফাওবা শ্রীরাম মফমদগী কিত্নুনা চেনথি। জগৎ পুম্নমক অসি ইবুঙেঙা মাগী খুৎতুম মনুংদা লৈবনি। শ্রীরামগী মফমদা লেংদনা থম্বা ভক্তি অত্তনা অরাবা পুম্নমক কোক-হনবা ঙম্মি। হে শ্রীরাম! ইবুঙেঙা নংতনা ননাইগী চংজফমনি।

চিত্রকূট চীংনা ইবুঙেঙা মাগী লৈফমনি, ইবুঙেঙা মানা লক্ষ্মী দেবীগী পেনজগ্রবা মন্দিরনি। মতম চুপ্পদা ভক্তশিংনা অকিবা লৈতনা, নুংঙাইবগী মশক ওইবা ইবুঙেঙা নংবু নিংজরি মরোল অহুমগী কানগা থবক্তা তৌদুনা মথৌ পুরিবা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বর ইবুঙেঙা নংগী অংশনি, নহাক্তি চিন্ময় অমসুং বিশুদ্ধনি, অতুগুম্বা লাই অথোইবা নংবু খুরমজরি অমসুং নিংজরি।

ঋষিশিংনা সূত মফমদা হায়জরকই, হে ভগবন! হে তত্ত্ব খংবা! ঐখোইনা হংজবা পুম্নমক অদু ইবুঙেঙানা শন্দোক্না তাক্‌পিবদা নত্তনা সংসারগী অরা-অনাগী থৌরিনা পুম্নুনা জীবশিংনা অয়াবা তাবগী মরমদসু হায়বিরে। সংসারগী অরা-অনাগী থৌরি

অসিবু কবম্বা উপায অমনা জীবশিংনা ককথংপা হায়বদি লাম্থোকপা ঙমগদগে ? ইবুঙঙানদি তাকপিগ্রে মতুংদি ধর্ম্মগী লম্বীশিং বেদ শাস্ত্রনা তাক্লম্বা পুন্নমক অদু কলি যুগতদি লোইনা মাংগ্রগনি হায়না। অধর্ম্মদা জীবশিংনা মপুক্লিং চংবগী ৱাম্ব হায়বিগ্রে। ঘোর কলি যুগনা লাক্লবদা জীবশিংনা বেদগী নিয়মশিংবু অমতা চৎলরোই. মতুংগী মহৈনা মী পুন্নমক অসিনা মুংগুম্না থম্মোই কন্দুনা মহৈ মহৈ মাগী মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি উৎনরবগনি। কলি যুগতদি নুপী-নুপা পুন্নমক কামদা মপুক্লিং লুপকনি, ময়াং কংগনি, অপাম্বনা খুদুম চনগনি, হুমিৎ চুপ্পা অমগা অমগা হেগো-হেগানা লৈগনি।

মী পুন্নমক মপুন্সি তেনগনি, অদুবু মচা ময়ু'মগী মপা মমাদি ওইগনি। নুপী অয়াম্বনা মশা মশাগীতা স্নেংদুনা বেশ্যাগী মতৌগুম্না মরমচৎ ফজরোই অমম্তং ওক্তবা ফত্তবা নুপাশিংতগতা মতম চুপ্পদা লৈমিন্নবা পাম্নগনি।

কলি যুগতা শাগৈগী মৌশিং অয়াম্বনা নুপাশিংগা লোইনদুনা ফত্তবা ৱারিশিং তা তৌদুনা লৈনিংগনি, খোন্দা ফজরোই, অমম্তং ওইদবদা ঙাংগনি। মশা শেংদোক-খোৎতোকপম্ব থক তৌরোই।

কলি যুগতা নুপীশিংনা ৱা যাম্না ঙাংবী ওইগনি। সন্ন্যাসি-শিংগা স্নেহ-সম্বন্ধ হায়বদি ফত্তবা মবিম্ব লৈনরগনি।

চান থক্লবনা মরম ওইদুনা অরিকপা, কারামজাওবা গুরুশিংনা শিষ্যশিংবু মনাক্তা থমলোই। কলি যুগতা নুপী পুন্নমক্কা মখুৎ অনিনা মকোক খোংকনি অমম্তং মতম চুপ্পদা মপুরোইবগী য়াথং থৌওইনা তৌররোই। ব্রাহ্মণশিংন, ফত্তবা মীশিংগা মরূপ ওইনা তিন্নদুনা চামিন-থকমিন্নগনি. মতম অদু কলিগী অয়োৌবী ওইরক্লে

খংনগনি। হে ব্রাহ্মণ! ঘোর কলি যুগনা ওইরক্লবদা মীওইবগী মপুক্লিং শেংওরোই, পাপকী থবক্তা মপুক্লিং লুপকনি। অসিগুম্বা পাপ পুম্নমক অসিবু কোক্লনবা উপায় অহুবু লৈরবদি, মহু ইবুঙেঙনো তাকপিয়ু। ধর্ম্ম পুম্নমকপুম্ব উরবা, মুনিশিংগীম্ব মকোক ওইবা হে স্থত! লাইগী লাই ওইবা, জগৎকী মপু ইবুঙেঙা মাবু করি থবক তৌরগা ইবুঙেঙা মাগী অপেনবা ওইগদগে হায়বহু মরিক চুম্না তাকপিয়ু। হে স্থত! নংগী অমৃতগুম্না থুম্বা ৱাহৈশিং অসিবু তাবগী অপেনবা অহু কনানা লৈগনি?

স্থতনা হায়রকই—হে ঋষি পুম্নমক! নখোইনা তাবিযু করি তৌরগা কলিযুগকী জীবশিংনা মঙ্গল ওইগদগে হায়বহু হায়রগে। ৱারি অসি মহামুনি নারদনা সনৎকুমারগী মফমদা লিখিবনি। বেদ পুম্নমক্তা রামায়ণ অসি 'মহাকাব্য' অমনি হায়না শিংথানগ্রবনি। ভুক্তি-মুক্তিগী মহৈবু পিবা ঙম্বা রামায়ণ অসিবু পাজরবদি জীবশিংগী পাপ অহু মাংখি, ফত্তবা গ্রহশিংগী, অশাওববু মাংহনবা ঙম্মি অমসুং ফত্তবা মং মংবগী দোষ অহুম্ব মতোম্মতা মাংজখি। শ্রীরামগী ৱারি তাজবতনা অফবা পুম্নমক ফংবা ঙম্মি।

হে ঋষি পুম্নমক! নখোইনা নপুক্লিং চংনা রামায়ণবু তাবিয়ু। রামায়ণ অসিনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ অসিনচিংবা অখোইবা মহৈ অমদি পুণ্যবু পিবা ঙম্বনি।

মহাপাতক ওইরবম্ব নত্রগা পাতক পুম্নমক্তা তিন্নবম্ব মী অহুনা ঋষি বাল্মীকিনা ইবা রামায়ণ মহাকাব্য অসিবু তাজরবদি পাপ পুম্নমক অহু কোক্ন্না সিদ্ধিবু লাইনা ফংজবা ঙম্মি। জগৎ অসিগী কানবজা তৌবা, শাস্ত্র পুম্নমক্তা তত্ত্ববু খংলবা মহৈ হৈবা পুম্নমক অহুনা রামায়ণবু পাজরগা মখোইগী অপাম্বহু ফংজখি।

হে ব্রাহ্মণ অথোইবশিং !—ধর্ম্ম, অর্থ কাম অমসুং মোক্ষ কংবগী উপায ওইরবা রামায়নদা অমুগী মশক। থানবা শ্রীরামগী মপুক্নিগী রারী ইরি, মসুবু ভক্তিগা লোইননা তাবিয়ু মহাগা পাবিয়ু।

রামায়ণ তাবনা মমাংগৈদা তৌখিবা পাপ পুম্নমক অত্তু মাংহনখি মখোইগী মপুক্নিদা রামায়নবু অপাম্বা পোকখি মসিদা চিংনমম লোক্তে। রামায়ণবু থাজনা নিংজবনা পাপকী থৌবিবু ঙমজে, ওইদবা রারিনি খন্দনা থাজদবা মীশক অত্তুবুদি পাপকী থৌরিনা পুন্দনা থম্মি।

হে ব্রাহ্মণশিং !—রামায়ণদি পুন্য পীবা ওম্বা মহাকাব্যনি, মসিবু তাবিয়ু। মসিবু তাজরবদি জীবনা পোকপা অমসুং শিবনী অরাবা অত্তু কোকচবা ঙম্মি, জীব অত্তুনা মাগী পাপ পুম্নমক কোকচখিত্তুনা লেংদবা মফমবু লেপ্পমক ফংজখি।

খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা, বরগী মশক ওইবা, অমসুং নিংজবা থুংহনবা ওম্বা মহাকাব্য অসিনা মী পুম্নমকপু খুদক্তা অরাবা কোকহনবস্থ ঙম্মি। মহাকব্য অসি তাজবনা নত্রগা পাজবনা মাগী নিংজবা অত্তু ফংহল্লি অমসুং শ্রীরামচন্দ্রগী মখোং থম্বালবুস্থ ফংজবা ঙম্মি। ইবুঙেঙা মহাত্মা ব্রহ্মা, মহেশ্বর অমসুং বিষ্ণুগী মশক তোঙান তোঙান্না লৌত্তুনা জগৎ সংসার অসিবু শেম্খি, ঙাক্পি, অমসুং মাংহল্লি। মখল মথা কয়াগী থবক তৌবিরিবা অমসুং থোইদোক হেন্দোকপা লাই ইবুঙেঙা মাবু অন্মোইদী লাইশংদা চেংনা লাংচং রবাদি মুক্তিবু ফংজবা ঙম্মি। ইবুঙেঙা মহাকীর্তি মমিং, শাইগ অসিনাচিংবা করিঙম্বা অমতা লৈতে, খ্বাইদগী মকপা অমসুং লাম্বা মহান্তি, ফংবদা বাখনি, বেদান্তগী বাহৈশিংতনা খংবা ঙম্বা,

মতোমতগী মঙান্দা ঙান্দুনা মতম চুপ্পা, লৈবা মৈদ অমসুং পুরাণশিংগী পাওতাক মতুং ইনবশিংঙনা খংজবা ঙম্বনি ।

হে ব্রাহ্মণ অথোইবশিং ! কার্ত্তিক ( মেরা ), মাঘ (ৱাকচিং), অমসুং চৈত্র ( শজিবু ), হায়রিবা থা অহুম অসিদা নুমিৎ মাপন্নি ( ৯ ) রামায়ণবু তাগনি । মসি মহাক অহুনা শ্রীরামগী নিংথিরবা পুন্সিগী ৱারি অসিবু তাজরবদি হন্দকী মপোক্তা অমসুং নহানমুকী মপোক্তা মহাক্না নিংজখিবহু শোইদনা খংজবা ঙম্মি ।

মসি মহাক অহুনা রামায়ণবু তাজরবদি পাপ পুন্নমক কোক্লনা, মসি কুনমাথোইগা লোইননা শ্রীরামচন্দ্রগী লৈফম্বু ফংজবা ঙম্মি । শ্রীরামচন্দ্রগী লৈফম যৌরবা মসি মহাক অহুগী অৱাবা কদাইদগী লৌকনি । শাজিবু, ৱাকচিং অমসুং মেরা থা অহুম অসিগী পানথংলকপদা, নুমিৎ মাপন্নি পুন্যগী মশক ওইরবা রামায়ণ মহাকাব্য অসিবু লোইনবা পাগনি নত্রগা তাগনি । অহানবা মহাকাব্য রামায়ণ অসি স্বর্গ অমসুং মোক্ষ পীঙম্বনি । ধর্ম্ম পুন্নমকপু থৌশাদ্রবা ঘোর কলিযুগ অসিদা হংযরিবা অমৃতগী মশক ওইরবা রামায়ণ অসিবু নুমিৎ মাপন্নি চুপ্পা লোইনবা পাগনি নত্রগা তাগনি । ব্রাহ্মণ পুন্নমক্না ঘোর কলিযুগতা রামায়ণবু পাবিয়ু, অহুম্না তৌরবতদা ধর্ম্মগী থবক খুদিংদা অকাইবা থোক্কবা ওইগনি । রামায়ণ ৱারিবু তারিবা পারিবা ইমুং অহু তীর্থগা চপ মানবনি, ইমুং অহুদা ফত্তবা মীশিংনা পাপকী থবক অমং । তৌবা ঙম্লোই । রামায়ণবু পাদ্রবা নত্রগা তাদ্রবা মীশিং অহুদি মশা অহু পাপ্পা থল্লবদি । রামায়ণদা য়াওরিবা পুন্যগী ৱারিশিং অসিদি অতাংবনি । পুন্যগী ৱারিশিং অসি তাবনা মপোক কোটি অমগী পুন্যগী মহৈদগী হেল্লি মরম অসিনা, হে ব্রাহ্মণ পুন্নমক ! মেরা অমসুং শাজিবু থাগী

পানখৎলকপদা রামায়ণবু তাবিয়ু। সৌদাসনা রামায়ণ তাজবদগী মুক্তি ফংজখি। গুরু গৌতম মুনিগী শাপ্তগী সৌদাসনা হিংচাবা ওনখি৹ অদুবু রামায়ণ তাজবদগী অরাবা অদু কোকচখি। শ্রীরামগী মফমদা ভক্তিগা লোইননা নিংজতুনা রামায়ণবু তাগনি৹ মতুম্না তৌজরবদি মহাপাপী ওইরবসু পাপশিং অদু কোক্তুনা মুক্তি ফংজৈ

মতাং অসিদা স্কন্দ পুরানগী মনুংদা উত্তর কণ্ডদা য়াওবা রামায়ণগী মহাত্ম্য নারদ-সনৎকুমারনা ভাংনবা অহানবা অধ্যায় লোইরে।

# ২শুবা অধ্যায়

ঋষিশিংনা হায়জরকই,—দেবর্ষি নারদনা মতৌ করম্না সনৎ-কুমারদা ধর্মগী ৱারি অসি তৌখিবনো, মখোইনা মতৌ করম্না কদাইদা উন্নখিবনো ?

হে মহামুনি অথোইবা ! মফম কদাইৱাইদা উন্নদুনা ব্রহ্মবাদী নাবদগা সনৎকুমারগা ঙাংনখিবনো ? দেবর্ষি নারদনা সনৎকুমার মফমদা হায়খিবা তত্ত্বশিং পুম্নমক অদুবু অমুক হন্না ঐখোইদা হায়বিয় ।

মহামুনি সূতনা হায়রকই,—সনৎনচিংবা মহাত্মাশীং অসি ব্রহ্মাগী মচা ঙাক্কনি হায়না হায়নবা লৈ । মখোইশিং অসি নাপল খাওদবা, মশাগী ওইজবা থিদবা অমসুং উর্ধ্বরেতা হায়বদি বীর্য্য পুম্নমক থক্লা হায়গৎহনপ্রবা ঋষি মক্কনি, মখোইগী মমিংশিং অদুদি সনক, সনন্দা, সনৎকুমার অমসুং সনাতন অমুম হায়না অফাওবা ঙাক্কনি ।

মুনিং লৈশি, অমগী মঙাল্লগুম মঙালমশা লৈবনি, অচুম্বতা ঙাংবনি, অমসুং অরান খুভম পায়বা মহাত্মাশি অসি বিষ্ণুগী ভক্তমক্কনি অমসুং ব্রহ্মাদা নিংথুনা লৈবনি । ব্রহ্মাগী তেজ লৈরবা মচা সনকনচিংবা মখোই অসিনা নোংমা ব্রহ্মাগী সভা য়েংগে খন্দুনা মেরুচীংশাং লোমদা লাক্লম্মী ।

মমিং চৎলবা অমসুং তেজ লৈরবা সনকনচিংবা ঋষিশিং অসিনা মফম অদুদা চেল্লিবা বিষ্ণুগী খোংদগী, থোরকপা লিতা হায়না খংনরবী পুন্য চেল্লবী গঙ্গা তুরেন অসিবু উবদা স্নান তৌগে খন্দুনা মথং মথং কুমথরকই ।

মতৌম অসিদা নারদ ঋষিনা শ্রীহরিগী মমিংশিং মথং মথং শোন্দুনা মাইকৈ অদোমদা লাক্নমী। হে নারায়ন, অচ্যুত, অনন্ত, বাসুদেব জনার্দন, যজ্ঞেশ, মহাপুরুষ, রাম, বিষ্ণো! ইবুংঙো নংবু নন্যইনা খুবমজরি। শ্রীহরিগী মমাংদৈগী মমিং পুম্নমক অসিবু শক শোন্দুনা দেবর্ষি নারদনা জগৎকী শেংলবা মফম কয়া কোইরু- বগা মরোল অহমদা অমতা ওইনা চেল্লিবী পাপ পুম্নমক কোকহনবা ঙম্বী গঙ্গাদেবীবু স্তব তৌনা তৌনা মফম অমুদা য়োঁরকখি।

নারদ মুনিনা মফম অদুদা লাকপদু সনকনচিংবা শক্তি লৈরবা ঋষিশিংনা উরদুনা মতিক চাবা হৌনবা পূজা তৌজখি। দেবর্ষি নারদনসু মখোইবু হরাও হরাওনা তৌরখি।

মতুং অসিদা নারায়ণ ভক্ত ওইরবা দেবর্ষি নারদ মক্মদা সনৎকুমারনা হংজরকই।

সনৎকুমারনা হায়জরকই, "হে জ্ঞানগী মপু নারদ! অখোইবা মুনিশিংগী মনুংদা নংদি পুম্নমকপু খংবা উরবা অমসুং হরি ভক্তিদা খোইদোক হেন্দোকপা অখোইবনি। নহাক্কা মানবা অমা লৈতে হায়নৈ।

হরিনা অচৎ-চৎ জীব পুম্নমকপু শেম্বী ইবুংঙো মাগী মখোংদগী গঙ্গানা চেন্থরকখি। অসিগুম্বা হরি ইবুংঙো মাবু করি উপায়না ফংবা ঙমগদগে?

হে দেবর্ষি নারদ! হরি ফংনবগী উপায় অদুবু ইবুংঙো মংনা তাকপিরবদি ওন্থোক্কা য়ুংঙাইজগনি। মতম অসিদা দেবর্ষি নারদনা হায়রকই, খুরুমজরি হে ইবুংঙো শ্রীহরি, মাং-তুং-নাক্ল-ঙৈং মমম পুম্নমক্কা লৈবা, গুণ লৈবা অমসুং লৈতবা, জ্ঞান অজ্ঞান অদিমক

ওইবা, ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্ম মশক ওইবা নর্মানিক্তি বিজ্ঞা অবিজ্ঞা মশকশী অতুশুদা ইবুঙো নংবু খুরমজরি ।

মহাক্না দৈত্য শাগৈবু মাংহনখি, নবকাসুববু হাংপিখি ফত্তবশিংবু, মাংহল্লগা ধর্ম্মবু কনবিখি, মহাক্না পৃথিবী অকণ্বা লৌথোকপিগে খন্দুনা অংশ মরি ওইনা শাইওব ত্তৌরকা। শ্লোংশিংনা কোক্ৎশিন্না লৈবিখি, অদুগুম্না রঘু শাগৈগী থাওৈম ওইবা ইবুঙো নংবু খুরমজরি । হিংচাবগী লান্নি পুম্নমক মাগী মখুত্তা তুমখি, ইবুঙো মহাক্কী মরমচন্তি পুক্লিং হুনবা মশক্কি দশরথগী মচা মুপা শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙোবু ঐনা নিংজরি ।

শ্রীরামগী নিংথিজরবা মরমচং অদুতনা জগৎ সংসার অসিগী মঙ্গলগী মশক্কি, চহি কোটি অমা শক শোন্দুনস্থ লোইবা ভস্মরোইদোবা ইবুঙো মাগী মহিমানি । মনু অমসুং মুনিশিংনা শ্রীরামগা চাংদম্নবা য়াবা মীশক অমত্তা থিবা ফংদনা ত্রোকপ্রবনি, ঐগুম্না তোল্লবা জীব অমনদি করম্না ইবুঙো মাবু খংগনি ? পাপকী কর্ম্মদা লুপ্লবা মী মহাক অদুস্থ শ্রীরামগী মমিং অতুত্তবু নিংশিংজবদা অকবা অশেংবা ওইজখি । বুদ্ধি খজিক্তা লৈবা ঐহাক্না মতৌ করম্না শ্রীরামগী মমিংগী মহিমাবু নিংশিংবা ভমগনি ? ঘোর কলি যুগনা লাক্লবদা ব্রাহ্মনশিং পুম্নমক্না রামায়ণদা মপুক্লিং চংনরকনি, মথোইগী থৌরাং অমদি মথোইগী মহৈ য়ামবা ওইমবা ঐনা খুরমজরি । মেরা শক্তিবু, অমসুং য়াকচিং থাগী পানথৎলকপদা মুমিৎ মাপক্লি রামায়ণবু তাগনি । গৌতম মুনিগী শাক্তগী সুদাসনা হিংচাবা ওইখি । হিংচাবা ওইরবা মতুংদা সুদাসনা রামায়ণ তাজবদগী অম্বক হম্না মুক্তি ফংজখি । হে মুনি অথোইবশিং ! রামায়ণা ধর্ম্ম পুম্নমকী মহৈ অদু পিবিরি রামায়ণ অসি কনাগী

বারিনো? করি মরমদগী সুদাসনা গৌতম মুনিগী শাপ কংবা অমসুং মতৌ করম্না অমুক রামায়ণ তাবগী মহৈনা মুক্তি কংখিবা? মরম পুম্নমক হায়গে তাও মুনি পুম্নমক।

মতম অসিদা সনৎকুমারনা নারদ মফমদা হায়জরকই—ননাই ঐহাক অসিনা ইবুঙেগী মফমদা মতিক চাবা অমম্ভি খনবির-বদি বারি পুম্নমক চিংথদনা লিবিয়ু। ইবুঙো নহাক্না তাকপিরি, রামায়ণ বারি তাজবনা পাপ পুম্নমক মাংহল্লি হায়না। অদু ওইরবদি রামায়ণবু মরিক চুম্না ননাইদা লিবিয়ু। সনৎকুমারগী মরা তাবদা দেবর্ষি নারদনা হায়রকই,—সত্য যুগকী মতমদা সোমদত্ত কৌবা ধর্ম্ম লৈবা ব্রাহ্মন অমা লৈরম্মী। মহাক অসি ধর্ম্মগী থবক খুদিংমক্তা থোইদোক্না চংখোম্না খংবা মীশক অমনি। গঙ্গাগী পুক্লিং হুরবা তোর্ব্বান্দা লৈবা গৌতম কৌবা ব্রহ্ম মশক খংলবা মহামুনি অমগী মফমদগী ব্রাহ্মন সোমদত্তনা ধর্ম্মগা মরি লৈনবা অমসুং পুরান্নচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক্তা মরি লৈনবা রারি কয়ামুক তাত্থনা জ্ঞান য়াম্না ফংলম্মী। গৌতম মুনিগী পাওতাকশিং অদু মহাক্না নিংথিনা লৌরম্মী। অদুবু নোংমগী নুমিত্তা সোমদত্তনা ময়ুমগী মন্নুংদা লৈত্থনা করিগুম্বা হিরম অমদা মপুক্লিং চংনা বাখল তৌরি-ভৈদা গৌতম মুনিনা মফম অদুদা থুংলখি। সোমদত্তনা গুরু গৌতম লাকপা উত্থনস্তু মহাকপু খুরমত্থনা ওকখিদে। মতম অসিদা গৌতম মহামুনিনা মপুক্লিংদা খনখি মত্থদি ঐহাক্না জগৎকী মঙ্গল ওইনবগীদমক শিববু নিংবা অদুগুম্না মহাকস্তু শিববু নিংলিমাল্লে হায়না। অদুবু গুরুগী মফমদা থৌওইদবা উৎপগীদমক্তা মাগী মশাদা পাপনা চংখি, মতুগীদমক্তা মহৈ পিবা ওইনা গুরু গৌতমনা সোমদত্তদা শাপ তৌখি মত্থদি 'নং হিংচাবা ওইরো' অসুম হায়রা।

ব্রাহ্মন সোমদত্তনা গুরুগী অভিশাপ তাবদা মথুং লোয়রতুনা হায়রখি,—হে ভগবন! ধর্ম্ম পুন্নমক থংলবা! ননাইগী অরানবা অসি ভাকপিযু।

মতম অসিদা গৌতমনা হায়ররকই,—ব্রাহ্মন! মেরা থাগী পানথংলকপদা নুমিৎ মাপন্নি ভক্তিগা লোইননা রামায়ণগী বারি তাও। মতম কুইনা তাগদবা নত্তে, চহি তরানিথোইদং তাও। গুরুগী বাহৈ অতু তাবদা গুরুগী মখোং অনি কোল্লগা থুরমতুনা সোমদত্তনা হায়ররকই,—হে মহর্ষি! রামায়ণ অসি কনানা ইবনো অমসুং কনাগী মরমচত্তা ইবা বারিনো? মরম অতু শয়প্না তাকপিয়ু।

গৌতম্না হায়ররকই,—হে ব্রাহ্মন' তাল্লো। মহামুনি বাল্মীকিনা রামায়ণ অসি ইর্বনি। পৃথিদা শাইওন ওইনা বিষ্ণুনা লাক্লগা রাবননচিংবা হিচাবা ময়ামবু হাংখি। লাইগুম্ন লমচং ফজরবা শ্রীরামগী বারি অতু তাও। মেরা থাগী পানথংলকপদা নুমিৎ মাপলনি রামায়ণবু তাও। মসিবু তারবদি পাপ পুন্নমক কোকখিনি। মত্তৌ অসুম্না পাওতাক পিরম্মগা মহামুনি গৌতম্না মাগী অশ্রমদা হনখি।

সোমদত্ত ব্রাহ্মন্না হিংচাবগী হকচাং অতু ফংলবদা অরাম-খৌরাংবনা থাংবা ভমখিদে, থোইদোক্লা অবাবা ফংখি। নোংমা নোংমগী মাগী অশাওবা হেনগৎলকখি। থাশিগী অহিং অমম্বা কিনবগুম, মাগী মশাগী কুচু অতু উবদা অকিবা পোকখি। মহাক্লা অশুকপা বনগী মনুংদা কোইনা চৎলম্মী। থা তরুকী মনুংদা মহাক্লা যোজন চামগী মনুংদা লৈরিবা মথল মখাগী জীব শক্তিশিং, মীশিং, লিলশিং, উচেকশিং অমসুং সোংশিং পুন্নমক অতুবু মপাঙ্গলনা নমতুনা

ফাৱগা মচিনস্নাক ওইনা চাথোক্লখি। জীব ময়াম্ অহুগী শক্ল-শম্নাং শথোং অমদি ঈ চা-প্রকপদগী লোই-পেল্লরা, হিংচাবা অমি, উবদি অকিবগী মশক ওইরম্মী অহুমদি ওইরবদা মগাক্কী মথৱাইদদি অৱাবা নুংঙাইতবা পোকখি। মহাক্না বন অহুবু থাদোক্লমগা অতোপ্পা বন অমদা চংখিরম্মী ; বন অহুদসু মহাক্না মুমিৎ খুদিংগী মীশা চারম্মী।

মতম থরসী মতুংদা মী পুন্নমক্না কিনরবা হিংচাবা অসিনা নর্মদা তুবেনগী তোর্বান্দা লাক্লম্মী। মকম অসিদা কলিঙ্গদেশদা পোকপা গর্গ কৌবা ধর্ম্ম লৈরবা ব্রাহ্মন অমগা থেংনরম্মী। গর্গ মুনি অসিনা মরেংবান্দা গঙ্গাগী ইশিং হাপ্পা চফু পুরগা মচিন্দা শ্রীবিষ্ণু নিংজবগী স্তুতি মন্ত্র শোন্নবা অমসুং শ্রীরামগী মমিংবু ঠৈশে ওইনা শক্তুনা থোইদোক্লা মপুক্নি-হুরাওনা চৎপহু উবা ফংখি। গর্গগী মতৌ অহুনা হিংচাবনা মুনিরোমদা চংশিনখিহুনা মুনিবু মথুং অনি তিংথোক্তুনা লন্মী থৎলগা হায়রকই,—'ওসিগী ঐগী চিঞ্জাক ফংলে'। অহুবু হিংচাবনা অথাপ্পদগী হৌনা গর্গ মুনিনা শ্রীরামগী মমিংবু মচিন্দা শক-শোন্দুনা লাকপহু তাজখিবদগী মানা মুনিবু হাৎকে থল্লবা রাখল অহুদি খুদক্তা মাংখি অমসুং হায়রকই,—হে লাইকক ফবা মহর্ষি! নংদি মহাত্মানি, ঐনা খুরমজরি। ওঃ! অঙকপনি। মহামুনিনা শোল্লকপা শ্রীরামগী মমিং তাবদা ঐগী হিংচাবগী রাখল অহু মাংখ্রে। হে ব্রাহ্মন! মমাংদৈদা ঐনা ব্রাহ্মন লিশিং কয়া হাৎতুনা চাখ্রবনি। অহুবু ইবুঙেঙা নংগী নচিন্দগী শ্রীরামগী মমিংবু শোনবা তাবদা নংবু ঐনা হাৎপা ঙমদ্রে। রাম নামগী মগুণনা ঙসি নংবু কনখ্রে। রাম নামগী মগুণ অসি কয়াদা চাউরবা। হে মহামুনি! ঐনা হিংচাবা ওইজরবসু রামগী নাম নিংশিংলুবদগী

অথোইবা শান্তি ফংজরে। হে ব্রাহ্মন! মমাংঙৈদা ঐনা গুরুগী য়াথং হিকতোকপদগী পাপকী মশক ওইবা হিংচাবা অসি ওইখিবনি। ইবুঙেঙানা চানবিহুনা শ্রীরামগী মতিক মগুণবু শক শোনবিহুনা ননাইবু পাপ অসিদগী লাম্থোক্কবা তৌবিয়ু। ঐগী ব্যবহারদা গুরুনা বারৌখিহুনা ঐঙোন্দা শাপ অসি তৌখিবনি, অহুবু ঐবু অমুক হুংশিবিহুনা শাপ অসি কোক্কবা হায়বিখি,—মেরা থাগী পানখৎলকপদা বাল্মীকি মহামুনিনা লেংবা মহাকাব্য রামায়ণবু য়াম্না চেকশিন্না ভক্তি তৌনা তাজো হায়না। গুরুদেবনা অতোপ্পা য়াম্না ফবা অমসুং পুক্নিং হুবা পাওতাক অমগসু পিবিরকই।

মেরা থাগী পানখৎলকপদা "তুমিৎ মাপগি রামায়ণ মহাকাব্য তাও হায়নসু তাকপিরম্মী। হে ব্রাহ্মন! শাস্ত্রগী তত্ব প্পুন্নমক খংলবা! গুরুদেবগী পাওতাক্কী ননাই ঐনা খংজবা ঙমলে মহুদি রামায়ণগী বারি তাবনা পাপ পুন্নমকপু কোকহনবা ঙম্মি হায়বসি। হিংচাবগী মচিন্দগী রামায়ণগী মহিমাবু তাবা ফংবসিদা মহামুনিনা অঙকপা পোকখি। মতুংদা রাম মামদা মপুক্নিং লুপলবা ব্রাহ্মনা হিংচাববু নুংশিবিহুনা হায়রকই,—হে হিংচাবা! নংগী বুদ্ধি অহু অফবা, অশেংবা ওইরে।

মেরা থা অসিগী পানখৎলকপদা মহাকাব্য রামায়ণ অসিগী বারি তাও। হে শ্রীরামগী ভক্ত! নংনা শ্রীরামগী মাহাত্ম্য তাজো। শ্রীরাম নিংজবা, মীশক অহুদা কনানা জ্ঞান পিবা ওস্বগী শক্তি লৈ? মরমদি, শ্রীরামগী ভক্তনা লৈবা মফম অহুদা ব্রহ্মা, হরি অমসুং শিবনা মতম চুপ্পা ঙাম্থোইহুনা লৈ অমসুং লাইশিংসু সিদ্ধশিংগা লোইনহুনা মফম অহুদা লৈ। মরম অহুনা নহাক্না নপুক্নিং চপ য়ুংনা ভক্তিগা লোইননা মেরা থাগী পানখৎলকপদা

নুমিৎ মাপন্নি মহামুনি বাল্মীকিনা অহানবা ইবা মহাকাব্য রামায়ণ তাজে়া। মতৌ অসুম্না পাওতাক পিন্নবা মতুংদা গর্গ মহামুনিনা হিংচাবগী মফমদা রামায়ণ বারি লিনবা থৌরাং তৌখি। গর্গ মুনি মচিন্দগী হিংচাবনা রামায়ণ বারি তাজবদগী মাগী হিংচাবগী মওং অদু মাংখিদুনা মহৌশাগী মশক অদু অমুক হন্না ফংজখি!

হিংচাবগী শক্তম অদুনা মাংপ্রবদা মাগী মশা অদু নুমিৎ কোটিগী মঙালগুম লংনা ফজখি অমসুং গর্গ মুনিবু স্তব তৌনা তৌনা নারায়ণগী মতৌগুম শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম পাইদুনা শ্রীহরি নাক্লা চংখি।

নারদনা হায়রকই,—হে অথোইবা ব্রাহ্মণশিং। নখোইসু রামায়ণবু তাও। শাস্ত্রদা অসুম্না হায়রি মতুদি মেরা থাদা রামায়ণ তাবনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ হায়না।

জীব কোটিনা মহাপাপ তৌরবসু শ্রীরামগী মমিংবু নিংশিং-জরবদি পাপ অদু কোকখিদুনা অথোইবা মফম ফংঙি। মী অদুনা নুমিৎ খুদিংগী রামগী মিংবু অমুক্তং শোনজরবদি শ্রীবিষ্ণুগী লোকপু ফংজে। মী অদুনা ভক্তিগা লোইননা শ্রীরামগী বারি অসিবু পাজরবদি নত্রগা তাজরবদি গঙ্গাস্নান তৌবা অদুগী মহৈ অদুদগী চামরক হেন্না মহৈ ফংঙি।

মতাং অসিদা স্কন্দ পুরানগী মমুংদা উত্তর খণ্ডদা য়াওবা রামায়ণগী মাহাত্ম্য নারদ-সনৎকুমার অনিনা ঙাংনবা অনিশুবা অধ্যায় লোইরে।

# ৩ শুবা অধ্যায়

সনৎকুমারনা হায়রকই,—হে দেবর্ষি নারদ। ইবুঙেঙা নহাক্না রামায়ণগী মাহাত্ম্য অমসুং বারিবু লিবিরে, অদুবু অমুক হন্না শুপচিন্না রামায়ণগী মাহাত্ম্য অদু তাকপিখো।

মেরা থাদা রামায়ণ তাবগা পুণ্য ফংই,—মদুদি তাকপি থৌজানবিদুনা অতোপ্পা থাদা তাবগী মহৈ অদু তাকপিয়ু; মহামুনিগী অমৃতগী মশক ওইরবা বাহৈশিং অদু তাবদা কনাগী অপেনবা লৈগনি?

মহামুনি নারদনা হায়রকই,—হে লাইবক ফবা ঋষিশিং! নখোই পুন্নমক্না বামায়ণগী বারি তাবদা থোইদোরা নপুক্লিং চংলে অমসুং ভক্তিগা লোইননা রামগী মাহাত্ম্যবুসু খংনিংলে হায়বসি ঐনা চিংনদনা খংবা ঙমলে।

ব্রহ্ম মশক খংবা মুনিশিংনা অসুম্না হায় মদুদি আত্মাবু তশেংনা খংবা পাম্বা মখোই অদুনা রামগী মাহাত্ম্যবু তাজগদবনি, মসিদি মখোইগী ফংঙমদ্রবা লম্নি হায়নসু খনজগদবনি হায়না।

হে ঋষিশিং। নখোই পুন্নমক্না অঙকপগী মশক ওইবা কুইরবা ইতিহাস অসিগী বারিবু তাও—মসিবু তারবদি পাপ পুন্নমক অমসুং লাইথুং পুন্নমক শোইদনা মাংখিনি।

থাইনা মমাংঙৈদা দ্বাপর যুগতা সুমতি কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। সোম বংশদা পোকপা নিংথৌ অসিনা সমুদ্র ইরম তরেৎ খ্যাংশেৎনরিবি পৃথিবী অসিগী মপু ওইরম্মী।

মহাক অসি ধর্ম্ম লৈবা, অচুম্বতা ভাংবা অমম্বুং সনা লুপা সম্পদ পুন্নমক্না মাগী ওইবা নিংথৌনি। রামায়ণগী বারি তাবনা অমম্বুং শ্রীরামগী মমিং শক শোনবনা মাগী মতম চুপ্পগী মথৌ অমা ওইরম্মী। মহাক্না শ্রীরামবু স্বয়ং ওইনা পূজা তৌই অমম্বুং শ্রীরামগী ভক্তশিংবু থোইদোক্না হেন্না লুনা তৌজৈ। নাপল য়াওদনা রামায়ণ বারি তাবনা মাগী অথোইবা মথৌনি। মমিং চংলবা নিংথৌ অসিনা পূজা তৌবদা মতিক চাবশিং অদুবু পূজা তৌই। পুন্নমক্না মানবা মিৎয়েং থম্মি অমম্বুং জীবশিংগী কানবা তৌবনা মাগী অথোইবা মগুণনি। মহৌশানা মহাক অসি ইংভি অমম্বুং মবুক তম্মী। মহাক্কী মহারানীগী মমিংনা সত্যবতী কৌই। মহারানী অসিদি য়াম্না মবুকচেল শেংবীনি, অফবা খুদম পুন্নমক্না তৌনবী, মবুকচেল য়াম্না চাউবী, মপুরোইবা নীংবী অমম্বুং মপুরোইবগী খবাই ওইবী অমম্বু ওইরম্মী। নুমিৎ খুদিংগী রামায়ণ সেবা তৌবনা নিংথৌ অমম্বুং রানী অনিগী শোইদনা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌ অমা ওইরম্মী। নিংথৌ অসিনা চাক্কী দান ইশিংগী দান তৌবতা নত্তনা মফম চাবদা পুখ্রি-গুহাশিং তৌদুনা থম্মি, লম্বী নাকল য়েংলোম ওইরোমদা বন-উপবনশিং নিংথিজনা শেমদুনা থম্মি। ইশিং চেন্নবা ইরমশিংসু নিয়ম চুম্না তৌহন্দুনা নিংথিজনা শেমহল্লম্মী। লৈবাক প্রজাগী ফননবা অমম্বুং নুংঙাইনবা রাথলতা খন্দুনা নিংথৌ অসিনা থবক তৌরম্মী। মবুকচেল চাউরবা নিংথৌ সুমতিনা ভক্তিগা লোইননা রামায়ণবু তাজৈ অমম্বুং অতোপ অতোপ্পা মীশিংবুসু তাহন্নবা মহাক্না শিল্লম্মী। শ্রীরামদা ভক্তি লৈবা মীশিংগী জ্ঞান অদুতবু মহাক্না লৌরম্মী। নিংথৌগী মহারানী সত্যবতীসু মতম চুপ্পদা শ্রীরামগী স্তবতা তৌদুনা লৈজরম্মী।

নিংথৌ অমসুং মহারানী অনি অসি মখোল অহুমদা ধর্ম্ম নৈবেদ্যমক্তা কাওখি। নোংমগী হুমিত্তা বিভাণ্ডক মুনিনা শিষ্য কয়ামুক্তা লোইনদুনা নিংথৌগী মনাক্তা লাক্লমী। বিভাণ্ডক মুনি লেংলকপা উবদা নিংথৌনা থোইদোক্না হয়াওজখি অমসুং মহাকী রানীগা লোইননা মুনি অমসুং শিষ্যশিংবু নিয়মগী মতুং ইন্না পাদ্য অর্ঘ্যনচিংবা পোৎলম শুনা কত্তুনা পূজা কৎচখি। মুনিনা আসন লৌখ্রবা মতুংদা নিংথৌনা মুনিবু অমুক হন্না অতিথি ওইবিনবা হায়জখি। মুনিনা অতিথি লৌখ্রবা মতুংদা নিংথৌনা মহামুনিগী মফমদা মথুং অনি লোয়দুনা হায়জরকই,—হে ভগবন্! ভসি মহামুনিনা খোংদাবিরকপা অসিদা ননাইগী লাইবক কবা ওইজরে। সজ্জনশিংনা লেংলকপসি থোইদোক্না য়াইফরনি হায়না সাধুশিংনা থাগৎনরম্মী।

জ্ঞান লৈবশিংনা হায়নৈ,—মহাত্মাশিংনা হুংশিবা মফম অদুদা লন্থুম, তেজ, মিংচৎ অমসুং মচা-মশু পুন্নমক্তা লেংদনা লৈ হায়না হায়বদি মহাত্মাশিং অদুগী হুংশিবা মিৎয়েংনা পুন্নমক অসি ফংবা ওম্মি হায়বনি। হে মহামুনি! সাধুশিংগী থৌজালগী মিৎয়েংনা য়েংবা মফম অদু মহৌশানা মঙ্গলগী মশক ওই অমসুং নোংমা নোংমগী চাউখৎপা ওম্মি। হে ব্রহ্মন! মী অদুনা ব্রাহ্মনগী খুন্না উফুল মকোক্তা হাপচবনা তীর্থশিং স্নান তৌজবগা অম্মানি, মসিদা করিস্থু চিংনফম থোক্তে। হে ব্রহ্মন! ননাই ঐগী নুপী, ইচা ঐশ্বর্য্য পুন্নমক মহামুনিগী মফমকা কৎচরবনি। য়াথং পিনবিয়ু, মুনিগী পেন্নবা অতৈ অতোপ্পা করি থবক তৌজো হায়বগে?

নিংথৌগী রাজ্যাং তাবদা বিভাণ্ডক মুনিনা থোইদোক্না মপুক্লিংদা পেনখি অমসুং মথুং অনিনা নিংথৌগী মকোক্তা মাল্লগা

হায়রকই, হে নিংথৌ ! নংগী নোঙ্কপা মতৌ অসিনা নংগী শাগে চাউখৎহনবা হায়বত্থ ওইরে। নোঙ্কপা মীশকশিং অত্থুতনা মতম চুপ্পদা মঙ্গল ওইবনি। নিংথৌ! অচুম্বা লম্বীদা লৈবা নংগী নপুক্লিংবু উবদা ঐহাক য়াম্না পেল্লে। নহাক মঙ্গল ওইযু। হৌজিক ঐহাক নঙোন্দা রা থরা হংগে, মত্থু নহক্না ঐঙোন্দা তশেংনা হায়যু।

শ্রীহরিগী থৌজ্জাল ফংনবগী উপায় অত্থু পুরাণ পুম্নমক্না মথল মথা কয়া তাক্লুনা লৈরি ; হে নিংথৌ ! নংদি রামায়ণ ভক্ত অমনি, নংগী মহারানী অসিস্থ রামায়ণবু নিংজবী অমনি। রাক্তচিং থা অসিদা রামায়নগী রারিবু নখোই অনিনা তাগে নিংলি। রামায়ণগী মফমদা নখোইগী নপুক্লিং অস্থুক য়াম্না চংলিবা অসি করিগীনো ? রামায়ণগী রারিনা করি মরমদা কানবা মত্থু ঐঙোন্দা শেংনা হায়যু।

মুনিগী রাঙাং অত্থু তাবদা নিংথৌনা মথুৎ লোম্লনা হায়জরকই, হে ভগবন ! মহামুনিনা হংবিরিবা অত্থুগী মরমদা হায়জগে তাবিয়ু। হে মহামুনি ! মী ওইবা সমাজগী মনুংদা ননাই ঐখোইগী অঙকপগী মশক ওইবা লমচৎ অসি হায়জগে হে ভগবন ! মমাংঙৈগী মপোক অমদা ননাই ঐহাক মালতি কৌনা শূদ্রগী মপোক্না পোক্লম্মী। ফত্তবা লম্বীদা চৎপনা মী পুম্নমক্না ননাই ঐবু কিনরম্মী। ঐহাক অসি য়াম্না ফত্তবা অমস্থুং ধর্ম্ম খংদবা মীশক অমা ওইরম্মী। লাইশিংগী মপোৎ মচৈ হুবনা ঐগী ইথৌ ওইরম্মী। মহাপাপীশিংগা তিন্ন-খোৎনত্থনা লৈমিন্নবনা ঐগী পামজবনি অমস্থুং মীগী মপোৎ-মচৈশিং নমত্থনা মুল্লগা ঐগী হিংনবা তৌবনা ঐগী থ্বাইদগী মরু ওইবা ইথৌ ওইরম্মী।

হুন্নিঙ খুদিংগী মনঃ, ব্রহ্মন অমসুং অতৈ অতোপ্পা জীবশিংবু ঐবা হাংলগী। বেশ্যাম ঐগী পুক্নিং অসি নুংঙগী, খোন্দা য়াম্না খিকলী; পাপী হায়বদু ঐগাক অসি তশেংবনি।

মরূপ মপাংশিং ময়ামগা তিন্নহুনা লৈরিঙৈ মতমদা করিগুম্বা মহাপুরুষশিং লাকপা উরবদি ময়াম অহুনা য়াম্না ইকাইখুম্নবা উৎলি অহুবু ঐদি মতুংগী ওন্ন-তৈনবদা লৈ হায়হুনা মরূপ-মপাংশিং ময়াম অহুনা ঐগা তিন্নবহু থাদোকখি। মরূপশিং অহুনা ঐবু থাদোক্লবদা ঐনা য়াম্না পুক্নিং নুংশিনা বন অমদা লাকখি। শুক্লবা বনগী মনুংদা লৈহুনা ঐনা ধর্মগী ওন্ন-তৈনবা শাগী শাহুম চারগা মতম লেল্লগী। মতৌ অম্নসু অচিকপা বনগী মনুংদা মতম কুইনা অবাবা খাংনা লৈরম্মী।

নোংমগী সুমিত্রা, কালেন থাগী লোইরমদাইদা, অরাম-খোৱাংবনা খাংবা ভমদ্রহুনা ঐনা বনগী মনুংদা কোইরকপদা বসিষ্ঠ মহামুনিগী অশ্রম শ্লোবকখি। অশ্রম অসিগী মনাক নক্না লৈবা চিক্লবা বন অমগী মনুংদা চাউনা নিংখিজপ্রবা পুক্রি অমা ঐনা উবা ফংখি। পুক্রি অসিদা ভানু থঙ্গোংশিং অমদি কাংশশিং হরাওনা চাক্তারম্মী পুক্রি অসিগী অকোইবদা লৈগী মখল কয়ানা ফুগাইনা শাংকাইহুনা অমুক থোইনা হেন্না নিংথিজহল্লম্মী। হে মহামুনি। পুক্রি অহুদা কুমহুনা নিংথিবা ইশিং অহুবু ঐনা থকলুবদগী ঐগী অবাবা পুম্নমক অহু পুমকোক কোকখি। বিল্ব পাম্বী অমগী মখোংদা চংহুনা ঐনা পোথাবদগী ঐগী অরাম-খোৱাংবা অহুস্থ লোইনা মাংখি। মতম খরা মহামুনি বসিষ্ঠগী আশ্রম অসিগী অচিকপা বন অমদা ঐনা লৈরম্মী। নোংমানিনিগী মতুংদা ঐনা উশা—বাশা খরা থিহুনা ইনা চুপ্পা খাংপোকশং অমা শারগা চহি কুন চুপ্পা শাঙা, শজি-শঙাইনা

ইচিঙ্গাক ওইদুনা লৈরম্মী। হে ব্রহ্মন! মতম অসিদা বিদ্ধ্য লৈবাক্কী শাদানবা ইমুং অমদা পোকপী কালী থোইদোক্লা ময়মচৎ শেংলবী অমা, মাগী শাগৈ-নাতৈ মরূপ মপিজাশিংনা খাদোরকপদগী মপুক্লিং য়াম্না রানা বনগী মন্নুংদা কোইনা লাক্লপদগী লাইগী নোংদম অমনা পুরক্লুনা মফম অসিদা য়োৗরকখি অরাম-খোৗরাংবা অমম্নুং লমশাং লাকপগী রাহনা মাগী মশা অদু য়াম্না চোকথনা ড়ুরম্মী। কালেন থাগী ম্নাক্লবা নুংশানা য়ুবা৽ মপুক্লিং নুংশিবগী মৈনা চাক্লবা নুপী অসিগী মতৌ উবদা ঐহাক থোৗইদোক হেন্দোক্লা অরাবা ওইখি। হে ব্রহ্মন! নুপী অসিদা ঐহাক্লা থক্ল-চানবা ইশিং অমম্নুং শদুমশিং উহৈ-রাহৈগা লোইননা পিবিখি। চাবা-থকপা অদুনা লোইদুনা মশা খরা তেকথৎনা উরবা মতুংদা ঐনা মাগী ময়মদা হুংখি। মতম অসিদা নুপী অসিনা মাগী হৌখিবা মপুক্লিগী রারি অদু লিরকই. মদু অমুক লিজগে তাবিয়ু। কালী কোবী মুপী অমা শাদানবগী মপোক্লা পোকখি।

নুপী অসি দাম্ভিক্কী মচা নুপীনি। মখোইগী লৈফম্না বিদ্ধ্য চীংদানি। মীগী মপোৎ হুবনা মাগী মুমিৎ খুদিংগী মখৌ ওইবা অমম্নুং মচিন য়াম্না থিবি অমা ওইনা মাগী শাগৈ-নাতৈ মরক্লা লৈরম্মী। মরম অসিনা মাবু পাপকী লমচৎ চৎপনি হায়দুনা মাগী মরূপ মপিজা অমদি শাগৈ-নাতৈনা তাম্থোকপিরকখি। মহাক্লা ইম্থোরক্লবদা, মানা তৌফম খংদদুদা বন্দা কোইচৎ চৎপদগী ঐগী ইনাক্লা য়োৗরকখিবনি। মতুংদা মাগী রারি পুম্নমক ঐভোন্দা লিদুনা খংহনখি। মতুং অসিদদি বসিষ্ঠগী আশ্রম মনাক অসিদা মাগা ঐগা নুপী নুপা ইতৈ ইনাও ওইনা, শক্তি-শঙ্গাইনা চিঙ্গাক ওইদুনা লৈমিন্নখি। নোংমগী মুমিত্তা ঐখোই অনিনা থোইনা পুক্লিং হরাওনা বসিষ্ঠ মুনিগী আশ্রমদা চৎলম্মী।

হে মহামুনি। মতম অসিদা রামায়ণদা মপুক্লিং লুপলবা ব্রহ্মর্ষি বসিষ্ঠনা মাগী শিষ্যশিং ব্রাহ্মন কন্নামরুমগা লৈরম্বহু ঐখোই অনিনা উবা ফংখি। বাকটিংগী থা অসিদা রামায়ণগী বারি তৌরম্বহু উবদা ঐখোই অনিস্থ পুক্লিং চংনা তাবা য়াওখি। অরাম-খৌরাংবা পুন্নমক্কী অরাবা অহু খাংনা মহামুনি বসিষ্ঠগী আশ্রমদা নুমিৎ মাপন্নি মহাকাব্য রামায়ণ অসিবু ঐখোই অনিনা তাজখি। রামায়ণগী বারিবু পুক্লিং চংনা তারিঙৈ মনুংদা নোংমা ঐখোই অনিমক অশিবগী মখয়াত্তা তাখি।

রামায়ণ মহাকব্য অসিবু পুক্লিং লুপ্না তাজখিবা অহুনা ভগবান শ্রীমধুসূদনন্না ঐখোই অনিবু থোইদোক্না থৌজানবিখি। ঐখোই অনিগা লোইননা চৎমিন্নবা ভগবান্না মাগী দূতশিংবু থাবিবকখি। ঐখোই অনিবু পুক্লিং হুনা ফজরবা দোলাই অমদা তোংহল্লগা দূতশিং অহুনা ভগবানগী থোইদোক হেন্দোকপা মফম অহুদা পুবিরকখি। শ্রীভগবানগী মফম অহু য়ৌরবদা ঐখোই অনিনা কয়া য়াম্না কুইনা নুংঙাইনা লৈবগে হায়বা অহু হায়জগে তাবিয়ু। যুগ কোটি লিশিং চামা শ্রীরামগী মনাক্তা লৈরবা মতুংদা ব্রহ্ম লোক্তা ঐখোইনা অমুক চৎলি। ব্রহ্ম লোক্তা যুগ অহুগা চপ মানবা মশিং লৈরবা মতুংদা ইন্দ্রগা মানবা খুভম ফংই। ইন্দ্র লোক্তস্থ যুগ অহুগুম্না লৈরবা মতুংদা পৃথিবীদা অমুক হন্না লাক্লিবা অসিনি। মহাকাব্য রামায়ণ অসি তাজবগী মহৈনা পৃথিবী অসিদস্থ মপান নাইড্রবা লনগী মপু ওইবতা নত্তনা নিংথৌ ওইনা লৈজরিবা অসিনি। হে মুনি। পুক্লিং অনি লোংদনা রামায়ণবু তাজবদগী নুংঙাইবা পুন্নমক অসি ফংজবনি।

হে মহামুনি। নুমিৎ মাপন্নি চুপ্না মহাকাবা বামাযন অসিবু পুক্লিং অনি লোংদনা ভক্তি তৌনা তাগদবনি। মসিবু তাজরবদি

পোকপা, শিবা অমস্তুং লাইথুংনা মী অত্তুগী মশাদা চংবা ওইখোক্তে। হে ব্রহ্মন! মী অত্তুনা মপুক্কিং অনি লোংদনা রামায়ণবু তাজরদি, তাজবা অত্তুগী মহৈনা অপায়বা পুন্নমক অত্তু ফংবা ঙমদ্রে। নারদনা হায়খি, মুনি অথোইবা বিভাণ্ডকা বারি পুন্নমক অসি তারবা মতুংদা নিংথৌবু থাগৎলম্মগা মীগী আশ্রমদা মাগী শিষ্যশিং লোইননা হনখি।

হে ঋষিশিং! মরম অসিনা নখোই পুক্নমক্না মহাকাব্য রামায়ণবু তাবিয়ু। রামায়ণগী বারি অসি কামধেনুগা অমত্তনি। বাকচিং থাগী পানখৎলকপদা নুমিৎ মাপন্নি পুক্কিং অনি লোংদনা ভক্তি তৌনা রামায়ণ মহাকাব্য অসিবু তাবিয়ু। পুণ্যগী মশক ওইবা বারি অসিনা পাপ পুম্নমকপু মাংহনবনি। মসিবু পাজবা নত্রগা তাজবনা শ্রীরামগী মফমদা ভক্তি লৈবা হেনগৎলকই।

মতাং অসিদা স্কন্দ পুরানগী মনুংদা উত্তর খণ্ডদা য়াওবা রামায়ণগী মহাত্ম্য নারদ সনৎকুমার অনিনা ঙাংনখিবা অহুম শুবা অধ্যায় লোইরে।

# ৪ শুবা অধ্যায়

দেবর্ষি নাবদনা হায়রকই,—হে ঋষিশিং ! মথোই পুন্নমক্সা নপূক্লিংদা অমকপা অমতা লৌনা মহাকাব্য রামায়ণ অসিবু তাও । রামায়ণ অসিদি হুংঙাইবা পুন্নমকপু পিবনি৹ অবাবশিং অত্তুবুসা মাংহনবনি । অতোপ্পা থাদা তারবস্তু পুণ্য অত্তুমক ফংই অত্তুনা পাপশিং অমসুং অবাবশি অত্তুবুসা মতোমতা মাংহনজখিবনি ।

রামায়ণ পাজবা নত্রগা তাজবনা ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রি, বৈশ্য অমসুং শূদ্র—বর্ন মরি৹ অমসুং নুপী ওইবীশিংগী অপাম্বা অনিংবা পুন্নমক অত্তুবু ফংজবা ঙম্মি অমসুং ব্রত মখল কয়াগী মহৈবুস্তু ফংবা ঙম্মি ।

রামায়ণ তাজবনা ফত্তবা স্বপ্নদোষবু মাংহল্লি৹ মরল-মথুম পুন্নমকপু পিবি । রামায়ণনা ভোগ অমসুং মুক্তিবু পি । রামায়ণগী মহাত্মবুস্তু থোইদোক্লা চেকশিন্না তাগদবনি । মাহাত্ম্য অসিবু পাজবা নত্রগা তাজবনা পাপ পুন্নমকপু মাংহল্লি । মরম অসিনা রামায়ণগী মাহাত্ম্য অসিবু থাইনদগী পুরান্দা ইত্তুনা খুদম ওইনা থনম্লবনি ।

কলি যুগতা কলিক কৌবা শাদানবা অমা লৈরম্মী । মহাক অসি মতম চুপ্পদা অতোপ্পগী নুপী অমসুং অতোপ্পগী মপোৎ-মচৌদা মিত্তাহুনতা লৈরম্মী । জীবশিংবু অবাবা পিবনা মহাকী মিতিগী মথৌনি । কলিক কৌবা শাদানবা অসিনা ব্রাহ্মন চাম্না চাম্না অমসুং ষন লিশিং লিশিংবু খুজিং ওইনা হাংথি । মহাক্না মাইগী অমুদি অতোপ্পা মীশিংগী মপোৎ-মচৌশিং অত্তুবু তুক্কনা হুরাল্লমী ।

মতৌ অসুম্না মহাক্লা মহাপাপকী থবক ভাক্তা তৌরকপসি চহি কোটি অমা শিংথাহুনসু লোইবা ভম্নয়োই। জীব জন্তুশিংগী মফমদা যমগা মানরবা মহাপাপী কলিক অসিনা মতম অমদা সৌবীর হায়না কৌবা লমদম অমদা লাক্লম্মী। মথল মথা কয়াগী নিংথিবা পোৎশক ভাক্তা লৈরবা সৌবীর লৈবাক অসিগী নুপীশিং পুম্নমক অহু অঙকপা ফংবা মথল মথলগী ফিজেৎ লৈতেংনা অমসুং স্না লুপাগী লৈতেংনা থোইদোক হেন্দোক্লা ফজবী ভাক্তা ওইরম্মী। নিংথিজনা লুরবা ইশিংনা বিক বিক থম্না লৈরবা পুখ্রি কযা লৈরি অমসুং পুখ্রিশিং অসিগী মনাক্তা ফজরবা ফুড়া দোলানশিং লৈরিবা ময়াম অহুনা লাইরৈবাক্নুম্না নিংথিজনা উরম্মী লমদম অসিগী উপবন অহ্গী ময়াইদা শ্রীভগবান কেশবগী পুক্লিং হুরবা ফুড়া অমা লৈরম্মী।

মন্দিব মসুং অহুদা সনাগী চফুশিংনা ইরং লংনা লৈরি। সনাগী চফুশিং অহু উবদা শাদানবা অহুনা মপুক্লিংদা থোইদোক্লা হয়াওখি অমসুং রাখল ভাইহাক তৌরগা চফুশিং অসি হুবগে হায়না মপুক্লিংদা লেপখি। মপুক্লিংদা অসুম্না খল্লগা সনাগী চফুশিং অহু হুনবগীদমক্তা শাদানবা অহুনা শ্রীরামগী ফুড়া অহ্দা লাক্লম্মী। ফুড়া অহু য়োরকপদা শাদানবা অহুনা উত্তঙ্ক কৌবা ব্রাহ্মন অমনা শ্রীবিষ্ণুবু ধ্যান তৌহুনা লৈবহু উবা ফংলম্মী। হাযরিবা ব্রাহ্মন অসিদি মপুক য়াম্না তম্না, তত্ত্ব পুম্নমক খংবা, তপস্বী ওইবা, থৌজাল লৈবা, কনাগসু তিন্নদবা, শ্রীহরিগী ধ্যানতবু পামজবা মীশক অমা ওইরম্মী। শাদানবনা খল্লকই মহুদি ঐনা সনাগী চফুশিং অসি হুবদা ব্রাহ্মন অসিনা শোইদনা অপনবা পিগদৌরি, মরম অসিনা অমা অমবু ওইরবসু অপনবা পিগদৌরিবা ব্রাহ্মন অসিবু হায়া লৌ-থোকপা ভৱাই ফদবা লৈরি। অসুম্না খল্লগা শাদানবা অসিনা

ব্রাহ্মন উত্তঙ্ক অসিবু মথবা ক্রো খোংপাক্না কাওরগা মঙকপমদা মখুং ওইনা নমথুনা থয়গা মখুং য়েংনা থাং হায়গক্তনা নাগনবু হাংক-দোবগী থৌরাং তৌরকই। শাদানবগী মতৌ অদু উবদা উত্তঙ্কনা হায়রকই, — ভাইখো, ভাইগো হে মরূপ। ঐগী ইরাল কন্নি মতা লৈত্তনা অরেম্বদা করিগী ঐবু হাংকে থৌরাংবনো? হে শাদানবা! হায়য় ঐনা নংগী নফমদা করি অরানবা তৌগ্রে? য়েংঙু, সংসার অসিদা ঐখোইনা উবা ফংডি মথুদি অরানবা তৌবা মীশিং কয়ানা অরেম্বদা মরাল লৈতবা কয়াবু মাংহল্লিবসি। হে ইবুঙেঙা শাদানবা! মবুক ফবা, অফবা রাথন্দা মহৌশানা থনবা সাধুনা অতোপ্পশিংবু অরেম্বদা খক মাংহন্দে। অপংবশিংগা খৎনরবস্থু মবুক তপ্পা অফবা মীশিং অদুনা অপংবশিং অদুগী মগুণশিং অদুবু য়েংলগা নিংথিবা রাহৈনা থেমজিন্দুনা মপুক্লিং ইংহল্লি। নিংথিবা রা কন্না হায়দুনা ভাকপি হৈবা মতৌনা পেলহল্লি। অপংবা অদুবু অফবা মাইকৈদা পুরক্তুনা শ্রীবিষ্ণুবু পামহল্লি অমস্তুং নিংহল্লি। মতুম্না তৌবিদুনা ফত্তবা মীশিং অদুবু অফবা মীশিংগী মরক্তা মশিং চলহনখি।

অফবা মীশিংনা অতোপ্পগী কানবা তৌবনা মখোইগী মহৌশাগী ওইবা ধর্ম্মনি, মখোই মশাগী মাংননবা তৌরক্লবস্থু তৌরক্লিবা মীশিং অদুগা খক য়েক্লবা ওইদে। য়েংঙু, চন্দন পাম্বীবু শিংজংনা ককপদা, চন্দন পাম্বী অদুনা শিংজং অদুগী মরাদা মনম নুংশিবা অদু অদুম পিরকই। অঙকপনি বিধিগী লীলা। ফত্রবা অপংবশিংনা জীবশিংবু মথল মথাগী অবাবা পি, অদুবু অফবা মীশিং অদুনদি বিষয় খুদিংমক্কী অপাম্ববু থাদোকখি, ফত্রবা অপংবা অদুবুস্থু নুংঙাইতনবা তৌদে।

অমুক কম্রি হায়গনি ? কত্রবশিংনা করিগ কাম্নদবনা অমবা থবক তৌবা-মীশিংনা-রাম্না খিনা ওৎপি নৈব্বি। সংসার অসিনা ঐরোইদনা উবা কংডি মত্তুদি হিংচা-য়াইতম্বা, কত্তবশিং অমত্তুং শাদানবশিং পুম্নমক্না মরম করি অমত্তা নৈতনা জীবশিংগা য়েক্নবাং হেক্তা ওইশ শক্তি কল্লবা মায়াগী ওইবা বাখম অসিবু করি হায়না শিংথাগনি। মায়া অসিতনা জগৎ সংসার পুম্নমক হসিবু তম্‌-হত্তুনা কনাগী মত্তু মচা, শাগৈ-নাতৈ অমত্তুং মরূপ মপাং পুম্নমকপু খংনহন্দুনা অবাবা ইপাক্তা লংথরি।

অতোপ্পগী মপোৎ হুরান্দুনা মচা য়োক্লগা করি থোকপা হৌনবগে ? পুম্নিগী অরোইবা মতমদদি পুম্নমক থাদোক্লগা মতো-ম্মতা চংখিগদবা ডাক্তনি। ঐগী ইমা, ঐগী ইপা, ঐগী নুপী, ঐগী ইচাশিং অমত্তুং ঐগীনি হায়দুনা লৈরিবা পোৎচৈশিং পুম্নমক অসিদা মায়াগী থৌরিনা পুন্দুনা থম্লনি। পুম্নমক অসি অরেম্বনি, লোইনখিবা অমত্তা য়ারোই।

কনাগুম্বনা কনাগুম্বদা পিরি, লৌরিবা মহাৎ অসিনা পিরিবা অসিগী মরি মতানি। তাল্লিবা শেন অত্তু মরিমতাশিংনা মতম চুম্নদা চাই, অত্তুবু অপাংবশিংনা পাপকী থবকশিং তৌত্তুনা শেল তাল্লি, মহাক্না তৌরিবা পাপ অত্তুগী মথৈদি তশোংনা মহাক মতোম্ম তনা অত্তুম কংগনি। ঋষিগী বায়হেশিং অত্তু তাবদনা কলিক কৌবা শাদানবগী থল্লোই অত্তু নৌথরত্তুনা অবাবগী মশক ওইখি। মশানা কিজরত্তুনা মথুং অনি লোম্নরগা ঋষিগী মক্কমদা হম্না হম্না হাক্কজরকই, হে মুনি। ঐহাক অসি মক্কাল লৈরবনি, ননাইবু মহাত্মুনিনা ডাকপিয়ু। ঋষিগা ত্রিভুবনগী মহৈ অমত্তুং শ্রীহরিগী মন্দিরদা চংজক্লবগী থৌজলনা শাদানবগী মশাক্না লৈরম্বা পাপ

পুন্নমক অদু খুদক্তা মাংখি। মহাক্না মমাংভৈদা তৌখিবা পাং পুন্নমক অদুবু নিংশিংলুবদা মুংনাংবনা মাগী থম্মোই অদু মৈ হৌবগুম চাকখি। ঋষিবু য়েংদুনা শাদানবনা হায়জরকই, হে অথোইবা ব্রাহ্মন। ঐহাক্না মহাপাপ কয়াবু তৌখ্রে। মহামুনিগা ঙসি থেংনজবদগী ঐগী পাপ পুন্নমক অদু মাংখ্রে। ঐগী বুদ্ধিদা পাপকী রাখলতা তৌনা লৈখি, মতম চুপ্পদা পাপকী থবক্তা তৌখি।

হে মুনি' করি তৌরগা ঐহাক্কী ফত্তবা মিংচৎ অাস কোকদগে? কনাগী মফমদা ঐনা চংজগনি? নহাক মুক্কী মপোক্তা ঐনা পাপ কয়ামুক তৌরকপনা হন্দকী মপোক অসিদা শাদানবা ওইনা পোক্লরবনি। মপোক অসিদসু পাপকী থবক ভাক্তা তৌখ্রে, মথংগী মপোক্তা ঐনা করি ওইনা পোকলুগনি? কলিকী নিংঙমদবা রাহৈশিং অদু তাবদা উত্তঙ্ক মহামুনিনা শাদানবগী মফমদা হায়বি-রকই, হে জ্ঞান ফংলবা! য়াম্না ফরে, হৌজিক্তি নংগী বুদ্ধি অদু অফবদা লাক্লে

সংসারগী ওইবা অরা-অনা ফংদনবগী উপায় অদুবু খংনিংদুনা ংনা থিবা হৌগংলক্লে। নহাক্না শক্তিবু থাগী পানখৎলক্‌পদা মিং মাপম্নি ভক্তিগা লোইননা মহাকাব্য রামায়ণগী বারি অসিবু াক্লৌ, মদুম্না ভৌজরবদি নংগী নপাপ পুন্নমক অদু শোয়দনা কাকখিদুনা মুক্তিবু ফংজগনি।

মতুং অসিদা কলিক কৌবা শাদানবনা মহাকবি বাল্মীকিনা বা অহানবা শৈরেং রামায়নগী বারি অসিবু ভক্তিগা লোইননা পুক্নিং চংনা তাজখি। পাপ পুন্নমক কোকপগা লোইননা খুদক াদুদা মথরাইসু থাজখি। উত্তঙ্ক মহামুনিনা শাদানবমা তৌরিবা

অমস্তুং ওইরিবা মতৌ অদুবু উবদা থোইদোক্লা অপেনবা ওইখি। শাদানবা অদুনা ফংখিবা মতৌ অদুবু উবদা থোইদোক্লা ওকখি অমস্তুং ভগবান শ্রীবিষ্ণুবু মহামুনিনা স্তব তৌখি।

শাদানবা কলিকনা রামায়ণবু তাজবগী মহৈনা পাপ পুন্নমক কোকখিদুনা লাইগী ওইবা দোলাইদা তোংলগা মহামুনি উত্তঙ্কগী মফমদা মখুৎ সোন্নমা হায়জরকই, হে মহামুনি! ইবুঙো নংগী থৌজাললগী ভুসি ঐনা পাপ পুন্নমক কোকচদুনা মুক্তি ফংজরে। হে ব্রহ্মন! ঐগী পাপকী মশক ওইরবা পুন্সি অসিবু উদ্ধার তৌবিবগীদমক্তা ঐনা হন্না হন্না খুরমজরি। ঐনা লংজখিবা অরানবশিং অদুবু মহামুনিনা ভাকপিয়ু।

সূতনা হায়রকই,—মতৌ অমুন্না হায়রগা মহামুনিগী মথক্তা লাইগী ওইবা লৈশিং চাইথরকখি। মতুংদা মুনিবু অহুম্নক য়েৎওইনা কোইরগা হন্না হন্না খুবমজখি; নিংবগা ম্নৌবা মানবা লাইগী দোলাইদা তোংদুনা জগোই শাবী ময়াম্না সেবা তৌনা শ্রীহরিগী মন্দিরদা হায়বদি বৈকুণ্ঠদা পাইথৎখি। হে ঋষিশিং! মরম অসিনা নখোই পুন্নমক্না রামায়নগী ব্বারিবু তাবিয়ু। শক্তিবু থাগী পানথৎলকপদা নুমিৎ মাপন্নি, য়াম্না থাজবগা লোইননা রামায়নবু তাবিয়ু। ঋতু খুদিংমক্তা শ্রীহরিবু পুজা তৌবা মী অদু অকবা-কানবা থবক তৌরবনি। মপুক্লিংগী অপাখা অদু শোইদনা ফংগনি মসিদা চিংনফম থোক্কে। সনৎকুমারনচিংবা ঋষিশিংনা খংনিংবা পুন্নমক অদুবু লোইনা হাধরবসিনি। অতে অতোপ্পা রামায়নগী মাহাত্ম্যশিংবু নখোইনা নপুক্লিংদা তাগে নিংলিব্রা?

মতাং অসিদা স্কন্দ পুরানগী উত্তর খণ্ডদা য়াওবা রামায়নগী মাহাত্ম্য নারদ—সনৎকুমার অনিনা ভাংনখিবা মরিশুবা অধ্যায় লোইরে।

# ৫ শুবা অধ্যায়

সূতনা হায়রকই,—হে অথোইবা ঋষিশিং। নখোইগী নফমদা রামায়নগী মাহাত্ম্যশিং অদু হায়রিবসিনি। মতম অসিদা ঋষিশিং অদুনা সূত য়েংনা হায়জরকই, হে মহামুনি! ঐখোইনা হৌজিক্তি রামায়নগী বিধিবু তাজবা পাম্মি।

তত্ত্ব পুম্নমক খংলবা মহামুনি! ঐখোইগী মফমদা থৌজালগী মিংশেং থম্বিদুনা মহাকাব্য রামায়ন অসিগী বিধি অদুবু শন্দোক্লা তাকশিন্নু।

নারদ মুনিনা হায়রকই,—হে ঋষিশিং! জগৎ পুম্নমক্তা ফাওরবা, স্বর্গ অমসুং মোক্ষ ফংনবগী উপায় ওইরবা রামায়নগী বিধি অসিবু নখোয়দা হায়গে নপুক্লিং চংনা তারো।

মহাকাব্য রামায়ন তাবগী নিয়মশিং হায়খিগে নখোই তারো। ভক্তিগা লোইননা পূজা তৌরগা রামায়নগী ৱাহৈশিং অদু খোম্লোক চুম্না মরিক চুম্না হায়গনি। রামায়নগী ৱারি অদুবু খোম্লোক চুম্না মরিক চুম্না হায়রবদি পাপ কোটি কোটিবু মাংহনবা ঙম্মি। শক্তিবু, ৱাকচিং অমদি মেরা থাগী পানখৎলকপা মঙানি পানবদগী রামায়ণ ৱারিবু তাবা নত্রগা পাবা হৌগনি। অহানবদা স্বস্তি- বাচন তৌরগা মতুংদা সঙ্কল্প তৌগনি। অমুতগা মানববা মহাকাব্য রামায়নগী ৱারি অসিবু নুমিৎ মাপন্নি চুপ্পা লেপ্তনা তাগনি। অহৌবদগী লোইবা ফাওবদা নুমিৎ মাপান্ন অসিদা ঙম্নবা তাগনি নত্রগা পাগনি। মতৌ অম্ভুম্না রামায়ন অসিবু তাজরবদি, নত্রগা পাজরবদি, তাজরিবা নত্রগা পাজরিবা মহাক অদু শ্রীরাম- চন্দ্রগী থৌজাল অদু লেপ্পমক ফংজৈ। শ্রীরামদা ভক্তি লৈজবশিং

অতুনা মুমিৎ খুদিংগী মচিন-ময়া শেংদোক্লগা নিয়মগী মতুং ইন্না স্নানবু তৌগনি।

মপুক্লিং লাকশিন্দুনা মরূপ-মপাংশিং পুন্নমকা লোইনা রামায়নবু তাগনি। অযুক্কী তৌকম থোকপা স্নান্নচিংবা পুন্নমক লোইরগা অশেংবা ফিরোন হোংদোক্তুনা অশেংবা ফিদাদা খোঙ্গ্রাই চন্না ফম্নগা আচমন তৌগনি, মতুংদা জগৎকী মপু নারায়নবু নিংশিংগনি। নিত্তিগী তৌবা ঈশ্বরগী পূজা লোইবগা সঙ্কল্প অমুক তৌগনি। ভক্তিগা লোইননা আসন, মনম নুংশিবা হৈ-লৈনচিংবা পুন্নমক্না অর্চনা তৌগনি। পুক্লিংদা ভক্তিগা লোইননা 'ওঁ নমো নারায়নায়' হায়না মন্ত্র অসিনা পূজা তৌগনি। পাপ পুন্নমক অহু মাংখিনবগীদমক্তা শক্তিগী মফমদা অমুক, অনিরুক, অমসুং অহুমক য়ান্না চেকশিন্না হোম কৎকনি।

মী মহাক অতুনা মপুক্লিং অহু চেৎনা ফাজিন্নগা রামায়ন বিধি কাইদনা তাজরবদি শ্রীবিষ্ণুগী লৈফমদা য়ৌখি অমসুং অমুক হন্না পোকপা শিবগী বা লৈত্রে। মী মহাক অতুনা ব্রতগী মওংদা রামায়নবু তাজরবদি মহাক অহু ধর্ম্ম লৈরবনি অমসুং অফবা মীশিংগী মরক্তসু তোপ তোপ্পবনি। ফিরোন পিতুনা অমসুং চাক পিজতুনা চণ্ডাল অমসুং লৈখা তারবশিংবু সেবা থক তৌরোইদবনি, ঈশ্বর নিংদবা, ধর্ম্ম থাদোক্লবা, মীবু থিনা ঙাংনবা অমসুং ফত্তবা মীশিংবু সেবা তৌফদে, অমুক করি হায়গনি, রামায়ন্দা ভক্তি লৈবা মীনা মখোই অসিগুম্বা তুক্কচগী মশক ওইবা মীশিং অসিগা বা ফাওবা ঙাংনরোইদবনি। চাক চাজিক চাবা, অপুম-অশা চাবা, ইশৈ শকপা, মাইবা, শৈরেং ইবা, লাই-ব্রাহ্মনগী য়েক্কবা, মীগী মপোত্তা চানিংবা, অমসুং অতোপ্পগী নুপি-নহাদা খোইদাবা মখোই মীশকশিং

অসিগা লোইননা রামায়ণবু থাজনা পামজবা মীশিংনা রারিফাওবা শান্নরোইদোবনি। মথক্তা হায়রিবা মীশকশিং অসিগা তিন্ন-তোংনদুনা রারি-রাতাই তৌদ্রবা মীশক অদুদি শেংলবা, ইন্দ্রি খুদুম চল্লবা অমসুং জীব পুন্নমক্তা কানবা তৌরবা মীশক্তি খংনগনি। মতৌ অসুন্না রামায়ণবু থাজনা লুনা তৌজরবা মীশক অদুনা অথোইবা সিদ্ধবু ফংজবা ঙম্মি।

লৈতবগুম তীর্থ অমা গঙ্গাগা মানবা, লৈতে গুরু অমা ইমাগা মানবা, লৈতে লাই অমা বিষ্ণুগা মানবা, অসিগুম্না লৈতে অথোইবা অমা রামায়ন্দগী হেনবা। লৈতবগুম বেদগা মানবা শাস্ত্র অমা, লৈতে মুংঙাইবা অমা শান্তিগা মানবা লৈতে মঙাল অমা শান্তিদগী হেনবা, অসিগুম্না লৈতে রামায়ন্দগী থোইদোক হেন্দোকপা অমা। লৈতবগুম মচি অমা ডাকপিহৈবগা মানবা, লৈতবগুম লন অমা মিংচংক্তা মানবা অমসুং লৈতবগুম তোংজবা অমা জ্ঞান ফংবগা মানবা, অসিগুম্না লৈতে রামায়ন মাগা মানবা অমা।

মরম অসিনা মী অদুনা শিরমদাইগী মতমদা শেংন-চানবা ফিরোনশিংগা লোইননা রামায়ন লাইরিকপু যেদ খংবা ব্রাহ্মন-শিংগী মফমদা দানবু তৌগনি অমসুং দান অদুগী দক্ষিনা ওইনা যনবা অমমম হাপকনি। মতৌ অসুন্না রামায়ণ রারি লিরিবা মীশক অদুদা রামায়ণ লাইরিক দান তৌরবদি, মী মহাক অদুনা বিষ্ণু লোকপু ফংজৈ। বিষ্ণু লোক ফংলবা মী অদুনা অমুক হন্না রাবগী রা লৈত্রে। হে ধর্ম্ম খংলবশিং! পানখৎলকপা থাগী মঙানি শুবা নুমিত্তগী অমৃতগী মশক ওইরবা মহাকাবা রামায়ণ রারি অসি নুমিৎ নাপম্মিদা লোইনবা তাবগী মহৈ অদুনা কয়া য়াম্না চাউবগে হায়বদু হায়রগে ঙারো। রামায়ণগী রারি তাজবত্তনা পাপ পুন্নমক খুদক্তা

কোকখি। রামায়ণ তাজরবদি মপোক অসিদা পুণ্ডরীকী মহৈ অহু ফংজৈ। ইন্দ্রি খুডুম চনবা মীশিংনা ব্রতগা লোইননা রামায়ণ বারিবু তাজববদি অশ্বমেধ যজ্ঞগী মহৈ অহু গুণ অনি ফংডি। হে ঋষিশিং গুন্নমক! মী মহাক অহুনা মহাকাব্য রামায়ণ অসিবু তাজরবা অমসুং মী মহাব অহুনা রামায়ণবু পাজরবা অগ্নিষ্টোম যাগ-যজ্ঞ নিপাল্লক তৌবগী মহৈ অহু ফংজৈ।

কনাগুম্বা মপুকচেল চাউবা মহাখ্যা অমনা ব্রতগা লোইননা মহাকাব্য বামামণগী রারিবু মঙারক হন্না তাজরবদি অমাং অতা লৈত্রবা অগ্নিষ্টোম যাগ যজ্ঞ অনিরক তৌবগী পুন্যগী মহৈ অহুবু ফজবা ঙম্মি। মী মহাক অহুনা মথর্‌ই ম্নাওনা ভক্তি তৌনা রামায়ণবু তকক্লক তাজববদি অগ্নিষ্টোম যাগ যজ্ঞ নিপাল্লক তৌবগী মহৈ অহুবু ফবা ঙাম্মি। হে অথোইবা মুনিশিং! মুপী খংদে মুপা খংদে বামাযণবু নিপাল্লক হন্না তাজববদি নরমেধ যজ্ঞ মঙারক তৌবগী মহৈ অহুবু ফংবা ঙম্মি। নুপী নত্রগা নুপা অহুনা অহিং মাপল চুপ্পা মপুক্লিং চংনা রামাযণবু তাজববদি, মহাক অহুনা গোমেধ যজ্ঞ অহুমক তৌবগী মহৈ অহুবু ফংজবা ঙম্মি। আখা শান্তি ওইনা লৈবা অমসুং ইন্দ্রিশিংবু খুডুম চন্না থম্বা মীশকশিং অহুনা রামায়ণবু তাজরগা শিরবদি খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা মফম অহু ফংজৈ। অহুগুম্বা মফম অহুদা য়োঞবদি অবাবা নুংঙাইতবগী বাফম্ অহু অমুক লৈখিদ্রে।

রামায়ণ বারি তাজবদা থোইদোক্লা মপুক্লিং চংবা, নিতিগী গঙ্গা স্নান্দা মপুক্লিং লুপ্পা, ধর্ম্ম শাস্ত্রতবু নৈনবা পামজবা, মথোই অহু মুক্তি ফংলবনি, মসিদা করিস্নু চিংনফম থোক্তে।

হে ব্রাহ্মন পুন্নমক। যতি, ব্রহ্মচারী অমসুং অথোইবা মীশক-শিংনা মহাকাব্য রামায়ণ অসিবু নুমিৎ মাপন্নি লেপ্পমক তাগদবনি।

মীওইবনা ভক্তিগা লোইননা শ্রীরামচন্দ্রগী ৱারি অসিবু তাবগ ব্রহ্মপদবু ফংদুনা ব্রহ্ম লোক্তা চুংশাইনা লৈগনি।

হে ঋষিশিং! মরম অদুনা হায়রিবা অসিনি, রামায়ণগী নিংথিবা ৱারিবু তাও। অভাবশিংগীদি রামায়ণ ৱারি তাবনা থাইদগী হেনবা অথোইবনি। অশেংবা ৱারিশিংগী মরক্তা মসিদগী অহেনবা অমতা লৈতরে।

রামায়ণ তারগা ফত্তবা স্বপ্ন দোষ অদু কোকহনবা ঙম্মি খন্দুনা ৱায়া চেকশিন্না থবাই ৱাওনা তাগদবনি। মী মহাক অদুনা যান্না মপুক্লিং চনা মহাকাব্য অসিগী শ্লোক অমতংবু নত্রগা শ্লোক অদুগী তংখাই অমতংবু পাজরবদি পাপ কোটি অমা তৌগ্রবসু পাপশিং অদু শোইদনা কোকখি। থুপ্পদগীসু হেন্না থুপ্রবা মহাকাব্য রামায়ণগী ৱারি অসিবু, সজ্জন ওইবশিং অদুগী মনাক্তা পাগদবনি।

শ্রীরামগী লাইশংদা, পুন্যগী মফমদা, অমসুং সজ্জনশিংনা তিন্দুনা লৈবা মফমদা রামায়ণবু পাগনি। ব্রহ্মবু থাজদবা, নাপল তৌবা অমসুং মী পুন্নমক্তা ইস্থোক্রবা মীশকশিং অদুগী মনাক্তা অমৃতগী মশক ওইরবা মহাকাব্য রামায়ণবু পারোইদবনি। কামন চিংবা দোষ লৈবা পুন্নমক থাদোকপ্রবা, শ্রীরামচন্দ্রগী মফমদা ভক্তি লৈনা মপুক্লিং লুপ্পবা, অমসুং গুরুগী মফমদা ভক্তি লৈবা মখোইশিং অসিগী মনাক্তা মোক্ষ ফংনবগী উপায় ওইরবা রামায়ণ অসিবু পাগনি। শ্রীরামচন্দ্রনা জীবশিংগী অৱাববু কোকহল্লি অমসুং ইবুঙো মহাক্না লাই পুন্নমক্কী লাইনি হায়না শাস্ত্রদা লাওরি।

ভক্তশিংতনা শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙাবু পুনবা ওন্নি, মসিদা করিগুম চিংনফম থোক্কে। কনাগুম্বা অমনা মপুক্কিংদা করিমতা খন্দনা ইচম চম্না শ্রীরামচন্দ্রগী মমিংবু শকচ-শোনজবা নত্রগা নিংশিংবতদা পাপ পুম্নমক কোক্তুনা অথোইবা খুভম ফংজে। মরমদি অরাবগী মশক ওইরবা অমম্বা সংসার অসিদা ইবুঙেঙা শ্রীমধুসূদন মহাত্মা মৈগী মতৌগুম্না অমম্বা পুম্নমক অদু মাংহনখিহনা ইবুঙেঙা মাগী মমিং শোনজরিবা মীশক অদুবু মুক্তি পিবি।

মহাকাব্য রামায়ণগী ৱারি অসি নিংশিংজবদা মী মহাক অদুগী পাপ পুম্নমক অদু খুদক্তা মাংখি। ঐনা ইশাগী কাননবগীদমক্তা খ্বাইদগী হেন্না শেংলবা মহাকাব্য অসিবু তাগদবনি। কাব্য অসিবু তাজবতনা অমসুং পাজবতনা পাপ পুম্নমকপু মাংহনবা ঙম্মি। শ্রীরামচন্দ্রগী মপুন্সিগী ৱারি ওইনা মধুর রসদা মহামুনি বাল্মীকিনা ইরিবা রামায়ণ মহাকাব্য অসিবু ভক্তিগা লোইননা পামজবা পোক্লবদি মহাক অদু মথৌ মশক খংলবনি অমসুং শাস্ত্র পুম্নমক খংলবনি. হে ঋষিশিং! মহাত্মা তানজবা তপস্যা, পুন্য অমসুং সত্য অদু মহৈ য়াল্লবনি। যোর কলি যুগ অদুদদি ব্রাহ্মন পুম্নমক অদুনা রামায়ণ অমসুং রামনামদা মপুক্কিং চংবা অদুনা মথৌ ওইগদবনি। নুমিৎ মাপললনি চুপ্পা অমৃতগী মশক ওইবা রামায়ণগী ৱারিবু তাগদবনি।

রামায়ণ মাগী মতিক মগুন অমসুং মহিমা অদুবু ঐনা নুমিৎ খুদিংগী খুরমজরি। শ্রীরামগী নামতনা ফশেংবা ঐগী পুন্সিনি, কলি যুগকী মতমদদি রামনাম অসি নত্তনা অতৈ অতোপ্পা উপায় অমা লৈত্রবনি, লৈত্রবনি, লৈত্রবনি।

সুতন্না হায়রকই,—মহাশা ওইরবা নারদনা সনৎকুমারদা মতৌ অস্না পাওত্তাকপিখি। সনৎকুমারস্থ খুদক অহুদা অথোইবা মহৈ মুক্তিবু ফংজখি। হে ব্রহ্মাণশিং! মরম অসিনা হায়রিবসিনি, অম্ তগী মশক ওইরবা রামায়ণগী বারিবু তাও। সুমিৎ মাপম্নি লেপ্তনা রামায়ণবু তাজরবদি পাপ পুম্নমক্তগী লাম্থোকপা ঙম্মি। হে ব্রাহ্মনশিং, পুম্নমক! মহাকাব্যগী মশক ওইরবা রামায়ণ অসিবু তাজরবা, বারি পারিবা নত্রগা লিরিবা মীশক অহুবু ইকাইখুম্নবা উৎপগা লোইননা পেলহল্লবদি শ্রীলক্ষ্মীগা লোইননা শ্রীবিষ্ণুনা মহাক অহুবু পেনবী। লিরিবা পারিবা অহুনবু পেনবিরদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বর অহুমস্থ পেনবি। মরম অসিদা করিস্থ ঙক্লিংঙাই লৈতে। রামায়ণগী বারি লিরিবা নত্রগা পাহুনা তাহল্লিবা মী অহুবু তারিবা মী অহুনা মাগী ( লিরিবা মী অহুগী ) শেল-থুমগী ফিভম য়েংলগা যন, ফি, সনা লুপা অমসুং রামায়ণ লাইরিক দান তৌগনি। দান অহুগী মহৈ করি ফংবগে হায়বহু হায়গে নপুক্লিং চংনা তাও।

মী মহাক অহুনা শ্রীরামগী মপুন্সিগী বারী রামায়ণবু তাজরবদি, মহাক্লা তৌরিবা থবক খুদিংমক অহু মঙ্গল ওইগনি, গ্রহশিং, ভূতশিং অমদি বেতালনচিংবনা করিমতা অরাবা পিবা ঙম্মোই। মৈকৌবা লাইনা মহাক অহুবু মাংহন-তাকহনবা ঙম্মোই, হুরানবনচিংবগী মকমদগীস্থ অকিবা অমতা ফংলোই। হন্দকী মপোক অসিদা চংনবী রাংমদা লৈহুনা ফত্তবা থবক কয়ামুক তৌহুনা মহাপাপী অমা ওইরবস্থ, শ্রীরামগী বারি অসিবু তাজরবদি পাপ পুম্নমক কোক্তনা মুক্তিবু ফংগনি। দেবর্ষি নারদনা লিরম্বা বারি অহু নথোইদা অমুক হয়া লিরবনি।

কাব্য অহানবা রামায়ণদা বেদ পুন্নমক্তা তিন্দুনা লৈ। রামায়ণ মহাকাব্য অসিনা পাপ পুন্নমকপু মাংহল্লি, জীবগী অরাফ পুন্নমকপু কোকহল্লি, পুণ্য পুন্নমক অমসুং যজ্ঞ পুন্নমক্তী মহৈ অহুবুম ফংহল্লি। থাইন' ময়াংতৈদা সনৎকুমারনা দেবর্ষি নারদগী মফমদা ভক্তিগা লোইননা রামায়ণগী বারি অসি হংখিবনি।

জ্ঞান লৈবা মী মহাক অদুনা রামায়ণগী শ্লোক অমা নত্রগা শ্লোক তংখাই অমতং পাজরবস্তু, মহাক্কী মফমদা পাপনা চংবা ঙমদে। পুণ্যগী মশক ওইবা রাম্নিনা থম্না য়াওরবা শ্রীরামগী পুন্সিগী বারিনি মথল মথলগী অনিংবা পুন্নমক লোইনা পিবা ওন্বা মহাকাব্যনি। মসিবু ভক্তিগা লোইননা তাজরগা অমসুং রামায়ণগী মথুংদা লৈরিবা ইচেলশিং অসিবু নিংথিনা খংজরগা করম্বা পুন্যফল ফবগে হায়রবদু নখোইদা হায়গে তাও।

মহাকাব্য রামায়ণ অসিগী বারিবু তাজরবদি মপোক চামরক্তা তৌজখিবা পাপ পুন্নমক অদুবু শোইদনা কোকচবা ঙম্মি, শাগৈনাতে মী লিশিং অমগা লোইননা অথোইবা মফমবু ফংজবা ঙম্মি। মী মহাক অদুনা নুমিৎ খুদিংগী রামায়ণ মহাকাব্য অসিবু শকশোনজবা নত্রগা মথরাই লুপ্না বারি তাজরবদি মহাক্না অমুক তীর্থ চৎলুদ্রবসু, যনশিং দান তৌরুদ্রবসু, তপস্যা তৌরুদ্রবসু অমদি যজ্ঞশিং লিংখৎলুদ্রবসু য়ারে, ময়াম অসি তৌবগী কম্মিসু কানবা লৈদ্রে, হায়রবদি রামায়ণ মহাকাব্য অসি পাবনা নত্রগা বারি ওইনা তাবনা অথোইবা খুভম অদুবু অহুম ফংজগে।

শাজিবু, রাকচিং অমদি মেরা থাগী পানথৎলকপদা অমুক্তগী মশক ওইরবা মহাকাব্য রামায়ণবু তাগনি। রামায়ণ তাজরবদি

শ্রীরামচন্দ্রগী থৌজাল ফংহৈ, শ্রীরামচন্দ্রগী অকমদা ভক্তি লৈবা হেনগৎলি, পাপ পুন্নমকা মাংহল্লখি অমমুং সনা-লুপানচিংবা সম্পত্তি পুন্নমক ফংই অমসুং চাউখৎলি। মী মহাক অদুনা মপুক্কিং য়াম্না শেংনা রামায়ণবু তাজরবা নত্রগা পাজরবদি, মহাক্না পাপ পুন্নমকপু কোক্নুনা বিষ্ণু লোক্তা চৎখি।

মতাং অসিদা স্কন্দ পুরানগী উত্তর খণ্ডদা য়াওবা রামায়ণগী মাহাত্ম্য, নারদ সনৎকুমার অনিনা ওাংনখিবা ৫ শুবা অধ্যায় লোইরে। মাহাত্ম্যসু লোইরে।

হরি ওঁ-তৎ-সৎ

ওঁ তৎসৎ পরমাত্মনে নমঃ

# মঙ্গলাচরণম্

## শ্রীমহাগণপতি ধ্যানম

শুক্লাম্বরধরং দেবং শশিবর্ণং চতুর্ভুজম্।
প্রসন্নবদনং ধ্যায়েৎ সর্ববিঘ্ন প্রশান্তয়ে ।।
বাগীশাদ্যাঃ সুমনসঃ সর্বার্থানামুপক্রমে।
যং নত্বা কৃতকৃত্যাঃ স্যুস্তং নমামি গজাননম্ ।।

## মন্তুংদা সরস্বতী প্রার্থনা

দোর্ভির্যুক্তা চতুর্ভিঃ স্ফটিকমণিময়ীমক্ষমালাং দধানা
হস্তেনৈকেন পদ্মং সিতমপিচ শুকং পুস্তকং চাপরেণ।
ভাসা কুন্দেন্দু-শঙ্খ-স্ফটিকমণিনিভা ভাসমানা
সা মে বাগ্দেবতেয়ং নিবসতু বদনে সর্ব্বদা সুপ্রসন্না ।।

## মতুং অসিদা বাল্মীকি খুরমগুনি

কূজন্তং রাম রামেতি মধুরং মধুরাক্ষরম্
আরুহ্য কবিতাশাখং বন্দে বাল্মীকিকোকিলম্ ।।
বাল্মীকেমুর্নিসিংহস্য কবিতাবনচারিনঃ
শৃন্বন্ রামকথানাদং কো ন যাতি পরাং গতিম্ ।।
যঃ পিবন্ সততং রামচরিতামৃত সাগরম্।
অতৃপ্তস্তং মুনিং বন্দে প্রাচেতসমকল্মষম্ ।।

## হনুমান্নমস্ক্রিয়া

গোষ্পদীকৃতবারীশং মশকীকৃতরাক্ষসম্।
রামায়ণমহামালারত্নং বন্দেঽনিলাত্মজম্ ।।

অঞ্জনানন্দনং বীরং জানকীশোকনাশনম।
কপীশমক্ষহন্তারং বন্দে লঙ্কাভয়ঙ্করম্,

উল্লংঘ্য সিন্ধোঃ সলিলং সলীলং যঃ শোকবহ্নি জানকাত্মজায়া।
আদায় তেনৈব দদাহ লঙ্কা' নমামিত প্রাঞ্জলিরাঞ্জনেয়ম্ ।।

আঞ্জনেয়মতিপাটলাননং কাঞ্চনাদ্রিকমনীয়বিগ্রহম্।
পারিজততরুমূলবাসিন ভাবয়ামি পবমান নন্দনম্ ।।

যত্র যত্র রঘুনাথকীর্তনং তত্র তত্র কৃতমস্তকাঞ্জলিম্।
বাষ্পবারি পরিপূর্ণলোচনং মারুতিং নমত রাক্ষসান্তকম্ ।।

মনোজবং মারুততুল্যবেগং জিতেন্দ্রিয়ং বুদ্ধিমতাং বরিষ্ঠম্।
বাতাত্মজং বানরযূথমূখ্য শ্রীরামদূতং শিরসা নমামি ।।

## শ্রীরামায়ণ প্রার্থনা,—

যঃ কর্ণাঞ্জলিসংপুটৈরহরহঃ সম্যক পিবত্যাদরাদ
বাল্মীকেবর্দনাববিন্দগলিতং রামায়ণাখ্যং মধু।
জন্ম-ব্যাধি-জবা-বিপত্তি-মরণৈরত্যন্তসোপদ্রবং
সংসার স বিহায় গচ্ছতি পুমান্ বিষ্ণোঃ পদং শাশ্বতম ।।

তত্নপগতসমাস-সন্ধিযোগং সমমধুরোপনতার্থ-বাক্যবন্ধম
রঘুবরচরিতং মুনিপ্রনীতং দশশিরসশ্চ শ্রবং নিশাময়ধ্বম্ ।।

বাল্মীকি গিবিসম্ভূতা রাম সাগরগামিনী।
পুনাতু ভুবনং পুণ্যা রামায়ণ মহানদী ।।
শ্লোকসারসমাকীর্ণ সর্গকল্লোল সঙ্কুলম্।
কাণ্ডগ্রাহমহামীনং বন্দে রামায়ণার্ণবম্ ।।
বেদ বেদ্যে পবে পুংসি জাতে দশরথাত্মজে।
বেদঃ প্রাচেতসাদাসীৎ সাক্ষাদ রামায়ণাত্মনা ।।

**শ্রীরামধ্যানক্রমঃ,—**

বৈদেহীসহিতং সুরদ্রুমতলে হৈমে মহামণ্ডপে।
মধ্যে পুষ্পকমাসনে মণিময়ে বীরাসনে সুস্থিতম্।
অগ্রে বাচয়তি প্রভঞ্জনসুতে তত্ত্বং মুনিভ্যঃ পরং
ব্যাখ্যাতং ভরতাদিভিঃ পরিবৃতং রামং ভজে শ্যামলম্॥
বামে ভূমিসুতা পুরশ্চ হনুমান্ পশ্চাৎ সুমিত্রাসুতঃ
শত্রুঘ্নো ভরতশ্চ পার্শ্বদলয়োর্বায়্বাদিকোণেষুচ।
সুগ্রীবশ্চ বিভীষণশ্চ যুবরাট্ তারাসুতো জাম্ববান
মধ্যে নীলসরোজকোমলরুচিং রামং ভজে শ্যামলম্॥
নমোঽস্তু রামায় সলক্ষ্মণায় দেব্যৈ চ তস্যৈ জনকাত্মজায়ৈ।
নমোঽস্তু রুদ্রেন্দ্র-যমানিলেভ্যো নমোঽস্তু চন্দ্রার্ক-মরুদ্গণেভ্যঃ॥

**মারায়ণসমাপনসময়ানুসন্ধেয়শ্লোকমঃ—**

স্বস্তি প্রজাভ্যঃ পরিপালয়ন্তাং ন্যায্যেন মার্গেণ মহীং মহীশাঃ।
গো ব্রাহ্মণেভ্য শুভমস্তু নিত্যং লোকাঃ সমস্তাঃ সুখিনো ভবন্তু॥
কালে বর্ষতু পর্জন্যঃ পৃথিবী শস্যশালিনী।
দেশোঽয়ং ক্ষোভরহিতো ব্রাহ্মণাঃ সন্তু নির্ভয়াঃ।
অপুত্রাঃ পুত্রিণঃ সন্তু পুত্রিণঃ সন্তু পৌত্রিণঃ।
অধনাঃ সধনাঃ সন্তু জীবন্তু শরদাং শতম্॥
চরিতং রঘুনাথস্য শতকোটি প্রবিস্তরম্।
একৈকমক্ষরং প্রোক্তং মহাপাতকনাশনম্॥
শৃণ্বন্ রামায়ণং ভক্ত্যা যঃ পাদং পদমেব বা।
স যাতি ব্রহ্মণঃ স্থানং ব্রহ্মণা পূজ্যতে সদা॥
রামায় রামভদ্রায় রামচন্দ্রায় বেধসে।

রঘুনাথায় নাথায় সীতায়াঃ পতয়ে নমঃ ।।
যন্মঙ্গলং সহস্রাক্ষে সর্বদেবনমস্কৃতে ।
বৃত্রনাশে সমভবত্তত্তে ভবতু মঙ্গলম্ ।।
যন্মঙ্গলং সুপর্ণস্য বিনতাঽকল্পয়ৎ পুরা ।
অমৃতং প্রার্থ্যমানস্য তত্তে ভবতু মঙ্গলম্ ।।
মঙ্গলং কোসলেন্দ্রায় মহনীয়গুণাত্মনে ।
চক্রবর্তিতনূজায় সার্বভৌমায় মঙ্গলম্ ।।
অমৃতোৎপাদনে দৈত্যান্ ঘ্নতো বজ্রধরস্য যৎ ।
অদিতির্মঙ্গলং প্রাদাত্তত্তে ভবতু মঙ্গলম ।।
ত্রিবিক্রমান্ প্রক্রমতো বিষ্ণোরমিত তেজসঃ ।
যদাসীন্মঙ্গলং রাম তত্তে ভবতু মঙ্গলম্ ।।
ঋতবঃ সাগরা দ্বীপা বেদলোকা দিশশ্চ তে ।
মঙ্গলানি মহাবাহো দিশন্তু তব সর্বদা ।।
কায়েন বাচা মনসেন্দ্রিয়ৈর্বা বুদ্ধ্যাত্মনা বা প্রকৃতিস্বভাবাৎ ।
করোমি যদ্ যৎ সকলং পরস্মৈ নারায়ণায়েতি সমর্পয়ামি ।।

সপ্তকাণ্ড রামায়ণ পাবা তারবদি খণ্ড খুদিংগী বিনিযোগ অমসুং ঋষ্যাদিন্যাস তোঙান তোঙান লৈ৹ মন্থ মথং মথং ইজরি ।

## আদিকাণ্ড-বিনিয়োগঃ

অথ ঋষ্যাদিন্যাসঃ— অস্য শ্রীআদিকাণ্ড মহমান্ত্রস্য ঋষ্যশৃঙ্গ ঋষিঃ, অনুষ্টুপ্ ছন্দঃ, দাশরথিঃ পরমাত্মা দেবতা৹ রাং বীজং৹ নমঃ শক্তিঃ রামায়েতি কীলকম, শ্রীরামপ্রীত্যর্থে আদিকাণ্ডপরায়ণে বিনিয়োগ । ওঁ ঋষ্যশৃঙ্গ-ঋষয়ে নমঃ— শিরসি, ওঁ অনুষ্টুপ ছন্দসে নমঃ— মুখে, ওঁ দাশরথি পরমাত্মাদেবতায়ৈ নমঃ— হৃদি, ওঁ রাং

বীজায় নমঃ– গুহ্যে, ওঁ নমঃ শক্তয়ে নম — পাদয়ো, ওঁ রামায় কীলকায় নমঃ— সর্বাঙ্গে

করন্যাসঃ— ওঁ সুপ্রসন্নায় অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ ওঁ শান্তমনসে তর্জনীভ্যাং নমঃ, ওঁ সত্যসন্ধায় মধ্যমাভ্যাং নমঃ, ওঁ জিতেন্দ্রিয়ায় অনামিকাভ্যাং নমঃ, ওঁ ধর্মজ্ঞায় নয়সারজ্ঞায় কনিষ্ঠাভ্যাং নমঃ, ওঁ রাজ্ঞে দাশরথয়ে জয়িনে করতলপৃষ্ঠাভ্যাং নমঃ। মথকী মন্ত্র অসি শোন্দুনা ঋষ্যাদিন্যাস তৌরগা মথাদা পিরিবা মন্ত্র অসিনা ধ্যান অমসুং প্রণাম তৌরগা বাল্মীকি মহর্ষিগী রামায়ণগী আদিকাণ্ডবু পাগনি।

## ধ্যানাদি অসুম্না তৌগনি,—

শ্রীরামমাশ্রিত জনামরভূরুহেশমানন্দশুদ্ধমখিলামরবন্দিতাঙ্ঘ্রিম্।
সীতাঙ্গনা সুমিলিতং সততং সুমিত্রাপুত্রান্বিতং ধৃতধনুঃ শরমাদি দেবম্।
ওঁ সুপ্রসন্নঃ শান্তমনাঃ সত্যসন্ধো জিতেন্দ্রিয়ঃ ধর্মজ্ঞো নয়-সারজ্ঞো রাজা দাশরথির্জয়ী॥

## অযোধ্যা কাণ্ড-বিনিয়োগঃ

অথ ঋষ্যাদিন্যাসঃ— অস্য অযোধ্যাকাণ্ডমহামন্ত্রস্য ভগবান বসিষ্ঠ ঋষিঃ, অনুষ্টুপছন্দ, ভরতো দাশরথিঃ পরমাত্মা দেবতা, ভং বীজং, নমঃ শক্তি, ভরতায়েতি কীলকম্, মম ভরতপ্রসাদসিদ্ধ্যর্থ-মযোধ্যাকাণ্ড পারায়ণে বিনিয়োগঃ। ওঁ বসিষ্ঠায় ঋষয়ে নমঃ— শিরসি, ওঁ অনুষ্টুপছন্দসে নমঃ মুখে, ওঁ দাশরথিভরতপরমাত্ম-দেবতায়ৈ নমঃ হৃদি, ওঁ ভং বীজায় নমঃ গুহ্যে, ওঁ নমঃ শক্তয়ে নমঃ— পাদয়োঃ, ওঁ ভরতায় কীলকায় নমঃ— সর্বাঙ্গে।

করন্যাসঃ— ওঁ ভরতায় নমস্তস্মৈ অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ, ওঁ সারজ্ঞায় তর্জনীভ্যাংনমঃ, ওঁ মহাত্মনে মধ্যমাভ্যাং নমঃ, ওঁ তাপসায় অনামিকাভ্যাং নমঃ, ওঁ অতিশান্তায় কনিষ্ঠাভ্যাং নমঃ, ওঁ শত্রুঘ্ন সহিতায় চ করতল পৃষ্ঠাভ্যাং নমঃ।

মতৌ অসুমা মথকী মন্ত্র অসিনা ঋষ্যাদিন্যাস অমসুং করন্যাস তৌরগা মথাগী মন্ত্র অসিনা ধ্যান অমসুং প্রনাম তৌগনি। মতুংদা বাল্মীকি রামায়ণগী অযোধ্যা কাণ্ডবু পাগনি।

ধ্যান অমসুং প্রণাম্ :—

শ্রীরামপাদদ্বয় পদ্মকান্ত সংসক্তচিত্তং কমলায়তাক্ষম্।
শ্যামং প্রসন্নবদনং কমলাবদাতং শত্রুঘ্ন যুক্তমনিশং ভরতং নমামি॥
ভরতায় নমস্তস্মৈ সারজ্ঞায় মহাত্মনে।
তাপসায়াতি শান্তায় শত্রুঘ্ন সহিতায় চ॥

## অরণ্যকণ্ড-বিনিয়োগঃ।

ঋষ্যাদি ন্যাসঃ— অস্য শ্রীমদরণ্য কাণ্ড মহামন্ত্রস্য ভগবান ঋষিঃ, অনুষ্টুপ ছন্দঃ, শ্রীরামো দাশরথিঃ পরমাত্মা মহেন্দ্রো দেবতা, ঈং বীজং, নম শক্তিঃ ইন্দ্রায়েতি কীলকম্। ইন্দ্রপ্রসাদ সিদ্ধ্যর্থমরণ্যকাণ্ড পারায়ণ জপে বিনিয়োগঃ। ওঁ ভগবদৃষয়ে নমঃ— শিরসি, ওঁ অনুষ্টুপ ছন্দসে নমঃ—মুখে, ওঁ দাশরথি—শ্রীরাম পরমাত্মা-মহেন্দ্রদেবতায়ৈ নমঃ— হৃদি, ওঁ বীজায় নমঃ— গুহ্যে, ওঁ নমঃ শক্তয়ে নমঃ— পাদয়োঃ, ওঁ ইন্দ্রায় কীলকায়নম— সর্বাঙ্গে।

করন্যাসঃ— ওঁ সহস্রনয়নায় অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ, ওঁ দেবায় তর্জনীভ্যাং নমঃ, ওঁ সর্বদেবনমস্কৃতায় মধ্যমাভ্যাং নমঃ, ওঁ দিব্যবজ্রধরায় অনামিকাভ্যাং নমঃ, ওঁ মহেন্দ্রায় কনিষ্ঠাভ্যাং নমঃ, ওঁ শচীপতয়ে করতল পৃষ্ঠাভ্যাং নমঃ।

মথক্কী মন্ত্র অসিনা ঋষ্যাদিন্যাস অমসুং করন্যাস তৌরগা মখাগী মন্ত্র অসিনা ধ্যান অমসুং প্রণাম তৌগনি। মতুংদা অরন্যকাণ্ড পাবা হৌগনি।

### ধ্যাণ অমসুং প্রণামঃ—

শচীপতিং সর্বসুরেশবন্দ্যং সর্বার্তিহর্তারমচিন্ত্যশক্তিম্
শ্রীরাম সেবানিরতং মহান্তং বন্দে মহেন্দ্রং ধৃতবজ্রমীড্যম
সহস্রনয়নং দেবং সম দেবনমস্কৃতম। দিব্য-বজ্রধরং বন্দে মহেন্দ্রঞ্চ শচীপতিম্ ॥

## কিষ্কিন্ধাকাণ্ড-বিনিয়োগঃ

ঋষ্যাদিন্যাসঃ— অস্য শ্রীকিষ্কিন্ধাকাণ্ড মহামন্ত্রস্য ভগবান ঋষিঃ, অনুষ্টুপ ছন্দঃ, সুগ্রীবো দেবতা, সুং বীজং, নম শক্তিঃ, সুগ্রীবেতি কীলকম্, নম সুগ্রীবপ্রসাদসিদ্ধ্যর্থে কিষ্কিন্ধা পারায়নে বিনিয়োগঃ। ওঁ ভগবদৃষয়ে নমঃ— শিরসি, ওঁ অনুষ্টুপছন্দসে নমঃ— মুখে, ওঁ সুগ্রীবদেবতায়ৈনমঃ— হৃদি, ওঁ সুং বীজায় নমঃ— গুহ্যে, ওঁ নমঃ শক্তয়ে নমঃ— পাদয়োঃ ওঁ সুগ্রীবায় নমঃ— সর্বাঙ্গে।

করন্যাসঃ— ওঁ সুগ্রীবায় অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ, ওঁ সূর্যতনয়ায় তর্জনীভ্যাং নমঃ, ওঁ সর্ববানর পুঙ্গবায় মধ্যমাভ্যাং নমঃ, ওঁ বলবতে

অনামিকাভ্যাং নমঃ, ও রাঘব সখায় কনিষ্ঠাভ্যাং নমঃ, ওঁ বশী রাজ্যং প্রযচ্ছতু ইতি করতল পৃষ্ঠাভ্যাং নমঃ, ।

মথক্কী মন্ত্রি অসিনা ঋষ্যাদিন্যাস অমসুং করন্যাস তৌরবা মতুংদা মখাগী মন্ত্র অসিনা ধ্যান অমসুং প্রণাম তৌগনি ; মতুংদা কিস্কিন্ধা কাণ্ডবু পাগনি ।

ধ্যান অমসুং প্রনামঃ—

সুগ্রীবমর্কতনয়ং কপিবর্যবন্দ্যমারোপিতাচ্যুত পদাম্বুজমাদরেণ ।

ধ্যানঃ— পানিপ্রহারকুশলং বলপৌরুষাঢ্যমাশাশ্চ দাশু নিপুণং হৃদি ভাবয়ামি ।।

প্রনামঃ— সুং সুগ্রীবায় নমঃ— সুগ্রীবঃ সূর্য্যতনয়ঃ সর্ব্বানর পুঙ্গবঃ । বলবান্ রাঘবসখা বশী রাজ্যং প্রযচ্ছতু ।।

## সুন্দরকাণ্ড–বিনিয়োগঃ

ঋষ্যাদিন্যাসঃ—অস্য শ্রীমৎসুন্দরকাণ্ড মহামন্ত্রস্য ভগবান্ হনুমান্ ঋষি, অনুষ্টুপ ছন্দঃ, শ্রীজগন্মাতা সীতা দেবতা শ্রীং বীজং, স্বাহা শক্তিঃ, সীতায়ৈ কীলকং, সীতা প্রসাদসিদ্ধার্থং সুন্দরকাণ্ডপারায়নে বিনিযোগঃ।

ওঁ ভগবদ্ধনুমদৃ ষয়ে নমঃ— শিরসি, ওঁ অনুষ্টুপছন্দসে নমঃ — মুখে, শ্রীজগন্মাতৃসীতাদেবতায়ৈ নমঃ— হৃদি, ওঁ শ্রীং বীজায় নমঃ– গুহ্যে, ওঁ স্বাহাশক্তয়ে নমঃ— পাদয়োঃ, সীতায়ৈ কীলকায় নমঃ— সর্ব্বাঙ্গে ।

করন্যাসঃ— ওঁ সীতায়ৈ অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ, ওঁ বিদেহরাজসুতায়ৈ তর্জনীভ্যাংনমঃ, ওঁ রামসুন্দর্য্যৈ মধ্যমাভ্যাংনমঃ, ওঁ হনুমতা সমা-

ত্রিতায়ৈ অনামিকাভ্যাংনমঃ, ওঁ ভূমিসুতায়ৈ কনিষ্ঠাভ্যাংনমঃ, ওঁ শরণংভজে করতলপৃষ্ঠাভ্যাংনমঃ ।

ধ্যানঃ—

সীতামুদারচরিতাং বিধি-সাম্ব-বিষ্ণুবন্দ্যাং ত্রিলোকজননীং শতকমবল্লীম্ ।

হেমৈরনেকমণিরঞ্জিত কোটি ভাগৈর্ভূষাচয়ৈরনুদিনং সহিতাং নমামি ।।

## লঙ্কাকাণ্ড-বিনিয়োগঃ

ঋষ্যাদিন্যাসঃ— অস্য শ্রীযুদ্ধকাণ্ড মহামন্ত্রস্য বিভীষন ঋষিঃ, অনুষ্টুপছন্দঃ, বিধাতা দেবতা, বং বীজং, নমঃ শক্তিঃ, বিধাতেতি কীলকং, শ্রীধাতৃপ্রসাদসিদ্ধ্যর্থে যুদ্ধকাণ্ড পারায়নে বিনিয়োগঃ । ওঁ বিভীষণ ঋষয়েনমঃ— শিরসি, ওঁ অনুষ্টুপ্ ছন্দসে নমঃ— মুখে, ওঁ বিধাতৃদেবতায়ৈঃ নমঃ— হৃদি, ওঁ বং বিজায় নমঃ— গুহ্যে, ওঁ নমঃ শক্তয়ে নমঃ— পাদয়োঃ, ওঁ বিধাতেতি কীলকায় নমঃ— সর্ব্বাঙ্গে ।

করন্যাসঃ— ওঁ বিধাত্রে নমঃ অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ, ওঁ মহাদেবায় তর্জনীভ্যাংনমঃ, ওঁ ভক্তানামভয় প্রদায় মধ্যমাভ্যাং নমঃ, ওঁ সর্ব্বদেব প্রীতিকরায় অনামিকাভ্যাংনমঃ, ওঁ ভগবৎপ্রিয়ায় কনিষ্ঠাভ্যাং নমঃ, ওঁ ঈশ্বরায় করতল পৃষ্ঠাভ্যাং নমঃ ।

মথরী মন্ত্র অসিসা ঋষ্যাদিন্যাসঃ অমনুং করন্যাসঃ তৌরগা মথাগী মন্ত্র অসিনা ধ্যান অমনুং প্রনাম তৌগনি । মতুংদা লঙ্কা-কাণ্ড ( যুদ্ধ কাণ্ড ) বু পাগনি ।

## ধ্যান অমঙুং প্রণামঃ—

**ধ্যানঃ—**

দেবং বিধাতারমনন্তবীর্য্যং ভক্তাভয়ং শ্রীপরমাদিদেবম্ ।
সর্ব্বাবরপ্রীতিকরং প্রশান্তং বন্দে সদা ভূতপতিং সুভূতিম্
বিধাতারং মহাদেবং ভক্তানামভয়প্রদম্ ।
সর্বদেব প্রীতিকরং ভগবৎপ্রিয়মীশ্বরম্ ।

## উত্তর কাণ্ড-বিনিয়োগঃ

উত্তর কাণ্ডগী বিনিয়োগ অমঙুং কষ্যাদিন্যাস পুন্নমক্তি লঙ্কাকাণ্ডগা হায়বদি যুদ্ধ কাণ্ডগা অমতা ওইগনি, মমিংতা হোংলগা লোইরে ।

হরি ওঁ তৎ সৎ ।।

# য়াইং বরদং

ইংশোক ১৯৬৮ দা মহাকবি বাল্মীকি মুনিগী রামায়ণ মহাকাব্যা অসি 'শ্রীরাম' হায়না মিংথোল্লগা ইমালোন্দা শন্নগা ইদুনা পুথোকচখি। ইংশোক ১৯৭৭ তা ইদুকেসন্ ডিপামেন্টকী মতেং খরা ফংদুনা ছাপা নমখি। কাণ্ড তরক্রমক নমখি, তরেৎশুবা কাণ্ড হায়বদি উত্তর কাণ্ডগী শরুক্তি য়াওখিদে। বাঙলা অমদি ইংগ্রেজীদা ইবা রামায়ণগী লাইরিকশিং খরা পারগা অমদি থোইদোক্লা মীতৈ ঐথোইগী লায় ওইরবা য়ারি লিবা ওঝা গুরুশিংনা মাঙলদা, গুমাংদা অমদি মাওবশিংদা লিখিবা রামায়ণগী য়ারিশিং কয়া মহা ওইরিবৈদা তাখিবা অদুবু নিংশিংলগা ইরুখিবনি।

মীতৈ ঐথোইগী লাইগুরুশিংনা লিনরম্বা অমদি লিনরিবা রামায়ণ অমদি মহাভারতকী য়ারিশিং অসি অয়াম্বদি থোইদোক্লা ফাওরবা বাঙ্গালী কবিশিংনা ইবা লাইরিকশিং অদুবু পারগা নত্রগা ওঝা গুরুনাইনা তমগা অমদি খল্লগা লিনরম্বা ভাক্তা ওইনা উবা ফংভি। থোইদোক্লা ফজে, য়ারি লমফাং কয়া মতা চাবা মকম মতম য়েংদুনা হাপলবসু পরিং অমদি কায়হন্দনা লিরম্মী, হৌজিকসু লিনরি অমসুং মতুংসু লিনখিনি। খুদম অমা ওইনা হায়রবদা অঙ্গদ যুবরাজনা শ্রীরামগী য়াথং মতুং ইন্না লঙ্কাদা লাইবার লাকপা মতমদা হিংচাবা প্রহস্ত মন্ত্রিনা রাবন নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না অঙ্গদবু লঙ্কাগী য়থোংদা ওরুগা অঙ্গদগী মখুৎ খুজেং পাইনা দরবার তম্না চংমিন্নরকখি। পাঙ্গল চাং য়েংবগী খুৎপায়নি খংদুনা অঙ্গদনা লম্বী তংখাই য়ৌরকপদা মন্ত্রি প্রহস্তগী মখুৎ খুজেং অমুক মহাক্লা পায়রগে হায়দুনা প্রহস্ত খুজেং পায়রগা দরবার তম্না

চংশিন্নরকপা মতমদা অঙ্গদগী পুংপাই অচুম্বা কনমনখিবগী প্রচুত্তবা চৈনাখোল অচুবু খাংবা ওইনা তমদি যুবরাজ অঙ্গদগী পুংপাই অচুবুমু থরখিং কোমথোকখিনবা হায়তুনা প্রচুত্ত মন্ত্রিনা অঙ্গদ যুবরাজগী মকমদা নিংথৌ মচা মুপী চন্দ্রজীনীগী বারি লিখিবা. অমদি উত্তর কাণ্ডদা সীতা দেবীগী মচা কুশ লব অনিনা শ্রীরামগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল ফাহনা লান শোরুহনবগী মতাং বারি ওইনা লিনরিবা অমদি ইশৈ ওইনা শরুরিবা অসি মহাকবি বাল্মীকিনা ইরম্বা মহাকাব্য অসিদদি য়াওদে৹ উবা ফংদে। হাপচিনবা য়াবা মতাং উহনা, কল্পনা তৌবা হৈরবা ইবুঙেঙা ইবেম্মা অম্বিবশিংনা হাপচিল্লগা শৈশক হৈবা অমদি বারি লিবা হৈবা ইবুঙেঙা ইবেম্মশিং অমদি লাইগুরু ওইবা অহল লমনশিংনা৹ থম্মোই শোকপা শৈশক্তা শকপা, অমদি মরিক চুম্না বারি লিবদগী অচুম্বা অমা ওইনা খলহন-লৌহনখিবতনি। তশেংবদি নত্তে, কল্পনানি।

খা ভারতা লৈবা লাইরিক লাইশু হৈরবা ইবুঙেঙা ইবেম্মশিংনা মমা লোন্দা অমদি ইংগ্রেজীদা ইবা রামায়ণ অম্বাম্বদি কাণ্ড তরুক্রমক মপুং ফানা ইরগা তরেৎ শুবা কাণ্ডদি হায়রবদি উত্তর কাণ্ড অসিদি পন্দবা য়াদে হায়রবা মতাগুম্না মমি-শামি ওইনা ইরম-পল্লম্মী। ফাওরবা শ্রীচক্রবর্তী রাজা গোপাল চারীনা ইবা রামায়ণদদি উত্তর কাণ্ডগী শরুক অসি য়াওদি য়াওদে হায়রবু কাণ্ড অসিগী ফজবগী মরম থরদি অচুম পল্লম্মী। বাল্মীকি মুনিবু অমরোমদা থোইদোক্না থাগৎনা ইরবমু মাগী য়ানিংদবা মতমু অচুম থরদি পিরম্মী।

লঙ্কা লান লোইরবা মতুংদা শ্রীরাম্না সীতাবু খাই ময়ামগী মমাংদা মৈমুং চংহন্দুনা মাগী মরমচৎ শেংভি-শেংদে হায়রা থংনবা

চাহক্কে তৌখি। মসি শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙ্গোগী তৌকম থোকপা পুরাইদগী হেন্না কল্লবা মথৌ অমনি। অতুংদা চুম্নু ওইরবত্র লানবু ওইরবত্র লৈবাক প্রজাবা সীতাগী মরমদা চিংনরা অমদি খিনা থাজরকপা অদুনা শ্রীরামগী মরমচং মতৌদা অমদি মিংচত্তা অকাইবা অমদি শোরকপা মতৌ অদুবু থংহনা শ্রীরামা সীতাবু মশা নুংয়ে, রাম শংত্রে হায়বা থংবা থংনা অমত্তং মরমচং-মতৌদসু অশেং অশেংবীনী থংনা, বন্দা থাদোকখি। মসিসু নিংথৌ অমা ওইবগী মতমগী থোংলৈ মতুং ইন্না তৌকমথোকপা মথৌ অমনি হায়বদা কল্লিদি লানকম লৈরি? মসিনি রামরাজ্যগী কজবা হায়বসু। লৈবাক প্রজাগী মাইকনবতা থনবা অমদি অচুম্বগীদমক্তা মথক্কায় থাদোকে খনরা শ্রীরামচন্দ্রগী মপুন্সিনি।

তামিলগী অমদি হিন্দিগী কবি অথোইবা কম্বন অমদি তুলসী- দাস অনিনা সীতাবু লঙ্কা নিংথৌ রাবন্না পঞ্চবতী বন্দগী কাহ্নবা পুখিবগী মতাং অসিদা থোইদোক্না খেন্নবা, মথোই অনিতা নত্তনা, বাল্মীকি মহাকবিগসু খেন্নবা, ইবা ঐথোইনা উবা ফংজি। তামিলগী অথোইবা কবি অসিনা সীতাবু রাবন্না পঞ্চবতী বন্দগী কাহ্নবা পুখিবা মওং অসি, রাবন্না সীতানা লেপ্পুনা লৈরিবা মফম অদুগী লৈবাক অদু মাগী মপাঙ্গলতগী শক্তিনা ফুক্লগা, সীতা মশা শোক্তনা মাগী দোলাইদা থাজংলগা পুখিবনি, অসুম হায়না ইরম্মী। প্রেম ভক্তিতনা তাহ্নন পোল্লবা তামিল কবি অসিনা জগৎকী মমা ওইবী জানকী সীতা মাগী সতীত্ব অদুতবু থোইনা ফজনা লৈহন্নীংবদগী থুংই অসুম্না লৈহনা অমদি থৈহনা ইরম্বা ওইরমগনি থল্লি। থুংই অসিবু পান্না তৌনবসু অদুম মরৈরমগনি।

মতাং অসিদা হিন্দিগী মহাকবি অথোইবা তুলসীদাসনা অমুক অসুম্না ইরি, — লঙ্কা নিংথৌ রাবন্না পঞ্চবতী বন্দগী কাহ্নবা

পুখিবা সীতা অহু অশেংবা সীতা নত্তে ময়াগী সীতানি, লাম মতুংদা য়্যোং অমসুং হিংচাবশিংগী মমাংদা তৌখিবা মৈগী পরিক্ষা অহুদা মায়া সীতানা মাংগ্রগা অশেংবা সীতানা মৈনুংদগী থোরকপনি হায়না। মসিসু ফজবগী মথক্তা অমুকা হেন্না ফজহন্নিংতুনা খুৎই থৈনা ইরম্বনি হায়নিংঙি।

কবিশিং কয়ানা ইবা রামায়ণ মখল কয়া ঐখোইনা উবা ফংলম্মী। মখোইশিং অহুগী মরক্তা অদ্ভুত রামায়ণ, অধ্যাত্ম রামায়ণ অমদি রাবন রামায়ণ, অহুম অসিনা অথোইবনি।

অদ্ভুত রামায়ণ অসিগী অতোপ্পা মমিং অমনা অদ্ভুত উত্তর কাণ্ড হায়নসু কৌরম্মী। রামায়ণ অসি সর্গ ২৭তা মপুং ফানা ইরম্মী। হিংচাবা সুমালীগী মচানুপী নিকষা কোবিনা বিশ্রবা মুনিগী মফমদগী দশস্কন্ধ অমসুং সহস্রস্কন্ধ কৌবা মচানুপা অনি ফংজরম্মী। মচা অহল দশস্কন্ধ রাবন্না শ্রীরামচন্দ্রগী মখুত্তা অমদি অতোনবা মচা সহস্রস্কন্ধনা কালীগী মশক লৌরগা সীতানা লানফমদা হাংখিবগী ৱারিনা মপুং ওইনা ইরম্বা থেংনৈ। অসিদা নত্তবা, নিংথৌ অম্বরীষ অমদি অতৈ অতৈ অঙকপা ফংবা ৱারি কয়া অমসু য়াওরি।

অধ্যাত্ম রামায়ণদি মহামুনি বেদব্যাসনা ইরম্বনি। মসি ব্রহ্মাণ্ড পুরাণগী শরুক অমসু ওইনা লৈ। ৱারি ওইনা সদাশিবনা ইবেম্মা উমাদেবীগী মফমদা লিখিবনি। রামায়ণ অসিদা মপুং ওইনা রাজনীতিগী মরমদা ইবতা নত্তনা কর্ম্মকাণ্ডগী অমদি ভক্তি যোগগী মরমদসু শন্দোক্লা ইতুনা য়াওরি। শ্লোক মশিংদি বালকাণ্ডদা ৪৪৮, অযোধ্যা কাণ্ডদা ৭২৪, অরণ্য কাণ্ডদা ৫৯৪, কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ডদা ৫৩০, সুন্দর কাণ্ডদা ৩৫৪, যুদ্ধকাণ্ডদা ১১১৫,

অমদি উত্তর কাণ্ডদা ৬১১নি। অরোইবা কাণ্ড অসিগী মঙাগুবা সর্গ অতুদি "রাম গীতা" হায়না খংনৈ। শ্লোক ৬২তদা মপুং ফানা ইবা নিংথিজগ্রবা গীতা অমনি।

রাবন রামায়ণদি কাণ্ড তরুক্তদা ইবা রামায়ণনি। কাণ্ডশিং অতুদি উদ্ভব কাণ্ড, শোভন কাণ্ড, সন্তাপ কাণ্ড, মৈথিলী কাণ্ড, সংহার কাণ্ড অমদি মীমাংসা কাণ্ড অসিনচিংবা অসিনি। রামায়ণ অসিদদি জগৎ মাতা সীতা দেবী অসি লঙ্কা নিংথৌ রাবনগী মকোক থোংবী মহারানী মন্দোদরী ইবেম্মগী মচানুপীনি হায়না তশেংনা ইদুনা য়াওরি। অতৈ মতাং অয়াম্বদি অদ্ভুত রামায়ণগা ইমান মান্নবগুম তৌই। অম্বরীষ মহারাজগী মচানুপী ইবেম্মা শ্রীমতি কন্যাগী স্বয়ম্বরদা দেবর্ষি নারদ অমদি পর্ব্বত ঋষি অনিনা চোপ্পা নংবগী রারি, নারদ মুনিনা রুক্মিনী সত্যভামানচিংবী শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংগী মফমদা ইশৈ তম্বা অসিনচিংবা রারি কয়ানা মপুং ওইনা ইদুনা য়াওরি।

অমা অমবু ওইরবসু নৈননিংঙায়গী নৈননিংঙায় মশক্তা ওইরবা রামায়ণ মহাকাব্য অহানবা, নৈনা-নৈনরগসু থোইনা হেন্না নিংথিফজবা, কবি অহানবা মহামুনি বাল্মীকি কলমগী অহানবা লুনা নিংথিরবা ইচেল, পুক্লিং হুনা ফজবদা গুসি ফাওবা শিংথাবা ঙমদনা লৈরি। কাণ্ড তরুক্তি রাবেংদা শমলপ্পা "শ্রীরাম" হায়না মিংথোয়া ইরগা ইংশোক ১৯৭৭তা পুথোকচখি, মতম খরা লৈরগদি অরেৎপুবা উত্তর কাণ্ড অসি ইনিংবগী অকনবা চৈথেং অমা পুক্লিংদা ফাওরকখি। উত্তর কাণ্ড অসিবু নিংথিনা ইবা লাইরিক থিরকপদা, সংস্কৃত শ্লোক কোয়বা, অর্থনা বঙ্গলা লোন্দা হন্দোকপা, আর্য্যশাস্ত্র শ্রীশ্রী সীতারামদাস ওঙ্কারণাথগী থাগী ওইনা মতেক মক্তেক

কোংখিবা রামায়ণ অতুগী অপুনবা লাইরিক অমা ইংশোক ১৯৮৫দা ফংহনা নৈনবা হৌখি ।

সংস্কৃত অমদি বাঙ্গলা লোন অনি অসি নিংথিজনা তমহনা হৈহৌবা মীশক অমদি নত্তে অতুবু মণিপুর স্না লৈপাক অসিদা সংস্কৃত অমদি বাঙ্গলা লোন অনি অসিগী ইচেন্না ইথক ইপোম খরা খরা হৌনা চেল্লিঙৈ মতমগী ছাত্র মচা অমা ওইনা হৌজহৌবনা নিংথিজগ্রবা লোন অনি অসি মমি-শামি ওইনা, পাক্লবা সমুদ্র খোংবালগী লৈঙোই চোচ্রোবীবু লল্লবা খুজোক মচা অসিনা শোকখৎপদা লৈঙোই মরিক খরদং য়াওল্লকপা অতুগুম, ইমিত্তা উবা ফংজহৌই । অসিগী মথক্তা অখং —অহৈশিং কযাগা মতম চংনা নৈনজরবা মতুংদা উত্তর কাণ্ডগী শরুক অসি ইহুনা হান্নগী অবাৎপা শরুক অতু মেনশিনজবনি । খরা ইবা হৌরুববা মতুংদা অমুক শৈরেংদা ইনিংবা বাখল পোক্লক্তুনা খোইদোক্লা অরাবা অমস্থ ওইখি ' হন্না হন্না ই, হন্না হন্না ককথৎলি । অনিরক অক্তুমক ইবা ককথৎলা, ইরা ককথৎলা তৌরবা মতুংদা উত্তর কাণ্ডগী শরুক অসি শৈরেং লাইরিক ওইনা ইরগা খাই ময়ামগী মফমদা কৎচবনি ।

মহাও শুদবা, খোঙ্গোক চানৌ য়াদবা রারেং ফজদবা, অমদি শৈরেংনি হায়বদা মতিক চাদবা ওইরবস্থ শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙা মাগী মভিক মগুন্তবু শকচশোনজবিবনি খনবিহনা লাইরিক লাইশু হৈরবা ইবুঙেঙা ইসেস্মশিং বৈষ্ণব বৈষ্ণবীশিং, অমদি মৈতৈ সাহিত্যবু নৈনবিবিবা নহা-অহল ওইরবা ইবুঙেঙা ইবেম্মশিং পুন্নমক্লা শৈহৈজন্দ্রবা অপংবা ঐগী অশোইবহু ঙাকপিরগা, মহাক অসিনা অসি ফাওবদি হোৎনজবোইরে হায়বহু খনবিববদি খোইদোক্লা নুংঙায়বা ফংজবহু ওইজগে ।

অহল লমন ইম্না ইবেল অমদি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব বৈষ্ণবীশিং মফমদদি শৈরেং লাইরিক, উত্তর কাণ্ডগী শরুক অসি তাবদা নত্রগা পাবদা থোইদোক্না লাইগী ওইবা বারি লাইরিক্সি খনবিহুনা প্রেম খরমখৈদি পোকপিগনি হায়না খনজৈ, অহুগা লাইরিক লাইশু হৈরবা ইবুঙেঙা ইবেম্বশিংনা পাবা নত্রগা তাবা মতমদদি অশোইবা অমদি অরান-অহুইনা থম্না য়াওরম্বা শোইদনা থেংনবিগনি, অম্বু অহুম ওইনমক, মহাকাব্য অহুগী ফজবহু খনবিরগা মসিহু মহাকাব্য অহুগী শরুক মচা অপিশক অমনি খনবিহুনা ঙাইহাক পোথাবা ওইনা য়েংবিয়ু।

লোন অমদগী অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপা হায়বসি সার বার্টর স্কোটনা সনাদগী মিশি ওইখিবনি হায়না হায়রম্মী। হায়রিবসি মতাং অসিদদি অমুক্কা হেন্না পুমচুম চুম্বনি খনজৈ।

ইং শোক ১৯৮৮ দা উত্তর কাণ্ডগী শরুক অসি শৈরেংদা ইবা লোইখি, অহুবু অনা-অম্নেক খবা ইমুং মনুংদা মথং মথং লাকখিবদগী, থোইদোক্না ইশামক অনাবা অমগী মখা পোম্না মতম খরা লৈখিবদগী শৈরেং লাইরিক অসি ফোংদোকপা ঙমদনা লৈখি। চহি মঙারোম উপু মনুংদা তুমহুনা লৈরুরবা মতুংদা হায়বদি, ইং শোক ১৯৯৩ গী এপ্রিল থাদা হোৌদোক্নুনা পুরগা মরূপ মপাংশিং খরগা লোইননা ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চুদাচাঁন্দ প্রিন্টিং বার্কতা ছাপা নম্নবা ইবুঙেঙা শ্রীবাসুদেবগী মফমদা শিন্নজরুই ইবুঙেঙা শর্ম্মানা হবাও হন্নাও য়াবিহুনা এপ্রিলগী তাং ২৫, অক্ষয় তৃতীয়া নুমিত্তা শৈরেং লাইরিক অসি ছাপা নম্বা হৌবিখি।

লাইরিক অসি নম্বগী প্রুফ লৌবা অমদি মশক থোক্নবা হোৎনবগী অরাবা পোৎলুম অহু ইবুঙেঙা শ্রীবাসুদেব শর্ম্মানা, অতৈ

অতৈ মীগী অরুবা থবকশিং করাবু থাদোক্লগা, লৌবিখি। মহৌশা ইং শোক ১৯৫২–৫৩ গী মতমদা ঐনা, শ্রীখগেন্দ্রশেম ওঝা ইবেমনি, ৺শ্রীয়াংমাসো মৈস্নাং অমসুং শ্রীরাজকুমার মাইপাকমা মখোই লুচিংবা অহুমগী মথাদা লৈরগা, ইদিতমা অমা ওইনা "মাদর মনিপুর" কৌবা নিতিগী ফোংবা পাও চে অমা ফোংখি। অহানবদা তখেল লৈকাইদা লৈবা ইয়াম্বা মৈতৈ অহল বকুলগী প্রেসতা 'মাদর মনিপুর' অসি ফোংডি। মতুং থা অনি লৈরগা ইবুঙো শর্ম্মাগী প্রেস আসিদা অমুক হোংলক্তুনা ফোংডি। মতম অদুদা পুকচেল চাউরবা ইবুঙো অসিনা মশাগী মখো কয়া হুন্দোক্লগা, থকর অদু নিংথিনা পুথোকপা ঙম্বা হায়রদুনা, মাগী থরাই হকচাং য়াওনা হোৎনরিবদা নত্তনা পাও চে অসিগী অনম্মল ফাওবা অয়াম্বা লৌবিখিদে। মতম অদুদগী হৌনা ইবুঙো মাগী লমন তোন্দুনা লাক্রবনি। করিনা লমন শিংগনি। স্নানা লুপানদি শোকউ-গৌকবা ঙম্মরোই। তায়বং শেম্বা মপু ইবুঙো মানা ইনাও ইবুঙো শর্ম্মাগী মফমদা নুংঙাই-য়াইফবা অমদি পুক্নি নুংশাংবা পিবিররুবা হন্না হন্না থম্মোই শেংনা নিংজরি।

খুৎই লাইরিক অসিদা থেংনবিবা অরান-অহুইশিং পুম্নমক অদুদি তোল্লবা, পাংজত্রবা ঐগীনি। করিগুম্বদা থেংনবিবা রাহৈ রাতাশিং ফজবা অমদি নিংথিজবশিং অদুনা ইবুঙো বাসুদেব মাগীনি।

শৈবেং লাইরিক অসি ইরকপা মতমদা মরূপ মপাং, শাগৈ-নাতৈ অমদি ঙাইশেল কয়াগী মফমদগী পাওতাক মতেংসু ফংজখি। মখোইশিং অদুগী মনুংদা শ্রীওইনাম ইবোচৌ সিং এসোসিয়েৎ

প্রফেসার মণিপুর ইউনিভর্সিটি, অমস্তুং শ্রীবাহেংবম গোবিন্দলাল জনি অসিনা খোইদোক্না মরু ওইবনি। অতৈ অতৈ মরুপ মপাং কয়া অমস্তু লৈখি, মখোইশিং অদুগী লমনস্তু পুন্সি অসিমগী তোন্দুনা লৈরগদবনি।

পুন্সিগী মুংথিল মুমিদাং বাইরমগী তেল্লবা অমদি নোংলৈ-মুংশিংনা থল্লবা মতম অসিদা বাহৈনদি ফোংদোকপা ঙমদবা মঙাল অমা ইবুঙেঙা নংনা ননাইদা পিবিরক্লিবা অসি, ননাগী অরোইবা মিংকুপ অদু ফাওবতাদি লেংদনা লৈহনবিয়ু। মঙাল অসিগা লোইননা সংসার ইপাক অসি লাঙ্থোকচখিগে। মদুতা পিনবিয় জগংকী মপু।

ইম্ফাল

তাং ৩০ | ১ | ১৩ ইং

শ্রীবাহেংবম প্রহ্লাদ সিং

বাহেংবম লৈকাই,

ইম্ফাল।

হরি ওঁ-তৎ-সৎ ॥

শ্রীগনেশায় নমঃ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১বা সর্গঃ

( শ্রীরামচন্দ্রগী মফমদা মহর্ষিময়াম লাক্কুনা লঙ্কা লান ওয়কপগী মরমদা য়ামবু থাগৎপা। অমসুং ঋষিশিং মফমদা শ্রীরামগী য়াহংশিং )

লান্দা হিংচাবা পুম্নমক, মহামুনি স্বস্ত্যাত্রেয়,
তুম্না হাত্তুনা শ্রীরামনা, ভগবান নমুচি, অত্রি,
নিংথৌ খুভম অমুক হন্না, প্রমুচি, ঋষি অগস্ত্য,
ফংলবা মতুং অসিদা, সুমুখ, বিমুখ মুনি,
নোংমা অযোধ্যা কোন্নুংদা, মথা লমদমগী মুনিশিং,
মহর্ষি ময়াম পুম্নমক, পুম্নমক অমতা ওইনা,
লাকখি অমতা ওইনদি, থুংলরে সনথোংদদি।
থাগৎকে হায়না শ্রীরামদি। নৃষঙ্গু, কবষ, ধৌম্য,
মুনিশিং নোংপোক লমদমগী, কৌশেয় মহর্ষিশিংনা,
কৌশিক, যবক্রীব, গার্গ্য, লোইননা শিষ্যশিংগদি,
মেধাতিথি মচা কণ্ব, মৌরকখি নিংথৌ সনথোং।
গালবনচিংবা পুম্নমক, ঋষি পুম্নমক অসিদি,
মৌরকখি সনথোংদদি। নোংচুপ লমদমগী মক্কুনি।

অরাং মায়কৈ লমদমদদি,
লেংদনা লৈবা ঋষিশিং*
বশিষ্ঠ, কশ্যপ, অত্রি,
বিশ্বামিত্র, জমদগ্নি,
গৌতম অমসুং ভরদ্বাজ,
তরেৎ অসিসু মহর্ষি,
থুংলরে অযোধ্যাদদি।
হায়রিবা ঋষি পুম্নমক
ঙানবনি মৈগুম্বা তেজনা,
বেদ, শিক্ষা, কল্প, ব্যাকরণ,
নিরুক্ত অমসুং জ্যোতিষ,
জ্ঞানদি তরুকমক অসিগী,
ফজনা নিয়ম চুম্নদি,
তমদুনা হৈগ্রবা ঙাক্পি।
থম্মোই ৱাংলবা ঋষিশিং,
মথোই পুম্নমক অসিনা,
সনথোংদা শ্রীরামগীদি,
লৈখি লেপ্পা মতম খরা,
থোরকপা ঙাইনা থোংশংবা।
অচুম্বা মশক ওইরবা,
অগস্ত্য মহামুনিনা,
হায়রকই থোংশংবা স্নেংনা,
পাও পিরু শ্রীরাম মকমদা,
লাকপগী ঐখোই ময়াম্না।
ঋষি ঐখোই পুম্নমক্না,
হাকথেংননা শ্রীরাম মক্না,
হঙ্গৎলু উম্নবা পাম্মি।
ফংবদা মুনিগী য়াথং,
খুদক্তা চেনখি থোংশংবা,
সভা তম্মদি শ্রীরামগী।
মীতেক-মীরৌ খংজরবা,
হৌন-লোনচংনা তিল্লবা,
মালেমগুম মবুক তপলবা,
থোংশংবা ঙাক্লি শ্রীরামগী।
ইংনা ফজবা থাজনা,
ইকাইনবা মশক ওইবা,
শ্রীরামগী মাইথোং উবদা,
মখুঙ লৈতানা থোংশংবা,
হঙ্গৎচখি মখুৎ লোম্না,
ঋষি অখোইবা অগস্ত্য,

* বশিষ্ঠ মুনি মশা অমনা অযোধ্যাদা অমসুং অতোপ্পা মশা অমা সপ্ত মণ্ডলদা লেংদনা লৈবনি। অনিশুবা মশা হায়বদি সপ্তর্ষি মণ্ডলদা লৈবা বশিষ্ঠনা অযোধ্যাদা লাকপগী বাকয় অহুম্ মতাং অসিদা পনবনি বংনগনি।

লোইননা অতৈ ঋষিশিং,
লাক্লি ইবুঙেঙা উনবা।

অয়ুক অঙনবা নুমিৎনা,
লংনা ফজবা অত্থুগুম
নিংথিরবা রামচন্দ্রনা,
অথোইবা মুনি ময়াম্না,
পাও ফংবদা লাক্লে হায়রবা,
হায়রকই তপ্প তপ্পদি,
য়েংতুনা থোংশংবশিংদি,
চৎলু নখোই থিন্থদনা,
লাক্লিবা মুনি পুম্নমক,
তৌহন্দনা চিংনহনবা,
পোকহন্দনা নুংঙাইতবা,
পুশিল্লকউ রাজ সভাদা।

য়াথং ফংবদা শ্রীরামগী,
চেনখিত্তুনা থোংশংবশিং,
পুশিনজরকখি মুনিশিং।

লাকপা উবদা মুনিশিং,
হৌগত্তুনা শ্রীরামচন্দ্র,
ঙাইনা লৈজখি খুৎলোম্না।

য়ৌরক্লবদা রাজ সভা,
পাদ্য অমসুং অর্ঘ্যনা,
তৌজখি পূজা নিংথিনা।
মমাংদা পূজা তৌত্রিঙৈ,

মুনি খুদিংমক মফমদা,
কৎচখি যনবী অমমম।

শ্রীরামচন্দ্র ইবুংঙেঙানা,
খুরমজবগা নোম্লুক্না,
মফমদা মুনি ময়ামগী,
তৌজখি থৌরাং খুদাশিং,
লেংশিন্নবা মুনি ময়াম।

খুদা খুদিংমক অত্থুদি,
থোইদোক্না চাউনা নিংথিবা,
সনানা মবক হৎপনি,
মথক্তা ফমফম খুদিংগী,
শক্তি মউম্না য়োম্নবা,
ফিদা অমমম কুশগী,
লৈবি নিংথি শম্জোক্লদি।

মাগী মাগী মগুণ য়েংনা,
ঋষি পুম্নমক অত্থুনা,
ফম্লখি মথং মথংদি।

মতুং অসিদা শ্রীরামনা,
হংজখি পাওদি নুংঙাইবা,
মফমদা মহামুনিশিং।

বেদ খংলবা ঋষিশিংনা,
পিরকই নিংথি পাওখুমদি,
মফমদা শ্রীরামচন্দ্রগী,
পাম্বোম চাউরবা হে নিংথৌ!

য়াইফরি ঐখোই পুন্নমক।
লাইবক ফবনা ঐখোইগী,
উবা ফংজরে ঙসিদি,
ইবুঙেঙা নহাক অসিবু,
থোইনা হেন্না ফজনদি।
জগৎনা মিপাইনরবা,
লাই ফাত্তবনা তুজুংলবা,
ফত্রবা রাবন্ন হিংচাবা,
মাংহনবিথ্রে ইবুঙেঙানা,
লাইবক ফবনি থোইদোক্লা।
নফমদদি ইবুঙেঙাগী,
রাবন মাগী মচা-মশু,
শাগৈ-নাতৈ পুন্নমকসি,
পোৎলুম নত্তে থোইনা লুম্বা।
পাইরগা লিরুং অমতং,
জয় তৌবদি মরোল অহুম,
লুবা নত্তে থোইদোক্রদি,
চিংনফম থোক্কে মসিদা।
ইবুঙেঙা নহাক অসিনা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবনবু,
জগৎ অৱাবা কোক্লবা,
মুথৎপিথ্রে মাগী মমিং,
মশক্কি থোইনা মুংঙাইবা।
মাই পাক্লবা ইবুঙেঙাবু,
শেংলবী সীতা লোইননা,

উজবা ফংবা অসিদি,
লাইবক ফবনি ঐখোইগী।
ধর্ম্মগী মশক ইবুঙেঙা!
মতম পুন্নমক অহুদা,
নংগী মঙ্গলতা খনজবা,
ননাওশিং ভরত, শত্রুঘ্ন,
থোইদোক্লা কল্লবা লক্ষ্মন,
নমা ইবেম্মা কৌশল্যা,
কৈকয়ী, সুমিত্রা রানী,
লোইননা পুন্নমকসিগা,
উবা ফংজরে ঐখোইনা,
কয়াদা লাইবক ফথ্রবা,
নুংগিংনো ঙসি ঐখোইগী।
প্রহস্ত, বিকট, বিরূপাক্ষ,
মহোদর, দুর্দ্ধর্ষ, অকম্পন,
হিংচাবা পুন্নমক অসি,
তুমথ্রে ইবুঙেঙা নখুত্তা,
লাইবক ফবনি থোইদোক্লা,
কনাগুম্বা অমতগা,
মশা-মন্ত-রাং-চাউবদা,
নোই-পেম্মা কনবা থৌবদা,
মগা মানবা লৈত্রবা,
কুম্ভকর্ণ হিংচাববু,
অকনবা লানফম ময়াইদা,

লৌখ্রে মথরাই ইবুঙেঙানা.
লাইবক ফবনি ঐখোইগী।
অসি নত্তবা হিংচাবা,
ত্রিশরা, অতিকায়,
দেবান্তক, নরান্তক পুম্বা,
শিখ্রে ইবুঙেঙা নখুত্তা,
তম্নকপনা মরাইবক্তা।

হেক উবদা কিবা পোকপা,
কুম্ভকর্ণ মাগী মচা
কুম্ভ অমসুং নিকুম্ভ,
হিংচাবা অনি অসিসু,
মরাইবক ফবা মরম্না,
মাংখি মথরাই মথং মথং,
নখুত্তা ইবুঙেঙা নংগী।

যমগুম্বা প্রলয় মতমগী,
অকিবা শক্তম পুরিবা,
ইচং থৌবা, পাঙ্গল ফবা,
লানফমদা মথোই কারবা,
যজ্ঞকোপ কৌবা হিংচাবা,
লোইননদি ধূম্রাক্ষগা,
মাংহনখি ইবুঙেঙা নংনা,
অকনবা লানফম ময়াইদা।

মথোই পুম্নমক অসিদি.
খং-হৈবদা লানগী খুৎলাই,
মপা লৈত্রবা ঙাক্তনি,
তাবদা মথোইগী মমিং,
কিনশ্রবনি জগৎনা।

লাই ফাওবনা লান উমদ্রবা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্দি,
লানফমতুদা মাইয়োক্নবা,
হাৎপিখ্রে ইবুঙেঙা নংনা,
মসিদগী হেন্না ফবা
লৈরম্লোই অতোপ্পা অমা,
লাইবক ফবনি থোইদোক্পা।

লানফমনুংদা রাবন মাবু,
মাইথিবা পিবা নহাক্না,
করি লৈ অহেনবা অমা।
অচুবু মচা ইন্দ্রজিৎ,
নাইতোম লানফমদা লক্ষমন্না,
হাৎপা ঙমখিবা অসিদি,
থোইদোক হেন্দোকপা অমনি।
হে রঘুমনি রামচন্দ্র।
মাংবা লৈত্রবা মতমগুম,
লান্তা তৌহনা লৈরবা
লাই পুম্নমক্তী য়েক্লবা,
হিংচাবশিং মখুত্তগী,
নাম্থোক্তুনা ইবুঙেঙানা,
মাংহনখি মথোইহুম তুম্না,

লাইবক কবাদি মাসত্র ।
পাওদি ইন্দ্রজিৎ হাৎপগী,
তাবদা ঋষি ঐখোইনা৹
পোকখি খোইদোক্লা মুংঙাইবা,
থাগৎখি ইবুঙেঙা নংবু ।
ইন্দ্রজিৎ হায়বা অসিদি,
লানকম মন্নুংদা মায়াগী,
লৈতবনি লানবা মাগী৹
ওইবনি যম পুম্নমকী ।
তাবদা ইন্দ্রজিৎ তুশ্রে৹
ঙক্লখি ঐখোই পুম্নমক ।
রঘু শাগৈগী অথোইবা !
হিংচাবা মখোই পুম্নমক
ওইনিং ওইনিংবা মওংদা৹
ওনবা ঙম্বদি ঙাক্তনি ।
মখোই পুম্নমক অসিবু৹
লাইবক ফবনা নহাক্লা,
হাৎহৌবা ঙম্বা অসিনি ।
ইবুঙেঙা শ্রীরাম নহাক্লা,
অকিবদি তাইবংপানগী৹
কোকহনবিবতা নত্তনা৹
শাগৈ অসিন্থ কাকুস্থ.
চাউথৎহল্লে মিংচৎ ফংনা ।
থম্মোই শেংবা মুনিশিংগী,
তাবদা ঋষিহে নিংথিবা৹

অঙকপদি পোকখি শ্রীরাম ।
মথুং অনিদি লোমনা,
মাং-তুং পুম্নমক থংলবা,
মহামুনিশিং মকমদা.
হংজখি শ্রীরামচন্দ্রনা,
রাবন কুম্ভকর্ণ হায়বা৹
মিংচৎ চাউরবা হিংচাবা,
হুন্দোক্লগা মখোই অনি৹
থাগৎপিবগে করিগী,
ইন্দ্রজিত্তবু ময়াম্না ?
মহোদর, বিরূপাক্ষ৹
প্রহস্ত৹ মত্ত৹ উন্মত্ত,
লৈরি দুর্দ্ধর্ষ নাচিংবা ;
খোইদোক্লা কন-থোবা৹
দেবান্তক নরান্তক অনি,
হুন্দোক্লগা পুম্নমকসি.
তাকপিয়ু মরম করিগী,
ইন্দ্রজিৎ মাত থাগৎপা !
অতিকায়, ত্রিশরা,
ধূম্রাক্ষ হিংচাবশিংদি,
খোইনবু কনবা ঙাক্তনি৹
মখোই পুম্নমক অসিদি,
হুন্দোক্লগা মহামুনি৹
মগুন্তবু রাবন মচা৹
থাগৎপিবগে করিগী ?

ইন্দ্রজিৎ মাগী পাল্লনা,
করি মরমদি লৈবনা,
রাবন মক্তগী হেনখিবা ?
মগুণ লৈবদি ওইখিবা ?
মরম অসিবু ননাইনা,
ওইরবদি খংবা য়াবা,
খংহনবিয়ু তাকপিতুনা ।
ওইরবস্থ খোইনা লুবা,
নত্রগা অকাইবা ঐগী,
ওইরবস্থ য়ারিতুনা,
খনজররোই করিমতা,
মসিনা ঐগী নোল্লুকপা,
য়াশক্কি খংবিয়ু ময়াম ।
ইন্দ্রজিৎ রাবন মচানা,

মতৌ করম্না ইন্দ্ররাজ,
মাইথিবা পিথিবা লাম্না ?
করম্বা বর কংথিবনা,
হেনখিবনো শক্তি লৈবা,
মপা নিংথৌ রাবন্দগী ।
করম করম্বা লানকমদা,
ইন্দ্রজিৎ মানা হেনখিদা ?
মতৌ করম্না ইন্দ্রনা,
ফংখিবনো মাইথিবদি ?
করম্বা লাই মফমদগী,
ফংখিবগে করম্বা বর ?
হংজরিবা পূম্নমকসি,
তাকপিয়ু মরিক চুম্নদি,
কোকহনবিয়ু অমম্বসি ।

মতাং অসিদা উত্তরকাণ্ডগী অহানবা সর্গঃ লোইরে ।

## শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ২শুবা সর্গঃ

(অগস্ত্য মূণিনা পুলস্ত্যগী মগুণ পাগৎপা, মহাক্কী তপস্যাগী মহৈনা বিশ্রবা পোকপা।)—

রঘু শাগৈগী অথোইবা,
শ্রীরামগী রাহৈ তাবদা,
চফুদা মিতমকম ওইবা,
তেজ পুম্নমক্কী তুংনফম,
মহামুনি অগস্ত্যনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা।
থোজালগী মপু ইবুঙেঙা।
ইন্দ্রজিৎ কৌবা মহাক্না,
খ্বাইমক্কগী হেনবা মরম,
মাগী শক্তি অদ্ভুতনা,
য়েক্লবা পুম্বা মাংহনবা,
হায়জগে তাবিয়ু মুম্না।
মরম পুম্নমক খংনবা,
ইহান হানবদা ঐহাক্না,
হৌয়ককমদি রাবন মাগী,

হায়জরকে ইবুঙেঙাদা।
থাইনা সত্যযুগ তাজিন্দা,
প্রজাপতি ব্রহ্মামক্কী,
মতিক মগুণ চংখোল্লবা,
পোকখি মচানুপা অমা,
খংনখি পুলস্ত্য হায়না,
লৈখি মগুণশু মপাগুম।
মাগী মগুণগী মরমদা,
কানদে থোইনা হায়বগী,
মহাক মপাগী মচানি,
লৈতে থেম্নবা অনিসি।
মহাক্না জ্ঞানদি লৈবগা,
ব্রহ্মাগী মচা ওইবগা,
লাইদি মম্নাম পুম্নমক্না,
তৌখি ন্দনা থোইদোক্লদি,

ওইখি মাদি থাজনফম ।

নোংমা সুমিত্রা পুলস্ত্য,
খল্লহনা লাইদি নিংগে,
মেরু চীংগীদি মনাক্তা,
আশ্রমদা তৃণবিন্দুগী,
চংখিহনা মফমহৌদা,
লৈজখি মপুক্লিং ইংনা ।

ধর্মগী মশক ওইরবা,
পুলস্ত্য কৌবা অথোইবা,
লাকশিন্না ইন্দ্রি পুন্নমক,
খিহনা বেদ মন্ত্রশিং,
লৈজখি তপস্যা তৌনা ।

কন্যা খরা মতমসিদা,
লাক্লনা আশ্রম মনাক্তা,
থোইদোক্লা হরাও তয়ান্না,
শানরবা মতৌসিনা,
তপস্যাদি পুলস্ত্যগী,
থোকখি অকাইবা পিবগুম ।

ঋষি কন্যা, সর্পকন্যা,
রাজর্ষি কন্যা পুন্নমক,
থোইদোক্লা জগোই শাবীশিং,
মখোই মমাশ্মক অসিনা,
জগোই শানা ইশৈ শক্লা,
শানরখি আশ্রমনুংদা ।

ঋতু পুন্নমকী ওইনা,
পুক্লিং হুনা লিংখিজবা,
উরি বাক্লিশিং আশ্রমগী,
য়েংখি য়েংখিবা মাইকৈদা,
অপেনবা কৌবা লৈতবা,
মিৎকম হোংবদি ওমদবা,
উবদা পুন্নমক অসি,
মিহৌখিবনা কন্যাশিং,
লাক্লনা নুমিৎ খুদিংগী,
শানরৈ হরাও তয়ান্না ।

আশ্রমদি মুনিনা লৈবা,
মফম অসিনা থোইদোক্লা,
শুপ্রহৎলি পুক্লিংদি হুনা ।

কন্যা পুন্নমক অহনা,
পামজবনা মফমসিতা,
লাক্লনা নুমিৎ খুদিংগী,
ইশৈ শক্লা জগোই শানা,
নোক-খেনা, হরাও-তয়ান্না,
যন্ত্রগী খোনজেল লোইননা,
নিল্লকপা মতৌ অহৌদা,
অকাইবা পিখি মাগী ধ্যান ।

লাক্লবদা অকাইবসি,
পুলস্ত্য কৌবা অথোইবা,
অশাওবনা মাংওইননা,
তৌরকখি অকনবা মীচৈ,

"মতুং অসিদা কনাগুম্বী,
শ্রেগী মিংথেংদা লৈরম্বা,
অত্থুগুম্বী কন্যা অত্থু,
তম্নসম্ন হৈরাং মমি" ।

মুনিগী মীচৈ তাবদা,
মিপাইদি চাউবী কন্যাশিং,
কিখিবদগী মফমত্থু,
চংনখিদে কনামতা ।

খোঁদোক, অত্থ থোকখিবদি,
কন্যাদি তৃণবিন্দুগী,
ঙমজখিদে থংজবদি ।

মতুংগী নুমিৎ অত্থুদা,
শানখি অকিবা লৈতা,
চংত্থুনা আশ্রম মন্নুংদা ।

কনা অমতা মতাশিং,
উবা ফংখিদে লাকপদি ।

মতম অসিদা পুলস্ত্য,
মপুক্কিং লুপ্না বেদদা,
ধ্যানদি তৌরি মন্ত্র শোম্না ।

মতম অসিদা কন্যাদি,
তৃণবিন্দু রাজর্ষিগী,
তাবা ফংখি বেদ ধ্বনী,
উবা ফংখি মহামুনি,
লৈরম্বত্থু মমাংদদি ।

মুনি উরবা খুদক্তা,
খাষ্ট লাওখি কন্যা মশাদা,
মতু চুংখি শকফম ওনখি,
কাংলকখি খোইখা মিহুন্দি ।

অকাইবা মওং মশাগী,
খংলকপা মতম অসিদা,
মপুক্কিং ঋানা তনিক্লা,
লাকখি আশ্রমদা মপাগী,
লেপচখি কিনা মমাংদা ।

কাইরকপা ফিভম মমোমগী,
উবদা তৃণন্দিুবনা,
হায়রকই মমোমদি য়েংনা,
কাইরকপা ফিভম ইমোমগী,
করম্না ওইখি ইবেম্মা ?
হৌনবা নত্তে মসিদি ।

মপুক্কিংদি ঋাজরবী,
রাজর্ষি মচা ইবেম্মা,
হায়জরকই মপা য়েংনা,
ইপা ইবুঙেঙা রাজর্ষি,
ওল্লকখিবা মতৌ অসি,
খংজবা ঙমত্রে নমোম্না,
লাকচখিবনি খুদক্তা ।

ঙাইহাক মতমগী মমাংদা,
আশ্রম মন্নুংদা পুলস্ত্য,
খিগে হায়ত্থুনা ইতাশিং,
চংজরুই ননাই ঐহাক্না ।

থেংনদ্রবদা ইত্তাশিং,
অঙকপা মতৌ অমনি
উবদা পুলস্ত্য মুনি,
ফিভমদি ওন্নতৈনবা,
লাকচখি মশা মতোমতা।

পোক্ত্না অকিবা অমা,
চেল্লকপনি পম্বৌ নাক্তা।
তাবদা মমোমগী বাদি,
তপস্যা শক্তি ফংলবা,
তৃণবিন্দু রাজর্ষিনা
য়েংলকপদা ধ্যান্ তৌত্তুনদি,
খংবা ঙমখি পুলস্ত্য শাপ।

খংলবদা ঋষি শাপনি,
রাজর্ষি তৃণবিন্দুনা,
চংখি মহর্ষি আশ্রমদা,
লোইননা মচা নুপিগা,
হায়জখি নৈশি-নৈথোন্না,
মফমদা পুলস্ত্য ঋষি।

হে মহামুনি অথোইবা!
মবুক শেংলবী কন্যাসি,
ইচা নুপিনি ঐগীদি,
লৌবিয়ু ভিক্ষা অমগুম,
কংচরবনি ঋষিদা।
তপস্যাদা কোমথোকপনা,
উজরে পুক্নিং লাংবদি,
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
ইচানুপি অসি ঐগী,
থবক খুদিংদা ঋষিগী,
কানগনি, খুংলোইগনি,
চিংনবিগনু নপুক্নিং।

রাজর্ষি তৃণবিন্দুগী,
নিংথিবা রাঙাং তাবদা,
পুলস্ত্য মহামুনিনা,
লৌরগে থনখি কন্যাদি,
হায়রকই, "ঐনা য়াজরে"।

রাজর্ষি তৃনবিন্দুনা,
হরাওনা মতুং অসিদা
হনখি মাগী আশ্রম তম্না,
কংলম্নগা মচা নুপি।

রাজর্ষি মচা নুপিনা,
লৈহনা মুনি আশ্রমদা,
পেলহনখি মহামুনিবু,
থোইদোক্না মাগী সেবানা।
উবদা মরমচং-মতৌ,
মচা-নুপিদি রাজর্ষি,
থোইদোক্না পেনখি পুলস্ত্য,
হায়রকই থোইনা চানবিনা।
নিংথিবী রাজর্ষি মমোম,

নয়মচং-নতৌ ফজবা,
উবদা পেল্লে ঐহাক্না,
ওসিদি নংগী নফমদা,
পিয়গে নিংথিবা নচা।
নচাসি পোক্লকদবা,
শাগৈদি মপা মমাগী,
চাউখৎহনবতা নত্তনা,
'পৌলস্ত্য' হায়না কৌহনা,
শিংথানরনি জগত্তা।
বেদদা পুক্নিং চংলিঙৈ,
লাকখি নহাকস্থ ইনাক্পা।
নপুক্নিং চংনা নহাক্না,
তাজখিবনা বেদদি,
পোক্লকদবা নচাসি।

কৌনরবনি 'বিশ্রবা'।
জগত্তা কাওগনি মহাকস্থ।
মুনিগী রাওাং তাবদা,
হয়াওখি রাজর্ষি মমোম।
নিংথিবা খেনকম অমদা,
পোকখি মচানুপা অমা,
থংনখি 'বিশ্রবা' হায়না।

বেদ হৈবা, ব্রত কনবা,
জীব পুন্নমক মফমদা,
চপ মানবা মিংল্লেং থম্না,
ধর্ম্ম শাস্ত্র মুন্না খংবা,
তপস্যাদা মপাঙম্না,
অঙাংনি বিশ্রবা মাস্থ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী অনিশুবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## 'উত্তরকাণ্ড"

### অহুমশুবা সর্গঃ

( বিশ্রবা মুনিনা বৈশ্রবন ( কুবের ) পোকপা, মাগী তপস্যানা লঙ্কা লৈবাক ফংবা । )

মতম খরগী মতুংদা,
বিশ্রবা কৌবা ইবুঙেঙ্গা,
তপস্যাদা মপাগুন্না,
লৈজখি মপুক্লিং চংনা ।
বেদগী ব্রাখনতা তৌবা,
মপুক্লিং লাকশিনবা ঙম্বা,
মন্থং-মপাল পুমশেং শেংবা,
খোইদাবা পোংশক লৈতবা,
ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক্তা,
মহাক্তি মপুক্লিং দুম্না ।
মহামুনি ভরদ্বাজনা,
নিংথিবা গুণনা তিনবনি ;
থংলহুনা বিশ্রবাদি,
লাইরেম্বীগুম নিংথিরবী,

মচান্নুপিদি চংখোনবী,
পিখি বিশ্রবা মফমদা;
ওইনবা মাগী তালোইদি ।
ধর্ম্ম মশক্তি থংলবা,
বিশ্রবা কৌবা মুনিনা,
মপুক্লিং খোইনা হয়াওনা,
মচা নুপিদি ভরদ্বাজগী,
লৌখি মাগী তালোই ওইনা
জ্যোতিষ শাস্ত্র থংবনা,
অফবা খেনফম য়েংহনা,
অফবা অঙাং কংনবা,
লৈমিন্নখি নুংশিননা ।
পুংফম-খেনফম অফবদা,
গুণ-পুম্নমক্তা তিল্লবা,

নিংথিবা মচা অমদি,
পোকচখি ঋষি কন্যাদা ।
পোক্লকপা অঙাং অসিগী,
পুংক্ষম অক্ষবা উবদা,
পেনজখি থোইদোক হেন্দোক্লা,
মবুধৌ ওইবা পুলস্ত্য ।

অঙাং অসিনা সংসারগী,
অক্ষবা তৌনি হায়বসি,
উবদি ক্ষংখি মহর্ষি ।

থোইদোক্লা মরল লৈবস্থ,
খংখি ওইগনি হায়বস্থ ।

মরমসিনা মবুধৌনা,
তানহুনা দেবর্ষিশিং,
থোনবিখি মশুগী মমিং ।

মপাগুম মগুণ লৈবনা,
থোনবিখি মমিং বৈশ্রবণ ।
থোল্লিবা মমিং অসিনা,
ওইরসনু অক্ষাওবদি,
মরোল অহুম্মক অসিদা ।

চাকথৎপগুম যজ্ঞ মৈনা,
অপিকপা অঙাং অসিনা,
তপোবনগী মনুংসিদা,
চাউরকখি নোংমা নোংমদি,
হেনগৎলকখি ফজবদি ।

তপোবন্দা লৈনা লৈনা,
ফংলবদা জ্ঞানগী মঙাল,
থনজখি অঙাং বৈশ্রবনা,
খ্বাইদগী অথোইবা লম্বী,
ধর্ম্ম মাতগী ওইবন্থু,
চংকে হায়না মপুক্লিংদা ।

খন্দুনা মতৌ অস্থয়া,
অচিকপা বনগী মনুংদা,
তৌখি অকনবা তপস্যা,
নিয়ম চুম্না চহি লিশিং ।

চহি লিশিং লিশিং খুদিং,
হেক হেক ফারকপদা মপুং,
অনৌ অনৌবা নিয়মদা,
ঈশিং থক্লা, মুংশিং য়োংনা,
অমুক্লা মুকচা চাদনা,
লৈজখি ঈশ্বর নিংহুনা ।
চহি লিশিং খুদিংমক্লা,
লৌহুনা চহি অমমম
তৌখি অকনবা তপস্যা ।

মাগী লাইনিংদা পেল্লবা,
লাইগী লাই ওইবা ব্রহ্মানা,
লোইননা ইন্দ্রন চিংবা,
লাকখি মাগী লাইনিংফমদা,
হায়রকই বৈশ্রবণ হেংনা,—

ইবুঙ্গো হে লাইমিং চেৎপা।
ঐ পেল্লে নংগী লাইনিংদা,
মঙ্গল ওইজরো নহাক্তি।
মতিক চারে বর ফংবগী,
নিজরো অপাম্বা বরদি।
মবুধৌ থৌজাল ফংবদা,
থোইনা হরাওনা বৈশ্রবন,
হায়জরকই মথুৎ লোন্না।
লোক পুম্নমক ঙাকচবদি,
ননাই ঐগী নিংজবনি,
মরম অসিনা ইবুঙ্গো,
পিনবিয়ু ফমদি 'লোকপাল'।
তাবদা বৈশ্রবণ মরা,
পেনখি থোইদোক্লদি ব্রহ্মা,
হরাওখি লাইয়াম পুম্নমক।
ফংজরো লোকপাল' ফম অদু,
অসুম্না হায়খি ব্রহ্মানা।
মরিগুবা লোকপাল ফমদি,
শেম্বা তারে ওসিদগী।
যম, ইন্দ্র অমসুং বরুণ,
পিগ্রে মথোইদা লোকপাল ফম,
নংনা ওইরো মরিগুবা,
ওইজরো নং লন মপুসু।
হৃমিংকা শক্তি মানবা
দোলাই অপাইবী পুষ্পকো,
ফংজরো নংগী ওইন্নদি.
পুম্নমকসিগী মথক্তা,
ফংজরো লাইগী শুভমন্ত্র,
ওইরসনু নংগী মঙ্গল।
অসুম্না বর পিরম্নপা,
ব্রহ্মাদি বিধাতা কৌবা,
হনখি লাইয়ামশিং লোয়ননা
ব্রহ্মা চৎপ্রবা মতুংদা,
লনগীদি মপু কুবেরনা,
মপা ইবুঙ্গো মফমদা,
হায়জখি মথুৎ লোয়না।
বরদি নচানা পামজবা,
ফংজরে ইবুধৌদগী,
অদুবু লৈফমদি ঐগী
তাকপিরমদ্রে ইবুধৌনা।
মরম অসিনা নচাদা,
রাখল মুম্না তৌবিরগা,
লৈরুবদা ননাই ঐনা,
কনাগীসু কাইরোইদৌবা,
তাকপিয়ু মফম অদুতা।
ধর্ম্ম লৈরবা মচাগী,
তাবদা রাঙাং অদুদি,
হায়রকই মহা মুনিনা।

সমুদ্র ময়াদা থাগী,
চীংজাও অমা 'ত্রিকূট' কৌবা,
লৈবনি থোংইনা নিংথিনা।

মশাদা চীংজাও অতুগী,
খুঙ্গং অমা পুক্লিং হুবা,
অমরাবতীগুম ইন্দ্রগী,
লৈবনি পুক্লিং শুমহৎনা,
খংবনি লঙ্কা হায়নদি।

হিংচাবশিংনা লৈনবা,
ইন্দ্রপুরীগুম ফজনা,
শেম্বনি বিশ্ব কর্ম্মানা।

মুংঙাইবা ফংঙু নহাক্লা,
লৈজরুরো চিংনদনা,
নিংথিবী লঙ্কা লমদমদা।

সনানা চেকপল ওইবনি,
খুৎলাইনা থম্না লৈবনি,
থোংজাও খুদিংমক লানবনগী,
সনানা মরক হৎলগা,
চনবনি বৈদূর্য্য মনি,
অকোইবা লানখোং ইশিংদা,
নিংথিনা মমি তাবনি,
য়েংবগী পেনবা নাইদনা।
কিবদগী শ্রীবিষ্ণুদি,
চেনখিবনি হিংচাবশিং,
থাদো ক্রুনা লমদম অহু।
লোংনা লৈখি রসাতলদা,
থাদোক্লগা লঙ্কা লৈবাক।

কনা লৈত্রবা লঙ্কানি,
লৈবাক্কি মপু পাত্রবা।
চৎলগা মফম অতুদা,
লৈরুরো ইংনা মুংঙাইনা।

লৈরবদি মফমতুদা,
লৈরম্নোই নংগী নরালদি,
য়েংলররোই কনানদি।

ফংলবদা মপা য়াথং,
বৈশ্রবন কৌবদি লোকপাল,
চৎখি লঙ্কা লৈবাক তম্না,
লৈজখি থোইনা চিক্লদি।

মতুংদা মতম থরগী,
মতুং ইন্না কুবের য়াথং,
লাক্কনা হিংচাবা মন্নাম,
লৈজখি হন্নাও তন্নাম্না।

সমুদ্র থাংশেৎনরবী,
নিংথিবী লঙ্কা লৈবাক্তা,
বিশ্রবা মুনি মচাদি,
ধর্ম্ম লৈবা বৈশ্রবণনা,
নিংথৌ ওইনা হিংচাবগী,
পানখি মপুক্লিং হন্নাওনা।

ময়ক ময়ক্তা বৈশ্রবণ,
তোংদ্রুনা দোলাই অপাইবী,
পুষ্পক হায়নদি থংনবা,
হেক হেক চংলি আশ্রম তম্না,
উনবা মপা বিশ্রবা।

লনগী মপু কুবের নিংথৌ,
লাই-গন্ধর্ব পুম্নমক্না,
স্তব তৌই মতম চুপ্পা।
নিংথিবী জগোই শাবিনা
জগোই শানা ইশৈ শক্না,
থৌগল তৌরি মতম খিবিক।

কোম্লুং মন্নুং পুম্নমকসি,
হৈনম-লৈনমগী নুংশিৎনা,
কোইহ্লমদি হুম্মি নুংশিনা।

মত্তাং অসিদা উত্তরকাণ্ডগী তরুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৪শুবা সর্গঃ

( হিংচাবা শাগৈ হৌরকপগী মালি, হেতি, সুকেশ অমসুং বিদ্যুৎকেশ পোক্লকপা। )

মালি তাবদা মুনিসী,
অঙকপদি ওইখি শ্রীরাম।
মাখল ঙাইছাক্লুং তৌরগা,
হংজখি মুনি মকমদা,
মতৌ করম্না লঙ্কাদা,
থাইনা মমাংগৈ মতমদা,
পোকখিবনো হিংচাবশিং?
থোইনা শুক্লবা শ্রীরাম্না,
মৈশুম্নদি তেজ লৈরবা,
মহামুনি অগস্ত্যদা,
হংজখি থোইনা নোঙ্গুক্লা,
য়েংজরগা মোমোন নোঙ্গা।
মুনি অথোইবা ভগবন!
পোক্লিগৈদা কুবের রাবন,
লঙ্কা কৌবা লমদমসিদা,

শাহিং চাবা হিংচাবশিং,
লৈরম্মী হায়বা অসিদি,
অঙকপা ওইরে ননাইদি।
পুলস্ত্য শাগৈদা পোকপা,
মাকমদি হিংচাবশিংগী,
তাকপিরে মহামুনিনা,
হৌজিক্লা অতোপ্পগী মা,
পনবিরি অমা অমুকন্থু।
রাবন, কুম্ভকর্ণ, বিভীষণ,
প্রহস্তনচিংবা অতৈ,
হিংচাবশিং অসিদগী,
থক্কী হিংচাবা মরাম্না,
শক্তি হেল্লিন্থু তাকপিরি।
অথোইবা মহামুনিনা,
তাকপিন্থু ননাই ঐঙোন্দা,

কাংবু অনিগী মরক্তা,
করম্বনা হায়া পোকপা,
মমিংনা করি কৌখিবা ?
করিদি মরাল লৈবনা,
লঙ্কা লমদম অহুদগী,
তাম্থোকখিবনো বিষ্ণুনা ?
মরম পুন্নমক অসিদি,
জিবিয়ু মথং মথংদি,
চিংথদনা অমতদি,
অময়া পুক্লিং ননাইগী,
কোকহনবিয়ু তশেংনদি ।
বাহৈ লৈতেংদি নিংথিবা,
নাচোমশুম লৈচন্দি শুবা,
ভাবদা পুক্লিং শুমহংপা
খোম্থোক লুন্না হায়দোরকপা,
খোম্থাং শুনা অর্থ লৈবা
পুন্নমক থংবা মহাক্না,
করিমতা থংদবগুম,
হংলকপা বাহং ভাবদা.
গুরু থোক্লবা মুনিনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা ।
খাইদৌনগী বিষ্ণু মাগী,
চোংথোকরকপা থম্বালদগী,
পোকখি ব্রহ্মা প্রজাপতি ।

ইশিং মল্লাম সমুদ্রগী,
শেমখি ইবুঙ্গো মানদি ।
কন্ননবা ইশিং অসি,
জীব পুন্নমক ইশিংগী,
পুথোকখি ইবুঙ্গো মানা ।
জীব পুন্নমক ইশিংগী,
মৈনা অরাম খোয়াংবগী,
চাক্লবদা থাংবা বানা,
"করি তৌনি হৌজিক ঐখোই,"
ঙাংনরগা জীব মল্লাম,
শেম্বিবা মপু মখোইগী,
মফমদা" প্রজাপতিগী,
চংজখি মখোই পুন্নমক ।
মখোই উবদা ব্রহ্মানা,
থোইনা মুংশিবা মিৎয়েংদা,
হায়রকই মোমোন্দি নোক্না,
ইচাশা নখোই পুন্নমক,
থোইদোক হেন্দোক্না চেকশিল্লা,
কন্দুনা থম্মু ইশিংতু ।
অরাম-খোয়াংবা মৈচাক্না,
থাংবা ঙমত্রবা থরনা,
হায়জরকই ব্রহ্মা য়েংনা,
কনজগে ঐখোই ইশিংদি,
চায়রক্ত থরা অমনা.

ইশিং অসিদি ঐখোইনা৹
থমগনি পূজা তৌনদি।

মখোইগী বাঙাং তাবদা,
খোইনা পেনবিখি ব্রহ্মানা,
হায়রকই ময়াম য়েংনদি।

ইশিং কনগে(রক্ষা)হায়বা নখোই,
হিংচাবা (রাক্ষস)মিংথোল ফংহুনা,
নমিং চৎচরো জগস্তা;

ইশিংবু পূজা (যক্ষণ) তৌগনি৹
হায়খিবা কাংবু অহুনা,
'যক্ষ' হায়না খংনহুনা,
ফংজরো অকবা মিংচৎ।

( মতাং অসিদগী হৌনা,
রাক্ষস৹ যক্ষ অনি থোকখি। )

হিংচাবশিংগী মরক্তা৹
হেতি অমসুং প্রহেতি৹
মচিন-মনাও অনিসিনা৹
মধু অমসুং কৈটভ৹
মচিন-মনাও অনিগুম্বা৹
লৈবনি মকোক থোংনদি।

মচিন-মনাও মরক্তনা,
প্রহেতিনি ধর্ম্ম লৈবা।
রাখল লৈবনা ধর্ম্মগী,

খন্দুনা ঈশ্বর নিংলগে,
চংখি অচিকপা মন্দংদা।

মতম অসিদা হেতিনা৹
ময়ুম পাল্লগে খন্দুনা৹
চংজরগা কাল মকমদা৹
মচল সুপি পিবিনবা৹
হায়জখি লৈশি-লৈখোম্না।

পিবিরক্লবদা কালনা,
অকিবা মশক ফংলবী,
কালগীদি মচল ইবেন্মা,
লুহোংখি 'ভয়া' কৌবিদি।

ভয়াদগী ফংখি হেতি৹
বিদ্যুৎকেশ মচা অখোইবা।

সুপা পোকপশিং মসুংদা৹
মহাকী মচা অসিনা৹
থোইদোক হেন্দোকই হায়হুনা,
শিংথানখি মতমহুদা।

সুমিৎ মতৌগুম অমুক্তা৹
থম্বালগুম ইয়াইদা থৌবী৹
অঙাং বিদ্যুৎকেশ কৌবদি,
চাউরকখি নোংম মোংমন্না।

বিদ্যুৎকেশনা পাখং ফাবা,
উবদা মতৌসি হেতি৹

থনবি মচা পুহোংখিগে,
থিরকই কল্লা নিংখিবী ।

হিংচাবা নিংথৌ হেতিনা,
মশক মতৌ চংথোক্লবী,
মচা হুপিনি সন্ধ্যাগী,
হায়রজখি মমৌ ওইনবা ।

মতম অসিদা সন্ধ্যানা,
থল্লকই মাগী পুক্লিংদা,
মচাগ্নপিদি শকহেনবী,
থাজবদি শোইদবনী,
কনাগুম্বা অমদদি ।

মাবু (কন্যাবু) অহু ওইরবদি,
পিবদা হেতি মচাদা,
লৈবগে করি অকাইবা ?

খন্দুনা মতৌ অসুয়া,
মচাগ্নপিবু সন্ধ্যানা,
পুহোংবিখি বিদ্যুৎকেশদা ।
ফংজরবদা বিদ্যুৎকেশ,
মচাগ্নপিদি সন্ধ্যাগী,
ইন্দ্র পুলোম্যা অনিনা,
লৈমিন্নখিবা অহুগুম,
লৈমিন্নখি হরাও হরাও ।
মতমগী মখা পোনবনা,
থা কয়ামুক্কী মতুংদা,
মনুষ মাগী ইথিলদু,
পুবগুম লোং মনুম ওইনা,
হাংলবা অতিয়াশিদা,
সন্ধ্যাগী মমোম ইথেক্লা,
সালকটঙ্কটা কৌবিদি,
তমজখি থোইখাগী মিহুন,
মফমদগী বিদ্যুৎ কেশগী ।

মতম অহু লাক্লবদা,
চৎখিহুনা হিংচাবীনা,
লমদমদা মন্দরাচলগী,
বিদ্যুৎকেশমক্কা মানবা,
পোকখি মচা মুপা অমা ।

মৈগুম্বা শিবগী বীর্য্য,
ফংজবদা গঙ্গা দেবী,
তেজ অহুবু বীর্য্যগীদি,
ঙমজদহুনা পুবদি,
হুন্দোকপগুম শরবন্দা,
হেক পোকপগা অঙাং অহু,
বিদ্যুৎকেশবু মিহৌবনা,
হুন্দোকখি মন্দরাচলদা,
চৎখি বিদ্যুৎকেশ লোইননা,
শানমিন্নখি মুংঙাইনা,
অচিকপা বনগী মনুংদা,
সালকটঙ্কটা ইথেম্মা ।

হেক পোকপা মচা নিপাবু,
কাওখোল্লগা হিংচাবীনা,
কোইমিন্নখি বিদ্যুৎকেশগা।
মমা য়াওব্রবা অঙাংনা,
কপখি বন্দা নোং খোংবগুম।

মেয়াদা খোকপা হুমিংনা,
ফজবগুম তরং তরং,
মশাদি অঙাং অহুগী,
ফজরি তরং তরংনা।
মশাগী খুতুম অহুদি,
থয়গা মচিনবান্দদি,
কপলকই তপ্প তপ্পদি।
মতম অসিদা শিবনা,
পার্ব্বতীগদি লোইননা.
যন্দম্বা খোংনেৎনহুনা,
অতিয়াগীদি লম্বীদা,
কোইরকখি মাইকৈ অদোমদা
হৌনা কপ্পকপা অঙাংগী,
শোক্লবা খোঙেন অহুদি,
কংখি তাবা অনিনদি।

কপ্পকপা খোঙেন মাইকৈদা,
য়েংখোরকপদা দেবীনা,
উবদি কংখি অঙাংদো।
উবদা অঙাং মচাদি,

হুংশিবা পোকখি পার্ব্বতী।
পার্ব্বতী মতৌ উবদা,
ত্রিপুর মাংহনবা শিবনা,
মমা শক্লা অঙাংহুগী,
পিখি অনৌবা মপুক্কি,
হুংঙাইনবা -দেবীনদি।

পুন্নমকসিগী মথক্তা,
খুজং কয়াদি য়াওরবা,
পাইহুনা লৈবা আকাসদা,
অচৌবা দোলাই অমগা,
হিংচাবা অঙাং অসিদা,
পিনবিখি দান ওইনদি।

দেবীসু মতুং অসিদা,
বর পিবিখি অসুয়দি,
ওসি হায়বা হুমিত্তগী,
হিংচাবী নখোই পুন্নমক,
ওসিমক গর্ভ পুরগা,
ওসিমক অহুম পোকচরো,
অঙাং অমদি পোক্লকপা,
মমাগুম খুদক অহুবা,
ওইরসহু পাঙলবদি।

বিদ্যুৎকেশগী মচাম্নপা,
সুকেশ হায়না থংনরবা,
হিংচাবা অঙাং অনিনা,

ফংবদগী বর শিবগী,
লোইননা দুর্গা মাগীদি
অঙকপা ফংনা চাউথোক্লা।
মালং লম্বী অতিয়াদা,
তোংছনা দোলায় অপাইবী।

অকিবা মশক ফংদনা,
ইন্দ্ররাজত্তম লাইগী নিংথৌ।
কোইনিং কোইনিংবা মকমদা,
লৈথি মুংঙাইনা কোইছনা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী মরিত্তবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৫বা সর্গঃ

( সুকেশগী মচা শিং মাল্যবান, সুমালী অমসুং মালীগী বাৰ্ত্তা । )

( অগস্ত্যনা হায়খি রামদা ) :—

মতম থরগী মতুংদা,
বিশ্বাবসুগুম তেজ লৈবা,
গ্রামনী কৌবা গন্ধর্ব্ব,
হিংচাবদি সুকেশ কৌবা,
ধর্ম্ম লৈবা, বর ফংলবা,
খংলহনা অকনবনি,
নোংমা মানা হেক পোকচবী
মচা সুপি দেববতী,
লুহোংবিখি পুরন্দ্রনা,
কন্যা অসিদি হায়রিবা,
লক্ষ্মী মরি ফজবদা ।
মানা মথোং কারকপদা,
মশক মতৌ ফজবদা,
কাওখি মরোল অহুম শিরা ।

ধর্ম্ম লৈবা গ্রামনীনা,
রাজ লক্ষ্মীগুম নিংথিজবী,
দেববতী অথোইবিদি,
কংচখিবনি সুকেশদা ।
বরগী শক্তি অহুতনা,
ঐশ্বর্য্য পুম্বা ফংলবা,
অহুগুম্বা সুপাহুবু,
ফংবদা মপুরোইবা গুইনা,
লাইরবনা লন ফংবদা,
হরাওজবদি অহুগুম,
হরাওজখি দেববতী ।
অজন কৌবা মাইকৈ ঙাকপা
শামু লমশানা পোকখিবা,
অচৌবা শামু অহুনা,

অতোম্মা অমোম অমগা,
অনিনা চংশিন্নবদা,
কজবা মতৌ অহুগুম,
সুকেশ দেববতী অনি,
তিন্না লৈবা অসিদি,
পেনবা নাইথিদে য়েংবগী,
কজখি থোইনা হেন্নদি ।
পিরকখি মচা মতন্না,
সুকেশ কৌবা হিংচাবগী ।

মশক ওইবা মৈ অহুমগী,
থোইদোক্না শক্তি লৈরবা,
মাল্যবান,সুমালী, মালী,
মচা মুপাদি অহুমথক,
পোকখি মথং মথং ওইনা ।
মরক্তগী মখোই অহুম,
থ্বাইদগী কনবা মালীনি ।
হিংচাবা নিংথৌদি সুকেশ,
শিবগুম মিৎ অহুম পানবা,

কংজবদা মচা অহুম,
থোইদোক হেন্দোক্নদি কনবা,
হন্নাওখি মপা লৈতনা ।
হায়রিবা মচা অহুমসি,
মরোল অহুমগুম লেংদবা.
* মৈ অহুমগুম্না তেজ লৈবা,
+ মন্ত্র অঅহুমগুম্না বাংলবা,
(˙) মখল অহুমগুম, অনাবা,
ফংভি অকিবা মশক্তি ।
হায়রিবা মখোই অহুম্না,
লৈ-নানা নোংমা নোংমাগী,
হেনগৎপগুম পরপ পরপ,
চাওরকখি নোংমা নোংমগী ।
তপস্যাগী শক্তিতনা,
মপা ইবুংঙো নিংথৌনা,
ঐশ্বর্য্য ফংখি হায়বসি,
থংজবনা মখোই অহুম,
খনখি তৌগে তপস্যাদি ।
মখোই-অহুম্মক অসিনা,

---

* মৈ অহুম :—(১) গার্হপত্য, (২) দক্ষিন, (৩) আহবনীয় অগ্নিনি

+ মন্ত্র অহুম :— ঋগ, যজুঃ, অমসুং সাম বেদ অহুম অসিনি। মন্ত্র ব্রাহ্মৈনা বেদ অমসুং শক্তিবু থংনৈ। শক্তিগী অর্থনা প্রভু শক্তি, উৎসাহ শক্তি অমসুং মন্ত্র শক্তি অহুম্বু থংনগনি ।

(˙) অনবা অহুমদি (১) বাতজ, পিতজ অমসুং কফজ অহুম অসিনি ।

ইন্দ্রি পুম্নমক লাকশিন্না,
লাইদি নিংগে খল্লুনা,
চংমিন্নখি মেরু চীংদা ।

ইবুঙঙা রঘুমনি রাম !
হিংচবা অহুম অসিনা,
অরাবগী মশক ওইবা,
চত্ত্‌না নিয়ম পুম্নমক,
পোকহন্না থোইনা অকিবা,
জীব পুম্নমক মকমদা,
তৌথি অকনবা তপস্যা ।

ইচম চম্বা, সত্য ওইবা,
মগুক্লিং লাকশিনবা ঙম্বা,
পুম্নমকসিগী মহৈনা,
মরোল অহুমদা কংদ্রবা,
লাই হিংচাবা মী কাওবনা,
মহৈদি তানবা বানরবা,
কংজবা ঙমখি মখোইনা ।

মাইথোং মন্নিনা লৈতেংবা,
ভগবান ব্রহ্মা মশামক,
তোংহনা নিংথিবা দোলাই,
লাকখি লাইনিংকম অহুদা,
উবদা সুকেশ মচাশিং,
হান্নখি ব্রহ্মানা মখোইদা,
নমিৎ পাংলো নখোই অহুম,
বর পিগে নখোইনা পাম্বা ।
বরদি পিরগে হায়হনা,
ইন্দ্রনচিংবা লাইয়ান্না,
ইকোই কোইশিন্না লৈরিবা,
ভগবান ব্রহ্মা উবদা,
হিংচাবা মচা অহুমক,
অকনবা নোংলৈ-নুংশিত্তা,
নিকপগুম উ-রা পাম্বীশিং,
তনিক তনিক মখুৎ লোম্না,
হান্নজখি ব্রহ্মাদি য়েংনা,
লাইনিংদা ননাই ঐখোইগী,
পেনবিহুনা ইবুঙঙোনা,
থল্লবদি বর পিবিগে,
ননাই ঐখোই অহুম অসি,
কনানা হাংপা ঙমদবা,
লানকম থুদিংদা ঐখোইনা,
য়েক্লবশিংদি ঙমজবা,
পুন্সি নুংশাংনা হিংজবা,
থুংকন পাজন্না লৈজবা,
ইচিন-ইনাও নুংশিননা,
থকশি-খাশি নাইনা লৈবা,
পিনবিয়ু পুম্নমকসি ।
তাবদা বর মনি অসি,
থোইদোক্লা পেনখি ব্রহ্মাদি ।
কংজয়ো অপাম্বা বরদি,

হে সুকেশ মচাশিং নখোই।
নিরান্গা অম্রম্না বর,
লেংখি ব্রহ্মা ব্রহ্ম লোক্তা।
অপাম্বা বর ফংজরবা,
মচিন-মনাও অহুমসিনা,
লাইশিং অসুরশিং মথক্তা,
ওৎপা হৌখি লান তাহ্নুনা।

নরক্তা তাবা জীবনা,
ফংদবগুম লানবিনবা,
হিংচাবা অহুম অসিনা,
শাথিনা ওৎ-নৈরকপদা,
লাইশিং, ঋষিশিং, চারনশিং,
বানা থোকখি থাংবদা,
লৈখিদে কনবিনবদি।

মতুং অসিদা মখোইনা,
য়ুম শাবদা হৈশিংলবা,
বিশ্বকর্ম্মা মফমদদি,
চংখিহ্নুনা হরাও হরাও,
হায়খি মখোইগী অপাম্বা।

হে পুকচেল চাউবা ইবুঙেঙা।
ইবুঙেঙাদি মঙাল চাউরা,
পাঙ্গল লৈবা, শক্তি লৈবা,
অচৌবা মীশক অহ্নুনি।
ইবুঙেঙা নহাক অসিনা,
লাইশিংগীদি পুক্রিং খংনা,
শাথি হায় মখোইগী য়ুমশিং
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
হিমালয় নত্রগা মেরু,
নত্রগা মন্দরাচলদা,
ঐখোই ময়াম্না লৈনবা,
শিবগী শঙ্গাই অহ্নুগুম,
চাউনা নিংথিজবা য়ুমশিং,
শাবিয়ু ইবুঙেঙা নংনা।
হিংচাবা মরা তাবদা,
হায়রকই বিশ্বকর্ম্মানা,
অমরাবতীগা মানবা,
নিংথিবা লমদমদি অমা,
হায়রগে তাও নখোই পুম্নমক,
খা থংবদা সমুদ্রগী,
চীংজাও অনিদি থব্রাংনা,
লৈবনি থোইনা ফজনা।
ত্রিকূট কৌবনি অমনা,
অতোপ্পা অনি শুবনা,
থংনবনি 'সুবেল' হায়না।
নোং মংবগুম মাইকৈ মরি,
শংবানরবা মচুনা,
ফজবনি থোইনা হেন্না।
বাংনা পাইবা উচেকশিংগী,
ওইরিবনি চাক্তাফমদি।

মফম অতুদা ঐহাক্সা,
ইন্দ্রগী য়াথং মতুংইন,
শেমখিবনি সহর অমা।
মরাক্সি যোজন কুন্থ্রানা,
ময়ুংনি যোজন চামনা,
ওইবনি চেকপল সনানা,
থোংজাও খুদিংমক অতুদি,
চনবনি সনাদি হৈনা।
ইন্দ্রনচিংবা লাইয়াম্মা,
লৈবগুম অমরাবতীদা,
হিংচাবা নখোই পুম্নমক,
লৈরু চিংনবা লৈতনা,
হায়রিবা সহর অতুদা।
লঙ্কা হায়না থংনরবা,
লানবন অতুগী মনুংদা,
লৈরুরো নখোই পুম্নমক।
য়েরুবশিং অমতনা,
চংবা ঙম্মোই মফমতুদা।
লাই পুম্নমক্কী যুম শাবা,
বিশ্বকর্ম্মা রা তাবদা,
হিংচাবা অহুম অতুনা,
অকন-অথৌ, খোংমি-লাম্মি,
মনাই-মশল লিশিং লিশিং,
পুতুনা লৈখি লঙ্কাদা।

চেকশিম্মা শারবা লানবন,
থাঙ্গপাংনা পুমকোই কোইবা,
লঙ্কানি থোইনা নিংথিবা।
সনাগী যুম চাম চাম,
খুজিং ওইনা পরেং পরেং,
লৈরিবনি পুক্সিং হুনা।
ইবুঙঙা রঘুমনি রাম।
থোইদোক্সা ঙকপা অমনা,
মতমদি অসিমক্তুদা,
নর্ম্মদা কৌবী গন্ধর্ব্বী,
হিংচাবী নত্তবী অমা,
লৈরি লঙ্কাগী মনাক্তা।
মশক মতৌ ফজবদা,
মরোল অহুম শিংথানবী
মচা নিংঙোলদি অহুমগা,
পুন্না লৈরি মখোই মরি।
থানিন থাজগুম ফজবী,
মচা নিংঙোলদি অহুম্মক,
হিংচাবা মখোই অহুমদা,
কাইহল্লনা অহল-নহা,
দাপদি তৌথি মথং মথং,
মশক ওইনদি খুদোলপোং।
নর্ম্মদা কৌবী মমানা,
থোইদোক হেন্দোক্সা ফজবী,

মচা নিঙোলদি অহুম্মক,
থোইদোক হেন্দোক্না কল্লবা,
হিংচাবা অহুম অসিদা,
উত্তর ফাল্গুণীনা পানবা,
অফবা পুংফম য়েংহ্নুনা,
লুহোংবিখি মথং মথং।

লাইশিংনা হরাও-তয়াম্না,
শানবগুম কন্যাশিংগা,
সুকেশ মচাশিং অসিনা,
শানখি হরাও তয়াম্না,
মখোই মখোইগী তালোইগা।

সুন্দরী কৌবী ফজবী,
মাল্যবানগীদি চানবী,
পোকখি মচানুপা তরেৎ,
বজ্রমুষ্টি, বিরূপাক্ষ,
দুর্মুখ, সুপ্তঘ্ন, মত্ত,
যজ্ঞ কোপ, উন্মত্ত,
নিপাল শুবনা নিংঙোলনি,
অনলা কৌই মমিংনা।

নিংথিজবী কেতুমতী,
সুমালীগীদি চানবী,
মাগী মতম লাক্লবদা,
পোকখি মচা মথং মথং,
মখোইশিং অহুগী মমিং
হায়জগে তাবিয়ু হে রাম।

প্রহস্ত, অকম্পন, বিকট,
কালিকা মুখ, ধূম্রাক্ষ,
দণ্ড, পাঙ্গনবা সুপার্শ্ব,
সংহন্ত্রাদি, প্রঘস, ভাসকর্ণ,
সুপাদা মখোই তরানি,
সুপিদা রাকা, কৈকসী,
পুস্পোৎকটা কুম্ভীনসি,
অনিনচিংবী মরিনি।

কন্যা মখোই মরিসিদি,
খোইরুম মিনোক্তা ভৌবীনী,
থোইনা ফজবী শাক্তনি।
মালীগী মতু ইবেম্মা,
বসুদা কৌবী শকহেনবী,
গন্ধর্ব্ব নিংঙোল থোইদোকপী,
মিৎম্না তাবৃ য়েংবদি,
থম্বাল লৈকাবু ওমজবী,
মচাশিং কন্যা অসিগী,
হায়জগে তাবিয়ু শ্রীরাম।

অনল, অনিল, হর,
মরিগুবনা সম্পাতি,
হায়রিবা মরি অসিদি,
মন্ত্রি ওইখি বিভীষনগী।
খুংকন পাঙ্গনবা হিংচাবা,

মচিন-মনাও অহুমসিগী,
মচা মগু মনাই মশল,
পুন্নমক অসি পুন্দুনা,
লাইশিং, ঋষিশিং, নাগশিং,
যক্ষশিং পুন্নমক অসি,
লাক্পরকখি ওৎ-নৈনদি।
নাপল তৌনা মথোই কানা,
চৎনিংবা মাইকৈ চক্লুনা,
তৌনিংবা থবক্তা তৌনা,
ওৎপিখি প্রজা মন্নামদি।

লাইগী বরগী শক্তিনা,
সুংশিংকী মতৌগুম য়াংনা,
কোইখি জগত্তি শিল-থুংনা,
মাংহনখি যজ্ঞদি কন্না,
ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক্তা,
পিখি অপনবা কন্নাদি।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী মতাঙবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### অঙুবা সর্গঃ

( লাইয়াম্না ভগবান্ শঙ্কর তানচুনা হিংচাবা ময়াম মাংহন্নবা শ্রীবিষ্ণুদা হায়জবা, শ্রীবিষ্ণুনা হিংচাবা মাংহনবা )

( অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা ),

হিংচাবশিংবু কিরবা,
লাইশিং ঋষিশিং পুন্নমক,
লাইয়ামগীদি লাই ওইরবা,
শঙ্কর ইবুঙো মফমদা,
চংজখি কনবিনবগী ।
ইবুঙো শিব অসিদি,
জগৎপু শেম্বা, মাংহনবা,
অয়েপ্পা মশক লৈতবা,
পোকপা শিবদি লৈত্রবা,
জগৎনা পূজা তৌনবা,
পুন্নমকী গুরু ওইবা,
কামদেববু মাংহনবা,
ত্রিপুরাসুরদি হাৎপা,
মমিং অহুম্না লৈতেংবা,

ইবুঙো মাগী মফমদা,
লাইয়াম পুন্নমক অচুনা,
থোইনা নোল্লুকপা মওংদা,
মখুৎ অনিদি লোম্নদা,
য়াইহেদি মপুং ফাদনা,
হায়জরকই ভনিক ভনিক্লা ।
ভগবন শিব ইবুঙো ।
ব্রহ্মাগী বর শক্তিতনা,
মন্নাই কারবা হিংচাবা,
সুকেশগীদি মচাশিংনা,
লৈবাক প্রজা পুন্নমকসি,
থাক্তনা যগ-ব্রাহ্মণ ফাওবা
অয়াবা পিয়ে ওৎ-নৈনা ।
হিংচাবশিং পুন্নমক্লা,

লৈকমদি লাইশিং ঐখোইগী,
মাংহনগ্রে লৈবা য়াদনা।
লাইয়াম পুম্নমক অসিদি,
তাম্থোক্তুদা স্বর্গদগী,
শানরি হয়াও তয়াম্মা,
মহুৎ শিন্দুনা ঐখোইগী,
কিবা লৈতনা কনাদি।
ঐনা বিষ্ণু, ঐনা রুদ্র,
ঐনা ব্রহ্মা, ঐনা ইন্দ্র,
ঐহাক্না যম, ঐনা বরুন,
ঐনা সূর্য্য, ঐনা চন্দ্র,
অসুম হায়না নাপল তৌনা,
মালী, সুমালী, মাল্যবান,
মচিন-মনাও অহুমসিনা,
মখোইগী খোংলোই লোইননা,
অবাবা পিরে ঐখোইসি।
লাইয়াম পুম্নমক ঐখোইসি,
খুত্থুম চনগ্রে অকিবনা,
কোকহনবিয়ু অকিবসি,
লৌবিত্থুনা রুদ্র শকক্কম।
লাইশিংগী য়েরুবা ওইবা,
তিংখংগুম্না তমথিরবা,
হাংপিয়ু হিংচাবশিংদি।
তাবদা লাইশিংগী বাদি,
কোকথক্তা জটা পুরিবা,
শংনা দুপা মচু ওইবা,
ভগবান শঙ্কর দেবনা,
সুংশিবদগী সুকেশবু,
হায়রকই লাক্লাম মকমদা।
তাও লাইয়াম নখোই পুম্নমক,
হাংপা য়ারোই মখোই ঐনা,
মখোই হিংচাবশিং অসি,
রাংমদা লৈ ঐগী শক্তি।
অহু ওইহনসু ঐনা,
ময়মদি মখোই মাংনবা,
হায়গে নখোইগী নকমদা।
মহর্ষি নখোই পুম্নমক,
লোইননা লাইশিং ময়ামগা,
খুয়া থাদা শ্রীবিষ্ণুগী,
চংজরু অমতা ওইনা।
হাংপদি হিংচাবা পুম্বা,
ঙমগনি বিষ্ণু মাতনা।
হিংচাবা পনবা য়াদ্রবা,
লাইশিং ঋষিশিং ময়াম্মা,
'জয় মহেশ্বর শিবগী জয়',
অসুম্মা খুররুমগা,
চংচখি বিষ্ণু মনাক্তা।
শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম,
পাইরিবা বিষ্ণু মকমদা,
খুরুমজরগা নোঙ্ক্লা,

লাই-ঋর্ষিশিং পুন্নমক্লা,
নিংথি-নোঙ্গুকপা ৱাহৈনা,
ৱারিদি স্থকেশ মচাশিং,
তমজখি বিষ্ণু মফমদা,
চিংথদনা অমত্তদি।

ইবুঙেঙা দেব নরায়ণ
মৈ মতৌগুম তেজ লৈবা,
স্থকেশ মচাশিং হিংচাবা,
মচিন-মনাও অহুমসিনা,
বর শক্তিতনা ঙাওহুনা,
ওৎ-নৈররে স্বর্গদদি,
খংহন্দরে মফম মরাং,
থুগাইখ্রে লৈফম পুন্নমক।

ত্রিকূট চীংজাওগী চীংশাদা,
লঙ্কা হায়না খংনরবা,
লানবন্না ইকোই কোইশিনবা,
চংবদা থোইনা লুরবা,
লৈরি লমদমদি অমথক।

লৈহুনা মফম অহুদা,
হিংচাবা ময়াম অহুনা,
পিরি ঐখোইদা অৱাবা।

মধু হিংচাবা মাংহনবা,
জগৎকী মপু ইবুঙেঙা।
মঙ্গল ওইনবা ঐখোইগী,
মাংহনবিরো হিংচাবশিং,
চংজরবনি চরন্দা,
কনবিয়ু ননাই ঐখোইদি।

পাইবিহুনা খুৎলাইশিংদি,
মাংহনবিরো পাপীশিংসি,
ইবুঙেঙা নহাক নত্তুনা,
লৈতে চংজফম ঐখোইগী।

উন তুমহনবগুম নুংশানা,
লান্দা ময়াইদি কারবা,
অহুম অসি মচিন-মনাও,
খোংমি-লাম্মিশিং লোইননা,
মাংহনবিশ্রো ইবুঙেঙানা।

তাবদা লাইয়ামগী মৱা,
ফত্রবশিংবু মাংহনবা,
লাইগীদি লাই শ্রীবিষ্ণুনা,
হায়বিখি মতৌ অস্থম্না।

শিব মহাক্তুগী বরনা,
মথোইদি কারবা স্থকেশবু,
থংই ঐনা নিংথিজনা।

মাগী ফত্রবা মচাশিং,
মখোয় অহুম্ ঐহাক্লা,
খংগ্রবনি হায়নদি।

হোন লমচত্তি খংদ্রবা,
মখোই অহুদি ফত্রবা,

তুম্না হাংলগে ঐহাক্না,
চিংনরগম্নু মসিদা।
তাবদা বিষ্ণু য়াথংদি,
লাইশিং ঋষিশিং পুম্নমক,
হরাওখি হান্নকম খংদনা।
শঙ্খ-শঙ্খা মিষ্ণু গুণাদি,
হুম্নখি মকুম মক্নুমদা।
হায়খিবা য়াদি বিষ্ণুনা,
লাইশিং ঋষিশিং মফমদা,
তাবা ফংখি মাল্যবান্না।
য়াকম অসিদা মহাক্না,
খন্দুনা য়াদি তানগে,
হান্নরকই মনাও অনিদা।
লাইশিং ঋষিশিং ময়াম্না,
মাংহন্নীংবদগী ঐখোই,
হায়জখি শিব মফমদা,
ইবুঙেঙা লাইগী লাই ওইবা
হিংচাবা নিংথৌ সুকেশগী,
মচা নুপাশিং ফত্রবা,
বর ফংবগী শক্তিনা,
ওইনিংবা মওং লৌহনা,
ঐখোই পুম্নমক অসিবু,
পিরি তত্তনা অবাবা।
প্রজাগী মপু ইবুঙেঙা।

হিংচাবশিং মফমদগী,
মাইথিবা ফংলবা ঐখোই,
কিথিবনা মখোইশিংবু,
লৈবা ওমত্রে য়ুম য়ুমদদি।
মিং অহুম্না লৈতেং ওইবা!
খ্বাই পুম্নমকী ফনবা,
মাংহনবিয়ু হিংচাবশিং।
চাকথেকপা ওম্বগী মপু!
নংগী হুঙ্কার খোঙেলতনা,
চাকথেকপিয়ু মখোই পুম্বা।
তাবদা লাইশিংগী য়াদি,
অন্ধকাসুর হাংপা শঙ্কর,
মকোক মথুং হা-য়ন। হা-য়না,
হান্নরকই লাইশিং মফমদা।
লাইশিং ঋষিশিং পুম্নমক,
মচাশিংদি সুকেশ নিংথৌ,
ওম্বা নত্রে ঐনা হাংপা,
অহুম ওইনমক ঐহাক্না,
পাওতাক অমা কানরবা,
হায়গে নখোংগী মফমদা,
হিংচাবশিং হাংপা ওম্বা,
তাক্কে ঐহাক মাশক অদো।
হায়রবা মপা অহ্লাদ,
সনা ফিগেনা লৈতেংবা,

শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম,
থুংলাইশিংনা মাগী ওইবা,
জনার্দণ, হরি, নরায়ণ,
জগৎনা অসুম খংনবা
ইবুঙো মাগী মফমদা,
চংজরু নখোই পুন্নমক।
কানবা পাওতাক ফংলবা
লাই-ঋষিশিং পুন্নমক্না,
কামদেববু মাংহনবা
শিব ইবুঙো মফমদা,
থুরম্লগা হরাও হবাও
চংখিদুনা বিষ্ণু নাক্না,
তমজখি রাবোল পুন্নমক।
রারি অদু তারবদা,
শক্তি মপু নরায়ণনা,
ইন্দ্রনচিংবা লাইম্নামদা
হায়বিখি মতৌ অস্রম্না,
লাইশিং ঋষিশিং পুন্নমক,
হিংচাবশিংদি ফত্রবা,
হাৎলগে এহাক শোইদনা,
কিরগনু নখোই অমুক।
কিরবা লাইশিং মফমদা,
হিংচাবা এখোই হাৎকনি,
রাশকপ্রবনি হরিনা,
মরম অসিনা এখোইনা,
ত্রৌকম থোকপা মরম অদু,
থল্লখোক্লসি হৌজিকমক।
নরায়ন মাপ্পী মগুত্তা,
য়েক্লবা ওইবা লাইশিংশী,
হিংচাবশিংদি পুন্নমক,
নিংথৌ হিরণ্যকশিপু,
নমুচি, কালনেমি, সংহ্লাদ,
মায়া পুন্নমক হৈরবা,
রাধেয় ক্রোবা হিংচারা,
যমলার্জুন, হার্দিক্য,
শুম্ভ অমসুং নিশুম্ভ,
অকনবা পুন্নমক অসি,
তুমপ্রবনি মাগী খুত্তা।
হায়রিবা অকনবশিংসি,
যজ্ঞ চামা চামা ত্রৌবা,
অকনবামক্তনি মখোই।
মায়া লান্দা হৈনশিংপ্রবা,
থুংলাই থুদিং থংবা ঙাক্লি,
য়েক্লবশিংগী মফমদা,
ওইবনি অকিবা মশক।
অদুবু নরায়ন মানা,
অকনবশিং চামা চাম্না,
লিশিং লিশিং থুজিং ওইনা,
মাংহলখি ইরাই লাইনদি।
থল্লগা পুন্নমক অসি,

শিল্লসি তৌফম থোকপদি ।
হিংচাবা ঐখোই পুম্নমক,
হাৎকে লেপত্রে মপুক্লিংদা,
নরায়ন মাবু জয় তৌবা,
নত্তে ওইখোকপা থবক্তি ।
ময়াম্বগী বা তারগা,
মালী অমসুং সুমালী,
মচিন-মনাও অনিমক্তা,
অশ্বিনীকুমার অনিনা,
ঙাংবগুম ইন্দ্র মফমদা,
হায়জরকই তপ্পা তপ্পা ।
হিংচাবশিংগীদি নিংথৌ !
ঐখোইনা অফবা থবক,
তৌখি দান যজ্ঞনচিংবা,
চৎখি ঐশ্বর্য্যদি ঙাক্না,
ফংজখি নাদবা পুন্সি,
তৌফম থোকপা থবকশিংদি,
তৌজখি ধর্ম্ম ঙাক্নদি ।
পুম্নমকসিগী মথক্তা,
পাঙ্গলনা ইশা-ইশাগী,
মতেংনা থুংলাইশিংতগী,
সমুদ্রগুম্না শুক্লবা,
লাইশিংগী লাম্মি মরক্তা,
চংত্থনা ইরাই লাইনদি,
জয় তৌখি মখোই পুম্নমক ।

মরম অসিনা ঐখোইনা,
কিকম থোক্কে শিবলীদি ।
লানফমদা ঐখোইগী মাংদা,
নরায়ন, রুদ্র, ইন্দ্র, যম,
লাইশিং পুম্নমক অসিনা,
কিবনা মতম চুপ্পদা
লেপ্পা ঙমদে মাইওক্ননা ।
অমরোমদসু হে নিংথৌ !
ঐখোইগী থক্তা বিষ্ণুনা,
মরম লৈতে শাওনবগী,
মাগী মফমদা ঐখোইনা,
তৌখবা লৈতে অরানবা ।
তৌাখ লাইশিং মফমদদি,
অরানবা খরা ঐখোইনা ।
করিসু লৈতবসিদা,
মিপাইহল্লে ঐখোই ময়াম ।
অদুবু ঐখোই ময়াম্না,
পুল্লগা অমতা ওইনা,
ঐখোইগী ইরাল থিম্লিবা,
লাইশিং পুম্নমক আসিদি,
হোৎনবা তাই মাংহন্নবা ।
মতৌ অসুম খন্নরগা,
হিংচাবা লাম্মি পুম্নমক,
খোমগৎখি লানবুংদি থিন্না ।
পুল্লবদা লাম্মি ময়াম,

শেম-শায়গা লানশীদমক,
যাত্রা তৌখি স্বর্গ তম্না।
হিংচাবা লাম্মি পুম্নমক,
নাপল তৌনা মথোইকানা,
দোলাই, শগোল, শামু, গাধা,
যন. উৎ, শিশুমার, লিন, মকর,
থেঙ্গু, ঙা, উচেক, নোংশা. কৈ,
শণ্ডম, স্মর, চমর শাশিং,
তোংলগা শাদোংদি ওইনা,
লানশী লানলাওদি লাওতুনা,
চংখি অকিবা লৈতনা,
থাদোক্তুনা লঙ্কা লমদম।
লৈহৌবা কাংবু লঙ্কাদা,
অহল লমনশিং অতুনা,
যাত্রা মতমদা থোকখিবা,
উবদা ফত্তবা খুদম,
তুজুংনখি মশা পুম্বা,
তম্নাং তশোইখি মপুক্লিং।
দোলাই তোংবা হিংচাবশিং,
চামা চামা লিশিং লিশিং,
পরেং শানা মথং মথং,
চংলি স্বর্গদি তমহুনা।
স্বর্গদা লৈবা লাই ফাওবা,
উবদা হিংচাবা লাম্মি,
চেন্নখি লম্মী থাদোক্না,
মাইকৈ শলাইদি খংদনা।
মতম অতুদা যাত্রাশী,
ম্মাথংনা কাল কৌবা লাইশী,
পৃথি অমদি অতিয়া,
মফম অনিমক অসিদা,
অঙক অঙকপা থৌদোকশিং,
থোকহনখি কিবা ফংনদি।
শরু অমদি ঈশী নোং,
চুরকখি অঙকপা ফংনা,
ইথক হৌখি সমুদ্রনা,
থুমখি পৃথিবী পুম্নমক,
থক থক নিকখি চাং পুম্নমক।
নোং খোংবগুম লমহুইশিংনা,
মিপাইবা খোনজেলদা হৌনা,
স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা,
খোংখি লাম্মিশিং মাইখোক্তা।
ইঙান ঙান্না ভূতশিং লাকপা,
উবা ফংখি পুম্নমক্না,
চাউর চাউরবা লংজানা,
মচিন্দা মৈরি কামথোক্না,
মথক্তা হিংচাবা লাম্মি
অশিবনা তুংইনবগুম,
ইম্নরি লৈ-না পাইনদি।

চোংঙা তেনবানচিংবা,
উচেক জাং মচা মগু,
পাইনখি লঙ্কা থাদোক্লা।
কাক হৌদাং, শামুনচিংবা,
মখোই অসিদা নত্তবা,
মখোং অনি পানবশিংসু,
থক থক নিক্লখি কিবনা।
ফত্তবা খুদমনি থংনা,
মপাঙ্গলদা চাউথোক্লবা,
হিংচাবশিং পুম্নমক্লা,
থৌশাদনা করিমত্তা
পুনখিবনা যম থৌরিনা,
চৎখি হনজিনবা তৌদনা।
অচাকপা মৈগুম্বা মালী,
হিংচাবা লাগ্নি মমাংদা,
ময়াম্বা অনি লোইননা,
চৎখি অকিবা লৈতনা।
নোংঙম্বা ব্রহ্মা মফমদা,
চংজবগুম সাই ময়াম্না,
হিংচাবা ময়াম অদুনা,
চীংজাওগুম বাং-চাউনা কনবা,
নিংথৌ মাল্যবান মফমদা,
লৈরিবনি চংজদুনা।
নোংঅখাক-অরাও মতৌগুম,
হিংচাবা লাগ্নি পুম্নমক,
নোক-খেনা হুরাও-ওয়াম্না,
লাওনা লাওনা অমুগী খনী,
চংলি স্বর্গগী মাইকৈদা।
দূত মচিন্দগী লাইশিংনী,
থৌরাংদি হিংচাবশিংগী,
খংলদুনা নরায়ণনা,
থনখি হিংচাবা মাংহনগে।
নুমিৎ লিশিংগুম লংলবা,
লিংলগা লানগী কবচ,
তেম্না থল্লবা তেন্দোংশিং,
হাপকৎখি গরুড় মথক্তা।
নমদা তেন্দোং খুত্তা লিক্লং,
য়ানশিনখি খাংদা খুৎগুথাং।
শঙ্খ-চক্র-শার্ঙ্গ লিক্লং,
গদানচিংবা খুৎলাইশিং,
চীংতুমগুম্বদি বাং-চাউনা,
হাপকৎলগা গরুড় থক্তা,
লেংখৎখি হরি ইরুঙ্ঙা।
হাৎকে থন্দুনা হিংচাবা,
পাইখি হরি নুংশিৎ মাংদা।
সনাগী চীংজাও মথক্তা,
যোগ্নী নোংথাংনা কুপ্পদা,
নিংথিবা মমি তাবগুম,

শংবানরবা কুচুদা,
সনা ফিগে লৈতেংতুনা,
শ্রীহরিদি ইবুঙেঙোনা,
গরুড় থক্তা ঙাম্থোইবদি,
করিদি হায়না শিংথান,
পান্দম লৈতবা মশক্তি,
মিংফম হোংবদি ঙমখিদে ।
মতৌ অসিদি উবদা,
সিদ্ধ, দেবর্ষি, গন্ধর্ব্ব,
মহাসর্প, যক্ষশিংনা,
শকখি শ্রীহরি মগুন্দ ।
হিংচাবা লাম্ম ময়াম্না,
স্বর্গ তম্নদি লাকপাতু,
উবদি ফংখি হারনা ।
গরুড় মহা আননাদ,
খপলকপদা অমুকমুক্তি,
শউমতনা মহাগীদি,
পোকখি থুক লাওনা কিবাদ,

হিংচাবা লাম্মি ময়ামদি ।
ফিরান পুম্নমক দোলাইগী,
পাইথোকহনখি লৈ-না লৈ-না,
তাখি খুৎলাইশিং পুম্নমক,
মখুত্তগী লাম্মিশিংগী ।
চৌংতুম্না নিংখাইরকপদা,
ওন্থরকপগুম নুংজাওনা,
ছাখপ খুদিংদা গরুড়গী,
হিংচাবা লাম্মি পুম্নমক,
কাইনাখ মচোহ্ মচোহ্দ,
চেম্নখি থোইনা কিনদি ।
খুৎলাইশংদি হিংচাখগী,
প্রলয় মতমগী মৈগুন্দা,
আকবা ফংবা ঙাক্তনি ।
হিংচাবা ময়াম অসিনা,
শ্রীহার ইবুঙেঙা মাবু,
কোইশিন্দুনা মাইকৈ মার,
শোরুখি অকনবা লান্দ ।

মতাং আসদা উত্তরকাণ্ডগী ৬শুবা সর্গ: লোইরে

# শ্রীরাম

## 'উত্তর কাণ্ড'

### ৭শুবা সর্গঃ

( লানফমদা শ্রীবিষ্ণুনা হিংচাবা ময়াম হাৎপা অমম্বং হিংচাবশিংনা চেনখিবা। )

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা,
নোং হৈথবগুম চীংথক্লা,
চীংচুমগুম্বা বিষ্ণু থক্লা,
লাম্মিশিংনা হিংচাবগী,
কাপশিন্নুনা খুংলাই ময়াম
অবাবা পিখি থোক্লনদি।
বিষ্ণু কুচু শংবানবা,
পুমশং শংবনা হিংচাবা,
অনিনা থেংনবা লান্দি,
অঞ্জন চীং মাইকৈ মরিদা,
অপাইবা নোংগী মপৈনা,
উবা ফংখি হৈথবগুম।
লবুক লৌদা তিন্না তাবা,
মৈরানবিনা মৈনুং চংবা,
খোইনা খোইহি চফু চংবা,
মকরনা সমুদ্র চংবা,
চংজবগুম শিজনবা,
হিংচাবশিং লিরুংদগী
কাপথোরকপা তেনগী মপৈ,
বজ্র, বায়ুবান, অগ্নিবান,
পুক্লিংগুম য়াংবা তেনশিংনা,
হকচাং মনুংদা বিষ্ণুগী,
জীবশিংনা ফংনখিবা
প্রলয় মতমগী দশাগুম,
চংখি অপনবা তৌদনা।
দোলাই তোংবনা দোলাইদা
শামু তোংবনা শামুদা,
শগোল তোংবনা শগোলদা,
খোংমি লাম্মি পুম্নমক্লা,
লৈহুনা অতিন্না থক্লা
থেংনখি অকনবা লান্দি।

চীংজাও মতৌগুম উরবা,
কোইশিল্লগা শ্রীহরিবু,
হিংচাবা লাম্বি ময়াম্বা,
কাপশিনখি তেন মপৈ মপৈ
শক্তি, ঋষ্টি, তোমর তেনশিং,
হৈখখি নোংগী মতৌগুম,
ওমহন্দনা খর হোনখদি।
মীন কোযদি ওাশিংনা,
নৈখাইরকপগুম সমুদ্র,
নরায়নদি ইবুঙ্গোনা,
পাইখৎলগা শার্ঙ্গ লিরুং,
লিরি চন্না লিরুং খিংখি,
কাপখি তেন মপৈ মপৈদি,
মথক্কদি হিংচাবশিং।

বিষ্ণুনা কাপখিবা তেনশিং,
চামা চামা লিশিং লিশিং,
পাইশিনখি পুক্সিংগী মতৌগুম,
মশাদা হিংচাবশিংগী,
লৌখি মথবাই লিশিং লিশিং,
মুংশিংনা নোং হুমদোকপগুম,
হিংচাবা লাম্বি অচৌবা,
চাইখাইরগা শ্রীহরিনা,
খোংখি পাঞ্চজন্য মোইবুং।
ইশিংগী জীব ওইরবা,
অখোইবা মোইবুং অসিদা,
শক্তিগী মপু হরিনা,
শক্তি পুষ্পক থাজিন্না,
কাম্নকপা খোঞ্জেল অহুনা,
নিকহনখি মরোল অজুম্বদি,
কিনখি অতাবশিংদি,
বণগী মন্থুংদা নোংশান্না,
শামুশিংদি ময়াই কাবা,
কিহনবগুম ওংবতনা,
তাবদা মোইবুং খোঞ্জেলদি,
মিপাইহনখি হিংচাবশিং।
তাবদদি মোইবুং খোঞ্জেল,
মিপাইখিহুনা শগোলশিং,
চেন্নখি লানফম থাদোক্না,
তুখি শামুশিং জ্ঞান মাংনা,
ওন্থখি দোলাই থক্তগী,
হিংচাবা লাম্বি অয়াম্বা।

শ্রীহরিনা কাপথোরকপা,
বজ্রগুম কন্নবা তেনশিং,
ফাওপ্রগা হিংচাবা মশা,
চংশিনখি পৃথি মন্থুংদা।
বজ্রনা তেম্বা চীংজ্রমগুম,
হরিগী তেন্না কক্কপা,
অশিবা হিংচাবা মায়াম,
চাইবা-মরি লৈমাইথক্তা।
লৈজাই মচুগী ইশিংনা,

চেঙরকপগুম চৌংলগী,
বিষ্ণু চক্রনা ককপদা,
হাথদ্রি অত্তাংবা ঊনা,
মশাগগী হিংচাবশিং।
পাঞ্চজন্য মোইবুং খোঙেল,
শার্ঙ্গ লিরুং খিংবা মখোল,
বিষ্ণুনা লাওবা জয় ধ্বনী,
তিনবদা অহুম অসিনা,
নিনবহ হিংচাবশিংগী,
লুপশিনখি অমতা ওইনা।
হরি মহাকী তেন্তনা,
হিংচাবা কনাগী মকোক,
কিয়াল,লিরুং,দোলাই,তেম্পোং,
করা থাদখি লৈমাইদা।
সুমিত্তগী মাগী মতাল,
সমুদ্রদগী ইথকশিং,
চৌংগুম্নমক্তগী লিনশিং,
অমংবা নোংদগী নোংলিক
লাকচবগুম মহৌশানা,
বিষ্ণুগী অথোইবা লিরুং,
শার্ঙ্গদগী থোকচরকপা,
চামা চামা লিশিং লিশিং,
তেনশিং গুম্নমক অহুনা,
পাইখি সুংশিং মাং থানদি।
শগুম ঊবদা নোংশানা,
নোংশা ঊবদা শাখুনা,
শাখুর ঊবদা কৈনা,
কৈবু ঊবদা কৈমুনা,
কৈমু ঊবদা হৌদোংনা,
হৌদোংবু ঊবদা লিয়া,
লিনবু ঊবদা ঊচিনা,
চেঙবগুম মথং মথং,
তেনগী চৈথেংদা বিষ্ণুগী,
চেনখি থাংবা ওমদনা,
হিংচাবা লাখি গুম্নমক।
কনাগুবা হিংচাবদি,
থাখিবনা লান চেনবদা,
লৈথাম্নদা তুখি স্বর খিং
ইন্দ্রনা নোংগী মপেদা,
ইশিংদি থম্না হামগুম,
হিংচাবা লিশিং লিশিংদি,
মথবাই লৌরগা থিহুনা,
খোংলকপা মোইবুং খোঙেলনা,
পুঙ্গিল নিনখি লানকম অহু।
বিষ্ণু তেনগী চৈনাখেংলগা,
মোইবুং খোঙেলগী তিনবদা,
চেনখি হিংচাবা মরাম,
লাবাই লৈনা লক্কা তরা।
লাখিনা কাইবা ঊবদা,
কাখুনা তেন মাঁপু [illegible]

অকনবদি হুমাণীনা,
ঋিংখি বিষ্ণুবু লানকমদা।
মুসিংঙ্গা নোংনা কুমা,
মুলখি বিষ্ণুদি তেন্তনা।
মতৌ অহুবু উবদা,
কোকখি লাম্নিশিং অকিবা।
মপাঙ্গলদা চাউথোক্লবা,
অকনবা হিংচাবসিনা,
অশাওবমা লোইনহুনা,
লাওরকখি লানগী লানলাওদি।
হুমালী লানলাও তাবদা,
মপুক্লিংদি থৌগত্তুনা,
হিংচাবা লাম্নি পুন্নমক,
তাশিনখি অকনব লান্দি,
মথক্তা বিষ্ণু মাগীদি।
হিংচাবা লাম্নি ময়াম্না,
গুপ্পা খুঙ্গোইশিং হাইগৎনা,
চেনশিনবদি বিষ্ণু তম্না,
হাইগৎপগুম শামু নাতোন,
নোংথাংগুম নোংগী মরক্তা,
লেংবদা থোইনা নিংথিখি।
মতম অসিদা বিষ্ণুনা,
কুণ্ডল নাইলনা লৈতেংবা,
শারখিদি হুমালীগী,
মকক অহুবু কক্তুনা,

থাদখি পুখি মথক্তা।
দোলাই চিংলিবা শগোলশিং,
চেনখি মাইকৈদি খবনা।
মপুক্লিং কাবা গুমদবা,
মীশক অহুগী পুক্লিংনা,
অপাম্বা পোংথি মতুংইন,
চেনখিবগুম কাওমদনা,
শগোলশিংদি হুমালীগী,
চেম্থোকখি মাইকৈ থংদনা।
ময়াম্বগী মতৌসিদা,
লান তৌগে নিংহুনা মালী,
থোইনা শাওবগা লোইননা,
গরুড় থক্তা তাম্থোইরিবা,
বিষ্ণু মাগীদি মথক্তা,
তাখি লান্দি তেন কাহুনা।
তেন ময়াম মালীনা কাম্না,
চীংগী গুহাদা পাইশিনবা,
উচেকী মপৈ অহুগুম,
চংশিনখি বিষ্ণু মশাদা।
ইন্দ্রি খুহুম চনবা মীনা,
পুক্লিংগী বা লোদবগুম,
বিষ্ণু মশাদা মালীনা,
তেন লিপিং-লিপিং কাপশিন্না,
অবাম্বা পির কাওবদা,
নাচুংখিখিনে বিষ্ণুদি।

উবদা মালীগী মতৌ,
থাং অমদি গদা পাইবা,
পুন্নমক্কি মপু ওইবা,
অমত্তা ওইবা বিষ্ণুনা,
পাইখত্তুনা শার্ঙ্গ লিরুং,
তেন্দি কাপখি মালী তম্না।
লিয়া অমৃত থকপগুম,
বজ্রগুম্না শাথিরবা,
তেনশিং অহুনা বিষ্ণুগী,
চংখিহুনা মালী মশা,
থকখি পেন্না মাগী ঈদি।
মালীনা মমাই লৈখিবা,
মতৌ উবদা বিষ্ণুনা,
মুকুট, কিরাল, লিরুং, শগোল,
পুন্নমক অমমম ওইনা,
ককথংলগা মতুপ-মতুপ,
থাদখি লৈমাই মথক্তা।
দোলাই য়াওদ্রবা মালীনা,
পাইহুনা গদা মথুত্তা,
চীংমাই থক্তগী নোংশানা,
চোংথরকপগুম চিংথাদা,
চোংথরকখি দোলাইদগী।
চীং য়ানথাইবগুম বজ্রনা,
মালী মথুত্তা পাইরিবা,
অচৌবা গদা অহুনা,
খোমথাইখি গরুড় লাইরকা,
শিখি খোইনদি অয়াবা।
চৈনাখোল কংবদা গরুড়,
বিষ্ণু য়াওনা মমাই লৈবা,
চংখি লানকমদি থাদোক্লা।
বিষ্ণু য়াওনদি গরুড়না,
চেনখিবা অহু উবদা,
হয়াওনখি হিংচাবশিং,
পুমনিন নিনখি লানকম অহু।
হিংচাবা ময়াম হয়াওবা,
উবদা মতৌ অহুদি,
ইন্দ্রগী মনাও বিষ্ণুনা,
অকিবা কংনা শাওহুবা,
হাংলগে থয়া মালীদি,
লংখি মালীদা চক্রদি,
লৈরগা গরুড় থক্তদি।
মুমিং মঙালগুম লংলবা,
সুদর্শন চক্র অহুনা,
পাইখিহুনা ইরং লংনা,
ককথংলগা মালী মকোক,
থাদখি পৃথি মথক্তা।
বিষ্ণু চক্রনা করুবা,
মকোক অহুনা মালীগী,
ওনখি ঊ কায়া পৃথিদা।
উবদা মালী ফুখিবা,

খাগৎমখি লাইরামশিজা,
জগৎ মপু শ্রীহরিদা।
মার্দী শিখিবা উবদা,
স্বর্মাঙ্গী মালাবান অনি,
হিংচাবা লাম্মি পুহনা,
চেনশিনখি লঙ্কা কোন্নুংদা।
মতম অসিদা গরুড়না,
কোকশ্রবদা চৈনা খোলদি,
শাওরক্কুনা থোইনা হেম্না.
ছাথপ তোকনা শাফু কম্না.
তানখাইখি হিংচাবা লাম্মি.
পাইশিনখিহনা মথক্তা।
হিংচাবা কয়াগী মকোক,
কক্কুনা তাখি চক্রনা.
কয়া অমগী মথবাক,
কাইখি গদানা ফুবদা,
কয়া অমগী পাম্বোমশিং,
থাদখি থাংনা কক্কুনা।
কনানা তেনগী চৈনাখোল.
ওমদহনা থাংনা লৈবা,
চোংখখি সমুদ্রমুংদা।
মতমদদি লান লোইরবা,
যোমোন নোকপাবিষ্ণু মশক,
শিংথাকনি কল্লি হায়না,

নোংথাংগুম লোংগী মরক্তা,
নাইখিদে ক্ষেংকী পেনবা,
মতৌনি জগৎ শুমহৎপা।
নোংশানা অবাবা পিবা,
শামুনা চেনবগুম কিনা,
নৃসিংহ মশক লৌবদা,
জগৎ কাওপ্রবা বিষ্ণুনা,
শামুগী মশক ওইরবা,
হিংচাবা লাম্মি পুম্নমক,
খুৎলাইতনা য়ানখাইহনা,
মাংহল্লকপা মতমসিদা,
অতৈ হিংচাবা থরদি,
থাংবা ওমদনা লাও-খোংনা,
চেম্নখি মকম থংদনা।
নোংজু থাগীদি মতমদা,
নোংবু মুংশিংনা পুহনা,
হুমদোকখিবদি অহুগুম্না,
তেনগী লাংনা শ্রীহরিগী,
পুখি হিংচাবা পুম্নমক,
মাইকৈ সলাইদি থংদনা,
লানকম ময়াই অহুদগী।
বজ্র মতৌগুম্না চক্র,
থাং অমদি অতৈ খুৎলাই,
পুম্নমক্না শ্রীবিষ্ণুগী,

কঁকখছ্না থাদথিবা,
অশিবা মশা ময়াম্মা,
অমদি খোইরোক হেন্নোক্লা,
পদানা ফুথনা শিবা,
ময়াম পুন্নমক অছুনা,
চৌংছুমগুম লৈথি পৈছনা,
কংনদি অকিবা মশক,
ফান্দকনী ময়াই অছুনা ।
সনা-লুপা-থনি-মুক্তা,
খিজেং লৈতেং শিং কয়ানা,
মচু শংলবা চৌংছুমগুম,
তানা লৈরি ইরং দনা..
ময়াইদা দানকম অছুপী,
তুজুংবা পোক্তা উবদা ।

মতাং অনিবা উত্তর কাণ্ডী তরোৎর্থবা সর্গঃ লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ৮শুবা সর্গঃ

( মাল্যবান্না লান চংবা অমসুং মাইথিবা, স্বমালীনা হিংচাবশিং লোইননা রসাতলদা চেনখিবা। )

মহর্ষিনা হায় শ্রীরামদা, অথোইবা ধর্ম্ম ক্ষেত্রিশী।
লান চেন্নবা হিংচাবশিং, মতৌশুম মীচম অমগী,
মতুং ইন্দুনা বিষ্ণুনা, লান চেনজরবা লাম্নিদি,
হাংলকপা মতৌ উবদা, হাংলি নংনা মতুং ইন্না।
ইথক হৌবা সমুদ্রনা, লাইশিংগীসু লাই ইবুংঙা।
হুব্বশুম মতোম্মতা, মাইথিহনা কিনা চেনবা,
হিংচাবা নিংথৌ মাল্যবান, হাংপদি লাম্বিশিং অহু,
খন্দুনা লাম্দি তৌখিগে, শিন্নবা মতুংদা মী অদো,
শাওনা হন্নকখি লানকমদা। পুম্ভ তৌবশিংনা কংবা,
ঈকাখি মমিং শাওবনা, শুমদে হায় খর্মদি কংবা।
মকোক থকী লৈতেং লুহুপ, শঙ্খ-চক্র-গদা পাইবা,
উবা কংখি থক থক নিঙ্গা, লান পাল্লিরবদি নংনা,
হায়রকই শাওনা বিষ্ণুদা। ওনশিনখিরকই ঐতোম্দা,
কংদ্রে নহাক হে বর্বাঙ্গণ। ঈংশিয়ু নংগী মথৌনা?
চংনরকপা থাইনবগী হেনজবে নংগী শক্তিদি।।

মাল্যবান মরা তাবদা,
ইন্দ্রগী মনাও বিষ্ণুনা৷
হায়রকই মাল্যবান য়েংনা।
নখোইবু কিরবা লাইশিং,
কিবা কোক্লবা মখোইগী,
হাংকে রাশকখি নখোইবু,
ঙাকপতনি রাশক অহু ।
থরাই থারবস্থ ঐগী,
পেন্নবা তৌবদি লাইগী,
ইথৌনি বিষ্ণু ঐগীদি,
চেল্লবস্থ রসাতলদা,
হাংকনি মতুং ইল্লগা ।
মমিং ঙাংলবা বিষ্ণুনা,
তাবদা হায়রকপা রাদি,
থোইনা শাওরবা মাল্যবান,
শক্তিনচিংবা খুংলাইনা,
কাপশিনখি বিষ্ণু থবাক্তা ।
পানবদা খুংলাই অহুনা,
চেনখি ঈনা লোখোং ওইনা,
মতা করবা থবাক্তা ।
খুংলাইনদি মাল্যবানগী,
থবাক মরাইদা বিষ্ণুগী,
মুংনা লৈবদি শান্নুনা,
লোংদা লোংথাংবা কুপ্পগুম,
য়েংবদা থোইনা নিংথিখি ।
থবাল লৈকাবু ঙমজবা,
মিংম্নানা মাঙদি ওইবা,
জগৎকী মপু হরিনা,
পাল্লিবা খুংলাই শক্তিবু,
শংভোল্লগা- থবাক্তগী,
লংখি মাল্যবান তম্নদি ।
অয়াক-অথংগা লোইননা,
লংখিবা কার্তিক শক্তিনা,
তাখিবগুম অজন চীংদা,
লংখিবা শক্তি বিষ্ণুনা,
পাইশিনখি হিংচাবা তম্না ।
চীংদা তাবগুম বজ্রনা,
পাইশিনখিহুনা লাও-খোংনা,
শক্তি কৌবদি খুংলাইনা,
পানখি হিংচাবা থবাক্তা ।
পানবদা শক্তি খুংলাইনা,
কাওদোক্তুনা কবচদি,
চংখি মাল্যবান মশাদা,
তুখি লোংলা পুখি থক্তা ।
মতুংদা মতম থক্তগী,
[illegible] অমুক হন্না ।
মতুং অসিদা মাল্যবান,

তা অমা তিংখংনা য়োম্বা,
মুকক মুনা য়োৎনা শাবা,
পাইখৎখি খুদক অহুদা,
খ্যাজিখি থোইনা কয়াদি,
খবাক ময়াইদা বিষ্ণুগী,
পিখি থোইদোক্লা রাবদি।

লান্‌ পামজরবা মাল্যবান,
ইন্দ্রগী মনাও বিষ্ণুবু,
ইনখি খুতুম্না গুরগা,
লিরুং অমগী লমদমদি।

মাল্যবান মতৌ উবদা,
হয়াগুবনা হিংচাবশিং,
পুম্নাং লাংখি লানফমদদি,
লাওহুনা অয়ুগী খবনৌদি।

বিষ্ণুদা পিবিগুম অরাবা,
পিখি গরুড় মকমদস্থু।
চৈনাখোল কংবদা গরুড়,
শাগুরকখি থাংবা ওমদনা,
অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎনা,
হুমদোকপগুম উনা-রানা,
মহা অনিদি কয়া থপ,
পাইথোকহনখি হিংচাবশিং।
মহাকা অহল মাল্যবান,
খুরুক শাফুনা পাইখিবা,

সুমালী কৌবা হিংচাবা,
লোইননা মাগী লাম্বিশিং,
তমহুনা লঙ্কা মাইকৈদি,
চেনখি লানফমদি থাদোক্লা।

গরুড় মহানা হুম্বদা,
পাইথোররুবা মাল্যবান,
ইকাই ইকাই লঙ্কা তয়া,
চৎখি মাগী লাম্বিশিংগা।

হে রঘুমনি ইবুঙ্গো!
মতৌ অসুম্না বিষ্ণুগা,
হিংচাবশিংগা লোইননা,
লানথেংনখি হয়া হয়া,
শিখি হিংচাবশিং কয়া,
চেনখি কয়াদি অমনা।

বিষ্ণু শক্তিদি কিরবা,
হিংচাবশিং পুম্নমক্না,
নিংখিত্রে লান তৌগে হায়না,
রসাতল মাইকৈদি তয়া,
মুপি অঙাংশিং লোইননা,
চৎখি লঙ্কা থাদোক্লগা।

মতৌ অসুম্না ইবুঙ্গো।
সালকটঙ্কট শাগৈগী,
হিংচাবশিং পুম্নমক্না,

লোইননা স্থমালীগদি,
লৈজখি পুরী কুশিংনা,
রসাতলগীদি লমজনা ।
মাংহনখিবা হিংচাবশিং,
ইবুঙো মন্না লানথমদা,
পুলস্ত্য শাগে ওাকনি ।
স্থমালী, মাল্যবান, মালী,
হিংচাবা অহুম অসিনা,
কনবনি থোইদোক হেন্দোক্না,
রাবন শাগে-নাতৈদগী ।
লাইশিংগী য়েক্কবা ওইবা,
তিংখংগুম্বা হিংচাবশিং,
বিষ্ণু নত্তনা কনানা,
মতিক লৈবগে মাংহনবা ।
ইবুঙো নহাক অসিদি,
পাম্বোম মরিদি পাল্লিবা,
দেব নারায়ণ অহুনি,
অমাং-অতা লৈতবনি ।
হিংচাবশিংদি হাংনবা,
কুম্ভকর্ণনি শাইওন তৌবা,
তাইবং মাপংপান অসিনা,
তাইবং মীশক্তি লোইহনা ।

থর্মনা মাংলক্লবদা,
কত্তবশিং মাংহন্নবা,
লাকপনি শাইওন্দি তৌবা,
চংজনবা প্রজাশিংগী ।
হিংচাবশিং হৌরকখদি,
লিরে ইবুঙো মকমদা,
রাবন শাগেগী মরমদা,
লিরগে বারি ইবুঙো ।

বিষ্ণু কিহনা লোংখিবা,
স্থমালী কৌবা হিংচাবা,
মচা-মতশিং লোইননা,
লৈখি চিংগী রসাতলদা ।
মতম খরগী মতুংদা,
লাক্কুনা কুবের মনাক্তা,
লৈজখি অমুক লঙ্কাদা ।

মতাং শাঁসিদা উত্তরকাণ্ডগী চত্থবা সর্গ: লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১শুবা সর্গঃ

( রাবনচিংবা মচিন-মনাওশিং পোকপা অমসুং গোকর্ণদা লাই নিংবা চৎপা । )

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা,—
মতম থরা মতুং নোংমা,
অশংবা নোং মচু ওইবা,
সনা অহিংবা নায়িরা,
মনাদা লৈজেং ওইরিবা,
সুমালী কৌবা হিংচাবা,
থবালঙম নিংথিজরবী,
থোংনা-নৌনা ফজরবী,
মচাস্থপিদি লোইননা,
লাকনা রসাতলদগী,
কোইরকখি মর্ত্যলোকদি ।
মতৌ অসুম লাকপরা,
ঐন্দ্র কংখি সুমালীনা,
অরুকপা মৈগুম তেজ লৈবা,
অনৌপী মপু কুবেরদি ।
মতম অলিদা কবেরনা,

তোংদুনা পুষ্পক দোলাইদি,
মপা ইবুঙেঙা থিজবা,
পুলস্ত্য মুনি মপারী,
উমগে লাকপা মতাংনি ।
কুবেরদি উবা মতমদা,
থোইদোক্না ঙকখি সুমালী,
বাখন তৌনা মপুরিংদা,
হনখি রসাতলদি অমা ।
হিংচাবশিংগী মরক্তা,
থোইনদি বাখল চাউরনা,
সুমালী কৌবা হিংচাবা,
মতৌ করমা তৌরমা,
চাউথংকনি ঐখোই শাগৈ,
খল্লদা মতৌ [illegible],
কৈকসী মচা মনাপা,
হায়খি নিংথিবা বাইবনা ।

ইপাগী ইমোম নিংথিবী.
মতম অসিদি ইচাগী,
ওইরক্লে থাজবা য়াবা।
ইনথংলকপগী ফজবা,
হেনখিদোরে মতম অদো।
নংনা য়াম্লোই থনবনা,
মতিক চাবা বর অমতা,
লাকখিল্রে হুন্দোইবদগী।
ধর্ম্মতগী বাখল তৌবা,
ঐখোই পুম্নমক অসিনা,
থম্লক্লি নংবু চেকশিন্না.
মরমদি নহাক অসিনা.
গুণ পুম্নমক্কা তিল্লবী.
অনিগুবী লক্ষ্মীমক্তি।
ইকাইথ খুম্নবা পামজবা,
অহল-লমন পুম্নমক্কা,
মচা নিংঙোলগী মরমদা,
ঘাদবা ওমদে থোইনদি.
হায়বন্থ ওমদে কনাদা,
নিংঙোল নখোই থাজগনি।
নিংঙোল ওইবিশিং নখোইনা,
নমা-নপা শাগে অনি.
থোইদোক হেন্দোকপা অমনা.
নপুরোইবগীদি শাগৈ.
শাগৈ অহুমক অসি।

থকনি তিন্নহন্না.
ওইকনখনি চাউথহনবা।
ইপাগী ইমোম নিংথিবী,
প্রজাপতিগী শাগৈদা.
পোক্লবা অখোইবা মুনি,
পুলস্ত্যগী মচা মুপা,
বিশ্রবা হায়না কাওরবা,
মহাকী মকম অহুদা,
ইবেম্মা নংনা চত্নুনা
নশামক অহু কৎচরু,
সেবাদি তৌনা লৈজরু।
ইবেম্মা নিংথিবী নংনা,
থবক অহু পাংথোক্লবা,
লনগী মপু কুবেরগুম্না.
ফংগনি নচাশিং মরাম।
মপা য়াথং ফংজরবী.
কৈকসী কৌবী নিংথিবী,
মপাম শাগে চাউথহনবা,
বাখল অহু মাংওইননা.
বিশ্রবা মুনি [illegible]
চংখি অপনবা তৌনবা,
লৈরখি ভানজাদি য়েংনা.
[illegible] মনাক অহুবাইদা।
হায়রিবা ভাজা অসিদি
পুলস্ত্য-মুনি মপাগী,

[illegible] অথোইবা [illegible],
[illegible] কাল পুংকম ওইবনা,
লৈরি অরি পুজা তৌনা।
মৈকম অহুমগী মরক্তা,
বিশ্রবা মুনি লৈবদি,
মন্নিত্তবদি মৈকমগুম,
উবা কংখি কৈকশীনা।
মপাগী বা নিংশিংবদা,
কৈকসী কৌবী ইবেম্মা,
পুংকম অহুবু ফত্রবা,
বাখল তৌরুবা লৈতনা,
চংখি বিশ্রবা মনাক্তা,
য়েংহুনা মুনি মথোংদা,
লৈজখি মরাইদি লুক্না।
নিংখিজরবী কৈকশী,
খোংবী অহুনা মশাগী,
তন্না লৈখি মালেম থক্তা,
চিংনা চিংনা লৈই কন্না।
থানিল থাজগুম নিংথিবী,
গুমহৎনা চাউবী নিংথৌনা,
মাগী ওইজবী কৈকসী,
উবদা মহামুনিনা,
খোইনা খোইরাংবা মিৎয়েংনা,
হাঁয়রকই তম তমদি,
[illegible] লংনা নিংথিবী,

নপাক্তা মিচৌকপ ওইবী,
কনানো ইবেম্মা নংদি?
মচা মুপিনো কনাগী?
লাকপনো করি মরমগী?
অপাম্বদি নপুক্কিংনা,
হায়য়ু হঙ্গোইথা তৌদনা।
মহর্ষি খোজাল কংবদা,
কৈকসী কৌবী নিংথিবী,
মখুৎ অনি লোমহুনা,
হায়জথি মথুউ লৈতানা,
আয়া জান্না ইবুঙেগাগী,
থংবিগনি পুক্কিং ঐগী।
অহুগা মহামুনিনা,
থংবিয়ু মসিমতংদি,
লাকচবদি মকমসিদা,
ইনজবনি পম্বৌ য়াথং,
কৌজৈ কৈকসী ইমিংনা,
মথাগী বাকম অহুদি,
থংবিয়ো মহামুনিনা,
ওমজত্রে হঙ্গৎচবদি।
কৈকসী মরা তাবদা,
লৈখি মুনিদি ধ্যান তৌনা।
মতম থরগী মতুংদা,
হায়রকই কৈকসী য়েংনা,
হে থশোই খোইরাংহল্লিবী।

খংলে ঐনা নংগী পুরিং,
পাম্লিবহু ঐঙোন্দগী,
শোইদনা ননিং থুংগনি।
হায়গে তারো বা অমদি,
ফত্রবা খেনকম অসিদা,
লাকপা মরম্মা নহাক্কা
নংগী নচাশিং পুম্নমক,
হিংচা ম্নাইতবা ফত্রবা,
অকিবা ফংনা বাং চাউবা,
ফত্রবা থবক্তা পাম্বা,
পাম্লীশিংগা মরূপ ওইবা,
পোকনি ফজবী নংনা।
মুনিগী বাহৈ তাবদা,
য়াম্না কিন্না কৈকসীনা,
হায়জরকই মুনি ঙেংনা।
হে মহামুনি অথোইবা!
ব্রহ্মবাদী ওইবা নংনি,
মফমদি ইবুঙেঙাগী,
ইচাশিং ফত্রবা ওাক্তা,
নত্তে ফংগে নিংজবদি,
থৌজানবিয়ু মহর্ষিনা,
তোল্লবী মনাই ঐবুদি।
খঙ্গোই শোক্না হায়জরকপা,
কৈকসী মবা তাবদা,

পুকচেল চাউরবা বিশ্রবা,
য়োক্লিনীওম নিংথিরবী,
হায়রকই কৈকসী ঙেংনা।
কম্লক মিহৌকম ওইরিবী,
চিংনগম্নু কল্লিমতা,
ইতোন তোনবা নচা অহু,
ধর্ম্ম পুম্নমক্তা তিনবা,
কনবা ওম্বা ঐগী শাগে,
ওইগনি মীশক অমদি।
মতম খোংচং মতুং ইন্না,
অকিবা মশক পুরবা,
থোইদোক হেন্দোক্না চাউরবা,
ফত্রবা হিংচাবা অমা,
পোকথি কৈকসী ইকেন্না।
মকোক তরা, মশাথোম বুন,
চাওখেৎক চাউবা মরা মলাম,
শানো য়াথরবা থরাংশিং,
কোরি মচু যাকরা থোঙি
চরো চরোনা লংনা শম,
পুম্নমকসিগী মথক্তা,
কুচুনা অকন চীংজয়া,
শংরিক শংবা মপা পুবা।
মহাক পোকপা ফজমশিনা,
থাংজা, মকু ফাক, দামহৈনা

খোংথি [illegible] [illegible]।
[illegible] উচেক্পা,
পাইথি কোইরে লৈনা লৈনা-
মথা মাইকৈগী [illegible]।
মতম [illegible] ইন্দ্রনা,
চুথহনথি ঈগী নোংদি।

নোং খোংথি অকিবা কনা,
মমশিনথি মাইকৈ তরাদি,
শিংথি [illegible] কিবা কনা,
থক থক নিকথি মালেম লৈমা,
কংবা লৈত্রবা সমুদ্র,
[illegible] কংথি লৈক্রক চংথি,
থোকথি থোদোক হৌনদব।

ব্রহ্মগী তেজ লৈরবা,
বিশ্রবা মহামুনিনা,
হেক পোকপগী মচা অসি,
মকোক [illegible] পানবনা,
থোনথি মমিং 'দশগ্রীব'।

মতম [illegible] মতুংদা,
পোক্লকথি কুম্ভকর্ণদি,
মাপা মাননা বাং-চাউবা,
[illegible] কন-থৌবা অমা,
লৈখিবে মালেম অসিদা।
চহি [illegible] [illegible].

পোকথি শূর্পনখা কৈনম্না।
থাইগী মমৈদা পোক্লকথি,
ধর্ম্ম লৈরবা বিভীষন্।
বিভীষন পোকপা মতমদা,
মালেমদা চুথি লৈগী নোং,
দুন্দুভি য়ৈনা লাইশিংনা,
হরাওনথি অতিয়াদা,
নিনথি হরাওবা খোল্লাওনা।
দশগ্রীব, কুম্ভকর্ণ,
অকনবা মখোই অনিনা,
চাউরকপা মতৌ উবদা,
মিপাইনথি জগৎ জীব।
চাবগী পেনবা লৈত্রবা,
বাং চাওবা কুম্ভকর্ণনা,
ঋষিশিং ধর্ম্ম তাল্লিবা,
চাহুনা মচিঞ্জাক ওইনা,
কোয়না চংলি আশ্রমশিংদা,
কিবা লৈতনা কনাদি।
পোকপদগী বিভীষন্দি,
ওইরকথি ধর্ম্মা পাম্বদি।
নিয়ম চুম্না মহৈ তমথি,
উহৈনা মচিঞ্জাক ওইবা,
ইন্দ্রি খুত্থম চনবা ওয়া,
মীশক্তী মহাক অসিদি।

মতম কয়াগী মতুংদা,
লোংমা ধনেশ্বর কুবেরনা,
মপা ইবুঙ্গো বিশ্রবা,
লাকখি খুময়গে খন্দুনা,
ভোংলগা পুষ্পক লোলাইদি।
মতৌ অদুবু কুবেরগী,
উরবদা কৈকসীনা,
চংখিহুনা মচা নাক্তা,
হায়খি দশগ্রীব য়েংনা।
য়েংঙু ইমাগী ইবুঙ্গো।
নয়াম্বা বৈশ্রবন অসি,
কয়াদা নিংখি-কজবা,
নচিন-ননাও ওইরবসু,
কয়াগী মতিক থেয়বা!
পাঙ্গলদি চাউবা ইবুঙ্গো,
চেকশিন্না হোৎনৌ নহাকসু,
ভুমজৌ ওইবা বৈশ্রবনগুম,
থুংহল্লু ইমাগী নিংবা।
তাবদা মমাগী বাদি,
থোইনা শাওখি দশগ্রীব।
বাশক্কা হায়খি মমাদা,
ইমা উবেম্মা হংশিনী,
ইমা নুপী অমোক্তিকুমী,
খাদোক্লো অরাবা মৈথি,
নতা অহাক্কা শোইবনা,
ভৌগে অকনবা তপস্যা,
খুংকন-পাজনবদা অহাক,
মানগনি ইস্যাফমা,
নত্রগা ওইগে অহেনবা।
মতুংগিদা দশগ্রীব,
মনুক্তা খনখি লাইনিংগে,
লোইননা মনাওশিংগদি
অথোইবা শক্তি পুমমক,
অকনবা তপস্যাজনা,
কংবদি ওন্মি থংহনা,
চংখি গোকর্ণ আশ্রমদা,
লোইননদি মনাও অনি।
মনাও অনি লোইনহনা,
তৌখি অকনবা তপস্যা।
তপস্যাদা মথোইনীদি,
শেনখিহনা মখুথৌনা,
পিখিখি বরদি অমায়,
মচিন মনাওদি অমুকমা।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১০বা সর্গঃ

( রাবনচিংবা মচিন মনাও অহুম্না ব্রহ্মাদগী বর মথং মথং ফংবা । )

য়ারিশিং অসি তারগা,
মহামুনি অগস্ত্যদা,
হংজখি শ্রীরাম চন্দ্রনা,
হে মহামুনি অথোইবা !

মচিন মনাওদি অহুম্না,
কয়ম্না তৌখি তপস্যা ।

তাবদা শ্রীরামগী য়াহং,
খুমকই মহামুনিনা,
হিংচাবা অহুম অতুনা,
কাইদনা ধর্মগী নিয়ম,
হৌখি তপস্যাদি তৌবা ।

মপুক্তিং চেংনা কায়গা,
ধর্মগী লম্বী তুংইন্না,
কুম্ভকর্ণদি হিংচাবা,
তৌখি তপস্যা নিত্তিদী ।

কলেন থাদা মাইকৈ মরি,
হৌরগা মৈ ঙরুং ঙরুং,
ময়াইদা মহাক মশানা,
ওইখি মঙাশুবা মৈফম ।

নোং মরক্তা নোংজু থাগী,
নিংঙি ফম্না বীরাসন্দা,
নিংথম থাদা লাইজমুংদা,
ধ্যান তৌখি অম্নিংবা থাংনা ।

চংনবী নিয়ম কাইদনা,
মতৌ অম্নম্না নিংলকপা,
হিংচাবা কুম্ভকর্ণনা,
হেনখি চহি লিশিংতরা ।

ধর্ম কাইদনা লৈরবা,
বিভীষন কৌবা হিংচাবা,
লেপ্লুনা মথোং নামদা,

মপুক্লিং শেংনা লৈহনা,
নিংখি চহি লিশিং মঙা।
মাগী লাইনিংনা লোইবদা,
চাইথরকখি লৈশিং মরাম,
নোংদোন অতিয়া থকুগী,
জগোই শাবী পুমমক্কা,
জগোই শাখি লাইরৈবাক্তা,
থাগংখি লাই পুম্নমক্কা,
পেন্সুনা মাগী লাইনিংদা।
মতুং অসিদা বিভীষন,
থাগংহ্নুনা মথুং অনি,
নোংথক্তা য়েংনা মমিত্তি,
মপুক্লিং অনি লোংদনা,
নিংহুনা মুমিৎ কৌবা লাই,
লৈখি চহি লিশিং মঙা।
মতৌ অমম্না বিভীষন,
মপুক্লিং হনবা তৌদনা,
লৈখি চহি লিশিং তরা,
তৌরহুনা তপস্যাদি।
মকোক তরা পানবা রাবন,
তাক্তুনা ব্রতগী নিয়ম,
অকনবা তপস্যা তৌনা,
লৈখি চহি লিশিং তরা।
চহি লিশিং গুরকপদা,

কক্তুনা মকোক অমমম,
কংখি মৈ কৌবা লাইগদি।
মতৌ অমম নিংলকপনা,
হৌগ্রে চহি লিশিং মাপল,
কংগ্রে মৈদা মকোক মাপল।
চহি লিশিং তরা শুবা,
অরোইবা মুমিৎ অহুদা,
তরাশুবা মকোক কক্লা,
মৈদা কংকে তৌরকপদা,
থোরকখি মবুধৌ ব্রহ্মা।
রাবনগী লাইনিং অসিদা,
থোইনা পেল্লবা ব্রহ্মানা,
লাইরাম পুম্নমক লোইননা,
লাক্তুনা রাবন মনাক্তা,
হায়রকই রাবন্দি য়েংনা,
ঐ পেল্লে নংগী লাইনিংদা।
ধর্ম মশক্তি থংলবা,
নকোক তরা পানবা রাবন।
নংগী নপুক্লিংদা লৈবা,
হায়রু অপাম্বশিং অহু,
ননিং থুংহনগে শুসিদি,
নংগী হোৎনজনল মটৈ,
মাংহনরোই অরেম্বা।
মবুধৌ খোজাল কংবা,

হয়াওখি রাবন হিংচাবা,
খুররগা মকোক নোম্না,
হায়জররকই মবুধোদা।
জগৎকী মপু ইবুধো।
শিবা হায়বসি নত্তনা,
অকিবা লৈতে জীবনা।
শিবা অসিগা মানবা,
লৈতে য়েরুবা অমতা,
মরম অসিনা ননাইনা,
নিজরি বর অমর ওইবা।
নিরিবা বরদি রাবম্না,
তাবদা হায়ররকই ব্রহ্মা,
বর অহুদি অমর ওইবা,
ফংবা য়ারোই নহারুদি,
নিজো অতোপ্পা বর অমা।
মবুধো য়াথং তাবদা,
মথুন্তি লোম্না রাবন,
হায়জররকই মবুধোদা।
সনাতোন ওইবা ইবুঙেঙা!
ননাই ওইবা ঐহাক অসি,
গরুড়, নাগ, যক্ষ্য, দানব,
দৈত্য, রাক্ষস, অমদি লাই,
মখোই পুম্নমক অসিনা,
হাংপা ঙমদবা বর অহু,
পিনবিয়ু ইবুধোনা।

জগৎকী মপু ইবুঙেঙা।
জীবশিং অতৈ অতোপ্পা,
চিংনবা লৈতে মনাইনা,
তাইবং মী অমদি অতৈ,
থবাই পানবশিং অহুদি,
খনজে মনাইনা নাপিগুম।
তাবদা রাবনগী বাদি,
হায়খি ব্রহ্মানা রাবন্দা,
মমাংদা লাই পুম্নমকী।
হে হিংচাবা দশগ্রীব।
ফংজরো নংগী অপাম্বা,
অচুম্বা ওইরো নংগী বা,
অস্রম্বা হায়খি ব্রহ্মানা।
মতুংদা অমুক হায়ররকই,
হে পাপ চংত্রিবা হিংচাবা।
ঐ পেল্লে নংগী লাইনিংদা,
পিগে বর অমুকস্থ হয়া,
হায়া নকোকশিং কক্কুনা,
পূজা তৌখিবদো মৈদা,
মাগী মাগী মকমহুদা,
অমুক হয়া মহৌশাগুম,
চোংথৎচরো মথং মথং।
কনানসু ফংখিত্রিবা,
পিয়গে বর অমগসু।
নহান্না ওইনিংবা মতং,

পায়কপা অহু খুদক্তা,
ওইবদি ঙমজৌ শোইদনা।
অস্নুমা চানবিরবদা,
মৈদা কংখিবা মকোকশিং
চোংখংলকখি মথং মথং।

মতৌ অস্নুমদি হে রাম!
পিখি বর রাবন মকমদা,
লাইগী লাই ওইবা ব্রহ্মানা।
মতুং অসিদা ব্রহ্মানা,
হায়রকই বিভীষন য়েংনা,
হে ধর্ম্মগী মশক ওইবা!
মতম চুপ্পা নংগী বাখল,
লেংদনা লৈরি ধর্ম্মদা।

ঐহাক পেম্রে নংগী লাইনিং,
নিরো বর অপাম্বা নংগী।

মবুধৌ য়াথং ফংবদা,
হায়জরকই বিভীষন্না,
মখুৎ অনিদি লোম্ননা।

থাজ মঙালগুম ইংলবা,
গুণ পুম্নমক্কা তিল্লবা,
ধর্ম্ম লৈবা বিভীষন্না,
হায়জরকই মবুধৌদা,
হে তাইবং মপু ইবুঙ্ঙো!
নংগী থৌজাল অসিতনা,
নিংবা থুংজয়ে ননাইগী।
সুংশিবিহুনা ননাইবু,
খল্লবদি বর পিবিগে,
তাবিয়ু ননাই হায়জগে,
থ্বাইদগী হেন্না নুম্নবা,
অরাবদা তারবস্থ,
ননাই বুদ্ধি অসিদি,
লেংহনবিন্নু ধর্ম্মদগী,
তমনুব্রবস্থ মহৈদি,
ফংজগে জ্ঞান ব্রহ্মগীদি।

আশ্রম খুদিংমকী ওইবা,
ফংজগে ধর্ম্ম অহুদি,
ধর্ম্মগী নিয়মশিং অহু,
ঙমজগে কাইদনা চংপা,
অসিতনা ননাইগীদি,
বরনি থোইদোক্কা পামজবা।

ধর্ম্ম কাইদবা মীশিংগী,
লৈতে ফংঙমদবা পোৎশক।

তাবদা বিভীষন বাদি,
পেনখিবদগী ব্রহ্মানা
হায়রকই বিভীষন য়েংনা।

পুকচেল ফজবা ইবুঙ্ঙো!
ধর্ম্মতত্ব নিজবগুম,
ওইজয়ো নশাত্মক ধর্ম্ম।

হিংচাবা মপোক্তা নংনা,
পাকচরবনু চংহুনা,
মধর্ম্মগী মাইকৈরোমদা,
ংখিদে নংগী বুদ্ধিনা,
মরম অসিনা ঐহাক্না,
পিরবনি 'অমর' খুভম।

মতুং অসিদা ব্রহ্মানা,
য়েংহুনা কুম্ভকর্ণদা
হায়খি নিংথিবা বাহৈনা।

মতাং অসিদা লাই পুম্নমক,
লোয়হুনা মথুং অনি,
হায়জখি ব্রহ্মা মফমদা,
বর পিবিগনু ইবুঙো,
মফমদদি কুম্ভকর্ণ।

ফজবা কুম্ভকর্ণনা,
মতৌ কয়া জীবশিং,
মাংহনখিবগে হায়বদো,
হেয়া থংবি নোংদম্বনা।

নন্দন কানন্দা লৈজবী,
জগোই শাবীশিং তবেংকা,
ইন্দ্র মনাইশিং তরাগা,
ঋষি অমদি ভাইবং মী,
কয়া কয়াদি কাহুনা,
চাগবনি মহাকসিনা।

বর ফংদ্রিঙৈগী মমাংদা,
অমুক তমথিবা অসিদা,
বর ফংগ্রবা মতুংদদি,
য়োংলরনি মরোল অহুম।

মরম অসিনা ইবুঙো!
বর পি হায়বনু থোক্লবা,
মাবু শুমহৎপা মওংদা,
পিবিখো মওংহু য়েংনা।

খনবিহুনা য়াইফনবা,
পুম্নমক্কীদি তায়বংপান,
ভাকপিবনু ওইনা মমায়,
পিবিখো বরদি মাঙোন্দা।

লাইশিংগী মবা তাবদা,
থম্বালদগী পোকপা ব্রহ্মা,
ভাইহাক লৈখি বাখল তৌনা।

বাখল তৌরিঙৈ মতমদা,
থুংলখি সরস্বতীদি,
লাইগী লাই ব্রহ্মা মনাক্তা।

মথুং লোয়া সরস্বতী,
হায়জখি ব্রহ্মা মফমদা।

লাকচরে ননাই ইবুঙো,
তাকপিয়ু করি পাম্বিবা?
উবদা সরস্বতীদি,
হায়রকই ব্রহ্মানা তপ্না।

মহৈ লাইরেম্বী ইবেম্মা!
লৈয়েংদা কুম্ভকর্ণগী,
লৈরুরো নংনা চংহনা,
লোক পুম্নমক্কী ফনবা,
নিরকউ বর অহু নংনা।

ব্রহ্মাগী য়াথং ফংবদা,
মহৈ লাইরেম্বী ইবেম্মা,
লৈখি হিংচাবা লৈয়েংদা।

মতুং অসিদা ব্রহ্মানা,
হায়রকই কুম্ভকর্ণদা,
হে অকনবা কুম্ভকর্ণ!
করিনো নংগী অপাম্বা,
নিজরো মহু বর ওইনা,
পিবিরগে নফমদদি।
মবুধো য়াথং ফংবদা,
হায়জরকই কুম্ভকর্ণ।
লাইগী লাই ওইবা ইবুঙো!
বরদি ননাইনা পামজবা,
মতম শাংনা তুম্বা ফংবা,
পিনবিয়ু মসিতদি।
"নংগী অপাম্বা ফংজরো"

পিরম্লগা বর অসিদি,
লাইশিংগা লোইননা ব্রহ্মা,
চংখি ব্রহ্মলোক অমদি।

ব্রহ্মা চংশ্রবা মতুংদা,
মহৈ লাইরেম্বী ইবেম্মা,
থাদোকখি হিংচাবা লৈয়েং।

চংশ্রবদা সরস্বতী,
লাকখি জ্ঞানদি কুম্ভকর্ণ।

জ্ঞান অহনা লাক্লবদা,
শুপখি অবাবা রাখশা,
কত্রবা কুম্ভকর্ণদি।

অবাবনি! অবাবনি!
বাহৈহু করম থোকখিবা?
খল্লকই কুম্ভকর্ণনা,
লোইনরকপা লাইশিংহনা,
থোক্লনবা মতৌ অসি,
শিন্নবা ওইপনি শোইরোই।

মতুং অসিদা হিংচাবা,
মথোই মচিন-মনাও অহুম,
লাক্লনা শ্লেম্মাতক বম্বা,
লৈজখি থোইনা মুক্তাইনা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী অষ্টাতবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ১১শুবা সর্গঃ

( রাবনগী পাও ফংবা কুবেরনা লঙ্কা থাদোকপা অমসুং কৈলাসতা হোংখিবা। )

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা,
হরাওনা কোল্লগা রাবন,
মশু হিংচাবা অহুম্না,
হায়রকই নোক্ন নোক্নদি।
বয় ময়াম ফংগ্রে হায়বসি,
হে দশগ্রীব অখোইবা!
থংলবদা সুমালীনা,
লাইবক ফবনা নহাক্না,
অকিবা অমুক লৈতনা,
মতম কুইনা নিংজরকপা,
মনাই-মশলশিং লোইননা,
অপাম্বদি নপুক্লিংগী,
কারকখি রসাতলদগী।
ফংলে হৌজিক ইরাই লাইনা।

মন্ত্রি মরি সুমালীগী,
মরোল অহুম্মকী মপু,
মারীচ, প্রহস্ত, বিরূপাক্ষ,
নবুখো ব্রহ্মা মক্তগী,
মহোদর মখোই পুন্নমক,
ফংজরে নখোই অহুম্না,
খোইনা শাওবগা লোইননা,
বরশিংদি খোইদোক হেন্দোকপা।
কায়কখি রাসতলদগী।
ইবুঙো অকনবা রাবন!
অখোইবা মন্ত্রি ময়াম্না,
নিংখিবী লঙ্কা থাদোক্না,
ইকোই কোইশিন্না সুমালী।
রসাতল চংপদি ঐখোই,
চংশিনখি রাবন মনাক্তা,
কিবদগীনি বিষ্ণুদি,

লৈত্রে হৌজিক্তি অকিবা।
লানকম খুদিং থেংনবদা,
পিখি ঐখোইবু মাইথিবা,
মরম অসিনা ঐখোইনা,
হুন্দোক লম্নগা লঙ্কাদি,
চেনবনি রসাতলদদি।
নয়াম্বা কুবেরনা লৈবা,
লঙ্কা হায়রিবা লৈবাকসি,
হিংচাবা ঐখোই মরায়া,
লৈরম্বনি মকমসিদা।
পাম্বোম চাউবা দশাগ্রীব।
সাম, দায়বু ওইরবস্থ,
পাঙ্গম্নবু ওইরবস্থ,
লঙ্কাবু অমুক ফংলবা,
নিংবা থুংলে ঐখোইগীদি।
ইও ইবুঙ্গো অকনবা।
নংনা ওইরো লঙ্কা নিংথৌ,
য়েংনফম লৈতে মসিদা।
রসাতলদা লোংলুরবা,
ঐখোই ময়ামগী অবাবা,
কোকপিরবনি নহাক্না।
নহাক্না নিংথৌ ওইবদা,
লৈরোই কনা য়েংপিনবা।
মবুথৌ বাহে তাবদা,
হায়রকখি দশগ্রীবনা।
লম্মগী মপু কুবেরদি,
ইয়াম্বা অহল গুরুনি,
মাবু মহুয়া তাকপিবা,
খনবে মতিক চাবা নত্তে।
মগুগী মহ্যা তাবদা,
মবুথৌ সুমালী অহু,
হন্দোকখি রাবন নাক্তগী,
মপুক্লিং খোইনা সুংশিনা।
রাবন পুক্লিং থংলবদা,
পাওখুম অমুক পিরমদনা,
হন্দোক্না লৈখি সুমালী।
মতম খরগী মতুংদা,
সুমলী নাক্তা লৈরিবা,
প্রহস্ত কৌবা মশিনা,
পাওখুম ওইনা সুমালীগী,
হায়রকই রাবন মকমদা.
খোইদোক হেন্দোক্না নোঙ্গ্লা,
অকনবা ইবুঙ্গো রাবন।
নবা পোকপা নবুবৌদা,
য়েৌনদে মহুয়া হায়বা।
তাবিবু ঐহাক হায়রগে,
অকনবশিংগী মকমদা,
লৈত্তে বজিন-মনাওগী বা।

অদিতি অমসুং দিতি,
পোকমিন্নরবী অনিনি,
লোয়নবিনী মখোই অনি,
মহামুনি কশ্যপকীদি ।

লাইরাম পোকখি অদিতিনা,
দৈত্যশিং পোকখি দিতিনা,
লাইশিং অমদি দৈত্যশিং,
মখোই কাংবু অনি অসি,
পোকপনি কশ্যপ বীর্য্যনা ।

অহানবদা মালেম পুম্বা,
চীং, বন অমদি সমুদ্র,
লৈরিবা পুম্নমক অসি,
লৈরম্বনি মখা পোন্না,
অকনবা দৈত্য ময়ামগী ।

অহৌবু শক্তি লৈরবা,
দেব নারায়ণ মাতনা,
হাংলগা দৈত্যশিং লান্দা,
নিংথৌদি মরোল অহৎমগী,
পিবিখি লাইশিং মফমদা ।

ইবুঙঙো নহাক্তনবু,
খঙ্নো ওন-তৈনবু,
লোৎবনি পাওতাক অসি ।

লাইশিংগী অমসুং দৈত্যশিং,
মখোইগী মরম অদুদি,
হায়রবসিনি ইবুঙঙো,
খল্লগা তৌরো অপাম্বা ।

প্রহস্ত বাদি তাবদা,
থোইদোক্লা পেল্লবা রাবন,
রাখল তৌরগা ভাইহাক্তং,
'ফবে মতু ঐহাক মারে',
হায়রকই মতৌ অসুম্না ।

মাররক্লবদা রাবন্না,
হরাওনখি হিংচাবশিং ।

সুমিত্তি অহুমক্তদা,
অকনবা রাবন লোইননা,
হিংচাবা ময়াম অতুনা,
চৎখিহুনা লঙ্কা তম্না,
লৈখি মনাক নকপা বন্দা ।

ত্রিকূট চীংথক্তা লৈরগা,
হিংচাবা দশগ্রীবনা,
থাখি প্রহস্ত দূত ওইনা,
ময়াম্বা কুবের মনাক্তা ।

বাহৈ বাতাদি হৈরবা,
প্রহস্ত মন্ত্রিদি রেংনা,
হায়রকই দশগ্রীবনা,
প্রহস্ত নংনা চৎলগা,
হায়বিক কুবের মফমদা,
নোঙ্নক্লা ঐগী পাও অসি ।

হে নিংথৌ লানগৈগী মপু !
ইবুঙেঙা নংনা লৈরিবা,
লঙ্কা কোবা লৈবাক অসি,
হিংচাবশিং ঐখোইগীনি ।

মরম অসিনা হে নিংথৌ !
খনবিহুনা মরম অসি,
ভৌবিয়ু অচুম্বা অহু ।

অকনবা ইবুঙেঙা নংনা,
পিরবদি লঙ্কা হয়া,
অপেনবা ওইগনি ঐখোই,
লনগী মপু ইবুঙেঙাম্হ,
ওইগনি ঙাকপা ধর্ম্মদি ।

পুহুনা রাবন য়াথংদি,
চংচখি প্রহস্ত মন্ত্রি,
লঙ্কা তম্মা হুরাওনদি ।

চেকশিন্না ঙাক্লিবা কোম্হং,
চংখিহুনা প্রহস্তনা,
হায়জখি কুবের মফমদা,
খোইনা নোমুকপা রাহৈনা
হে লাইবক ফবা ইবুঙেঙা,
লান্দি হৈবা অকনবা,
জ্ঞান লৈবা লনগী মপু !
ননাও ইবুঙেঙা রাবনা,
থাম্নকপনি ননাই ঐহাক,
ইবুঙেঙা নংগী মফমদা,
মালা পামজবা থরলং,
ঙাকপিরকই হৌজংনবা ।

মিত্তা চাউনা কফরবা,
বিশ্রবা মচা ইবুঙেঙা ।
নিংখিরবী লঙ্কা অসি,
লৈরম্বনি ইহান হায়া,
সুমালীদি অকনবনা ।

মহু থংহুনা ননাওনা,
লঙ্কা অসি অমুক হয়া,
পিবিখিনবা মখোইদা,
হায়জরকই ইবুঙেঙাদা
খোইদোক হেন্দোক্লা নোমুক্লা ।

প্রহস্ত রাদি তাবদা,
রাঙাং কফবা বৈশ্রবন,
হায়রকই প্রহস্ত হেক্নেনা ।

লঙ্কা অসি অহানবদা,
হিংচাবা কনা লৈতবা,
উবদা মতৌ অহুদি,
ইপানা পিখি ঐতোন্দা,
দানবী মশক্ত ওইনদি ।

ইপাগী রাথং ঙাক্তুনা,
লৈবনি ঐনা লঙ্কাদা ।
অহুবু রাবন মফমদা,

হায়রকপ্রো মহাক চংলগা,
য়েংবা তিথোং লৈজবা,
লৈবাক অসিদগী হেন্না
ঐগী লৈজবা পুম্নমক,
ওইরবনি রাবন মাগী,
লৈবপ্রো নখোই হুংঙাইনা ।

ঐগী লৈবাক ঐগী ইয়ন,
রাবন ইনাওগী মফমদা,
শিন্নরম্নগে থাজনা ।
মতৌ অম্না হায়রগা,
চংখি মপা মুনি নাক্তা ।

মপা মহর্ষি মনাক্তা,
য়ৌরম্নবদা কুবেরনা,
খুরমজরগা নোমুক্লা,
হঙংচখি বাকম অহু ।

তাবিয়ু ইপা ইবুঙেঙা,
রাবন্না ননাই ঐঙোন্দা,
খংহল্লে দূত থারক্তুনা,
লঙ্কা অসি অহানবদা,
ওইরম্মী হায়না মখোইগী ।
মরম অসিনা মখোইদা,
হায়রকই অমুক হনবিপ্রো ।
মতাং অসিদা ননাইনা,
তৌকম থোকপা থবক অহু,

তাকদিয়ু ননাই ইনজগে ।
কুবেরগী বাতাং তাবনা,
হায়রকই মহামুনিনা,
ইপা বা হায়গে মুন্না তাও ।
অকনবা ননাও রাবন্না,
হায়ব্রে বাকমহু ঐঙোন্দা ।

কত্রবা মহাক অহুবু,
চৈখিব্রবনি ঐনম্ন ।
হন্না হন্না য়াম্না শাওনা,
হায়খিবনি মাঙোন্দদি,
নংনা মহুম তৌরবদি,
মাংজবা ওইগনি নংগী ।

ধর্ম্ম কাইদবা ইবুঙেঙা,
খ্বাইদগী অফবা পাওতাক,
হায়গে ইপানা নঙোন্দা ।
খ্বাইদগী হেন্না কত্রবা,
দশগ্রীব হিংচাবনি.
বর অমুক কংখিবদগী,
থোইনা মথোই কাপ্রবনি ।
ইকাই খুম্নকম থোকপদা,
ইকাই খুম্নখিদ্রবনি,
অমুক ঐহাকী শাপনদি,
থোইনা হেন্না কত্রবনি ।
মরম অসিনা ইবুঙেঙা ।

নংগী প্রজাশিং লোইননা,
থাদোক্লম্মগা লঙ্কাদি,
লৈজরুরো কৈলাস চীংদা,
শেমজরুরো কোম্নুং অমা।
হায়রিবা চীংজাও অহুদি
তুরেন খিবিক্কি অথোইবী.
পুক্লিং হুনা ফজরবী,
কোনবনি মান্দাকিনীনা।

নুমিৎ মঙালগুম ফজবা,
সনাগী থম্বালশিংহুনা,
শাংকাইহুনা ইরুং লংনা,
ফজহনবনি থোইনদি,
থরোশিং মনম নুংশিবা,
অতৈ অতোপ্পা লৈশিংনা,
তাশিন্দুনা ইমাইহুদা,
চেন্থরিবা লাইজ অহু,
থোইনা মনম নুংশিবনি।

চীংথক অহুদা লাক্লগা,
মতম পুন্নমক অহুদা,
জগোই শাবী, কিন্নর, লিন,
গন্ধর্ব্বশিং পুন্নমক্লা,
লাইশিং ময়াম লোইনহুনা,
লৈবনি শানহুনতা।
ইপাগী ইবুঙেঙা কুবের!

ওইক্করবদি হেক্করা
ননাও কক্রবা অসিগা,
ওইগনি নংগী কক্কবা।
বন্ন কংপ্রবনি মথোইদি,
কাওগনু মহু নহাক্লা।

মপাগী পাওতাক ফংবদা,
মপাগী য়াথং ঙাক্লবা,
নুপি অঙাং পাত্রমিত্র,
লম্থ,ম, সনা-লুপা, শাদোং,
লোইননা পুন্নমক অসি,
চংখি কৈলাস চীং ওয়দি,
থোইনা শিংলবা কুবেরনা।

কুবেরনা থাদোক্লমহুনা,
হাংনা লৈরবা লঙ্কাদি,
উরবদা প্রহস্তনা,
চংখিহুনা রাবন নাক্তা,
হায়রখি ওপ্প ওপ্পদি,
ঐখোই ময়ামদি পুন্দুনা,
লঙ্কা চংলসি ইবুঙো,
লৈকরসি ধর্ম ঙাক্লা,
প্রহস্ত মবা তাবদা,
অকনবা দশগ্রীবনা,
মচিন-মনাও, মনাই-মশল,
শাগৈ-নাইকৈ থোংজিন-নাক্কি,

। পুন্নমক লোইননা,
ননা থাদোক্লবা,
খবী লঙ্কা লমলমদা,
দনখি হয়াও হয়াওনা ।
থিজে লখী পুন্নমক,
বদা তক-তনাল্লি ।
মী সিংহাসন থক্তা,
খিবগুম ইন্দ্ররাজনা,
ইগীদি যেক্লবা রাবন,
খি লঙ্কা সিংহাসন্দা ।
চাবা মন্নাম অহুনা,
খুদক অহুনা রাবনদি,
হাপখি নিংথৌদি লঙ্কাগী,
লাওথোকখি প্রজা-মন্নামদা ।
স্বর্গ থামদা ইন্দ্ররাজনা,
শেমখিবগুম অমরাবতী,
মপা রাথং ভাণ্ডা কুবের,
থাগী মণ্ডালগুম ইংলবা,
সহর শেমখি কৈলাস চোংদা,
লৈজখি মপুক্সিং ইংনা
মাগী প্রজাশিং লোইননা ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১১শুবা সর্গ লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১২শুবা সর্গঃ

(শূর্পনখা অমদি রাবন মচিন মনাও অহমশী লুহোংবা অমসুং মেঘনাদ পোকপা।)

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা,—
নিংথৌ খুভম ফংলবদা,
হিংচাবা দশগ্রীবনা,
মনাও ময়ামগা লোইননা,
লৈমিন্নখি হরাও হরাও।
মতম অসিদা রাবন্না,
শূর্পনখাদি মচনবু.
খল্লকখি লুহোংবিরগে।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
কালকাস্তরগী মচান্নুপা,
হিংচাবশিংগী লুচিংবা,
বিদ্যুজ্জিহবাগা লোইননা,
লুহোংবিখি মচলন্নুপি।
হে শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙ্ঙো।
মচল লুহোংগ্রবা তুংদা,
লোংথদি রাবন নিংথৌনা,

চংখি শা তানগে খন্দুনা,
অতকপা বনগী মনুংদা।
মতম অদুদা রাবন্না,
থেংনখি দিতিগী মচা,
ময়দানব দৈত্যগদি।
কন্যা অমা লোইনরিবা,
উবদা ময়দানববু,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
হংলকই ময় মফমদা,
তাকপিয়ু অদোম কনানো?
করি মরমদি লৈবনা.
মী, শা কনাসু লৈত্রবা,
চিক্লবা বন মহুংসিদা,
শক্তিশী মিতা ওমজবী,
নিংথিবী কন্যা অসিগা,
লৈরমলিবনো করমা?

য়াহং অসিসি তাবদা,
থুয়কই ময়দানবনা.
হায়জগে ময়ম পুম্নমক,
তাবিয়ু ইবুঙ্গো নংনা।
তারগা য়াই ইবুঙেঙাসু.
হেমা কৌবী জগোইশাবী,
স্বর্গদা লৈবী মাগী বা।

পুলোমাসুর মশামক্কা,
মচাগুপি পৌলোমীবু,
ইন্দ্র খুত্তা পিথিবগুম,
হেমাদি জগোই শাবি দো,
পিবিথি ঐহাকী খুত্তা,
দান ওইনা লাংশ পুম্নমক্কা।
লৈমিয়খি চহি চামা,
হেমাগা লোইননা ঐহাক,
থোইদোক্না পুক্নিং হরাওনা।

নোংমগী সুমিত্তা হেমা,
লাইগী য়াথং মতুং ইয়া,
চংখিবনি স্বর্গ লোক্তা,
অত্থবু গুসি কাওবদা,
হয়কপা কৌবা লৈখিত্রে,
হেনশে চহি তরামরি।

হেমাগীদমক্তা ঐনা,
মায়াগী মশক ওইয়বা,

সহর অমদি নিংখিনা,
মনি মুক্তাশিং তাক্তনা,
শেম্বিখি তরু-তহেম্না।
হেমা লৈত্রবা সহরদা,
মতম লেনখি ঐনা য়ানা,
অসিনি হায়কম থংদনা।
সহর অত্থদগী ঐনা,
পুরক্লনা কন্যা অসি,
লাক্লিবনি বন অসিদা।
ইচা নুপিনি মহাকসি,
পোকচরম্বনি হেমানা,
চাউননবা য়োক্লকপনা,
ঐহাক্কি খংঙু ইবুঙেঙা।
কন্যা অসিগী ঐহাক্কা,
মতিক চাবা মপুরোইবা,
থিবা লাকপা মতমসিদা,
পুরকপনি মহাক অসি।
ইকাই খুম্নবদি পাম্বা,
মীওইবশিং মকমদদি,
মচা নিঙোলশিংগীদমক,
মতিক চাবা বর থিবসি,
থোইনা অবাবা মশক্কি।
নিংঙোলনা মতম চুমদা,
মপা অমমুং মবাগী,
শাগৈ অনিমক অসিদি,

থমগনি চিংনহন্দনা।

হেমা মহাক্লা পোকচবা,
ইচা নুপা অনিথকস্থ,
লৈহৌরি সহর অহুদা।

মখোই অনিগী মমিংনা,
অহল অহুনা মায়াবী,
মথং অহুনা হুন্দুভি,
অস্থম হায়না খংনবনি।

খংবিনিংবা মরম পুম্বা,
হায়রবনি ইবুঙেঙাদা।

কনানো ইবুঙেঙা নংনা?
করম্না নংবু খংগনি?
মতৌ অস্থম্না ময়না,
হংলকপা বাহং তাবদা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
থুয়কই থোইনা নোঙ্কুা।

পুলস্ত্য মচা বিশ্রবা,
মাগী মচানি ঐ অসি,
কৌই মিংনা দশগ্রীব।

বিশ্রবা মুনি অসিদি,
ব্রহ্মামক্কী অহুম শুবা,
মানস পুত্র অশেংবনি।

থংবদা ঋষি মচানি,
শোইদোক্লা হরাওখি ময়।

মচা সুপি পিনিংবগী,
বাথল অহুদি রাবন্না,
কোংদোরকই ময়দানব।

মচাগী মথুং পাইরগা,
চংশিনখিহুনা ময়মা,
শিয়রগা রাবন খুত্তা,
হায়রকই ভগ্ন তপ্পদি,
হে অকমবা দশগ্রীব।

হেমানা অশেং পোকচবী,
মন্দোদরী কৌবী অসি,
ইবুঙেঙা নংগী নকমদা,
কংচরবনি দান ওইনা,
লৌশিনবিরো লংনদনা।

মতম অসিদা রাবন্না,
হায়রকই ময় মকমদা,
ভৌবিরিবা দান অসিদি,
লৌজরে হরাও হরাওনা,
কংজবদা থোজাল অসি,
অপেনবা ওইরে ঐগীদি।

মতুং অসিদা রাবন্না,
হৌগত্‌লা মৈদি কন্না,
বেদগী নিয়ম তুংইন্না,
লুহোংখি মন্দোদরীদি।

মচা রাবনগী মকমদা,

তৌখিবা শাপ বিশ্রবানা,
খংদবা মন্ত্রে মরুম্,
অহুবু ব্রহ্মা মাসিম্,
খন্দুনা মত্ত মুশানি,
পিখিরনি লুহোংহনা.
মচা মুপি মন্দোদরী ।

পুম্নমকসিসী মথক্তা,
মরু মাসী তপস্যানা,
কংখিবা থুংলাই শক্তিসেন,
দান তৌখি রাবন মকমদা ।

থুংলাই অসিসী মপান্না,
পিখিবহুনি অরাবা.
লানকম ময়াইদা লম্মনদি ।
মতুং অসিদা রাবন্না,
লোইনহনা মন্দোদরী,
হল্লকখি লঙ্কা কোম্নুংদা ।

মনাও অনি লুহোংনবা,
পুরকখি কন্যা অনিদি ।

বিরোচণ মচা বলীসী,
মচা মুপি বজ্র জ্বালা,
কুম্ভকর্ণগা লোইননা,
লুহোংখি লঙ্কা কোম্নুংদা ।

গন্ধর্ব্ব লিংথৌ শৈলূষী,
মচা মুপি সরমাবনা,
লুহোংবিখি বিভীষনগা ।
ধর্ম্ম চেন্নবী সরমাদি,
পোকখি মানস সরোবরদা ।

পোকপা মতমদা সরমানা,
মানস সরোবর অসিদি,
নোংজুথা মতম ওইবনা,
চাউখংলকখি ইমাইচোম্না ।
মতম অসিদা মমানা,
মচাবু মুংশিজবনা,
খোইদোক্না মুংশা থিহনা,
হায়রকই সরোবরদা,
হে সরো ! চাউখংকনু নং ।
মসিনা মরম ওইহনা,
খোনখি কন্যাসী মিং সরমা ।
গন্ধর্ব্বশিং পুম্নমক্না,
মা মাসী লোইনবিশিংগা,
শানবগুম নন্দন বন্দা,
হিংচাবা অহুম অসিসু,
মা মাসী মুপি লোইননা,
শানমিনখি লঙ্কাদা ।
মতম থরূসী মতুংদা,
মন্দোদরী গর্ভদগী,
পোক্লকখি মচা মেঘনাদ ।
মহাক্না পোকপা মতমদা,

কপালকখি নোং খোংবগুম্না, মেঘনাদ অম্থম হায়নদি।
খোঙেল অছুবু তাবদা, মচাগী মতৌ উবদা,
ওককখি জীব পুম্নমক। হয়াওকখি মমা মপা,
মতৌ অসিদা রাবম্না, শিম্নখি নিংথেমন্থবদা,
খোনবিখি মচাগী মমিং, পিত্থনা চেকশিন পাওতাকশিং॥

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১২শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

১৫শুবা গ

( রাবনা শাবা তুমকয় শংদা কুম্ভকর্ণ তুমখিবা, রাবনা ওনশিং ওং-লৈবা কুবেরনা দূত থাবা দূত হাৎখিবা ।

মহর্ষিনা হায় শ্রীরামদা,
ব্রহ্মানা পিখিবা বরনা,
লাঙ্গ্‌না নিদ্রা দেবীনা,
লৈখি কুম্ভকর্ণ নাক্তা ।
নিদ্রা দেবী থুংলবদা,
থাংবা চমদে তুম্লিংবনা,
কুম্ভকর্ণদি অকনবা ।
মতম অম্মিদা মহাক্না,
হায়রখি রাবন মকমদা,
য়াম্লং ইবুঙ্গো অকনবা,
থাংবা ওমত্রে তুম্লীংবনা,
শং অমা ঐনা তুমবা,
থোরাং তৌবিয়ু থুদক্না ।
মনাওনী বাখি তাবদা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবনা,

কৌখি য়ুমশাবা ময়ামদি,
বিশ্বকর্মাওম হৈ-শিংবা ।
লাক্লবদা য়ুম শাবশিং,
য়াথং পিখি য়ুম শানবা,
লৈনবা মনাও অথোইবা,
কুম্ভকর্ণ অকনবদি ।
য়াথং কংবদা রাবননা,
য়ুমশাবা ময়াম অচুনা,
ময়ুংনা থোকখি অনি,
ময়াক্না থোকখি অমা,
শাখি চাউরবা য়ুম অমা,
থোইদোক ফেদোক্না কক্না ।
মথোং থুখিং য়ুম্লি চলি,
য়েংবদা থুখিং চত্রি,
চংথোক-চনখিন তৌবদি,

খোইনদি কোয়া থোকহল্লি।
বৈদূর্য্য মণিনা চনবা
থাকী পরেংনা নিংথিরি।

মাইকৈদি মরি অতুদা,
কিঙ্কিনী জালনা লৈতেংলি.
শামু ময়ানা চল্লবা,
থোংজাওনা ঙৌনা নিংথিরি,
মনি মুক্তাতনা হৎপা,
নিংথিবা বেদি অতুনা,
পুক্লিংদি হুরি য়েংবদা।

মেরু চীংগী গুহা পুম্বা,
পুণ্যাগী মশক ওইবগুম,
নুংঙাইবগী মশক ওইবা,
পুক্লিং হুনা ফজম্লবা,
য়ুমজাও অসিদি রাবন্না,
শাবিথি মনাওগীদমক।

অকনবা কুম্ভকর্ণনা,
চংখিহুনা য়ুম মঙ্গুংদা,
তুমখি থোইনদি নুংঙাইনা।
হৌখি চহি লিশিং কয়া,
মিংকপ থোকপদি লৈথিদে।

কুম্ভকর্ণনা তুমলিঙৈ,
হিংচাবা রাবন নিংথৌনা,
মলিং মথাদি তৌহুনা,
লাই-ঋষি, যক্ষ, গন্ধর্ব্ব,
মরাম পুম্নমক অসিবু,
হাংগা হৌখি ওং-নৈনদি।

কক্ষ কজবা লৈকোনশিং,
শেমহুনা থম্বা লাইশিংনা,
চণ্ডুনা লৈকোন থুদিংদা,
কত্রবা নিংথৌ রাবন্না,
অশাওবগা লোইননদি,
মাংহনখি উংহন্ন শানা।

তুরেন থোংখুদা শাম্লা,
শানবগুম মনিং তম্না,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
শানখি মনিংদি তম্না।

উজাওশিং নোংলৈ-নুংশিংনা,
মাংহনবগুম হুমদোক্লনা,
চীংজাওবু ইন্দ্র বজ্রনা,
য়ানথাইবগুম উংকুল তানা,
লৈকোন পুম্নমক অহুদি,
মাংহল্লগা মরু কংনা,
চংখি রাবন নুংনাংদনা।

ধর্ম্মদি লৈরবা কুবের,
রাবনগী মীওং-মীনৈশিং,
থংলবদা তম্হুনা,
অথিবা মিংচং শাগৈদী,

খম্বুনা খোক্লনবদি,
মনাও হুৎশিবম্ উৎপা,
রাবন মাঙ্গির কনবা,
দূত্তি থাখি লঙ্কা তাম্না,
শিনবা পাওতাক রাবন্দা।

লঙ্কাদি য়ৌবদা দূতনা,
উনখি ইহান হানবদা,
ধর্ম্ম লৈবা বিভীষনগা,
বারি তৌখি মরম পুম্বা।

মতুং ইমা চৎনবীগী,
দূত অহুবু বিভীষন্না
হয়াও-তয়াম্না ওক্লগা,
হংখি মরম মা লাকপগী।

মরাম্বা কুবের নিংথৌগী,
মরূপ-মপাং পুন্নমক্তী,
হংলগা পাও অক-কক্তা,
পুশিনখি দূত রাজ সভাদা,
বিভীষন কৌবা মন্ত্রীনা।

মতোম্মতগী মতালনা,
পুন্নম কপী যেক্লবা,
রাবন উবদা দূতনা,
'জয় ওইবিয় মহারাজগী'
অহুম হাম্বনা খুম্নকপা,
লৈখি ফুমিন মখুং লোম্না।

মতুংদা ওাইহাক নৈরূপা,
নিংখিবা সিংহাসন শক্লা,
চিংলেম্নদি ওাঙ্খোইরিবা,
থিংচাবা নিংথৌ মকখদা,
হায়রখি দূতনা লোমুক্লা।

অকনবা নিংথৌ ইবুঙ্গো।
নয়াম্বুং অহল কুবেরনা,
লাইগুরু অনিদি শক্লা,
ইবুঙ্গো নংগী নকমদা,
শিরকই অকবা পাওতাক,
ভাবিয় মহু হায়রগে।

মতম অম্বক শাংগ্রবসি,
ইবুঙ্গো নিংথৌ নহাক্লা,
তৌগ্রে কওবা থবক্তা,
মতুংদা অমূক হন্নদি,
তৌগে খল্লগম্ পাত্তি।

ওসি হায়বা অসিদগী,
নপুক্লিং ইংনা লৈহনা,
থক্লো অকবা বাথক্তা,
মাংহল্লনা মতম মাবু।

অচুম্বা লম্বী থিবনা,
খ্বাইদগী হেন্না অকবা,
থবক্তি সংসার অসিদা।
মাংহনখিবা নন্দন বনদি,

উখি মহুবু ঐহাক্না ।
ঋষি মন্নামদি হাংখিবা
তাখি মহুস্থ ঐহাক্না ।
রাবন নংগী নফমদগী,
মাইখিবা ফংখিবা লাইশিং,
মথোইশিং পুন্না হৌদুনা,
তাগদৌরি লান নথক্লা,
যৌবকে পাওন্দি ঐঙোন্দা ।
নহাক্না ঐগী ইফমদা,
অরানবা কয়া তৌবা রাই,
অঙাংনা কয়ারক লানবা,
অহল-লমন, মরুপ-মপাং,
শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক্না,
মরাল লৌদবা অহুঙম,
তৌফম থোকপনি ঐগীসু ।
ফননবা নংগীদমক,
পিরিবনি পাওতাক অসি ।
নিয়ম পুম্নমক ঙাক্তুনা,
ইন্দ্রিবু খুহুম চল্লগা,
রৌদ্রব্রতদি কতুনা,
ধর্ম্ম মাতগী থল্লগা,
হিমালয় চীংশাং অমদা,
চংলি ঐনা লাইদি নিংবা ।
মকম অদুদা ঐহাক্না,
উমাদেবীদি লোইননা,

উবদি ফংখি মহাদেব ।
লাইগী নোংদম কৰখিবনা,
ওইথংবা মিংনা ঐগীদি,
য়েংঙ্গরে মহাদেবীদা ।
ঐনা খনখি মতমমতুদা,
কনানো মুপি অসিদি ?
মাবু থংনিংবনা ঐনা,
ইচম চম্না অমুক হন্না,
অরানবা রাখল য়াওদনা,
য়েংখি ইবেম্মা দেবীদা ।
দেবীনা মতম অহুদা,
য়েংবা ঙমদনা ফজবী,
অঙকপা মশক অমদা,
উবা ফংখি নৈরত্বদো ।
দেবীগী মঙাল অহুনা,
চাকখি ঐহাকী মিং ওইদি,
মিং অসিনা য়েং থংবদি,
কুপশিনখি উফুল বাইফুলনা
মতুং অসিদা ঐহাক্না,
চংলগা চীংমাই অমদা,
ব্রত তৌনা বা ঙাংদনা,
লাইনিংখি চহি চানিপাল ।
চহি চানিপাল মতুংদা,
লোংলকখি ভগবান শঙ্কর,
দর্শন পিরগা ঐঙোন্দা

হান্নবিন্নকই মতৌ অসুম।
হে ধর্ম্ম খংলবা কুবের!
খোইদোক্পা কল্লবা ব্রত,
লাইনা পাংখোক্লে নহাক্না।
ঐ পেক্লে নংগী ব্রতদা,
মরমদি ব্রত অসিদি,
তৌখিবনি ঐহাক্না।
অতোপ্পা অনিশুবদা,
ওইরবনি নহাকসিনা।
ব্রত অসি তৌবা ওম্বা,
অহমশুবা মীশক অমা,
থাজদে উবা কংগনি।
অকনবা ব্রত অসিদি,
লৈতে অওম্বা কনাস্মু।
লুপ্পবা ব্রত অসিদি,
তৌখি ঐনা মমাংদৈদা।
ইবুঙেঙা হে লনগী মপু!
নংগা মাননা লুংশিবা,
কনাগুম্বা মীশক অমা,
কংলয়োই খিবদি ঐনা,
নংগী লাইনিংতনা ঐবু,
ওমল্লে লাইনা কয় তৌবদি,
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
ঐনা ওইরে নংগী মরূপ।
স্নেংবদগী উমা দেবী,
শক্তিতনা প্রাগী মঙ্গাল,
চাকল্লে নমিত্তি ওইখংবা।
নমিৎ অতুনা স্নেংখংবা,
ওইরে পিঙ্গল মচুদি,
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
"একাক্ষ পিঙ্গলী" হায়না,
( মিৎ নামা পিঙ্গলী থুংবা",
খংনহৌরসম্ম নংদি,
মরোল অচুম্বক অসিদা.
হৌরহুনা শুশিদগী।
মতৌ অসুম্না ঐহাক্না,
ফংহুনা শিবগী থৌজাল,
লৌরগা মাগী য়াথংদি,
হল্লকপা মতম য়ুমদদি,
তাবা ফংখি নংগী বারি।
শাগৈদি চোপহল্লে নংনা,
ওইরে মিংচত্তি কণ্ডবা,
মরম অসিনা নহাক্না,
থাদোকউ কণ্ডবা মরূপ।
লাইশিং ঋষিশিং ময়াম্না,
পুন্দুনা অমতা ওইনা,
খিরি উপায় নং হাংনবা।
দুতকী মথাদি তাবদা,
ঈ কাখি রাবন শাওবনা,

ক্রক ক্রক চিকখি ময়া ময়াম,
প্রোক প্রোক থেকখি মখুং মশা,
হায়খি মশা থক থক নিক্লা,
হায় দূত ! হায়রিবা পুন্নমক,
খংলে ঐহাক্লা লোইনমক ।
ফত্রবা দূত নহাক অসি,
লোইরবনি খংঙ্ ঙসি,
নং অমদি নং থারকপা,
নখোই অনিমক অমতা,
হিংনদি থম্মরোই ঐনা ।
কুবের মানদি হায়রকপা,
অফবা নত্তে ঐঙোন্দা ।
ঐবু কিনবা হায়রহনা,
শিবগা মরূপ শানবা,
লিরি বারি অরেম্বদা,
পংজবনি মসি মাগী ।
মহুম্ নংনা লিররি,
মরাল অমনি নংগীসু,
মরম অদুনা নহাকসু,
ঙাকপিফম থোক্লে ঐহাক্লা ।
ত্যজৌ হে দূত অপংবা নং !
ঙসি কাওবদা ঐহাক্লা,
ইন্দ্রাম্বনি থনবদগী,
থম্নকপনি ঙাকপিদুনা ।
অদুবু মাগী বাহৈনা,
ঙাকপিফম থোক্লে মহাকপু ।
ঐনা ঐগী পাজলত্না,
জয়দি তৌগে মরোল অহুম ।
মিংকুপ থরগী মতুংদা,
মহাকী মরাল অসিনা,
মখোই লোকপালদি মরিমক,
থারগনি যমালয়দা,
খংঙ্ মসি শোইত্রবনি ।
অন্নম্মা হায়রগা রাবন,
চোংথখি সিংহাসন্দগী,
লেপ্না পৃথি থক্কদি,
রাম্মা শাওনা থাং শংলগা,
দূতকীদি শম্মাং পায়হনা,
মকোক্তি ককখি খুদক্তা ।
মতুং অসিদা রাবন্না,
বক্তি বাহৈদি শোল্লগা,
জয় তৌনবা মরোল অহুম,
কাথংখি মাগী লোলাইদা ।
কুবেরনা লৈবা মাইকৈদা,
লাম্নি পুন্নমক লোইন্না,
তৌখি যাত্রা লানগীদমক ।

মতাং অসিবা উত্তরকাণ্ডগী ১৩শুবা সর্গঃ লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১৪শুবা সর্গঃ

( রাবনগী মাগী মন্ত্রিশিং লোইননা যক্ষগী মথক্তা লান ভাবা অমসুং যক্ষশিংঃ মাইথিবা পীবা । )

ঋষিনা হায়খি শ্রীরামদা,
নাপলদা ডাওরবা রাবন,
জগৎ চাকথেক্কে মতাঙুম,
শাওজ্বনা থোইদোক হেন্দোক্লা,
মহোদর, প্রহস্ত, মারীচ,
শুক সারনচিংবা মন্ত্রি,
অমদি লাত্তা পামজবা,
থোইনা কল্লবা ধূম্রাক্ষ,
মথোই পুম্নমক লোইননা,
থোররুখি লান থাজ্রা তৌনা ।
খুঙং কল্লা, খুল্লেন কল্লা,
চীংজাও, উপবন, বন কল্লা,
থনজনা খুংগইনদি,
য়ৌরকখি কৈলাস চীংজাওদি ।
কল্লবা রাবন নিংথৌনা,

মাগী লাম্বিগা লোইননা,
লাকপত্থু লানগীদমক্তা,
থংলবত্থু যক্ষশিংনা,
ডম্বিদে খুৎ থোক্লবা,
কল্লবা রাবন হায়রবদি,
যক্ষ নিংথৌ কুবেরগীদি,
মনাও অমনি থংবনা ।
প্রজাশিং থরা অমনা,
চংখি পাওদি পিক্লনবা,
মনিংথৌ কুবের মফমদা ।
য়ৌরবদা কুবের মনাক,
প্রজাশিং মরাম অহনা,
তম্বিখি পাও অত্থু লোত্থুক্লা ।
মনাও রাবনগী অপাম্বা,
লানগী বাদি থংলক্লনা,

পাওভাক পিথি প্রজাশিংদা,
লান তৌরুনবা খুদক্তা।
য়াথং ফংবদা প্রজাশিং,
চংনখি হয়াও হয়াওনা।
ইহৌরকপা সমুদ্রনা,
চাউবগুম অকিবা ফংনা।
শাওয়বা যক্ষ লাম্মিশিং,
হেনগৎলকখি থোইনা মশিং।
উবদা লাম্মিশিং ময়াম,
নিকখি কৈলাস চীংজাও কাওবা।
হিংচাবা অমদি যক্ষ,
মাইয়োক্লয়বা মতমদা।
হৌনখি লান্দি থেংনবা।
অহানবা লানজং অসিদা,
বানা থাংখি হিংচাবশিং।
হিংচাবা জিংথৌ য়াবন্না।
মাগী লাম্মিনা ওইরিবা,
অশোনবা মতৌ উবদা,
থোইনা শাওবগা লোইননা।
যক্ষ লাম্মিগী মাইকৈদা,
চেনশিনখি নোংদি থাকপগুম।
হিংচাবা জিংথৌ য়াবনগী,
অকল-অথৌ পুরমক্লা।
যক্ষ লাম্মিশিং ময়াকগা।
রাক্ষসনা অময়ম।

থেংনখি অকনবা লাম্দি।
মতম অসিদা য়াবন্না,
য়েক্লবা লাম্মি ময়াক্তা।
গদা। মুসল, থাং, তা। শক্তি,
তোমরনাচিংবা খুজ্জাইশিং,
থোশাদনা কয়িমতা।
চংখি অকিবা লৈতনা।
কাপশিনলকপা খুৎলাই ময়াম।
য়াবন থক্তা লাম্মিশিংনা।
যয় হোনবা ওমখিদে য়াবন।
মতমদদি নোংজু থাগী।
হৈথবগুম নোং কয়দি।
মাইকৈফুম্না যক্ষশিংনা,
কাপশিল্লকপা তেনয়ামহুনা।
হৈথখি য়াবন মথক্তা।
চীংথক্তা হৈথবা নোংনা।
ওইহুনস্নু ফনা কনবা।
ওমদবগুম চীংদি লেংবা।
তেনয়ামহুনা যক্ষশিংগী।
ওমদে য়াবন শোকহুনবদি।
অকনবা য়াবন জিংথৌনা।
কালদণ্ডগা মানয়বা।
অকিবা মশক ফংলবা,
পাইথহুনা গদা অমা।
যক্ষ লাম্মিশিং মথক্তা,

তাহুনা অকনবা লাম্নি,
মাংহনখি যক্ষলাম্নিশিং ।
অচাকপা মৈদা মালংনা,
হুম্বগুম মৈচাক কনবা,
যক্ষ লাম্নিশিং ময়াম্না,
ওইরগা অকংবাশিংদি,
চাকখেকখি রাবন খুৎলাইনা ।
সুংশিংনা নোং পুখিবগুম,
মহোদর, শুকনচিংবা,
অতৈ মন্ত্রিশিং ময়াম্না,
হাংলকপদা যক্ষলাম্নি,
হিংহৌই মখোয় থরতা ।
যক্ষ লাম্নিশিং কয়াদি,
খুৎলাইনা মশা শোকপদা,
মশাগী কিভম কাইহনা,
লৈরি মালেমদা ওন-থোইনা ।
কনা কনাগুম্বশিংনা,
চৈনাখোল মৈচাক খাংবদি,
ওমক্রুবা মতমদগি,
শিজরি মতোম মতোমতা,
খিন্দুনা মশাগী থাংনা ।
যক্ষ লাম্নিশিং অশিবা,
অমগী মথক্তা অমা,
মথং মথং লোয়হুনা,
লৈরি লানফমদি শিন-থুংনা ।

খুৎলাই অতেক-অতা ময়াম,
চাইনা তারি মালেম থক্তা ।
ইশিং ইচেম্না কুবদা,
কিন্নরকপগুম লৈরাইনা,
লানফমগী ময়াই অতুদা,
হিকথনা তারি লাম্নিশিং ।
লানফমদা থবাই থাখিবা,
অশিবা কয়া অমনা,
চৎনখি স্বর্গ তম্নদি ।
কয়া অমা লাংহৈংনরি,
কয়া অমা লানচেম্নরি ।
অতিয়াগী মকোইসিদা,
লান অসিবু য়েংবা লাকপা,
লাই অমদি ঋষিশিংনা,
থম্না লৈখি মাইকৈ মরি,
লৈতে অহাংবা মফমদি ।
যক্ষ লাম্নিনা চেনবদি,
উবদা কুবের নিংথৌনা,
অতোম্না অকনবা লাম্নি,
থাজিনখি রাবন মফমদা ।
যক্ষ লাম্নিগী মফুংদা,
সংযোধকন্টক কৌরবা,
যক্ষ লুচিংবা অমনা,
লাম্নি ময়ামগা লোইননা,
চংখি রাবনগা থেংনবা ।

বিষ্ণুনা লানকম ময়াইদা,
খুংলাই ওইরগা চক্রনা,
হাংখিবগুম হিংচাবশিং,
সংযোধকন্টক যক্ষনা,
মশাগী খুংলাই চক্রনা,
লংশিনখি মারীচ তম্না।
পানবদা খুংলাই অসিনা,
মপুন্সি তেনবা গ্রহগুম,
ওন্থখি কৈলাস চীংদগী,
মারীচ কৌবা মন্ত্রিদি,
তাখি লৈখাদা লোংনদি।
রান্থবদগী ফরগা,
পোথাখি ঙাইহাক মারীচ,
মন্থুংদা চংলকখি লান্দি।
লানফম অসিদা অকোনবা,
মাইথিখি সংযোধকন্টক,
লানবু চেনখি মমাই লৈনা।
মতুং অসিদা রাবন্না,
কুবেরগী থোংজাও নিংথিবা,
খুংলাই পাইবা লান্মিশিংনা,
চেকশিন্নদি ঙাক্লিবহু,
চংশিনখি খুগাইগে থন্না।
রাবন্না থোং চংলকপদা,
সূর্য্যভানু থোংশংবনা,
থিংহুনা থমখি রাবনদি।
থিংলিবহু থৌশাদনা,
চংশিল্লকপদা রাবন্না,
থোংশংবা যক্ষ অহুনা,
খুংলাই থাখি রাবন থক্তা।
ঈনা ঙাংখি রাবন মশা,
চীংদা লৈঙাং শিন্থবগুম।
পাল্লবস্থ খুংলাইশিংনা,
বরদি ফংলবা রাবন্দা,
শোকপা ঙমদে করিমতা।
খুংলাই পাইরিবা যক্ষবু,
খুংলাই কোম্না ফুবদা,
থাখি মথরাই রাবন খুত্তা,
উফুল ওনখি মশা পুন্থা।
উবদা রাবনগী শক্তি,
চেনখি যক্ষ লান্মিশিংদি,
মাইকৈ শলাইদি থংদনা,
লৈখি খুংলাইদি থাদোক্না।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১৪শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড

### ১৫শুবা সর্গঃ

( রাবণগী মথুত্তা থানিজিন্নবদি কুবের মাইথিবা অমসুং রাবন্না পুষ্পক দোলাই মুন্দুনা পুথিবা। )

অগস্তানা হায় শ্রীরামদা, চংখি লানফমদা হরাওনা।
মাইকৈ শলাইদি খংদনা, যক্ষ লাল্মি পুন্নমক্না,
কিন্নবা মাগী লাল্মিনা, হিংচাবশিংগী মথক্তা,
কোইচেন চেন্নবা উবদা, গদা, মুশল, শক্তি, তোমর,
মথন্নাই নুংঙাইতনা কুবের, প্রাস অমসুং মুদগর,
হায়রকই মানিভদ্রদা। খুংলাই পুন্নমক অসিনা,
হে যক্ষশিংগী অথোইবা! লান তাথি কাপশিন-লংশিন্না।
পাপ্পা তাত্নুনা শারবা, শিন থুংনা মাইকৈ মন্নিদা,
মবুক ফত্রবা রাবনসি, রাংনা পায়বা খুনুথ্রংগুম,
হাংলগা লানফম ময়াইদা, হিংচাবা অমদি যক্ষ,
কিনা চেনথ্রবা যক্ষশিং মাইকৈ অনিগী লাল্মিনা,
কাল্লু নহাক্না অমুক্তং। থেংনখি লান্দি পাইশিন্না।
কুবের রাথং ফংলবদা, যক্ষ লাল্মি পুন্নমক্না,
খোইনা কনবা মানিভদ্র, তানহুনা মাং থাবদি,
লাল্মিদি লিশিং মন্নিগা, পাইশিন্নখি লাও-খোক্লদি।

লানওং অসিদি উবদা,
লাই, গন্ধর্ব্ব, ঋষিশিংনা,
ওক্লখি থোইদোক হেন্দোক্লা
হাংখি যক্ষ লিশিং তরা,
প্রহস্তদি হিংচাবনা।
মমিং চৎপা যক্ষ লাম্মি,
অতোপ্পা লিশিং অমদি,
মথরাই লৌখি মহোদরনা।
শাওগল্লবা মারীচনা,
পুং খরতগী মন্নুংদা,
যক্ষ লাম্মি লিশিং অনি,
হাংখি মঙক কন্দ্রনদি।
অচম্বা লানলোংনা যক্ষ,
মায়াগী লাম্না হিংচাবা,
খেন্নবনা লানলোং অনি,
হিংচাবনা যক্ষদগী,
লাকচখিবনি লান্দদি।
অকনবা লানকম অসিদা,
চংলকখি শাওনা ধূম্রাক্ষ,
থাজিনখি মুসল খুৎলাইনা,
থবাক্তা মানিভদ্রগী,
অহুবু মানিভদ্রদি,
পানবদা খুৎলাই অহনা,
ভেকখিদে মতু অমা ফাও।
মতুংদা মানিভদ্রনা,
পাইখৎলগা গদা অম্না,
থক্তা লৈনা উক্ল উক্ল,
লংখি মপাঙ্গল থেক্লদি,
তমহনা ধূম্রাক্ষদদি।
গদা অহনা ধূম্রাক্ষ,
পান্দুনা মাগী মকোক্তা,
ঈখেং তাখি মকোক কাইনা,
লোংনা তাখি পৃথি থক্তা।
উবদা ধূম্রাক্ষ মতৌ,
মানিভদ্র তম্না রাবন,
চেনশিনখি লানহু খিংনবা।
থোইদোক্লা শাওনা রাবন্না
উবদা লান চংলকপহু,
তেন অহুম মানিভদ্রনা,
কাপশিনখি রাবন মকমদা।
থৌশাদনা তেম্না পানবা,
অকনবা রাবন নিংথৌনা,
মানিভদ্রগী লুহুপ্তা,
ফুখি কম্নদি গদানা।
খুৎফু অসি কথিনবা,
লৈথোকখি লুহুপ মতুংদা,
মানিভদ্র অকনবনী।
থোদোক অসি থোকপদগী,
যক্ষ অসি পার্শ্বমৌলি,
অহুম হায়না মিংথোক্লনা,

অকাওবা ওইখি মতুংদা।
লানকমশিদা মানিভদ্র,
খাংবদা রানা খোকপনা,
থৈদোকখি লান অহুদগী।
মানা চেনখিবা উবদা,
হিংচাবশিংগী লাশ্মিনা,
হৌনা লাওখি সিংহনাদ।
মতম অসিদা কুবেরনা,
পাইহুনা গদা মথুত্তা,
চংলকপা অহু লানফমদা,
উবদি কংখি ময়াম্না।
মহাকা লোইননা শুক্র,
প্রোষ্ঠপদ মন্ত্রি অনি,
শঙ্খ, পদ্মদি লাই অনি,
রাওরকখি লানজং অহুদা।
বিশ্রবা মুনি শাপ্তগী,
থাইনা হেন্না ফংখিত্রবা,
কশি-খাশি নাইখিদ্রবা,
নাওদি ওইবা রাবম্না,
বদদি লান চংলকপা,
খল চাউরবা কুবেরনা,
ম্মা শাগৈদা পোকপগী,
গুণ অহুদি স্নেংহুনা,
য়রকই রাহে নিংথিবা।
হ কক্রবা দশগ্রীব।

পাওতাক শিরবহু ঐস্না,
থৌশা-রাশাখিদে নংনা।
শিরবা মতুংদা নংনা,
ফত্তবা তৌবা মহৈনা,
নরক তারবা মতমদা,
খংলকনি নরাল অহু।
শুমহৎপদগী মহাক্না,
হুদি থক্লি হুম্না হুম্না
খংজদে মহুবু নংনা।
মী অহুনা তৌবা থবক,
থবক অহুগী মহৈদি,
খংজৈ মাগী অরোইবদা।
তৌখিবা খুদিংমক নংনা,
শাগৈ চাউখংহন্নবা,
ধর্ম্মদি ফগংহন্নবা,
ওইদে অনিমক অমতা,
মরম অহুনা লাইশিংনা,
পেন্নদে নংগী থবক্তা।
নশানা তৌবা ফত্তবা,
ভমজদে খংবা নশানা।
মী ওইবা মহাক অহুনা,
মমা, মপা, ব্রাহ্মন, গুরু,
পুন্নমকসিগী মকমদা,
উংত্রবা ইকাই-খুম্নবা,
অহুগুম্বা মী অহুদি,

চানবা মরূপানি যম্নগী,
ফংগনি কত্তবা ফলদি।
অশিবা মপোক্না পোকপা,
মীওইবা মহাক অহুনা,
তৌবা ওমদে তপস্যাদি,
অপংবা মহাক অহুনা,
শিরবা মতম অহুদা,
মহৈদি মানা তৌখিবা,
ফংগনি অহুম মহাক্না।
পিবা ওন্মি ধর্ম্মতনা,
নিংথৌ খুভম, মরল-মথুম,
মুংঙাই-মাইফবা পুন্নমক।
অধর্ম্মনা পি অরাবা,
খুদোংথিবদি পুন্নমক।
মরম অসিনা নহাকসু,
মাইকনবগী নহাকী,
চৎলু ধর্ম্মগী লম্বীদা,
থাদোকউ পাপকী থবকশিং।
অরাবাতমক পি পাপনা,
ফংজে মহু মশামক্না,
পাপ তৌরিবা অপংবদি,
মশানা মশা হাৎপনি।
মবুক কত্তবা মীতনা,
সেবা তৌনিংদে গুরুগী,
খন্দনা লৈ কত্তবতা।

তৌরম্বিবা কত্তবগী,
ফংনা লৈ মহৈ অহুতা।
পুন্য কর্ম্ম মহৈতনা,
সংসারসিদা মীওইবনু,
চাউখৎপা, শকচু ফজবা,
শক্তি, মচা-মুপা-মুপি,
পিবিহুনা পুন্নমকসি,
ফংহল্লি মুংঙাই-মাইকবা।
মহৈনদি নংগী পাপকী,
তাগনি নরক লেপ্পমক,
পাওনি নংগী থবক্তি।
বা লৈরি শাস্ত্রনা হায়বা,
"বা ওাংনমু কত্তবা মী।"
মরম অসিনা ঐহাক্না,
বা ওাংনররোই নংগদি।
মতৌ অসুম্না কুবেরনা,
মন্ত্রিশিংদসু রাবনগী,
পিখি পাওতাক নিংথিনা।
মতুংসিদা অমুক হন্না,
শোক্নবা হৌখি লান অহু।
লানকম অসিদা কুবেরনা,
হিংচাবা মারীচ মন্ত্রি,
মাগী লাম্মিশিং লোইননা,
তকথাইখি মাইথিবা পিনা।
তাল্লক অসিদা কুবেরনা,

মকোক্তা রাবন নিংথৌগী,
থোমগাইখি মাগী গদানা।
অকনবা রাবন নিংথৌদি,
নাচুংখিদে করিমতা।
রাবন কুবের অনিগী লান,
মতৌ অমনি অঙকপা,
অমনা অমবু ঙমগে,
হোৎনরকপা মতমসিদা,
কাপ্লখি খুৎলাই থাক্লদ,
ঙম্লদে মমাই লৈথোকপা।
মৈগী তেন্দি কাপখি কুবের
নোংগী তেন কাপ্তুনা রাবন,
মাংহনখি মৈগী তেন অত্থু।
মতুং অসিদা রাবন্না,
খন্দুনা কুবের হাৎলগে,
হৌরকখি লান্দি মায়াগী,
ওন্দুনা শকওং কয়াদি।
মায়া তৌহনা রাবন্না,
কৈ, শওম, নোং, সমুদ্র,
যক্ষ, উপাম্বী অচৌবা,
অঙক অঙকপা শক্তমশিং,
উহনখি কুবের মমিত্তা।
মতৌ অস্থুম্না রাবন্না,
তৌরম্লগা মায়া কম্না,
মাংখি মশক উহন্দনা।
খুৎলাইদি অকিবা ফংবা,
পাইখৎখি রাবন মখুত্তা।
অকিবা ফংনা চাউরবা,
পাইখত্তুনা গদা অমা,
উরুরু লৈরগা রাবন,
লংশিনখি কুবের মকোক্তা।
পানবদা গদা অত্থুনা,
কাইখি মকোক্তি কুবেরগী,
ঈনা ঙাংখি মশা পুম্বা।
মক্লদা ককপা উজাওনা,
হায়থরকপগুম মালেমদা,
তাখি কুবের মালেম থক্তা।
পম্লনচিংবা মাইবনা,
থাঙ্গত্তুনা দোলাই থক্তা,
পুখি নন্দন কানন তম্না।
মফম অত্থুদি য়েৌবদা,
লাইকম্লখি লাইরামশিংনা।
অসোমদনা রাবন নিংথৌ,
জয় তৌবসিদা কুবেরবু,
হরাওখি থোইদোক হেন্দোক্লা।
লান ঙমলেদি খংননবা,
পুষ্পক দোলাইদি কুবেরগী,
লৌখি নমত্থুনা রাবন্না।
কাংথোং অত্থুদি দোলাইগী,

পুমহৈ হৈবনি সনানা।
বৈদূর্য্য মনি থায়বা,
নিংথিবা থোংজাও কয়ানা,
লৈতেংবনি দোলাই অসি।
দোলাই মাইকৈ মরিন্দা,
য়াম্বরি মুক্তাগী জালী।
উশিং হৌরিবা মমুংদা,
মহৈ য়াল্লি মতম চুপ্পা।
দোলাইনি পুক্লিংগুম য়াংবা,
তোংলগা দোলাই অসিদা,
য়ৌনিং য়ৌনিংবা মফমদি,
য়ৌবা ঙস্বনি খুদক্তা।
চাউথোক্কে পিকশিনগে ঙস্বা,
দোলাইনি লাইগীদি ওইবা।
মতম চুপ্পদা অতিয়াদা,
লৈবা ঙস্বনি পাইহনা।
সিঁড়ি পুমমক অহুদি,
মনি অমমুং সনানা,
চল্লিবনি হুৎ হত্তুনা।
সনানা পুমহৈ হৈরবা,
লৈরি মেন্দী মকম চানা।
তেকহন-কাইহনবা ঙমদবা,
য়েংবদা থোইনা নিংথিবা,
মশক্কি পুক্লিং গুমহৎপা।
অঙকপা ফংনা য়েকপনি,
বিশ্বকর্ম্মা মশামক্কা,
শাখিবনি চংথোন্নদি।
অপাম্বা পোৎশক খুদিংমক
ফংবা ঙস্বনি খুদক্তা।
ফত্রবা রাবন নিংথৌনা,
ফংবদা দোলাই অসিদি,
থনখি মাগী মপুক্লিংদা,
জয় তৌরে মরোল অহমদি।
কুবের মাইথিবা পিরবা,
মতুং অসিদা রাবন্না,
নাপল অমগা লোইননা,
কুমথখি কৈলাস চৌংদগী।
হিরা-মনিনা থায়বা,
নিংথিবা লুহুপ উপ্তুনা,
হিংচাবা রাবন নিংথৌনা,
পুস্পক দোলাইদা তোংবদি,
যজ্ঞগী মাণ্ডবময়াইদা,
অচাকপা মৈগী মতৌগুম,
নিংথিখি থোইনা হেন্নদি।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১৫শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ১৬শুবা সর্গঃ

(রাবন মকমদা নন্দীশ্বরনা শাপ তৌবা, ভগবান শঙ্করনা রাবন নাপল য়েথেকপা, রাবন্না শঙ্করগী থাং ফংবা।)

মহর্ষিনা হায় শ্রীরামদা,
হে রামচন্দ্র রঘুমনি !
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
মপা তিন্নবা মম্নাম্বা,
কুবের মাইথিবা পিরগা,
কার্তিক পোক্লফম ওইরবা,
থোইদোকদি মমিং চংলবা,
চংখি শরবন লমদমদা
নিংথিনা চাউরবা বনসি,
নিংথিজৈ সনা মচুগুম,
মঙালঅমা বন অসিগী,
পুমঙালদি ঙাল্লি নুমিৎকুম।
লৈরি নিংথিবা চীং অমা,
মথুংদা শরবনসিগী।
লঙ্বাশিং অদু বনসিগী
নিংথিজৈ পুক্নিং হুনদি।
য়েংনা য়েংনা পুন্নমকসি,
পাইথংখি রাবন চীংদদি,
অদুবু দোলাই অদুনা,
য়োরকপদা চীংগী চীংথোং,
য়াদে পাইথংলু হায়রবদি।
য়োনিংবদা য়োবা ঙম্বা,
দোলাই অসিনা লেপ্পদা,
মরম করিগীনো হায়না,
রাবন অমদি মন্ত্রিশিং,
তৌরকই বাখন মুন্নদি।
ঐখোইনা নিংবা মতুংইন,
করিগী পাইদে দোলাইনা।
চীংথক্তা লৈবা অমসী,
ওইবা অাই খুজিল-থোক্লোংসি।

বুদ্ধি লৈবা মারীচনা,
হায়রকই রাবনদি য়েংনা,
দোলাই চৎত্রিবা মরমসি,
অমবু নত্রে অমদি,
লৈরম্নগনি শোইদনা।
কুবেরগী দোলাই ওইবনা,
মহাক য়াওদবা অসিদা,
য়ারি লেপখিবা ওইবদি।
মারীচ অমদি রাবন,
ঙাংনরিবঁগ মতমসিদা,
নন্দীশ্বর কৌবা থোংশংবা,
ভগবান শঙ্কর মনাইদি,
য়োরকখি মফম অত্থুদা।
অকিবা পোকখি উবদা,
কুচুনা মহাক অসিগী,
মুণ্ডক মুনা নাপু কাবা,
মথিক নেম্না ফিভম কাইবা,
মকোক্না য়োংকোক পাল্লিবা,
মখুৎ অনি তেনপক তেনবা,
অঙকপামক্লি অঙকপা।
মপাঙ্গলদি নন্দীশ্বরগী,
কনবনি অকিবা ফংনা।
থোইনা থোশাবা তৌদনা,
লৈরিবা ময়াম অত্থবু,
হায়রকই রাবনদি য়েংনা।

হে হিংচাবা দশগ্রীব!
নং হনথ্রো মফমসিদগী,
মথক্তদি চীং অসিগী,
শানরি শঙ্কর ভগবান।
গরুড় লিন, যক্ষ, দেবতা,
গন্ধর্ব্ব, রাক্ষস পুম্নমক,
চীংসি লাম্থোক-লানশিন তৌবা,
থিংলি মতম থরগীদি।
নন্দীশ্বর মবা তাবদা,
মৈ হৌখি রাবন শাওবনা,
ফেৎ ফেৎ হায়খি কুণ্ডল নাইলদি,
মমিৎ ঙাংখি ঈখেংগুম্না।
কুমথরগা দোলাইদগী,
লাউরকই রাবন নিংথৌনা,
কনানো শঙ্কর হায়বদি?
অসি হায়রগা রাবন্না,
লেপ্না লৈখি পাওখুম ঙাইনা।
য়েংখিবদা চীংমাইত্থুদা,
উবদি ফংখি রাবন্না,
মৈঙান্দি অমা থাগুক্না।
চংখিবদা মফমত্থুদা,
ত্রিশূল পাইবা নন্দীশ্বরবু,
উবা ফংখি লৈরম্থহ,
শঙ্করগুম্না অনিগুবা।

য়োংকোক পানবা নন্দী মাইথোং,
উবদা রাবন নিংথৌনা,
হৈথরকপা ইশিংগুম্না,
থোইনা থৌওই-উৎশিত্তনা,
নোক্লকখি থাক্ল থাক্লদি।
রাবনগী মতৌ উবদা,
শাওরক্ত্না নন্দীশ্বরনা,
চংশিল্লগা রাবন তম্না,
হায়খি বাহৈদি অকনবা।
হে হিংচাবা দশগ্রীব!
উবদা য়োং মাইথোং ঐগী,
থৌওই উৎশিত্তনা নংনা,
বক্ত তাবগুম নোক্ত্না,
ইকাইবদি পিরি ঐবু,
মসিনা মরম ওইহ্নুনা,
নংগী শাগৈশিং মাংনবা,
ঐগা পাঙ্গলদি মানবা,
তেজ পুম্নমক্লা তিল্লবা,
পোক্লসনু য়োংশিং ভাক্তা।
ফত্রবা হিংচাবা নিংথৌ!
য়োংশিং পুম্নমক অত্থদি,
ময়া খুজিম্না খুংলাই ওই,
পুক্লিংগুম য়াংনা পাইওম্বা,
লান্দা থোইদোক্লা হৈ-শৈংবা,
চীংজাওগুম্নদি বাং-চাউবা,
ওইসনু মখোই পুম্নমক।
য়োংশিং পুম্নমক অত্থনা,
নচা-নগু, শাগৈ-নাতৈ,
পাত্র-মন্ত্রিশিং য়াওনদি,
মাংহনসনু মক্ল ফংনা,
য়েথেকসনু নংগী নাপল।
হে মীশা চাবা হিংচাবা!
ঐসু ভস্মি নংবু হাৎপা
অত্থবু হাৎলোই ঐনদি,
মরমদি নংনা তৌখিবা,
ফত্তবা থবক অত্থনা,
শিরবনি নং হায়না।
অশিবা মীবু হাৎপগী,
করি লৈরি তোংজবদি?
নন্দী মীচৈদি তাবদা,
হরাওনখি লাইয়ামশিংনা,
চাইথখি লৈ স্বর্গদগী,
য়েখি হরাওনা দুন্দুভি।
অত্থবু রাবন নিংথৌদি,
তাখিদে নন্দী মিচৈদি,
চংশিন্দুনা নন্দী নাক্তা,
হায়খি অকনবা বাহৈনা।
পশুপতি মাগীদমক,

থিংবদি ঐগী লগ্নীবু,
মাংহল্লগে চীংজাও অসি।
করি মতিক্তি লৈহুনা,
নিংথৌগুম শিব মহাক্না,
নুমিৎ খুদিং মফমসিদা,
শানরি হুরাও-তয়াম্না ?
কিফম থোকপা মরম অহু,
খংজফম থোকই মহাক্না,
করিগী খংদে মহুবু।
অসি হায়রগা রাবন্না,
চংশিনখিহুনা খুদক্তা,
লোনশিনখি মখুৎ চীংখোংদা,
লাইনা থাঙ্গৎখি চীংফুক্লা,
নিকখি চীংহু ফেং-ফেং হায়না।
চীংনা নিক্লকপা অহুদা,
প্রজা মযাম শিবগীদি,
থক-থক নিকখি কিবদগী,
ইবেম্মা পার্বতী ফাওবা,
খাংখি মবুঙেঙা কোম্লদি।
উবদা মতৌ অসিদি,
পাপীশিংভবু মাংহনবা.
লাইগী-লাই ওইবা শিবনা,
য়ৈশিনখি খোংবী চীংমাইদা,
লেপহনখি চীংনা নিকপদি।
চীংনা নিকপা ফগ্রবদা,
রাবনগী মখুৎ খুৎশাশিং,
ফাজিনখি চীংগী চীংমাইদা,
শিংচেপ য়ৈবগুম উচুক্না।
ওইরক্লিবা মতৌ অসিদা,
খাংখি রাবন লাওনা-খোংনা,
চপশিনখিবদা চীংনদি।
মতৌ উবদা রাবনগী,
পাত্র-মন্ত্রি পুম্নমক্না,
লৈনখি পুমণক ঙক্নাদি।
চৈনাখোল খাংনা লাওরকপা,
খোল্লাও অহুনা রাবনগী,
থক—থক নিকখি মরোল অহুম
রাবনগী মন্ত্রি ময়াম্না,
খন্নখি প্রলয় লাক্লব্রা?
বজ্র তাখি নোং খোংদনা,
ঙক্ন্না লাইয়াম পুম্নমক,
ঙাওচৎনখি লগ্নীশিংদা।
ইথক হৌখি সমুদ্র,
থক-থক নিকখি চীংপুম্নমক,
যক্ষ, বিদ্যাধর সিদ্ধশিং,
"করি মতৌনো অসিদি"
শোম্নখি মতৌ অহুম্না।
ওইরক্লিবা মতৌ-সিদা,
রাবন মন্ত্রিশিং অহুনা,
হায়জরকই রাবন য়েংনা,

নীলকণ্ঠ মহাদেব,
উমাপতিগী পেন্নবা,
তৌবিয়ু ইবুঙেঙা নংনা।

চংজবা নত্তুনা নংনা,
কোকপদি ওয়োই অৱাবা।

স্তুতি তৌনা শিবদা,
নিবিয়ু বর চংজহনা।

ইবুঙেঙানি থৌজাল হৈবা,
পেনবিরবদি মহাক্না,
কোকপিগনি নংগী নরাল।

মন্ত্রিশিং মৱা তাবদা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
হৌখি শিবদি নিংজবা।

সামবেদগী নিয়মশিং,
কাইদনা লিক্লম অমতা,
থিত্তুনা মন্ত্রশিং অত্তু,
অনাবা থাংনা মখুৎকী,
কপ্পা-কপ্পা নিংলকপনা,
হেনখি চহি লিশিং অমা।

রাবনগী লাইনিং অসিদা,
পেনখিরত্তুনা শিবনা,
মখুৎ পুন্নমক রাবনগী,
উচুক নৈবাগুম ফারম্বা,
থাদোকপিখি ইবুঙেঙানা।

মতুং অসিদা শিবনা,
হায়রকই রাবন মফমদা,
অকনবনি রাবন নহাক,
ঐ পেল্লে নংগী শক্তিদা।

নখুৎ চপখাইবদা চীংনা,
নংনা নাত্তুনা লাওরকপা,
অয়াকপা থোক্লল অত্তুনা,
জীবদি মরোল অত্তুমগী,
মিপাইহনখি থোইদোক্লদি,
মরম অসিনা হে নিংথৌ!

ঙসিদগী নংগী নমিং,
ফাওরসনু 'রাবন' কৌনা।

মী, লাই, যক্ষশিং অমদি,
জগৎ জীব পুম্নমক্না,
খংনরসনু নহাকসি,
জগৎ অৱাবা পিঙম্বা,
রাবন নহাক্তনি হায়না।

নমিং অত্তুতা তাবদা,
মিপাইসনু জগৎ জীব।

পুলস্ত্য মচাদি রাবন।

নংনা চৎনিংবা মাইকৈদা,
চৎপ্রো অকিবা লৈতনা।

য়ারবনি নং চৎখিবা,
পিরবনি ঐগী য়াথং।

মত্তৌ অসুম্না শিবনা,
থৌজালবিরবদা রাবন,
হায়জরকই শিব য়েংনা,
মখুৎ অনিদি লোম্নদা,
ইবুঙেঙানা ননাই ঐবু,
চানবিরবদি থোইদোক্না.
পিনবিয়ু বর অমতং ।

দেবতা, গন্ধৰ্ব্ব, দানব,
হিংচাবা, গুহ্যক, শা-ঙা, লিন,
অতৈ জীব পুম্নমক্না,
মী অমদি য়োং নত্তবা,
মাংহনবা ঙমদবা বরদি,
হায়্না ফংগ্রে ব্রহ্মাদগী ।

মীদি ননাইনা চিংনদে,
শোল্লি মথোইগী পাঙ্গলদি ।
ইবুঙেঙা লাইগী লাই ওইবা ।

পুন্সি নুংশাংবগী বরসু,
ফংজগ্রে ইবুথৌদগী ।
অতুবু পুন্সি অত্তুসু,
লৈশিনলক্লে, ননাইগীদি,
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
পিবিয়ু পুন্সি ননাইগী,
কোননা থুংলাই অমগা ।
রাবনগী মম্না তাবদা,
পেনবিরহনা শিবনা,
পিবিখি চন্দ্রহাস থাংশাংদি,
লোইননা মাগী পুন্সিগা ।
থাং অসি পিবা মতমদা,
হায়খি শিবনা রাবন্দা,
চেকশিন্না থম্মু থাং অসি,
থাং থৌওইদবা থুদক্তা,
লাকনি ঐগী ইকমদা,
চিংনগনু বাকম অসি ।

মতুং অসিদা রাবন্না,
অনৌবা মিংথোল ফংবদা,
থোইদোক্না হরাওজহনা,
থুরমজখি মথোং শোক্না ।
চৎচখি বিদায় লৌরগা,
তোংহনা পুষ্পক দোলাইদি ।
মতম অসিদা রাবন্না,
থন্দুনা পৃথি জয় তৌগে,
কোইরকখি মফম থুদিংদা ।

থেংন-থেংনবা অকনবা,
ক্ষেত্রি নিংথৌ মচা ময়াম,
মাইথিবা পিখি লানফমদা ।

রাবন মথা পোক্লিংদবা,
অকনবা নিংথৌ পুম্নমক,
মথোইগী লাম্নি লোইননা,

তুমখি রাবন মথুত্তদি জ্ঞানদি লৈবা কেত্রিশিংনা,
রাবনগা মাইয়োক্নবদা, চংখি রাবন মকমদা,
মাইথিবদি ফংনি থংবা। রাজখি মাইথিয়ে হায়না।

মতং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১৬শুবা সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১৭শুবা সর্গ

( রাবন্না মুনি কন্যা বেদবতীবু নমথা হাজানগে তৌবদা বেদবতীনা শাপ তৌরমগা মৈহুৎনা চোংথখিবা। অতোপ্পা মপোক্কা সীতা ওইনা পোক্কপা। )

মহর্ষিনা হায় শ্রীরামদা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
মথং মথং কৌইরকপদা,
য়ৌখি হিমালয় চীংয়াদি,
কোইনা য়েংখি মাইকৈ মরি।
মতম অসিদা রাবন্না,
উবা ফংখি কন্যা অমা।
কন্যা অসিগী মশাদা,
লৈতেংলি শক্তি মউন্না,
পুরি জটা মকোক থক্তা।
ঋষি পাওতাক মতুং ইন্না,
তৌরি অকনবা তপস্যা,
কন্যাসিনা নিংথিরবী।
লাইরেম্বীশিংগী মতৌশুম,
থোইনা ছেন্নদি ফজরী।

অথোইবা ব্রত কৎলিবী,
থোইদোক্কা মতৌ লৈরবী,
উবদদি কন্যা অসি,
কান্না শাওখি রাবন নিংথৌ,
হংলকই নোক্না কন্যাদা।
লাইবক ফবীদি ইবেন্মা!
শাজত্তি ওন্ন-তৈনবী,
করিগী তপস্যা তৌবা?
চহি মতাংশু চাত্রিবী,
নৌনা নিংথিবী নহাক্না।
লাইশুন্না ফজবী নংনা,
মতিক চাদে মহুম তৌবা।
মিপাইদি চাউবী ইবেম্মা।
মপা লৈত্রি ফজবদা,
নহাকপু উবা কনানা,

পোকুবা ওমগনি কামদি,
মবম অসিনা শকহেনবী,
মতম চাত্রি লাইনিংবগী।
ঐগী থম্মোইদা লেংদনা,
থগ্নি নহাকী রাখলদি।
নহাক কনাগী মচানো ?
করি ব্রতদি কৎলিবা ?
হে চিনবান তাবা ফজবী !
নপুরোইবনা কনানো?
কনাগা মরি লৈনবা ?
লাইবক কৈদা মহাক অদো।
হংলিবা পুন্নমক ঐনা,
পাওথুম পিয়ু শকহেন্নবী।
করিগীদমক নহাক্না,
পুরি অবাবা পোৎলুমদি ?
অসুম্না হংখি রাবম্না,
মফমদদি নিংথিবী।
তপস্যা তৌবী কন্যানা,
চৎনবী মতুংইন্নদি,
তৌজখি অতিথি সেবা,
রাবন নিংথৌ মফমদদি।
মতুংদা হায়খি রাবন্দা,
শক্তি লৈবা ব্রহ্মর্ষি,
কুশধজনা ইপানি।
হায়রিবা ব্রহ্মর্ষি অসি

পোকপনি বৃহস্পতিনা,
বুদ্ধি লৈ বৃহস্পতিগুম।
মুমিং খুদিং বেদ পাবা,
অতুগুম্বা মহাগ্নাগী,
মচানুপিনি ঐহাকসি।
ঋষিগী রাহে মশক্না,
চোংথোকখি ঐ কন্যা ওইনা,
ইমিংনি বেদবতীনি।
ঐনা চাউরবা মতমদা,
লাই গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, রাক্ষস,
নাগনচিংবা পুন্নমক,
ঐহাক অসি লুহোংনবা,
হায়জখি ঋষি মফমদা।
অতুবু হিংচাবা নিংথৌ !
লৌখিদে মথোইগী মবা,
ইপা ইবুঙেঙা ঋষিনা।
করি মরমদি লৈবনা,
ইপানা য়াখিদবনো,
হায়জগে মতু তাবিয়ু।
থনখি ইপানা অসুম্না,
মরোল অহমগীদি মপু,
লাইগীসু লাই ওইবা বিষ্ণু;
ইবুঙেঙা মহাক অতুদি,
মখাক ওইগে মহাকীদি।
মরম অসিদি লৈবনা,

লৌখিদে কনা মরাদি।
ইপাগী রাশক তাবদা,
কনবদা নাপল তৌরবা,
দৈত্যগী নিংথৌ শম্ভুনা,
শাওখি ইপাগী মথক্তা।
নোংমা অহিং তুম্লিউদা,
কগ্রবা পাপী অহুনা,
হাংখি ইপাবু তমথিনা।
মরাইবক থিরবা ইমা,
তাখি অরাবা ইপাক্তা।
আলিঙ্গন্দি তৌনা তৌনা,
অশিবা মশা ঋষিগী,
চংখি যজ্ঞগী মৈন্নুংদা।
থৌদোক অসিদি উবদা,
রাশকখি ঐনা পুক্লিংদা।
নরায়নদি মস্মাক ওইগে,
খনখিবা ইপাগী রাখল,
থুংহনগে মহু ঐহাক্না।
মরমদি অসি লৈবনা,
নরায়ন ইবুঙঙো মাবু,
নিংজরি ঐগী থম্মোইদা।
ঐগী রাশক মতুং ইন্না,
ওক্লবা বরু্ং অসিদা,
নিংজরা ইবুংঙো মাবু।
হে হিংজাবা নিংথৌ রাবন!

মরম পুন্নমক ঐহাকী,
থংহল্লবনি মথক্তদা।
ইপু-ম্লোইবনি বিষ্ণুনা,
পুন্নমক্তগী অথোইবা,
ইবুঙঙো মহাক নত্তনা,
অতোপ্পা কনা অমদা,
ওইরকপনি ঐগী মুপা।
শ্রীবিষ্ণু মাবু কংনবা,
তৌরিবনি ব্রত অসি।
হিংচাবা নিংথৌ ইবুঙঙো।
খংবা ওম্মি ঐনা নংবু,
হৌজিক্তি হমখ্রো হে নিংথৌ।
মরোল অহুমদা থোক্লিবা,
থৌদোক পুন্নমক অহুদি,
খংবা ওম্মি ঐহাক্না,
তপস্যা মাগী শক্তিনা।
কামগী রাথন্দা তাওরবা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবনগী,
চোংথহুনা দোলাইদগী,
হায়জরকই কন্না য়েংশা।
অকনবা ব্রত তৌরিবা,
রাজাং কজবী হথেম্না।
মহাক অহু নিংজবগী,
চাউথোকচরি মহাক্তদি।
শক্তি মিতাদি অজবী।

পুণ্যদু তান্নগে থনবদি,
অহল্লি ওইবশিংগীনি,
নত্তে নংগুম্বী নহাক্কী ।
গুণ পুম্নমক্না ত্তিন্নবী,
মরোল অহুমদি গুমহৎপী,
মপা লৈতনা কজবী,
ইবেম্মা নহাক অসিনা,
পকচদে মহুয়া ঙাংবদি ।
ত্তিংদা য়াংদাদি কজবী,
নহা ,ওইবগী কজবা
কেমখিদৌরে অরেম্বদা ।
লঙ্কাগী রাবন হায়বদো,
ঐহাক্কি থংঙু ইবেম্মা ।
ওইয়ু ঐগী মহারানী,
চানিং-থক্লিংবা চাহ্নুনা,
লেম্নু নপুন্নি স্থংঙাইনা ।
কনানো মহাক অহুবো ?
নংনা বিষ্ণুনি হায়রিবা,
মাবু নংনা নিংজরিবা,
অকনবনি শিংথারিবা,
কদাইদা নৈ মহাক অহু ?
ইপাজলদা, তপস্যাদা,
তোপ বৈত্তবনদি চিংবদা
মানবা লৈত্তে ঐহাকা ।
রাবনগী লাপান উবদা,
হায়রকই বেদবতীনা ।
নত্তে নত্তে হায়বিগম্নু,
তাবা য়াদবা রাঙাংম্নু ।
ভগবান বিষ্ণু মহাক্তি,
মপুনি মরোল অহুমগী,
জগৎ জীব পুম্নমক্না,
চংজবনি মাগী থোংদা ।
হে হিংচাবা নিংথৌ রাবন !
হিংচাবা নহাক নত্তনা,
বুদ্ধি লৈবা কনানম্নু,
দোষ তৌদে ইবুঙ্ঙো মাবু ।
রাঙাং অসিদি তাবদা,
বেদবতীবু রাবন্না,
চিংখি মশম শমতোন পাইনা ।
মত্তৌ অসিদা রাবনগী,
থোইনা শাওখি বেদবতী,
পাইরিবা শমদি রাবন্না,
পিখি কক্তুনা মখুৎনা ।
শক্তিতম্না তপস্যাগী,
খুদক অহুমক্তদাদি,
ওইখি থাংদি মখুৎ অহু,
কোকখি লৈমহৌবা মশমশিং ।
মৈ চাকপগুম বেদবতী,
শাওরকখি ঐকিবা কংনা,
মাপী অপাওবা মৈরিন্না,

খনখি রাবন চাকথেকশ্রদ্রা।
শিরগে হায়না খন্দুনা,
বেদবতীদি ইবেম্মা,
মৈন্নুং চংত্রিশৈগী মাংদা,
চৈরকই রাবন্দি য়েংনা,
চাউখত্তবা মহাপপী!
হকচাংদি নংনা শোকপ্রবা,
পামদে ঐনা হিংনা থম্বা।
হৌনা খংদবা পাপ্পী!
নংগী নমাংমক্তদা ঐ,
শিগনি মৈন্নুংদা চংনা।
পাপ মশক ওইবা নখুৎনা,
ঐগী শম পাইনা চিংখিবা,
বন অসিমক্তী মন্নুংদা,
নং মাংনবগীদমক্তা,
পোকে ঐহাক অমুক হন্না।
মুপি কনা অমত্তনা,
মাগী লৈজবী পাঙ্গলনা,
পাপপু লংজবা মুপান্থ,
ওমদে মাংনবা তৌবদি।
ঐনা নংবু শাপ তৌরবা,
য়াংখিনি ঐগী তপস্যা।
[illegible] ওইরবস্থ ঐ,
[illegible]ম, অকবা খবকশিং

তৌজখি পুম্নমক অসি,
অনৌবা মপোক অহৃদা,
সতী সাধ্বী অযোনিতা,
কন্যাগী মশক ওইহ্নুনা
ধর্ম্ম লৈবা কনাগুম্বা,
থোইদোকপা মীশক অমগী,
পোকে মচা মুপি ওইনা।
মত্তৌ অম্মা হায়রগা,
অচাকপা মৈগী মৈন্নুংদা,
চোংশিনখি বেদবতীনা।
স্বর্গদগী মতমসিদা,
চুথরকখি লৈগী নোংদি,
শিন-থুংনা মাইকৈ মরিদি।
অত্তোপ্পা মপোক অমদা,
থম্বাল লৈকা মন্নুংদদি,
অমুক পোকখি বেদবতী।
মশেক মঙালদি কন্যাগী,
নিংখিজে থম্বাল মত্তৌগুম।
রাবনদি অমুক হন্না,
চহি কন্নাগী মত্তুংদা,
মমাংঙৈ মত্তৌ অহৃগুম,
থোকনরখি কন্যা অসি,
লৈরম্বা থাম্বল লৈকাদা:
নিংখিজরী অঙাং অসি,

উবদা রাবন নিংথৌনা,
লৌরগা থোইনা হয়াওনা,
পুরকখি লঙ্কা কোন্নুংদা।
লঙ্কা য়ৌরবা মতমদা,
য়েংহল্লখি কন্যা অসিবু,
মহাক্কী মন্ত্রি অমদা।
হায়রিবা মন্ত্রি অসিদি,
অঙাংগী মন্ত্রি য়েংলগা,
হায়বা ওহনি তুংগী রা।
মরম অসিনা মহাক্না,
অঙাংগী মন্ত্রি য়েংলগা,
হায়রকই রাবন মকমদা।
নিংথিজবী কন্যা অসি,
য়োক্লবদি কোন্নুংসিদা,
ওইগনি লঙ্কা তুব্বদি।
উবা ফংঙি মন্ত্রি অসি,
মশাদা অঙাং অসিগী।
রাবন অহুদি তাবদা,
লংথোকখি অঙাংপুরগা,
সমত্র ইরাই মনুংদা,
রাবন নিংথৌ মশামক্লা।
মতুং অসিদা কন্যানা,
চংখিহুনা লৈনুং কাওনা,
জনক নিংথৌনা তৌরিবা,
মজ্জনী মাওৰ মরাইদা,
লৈজখি লৈরোন মনুংদা।
লৌ থোইরকপদা জনকনা,
থেংনখি কন্যা লাঙ্গোলনা।
মতৌ অয়ম্না কন্যাসি,
কোংদোকরকখি অমুক হন্না।
হে ইবুঙো রঘুমনি!
বেদবতীদি কন্যানা,
পোক্লক্লগা অমুক হন্না,
ওইখি জনকী কন্যাদি।
মতুংদা ইবুঙো নংগী,
ওইরকখিবনি রানীদি।
মরম অসিনা ইবুঙো,
বিষ্ণুদি নহাক অসিনি।
ইবুঙোনদি হাংগ্রবা,
কন্দ্রবা হিংচাবা অসি,
চাকথেকশ্রবনি হায়না,
অশাওবা মৈনা কন্যাগী।
মতুং অসিদা নহাক্না,
মাংহনবনি পুংলাই ওইনা।
মর্ত্তলোক্তি কাযনবা,
রাবন মাওবু মাহংনবা,
পোকখিবনি বেদবতী।

ইবেম্মা মহাক অমিনা,
যজ্ঞ কেন্দ্রীগী মৈরিগুম,
মশেক মঙালগা লোইননা৷
য়াওরকখি লাঙ্গোল য়োংচিন্না
সত্য যুগকী মতমদদি,
লাকখি বেদবতী ওইনা।

ত্রেতা যুগকী মতমদনা৷
মাংহনবগী রাবনদি,
জনক মচা মপি ওইনা৷
লাকখিবনি সতী অসি।
লাঙ্গোল য়োংচিল্লা হৌবনা,
থোনবিখি মমিংদি 'সীতা'।

মতাং অদিদা উত্তর কাণ্ডগী ১৭শুবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড

### ১৮শুবা সর্গঃ

( রাবনা মরুত্ত নিংথৌ মাইথিবা পিবা, ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংনা শা উচেকশিংদা বর পিবা । )

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা৹
মৈসুংদা বেদবতীনা,
শিপ্রবদা চোংশিন্দুনা,
পুষ্পক দোলাই তোংনা রাবন৹
চৎখি পৃথি কোইগে থয়া ।
কোইরকপদা মতৌম্নুয়া৹
থুংলখি রাবন হিংচাবা,
উশীরবীজ লমদমদা ।
মতম অসিদা রাবনা৹
উথি যজ্ঞ তৌরবদি,
নিংথৌ অথোইবা মরুত্ত,
লোইনম্নুনা লাইরামশিংগা ।
বৃহস্পতিগী হেক মনাও,
ধর্ম মৈরবা সংবর্ত্ত,
কপ্পি যজ্ঞগী মরাইদা৹

ইকোই কোইশিন্না লাইরায়া ।
লানফমদা ব্রহ্মাগী বরনা৹
মাইথিবা পিবা উমত্রবা৹
রাবন উবদা লাইরায়া,
লান্দারকনি কিবনা৹
চৎখি শা-উচেক মশাদা ।
ওনখি ইন্দ্ররাজনা রাহোং,
কাক ওইনা ওনখি ধর্মরাজ
হাংকোক্তি ওনখি কুবেরনা৹
কাওগদি ওয়া বরুনা৹
চৎখি মথং মথং ওইনা ।
লাইরাম পুরমক অহনা৹
শা-উচেকো মওং লৌনা৹
চংনপ্রবা মফুংসিদা৹
হুইওয়া মাংলবা রাবন৹

চংলকখি যজ্ঞ মফমদা ।
নিংথৌ মরুত্ত মফমদা,
হায়খি রাবন্না চংলগা,
লান তৌসি ঐগা নহাক্কা,
কিরগা ঐহাক অসিবু,
হায়যু ইখা পোল্লে হায়না ।
রাবনগী বাঙাং তাবদা,
হংখি মরুত্ত নিংথৌনা,
কনানো নহাক অসিবু ?
নিংথৌগী বাহং তাবদা,
নোক্কা হৌগৎলগা রাবন,
হায়রকই উৎশিত্তনদি ।
হায় হায় অপংবা মরুত্ত !
ঐ অসি কুবেরগী মনাও,
দশগ্রীব হায়বহুনি ।
খংলমদে নহাক্না ঐবু,
কিদে ঐহাক উরগনু,
ঐহাক পেল্লে উবদা নং ।
মরোল অহুমশুক অসিদা,
নং নত্তবা নিংথৌ অমা,
হায়বা ঙমদে লৈরমগনি ?
ময়াম্বা কুবের জয় তৌবগ,
পুষ্পক দোলাই লৌবা ঙদা,
রাবন হায়রদো ঐহাক্কি ।
তাবদা রাবন বাঙাংদি,

করেম্নখি মরুত্তনা,
নয়াম্বব্ লানফমহুংদা,
মাইথিবা পিবা ঙম্বদি,
নয়াইবক ফগ্রে নং অসে ।
মরোল অহুম্মক অসিদা,
রাবন নহাক্কা মাননা,
থাগৎনিংঙাই ওইবা মীদি,
লৈত্রে জগৎ সংসারসিদা ।
মমাংঙৈগী মতমদদি,
করি ধর্ম তৌরক্নুনা,
ফংজবনো শক্তি অত্থু ।
নংনা হায়খিবা খুম্নমক,
খংখিদে ঐদি হায়না ।
হে ফত্রবা রাবন নিংথৌ !
লেপ্লু ঐগী ইমাংলিদা,
য়ারোল্ই হনবা নম্ববাই পুনা ।
ঐগী খুৎলাই অত্থুতনা,
পুগনি নং যম লৈবাক্তা ।
মতুং অসিদা মরুত্ত,
পাইখৎখি মাসী খুৎলাইদি ।
অস্থুম্না শাঙনা মরুত্ত,
তৌরকপদা লামনী মাত্রা,
লম্না থিংখি সংবর্তনা,
হায়রকই নিংথৌ মফমদা ।
নিংথৌ নংনা ঐগী শাক্তাক,

লৌকম থোকপনি খল্লবা,
হায়গে তাবিয়ু ইবুঙো,
মতম নত্তে হৌজিক লাননী,
শিব যজ্ঞ লোইহ্রিঙৈদা,
তোক্লবা মপুং কাদনা,
নংগী শাগৈদি পুম্নমক,
তুমগ্রগনি শোইদনদি।
যজ্ঞ লোইগ্রে রাবন মাদি,
লান থেংনগনি করম্না?
যজ্ঞদা দিক্ষা কংগ্রবা,
মী অহুগী অশাওবদি,
লেম্না করম্না মাংগনি?
জয় ওইগনি হায়বা অসি,
হায়বা ঙম্বগে কনানা।
অহুগা মহাক অসিসু,
তমথিবা নিংথৌ অমনি।
লৌহুনা গুরুগী পাওতাক,
নিংথৌ অথোইবা মরুত্ত,
লান তোকখি খুংলাই থাদোকখি,
মপুক্লিং চংনা যজ্ঞদি,
তৌজখি অমুক হন্মদি।
মতৌসিদা মরুত্তগী,
হিচাবা ঙক মত্রিনা,
লাওখি রাবন্না জয় ওইরে।
তাবদা গুরুগী লানলাও,

লাওখি রাবন সিংহনাদ।
মতুংদা রাবন নিংথৌনা,
চংহুনা যজ্ঞ মাওবতা,
লৈরিবা ঋষি অরাম্বা,
চাথোকখি কা-কাহন্নদি।
পেল্লবদা ঋষি ঈনা,
কোইখি পৃথি অমুকহন্না।
রাবন চংগ্রবা মতুংদা,
মহাক কিবনা ঙনখিবা,
শা উচেকশিংগী মওংহু,
লাইরাম পুম্নমক অহুনা,
থাদোক্লখি অমুক হন্না।
মতুংদা লাইশিং অহুনা
হায়রকই শা উচেক য়েংনা।
অহানবদা ইন্দ্ররাজনা,
থোইদোক্লা পেনবা উত্তুনা,
মহা অশংবা পাল্লবা,
হায়রকই রাহোংনি য়েংনা,
হে ধর্ম্ম মশক খংলবা!
য়াম্না পেল্লে ঐনা নংবু।
তাও বরদি পিগে নংঙোন্দা,
ঙসিদগী হৌরহুনা,
কিবা লৈয়রু লিন্দগী।
ঐগী ইশা মহুংসিদা,
লৈবক্তুম মিং লিশিং অমা,

নখোয়গী নহা মন্নুংদা,
লৈজরো মিংকী মশকশিং।
নোংগী মশক ওইনা ঐনা,
চুথয়কপদা নথক্তা,
ওইজৌ থোইদোক্না পেজনবা।
মুংঙাইবা ফংবা অহুনা,
খুদমনি ঐনা পেনবগী।
মতৌ অস্থুম্না ইন্দ্রনা,
পিবিখি বর বাহোংশিংদা।
হে রঘুকুলমনি রাম!
বরসি ফংদ্রিঙৈ মমাংদা,
বাহোং পুম্নমক অসিদি,
শংলম্মী মছাশিং লোইনা।
বর ফংলবদা বাহোংশিং,
চৎনখি মফম মফমদা।
মতুং অসিদা যমরাজনা,
প্রাণ্বংশ মফমদা লৈবা,
হায়রকই কাক স্নেংনদি,
নখোইবু পেল্লে ঐহাক্না,
বর পিরগে নখোইদদি।
অনাবা মথল মখানা,
পিরি জীবশিং অবাবা,
ঐনা পেল্লবা নখোইদি,
চংদবা ওইরো লৈ-নাশিং,
চিংনগমু হায়রিবসি।

শিবগীমু কিক্করমু,
হাত্তুবদি অভোম্মনা,
হিংহনা লৈজরো নখোই।
নরক তারবা মীশিংনা,
অরাম-খৌরাংবা মতমদা,
মচা-মগুশিং অহুনা,
কাকশিং নখোইগী নফমদা
করিগুম্বা পোৎ-চৈ অমা,
পিজ-পিথক তৌরবদি,
নরক তারিবা মীশিংনা,
ফংজবদি ওইরসমু,
কোকসমু অরাম-খৌরাংবা।
মতুংদা হায়খি বরুম্না,
হে উচেক্কী নিংথৌ কাঙঙা!
ঐগী অপেনবা উৎনবা,
তারো পিরগে বরশিংদি।
নংগী নশাগী মচুদি,
থাগী মঙালগুম্না ইংনা,
পুক্লিং হুরবা মশক্তা,
ওইজরো ঙসিদগীদি।
ঐ ইশামক্কী ইশিংদা,
শানবা মতম অহুদা,
হেনগৎচৌ ফজবা অহু,
মুংঙাইফম ওইজৌ ইশিংনা।
থাইনা মমাংঙৈ মতমদা,

ঙৌরমদে কাণ্ডা অমতা। নকোকশিং অহু নখোইগী,
মমাংগী মশানা শংভি, সনা অহিংবা মচুগুম,
মমৈরোম থংবা শরুক্না, ওইজরো মতম চুপ্পগী,
অনৌবা নাপি মচুনি। পেল্লে ঐহাক্না নখোইবু।
মতুংদা হায়খি কুবেরনা, মতৌ অসুম্না লাইশিংনা,
চীংথক্তা লৈবা হে হংকোক! পিখি বর শা-উচেকশিংদা
সনা মচুগা মানবা, যজ্ঞ লোইরবা মতুংদা,
নিংথিবা মচু অহুদি, নিংথৌ মরুত্ত লোইননা,
ফংজরো নখোই পুন্নমক। হনখি লাইশিং স্বর্গদদি।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১৮শুবা সর্গঃ লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড'

### ১৯শুবা সর্গঃ

( রাবননা অনরন্য হাৎপা অমসুং শাপ ফংবা। )

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবননা,
জয় তৌরগা মরুত্তদি,
নিংথৌ মচাশিং লৈরিবা,
অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্তা,
কোইনা চংখি লানদি থিবা।

ইন্দ্র বরুণগুম কল্লবা,
নিংথৌশিং মফম থুদিংদা,
চংদুনা হায়খি রাবননা,
লান তৌসি ঐগা লোইননা,
নত্রগা হায়য়ু মাইথিরে,
মসিনি ঐগী অপাম্বা।
গুন-তৈনবা পাওথুম্না,
মাংজবনি নখোইগীদি।
কিগন্দবা, বুদ্ধি লৈবা,
মপাঙ্গল মথৌনা ফবা,

ধর্ম্ম পুন্নমক খংলবা,
নিংথৌ ময়াম্মক অদুনা,
পুন্না খন্নখি রাফমদু।
খংলদুনা রাবন শক্তি,
হায়রকই নিংথৌ ময়াম্না,
ঐখোই মাইথিরে নঙোন্দা

দুষ্যন্ত, সুরথ, গাধি,
গয় পুরুরবা নিংথৌ,
ময়াম পুন্নমক অসিনা,
হায়রকই রাবন মফমদা,
য়ারে ঐখোই মাইথিরে।
মতুং অসিদা রাবননা,
ইন্দ্রনা ঙাক্তুনা থম্বা,
অমরাবতী কোন্নুংগুম,
অনরন্যনা ঙাক্লিবা,
অযোধ্যা কৌবা লমদমদা,

য়ৌরকখি লাম্নি লোইনলা।
ইন্দ্রগুম খুৎকল-পাজনবা,
মকমদা অনরন্যগী,
হায়রকই রাবন নিংথৌনা,
লান তৌসি এগা হে নিংথৌ,
নত্রগা হায়য়ু মাইথিরে,
মসিনা ঐগী পাণ্ডতাক্নি।
পাপনা তারবা হিংচাবা,
রাবন মবাদি তাবদা,
রাম্মা শাওনা অনরন্য,
হায়রকই রাবন মকমদা।
হে হিংচাবা নিংথৌ রাবন।
ঐহাক্না নংগী নকমদা,
পিগনি লান্দি শোইদনা,
শেম-শাক্নরো লানগীদমক,
থৌরাং তৌক্নপে ঐহাকনু।
রাবন দিগবিজয় চৎপগী,
পাওদি তাক্নে অনরন্য।
মসি থংনা অনরন্য,
থমগ্রবনি শেমগত্নুনা,
মাগী লম্নিশিং নিংথিনা।
লাম্নি পুন্নমক অহুগা,
তৌরকই লানগী যাত্রাদি।
শামুনা লিশিং তরানি,
শগোলনা লক্ষ অমনি,
দোলাইনা লিশিং কয়ানি,
খোংমীনা মশিং থিঙমদে,
লাকপদা মন্নাম অশিনা,
থাংখি মালেম থক থক নিক্না।
মাইয়োক্নখি লাম্নি অনি,
থেংনখি অকনবা লান্দি।
অচাকপা মৈগী মৈথক্না,
হৈজিন্নবদা ঘী মন্নাম,
চাকথেকখিবগুম মিংকুপ্না,
মাইকৈ অনিগী লাম্নিশিং,
শিমিন্নখি হাংনম্নুনা।
কুইনা শোক্নরবা মতুংদা,
রাবনগী মাংদা চংখিবা,
অনরন্য লাম্নিশিংদি,
মৈরানবীশিংনা মৈনুংদা,
পাইশিন পাইশিন্না শিমগুম,
চংখি অশিবা খন্নাত্তা।
চাংজৌ পানদি চেন্নকপা,
ইচেন কনবা তুরেলশিংনা,
সমুদ্র মনাক য়ৌকদা,
নৈশিন্দুনা তৈজমগুম,
অহুক চাউপ্রবা লাম্নিহু
তুম্না শিখি রাবন থুক্তা।
মতৌ অহুবু উবদা,
শাওনা অনরন্য নিংথৌ,

ইন্দ্র লিরুংগা মানবা,
পাইখত্ত,না মাগী লিরুং,
চংখি রাবনগী মাইয়োক্তা।
নোংশা উবদা শক্তিনা,
চেনবগুম মাইকৈ খংদনা,
মারীচ, শুক, প্রহস্ত,
সারণনচিংবা মন্ত্রিশিং,
মাইথিবা পিখি লানফমদা,
নিংথৌদি অনরন্যনা।
হিংচাবা মন্ত্রি পুন্নমক,
থিনা শোকপদা নত্তুনা,
চেন্নখি লানফম থাদোক্লা।
মতুংদা অনরন্যনা
কাপথিত্তুনা তেন চানিংপাল,
থাখি রাবনগী মকোক্তা।
নোংজু থাগীদি মতমদা,
চীংথক্তা হৈথবা নোংনা,
গুমদবগুম চীং শোকহনবা,
তেনশিং অত্থনা রাবন্দা,
গুমখিদে করি তৌবদি।
অত্থবু শাওবনা রাবন,
অনরন্যগী মকোক্তা,
কন্না থাক্তিনখি খুৎপাক্লা
খুৎফুসিদা অনরন্য,
ভাখি লোংনা দোলাইদগী।

রানথাইরকপদা বত্থনা,
বন মন্নুংদা সাল পাম্বিনা,
তুথরকপগুম থাক-লাওনা,
রাবন খুৎপাক্লা থাবদা,
তাখি লোংনা অনরন্য,
থাংখি চৈনাদি ওন-থোইনা।
মতৌদা অনরন্যগী,
থাক্লা নোকখি রাবন নিংথৌ,
হায়খি উশিং-থৌওইদনা,
ইক্ষ্বাকু শাগেগী নিংথৌ।
ঐগা লান তৌবগী মহৈ,
করি থোক্লে নং খংলত্রা?
মরোল অত্থমদি অসিদা,
লানবা তৌবা য়াবা ঐগা,
লৈত্রি অকনবা অমতা।
ঐনা খনবদা নং অসি,
অপাম্বনা খুত্থম চনবা,
মীশক অমদি ওইবনা,
বাদি ঐগী পাক্তনবগী,
তাবা কংদ্রমাল্লে নংনা।
রাবনগী খুৎফু অসিদা,
থিনা শোকখি অনরন্য,
পিকথগ্রে মাগী মিত্থনশিং।
রাবন বাঙাংদি তাবদা,
হায়রকই অনরন্যনা,

পুম্নমক মতম্গী বানি,
ঐনদি করি ঙমগনি ?
হিংচাবা নহাক অসিনা,
নশামক্না নশাবুম্নু,
থাগৎচরি ইকাইদনা।
অহুগা ঐবুদি নংনা,
পিথিবা নত্তে মাইথিবা।
পুরকপদনি মতমনা,
শিনবগী মরম ঐগী,
খুৎলাইতা ওইবনি নংদি।
লাক্লে অরোইবা পুংফমদি,
মতম অসিদা ঐহাক্না,
ঙমগনি করি তৌবদি।
ঐনা নংগী নফমদগী,
নত্তে মাইথিবা ফংবদি,
শিবনি লান তৌনা তৌনা।
নাপলদি তৌনা নহাক্না,
পিরি মিংচত্তি অথিবা,
ঐগী ইক্ষ্বাকু শাগৈদা।
ফরে অহুদি শাপ তৌগে,
ঐনা দান, পুন্য কর্ম্মশিং,
হোম অমদি তপস্যাদি,

লৈয়ক্লবা তৌহ্নলভা,
ধর্ম্ম মাগী মতুং ইন্না,
প্রজা ঙাক্না লৈয়ক্লবা.
হায়রিবসিনা চুম্নবা,
চুমসনু ঐগী মিচৈনু।
অচৌবা নিংথৌ কয়ানা,
পোকখ্রবা ইক্ষ্বাকু শাগৈ,
শাগৈ অসিমক্তদগী,
দশরথগী মচা ওইনা,
পোক্লকপা শ্রীরাম মখুত্তা,
শিবদি ওইয়ু নহাক্না।
নিংথৌগী মীচৈ তাবদা,
নোংনা ঙংনা খোংলকপগুম,
নিনখি দুন্দুভি মখোম্না,
মাইকৈ মরিমক অসিদা,
হরাওনখি লাইয়াম্নদি,
চাইথরকখি লৈগী মপৈ,
স্বর্গদগী মর্ত্ত্যরোমদা।
শিরবদা অনরন্য,
কাখি স্বর্গ মাগী আম্না।
মতুং অসিদা রাবন্না,
চৎখি মাইকৈ অমরোমদা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১৭শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ২০শুবা সর্গঃ

( নারদনা রাবন্দা জ্ঞান তাকপা অমসুং রাবনা যমলোক্তা লান চৎখিবা । )

মহর্ষিনা হায় শ্রীরামদা,
মতুং অসিদা রাবনা,
লৈবাক নিংথৌ কয়া কয়া,
মাংহন্দুনা মরু ফংনা,
কোইরকখি পৃথি শিন-থুংনা ।
নোংমা পুস্পক দোলাই তোংনা,
অতিয়া লম্বী লাকপদা,
মুনি অথোইবা নারদ,
থেংনখি মালং লম্বীদা ।
হিংচাবা দশগ্রীবনা,
উবদা নারদ ঋষি,
ওকচখি তরাম তরাম্না ।
খুরমজরগা মুনিদা,
হংজখি মুনিগী বাদি ।
মশেক মঙাল পুম্নং লংনা,
লৈচিনগী থক্তা লৈরিবা,

তেজ পুম্নমক্না তিল্লবা,
মহামুনি নারদনা,
হায়রকই রাবন্দি য়েংনা ।
অচৌবা শাগৈদা পোকপা,
বিশ্রবাগী মচানুপা,
হে অকনবা রাবন নিংথৌ !
ঙাইরিবনি নংনা লাকপা,
নংগী নপাঙ্গল নথৌনা,
তাবদা পেল্লে ঐহাক্না ।
দৈত্যশিং মাংহনবা লান্দা,
বিষ্ণুগী থৌদো অহুগা,
গন্ধর্ব্ব অমসুং নাগ,
মাইথিবা পিনবা তৌবা,
নংগী লানওংশিং অহুগা,
উরুবদা অনি অসি,
থোইদোক্নদি পেনখি ঐনা,

উবা ফংখি চপ মাননা।
ঐহাক্না নংগী নফমদা,
হায়গে কানবা বা থরা,
হায়গদৌরিবা য়াফমসি,
কানবনি মহাক্নীদি।
লাই ফাওবনসু ঙমদ্রবা,
লঙ্কাগী নিংথৌ নহাক্না,
পৃথিদা পোকপা মীচমদি,
করিগীদমক হাৎলিবা?
মখোই মীওইবা অসিদি,
পোকপনি শিবা মপোক্তা
শিরবনি হান্নদি,
শিরববু হন্না হাৎপা,
হৌন থবকলা নংগীদি!
লাই, হিংচাবা, দৈত্য, যক্ষ,
গন্ধর্ব্ব পুম্নমকসিনা,
হাৎপা ঙমদ্রবা নহাক্সি,
মী ওইবশিংসি হাৎপনা,
করি লৈ নংগী তোংজবা।
মশাগী চাউথৎপা পাম্বা,
বাখল চাউবা অমত্তনা,
মত্তম চম্মদা পংলবা,
বাবত্তনা মখৌ ওইবা,
লাইথুং-ভিদ্রংনা শোল্লবা,
তাম্নবং মীওইশিং অসিবু,
অকনবনি শক্লনবা,
হাৎখিবদি থেংনগ্রব্রা?
ফত্তবা থবক্তা তৌনা,
ওৎ-নৈরগা মীওইবশিং,
বুদ্ধি লৈবা মীশিংদগী,
করম্না নুংশিবা ফংনি?
লান্তা পামজবা নহাকপু,
চানবিগনি কনানদি?
পৃথিগী জীব পুম্নমক,
অরাম-খৌরাংবা অমদি,
লাইথুংগী মৈশা ময়াম্না,
কনানা মন্নাং কংশিল্লি,
নারি কনানা বাখন্না,
লৈরি শিবগুম থরনা।
মরম অসিনা হে রাবন!
মাংহনগনু মীওইবশিং।
জ্ঞান য়াওদবনা পংলবা,
য়েংঙু মীওইবশিং অসে।
করিসু লৈতবা পোত্তা,
চিংশিনখিবনা মপুক্রিং,
লাম্নকম লৈত্রে মখোইগী।
খিত্তুং মুংঙাইবা ফংবদা,
পেনখিত্তুনা মীওইবনা,

লেল্লি জগোই ইশৈ তৌনা ।
অমুক থরদং রাবদা,
কপ্লি লাওনা মখোল থোক্লা,
লৈরি অরাবদি থাংনা ।
মমা-মপা, মতু-মচা,
মরূপ-মপাং পুম্নমক্কী,
পুন্সুনা নুংশি থৌরিনা,
শুমহৎলবা মীওইবনা,
কাওখি মশাগী মথৌদি,
লাকদবা অরাবদি,
লৈরি থংজবা ওমদনা ।
শুমহৎপা লাংদা থুরবা,
মতিক মগুণস্ত্র য়াওদ্রবা,
মীওইবশিং অসিদদি,
পিরুবনা অরাবদি,
নংগীদি করি তোংজরি ?
জয় তৌরে লোরো মীওইবা,
চিংনবা লৈতে মসিদা ।
য়েক্নবা মাংহনবা রাবন !
পৃথিগী জীব পুম্নমক,
চৎকনি শোইদনা যমদা,
অহূ ওইরবদি নংনা,
নংগী শক্তি মতুং ইন্না,
করিগী মাইথিবা পিদে,
যম কোবা মহাক অহুবু !
যম মাইথিবা পিরবদি,
পিরবনি লোক পুম্নমক ।
তাবদা মহর্ষিগী বা,
মশাগী শক্তি থংজবা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
হায়জরকই নোক্লা নোক্লা
লান্তা পামজবা দেবর্ষি !
যাত্রা তৌগে রসাতলদা,
জয় তৌরগা মরোল অহুম,
লাইশিং অমদি নাগশিং,
লোইনা ফাহ্নুনা পুরকে,
তৌগে সমুদ্র মন্থনদি,
ফংননবা অমৃতদি ।
রাবন মরাদি তাবদা,
হায়খি নারদ ঋষিনা ।
রসাতল চৎনিংবা নংনা,
অচুম্বা লম্বি চত্তুনা,
করিগী চৎলি লান্নদি ?
লম্বীদি রসাতল তাবা,
মশক্লি থোইনা বাবদি,
মন্নাই লম্বীদি প্রেতপুরগী,
য়াবনি ফাওনা চৎপদি ।
তাবদা নারদ বাহৈ,

নোঙ্গা হায়রকই রাবন্না,
চুম্মি ঋষিনা তাকপিবা।
ঙমিংকী মচা যমরাজনা,
লৈরি মথাদি মাইকৈদা,
মরম অহনা ঐহাক্না,
যমদি হাংলগে নিংতৃনা,
চৎপনি মথা মাইকৈদা।
লাম্দি পামজবা ঐহাক্না,
রাশক্কে তাবিয়ু ঋষি,
লোকপাল মরিমক অসিদি,
জয় তৌগে মাইথিবা পিনা।
মরম অসিনা ঐহাক্না,
চৎলগনি যমগী লমদা,
হাংনবা মহাকপু হায়না।
তাইবং জীব পুম্নমকপু,
অরাবা পিবা যম মাদি,
শয়হনগে অশিবগা,
খোঙ্গুল মুৎথৎকে মহাক্কী।
অসুম্না হায়রগা রাবন,
খুরমজখি দেবর্ষিদা।
চৎখি মমাই মথা পাংনা,
লোইননা মাগী লাম্মিশিং।
রাবন চৎপ্রবা মতুংদা,
লৈখি নারদ তুমিন্না।

খল্লকই নারদ ঋষি,
মপুক্কি তেনবা রাবন্না,
ইন্দ্রনচিংবা লাইরামবু,
অচৎ-চত্ত জীবশিংবু,
মরোল অহুম্মক অসিবু,
জয় তৌবা ঙম্মে খন্দুনা,
তৌরি নাপলদি মতোমতা
অমুকস্ম খল্লি মবুক্তা,
ফত্রবা রাবন অসিনা,
জয় তৌবদি যমরাজবু,
ঙমগত্রা মাগী শক্তিনা?
কাল কৌবা মহাক অসিদি,
জগৎ জীবনা তৌরকপা,
অফ-ফত্ত থবকশিংগী,
লৈরিবনি সাক্ষী ওইনা।
মৈশুম্বনি মাগী শক্তি,
জীবনা তৌবা পুম্নমক,
লৈতে মহাক্না খংদবা।
জীবনা মরোল অহুমগী,
কিবদগী মহাক্তবু,
হোৎনরি থাপ্পা চেন্নবা।
অসিগুম্বা যম মফমদা,
ছিংচাবা রাবন মহাক্না,
ঙমগনি করিদি তৌবা?

হায়রিবা মহাক অসিনা
শেম্বনি মরোল অহুমদি,
মহাক্তি ঙাকপিরিবসু ।

মহাক্তি মহৈ পিবসু,
পাপ পুন্য অনিমক্তিদি ।

মরোল অহুম জয় তৌবসু,
হায়রিবা যম মহাক্তনি,
রাবন মানা মতৌ করম,
ঙমগদৌরি জয় তৌবদি ?

অহুবু পুরমক অসি,
মতম মাগী খোংচত্তদি,
রাবন মাগী তপস্যানা,
ওন্ন-তৈনবা পুরমক,
পুরক্তি অচুম্বগুম্না,
তৌগদৌরি মতমবু জয় ।

ঐহাকী পুক্তিং অসিদা,
খোইরাংলে লান য়েংনিংবনা,
চৎলগা য়েংগে যমপুরদা,
লানদি মখোই অনিগীসি ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ২০শুবা সর্গ: লোইরে ।

# শ্রীরাম

## 'উত্তরকাণ্ড"

### ২১শুবা সর্গঃ

( যমগী লৈবাক্তা রাৱনা লান তাহ্নবা যমগী লাম্নি মরাম হাৎপা )।

ঋষিনা হায়রখি শ্রীরামদা,
মতৌ অনুম থম্না থম্না,
য়ৌনিংবদা য়ৌবা উম্বা,
পুক্লিংগী মাননা য়াংবা,
নারদ মহামুনিনা,
রাবন চৎখিবগী পাওদি,
পিরুনবা যম মফমদা,
মিংকুপ্তা য়ৌখি যম লৈবাক।
মফম অদু য়ৌরকপদা,
উবা ফংখি নারদনা,
যম্মহ্নু মৈ কৌবা লাই,
মাইয়োক্লনদি যমরাজগা :
জীবশিংনা মাগী মাগী,
কর্ম্ম ফল মতুং ইন্নদি,
পিফম থোকপদি দণ্ডশিং,
পিবদা সাক্ষী ওইনবা।

উবদা নারদ লাকপা,
হৌগত্তুনা যমরাজনদি,
শেমহ্নবা পূজাগী পোৎলম,
তৌজখি অতিথি সেবা।
পূজা লোইরবা মতুংদা,
হংজখি য়াইফ পাওশিংদি।
জগৎনা সেবা তৌনবা,
হে মহামুনি অথোইবা!
ধর্ম্মদি ময়েং তাত্রিকো ?
অরা-অনা লৈহিদেকো ?
দেবর্ষিনা মফমসিদা,
লেংবিরকপগী মরমদি,
তাকপিয়ু চিংনবিদকা।
তাবদা যমগী ৱাহৈদি,
হায়রকই মহামুনিনা,
মরমদি ঐনা লাকপগী,

ছায়গে তাবিয়ু ইবুঙেঙা,
তৌফম খোকপা থবক অদু,
তৌবিয়ু মুন্না খল্লগা ।
হৌজিক ফাওবদা নহাকপু,
মীশক্তি জয় তৌবা ওস্বা,
খনবনি পংলৈদি লৈতে,
অদুবু রাবন নিংথৌনা,
মশাগী শক্তিদা তোংনা,
লাক্লি জয় তৌবা নহাকপু ।
মরম অসি তাক্লিংদুনা,
লাকপনি খুদক অসিদা ।
কালদণ্ড নংগী খুংলাইনি,
কনা লেপকনি নমাংদা ?
অস্থুম্না বাবি তৌরিঙৈ,
নারদ যমদি অনিনা,
থুমিং মতৌগুম লংলবা,
রাবন নিংথৌগী দোলাইনা
পাইরকপদু অতিয়াদা,
উবদি ফংখি মখোইনা ।
পুষ্পক দোলাই মণ্ডাস্তনা,
অমস্বা লৈবাক যমগীদি,
পুমণ্ডাল ঙানখি নিংথিজনা,
য়োরকখি রাবন মিংকুপ্তা ।
য়োরকপদা যমগী লৈবাক,
জীবশিংনা মাগী মাগী,

মতুং ইন্না কর্ম্ম ফলদি,
লাক্করম্বা মতৌ অদু,
উবদি ফংখি রাবন্না ।
যম দূত ময়াম অদুনা,
পোইনদুনা লাম্মিশিংগা,
লৈমিন্নরিবা অদুবু,
উবা ফংখি রাবন নিংথৌ ।
মাইকৈদি অমরোমদনা,
অকিবা মশক ফংলবা,
দূতশিংদি ময়াম অদুনা,
মথুক্তা খুংলাই পাইরগা,
লাক্লরিবা জীব ময়াম,
লাও-খোংনা থাংবা মতৌদি,
থেংনখি রাবন নিংথৌনা ।
হলনা চারি জীব কয়া,
চারি হুইনা কয়া অমা ।
ময়ামগী মিকপ-মিরাওখোল,
তারি নাকোং শিংজা ফুনা ।
ঈগী লৈনাংনা থল্লবা,
লাল্লি বৈতরনী তুরেন,
হন্না হন্না জীব কয়া ।
মশা লেংঙম শাঙমদনা,
শারবা লৈঙোই মথক্তা,
চণ্ডুনা হনগং-হন্দাদি,
থাংলি অবাবা মৈচাক্তি ।

পাপীশিং কয়া অমনা,
থাংশাং ময়াগী মরক্তা,
লাক্লরি চেলহন-চোংহন্না।

কয়ানা বৌরব নরক্তা,
থরনা ক্ষরি তুরেন্দা,
অতৈশিং কয়া অমনা,
ক্ষুরগুম মচিন তুম্না থৌবা,
তাচিন্না থনবা তুরেন্দা,
অবাবা পিরি লংথনা।

পাপ্পীশিং কয়া অমদি,
অরাম-খৌরাংবা মৈচাক্লা,
ঙাওনা চেল্লি কোইচেল কোইচেল,
অতোপ্পা কয়া অমনা,
অশিবগুম ময়াং কংনা,
লেংবা ঙমদবা ফ্রিঙমদা,
মশম মনাদি হৌদনা,
কুচুদি তাইক্ষেৎ তাইহনা,
লৈরি থোইদোক্লা তোম্নদি।

পাপীশিং কয়া কয়ানা,
অমাংবা তৈনা মশাদা,
স্বর চনিং-চমাং শম্নদা,
চেল্লি থোইদোক্লা বানল্লি।

মতৌ অম্না জীবশিং,
চামা চামা লিশিং লিশিং,

লৈবত্থু অবাবা থাংনা,
উখি হিংচাবা রাবন্না।

অমুক মাইকৈ অমরোমদা,
পুণ্য লৈবা জীবশিংনা,
পুণ্যগী মহৈ ফংহনা,
ফজ-ফজবা য়ুমশিংদা,
লৈরি হরাও তয়ান্নদি।

তারি কনানা ইশৈদি,
য়েংলি কনানা জগোইদি।

কনাগুম্বশিং থরনা,
অহাও অথুমদি চাহনা,
লৈবত্থু নোক-খে তৌনদি,
উবদি ফংখি রাবন্না।

ষন দানবু তৌরম্বশিংনা,
পোৎচৈ সঙ্গোমদগী ফংবা,
দান তৌরম্বনা চাক-ইশিং,
অহাওবা পুম্নমক চাক্কী,
চা-থক্কা ন্নুংঙইনা লৈরি।

য়ুমশিংবু দান তৌরম্বনা,
ফজবা য়ুমশিং মন্নুংদা,
মখোই মখোইগী পুণ্যফল,
ফংহনা লৈরি ন্নুংঙাইনা।

পুণ্য তৌবা জীবশিংনা,
সনা-লুপা-মনি-মুক্তা,

লৈজেংহুনা পুন্নমকসি,
মশক মতৌ ফজরবী,
তনৌ তনৌবী কয়াগা,
হয়াও তয়াম্না লৈবদি,
উবদি ফংখি রাবন্না।
পাপীশিং কয়া অমগী,
উবদা অরাবা মতৌ,
মুংঙাইতহুনা রাবন্না,
থাদোকপিখি মখোই অহু।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
ওইথোক্তবা ওইথোকহনবা,
থৌওং মতৌ অসিদদি,
জীবশিং পুন্নমক অহু,
কোকখি খুদক্তা অরাবা।
নরক তাবা পুন্নমকপু,
থাদোকখ্রবদা রাবন্না,
যমগী দূতশিং পুন্নমক্না,
তাখি লান্দি রাবন থক্তা।
হাংলো তুপলো খোঞ্জেলতনা,
পুম্নিন নিনখি মাইকৈ মরি।
দূতশিং পুন্নমক অহুনা,
কনানা প্রাস, পরিঘ,
শূল, মুসল, শক্তি, তোমর,
খুংলাই পুন্নমক অহুদি,
কাপশিনখি রাবন মথক্তা।

পুষ্পক দোলাইদি নিংথিবা,
পুময়োম য়োমখি খুংলাইতনা।
ব্রহ্মাগী বরদি লৈবনা,
শোকপা ঙমখিদে দোলাইদি।
মশিং থংদে যমগী লান্মি,
লোইবা নাইদে থোরকপগী।
অকনবা লান্মি কয়ানা,
তকথাইবদা রাবন লান্মি,
লৈবা ঙমখিদে লানফমদা।
রাবনগী লান্মি অয়াম্বা,
কনানা উথক্তা তোংনা,
কনানা চীংমাইদা লৈনা,
হিংচাবা থরা অমনা,
লোত্তুনা ফুড়া দলান্দা,
লান্থেংনখি তেন্দি কাপ্না।
হিংচাবা মন্ত্রি অয়াম্বা,
ঈনা খুংলাইনা শোকপগী,
পুমতৈ তৈখি মশা পুম্বা,
অহুবু তোকখিদে লান্দি।
যমরাজ রাবন অনিমক্কী,
মন্ত্রি পুন্নমক অহুনা,
লানবা য়েংনা মাগী মাগী,
থেংনখি অকনবা লান্দি।
মতুংদা যমগী লান্মিনা,
থাদোক্লগা লানবাশিংদি,

তাখি লান রাবন মথক্তা।
খুৎলাই ময়াম্মা পানবদা,
ঈনা লুপখি রাবন মশা,
অশোক পাম্বী মতৌগুম্মা,
উথি পুমঙাং ঙাংনা রাবন।

শাওরক্তুনা রাবন নিংথৌ,
লাম্মিশিং মথক্তা যমগী,
শূল, গদা, প্রাস, মুসল,
শক্তি, তোমর, শিলা, বৃক্ষ,
কাপশিনখি খুৎলাই পুম্নমক।

খুৎলাইদি ময়াম অহুনা,
হৈথহুনা লাম্মি থক্তা,
তুমহন্নখি যমগী লাম্মিশিং।

যমগী লাম্মি খরনস্থু,
কল্লগা রানন খুৎলাইশিং,
মকোক ওইবা হিংচাবশিং,
চাম চাম লিশিং লিশিং,
হাৎখি কক্তুনা মঙকশিং।

নোংজু থা মতমদা নোংনা,
মাইকৈ মরিদি শিন্থ্রংনা,
চুবগুম অকিবা ফংনা,
লাম্মি ময়াম্মদি যমগী,
কোইশিল্লা মাইকৈ মরিদা,
কাপশিল্লকপা তেনয়াম্মদি,

য়োমশিনখি রাবন মশাদা,
ওমখিদে খর হোনবা ফাওবা।

য়ানখাইখি রাবন কবচ,
ঈনা লুপখি মশা পুম্বা।

মশাগী ঈদি উবদা,
অশাওবা পোকখি হিংচাবা।

চোংথহুনা দোলাইদগী,
লেপখি রাবন পৃথি থক্তা।

খুদক্তা রাবন নিংথৌনা,
মখুত্তা লিরুং পাইহুনা,
মতাগুম জগৎ য়োংলগে,
শৎখি তেন মাংবা লৈতবা।

পাশুপত কৌবদি তেন,
তেঙ্গা থোংলগা রাবন্না,
নখোই খাংঙু হায়রম্লগা,
চিংখি লিরি নাপ ফংনা।

শিবনা শিজিন্নখিবা,
পাশুপত কৌবা খুৎলাই,
যমগী লাম্মিগী মথক্তা,
কাপশিনখি রাবন নিংথৌনা।

পাইথোরকপা তেন অসিনা,
অরংবা মৈবুল মতৌগুম,
চান্না লৈখি অতিয়াদা,

মাইকৈ মরিদি শন্দোক্পা।
লম্বিদা থেংনবা পুম্বা,
চাকথেক্লম্মগা উং ওইনা,
পাইশিনখিহুনা চাকথেকখি,
লাম্নি ময়ামদি যমরাজগী।

ওইরিবা মতৌ অসিদা,
রাবনগী লাম্নি ময়াম্না,
মপুক্কিং হরাও-তম্নাম্না,
হৌনা লাওখি জয়গী ধ্বনী,
পৃথিদি থক থক নিকহন্না।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ২১শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড

### ২২শুবা সর্গঃ

( যম রাবনগী লান, যমনা মাগী কালদণ্ড পাইখৎপা, ব্রহ্মানা থাম্বা অমসুং রাবন হনখিবা। )

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা,
রাবনগী লান-লাও তাবদা,
নুমিৎকী মচাদি যমনা,
থনখি মপুক্কিংদা বানা,
হাংখিহুনা লাম্মি তুম্না,
জয় ওইপ্রমাল্লে রাবন্না।

লাম্মিশিং তুমখিবগী পাও,
ফংলবদা যম নিংথৌনা,
শাওখি হায়রনিংঙাই লৈতনা।

রাথং পিখি সারথিদা,
পুররুবা মাগী দোলাই।
অমকপা লৈত্রবা দোলাই,
পুরক্‌না সারথিনা,
মনাক য়ৌরক্রবদা যম,
কাখৎখি দোলাই মখক্তা।

মমাংদা লৈরি থুংলাইশিং,
প্রাস, মুদগরনচিংবা।
অশিবা কৌবা লাইসিনা,
যুগকী অরোইবা কাওবদা,
মরোল অহুম্মক অসিদি,
মাংহল্লিবনি তত্তনা।

যম্না শাওরকপা মতমদা,
চোংথোকররকখি কালদণ্ডদি,
মূর্ত্তিদি ওইনা মমাংদা।

থুংলাই অসিগী মশাদি,
য়োম্বনি অচাকপা মৈনা।
মাগী নাক-য়েংৎ অনিমক্তা,
ছিদ্র লৈত্রবা কালপাশনা,
লৈরি মৈওম 'চোংথোক্‌না।
নাকল অমদা মুদগরনা,

লৈরি মূর্ত্তি নাইনা ঙাম্না ।
লোক পুম্নমক্না কিরবা,
কাল কৌবা লাই মশামক্না,
শাওরকপা মতৌ উবদা,
মিপাইনখি জীব ময়াম,
থক থক নিকখি লাই ফাওবা ।
নিংথিবা শগোম্না চিংবা,
ফজবা দোলাই অত্থুদি,
মতমসিদা শাথৌবনা,
থৌজিনখি রাবন মাইয়োক্না,
অকিবা মখোল থোকহন্না ।
ইন্দ্র শগোলগুম নিংথিবা,
পুক্নিংগুম্নস্থ য়াংলবা.
যমগী শগোলশিং অত্থুনা.
পুশিনখি যমদি লানফমদা ।
অশিবগী লাই যমরাজনা.
দোলাই তোংনা লান চংলকপা,
উবদা মতৌ অত্থুদি,
চেন্নখি লাম্মি পুম্নমক,
হিংচাবা নিংথৌ রাবনগী,
মাইকৈ শলাইদি খংদনা ।
অশোনবা লাম্মি কয়াদি,
মাংনখি জ্ঞান কিখিবনা,
"ঐখোই লান তৌবা ঙম্মরোই"
চেন্নখি অস্থম লাওনদি ।

অত্থুবু রাবন নিংথৌদি,
লাম্মিশিংনা কিনরবা.
উরফাওবদা দোলাইস্থু,
থৌশাবিখিদে করিস্থু ।
থোইনা শাওরবা যমরাজনা,
উবদা রাবনগী মশক,
শক্তি, তোমর খুৎলাইশিংদি,
কাপশিনখি রাবন থজিন্দা ।
মতম অসিদা রাবন্না,
ঙাইহাক খাংলগা চৈনাখোল,
নোংনা হৈথবা মতৌগুম.
দোলাইথক্তা যম নিংথৌগী,
কাপশিনখি তেন খুবাম খুবাম ।
মরক অসিদা যমরাজনা,
শক্তি লৈরবা তেন চামা,
কাপশিনখি রাবন থবাক্তা,
চৈনাখোল ফংবদা তেনগী,
তুখি রাবন লৈমাইথক্তা ।
য়েক্লবা মাংহনবা যম্না,
থাক্তনা খুৎলাই অমতা,
শিজিন্নখি রাবন থক্তা ।
অস্থুম্না লান থেংনরকপা,
অহিং তরেৎ হৌরবদা,
জ্ঞানদি মাংখি রাবন নিংথৌ,
পোথাখি মাইথিবা ফংনা ।

মতম খরদি লৈরগা,
জ্ঞানদি লাকখি রাবন নিংথৌ
লাক্লুনা অমুক লানফমদা,
মাইয়োক্লখি যম নিংথৌগা,
হৌনখি অকনবা লান্দি।
অঙম তান্নখি অনিমক,
মমাই লৈনবা তৌদনা।
মতমসিদা অতিয়াদা,
প্রজাপতিগা লোইননা,
লাইয়াম পুম্নমক অতুনা,
য়েংখি অকনবা লান অতু।
অশিবগীদি নিংথৌ যম,
হিংচাবগী নিংথৌ রাবন,
অনিনা লান মাইয়োক্লবা,
উবদা মতৌ আসাদ,
মতম চাদনা প্রলয়দি,
থর্নখি থোকক্রা হায়নদি।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
মাগী লিরুং পাইখত্লুনা,
কাপশিনখি তেন মপৈ মপৈ,
অকনবা যমগী মথক্তা।
তেন মরিনা যম নিংথৌদা,
তেন তরেৎনা সারথিদা,
অবাবা পিখি কাপ্লুনা।
অমুক হন্না খুৎকাপ নম্না,
কাপ্লুনা তেন লক্ষ অমা,
থাজিনখি যমগী থম্মোইদা।
চৈনাখোল ফংবদা যমরাজ,
শাওরকখি মৈবু হৌনদি।
খর হোন্দোক হোনজিন মতমদা,
উখি মৈ মৈখু য়াওদবা।
অঙকপা ফংনা শাওরকপা,
উবদা যমগী মতৌদি,
কাল অমসুং মৃত্যু অনি,
হুরাওজখি থোইদোক্লদি।
মতুং অসিদা মৃত্যুনা,
থোইদোক হেন্দোক্লা শাওনদি,
হায়রকই যমগী মফমদা,
ফল্লবা হিংচাবা রাবন,
মথরাই লৌগে ঐবু লংঙু।
ঐগা থেংনবা কনানা,
মরোল অহুমদা পোকপনা,
চৎখিবা লৈখি হিংনদি?
হিরন্যকশিপু, শম্বর,
নমুচি, শম্ভু, নিসন্দি,
ধূমকেতু, বলি, বৃত্র,
বানসুর, গন্ধর্ব্ব, দৈত্য,
লান্দি হৈরবা নিংথৌশিং,
ঋষি, লিন, নাগ অপ্সরা,
যক্ষ, সমুদ্র, চীং, তুরেন,

উপাম্বী লোইনবা পৃথি,
হায়রিবা পুম্নমক অসি,
তুমশ্রবনি ঐগী খুত্তা ।
মখোই অসিদা নত্তবা,
কল্প-কল্পবা কয়াম্না,
ঐননি মাংহনখিবন্থ,
হিংচাবা মাগী রাকমদি,
কন্নাবু লুবা থবক্নো ?
ধর্ম্মদি মশক থংদবা,
হিংচাবা রাবন হাৎনবা,
শিজিন্নৌ ঐ খুৎলাই ওইনা
খ্বাইদগী হেন্না অকনবা,
ওইজরবন্থ মহাক্না,
লিংপা য়ারোই ইখুত্তগী ।
ঐগী মিৎয়েং অমত্তদা,
তুমগনি রাবন শোইদনা,
মাংখিনি মিৎনা কুপ্নদা ।
হায়রিবশিং অসি ঐনা,
হায়বা নত্তে হেমজিন্নদি,
উৎপন্থ নত্তে শক্তিদি ।
ঐগী মসি মখোশানা,
লৈজবনি ইগুণ ওইনা ।
মৃত্যুগী বাদি তাবদা,
তপ্পা হায়রকই যমরাজনা,
পোথানা লৈয়ু ইবুঙো,

মাবু (রাবনবু) মাংহল্লগে ঐহাক
শাওখিবনা ঈ-কারবা,
হৌগৎত্তনা যমনিংথৌনা,
পাইথৎখি কালদণ্ড খুৎলাই,
অমাং অত্তাদি লৈত্রবা ।
নাক্তা লৈবা কালদণ্ডগী,
বক্ত অমদি মৈগুন্না,
মতিক ময়াইদি কল্পবা,
কালপাশ, মুদগর অনিম্থ,
চোংথোকরকখি মূর্ত্তি নাইনা ।
কালদণ্ড খুৎলাই অসিদি,
থেংনবা জীব খুদিংমক,
গুম্বনি তুম্না চাকথেকপা ।
করি হায়নি মাগী শক্তি ?
মৈনা য়োম্লবা কালদণ্ড,
রাবন চাক্লগে মত্তাগুম,
যমগী খুত্তা লৈনা লৈনা,
থোরকখি মাগী তেজ পুম্বা ।
কালদণ্ড মশক উবদা,
হিংচাবা লাম্মি পুম্নমক,
মিপাইখি থোইনা হেন্নদি,
চেম্নখি লানকম থাদোক্না ।
কালদণ্ডবু পাইরিবা যম,
উবদা লাইন্নাম পুম্নমক,
কিনা য়েংনখি পৃথিবা ।

লৌনবা রাবন মথল্লাইদি,
কালদণ্ড কৌবা খুৎলাইদি,
লংজগে তৌবা মতমদা,
কাওরকখি ব্রহ্মা যম মাংদা,
হায়রকই তপ্না নিংথিনা।

মুমিৎকী মচা অকনবা!
কালদণ্ড শিজিন্নদুনা,
তৌগনু রাবন হাৎপদি।

রাবন মফমদা ঐহাক্না,
লাইশিংনা হাৎপা য়াদবা,
পিথোকখ্রে বরদি হায়না।

পিখিবা বর অসি ঐনা,
তাহনগনু অরেম্বদা,
ওইহনগনু মিনম্বা বর।
মরোল অহুম্মক অসিদা,
মী লাইশিংদি পুম্নমক্না,
লৌনখ্রগনি ঐহাকসি,
মিনম্বা ভাংবা ওইনদি।

নংগী কালদণ্ড অসিদি,
মরোল অহুম্মক অসিবু,
লাইনা চাকথেকপা ওম্বনি।
লংলবদি নংনা শাওনা,
অচান মিরাইদি য়েংদনা,
মমাংদা লৈরম্বা পুম্বা,

ওম্বনি তুম্না চাকথেকপা।
চাংদমনিংঙাইদি লৈত্রবা,
খুৎলাই অসিবু ঐহাক্না,
থাইনা মমাংঙৈ-মতমদা,
শেমখিবনি নংগীদমক।

থেংনবা য়ারোই কনাগা,
থেংনরুবা পোৎশক অহু,
শোয়রোই চাকখিবা তুম্নদি।

মরম অসিনা ইবুঙেঙা!
লংগনু নংনা খুৎলাইসি।

শিরবদি রাবন মানা,
মিৎকুপ অমা ফাওবা হিংনা,
লৈররোই কনা অমতা।
কালদণ্ড লংবা মতমদা,
হিংচাবা রাবন মহাক্না,
শিরবনু শিত্রবনু,
ঐভোন্দদি অনিমক্তা,
ওইগনি ওইদবা ভাংবা।

মরম অসিনা হে যমরাজ!
খল্লগনু রাবন হাৎকে।
তাইবং জীবগী মফমদা,
নংগী মায়বা মিৎয়েংনা,
থম্নবদি মতম চুপ্পা,
তোক্লো রাবন মাবু হাৎপা,

চুমহল্লো ঐগী ইরাদি।
ব্রহ্মানা মতৌ অমুম্না
হায়রবদা যম মফমদা,
থমখি যম্না মাগী খুৎলাই।
হায়জরকই ব্রহ্মা ম্নেংনা,
ইবুঙ্ঙো নহাক অসিনা,
চংজফমনি লাই ঐখোইগী,
মরম অদুনা ইবুঙ্ঙো,
ইনজরে ঐনা নয়াথং।
ইবুঙ্ঙোগী বর অদুনা,
রাত্রবদি রাবন হাৎপা,
কাম্নব্রে লানবু তৌবগী।
মরম অসিনা ঐহাক্না,
রাবনগী মিৎম্নোং রাংমদা,

চৎচগ্রগে খংহন্দনা।
হায়রম্নগা মতৌ অমুম,
মাংথোকখি যম লানফমদগী,
লোইননা মাগী দোলাইগা।
মতুংদা রাবন নিংথৌনা,
উদ্রবদা যমগী মশক,
লাউরম্নগা সিংহনাদ,
তোংখত্তুনা পুষ্পক দোলাই,
চৎখি যমগী লৈবাক্তগী।
মতুং অসিদা যমরাজনা,
দেবর্ষি নারদ ব্রহ্মা,
অতে লাইশিংগা লোইননা,
থোইদোক্না মপুক্লিং পেম্না,
চৎখি স্বর্গগী লমদমদা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ২২শুবা সর্গঃ লোইরে

# শ্রীরাম

## 'উত্তর কাণ্ড"

### ২৩শুবা সর্গঃ

( নিবাত কবচশিংগা রাবন্না মরূপ শানবা, কালকেয়শিং মাংহনবা অমসুং বরুণ মচা মাইথিবা পিবা । )

মহর্ষিনা হায় শ্রীরামদা,
হে রঘুকুলমনি রাম !
যমদি ঙম্মবা রাবন্না,
থোইদোক হেন্দোক্লা হরাওনা,
মাগী হিংচাবা লাম্মিগা,
চৎমিন্নখি অমুক হন্না ।
রাবনগী মশা পুম্নমক,
শোকখিবদগী খুৎলাইনা,
লৈরি ঈহং-নাইহং তৈনা ।
উবদা মতৌ অসিদি
ঙকখি হিংচাবা পুম্নমক ।
পুস্পক দোলাইগী মনুংদা,
হিংচাবা লাম্মি ময়াম্না,
'জয় ওইরে রাবন নিংথৌনা,
লাওথুনা মতৌ অসুম্না,
হরাওহনখি রাবন নিংথৌ ।
হিংচাবা রাবন নিংথৌনা,
মাগী লাম্মিগা লোইননা,
রসাতল চৎকে খন্দুনা,
দৈত্য, নাগশিংনা ঙাকপা,
বরুণ লৈফম সমুদ্রদা,
চংখি জয় ধ্বনীদি লাওনা ।
নাগ নিংথৌ বাসুকিনা
নিংথিনা ঙাক্লা লৈরিবা,
ভোগবতীগী সমদমদা,
চংশিনখিহুনা রাবন্না,
মরূপ ওইখি নাগশিংগা,
পেলহনখি নাগ প্রজাশিং ।
নিবাত কবচ কৌবা,
দৈত্যগী কাংবু অমদি,

শ্রীরাম

ফংহনা ব্রহ্মাগী বরদি,
লৈরি মফম অসিদদি।
দৈত্যশিং অহুগী নাক্তা,
চংখিহনা রাবন নিংথৌ,
শিংনখি লান তৌসি হায়না।
দৈত্য পুম্নমক অসিদি,
খুৎশু-খুৎলাই মখল শুনা,
শিজিন্নবদি ঙম্বনি,
লানম্ থোইনা পামজবনি।
দৈত্য অমম্ং হিংচাবা,
লান পামজবা কাংবু অনি,
মাইম্নোক্নখি লানগীদমক।
মাইকৈ অনিগী লাম্মিনা,
শূল, ত্রিশূল, বজ্র, পটিশ,
থাং শিংজংনাচিংবা খুৎলাই,
শিজিন্নখি লানফমসিদা।
অসুম্না লানথেংনরকপা,
চহি অমা হেল্ল ফাওবা,
লৈখি ঙম্নফম খংদনা।
মতম অসিদা ব্রহ্মানা,
তোংহনা নিংথিবা দোলাই,
য়ৌরকখি লানফম অসিদা।
অহল ওইরবা ব্রহ্মানা,
মাইকৈ অনিমক থাম্নগা,

হায়খি নিংথিবা যাহৈনা।
বা হায়গে তাও হে দানবশিং।
পুম্নুনম্ লাই-হিংচাবা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবনবু,
পিবদি ঙম্নোই মাইথিবা,
অহুগুম্না নখোইবুম্ (দানববুম্),
ঙম্নোই লান্দা মাইখিহনবা।
নখোই কাংবু অনিমক্তা,
পিখিবনি বর মায়না।
মরমসিনা নখোই অনি,
লৈরবদি মরূপ ওইনা,
ওইগনি ঐগী অপেনবা।
মরূপ ওইনা লৈরবদি,
নরন-নথুমশিং পুম্নমক,
চাউখৎলকপদা নত্তনা,
ইকাই খুম্ননি ময়াম্না,
চিংনফম থোক্তে মসিদা।
মবুথৌ য়াথং ফংবদা,
রাবন নিবাতকবচ,
বাশকমিন্নখি মৈ শোক্না,
শানখি মরূপ চাননা।
দৈত্যশিং মফমদগীদি,
ইকাই খুম্নবা ফংলবা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,

মুংঙাইবা পুন্নমক ফংনা,
লৈখি ইংনা চহি অমা।
মতম অসিদা রাবন্না,
মায়া বিদ্যাদি চামরোম,
তমহুনা হৈখি নিংখিনা।
মতুংদা রাবন নিংথৌনা,
বরুণগী লৈফমদি খিবা,
চংখি রসাতল মাইকৈদি।
রসাতল কোইনা লাকপদা,
কালকেয়শিংগীদি লমদম,
অশ্ম হায়না থংনরবা.
মফম অসিদা রাবন্না,
থুংলখি লাম্নি লোইননা।
অকনবা কালকেয়শিংবু,
তুম্না হাংপদা মতেনা,
মচল সূর্পনখা লোবা,
মশেল বিদ্যুজ্জিহ্ব ফাওবা,
হাংখি থাংনদি কক্তুনা।
হায়রিবা মশেল অসিদি,
থোইদোক্না কনবা অমনি,
লানফমদা মাগী মরেম্না,
লাম্নি পুন্নমক শোংলগে,
তৌরকপা মতম অদুদা,
হাংখি রাবন্না শাওহুনা,
চলহনখি লুপ্তাবীশিংদা,

মচলনুপি শূর্পনখা।
মশেল হাংলবা মতুংদা,
দৈত্যাগী লাম্নি চাময়িস্ত,
মথবাইদি লৌখি রাবন্না।
মথং লাকপদা রাবন্না,
উবা ফংখি বরুণ কোম্নুং।
হায়রিবা কোম্নুং অসিদি,
কৈলাস চীংগুম্না চাউরবা,
নাপুদা অঙৌবা চংনা,
ফজবা মফুনা ওইবা,
কোম্নুংনি থোইদোক হেন্দোকপা।
সুরভি কৌবী যনবীনা,
লেংদনা লৈ মফমসিদা।
মাগী মখোমদি অহুনা,
শিন্থহুনা মতম চুপ্পা,
শেমখিবনি ক্ষীরোদ সাগর।
বৃষভ(শিবগী শাদোং)পোকপি সুরভি,
অহানবা ওইনা রাবন্না,
উবা ফংখি মফমসিদা।
ইংলবা থাক মহাকন্ন,
পোকখি ক্ষীরোদ সাগরদগী।
চন্দ্রদেবসী পোক্তফম,
ক্ষীরোদ সাগরদা লৈহুনা,
মহর্ষি কয়া করাদা,
হিংলি মাগী কোজোল থক্না।

অমৃত অমদি সুধা,
চিঙ্গাক ওইবা পিতৃশিংগী,
কংলিবনি মফমসিদা ।
সুরভি কৌবী ষনবীবু,
য়েংওইননা থনম্নগা.
থোইনা চেকশিন্না ঙাকলিবা
অকনবা বরুবু কোন্নুংদা,
চংশিনখি রাবন নিংথৌনা ।
রাবন্না কোন্নুং চংদ্রিঙৈ
উবা ফংখি বরুণ শঙ্গাই,
থোইনা হেন্নদি ফজবা ।
ইশিং চাইবী কম্না কম্না,
লৈরি মফম চানা চানা,
মেরাথাগী নোং মতুমগুম,
উবা ফংলি তরু-তশেং ।
মতুংদা রাবন নিংথৌনা,
বরুন লাম্মি মকোক খরা,
ফুত্নুনা জখম থম্নগা,
হায়রকই মখোইদি য়েংনা,
নখোইগী নিংথৌ বরুনদা,
তম্মুচো ঐগী পাও অসি ।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
লান তৌগে লাক্লি নিংথৌগা
থোরকউ লান তৌনিংলগা,
নত্রগা কিরে হায়জরো ।

পিরুবদা পাও অসিদি,
কিরুগনু করিমতা,
য়াথং ঙাকপনি নখোইদি ।
পাও ফংবদা দূতশিংগীদি,
বরুণগী মচা-মগুশিং,
অশাওবনা মাংওইননা,
তৌখি যাত্রা লানগীদমক ।
"গো" অমসুং "পুস্কর" কৌবা,
সেনাপতি অনিরুসু,
য়াওখি মখোইগী মরক্তা ।
অকনবা লাম্মি পুম্নমক,
মপুক্লিংগী মতুং ইন্না,
য়ৌনিং য়ৌনিংবা মফমদা,
য়ৌবা ঙম্বনি মিৎকুপ্তা ।
খুদক্তা দোলাই তোংদুনা,
মখোই পুম্নমক পুল্লগা,
চংখি লান অমতা ওইনা ।
রাবন নিংথৌ লাম্মিশিংগা,
বরুণ মচা মগুশিংগা,
থেংনখি লান্দি অকনবা,
মাইয়োক্নদুনা লানফমদা ।
মতম খরগী মনুংদা,
রাবন মন্ত্রি পুম্নমক্না,
বরুণগী লাম্মি ময়ামদু,
অরাবা পিখি লানফমদা ।

উবদা লানগী মতৌসি,
রানখি বরুণ মচাশিং ।
লানজংদা হিংচাবশিংগী,
রানা থোক্লুনা খাংবদা,
বরুণ মচাশিং অত্থনা.
থৈদোকখি লান মতম খরা ।
লৈবদি রাবন নিংথৌনা
অতিয়াদা পুষ্পক তোংনা,
উখি বরুণ মচাশিংনা ।
অপাইবা দোলাইশিং তোংনা.
বরুণ মচাশিং অত্থনা,
পাইশিনখি রাবন তম্নদি ।
অকনবা মাইয়োক্নবা লান,
থেংনবা হৌখি রাবনগা ।
লাই-হিংচাবগী লানগুম্না,
অকিবা ফংখি য়েংবদা ।
বরুণ মচাশিং অত্থনা,
কাপ্তুনা মৈগুম্বা তেনশিং,
পিখি অরাবা রাবন্দা,
লৈহনখি মমাই লান্দগী ।
মতৌ উবদা রাবনগী,
লাওনখি জয়গী নৌদি,
বরুণ লাম্মিশিং অত্থনা ।
রাবন মাইথিবা উবদা,

শাওরকখি মন্ত্রি মহোদর ।
শিগনি হায়বা কিদনা,
চংশিনখি লানফম অত্থদা ।
বরুণ মচাগী শাগোলশিং,
মপুগী পুক্লিংদি খংনা,
পাইবনি নুংশিৎকুম য়াংনা ।
অত্থবু অকনবা মন্ত্রি,
মহোদর কৌবা অসিনা,
শগোল পুম্নমক অত্থবু,
হাংখি গদানা ফুত্থনা ।
লানফমদা বরুণ মচাশিং,
লৈখি দোলাইদি য়াওদনা ।
চৈরক অসিদা মহোদর,
হাৎলগা বরুণ লাম্মিশিং,
কন্না লাওখি সিংহনাদ ।
মহোদরগী গদা লান্দা,
বরুণ মচা পুম্নমকী,
শগোল, দোলাই, সারথিশিং,
হাংখি অমতা থাক্তনা ।
শগোল, দোলাইদি লৈত্রবা,
বরুণ মচাশিং অত্থনা,
মখোই মশাগী শক্তিনা
লৈখি পাইখৎনা মালংদা ।
বরুণ মচাশিং অসিনা,

তেন কাণ্ডুনা মহোদরদা,
পিরমগা অবাবদি,
লান্দাখি রাবন মথক্তা।
অশাওবগা লোয়নহনা,
বরুণ মচাশিং অহুনা,
নোং হৈথবগুম চীংথক্লা,
বজ্রগুম্বা তেন ঙাক্তনা,
কাপশিনখি রাবন মথক্তা।
মতৌ অসিদা রাবন্না,
শাওরকখি প্রলয় মতৌগুম
অকিবা মশক ফংলবা,
মৈগুম্বা তেনদি শত্তুনা,
কাপখি মথোইগী থম্মোইদা
নোংথক্লা লৈনা রাবন্না,
মুসল, শতভল্ল, তা,
পট্টিশ, শাতঘ্নী, শক্তি,
লংহনা পুম্নমক অসি,
অবাবা পিখি মথোইদা।
বরুণ মচাশিং পুম্নমক,
পানবদা থংলাই ময়াম্না,
ঙাওহনা চংখি মথোংনা।
চহি হুম্ফুগী শামুনা,
লৈথোম মঙ্গংদা তাবগুম,
ঙাওচংনখি বরুণ মচা।

বরুণ মচাশিং অহুগী,
মতৌশিং অহু উবদা
থাক্লা থাক্লা নোকখি রাবন।
সিংহনাদদি লাওহনা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
অকনবা নোংলৈ-মুংশিংনা,
থুদেকপগুম উপাম্বীশিং,
তেন করাদি কাপশিন্দুনা,
লাকখি বরুণ মচাশিং।
লাকম্মদা মাইথিহনা,
তুরবা বরুণ মচাশিং,
পুহনা চংখি মনাইনা,
মথোই মথোইগী ময়ুম্দা।
মতুং অসিদা রাবন্না,
হায়রকই বরুণ লাম্নিদা,
হায়রু নথোইনা চৎলগা,
বরুণ নিংথৌগী মফমদা,
থোরকউ ঐগা লান তৌসি;
রাবনগী মবা তাবদা,
হায়রকই প্রহাস মন্ত্রিনা।
নংনা লান্দি শিংমরিবা,
ইশিংগী মপু বরুণদি,
হান্না চংখ্রে ব্রহ্ম-লোয়লুম,
হায়রহনা ইশৈ তারুদি।

বরুণ নিংথৌ লৈত্রবদা, লাওরম্নগা সিংহনাদ,
করি কানরি নংগী লাল ? হনখি রাবন লাম্মিশিংগা।
মাগী মচাশিং থরম্ব, রাবন্না মাগী দোলাইদা,
পিথ্রে নংনা মাইথিবদি। তোংহনা লাম্মি লোইননা,
মন্ত্রিগী মবা তাবদা, পাইখি লঙ্কা মাইকৈ তম্না।

মত্তাং থাসিদা উত্তর কাণ্ডগী ২৩শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

উত্তর কাণ্ডগী সর্গ ২৩ অমসুং ২৪ গী মরক অসিদা প্রক্ষিপ্ত সর্গ ৫ হায়রিবা সর্গশিং মসিগী মতুংদা লৈ। লৈখিবা ক সর্গ অসিগী লৈরিবা রামায়ণ উবা ফংই। মাওদবা রামায়ন মহাকাব্যগী অতুব লৈ। সর্গ: দি মাওবা, মতাং চানা চানা থেৎলম্মী। মতাং অসিদা মাওবা সর্গ মঙা অদু হাপচরি।

### প্রক্ষিপ্তঃ সর্গ ১বা

( অশ্ম নগরদা রাবন চৎপা, বলিগা লোইননা বারি শানবা। )

হায়খি রামদা অগস্ত্যনা,
মতুংদা লানবু পামজবা,
হিংচাবা লাম্মি অতুনা,
থুংলখি অশ্ম নগরদা।
মফম অসিদা রাবন্না,
অঙকপা মশক ফংলবা,
থোইদোক্লা নিংথিজগ্রবা,
য়ুমদি অমা পুক্লিং হুবা,
থেংনখি লৈরম্বা অদু।
থোংজাও খুদিং য়ুম অসিগী,
তাল্লি বৈদূর্য্য মনিনা,
মিক্কৎথোং খুদিং ফাংলিবা,

চনবনি হিরা মনিনা,
মথোং খুদিং য়ুম অসিগী,
য়ুংবনি সনা হৈনদি।
মাইকৈ মরিদা য়ুমসিগী,
মফম চাবা য়েংনা য়েংনা,
থারি নিংথিবা ফমফমশিং।
থোং, মিক্কৎথোং, থোংজাও খুদিং,
লৈতেংলি মুক্তা পল্লেংনা,
ফজারি থোইনা হেন্নদি।
উবদা নিংথিবা য়ুমসি,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
মেরু অমদি মন্দরগুম,

পুক্লিং হুরবা য়ুম অসি,
হংখি কনাগীনো হায়না?
চক্ত্না প্রহস্ত নংনা
খংলু মরম য়ুম অসিগী।
য়াথং ফংবদা রাবনগী,
থোইনা হরাওনা প্রহস্ত,
চংশিনখি য়ুমগী মনুংদা।
থোংদা কনাদি লৈতবা,
উবদা প্রহস্ত মন্ত্রি,
চংখি মনুংদা কাশিংগী।
মথং মথংদি কা তরেং,
য়োরকপা মতম অসিদা,
উবা ফংখি প্রহস্তনা,
কা অমা খ্বাইদগী চাওবা,
লৈরিবা মৈদি চাক্ত্না।
অচাকপা মৈগী মরক্তা,
লৈবদি মুপা অমথক,
উবা ফংখি মফমথুদা।
নোক্লা নোক্লা মুপাসিনা,
হোৌগংলকখি ফম্বদগী,
মতম অসিদা প্রহস্ত,
তাবদা নোক্লকপা খোজেন,
মতুং চুংখি মশা পুম্বা।
ময়াইদা মৈঙাল অহুগী,

সনাগী লিকপরেং শিবা,
মুমিং মঙালগুম ঙান্দুনা,
লৈরিবা মুপা অহুদ্,
তরংনা উখি প্রহস্ত।
উবদা মতৌ অহুদি,
খুদক্তা থোকখি প্রহস্ত,
চংখিহুনা রাবন নাক্তা,
তমজখি পাও মরিক চুম্বা
তাবদা পাওদি রাবম্না,
কুমথখি দোলাই থক্তগী,
চংখি অকিবা লৈতনা,
মনুংদা য়ুমজাও অহুগী।
রাবন মাংদা মতমসিদা,
অকিবগী মশক ফংনা,
রাং-চাউরবা মুপা অমা,
মৈরিগুম মরৈদি তম্না,
উক্ত্না অকিবা শক্তম,
লৈরি লম্বীদি থংলগা।
কোরিগুম ঙাংজি মমিংহি,
মনাতোন অহুনা মাগী,
চাউই অকিবদি ফংনা
তাথরকপা মঙকশম্না,
চাউ-শাংনদি নিংথিজরি,
চাউরবা মাইথোং অহুনা,

থানিন্ মকোইগুম নিংথিরি ।
কুপ্রোগুম ভৌবা মা পরেং,
য়েংবদা থোইনা ফজরি,
হায়থরকপা পাম্বোম অনি,
শামু নাতালব্ গুমজরি,
চাউনা ফজে মথুউ অনি,
শরু পুম্নমক তাংশিংগী,
উরি থোইনা চেকশিন্নদি,
অসিগুম্বা মুপাসিনা,
পাইহনা গদা মথুত্তা,
থিংনা লৈরি থোংগী লম্বী ।
উবদা নুপা অসিদি,
মতু চুংখি রাবন নিংথৌ,
মশা নিকথি জ্ঞানদি মাংখি ।
ফাজিল্লগা অকিবশিং,
বাখল ভৌখি রাবন নিংথৌ ।
কিনা লৈবহ্ রাবন্না,
উবদা নুপা অহুনা,
হায়রকই রাবন মফমদা ।
করি খল্লি হে হিংচাবা ?
হায়যু নংগী অপাম্বহ্,
পাম্নবদি নহাক্না লান,
থুংহনগনি মহ্ ঐনা ।
লানথেংনবদি বল্লিগা,
পাম্বহনা লাকপ্রা নহাক্না ?
নত্রগা করিদি পাম্বা,
হায়যু নংগী অনিংবহ্ ।
তাবদা বাহৈশিং অহ্,
মত্ চুংখি রাবন নিংথৌ,
ফাজিল্লগা মপুক্লিংদি,
উত্তনা অকিবা মতৌ,
হায়রকই থোইনদি তপ্না,
হে বাডাং হৈবাদি নুপা !
কনা লৈবগে মনুংদা,
লান শোরুগে মহাক্কদি ।
তাবদা বাবনগী মরা,
হায়রকই নুপা অহুনা,
পুম্নমক্না নুংশিন্নিবা,
থবাই ওইবা অচুম্বনী,
থোইদোক হেন্দোক্না কল্লবা
দানবশিংগী নিংথৌ বলি,
লৈবনি মফম অসিদা ।
গুণ পুম্নমক অহ্নদি,
ওইবনি মহাক্কী লৈতেং,
নুমিংগুম অয়ুক্তা থোকপা,
মহাক্কি তেজশিংনা তিনবা,
যমগুম অকিবা ফংবনি,
মাইথিবা লৈতে লান্দদি ।
শাওরকপদা বলিরাজনা,
গুম্বনি জগৎ জয় তৌবা ।

ব্রাহ্মণ গুরুনা চানবিবা,
মীশক অহু মহাকসিনি.
জীব পুম্নমক মকমদা,
য়েংবনি মানবা মিংয়েং,
চাবা থকপা পুম্নমক্তা,
অথোই অহেন্দি নাইদনা,
চামিন্নবনি ময়ামগা।
গুণ পুম্নমক্তা তিল্লবা,
চপ মানবা মিংয়েং থম্বা
অচুম্বা থবক্তা তৌবা,
তেজ লৈরবা বলি অসি,
চংম্বনি ধর্ম্ম কাইদনা,
হৈশিংবনি থবক খুদিং,
থংবনি মক্কম মতমদি।
য়াংবনি মুংশিং মতৌগুম।
চাক্তনা মৈগী মতৌগুম.
অরাবা থাংনা মশাদা.
বলিনি তপ তৌবা গুম্বা।
অমুক হেন্না হায়বা নত্তে,
মহাক্না দেব, ভূত, সর্প,
উচেক্নশিংগিদি লোইননা,
গুম্বনি চংমিন্নবদি।
অকিবা মীশক মহাক্না,।
লৈতবনি জগৎসিদা,
অহুব রাবন নহাক্তি,
দান তৌগে নত্রা মহাক্না ?
ল্লবদি লান শোক্লগে,
ংগু য়ুম মন্নুং অহুদা,
তৌরুরো অপাম্বা লান্দু।
তাবদা বাহু রাবন্না,
চংখ মনাক্তা বলিগী।
মিংনা য়েংবদি গুমদনা,
ইরং লং মুমিং মণ্ডালগুম,
লৈরিবা বলি নিংথৌনা.
উবদা রাবন চংলকপা,
নোকফেং তৌনদি য়েংলগা,
ফাহুনা রাবন মহাকপু,
ফমহল্লগা মতম্বাক্তা,
হায়রকই নিংথিবা বাদি,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন।
করিনো নংগী অপাম্বা ?
হায়য়ু পিগে তশেংনা।
করিগীনো নংনা লাকপা ?
হায়য়ু মরমহু শ্রীভোন্দা।
তাবদা বাহংহু রাবন,
হায়রকই বলিদি য়েংনা,
শ্রৈনা তাখি হে অকনবা,
থাইনা মমাংডৈ মতমদা,
নহাক অসিবু বিষ্ণুনা,
পুন্দুনা থমখি হায়নদি।

থাদোকে খন্দুনা নংবু,
লাকপনি ঐ মকমসিদা,
চিংনবিগনু মসিদা।
তাবদা রাবনগী বাদি,
হায়রকই নোঙ্গা বলিনা।
হায়রিবদো রাবন নংনা,
হায়গে তাও মরম শুগাইনা।
থোংদা লেঙ্ডুনা লৈরিবা,
শংবানবা নুপাসিনা,
দানব অকনবা পুম্নমক,
অতৈ অকনবশিংবুসু,
মপাঙ্গলতনা মহাক্কী,
থমখিবনি খুতুম চন্না।
হায়রিবা নুপা অসিনা,
থগ্বনি পুন্দুনা ঐবু।
তৌথোরকপা খুদিং মানা,
মশক্তি অঙকপা ফংবা,
মরমদি মহাক অসিনা,
মগুনি পুম্নমকসিগী,
খিংগনি মাবু কনানা?
ঐহাক্কী থোংদা লৈরিবা,
ইবুঙো মহাক অসিদি,
তমখিবনি যম মতৌগুম,
অদুবু জগং জীবনা,
থাদোকপদি ঙমদে মাবু।

মরোল অহুমদা লৈরিবা,
জীব পুম্নমক অসিগী,
অশেংবসু মাংহনবসু,
ওইরিবনি মহাক্তনা।
ইবুঙো মহাক অসিবু,
খংদে নংনসু ঐনসু।
পুম্নমক মাংহনবা কালনি,
ভুত, ভবিষ্যৎ, বর্তমান, কাল,
মহাক্তনি পুম্নমকসি।
অচৎ-চত্ত জীব পুম্বা,
শেম্বিবনি মাংহনবনি।
হৌজিক ওইরিবা জগৎসু,
শেমখিবনি অমুক হন্না।
মরম অসিনা হিংচাবা!
দান, যজ্ঞ অমদি হুত,
চৎনবী পুম্নমক অসি,
শেম্বা অমসুং ঙাকপদি,
খংঙু নুপা অসিতনি,
চিংনবা তৌনু মসিদা?
অদুবু মহাক অসিদি,
কোংদোক্তে মরোল অহুমদা।
পুলস্ত্যগী মচা রাবন!

জগৎ জীব পুম্নমকসি,
শাশিং পুনবগুম থোরিনা
পুন্নিবনি মহাক্তনা।

হৌথিবা দানব ময়াম্মক,
নহাক ঐহাক পুম্নমক্কী,
নুচিংবনি মহাক্তনা ।
বৃত্র, দম্ব, শুক, শম্ভু,
শুম্ভ, নিশুম্ভ, কালনেমি,
প্রাহ্লাদি, কূট, মুচু,
বৈরোচন যমল, অর্জ্জুন,
কংস, মধু, কৈটভ,
মুমিৎ, থা, থৌরানমিচাকশিং,
মপুনি পুম্নমকসিগী,
মাংহল্লগা পুম্নমকসি,
শেম্বিবনি অমুক হন্না !
থরনা যজ্ঞ তৌহল্লি,
থরা অমবু তপস্যা,
অতোম্মা থরা অমনা,
ধর্ম্মদা পুক্লিং চংহন্না,
থম্বিরি ইবুঙেঙা মানা ।
মখোই পুম্নমক অহুনা,
মপাল নাইদবা ঐশ্বর্য্য,
পুম্নমক অহু কংহুনা,
লৈবাক্কী নিংথৌ ওইনদি,
দান, যজ্ঞ, অধ্যয়ন তৌনা,
লৈথি লৈবাক্তি ঙাক্তুনা ।
মখোই পুম্নমক অহুনা,
কনবিরগা মাপী মীদি,
মাংহনখি স্বেক্লবশিংদি ।
মানবা অমা মখোইগা,
দেব লোক্তা অমর লোক্তা,
কংত্রবনি থিরুবদা ।
অকনবা ঙাক্লি মখোইহু,
হৈবনি বিষ্ণা পুম্নমক,
খুংগু খুৎলাই শিজিন্নবা,
হৈবনি মখোই পুম্নমক,
লৈথিদে মাইথিবা লাম্না ।
লানকমদা লাইস্নাম পুম্নমক,
থিনা মাইথিবা পিরগা,
স্বর্গগী রাজ্যভোগ পুবা,
কংগ্রবা ঙাক্তনি মখোই ।
অয়ুক্তা থোকপা মুমিৎশুম,
দানবশিং তেজদি লৈরবা,
কংগ্রবনি বিষয় পুবা ।
স্নোকপনি মখোইগী মীদি,
শাওনবা তৌথি লাইগীদি ।
হন্না হন্নদি চাম্নরক,
দানব অবাবা পিওবা,
অহুগুম্না ঈশ্বর অহু,
শ্রীবিষ্ণু মহাক অসিনি,
মবুঙেঙানি লাইশিংগীদি ।
মাংহনবা ওম্বা মহাক্লি,
কনফিবা ওম্বা মহাক্লি,

থংজি মত্থ তশেংনদি,
মখোই লাইরাম পুম্নমক্কা ।
শেম্বনি পুম্নমক মানা,
মাংহল্লগা অমুক হন্না,
ইবুঙোগা মাগী মকমদা,
তিনখিগনি আত্মা পুম্বা ।
দানব পুম্নমক অকনবা,
মথুত্তুদি লাই অসিগী,
তুমগ্রবনি লোইনমক্কি ।
ঐহাক্না তাখি মত্থুদি,
মাইথিবা লৈতবা দানব,
অকনবা পুম্নমক অত্থু,
তুমখিবনি মাগী থুত্তো,
অকনবা লানফম মন্নাইদা,
শিত্থনা থিনা মাইথিবা,
হাংখিবনি মথং মথং,
অঙকপা মশক অসিনা ।
ম্লেংঙু আদগীসি রাবন,
ফংলিনি উবা নংনত্থ,
চক্র অসে মৈবুনগুম্বা,
পুরকউ সিদা লৌরগা,
মতুংদা নংগী নকমদা,
লিবিগে বারি মসিগী ।
থিম্থবা তৌদনা নংনা,
লৌরুচো চক্র অসিদি ।

রা অত্থ তাবদা রাবন,
উংশিত্তবা মিনোক নোক্না,
মকমদা কুণ্ডল লৈরিবা,
চংখি থৌশা-রাশাদনা ।
নাপলনা ময়াই কাক্সবা,
কনাবুত্থ উংশিক্কবা,
হিংচাবা নিংথৌ রাকন্না,
থাঙ্গৎকে তৌখি কুণ্ডলদি,
অত্থবু থোইনা ঙকপদি,
ঙমদে লেংবা মচি ফাওবা ।
ইকাই ইকাইনা রাবন্না,
হোৎনখি হন্না হন্নদি,
অত্থবু তাখি অরেম্বা ।
কন্না হোৎনবা অত্থদা,
রাখিবনা রাবন নিংথৌ,
ঈখেং হাথখি ময়াদা,
শাল পাম্বীগুম মখোং ককপা,
হায়থরকখি পৃথি থক্না ।
উবদা রাবন তুখিবা,
পাত্র মন্ত্রি পুম্নমক্কা,
চেন্নখি রা রা লাওনদি,
কোইরাং লাংখি মখোই ময়াম ।
জ্ঞান তারক্লবদা রাবন,
হৌগৎলকই ইকাই ইকাই ।
মতৌত্থ উবদা বলি,

হায়রকই রাবন্দি য়েংনা,
লাও ঐগী ইনাক অসিদা,
হায়বিগে মতুগী মরম।
নংনা থাঙ্গৎকে হোৎনবা,
মনি হৎলবা কুণ্ডলসি,
ঐগীদি ইবুধৌ ওইবা,
হিরন্যকশিপুনদি,
য়াল্লম্বনি মাগী নাদা।
পৃথি থক্তা তানা লৈবা,
উরিবতুনি নহাক্লা।
অতোপ্পা কুণ্ডল অমনা,
লৈরি তাতুনা চাংসিদা।
কুণ্ডল অসিদা নত্তনা,
মুকুট অমসু ইধৌগী,
ময়াইদা লানকম অতুগী,
তাতুনা লৈ হৌজিক ফাওবা
মমাংঙৈ মতম অতুদা,
ইবুধৌ হিরন্যকশিপু,
কাল, মৃত্যু অমদি ব্যাধ,
চংবা ঙমদে মশাদা,
অয়ুক, নুংথিল, সন্ধ্যা, অহিং,
মতম মরিমক অসিদা,
শিকম লৈতে মহাক্কিদি।
ইশিংনা, মৈনা, খুৎলাইনা,
অতোপ্পা পোৎশক অমনা,
হাৎপা ঙমদবনি মাবু,
শিকমদি থংদে মাগীদি।
হে হিংচাবা নিংথৌ রাবন!
শিকম লৈত্রবা ইবুঙৌনা,
য়েক্করুবনা মচাগা,
ওইখি মহাক্কী শিকম।
অথোইবা ভক্ত প্রহ্লাদ,
মচা মুপা অসিগদি,
ওইরুবদগী য়েক্লবা,
জগৎকী মপু বিষ্ণুনা,
লোরগা নৃসিংহ রূপতি,
অকিবা পোকহন্না জগৎ,
চোংথোকরকখি ঙংনা-খোংনা।
মতুংদা মৌশক অসিনা,
ফাখি হিরন্যকশিপু,
মখুৎ অনিনা মহাক্কী,
থাঙ্গৎলগা মকৈবাক্তা,
শেগাইখি মবুক খুজিন্না,
লৌখি মথবাইদি মহাক্কী।
অতুগুম্বা বিষ্ণু অতু,
লৈরিবা অসিনি থোংদা।
ইবুঙেঙা মাগী মরমদা,
তানিংলবদি নহাক্লা,
তাও হায়বিখিগে থরগা।
থোংদা লৈরিবা মহাকসি,

ইন্দ্ররাজ লিশিং লিশিংনা
লাইরু মশিং অযুত অযুতনা,
ঋষিশিং চাম চামনা,
চহি লিশিং লিশিং চনা,
হৌজিক লৈনরি মিংচুনা।
বাঙাং অদুদি তাবদা,
হায়রকই রাবন নিংথৌনা।
শউন থোরিদি পাইরিবা,
অকিবা মশক কংবরা,
মপু ওইবা অশিবগী,
যম কৌবদি মহাক অদু,
থেংনরক্লবা ঐহাক্তি,
পিরক্লনি মাইথিবা।
মমিং ভাংবা মযা চৌবা,
মৈরিগুম্না মরৈ তম্বা,
লিল অমদি বৃশ্চিকগুম্না,
থোইনদি মহু কল্লবা
নুমিৎকুম য়েংবা ঙমদবা,
মাইথিবা লৈত্রবা লান্দা,
পাপ পুন্নমক মাংহল্লিবা,
জীবগী কিনফম ওইবা,
অদুগুম্বা যম অদুবু,
ঐননি মমাই থিহনবা।
মরম অদুনা হে দানব।
কিবদি লৈত্তে কনাদি,

হিংচাবা নিংথৌ ঐহাক্না।
নিপা অসিবু ঐহাক্না,
খংবা ফাওবদু খংবিদে,
হায়বিখো মথা থরদি,
মরমদা নুপা অসিগী।
বিরোচন মচা বলিনা,
তাবদা রাবন মরাদি,
হায়বকই রাবন মক্ষমদা,
মবোল অদুমক অসিবু,
শেম্বীবা মহাক অদুদি,
বিষ্ণু হায়রিবা অসিনি।
অনন্ত, কপিল, নরসিংহ,
জিষ্ণু, যজ্ঞ, পাশহস্ত,।
মহাক্তি পুন্নমক অসি,
জগৎ জীব পুন্নমকী,
ওইরিবনি চংজক্ষমদি।
আদিতা তরা নিথোইগী,
তেজদি লৈবা শ্রীহরিনি,
পুরুষোত্তম অদু মানি।
অহেনবনি লাইদগীদি,
মপুনি পুন্নমকসিগী।
মঙাল মশেক্তি মহাক্কী,
মতৌনি অশংবা নোংঙী,
পেনবা লৈত্তে য়েংবগীসি।
হে হিংচাবা নিংথৌ রাবন।

অচাকপা মৈনা মহাণ্ডি,
লৈবনি ইকোই কোইশিন্না।
যোগী অমদি ভক্তগী,
মরূপনি চান-থোইরবা,
শেম্বিরগা জগৎ অসি,
ঙাকপিবনি মহাণ্ডনা।
কাল ওইনা অমুক মহাক্না,
মাংহল্লি জগৎ পুম্নমক
মহাক্না যজ্ঞ, যাজ্যনি,
চক্র পাইবা হরিহুনি।
অসিগুম্বা হরিসিনা,
মশক্তি লাই পুম্নমক্কী,
মশক্তি জগৎ জীবগী,
মশক্তি জ্ঞান পুম্নমক্কী।
মশক ওইনা পুম্নমক্কী,
লৈরিবা হরি মহাক্না,
হাত্তুনা অকনবা মম্নাম,
ওইরিবনি অথোইবদি।
পুম্নমক উবা হরিনা,
গুরুনি মরোল অহুমগী,
মাতনি মাংবা নাইদবা।

মুনি পুম্নমক অসিনা,
পাম্বদগী অরান-খুভম,
লৈনরি ধ্যান্তা তৌহুনা।
মাবু থংজবশিংতনা,
ঙম্বনি লাম্থোকপা যমদি।
নিংজবনা মহাক্কবু,
ফংবা ঙম্বনি পুম্নমক।
রাহৈশিং অসি তাবদা,
শাওনা থোকখি রাবন নিংথৌ।
মুষল পাইবা শ্রীহরিনা,
উবদা রাবনগী মতৌ,
ঙাইহাক্কুং রাখল তৌরগা,
ব্রহ্মাগী নিংবা থুংনবা,
হাংলরোই রাবন ঙসিদি,
মতুংদা মাংখি শ্রীহরি।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
উবা ফংখিদে শ্রীহরি।
উদ্রবদা হরি মশক,
থোইদোক্না হরাওখি রাবন,
মাগী লাম্মিশিং লোইননা,
হনখি সিংহনাদ লাওনা।

মতং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী অহানবা প্রক্ষিপ্ত সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ২৩ুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ

( রাবন্না সূর্য্যলোক জয় তৌবা । )

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা,
মতুং অসিদা রাবন্না,
রাখল ঙাইহাক্তুং তৌরগা,
পুক্লিং হুনা ফজরবা,
চাংথক্তদি সুমেরুগী,
পোথাখি অহিং অহুমা ।

নোংনা ঙাল্লবা মতমদা,
তোংখতুনা পুষ্পক দোলাই,
মাগী লাম্মিশিং লোইননা,
পাইখি সূর্য্য লোক্তি তয়া ।

অহাংবা অতিয়াদদি,
লৈরম্বা মফম পুম্নমক,
লাম্থোক্তুনা মথং মথং,
পাইখৎলকপনা রাবন্না,
মঙালগী মশক ওইরবা,

উবদি ফংখি সূর্য্যদেব ।

নিংথিবা কুণ্ডল নাম্মিন্না,
হায়—না ঙাল্লি পুম্নং লংনা,
থোইনা নিংথিরি মাইথোংদি ।

অঙাংবা ফিজোল লৈতেংবা,
সনাগী কেয়ূর, নিস্কশিং,
লৈতেং পুম্নমক অসিনা,
লৈতেংলি নিংথি-ফজনা ।

ঙক্তা লৈপরেং অঙাংবা,
মশা পুম্নমক অহুদা,
রক্ত চন্দন্না লৈতেংবা,
য়েংবদা মঙাল লিশিংনা,
ফজরি ইরংদি লংনা ।

অমতা ওইবা জগৎকী,
উপায় ওইরিবা সূর্য্যদেব.

পুন্নমক্কুগী অহানবা,
অহৌবা, মন্নাই, অন্নোইবা,
মতমদি অঙ্গম পুন্নিবা,
ইবুঙ্গো মহাক অসিনা,
তোংলি শগোল উচ্চৈঃ শ্রবা

সূর্য্য উবদা রাবন্না,
থোইদোক্কদি থৌশাদনা,
হায়খি প্রহস্ত মফমদা,
চঙ্লনা মন্ত্রি নহাক্না,
হায়ক সূর্য্যদেব মফমদা,
লাক্লি রাবন লানগীদমক,
থোরকউ লানবু পান্নগা,
পামদ্রগা হায়য়ু মাইথিরে,
পুরকউ পাওথুম খুদক্তা।

য়াথং ফংবদা প্রহস্ত,
চংখি সূর্য্যদেব মফমদা।

সনথোং য়োবা মতমদা,
থেংনখি থোংশংবা অনি,
দণ্ডী অমদি পিঙ্গল,
লেপ্লনা লৈরম্বা অহু।

য়েংহনা থোংশংবা অনি
পাও অহু রাবন নিংথৌগী,
হায়খি প্রহস্ত মন্ত্রিনা।

ঙাইনদি লৈখি প্রহস্ত,
পাও অমুক হন্না পুরকপা,
থোংশংবনা সূর্য্যগীদি।

সূর্য্যগী নাক্তা দণ্ডীনা,
খুন্নমজখি চংশিন্দুনা।

উবদা থোংশংবা অহু,
হংলকই সূর্য্যদেবনা,
করি লৈ নংগী হায়নিংবা?

করম্বা পাওদি পুরকপা?
হায়য়ু পাওহু চিংথদনা।

য়াথং ফংবদা সূর্য্যগী,
তমজরকই থোংশংবনা,
হায়রকপা বায়োল রাবন্না,
চিংথদনা অমতদি।

পাও অহু তাবদা সূর্য্য,
রাখল ঙাইহাক্তং তৌরগা,
হায়রকই দণ্ডী মফমদা,
নহাক্না চংলগা দণ্ডী,
হায়রকচো ঐহাক মাইথিরে,
তৌগ্নো মাগী অপাম্বদি।

খুদক্তা লাক্লগা দণ্ডী,
তমজখি পাওদি রাবন্দা,
হায়রকপহু সূর্য্যদেবনা।

তাবদা রাক্ষস অত্থুদি, লোইননা মাগী লাম্মিশিং,
হরাওখি রাবন থোইদোক্লা। লাওরগা সিংহনাদদি,
মতুং অসিদা রাবনা, চংখি মপুক্লিং হরাওনা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ২শুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## উত্তর কাণ্ড

### ৩৩ুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ

( রাবন্না সোমলোক চৎপা, লম্বীদা পর্ব্বত মুনি থেংনবা। )

মহর্ষিনা হায় শ্রীরামদা.
মতুং অসিদা রাবন্না,
বাথল কয়ামুক তোরগা,
পুক্লিং হুবা সুমেরুগী,
নিংথিবা মফম অমদা,
পোথারম্লগা অহিংহু,
চৎখি সোমলোকী মাইকৈদা।
মতম অসিদা লম্বীদা,
মনম থোইনা নুংশিরবা,
লাইগী ওইবা লৈ পরেং,
লৈতেংহুনা মঙকশমদা,
দোলাই তোংবা নুপা অমা,
থোইদোক হেন্দোক্ল ফজবী,
জগোই শাবী কয়ানদি,
থোগল তৌনদি পাইবহু,
উবদি ফংখি রাবন্না,

লম্বীদদি অতিয়াগী।
জগোই শাকীশিং অসিগা,
শানবদা চোকথরবা,
থোইদোক্লবা নুপাক্লিনা,
জগোই শাবীশিং অহুম্রী,
থোংনা নৌরবী মশাদা,
তাথ-থেংথ হিপচিন্দুনা,
চুপ্পুনা লৈরি পেন্নদি,
মতৌ অসিদি উবদা,
খোইরাংখি রাবন মপুক্লিং,
পোকখি থোইনদি মিহৌবা।
মতমদি অসিমক্তদা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
লাকপহু পর্বত ঋষিনা,
হায়জরকই উরহুনা,
রাইফরিকো হে দেবর্ষি।

লেংবিরক্লে মভাং চানা।
জগোইশাবীদি লোইননা,
দোলাই তোংনদি পাইরিবা,
ইকাইবা খংদবা অসি,
কনা ওইরবনো ঋষি?
কিবস্থ পোক্তে মশাদা।
ভাবদা রাবনগী মবা,
খুম্নকই পর্বত ঋষিনা,
শক্তিনা তপস্যাগী,
জয়দি তৌখি লোক পুম্নমক,
পেলহনখি ব্রহ্মা ফাওবদি,
মরম অসিনা মহাক্না,
ফংলিবনি মুংঙাইবদি,
খ্বাইদগী হেন্দোক থোইদোক্লা।
চৎনিং চৎনিংবা মফমদা,
কোইরিবনি মনিং তৌনা।
নহাকস্থ হিংচাবা নিংথৌ,
শক্তিহুনা তপস্যাগী,
জয়দি তৌরি লোক পুম্নমক।
মুপাসিস্থ পুন্থ তৌবা,
লোক পুম্নমকসি নংগুম্না,
জম্ন তৌরগা সোমদি থক্না,
কোইরিবনি মনিং তৌনা।
হে হিংচাবা নিংথৌ রাবন!
অকনবা অহু নহাক্তি,
চৎলু অচুম্বা লম্বীদা।
অকনবা ওইবা নহাক্না,
ধর্ম্ম লৈবদি মীশিংদা,
হৌনদে অশাওবা উৎপা।
অস্থম্না বারি তৌরিঙৈ,
খুদক অহুদা রাবন্না,
উবা ফংখি অমুক হন্না,
দোলাইদি ঙসাইগী অহু,
নুমিৎ মঙালগুম পুম্নং লং,
ইশৈ অমদি যন্ত্রগী,
লোইননা মিরবা খোঙ্গেল।
রাবন্না হায়খি হে ঋষি!
নুপা অসিদি তেজ লৈবা,
কিন্নরীশিং কয়াগীদি,
জগোই য়েংনা ইশৈ তানা,
থোইদোক্লা হরাও তয়াম্না,
কদাইদনো কোইরিবাস?
বাহৎ অহুদা রাবনগী,
খুম্নকই পর্বত ঋষিনা,
নুপা অসিদি অকনবা,
লানফমদদি মাইয়োক্লবা,
লৈখিদবনি মাইথিবা।
লান হৈবা নুপা অসিনা,
মাইয়োক্লখি লানকম খুদিং,
কৎখি মথবাইদি হরাওনা,

মবুঙেঙা মাসীদমক্লা,
লাম অহু শোরু শোরুন্না।
য়েরুবা কন্না লানফমদা,
মথবাইদি লৌখি মহাক্না,
মথুত্তদি য়েরুবগী,
মাংখি মথবাই মহাক্কীস্থ।
ওইখি অতিথি ইন্দ্রগী,
লৈখি থোইনদি নুংঙাইনা,
জগোই ইশৈগী মরক্তা।
তাবদা মহর্ষিগী বা,
হায়রকই রাবন নিংথৌনা,
নুমিৎ মতৌগুম লংনদি,
চৎলিবা নুপা অসিবু,
তাকপিয়ু কনা ওইবনো।
তাবদা রাবন মবাদি,
হায়রকই মহামুনিনা,
সনাম্না পুন্নহে হৈরবা,
নিংথিরা দোলাই অসিদা,
জগোই শাকীশিং কন্নাক্না,
থৌগল ত্তৌনদি চৎলিবা,
নিংথিবা নুপা অসিদি,
কৌবনি সুবর্ণ দাতা।
থানিল থাজনা ভমজবা,
মাইক্কোংবা মাসী ওইরিবা,

অঙকপা ফিজোল লৈতেংবা,
দোলাইনা নুপা অসিগী,
পাইরি মমাংদা নুংশিংকি।
তাবদা ঋষি মবাদি,
হায়রকই রাবন নিংথৌনা,
হে মহামুনি অথোইবা।
দোলাই তোংনদি পাইরিবা,
নিংথৌ ময়ামগী মরক্তা,
করম্না নিংথৌনা ঐগা,
য়ারকনি লানবা তৌসি,
হায়বিয়ু মহু ঐঙোন্দা।
য়েংলবস্থ ধর্ম থোংদা,
ইপানি মুনিদি ঐগী,
মরম অহুনা মুনিনা,
মাগদবা নিংথৌ অহু,
তাকপিয়ু ননাই ঐঙোন্দা।
রাবনগী বাঙাং তাবদা,
হায়রকই পর্বত মুনিনা।
লঙ্কাগী নিংথৌ ইবুঙেঙা।
দোলাই তোংনদি পাইরিবা,
নিংথৌ মরাম্রক অরিদি,
স্বর্গ পামজবা তাক্তনি,
নত্তে লানবু পামজবদি,
অহুবু নংগী নকমদা,

লান পামগদবা নিংথৌদি,
হায়বিরগে নহাক তারো।
নিংথৌ ওইবা দ্বীপ তরেৎকী
থোইদোক্লা শক্তি লৈরবা,
মান্ধাতা হায়না ফাওরবা,
লৈরি নিংথৌরেন অমদি।
হায়রিবা নিংথৌরেনসিদি,
য়ারক্কনি শোয়দনদি,
লান তৌসি হায়বা নংগদি।
তাবদা রাদি মুনিগী,
হায়রকই রাবন নিংথৌনা,
কদাইদা লৈ নিংথৌ অদু,
তাকপিয়ু অশেংবা মফম।
লৈফমদা নিংথৌ অদুগী,
ঐহাক চৎচগে মনাক্তা।
তাবদা রাবনগী মরা,
হায়রকই পর্বত মুনিনা,
যুবনাশ্ব মচানুপা,
নিংথৌ অথোইবা মান্ধাতা,
সমুদ্র ইরম তরেৎনা,
কোইশিন্না থম্বী পৃথিবী,
জয় তৌরবগী মতুংদা,
লাকনি মফম অসিদা।
ভাংনরিবৈ মতমসিদা,
মরোল অহুমদি ফাওরবা,
বরগী নাপসদা তাউরবা,
রাবন নিংথৌ হিংচাবনা,
মপু ওইবা অযোধ্যাগী,
মান্ধাতানা লাকপা অদু,
উবদি ফংখি তশেংনা।
দ্বীপ তরেৎকী মপু ওইবা,
মান্ধাতা কৌবা নিংথৌনা,
ইন্দ্র দোলাইগুম নিংথিবা,
মখল মথাগী মচুনা,
য়েক-খোত্ত্না লৈতেংলবা,
সনাগী দোলাই তোংনদি,
পাইরক্লি মাইকৈ অদোমদা
মতমসিদা মহাক লাকপা,
ফাওরকখি মনম নুংশিবা,
মফম পুন্নমক অদুদা।
য়ৌরক্লবদা মান্ধাতা,
হায়রকই রাবন নিংথৌনা,
লানবু থেংননি ঐহাক্কা।
তাবদা রাবন রাঙাংদি,
করেম্ননা মান্ধাতানা,
হায়রকই রাবন নিংথৌদা,
হে হিংচাবা নিংথৌ রাবন!
হিংনা লৈবগী নহাক্কা,
কানবা লৈত্রে থল্লবা,
থৌরাং তৌরো লানগীদমক

তাবদা মান্ধাতা রাজাং,
হায়রকই রাবন নিংথৌনা,
বরুণ, কুবের, যমনচিংবা,
লাই পুম্নমক অহু ফাওবা,
মাইথিগ্রবনি ইথুত্তা,
কৈদৌনি মীওইবা নংদি,
অমুকম্থ নংদি মীচমনি,
কিফম থোকপ্রা নংবু ঐনা ?

অস্নুম্না হায়রগা রাবন,
শাওবনা ঈ কাখি মমিৎ,
য়েংহুনা মাগী লান্মিদি,
পিখি য়াথং লান চংনবা।

য়াথং ফংবদা রাবনগী,
হিংচাবা লান্মি ময়াম্না,
অশাওবগা লোইননদি,
নোংগী মতৌগুম তেন্তনা,
হৈথখি মান্ধাতা থক্তা।

অথোইবা মন্ত্রি রাবনগী,
প্রহস্ত, শুক, মহোদর,
সারন, বিরূপাক্ষ, অকম্পন,
অকনবা পুম্নমকসিনা,
অমতা ওইনা চংহুনা,
অবাবা পিখি মান্ধাতা,
কাপশিন্দুনা তেন ময়ামদি।

রাবন মন্ত্রি প্রহস্তনা,
কাপখি তেন খুরক হাংদনা,
মথক্তা নিংথৌ মান্ধাতা !
কাপ্লকপা তেনয়াম অহুদি,
ককখি মতুপ অনি থোক্লা,
লমখাংদদি মান্ধাতানা।

চাকপগুম অকংবা নাপি,
কাপখিবা তেন মান্ধাতানা,
ভুষুণ্ডী, ভিন্দিপাল, ভল্ল,
তোমরনচিংবা খুৎলাইনা,
চাকথেকখি হিংচাবা লান্মি।

অগ্নিগী মচা কাত্তিক্লা,
ক্রৌ চীংজাওদি নিংথিবা,
মাংহনবগুম য়ানখাইহুনা,
শাওখিবনা মান্ধাতানা,
কাপখিহুনা তেন মঙাদ,
অবাবা পিখি রাবন্দা।

অমুকম্থ যম মশক ওইবা,
পইখত্তুনা মুদরদি,
লৈরম্নগা উরু উরু,
তমহুনা রাবনগী দোলাই,
লংশিনখি থোইনদি কম্না।

বজ্রগুম্নবা মুদগরনা,
পানবদা রাবন নিংথৌদি,

লোংনা তাখি পুথি থক্তা,
বাম্বখি জ্ঞানদি মাংহনা।
থুমহি চেনবা সমুদ্রনা,
থেংনরুবদা সুধাগা,
ইথক হৌরকপা অহুগুম,
উবদা রাবন তুখিবা,
হরাওখি থোইনা মান্ধাতা,
হেনগৎখি মশক ফজবা।
হিংচাবা লাম্মি পুম্নমক,
অরাবা ওইখি খুদক্তা,
খোইরেন মশা পাইবগুম্না,
চেন্নখি হাকার লাওনদি।
কোইশিন্না হিংচাবা ময়াম,
লাইকন্নখি রাবন নিংথৌ।
জ্ঞান তাররুবা মতমদা,
থোইনা শাওনা রাবন নিংথৌ,
লান তাখি মান্ধাতা থক্তা,
পিখি অরাবা থোইনদি।
ফংবদা খুৎলাই চৈনাখোল,
রাম্বখি মান্ধাতা নিংথৌ।
উবদা মান্ধাতা তুবা,
হরাওখি রাবন হিংচাবা,
চোংখি সিংহনাদ লাওনা,
লোইননা মাগী লাম্মিগা।

মিৎকুপ থরকী মতুংদা,
জ্ঞান লাক্লবদা মান্ধাতা,
উবা ফংখি স্বেংলকপদা
হিংচাবা মম্মি ময়াম্না,
রাবন নিংথৌগী মকমদা,
লৈরম্বদি পূজা তৌনা।
উবদা মতৌ অহুদি,
থোইনদি শাওখি মান্ধাতা।
মুমিৎ থাগী মতৌগুম্না,
লংনা ফজবা মান্ধাতা,
শাওবনা মমিৎ ঈ কাখি,
কাপশিন্দুনা তেন ময়ামদি,
নৈখাইখি হিংচাবা লাম্মি।
হৌরকপা সমুদ্র ইথক,
ফাবগুম লৈরাইনা চপ্পা
হিংচাবা লাম্মি অচৌবা,
থমখি তেন্তনা স্নোমহনা,
মকম মরাং থংহন্দনা।
অমুক করিদি হায়গনি,
মী অমত্তুং হিংচাবগী,
অমুক হৌগ্রে অকনবা লান
মান্ধাতা রাবন অনিনা,
চোংথহনা দোলাইগী,
থাং চুপ্লোই পাইনা মখুত্তা।

য়ান্নখি কদমদি তৌনা ।
অমুক দোলাইদা চোংখৎনা,
শোক্লখি লান লিরুং-তেনগী ।
তেন খুদিং রাবন্না কাপ্পা,
কক্পা থাদৈ মান্ধাতানা ।
তেন খুদিংমক মান্ধাতাগী,
কক্পা থাদখি রাবন্না ।
রাবন্না কাপ্পা রৌদ্র তেন,
মৈগী তেন্না মান্ধাতাগী,
মাংমিন্নখি ককথৎননা,
লম্ম-খাংদা তৈন অনিমক ।
রাবনগী গন্ধর্ব অস্ত্র,
মান্ধাতাগী বরুণ অস্ত্র,
মাংমিন্নখি লম্মখাংদা ।
মতুংদা রাবণ শাওহনা,
কাপখি ব্রহ্মাস্ত্র খুৎলাইদি.
উবদা ব্রহ্মাস্ত্র খুৎলাই,
কাপখি পাশুপত খুৎলাইদি,
মান্ধাতা কৌবা নিংথৌনা ।
হাঞ্জিরিবা পাশুপত অসি,
ফংখিবনি মান্ধাতানা,
মকমদগী শিবগীদি ।
চারুকপা মৈরি উবদা,
অশুকপা খুৎলাই অনিগী,
কিনখি জগৎ জীবশিং
থক থক নিকখি মরোল অহুম
পুলস্ত্য গালব অনিনা,
লাক্লুনা লানকম মন্নাইদা,
থামখি রাবন মান্ধাতাদি,
হায়রুনা নিংথিবা বাদি ।
মুনি অনিগী বাহৈদা,
রাবন মান্ধাতা অনিমক,
তোক্লখি লান শোক্লবদি,
চৎনখি হয়াও হয়াওনা ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ওন্তবা প্রক্ষিপ্তসর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৪শুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ

( রাবন্না সোম লোক চৎপ , ব্রহ্মাদগী বর ফংব । )

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা,
মুনি অনি চৎথ্রবদা,
রাবন্না পুষ্পক তোংদুনা,
যোজন লিশিং তরা বাংনা,
পাইরি নুংশিংকী লম্বীদা ।

হায়রিবা মফম অসিদা,
থোইনা নিংথিবা কাণ্ডাশিং,
চাক্লারি মতম চুপ্পদা ।
মথক্কী লম্বী অনিশুবা,
যোজন্না লিশিং তরানি,
খংনরি অসুম হায়নদি ।

হায়রিবা মফম অসিদা,
অগ্নিজ, পঙ্কজ, ব্রহ্মজ,
নোং মখল অহুম অসিনা,
লৈরি পুন্না মতম চুপ্পা ।

অনিশুবা নুংশিং লম্বী,
লাম্থোকপগা রাবন নিংথো,
চংখি অহুমশুবা লম্বী ।
লম্বী অসিসু হায়রিবা,
যোজন্দি লিশিং তরানি ।
মনস্বী, সিদ্ধ চারণশিং
লেংদনা লৈরি মসিদা ।

পাইরকপনা মতৌ অসুম,
মরিশুবা নুংশিং লম্বী,
য়োরকখি রাবন নিংথৌনা ।
ভূত অমদি বিনায়কশিং.
লেংদনা লৈ মফমসিদা ।

মতুংসিদা মঙা শুবা,
যোজন লিশিং তরা শাংবা,
য়োখি নুংশিংকী লম্বীদি,
অকনবা রাবন নিংথৌনা ।

থোইদোক হেন্দোক্লা শেংলবী,
গঙ্গা, কুমদ তুরেন্না,
চেন্দুনা লৈ মফমসিদা ।

ইচেঙ্গ তপলবা মফমদা,
শানবনা শামুশিংনা,
মতম চুপ্পা তত্তনদি,
নৈনদি চেল্লি ইশিংঙু।

নুমিৎকী মঙাল ফংত্রবা,
অরংবা লাইজ মথক্তা,
ছুমজিল্লকপদা নুংশিংনা,
তারি উন মপৈ মপৈদি।

লাম্থোকরক্তুনা মফমসি,
স্নৌখি রাবন তরুক শুবা,
লগ্বী অতুদা নুংশিংকী।

হায়রিবা মফম অসিস্তু,
ষোজন্দি লিশিং তরানি।

শাগৈ-নাতৈশিং গরুড়গী,
লেংদনা লৈ মফমসিদা।

থক্তা যোজন লিশিং তরা,
অমুক লৈরি তরেৎশুবা,
নিংথিবা লগ্বী নুংশিংকী।

তরেৎকী মথক্তা অমুক
লৈরি নিপাল শুবা লগ্বী,
মফম অসিদা গঙ্গানা,
চেল্লি অতৎপা লৈতনা।

থোইদোক্লা ইচেল কল্লবী,
অতিয়া গঙ্গা থংনবী,
নিংথিবী তুরেল অসিনা,
লোইননা অকনবা নুংশিং,
চেন্থরি তরু তহেন্না,
লগ্বী মমাংদা নুমিৎকী।

মতুং অসিদা রাবন্না,
যোজন লিশিং মরিফুদা,
গ্রহ-নক্ষত্র লোইননা,
থানা লৈরিবা মফমদা,
স্নৌখি লাম্মিশিং লোইননা।

ইংনফম পেন্নফম ওইবা,
জগৎ জীব পুন্নমকী,
থোইদোক্লা ইংজবা থানা
লৈরি চিক্লা অতিয়াদা।

উবদা থাদি রাবন্না,
পোকখি থোইনা নুংঙাইতবা,
ইংমনখিবনা মশাদা,
থাংবা ঙমখিদে রাবন্দি।

ইংমনখিবা মরমদগী,
লাম্মি পুন্নমক মাগীদি,
তাখি অবাবা ইপাক্তা।

মতম অসিদা প্রহস্ত,
'জয় ওইরে' হায়না লাওরগা,
হায়রকই রাবন মফমদা,
হে লঙ্কা নিংথৌ ইবুঙেঙা।

তৌরবদি অহুমবু,
জগৎ জীব কনানসু,
পিবদি ঙমোই মাইথিবা।
জপ তৌদ্রবদি মন্ত্রসি,
ঙমোই নংনা সিদ্ধ পানবা।
মরম অসিনা হে নিংথৌ!
চেকশিন্না তাও হায়গে মন্ত্র।
শোনবতদা মন্ত্র অসি,
ওইগনি জয়দি লানফমদা।
'থুরমজরি হে ইবুঙেঙা,
লাই-হিংচাবশীদি মপু,
ফিজেৎনরিবা কৈমউন,
দেব দেব মহাদেব।
মপুনি মতম অহুমশী,
অনিমক্কি নহা-অহল.
শক্তি মমিৎ মচুগুম্না,
অঙাং-নাপু য়ান্নবা,
মচুনা নংগী নমিংনি,
থুরমজরি হে ইবুঙেঙা।
মরোল অহুম মপু ওইবা,
নহাক্কি ঈশ্বর অদুসু,
ইরাৎ-থৌনিরি জগৎনা।
ইবুঙেঙা নহাক অসিনা,
হর, হরিত নেমৌনি,
যুগ অরোইবদা চাকপা মৈ,
বল, গনেশ, লোক শম্ভু,
মহাভুজ, লোকপাল,
মহাভাগ, মহাশূলী,
মহাদংষ্ট্র, মহেশ্বরনি,
থুরমজরি হন্না হন্না।
ইবুঙেঙা নহাক অসিনা,
কাল বলরূপী, নীলগ্রীব,
মহোদর, দেবান্তগ,
তপস্যা মপু ওইরিবা,
পশুপতিনি মাংদ্রবা,
থুরমজরি হন্না হন্না।
শূলপানি, বৃষকেতু,
নেতা, গোপ্তা, হর, হরি,
জটী, মণ্ডী, শিখণ্ডী,
মহাযশা, মুকুটী,
পুন্নমক্কী মপু ওইবা,
থুরমজরি ইবুঙেঙাদা।
গনাধ্যক্ষ, সর্বভাবন,
সবর্গ, ভুতেশ্বর, সর্বাত্মা,
সর্বহারী, স্রষ্টা, অব্যয়,
জগৎ পুম্নমক্কী গুরু,
ইবুঙেঙা নংগী নফমদা,
থুরমজরি হন্না হন্না।

নহাক অসিনা ইবুঙ্গো,
লাইনি কমণ্ডলু পাইবা,
পিনাকী, ধূর্জটী, ওঁকার,
বরিষ্ঠ, জ্যেষ্ঠ সামগ,
মৃত্যু, মৃত্যুভূত, সুব্রত,
পারিযাত্রাদি ওইবনি,
খুরমজরি হন্না হন্না ।

ব্রহ্মচারী, গুহাবাসী,
বীনা, পনব-তুণ পাইবা,
অয়ুক্কী নুমিংকুম লংবা,
অমর ওইবদি ইবুঙ্গো,
খুরমজরি হন্না হন্না ।

মোংফমদদি য়াইহিপ্পবা,
ভগবান, অনিন্দিত,
পুষা, দশননাশন,
উমাগী মবুঙ্গো ওইবা,
হে ভগবান নিপাতী,
খুরমজরি হন্না হন্না ।

জ্বরহর্তা, পাশহস্ত, কাল,
উল্কামুখ, অগ্নিকেতু,
বিশাম্পতি, মুনি নংবু,
খুরমজরি হন্না হন্না ।

লোক মন্নিগী মপু ওইবা,
বেপনকর, উন্মাদী, বামন,
বামদেব, অমদি প্রাক
প্রদক্ষিন বামন ওইবা,
খুরমজরি ইবুঙ্গোদা ।

ভিক্ষু, বিক্ষুরূপী, কুটিল,
ত্রিজটী, কম্বুভূষণ,
শক্রহস্ত, প্রতিষ্ঠা,
খুরমজরি ইবুঙ্গোদা ।

ঋতু, ঋতুকর, কাল, মধু,
মধুলোচন, বানস্পত্য,
বাজসন্, নিত্যাশ্রম্ ওইবা,
খুরমজরি হন্না হন্না ।

ইবুঙ্গো নহাক অসিনা,
জগৎকী ধাতা কর্ত্তানি,
শাশ্বত পুরুষ, ধ্রুবনি,
ধর্ম্মাধ্যক্ষ, বিরূপাক্ষ,
ত্রিধমা, ভূত ভাবনানি,
খুরমজরি হন্না হন্না ।

নমিত্তি অন্নম পানবনি,
নুমিৎ অযুতকী মঙালনি,
বহুরূপ, অতিদেব নংনি,
চন্দ্রাঙ্কিত জটা ওইবা,
খুরমজরি হন্না হন্না ।

নর্তক, লাসক, ব্রহ্মণ্য,
শরণ্য, পূর্ণচন্দ্রানন,

জীবশিংগী মশক ওইবা,
থুরমজরি হন্না হন্না।
সর্ব তূর্য্য নিনাদী,
সর্ব বন্ধ বিমোক্ষক,
শুমহৎপা, কিবা মাংহনবা,
থুরমজরি হন্না হন্না।
পুষ্পদন্ত, বিভাগ, মুখ্য,
সর্বহর, হরিশ্মশ্রু,
ধনুধারা, ভীম, ভীম পরাক্রম,
থুরমজরি হন্না হন্না।
পুন্যগী মশক ওইবা,

শিবগী মিং চাম নিপাল,
তাক্লবসিনি ঐহাক্না,
পাবা নত্রগা তারবা,
কোকপনি পাপ পুম্নমক্তি।

চংজফম লৈতবশিংগী,
ওইবনি চংজফম অদু।

তৌজরব্দ জপ অসি,
হে হিংচাবা নিংথৌ রাবন!

য়েক্লবা পুম্নমক নংগী,
ঙমগনি লাইনা মাংহনবা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৪শুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গ: লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড

### ৫ শুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ

( রাবন্না কপিল ভগবান উনবা পাতালদা চংপা। )

মহর্ষিনা হায়ু শ্রীরামদা,
শ্রীবিষ্ণু খোইদৌ থম্বালনা,
পোক্লফম মাগী ওইরবা,
পিতামহদি ব্রহ্মানা
বর পিরম্নগা রাবন্দা,
হনখি অমুক ব্রহ্মলোক্তা।
ফংলবদা বরদি রাবন,
লাই-গন্ধর্ব্ব, মীওইবশিং,
য়েরুবদি পুম্নমকপু,
মাংহন্দুনা মরু ফংনা,
কোইখি পৃথিবী শৗন-থুংনা।
মতুংদা মতম খরগী,
থুংলখি রাবন নিংথৌদি,
মপান্দা নোংচুপ সাগরগী,
লোইননা মাগী লাম্মিদি।
য়ৌরকপদা মকম অসি,

মৈগুম্না লৈরবা তেজদি,
থেংনখি নুপা অমদি,
অকনবা রাবন নিংথৌনা।
কুচুনা সনা অহিংবা,
ওইরিবা নুপা অসিনা
লৈরি ফম্না মতোম্মতা।
লাইগী মরক্তা দেবেশ,
গ্রহগী মরক্তা মুমিৎ,
শাশিংগী মরক্তা নোংশা,
শামু মরক্তা ঐরাবত,
চীংগী মনুংদা সুমেরু,
লৈগী মনুংদা পারিজাত,
মতৌনি নুপা অসিদি।
অকিবা মশক ফংলবা,
কাল কৌবা মাঙোন্দগীসু
হেনবনি নুপা অসিনা।

দ্বীপকী ময়াইদা লৈরিবা,
উবদা নুপা অসিদি,
হায়রকই রাবন নিংথৌনা,
লান তৌসি পাম্নবদি।

মতমসিদা নুপাহুনা,
গ্রহ পরেংগী মতৌগুম,
মমিৎ অহু ইরং লংনা,
হৌগৎলকখি কোইয়েং য়েংনা,
অকিবা ফংবা খোঞ্জেলদা
ক্রক ক্রক চিক্লকখি ময়াদি।

মতম অসিদা রাবন্না,
মাগী মন্ত্রিশিং লোইননা,
চংশিনখি অমতা ওইনা,
লাওহুনা লানগী লান লাওদি!

কাজ্জল চীংহুমগুম মুরবা,
লঙ্কাগী নিংথৌ রাবন্না,
ঙংহুনা অকিবা ফংনা,
সনাগী চীংগুম লংলবা,
মশাদা নুপা অসিগী,
থাজিনখি খুলাই মন্নামদি।

মাইথোংদি নুপা অসিগী,
মওংনি নোংশা মাগীদি,
চাউনা ফজবা ম্লাতানি,
ফজনা চাউবা মঙক্লি।

চাউ- শাংনা ফজবা পাম্বোম,
ফম্নদি চাউরবা থবাক,
পুক্লা হঙ্গোইগীদি পুক্তা,
থম্বালগুম্না খোংয়া খোৎপা,
খুবাং অমদি লৈয়েংনা,
অঙাংবা থম্বাল মতৌগুম,
অঙকপা মশক অমনি।

য়াংবদা পুক্লিংগুম্বনি,
সনা অহিংবা মচুগী,
নিংথিবা থম্বাল পরেংদি,
শিরি ঙকশমদা চোম্নদি,
মশা পুম্বা পুম্নং লংলি,
কৈলাস চীংগুম বাং-চাউবনি,
খোনদি অকিবা মশক্লি।

ঋগ্বেদ অধিষ্টাত্রীগুম,
চাউবনি মঙাল মশানা।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
শূল, শক্তি, ঋষ্টি, পটিশ,
খুৎলাইদি মন্নাম অহুনা,
কাপশিনখি নুপা অসিদা।

শামুনা ফুবা খুৎফুদা,
থৌশাদবগুম নোংশানা,
বাইরকপদা যন লাবনা,
নাচুংদবগুম কৈজাওনা,

তারকপদা ভুরেন ময়াম,
লেংদবগুম সমুদ্রনা,
নুপা অসিগী মকমদা,
পানবদা তেনয়াম অতুনা,
ওমখিদে মশা শোকহনবা ।

মথুং য়াংবদি রাবনগী,
জগৎনা কিবা মশক্তি,
অতুবু নুপা অসিনা,
রাবন মাগী মথুত্তগী,
হেনবনি শরুক লিশিংদি ।

হায়রকই নুপা অসিনা,
ক্ষত্রবা হিংচাবা নিংথৌ,
নংনা পামজবা লান অদো,
মাংহনবিগে মক কংনা ।

জগৎকী য়াইফনবগী,
ধর্ম্ম তপস্যা অনিবু,
তৌনখিবা মীয়ামদি,
লৈবনি লেংবা লৈতনা,
নুপাসিগী খু অনিদা ।

মন্মথ—শিশু, বিশ্বদেব,
লৈরি মহাক্কী মথ্বাংদা,
সুংশিংনা নাকল অনিদা,
বসু নিপালনা ময়াইদা,
পুক্তা সমুদ্র ময়াম্মা,

নাকলদা মাইকৈ পুন্নমক,
তাং খুদিংমক্তা সুংশিংনা,
মনাক্লদা ইপা-ইপু,
থম্মোইদা পিতামহনা,
লৈরিবনি চংজতুনা ।

তশেংবা গোদান ভূমিদান,
সনাগী দানশিং তৌখিবা,
পুন্যগী থবক ময়াম্মা,
লৈরি মাগী তুরৈশিংদা ।

হিমবান হেমকূট, মন্দর,
মেরুনচিংবা চাংশিংনা,
আশ্রয় তৌনা নুপাসিদা,
লৈরি শরু মশক লৌনা ।

বস্তুনা মাগী মথুংনি,
স্বর্গনা মাগী হকচাংনি,
ইশিংগী মশক ওইরিবা,
নোংগী মপৈশিং পুন্নমক,
অহিং-সুংথিল মতম পুম্বা,
তাংহনা লৈরি মওক্তা ।

ধাতা বিধাতা, বিদ্যাধর
লৈরি পুন্নমক অসিনা,
আশ্রয় লৌনা পাম্বোমনিদা ।

শেষ, বাসুকী, বিশালক্ষ,
ইরাবত, কম্বল, অশ্বতর,

কর্কোটক, ধনঞ্জয়, সর্প,
তক্ষক, উপতক্ষক লিনশিং,
মহুকনবা পুন্নমক্না,
লৈরি আশ্রয়দি তৌদ্রুনা,
খুৎশাশিংদা মহাক্কীদি ।

মৈনা মাইথোংনি মহাক্কী,
রুদ্রনি লেংজুম অনিনা,
মুমিৎ-থা ঋতু ময়াম্না,
ওইবনি ম্নাগী পরেংদি ।

কুহু, অমাবস্যা অনি,
নাতোল মথুন্নি মহাক্কী,
খৌরিনি সরস্বতীনা,
আশ্বিনীকুমার অনিনা,
মথুল অনিনি নাকোংগী,
সূর্য্য অমস্থং চন্দ্রনা,
মমিৎ অনিনি মহাক্কী ।

বেদ বেদাঙ্গ পুন্নমক,
যজ্ঞ মথলদি পুন্নমক,
ওইরি মাগী খৌবানমিচাক

নিংথিবা বাহৈ পুন্নমক,
তেজ তপস্যাদি পুন্নমক,
লৈরিবনি আশ্রয় তৌনা,
হায়রিবা মুপা অস্নিদা ।

মথুত্তদি বক্রুণ্ডবা,

পাইরদুনা খুৎলাইশিংদি.
তাইবং লীলাগী শেন্নকপা,
হিংচাবা মপৈ মপৈদি,
মাংহল্লি ভুম্না হাণ্ডুনা ।

থম্বালগী পরেং শিরিবা,
ঋগ্বেদগী মশক ওইবা,
নুপাসিনা চীংহুমগুম্বা,
তুমগ্রবদা হিংচাবশিং,
লেংশিনখি পাতাল লম্বীদা

মতুং অসিদা রাবন্না,
জ্ঞান তারকপা মতমদা,
কৌরগা মাগী মন্ত্রিশিং,
হায়রকই তপ্ন তপ্নদি,
কদাইদা চংশ্রে নিপাহু,
খংহৌরবদি নখোইনা,
হায়য়ু তশেংবা মফমহু ।

মতম অসিদা প্রহস্ত,
শুক সারন হিংচাবশিংনা,
হায়জরকই রাবন য়েংনা,
লাই অমদি হিংচাবগী,
মাংহনবা শুম্বা সাপজদি,
মীশক অদো মখঅসিদা,
চংশ্রবনি খুদকসিদা ।

লিনবু কায়গা গরুড়না,

পাইখিবগুম খুদক্তদি,
ফম্রবা রাবন নিংথৌনা,
খুদক্তা ইনথি মতুংদি,
অঙকপা মীশক অহুগী।
মৌখিবদা মকম অহু,
উবদি ফংখি রাবন্না,
লানগী ফিজেৎ লৈতেংলবা,
অকনবা ময়াম অমদি।
অশংবা থরো ঙমজবা,
কুচুনা মথোইগী ওইবা,
অকনবা ময়াম অসিনা,
চন্দন চাইবা লৈগী পরেং,
অমমম শিনা মঙক্তা,
লৈরি তগুপ তরেংনদি।
উথি অমুকসু রাবন্না,
মৈগুন্না মঙাল চাউরবা,
অকিবা হায়রবা লৈত্রবা,
অকনবা কোটী অহন্না,
মবুক পেন্নদি চারগা,
লৈবহ্ জগোই শানদি।
মরোল অহম কিবিত্রবা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
মেংখি সুংঙাইনা থোংদগী,
শারিবা জগোই অহুবু।

পাম্বোম মরি মরি পান্নবা,
তেজ পুম্নমক্তা তিল্লবা
চপ মাননদি ফজবা,
উবদা ময়াম অহুবু,
ঙমখিদে মিৎকম হোংনদি।
অহুবু রাবন মহাক্তা,
ফংজরবসু লাইগী বর,
মতু চুংখি মশা পুম্বা,
থোকখি খুদক্তা মপান্দা।
মপান থোরকপা মতমদা,
য়ুম অমদা পাতালচুগী,
নুপা অমদি থোইদোকপা,
উথি লৈবহ্ হিগুনা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না।
ফমুংনচিংবা লৈরিবা,
পোৎশক পুম্নমক য়ুমসিগী,
নাপুগী মচু মক্তনি,
থোইনদি মমল য়ায়বা।
থোইদোকপা নুপা অসিনা,
ফমুংদি তক-তহেনবা,
থোইদোক হেন্দোক্তা ফজবা,
তুম্নি মথক্তা সুংঙাইনা।
মরোল অহুমগী মসুংদা,
খাইদগী হেন্না ফজবী,

নিংথিবা লৈগী পরেংনা
মঙক্তা লৈতেং ওইরিবী,
থোইদোকপি নুপি অমনা,
নিংথিবী মথুৎ অনিনা,
পাইহনা চান-থরুবা,
লৈরি নাক্তা নুপাসিগী,
থৌগলগী মওং ওইনদি।

জগৎ শুমহৎনা ফজবী,
থোইদোকপি নুপি অসিনা,
ভাম্বোইরি মফম অসিদা,
লক্মীগুম থোইনা ফজনা।

উবদা ফজবী অসি,
খোইরুম মোমোন তৌনা লৈবা,
খনখি মপুক্লিংদা রাবন,
কারণে হায়না নমহনা।

কাল কৌবা লাইনা থারকপা,
কনাগুম্বা মী অমনা,
ফানিংবগুম অতুম্বা লিন,
কনা য়াওদ্রবা রাবন্না,
থুমহত্তুনা অপাম্বনা,
নুপি অসিদি ফানবা,
তিংথোক্লকখি মথুৎ অহু।

রাবন মপুক্লিং অহুদি,
চেপ্পা লৈবা নুপাসিনা,
থংলহনা ইরাই লাইনা,
নোক্লকখি অকিবা ফংনা।

জীব অরাবা পিওম্বা,
রাবন কৌবা হিংচাবদো,
মরুদা ককপা পাম্বীগুম,
তুখি মালেম লৈমাইথক্তা
তাবদা নোকপা খোঞ্জেলদি।

রাবন তুখিবা উবদা,
হায়রকই নুপা অহনা,
হৌগৎলু হিংচাবা নিংথৌ,
নহাক শিররোই ভসিদি।

বরনা নোংদম্বা ব্রহ্মাগী,
কল্পবনি নহাক ভসি।

চৎপ্রো চিংনবা লৈতনা,
কিরম্নু শিনি হায়বগী।

রাহৈশিং অহু তাবদা,
নিকখি রাবন মশাপুম্বা,
কিখিবনা মথুৎ লোম্না,
হায়জরকই নুপাহুদা,
'কনানো ইবুঙো নংবু?
প্রলয় মতমগী মতৌগুম,
মঙাল মশাদি চাউরবা।

মফম কৈদগী লাকপনো,
তাকপিয়ু মহু ঐঙোন্দা।

তাবদা রাবনগী রাহং.
হায়রকই নুপা অহনা,
নোক্লহনা নোংখোংবগুম।
হে হিংচাবা নিংথৌ রাবন !
খংলগা ঐহাক অসিবু,
করি লৈ নংগী কানবা ?
রাহৈশিং অসি তাবদা,
মথুং লোন্নবা রাবন্না.
হায়জরকই থোইনা কিনা।
হরনদি পিতামহগী
লম্বী লৈতে শিনবগী
থুগাইবা ওয়োই কনানা,
ঐহাকপু ওম্বা মীশক্তি,
পোক্রোই লাইরৈবাক ফাওবদা
মরম অসিনা ইবুঙো,
শিগনি হাযবগী ঐনা,
লৈতে চিংনফম মরমদি।
বর অসি মাংহনবা ওম্বা,
পোক্তি মরোল অহুমসিদা,
থংবিয়ু অমরনি ঐসি,
কিফম লৈতে শিবগীদি।
শিফম লৈত্রবসু ঐগী,
নত্রগা করিগুম্বদা,
শিবা তারবসু ঐনা,

শিজগে নংগী নখুত্তা,
থোকহনবিয়ু মহুতদি।
শিরবদি নংগী খুত্তা,
মিংচং ফংবদা নত্তনা,
থাগৎনগনি জগতনা।
মতম অসিদা রাবনা,
হকচাং মনুংদা লাইসিগী,
মরোল অহুম্মক অসিগী.
অচৎ-চত্ত জীবশিংদি,
ফংজখি উবা তশেংনা।
আদিত্য, মরুৎ, বসুগণ.
অশ্বিনী যুগল, রুদ্রগণ,
পিতৃগণ. যম, বৈশ্রবন
সাধ্য, সাগর, গিরি. নদী,
বেদ, বিদ্যা. মৈ অহুম,
গ্রহ, তারা, সিদ্ধ, চারন,
গন্ধর্ব্ব, বেদজ্ঞ ঋষি,
ভুজগগণ, আকাস, গরুড়,
দৈত্য, যক্ষ, হিংচাবশিং,
অসিদা নত্তনা লাইশিং,
ময়াম পুম্নমক অসিবু,
হকচাং নুংদা নুপাসিগী,
উবদি ফংখি রাবন্না।
মতাং অসি য়োরকপদা,

রারি 'তারিবা শ্রীরামনা,
হংখি অগস্ত্য মফমদা,—
লৈরম্লিবা দ্বীপ অসিদা,
কনানো নুপা অসিবু?
অতৈ অতোপ্পা অমনা,
নুপা কোটী অহুমগী রা,
হায়বিখিবা মখোইহুনা,
কনা কনা ওইরবনো?
লাই–হিংচাবা আনগীদি,
নাপল যৈথেকপা ওম্বদি,
নুপা অহুনা কনানো?
তাবদা শ্রীরামগী রাহুং,
মহামুনি অগস্ত্যনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা
মপাল নাইদবা ইবুঙো!
হায়জগে মহু তাবিয়ু।
লৈরিবা মীদি দ্বীপসিদা,
কৌবনি কপিল ভগবান।
ইবুঙো মহাক অসিনা,
শঙ্খ–চক্র–গদা পাইবা,
বিষ্ণু মশামক অহুনি,
জগৎ পুম্নমক শেম্মীবা,
অহৌবা-ময়াই-অরোইবা,
লৈতবনি মহাক অসি,
মপাল নাইদবা নরায়ণ,
অমতনি মহাকসিগা।
জাব শেপ্পস্থ মহাক্কি,
মহাক্কনি মাংহনবস্থ।
জগোই শাহুনা লৈরিবা,
লাইয়াম পুম্নমক অহুম্ব,
ভগবান কপিল মুনিগুম,
শক্তিদি লৈবা ঙাক্কনি।
রঘুকুলমনি হে রাম!
শাওরবস্থ নুপাহুনা,
পাপ্পীদি ওইবা রাবন্দা,
য়েংদে অশাওবা মিৎয়েংদি,
মরম অসিনা রাবন্না,
তুমখিদবনি খুদক্তা।
লমচৎ ফজবা মীশক্তা,
মীগী অরোনবা ঙাকপগুম,
যেংদবনি রাবনগী দোষ,
চুম্নগী রাহৈগী তেন্না,
থাবনি রাবন মফমদা।
মতু ফাওবদা রাবন্না,
রাস্থবনি জ্ঞান মাংনদি,
তুখিবনি পৃথি থক্তা।
মতম কুইনগী মতুংদা,

লাক্লবদা মাগী জ্ঞায়া, মফম অত্থদি তমত্থনা,
মাগী পাত্র·মন্ত্রি লৈবা, চংখি হিংচাবা রাবন্না।

মত্যং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী লেবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ২৪শুবা সর্গঃ

*( রাবন্না ফাবরকপা দেবকন্যাশিং অমসুং অতৈ অতৈ হুপিশিংনা রাবনদা শাপ তৌদা। শূর্পণখাবু খরগা দণ্ডকা বন্দা থাম্বিবা। )*

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা,
ফজরবা রাবন নিংথৌনা,
হল্লকপা মতম অসিদা,
হৌখি ইথক হরাওবগী।
লম্বীদা থেংন থেংনবা,
নিংথৌশিং, ঋষিশিং, লাইশিং,
থোইদোক-হেন্দোক্লা দানবশিং,
পুন্নমক্কী মচা নুপি,
থোইদোক হেন্দোক্লা ফজবী,
পুরকখি লোইনা ফানদি।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
য়েংবদা মিহৌবা পোকপি,
থোইনা শুমহৎনা ফজবী,
কন্যা পুন্নমক অদুবু,
মখোইগী শাগৈ-নাতৈশিং,
মক্লপ-মপাং মবুং-মৌপা,
পুন্নমক অদু হাৎলগা,
ফানা পুরকখি লঙ্কাদা।
নুপা নৈবা নৈতবীশিং,
নাগ, রাক্ষস, অসুর, যক্ষ,
মনুষ্য, দানব কন্যাশিং,
হুরাম্বুনা মখোই ময়াম,
পুবিরকখি রাবন্নদি।
কন্যা পুন্নমক অসিবু,
পুন্না পুরকপা অসিদা,
মিকপ-মিরাওখোল খোঙেলনা,
শন্দোকখি মাইকৈ তরাদা।
কপচখি থম্মোই শোক্লদুনা,
নিংথিবী কন্যা ময়াম্না।
তুরেন ময়াম্না তারগা,

সমুদ্র মপুং ফাবগুম,
ফজবা মপা লৈতবী,
তনৌবী কন্যা ময়ামগী,
শিন্তরকপা পি ময়াম্না,
থনবগুম উই পুষ্পক দোলাই।
নাগ, গন্ধব্ব, মহর্ষি,
দৈত্য অমদি দানবশিং,
কন্যাশিং চাম চামনা,
কপলি পুষ্পক দোলাই নুংদা।
নিংথিনা মুনা শাংলবা,
শমলাংনা মখোইগী ওইবী,
থাজগুম মাইথোং ইংলবী,
শাওং-শাদা পুক্লিং হুবা,
চুং-ফিরান চানা ফজবী,
কল্লক-মিহোনফম ওইবী,
কন্যাশিংনি অসিগুম্বা।
থবাক অনি ফুম্না চাউবী,
ময়াইগী থরক অহুনা,
বেদিগুম বজ্রমনিগী,
থোইদোক্না নিংথিজবীনি,
তাথরকপা নিংহু অনি,
দোলাইগী কুবর মতৌগুম,
থোইদোক্না পুক্লিং হুবনি।
কুচুনা তঙাং তঙাংবী,
সনা অহিংবা মতৌনি,
ফজনা মঙাল য়াওবীনি।
অবা-নুংনাংবা রাখল্লা,
থোইদোক্না কিজখিবনা,
বাস্থরি জ্ঞান্দি মাংহুনা।
মখোইগী অশাবা স্বরনা,
চাক্লি মাইকৈদি মরিদা।
ফজরবা পুষ্পক দোলাই,
ওইখ্রে মৈচাকপা য়ুমগুম্না,
ঙমদ্রে লৈবদি মৈশানা।
হুরাল্লকপা নুপিশিংসি,
থেম্নকপদা য়ানবা,
ওইখ্রে রাবনগী তারাবা।
নোংশানা চানবা শক্তিগুম,
নুপিশিং পুম্নমক অসি,
কিখিবদগী মিপাইনা,
মাংখি কুচুদি ফজবা।
মখোই ময়ামগী মরক্তা,
খনজখি কনাগুম্বিনা,
হিংচাবসিনা ঐখোইবু,
ওইরিদ্রা চাগে পুরকপা?
নুপিশিং খরা অমনা,
অরাবা রাখন্দা লুপ্না,
থম্নখি মখোই মশেলদি,
হিংচাবসিনা ঐখোইবু,
খনব্রা হাংলগা হুন্দোক্কে?

মমা মপা. মপুরোইবা,
মচিন-মনাওশিং পুম্নমক,
নিংশিংলকপদা রাবনা,
হৌভুনা মখোই পুম্নমক,
কপ্পখি তেংথা-নাওইনা।
অরাবনি! অরাবনি!
ঐ উদ্রবদা ইচানা,
খল্লমগনি করি হায়না?
করি খল্লিনি ইমানা?
ইচিল-ইনাওনা কমদৌবা?
রাখল পুম্নমক অসিনা,
তৌফম খংখিদে নুপিশিং,
লুপখি অরাবা ইপাক্লা।
হায় হায়! অরাবা মশক্তি,
পাদোক্লগা ইপুরোইবা,
করি তৌনি ঐনা হৌজিক?
হে অশিবা লাই ইবুঙো!
থৌজানবিহুনা নহাক্লা,
লাইবক থিরবী ঐখোইবু,
লৌশিনবিরো নংগী খুত্তা।
নহাল অমুক্কী মপোক্তা,
করম্বা পাপ তৌরকপনা,
হন্দক্কী নপোক অসিদা,
লাক্করিবা অশুক থিনা?
অরাবসি লোইগদবা,
হায়বা ঙমগনি কনানা।
অরাবনি তাইবং মপোক!
মসিদগী হেন্না তোনবা,
করম্বা অমা লৈরিবা?
ফত্রবা রাবন নিংথৌনা,
ইপরোইবশিং ঐখোইগী,
নুমিৎ কৌবা লাই অদুনা,
মাংহনখিবগুম মণ্ডালদি,
থৌরাম্মিচাকশিং ময়ামগী,
হাংতোকপিখ্রে লোইনমক্তি
অদুবু হিংচাবা অসি,
কনাগুম্বা অমতনা,
তৌখিদে মাবু হাৎনবা।
পাপী মহাক মশানদি,
নুংনাংবা পোক্লে মপুক্তা,
লৈরি ফত্তবত্য তৌনা,
শিজন্ননা মাগী শক্তি।
মাগী নুপি হুবা থবক,
মাগুম্বা নিংথৌ অমনা,
থোইদোক্লা হৌনখিদ্রবা,
তৌহৈখিদ্রবা লমচৎনি।
অতোপ্পগী নুপিশিংদি,
খোয়দারিবা মহাক অসি,
মরমদদি নুপিগীদি
মাংসনু মাগী মথরায়দি।

অথোইবী সতী ওইরবী,
মুপি ময়ামগী রাহৈদি,
তাবদা লাইরাম খিবিরা,
ডুন্দুভি য়ৈখি স্বর্গদা,
চাইথরকখি লৈ হরাওনা।

থম্মোই শোকপি মুপিশিংগী
অভিশাপ ফংবদা রাবন,
মাংখি মশাগী তেজশিংদি।

মুপিশিং ময়াম অডুগী,
তেংথা-না-ওইবা মরক্তা,
মহাক লাকপগী ওক্লম্বা,
হিংচাবশিংগী পূজাদি,
লৌরগা হরাও হরাওনা,
চংশিনখি লঙ্কা কোন্নুংদা।

লঙ্কা চংলবা মতুংদা,
ওইানংবতা ওইবা ভগ্নী,
অকিবা শক্তম পুরিবী,
ফাওরকখি হিংচাবী অমা,
রাবন সিংহাসন মমাংদা।

রাবন মাগী মচল মুপি,
শূর্পণখাদি অকাওবী,
মনিং মথা তমজরিবী,
উবদা রাবন নিংথৌনা,
কোনখৎপিরগা মচলদি,

হায়রকই থোৎনা-নৌনদি,
ইবুংগী নুংশি থোইরবী,
উরি নপুক্কিং খোইরাংনা.
করি লৈ নংগী অপাম্বা।

মবুংগী রাহে তাবদা
লমকেৎ-লমহাইবী হিংচাবী.
শূর্পণখাদি অফাওবী,
হায়জরকই কপ্পা কপ্পা,
মফমদা মবুং রাবনগী।

অকনবা য়াম্বুং ইবুঙেঙা,
য়াম্বুংনা নচল ঐবুদি,
থোইদোক্লা নুংশিবিবনা,
ওইহনবিরে লুপ্রাবীদি।

অকনবা য়াম্বুং নিংথৌনা,
কালকেয়গীদি লানফমদা,
দৈত্য লিশিং তরামরি,
হাৎখিবগী মনুংদদি,
য়াওখ্রে ঐগী ইপুরোইবদি।

ইবুঙেঙা নহাক অসিদি,
মমিংতা ওইবা ইবুংনি.
য়েক্কবনি তশেংবদি,
অরানবা নত্তে রাক্ষসি।

হেক পোকমিন্নবা মবুংনা,
মচলগী মশেল হাত্তুনা,

লুপ্তাবীশিংদা চলহনবা,
কক্লবনি নংগী মিংচৎ।
ইবুং অহুম্নি নহাক্লা,
ইপামক্লি ঐহাক্কীদি।
ইপুরোইবদি ঐহাক্কি,
নংশেল সুপানি নহাক্কী,
অহুগুম্বা নশেল অহুবু,
হাংদ্রে লানফমদা নহাক্লা,
অহুবু নংদি ইকাইদে।
কপ-লাওনা শূর্পণখানা,
রাকংলকপা মতমসিদা,
হায়রকই রাবন নিংথৌনা,
অমুক কপ্লনু ইবেম্মা,
কিবম্থ তৌগন্থ ঐবু।
ঐহাক্লা নংগী নফমদা,
পিগনি নংগী অপাম্বা।
হৌখিবা লানফম অহুদা,
অম্ম পামখিবদগী ঐনা,
কাপখি তেনশিং শক্তি লৈবা
নংদে থনবা ঐগী মীগী,
অকনবা লানগী মৈথুনা।
থংখিদে ইশেলনি হায়বা,
কনখিবনা লানগী ময়াই।
মরম অসিনা ইবেম্মা,

লান্দা নংগী নপুরোইবা
শিখিবনি ঐগী খুত্তা।
নংগী অপাম্বা পুম্নমক,
পিগনি ঐনা শোইদনা।
নৌপ্রা অকনবা থরগা,
লৈরুরো নহাক চংলগা,
লাম্মি লিশিং তরামরি,
মপুনি মহাক অসিনা।
মপাঙ্গল কনবা থরনি,
মপু ওইবনি মহাক্লা,
হিংচাবশিং পুম্নমক্কী।
চানিং-চানিংবা চাহুনা,
লৈরুরো ননিং তৌনদি,
পিগনি পোৎচৈ পুম্নমক,
ব্রাত্তনবা নহাক্কিদি।
পুম্নমক থংবা থরনি,
মহাক অসি নহাক্কীদি,
নৌপ্রানি নন্দোম্না পোকপা।
ইনগনি নংগী য়্রাথংদি,
মতম চুপ্পদা নহাক্লা :
হিংচাবা লাম্মি লোইননা,
থারগনি মহাক অসি,
ডাকুবা দণ্ডকা বন্দি।
থোইনা কল্লবা হুষম্না,

লাম্মি শূম্নমক অসিগী,
নং থংঙ্‌ সেনাপতিনি।
খর অমসুং দূষণা,
লৈগনি নংগী তুং ইম্না,
পিগনি নংগী অপাম্বা।
ওম্লিংবতা ওনবা ভম্বা,
মকোক্লি খর মহাক্লা।
কন-থোৌবদা মহাক্তনি,
লৈতবনি মাগুম্বদি।
মতৌ অস্তুম্না হাম্নরগা,
অক্লনবা রাবন নিংথৌনা।
লাম্মি লিশিং তরামরি,
দণ্ডকা বনদা চংনবা,
রাথংদি পিখি খরদা।
রাথং ফংবদা খরনা,
অকনবা লাম্মি ময়ামগা,
শূর্পনখাদি মচেগা,
চংমিন্নখি দণ্ডকাদা।
মফম অদুদা মথোইনা,
লৈজখি নিংথৌ মচাগুম।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ড ২৭শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড

### ২৫শুবা সর্গঃ

( যজ্ঞ মহৈ গান্নুনা মেঘনাদনা বর ফংবা, বিভীষণা ময়াম্বা রাবণদা জ্ঞান তাকপ', অমসুং কুম্ভীনসীগী মপুরোইবা মধু পুরগা রাবণা দেবলোক্তা লান তাবা। )

অগস্ত্যনা হায়ে শ্রীরামদা,
অকিবা মশক ফংলবা,
হিংচাবা লাম্নি পুদুনা,
মচলগা লোইনন খর,
চৎপ্রবদা দণ্ডকা বন,
অপেনবদি ওইখি রাবন,
ফংখি শান্তি মপুক্লিংদা।

মতম খরগী মতুংদা,
নোংমদি রাবন নিংথৌনা,
লঙ্কাগী অথোইবা লমদম,
নিকুম্ভিলা উপবন্দা,
চৎখি মনাইশিং লোইননা।
য়োবদা নিকুম্ভিলাদি,
যজ্ঞ অমা তৌনা লৈবা,
উবদি ফংখি রাবনা।

য়ুংলি চুক চাম্না যজ্ঞগী,
লাইশং কয়া অমনস্ত.
কোইশিন্না লৈরি মফমদু।
মতুংদা উখি রাবনা,
মহাকৌদি মচা নুপা,
থোইনা কনবা মেঘনাদ।

মতমসিদা মেঘনাদ,
অমুবা শজি মউন্না,
শেংলি য়োম্না মশাপুম্বা।
পাইরি মথুৎ অনিদি,
কমণ্ডলু, মৈবুন, ফিরান,
অকিবা ফংলি উবদা।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
চংলগা মচাগী নাক্তা,
কোনখি মচাবু হন্নাওনা।

হায়রকই মতুংদা নোক্লা,
ইপাগী ইবুঙেঙা মেঘ !
মরম করিদি লৈবনা,
ব্রতসি নংনা তৌরিবা ?
হায়য়ু মরমতু ইপাদা ।
যজ্ঞগী নিয়ম মতুংইনা,
তুমিন লৈখি মেঘনাদ ।
যজ্ঞ মপুংদি ফানবা,
যজ্ঞ পুরোহিত মফমদা,
ইঙ্গিত তৌখি মেঘনাদ ।
ইঙ্গিত খংলবা পুরোহিত,
শুক্রাচার্য্যদি ব্রাহ্মন্না
হায়রকই রাবন মফমদা ।
লঙ্কাগী নিংথৌ ইবুঙেঙা !
মরমদি রাঙাংদবগী,
নচা ইবুঙেঙা মেঘনা,
হায়জগে মুন্না তাবিয়ু ।
ইবুঙেঙা নংগী নচানা,
থোইদোক হেন্দোক্লা চাউরবা,
তৌজরি যজ্ঞদি তরেৎ ।
অগ্নি ষ্টোম, অশ্বমেধ,
বহুসুবর্ণক, রাজ-সূয়,
গোমেধ অমদি বৈষ্ণব,
লোইখ্রে যজ্ঞ তরুক অসি ।

তরেৎ শুবা থোইনা লুবা,
হোৌগৎলে মাহেশ্বর যজ্ঞ,
লোইরকপদা যজ্ঞসিনা,
শিবা মশামক লাক্লগা,
নচানা অপাম্বা বরদি,
পিবিগনি শোইদনদি ।
পুম্নমকসিগী মথক্তা,
পুক্নিংগুম্না য়াংনা পাইবা,
ফংগনি লাইগী দোলাইদি ।
হায়রিবা দোলাই অসিদি,
ঐনা পাম্বা ইতুং ইন্না,
তামসী কৌবা মায়ানা,
মমহনবা ফাওবা ঙম্বনি ।
অকনবা লানফম মন্নুংদা,
ময়াসি শিজিন্নরবা,
লাই-হিংচাবা পুম্নমক্না,
ঙমদে চংবা করিমতা ।
অমাং অতাদি লৈত্রবা,
য়েক্রবনা ককঙমদবা,
তেন্না থনবা তেন্দোং অনি,
নিংথিনা কল্লবা লিক্লং,
ফংগনি পুম্নমক অসি ।
হৌজিক্তি ইবুঙেঙা নিংথৌ !
যজ্ঞ লোইহনা বর ফংগে,

উননবা নহাকদি,
ঙাইজরি কা মেঘনা ।
শুক্রগী মরা তাবদা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
চংখিহ্নুনা মচা নাক্তা,
হায়রকই থোইনা নুংশিনা,
ইপাগী ইবুঙেঙা মেঘ ।
তৌরিবা থবক্তি নংনা,
থবক নত্তে মতিক চাবা ।
যজ্ঞগী মিংদা নহাক্না,
ঐগী য়েরুবা লাইশিংদা,
পূজাগী পোৎলম কত্তুনা,
উংগ্রে ইকাই খুম্নবদি ।
করে থোকখিবদি থোকগ্রে,
ওইরসনু অক্ষবদি,
নৈংত্রে চিংনবা করিস্থ ।
হল্লসি ঐখোই পুম্নমক ।
মতুং অসিদা রাবন্না,
মচা অমদি বিভীষন,
পুম্না তোংহ্নুনা দোলাইদা,
য়ৌরকখি লঙ্কা কোম্লুংদি ।
মতমদি অসিমক্তদা,
কপ্লতনা মথৌ ওইবী,
নুপিশিং মন্নাম অহুস্থ,
কুমথরকখি দোলাইদগী ।

মশক মত্তৌ কজরবী,
অচৌবা শাগৈদা পোকপী,
কেনা নৌনা নৈজরকপী,
লাই হিংচাবা দানবশিংগী,
ঙাক্তনি মতু মচাদি ।
নুপিশিং অসিগী মকমদা,
রাবনগী মিংয়েং মিহৌবা,
উরবদা বিভীষন্না,
হায়জরকই রাবন য়েংনা ।
য়াম্বুং ইবুঙেঙা হে নিংথৌ ।
মত্তৌ আসদি য়াম্বুংগী,
মিংচৎ, লম্বুম, শাগৈ পুম্বা,
মশাক্ত পুম্মাং মাংনবা ।
জাব অবাবা পিবদি,
থোংদোক্লা নুপি ওইবাশিং,
থবাক্ত খাইদগী তোনবা ।
খংন-খংনদি য়াম্বুংনা,
তমহংপা মথা পোন্দুনা,
তৌবিরি কত্রবা থবক ।
অচৌবা শাগৈগী নুপি,
মখোই পুম্নমক অসিগী,
মরূপ-মপাং শাগৈ-নাতৈ,
মচা-মবা পুম্নমকপু,
মাংহল্লগা য়াম্বুংনদি,
নমহ্নুনদি পুবিরক্তি ।

অমরোমদা অসোমদদি,
য়াম্বুংবু খোঁশারমদনা,
মধু কৌবা অকনবনা,
ইচল নুপি কুম্ভীনসী,
পুশ্রে নমতুনা ফারগা।

মতম অসিদা রাবন্না,
হায়রকই বিভীষন য়েংনা,
করিনো নংনা হায়রিবা?

ঐদি খংদে মরম অতু,
পনশ্রিবা নংনা মধুদ,
হায়য়ু কনানো মহাক্তো?

মন্নাম্বুং মরা তাবদা,
খোইনা বারৌনা বিভান,
হায়রকই ময়াম্বুং য়েংনা,
তাবিয় য়াম্বুং ইবুঙেঙা!

তৌবিরুবা পাপকী মহে,
"ঐখোইমক্কী ইচল নুপি,
ফাবিশ্রে কুম্ভীনসীদ।"

ইমাদ পোকপা সুমালী,
মন্নাম্বা অহল মাল্যবান,
খোইনা অহলদি ওইরবা,
বুদ্ধি লৈরবা হিংচাবা,
কৈকসী ইমাগী মপল,
ঐখোইগীদ ইখৌ অহন,

মহাক্না পোকপা অনলা,
ঐখোই ময়ামগী ইমাখোক,
ইমাবোক্কী মচা নুপি,
কুম্ভীনসীদি কৌবীসি,
ইমা ইমা পোকমিন্নবী,
ইচল নুপিনি ঐখোইগী।

মেঘনাদদি ইচানা,
অচৌবা যজ্ঞ তৌগ্রিঙৈ,
লাইজ ইরোম্বুং অতুদা,
ঐনা তপস্যা তৌরিঙৈ,
কুম্ভকর্ণ ইয়াম্বনা,
তুমখুন তান্নদি লৈরিঙৈ,
অহাংবা তানজা উতুনা,
মধু কৌবদি হিংচাবা.
মান্ত্র, লাম্মিশিং হাৎলগা.
কুম্ভীনসীদি ইচলবু,
পুখিবনি ফাতুনাদ।

কোমুং মনুংদা চেকশিন্না,
ভাক্তুনা লাম্মি ময়াম্না,
থমলিবনি কুম্ভীনসী,
মতু ফাওবদা মধুনা,
পুখি ফাতুনা ইচলবু।

পাওসি ফংলবা ফাওবদা.
ভাকপিরি মধু ঐখোইনা,

তৌদরি মাবু মাংনবা।
মসিগী মরম অমদি,
থাজবা মতাং চাররী,
নিংঙোলশিংবু থাজনবা,
অফবা মুপা থিবসি,
ইথৌনি মবুং ঐখোইগী।
অহুবু য়াম্বুং নিংথৌগী,
ওর-তৈনবা বুদ্ধিনা,
পাপকী রাখন্তা তৌবনা,
লাকথিবনি মহৈ অসি,
খংজিনবিয়ু মসিমদি।

বিভীষন মরা তাবদা,
ওইখি রাবনগী অবাবা।
ইকাই-মুংশি য়ামহনা,
লৈথি তুমিন রা ভাংদনা।

শাররা সমুদ্র মুংদা,
লুমগুম মশা পুমমক,
নিংগম্মকুবা রাখয়া
প্রোক প্রোক চার্কাথ মশা পুম্বা।
তৌফম খংদনা শাওরকথি,
হাররকই মমিং ঈ কান্না।
হৌজিকমক থৌরাং তৌ দোলাই
অকল-অথৌ পুমমকসু,
হায়র শেম-শাও লানগীদমক।

কুম্ভকর্ণদি অকনবা,
অতৈ অতৈ মরু ওইবা,
হিংচাবশিং পুমমকসু,
খুংলাই লোইননা লাক্লবা,
য়াথংদি পিক নখোইনা।

রাবনবু কিদে হাররিবা,
মধু কৌবা হিংচাবছু,
লান্দা হাংকে মঙক কল্লা।

লান পাম্বা মখোই পুমমক,
পুত্থনা চংকে স্বর্গদা।

ফংবদা রাবনগী য়াথং,
লান পামজবা হিংচাবশিং,
অক্ষৌহিনী লিশিং মরি,
লোইননা খুংগু খুংলাইশিং,
থুংলখি রাবন মনাক্তা,
তোংহনা দোলাই অমমম।

থুদক অহুদা রাবনা,
লাম্মি মরামগা লোইননা
যাত্রা তৌখি লানগীদমক।
মাংদা লাম্মি পুমমক্তী,
চংলি নোংমা মেঘনাদ,
তোংনা নিংথিবা দোলাইদি।
লাম্মিশিং মরাইদা রাবন,
থাইগী তুংদা কুম্ভকর্ণ,

চংলি মথং মথং ওইনা ।
ধর্ম্ম লৈবা বিভীষন্না,
লৈহৌই লঙ্কাদি ভাক্না ।
হিংচাবা লাম্মি ময়াম্না,
মধুপুর মাইকৈ তম্মদি,
চংলি থোরক্লদোক্না হরাওনা
গধা, উষ্ট্র, শগোল, শুগুক,
চাউর চাউরবা নাগশিং,
শাদোংদি ওইনা পুম্নমক,
হরাওনা চংলি সরোক্তা ।
অসি নত্তবা দৈত্যশিং,
লাইশিংগী য়েক্কবা ওইবা,
চামা চামা লিশিং লিশিং,
ইম্নরকলি রাবন তুংদা,
খংবদগী লান তৌগনি,
স্বর্গদা রাবন নিংথৌনা ।
মতৌ অস্নুম্না লাকপনা,
য়ৌরকখি রাবন মধুপুর ।
মধুপুর য়ৌবা মতমদা,
থোংনৈ মচল কুম্ভীনসী,
ফংখিদে মধুদি উবা ।
রাবন মধুংদি উবদা,
রাম্না কিনা কুম্ভীনসী,
লোয়ন্নরা মপুং ফনি,
মকোক্নদি মখোং শোক্না,

খুরমজখি মকুংদদি ।
মচলগী মতৌ উবদা,
অকনবা রাবন নিংথৌনা
'কিপস্কু কিপন্নু' হায়না,
চিংখংপিখি কুম্ভীনসী ।
মতুং অসিদা রাবন্না,
হায়রকই মচল মুপিদা,
হায়য়ু কল্লিনো অপায়দা ?
ইচলনা পাম্বা অদ্ভুতা,
ঐহাক তৌবিগে শোইদনা ।
মবুংগী থোজাল ফংবদা
হায়জখি কুম্ভীনসীনা,
ইবুংদি পামৌম চাউরও !
নচলদি লাইবক থিবিনি,
চানবিগে হায়না খল্লবা,
ঙসিগী মুমিৎ অসিদা,
কনবিয়ু ননাই নশেংদি,
অশাওবা পুম্বা থাদোক্না ।
নিংতোল ওইবীশিং মকমদা,
থ্বাইদগী হেন্না কিবদি,
লুপ্পাবী ওইবা অসিনি ।
হে পুকচেল চাউবা ইবুঙো !
ওইবিয়ু অচুম্বা ভাংবা,
নচল তোক্লবী মকমদা,
মধু মালী মথবাহি অদো,

পিনবিহ্না ইবুংনা৹
উৎপিয়ু নচল সুংশিবা ।

হৌজিক্তা য়াম্বুং নিংথৌনা,
তাকপিখি নচল ঐঙোন্দা৹
'কিগনু অপাম্বা পিগে' ।

তনিক তনিকপি মচলগী,
তাবদা বাণ্ডাং অহুদি,
থোইদোক্না পেনবিখি রাবন,
হায়রকই থোইনা সুংশিনা৹
কদাইদা লৈ মধু মাদি ?

কৌরুয়ো হৌজিক অসিদা,
চৎকে জয় তৌবা দেবলোক,
লোইনহনা মহাকদি ।

নহাক্তবু সুংশিবনা,
কল্লবনি মধু ঐনা ।
মবুংগী থৌজাল ফংবদা,
কুম্ভীনসীদি ইবেম্মা,
হয়াওবা ওমথৈ লৈখিদে৹
চেনখিহনা মাগী কাদা,
তুম্নিবা মপুরোইবদি,
জ্ঞান তানা হৌদোকচরগা,
তমজখি পাও মবুং লাকপা ।

হে চানথোইবা ইবুঙো !
য়াম্বুং ইবুঙো রাবন্না,
দেবলোক জয়দি তৌবদা৹
লৌগে হায়রি নংগী নতেং ।

মরূপ-মপাংশিং লোইননা
মতেং পিবিরু য়াম্বুংগী ।

য়াম্বুং ইবুঙো রাবন্না,
ইবুঙো নহাক অসিবু৹
সুংশিরি থোইদোক হেন্দোক্না৹
খনবিরি মমাক সুপাঙম ।

মরম অসিনা ইবুঙো,
মাগী থবক পাংথোক্লুবা,
পিবিরু নংগী মতেংদি ।

কুম্ভীনসীগী বাণ্ডাংদা,
হায়রকই মধু হিংচাবা,
'ফরে মহু ওইরসনু' ।

মতুং অসিদা মধুনা,
মতুং ইন্নদি চৎনবী৹
চৎলগা রাবন মনাক্তা৹
তৌজখি অতিথি সেবা ।

মধুগী ময়ুম অসিদা,
সুংশির্বদ উৎপা ওইনা৹
পোথাখি অহিং অহুমা ।

নোংনা ভাস্নকপা মতমদা৹
থৌরাং তৌখি চৎননবা৹

অকনবা নিংথৌ রাবন্না। থুংলখি কৈলাস চীংজাওবা,
মহেন্দ্র চীংগুম নিংথিবা, লোইননা মাগী লাম্নিগা।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না, য়েংলগা নিংথিবা মফম,
লাকপনা মধুপুরদগী, পৈশিনখি লাম্নি পুন্নমক।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ২৫শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ২৬শুবা সর্গঃ

( রাবন রম্ভা কাবগা নমহুনা ভিম্নবা অমসুং নলকূ:বরনা রাবন্দা শ.প তৌবা । )

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা৹
সুমিৎ ময়ুম চংখিহুনা৹
অহিং মতম ওইরবদা৹
কৈলাস চীংগীদি চীংখোংদা,
পোথারগে থনখি রাবন,
লোইননা মাগী লাম্নিগা ।
কৈলাস চীংগীদি চীংথক্তা,
ঙৌরুননা নিংথিজবা,
মঙালজনা মাগী ওইবা৹
ইংলবা থানিন থাজনা৹
থোক্ল-পা মতম অসিদা,
বাবরা লাম্নি ময়ামদি৹
পোথাখি তুমথুন হুন্নদি ।
অহুবু রাবন নিংথৌদি৹
কমহুনা চীংগী চীংদোন্দা৹
থোইনা মপুক্লিং খোইরাংনা৹
য়েংখি মহোশা নিংথিবা,
লৈহুনা মাইকৈ মরিদা ।
উবদা ফজবা অসি৹
পোক্লকখি রাথন্দি কামগী ।
নিংথিনদি রাং চাউরবা,
কর্নিকা পাম্বী কয়ানা৹
থাবলগী ইথক মরক্তা৹
পরেং হৌরি মুগুক মুগুক৹
য়েংবগী পেনবা নাইদনা ।
কদম্ব অমসুং বকুল৹
পাম্বিদি কয়া অমনা৹
মোংশোং মচাদি মরক্তা,
লম্না লম্না চাউনা হৌরি৹
অতোম্বা চীংমাই অমদা ।

ফুগাইনা শাংকাইবা থম্বাল,
থরো থারিকথা কয়ানা•
থম্বা হৌরবা পুব্রিশিং•
মন্দাকিনী ইশিংনদি,
মবুক চোম্নদি থম্নিবা,
পুম্নমক অসি উবদা,
থোক্তরাংখি রাবন মপুক্লিং।
তোঙান তোঙানবা মকমদা,
চম্পক, অশোক, পুন্নাগ,
মন্দার, আম্র, পাটল, লোধ্র,
প্রিয়ঙ্গু, অর্জন, কেতক,
তগর, নারিকেল, প্রিয়াল,
পনস অসিনচিংবা,
পাম্বী কয়াগী লৈরাংনা,
শাংলি থোইনা পুক্লিং হুনা।
কামগী রাখন্দা ডাওরবা,
কিন্নরা কিন্নরীশিংনা,
থোইনা নুংশিবা থোম্বাংদা,
শক্তি ইশৈদি নুংশিনা,
হৌহম্না থম্মোই ইরাংদি।
হৈরাং য়ুম্নাংবা ময়াইনা,
ডাওরবা বিদ্যাধরশিংনা,
নহা ওইবীশিং অহুগা,
শানরি হয়াও তয়াম্না,
পোথামিন্নরি চিক্লদি।

কুবের কোম্নুং মম্নুংদগী,
শক্লকপা ইশৈ নুংশিনা,
জগোই শাবিশিং কয়ানা,
পুংজা নৈবা মতৌগুম্না
তাবা ফংলি মতমসিদা।
বসন্ত মতম ওইবনা,
লৈ পুম্নমক শাংকাইবগী,
নুংশিবা মনম অহুদি,
থোমজিনলগা মালংবনা,
হুমজিনলুরগা চীংমাইদা,
চাইথোরকপা মনমহুনা,
ওইরি চীংমাইগী নুংশিত্তি।
লৈগী লৈরিক মরামহুনা,
নামিবা নুংশিত্তা তোংনা,
থেংডুরি রাবন মশাদা,
হৌহল্লি কামগী ইথক্তি।
নুংশিবা ইশৈগী খোঙ্খোক,
পুক্লিং হুনা শাংপা লৈরাং,
মেংলবা নুংশিংনা নৈবা,
পুক্লিং হুবা চীংশাং পরেং,
আহুংগী অচিকপা মতৌ,
থোইরাংবা থাবলগী ইপোম,
মোমোন লোকপা থাজ মাইথোং,
উবদা পুম্নমক অসি,
অপাম নুংশিগী রাখন্দা,

ছিকখখি রাবন মশাদি ।
লুপথিবনা কামগী রাখন্দা,
হোনখি খরদি ফুইনা ফুইনা ।
ইংনা খোকচবা থাজদা,
লৈখি শংত্রিক্না য়েংনদি ।
তাশাদি অসিমক্তদা,
রস্তা কৌবদি শকহেনবী,
জগোই শাবীগী মরক্তা,
খোইদোক হেন্দোক্না ফজবী,
পূর্ণিমা থাজ ভমজবী,
নিংথিবা ফিজেৎ লৈতেংদা,
ফাওরকখি লশ্মী অসিদা ।
মশা পুম্নমক ভনৌবী,
চন্দন মনম্না হারবী,
নাকল অনিদা শমজাগী,
পারিজাৎ নাচোম লৈতেংবী,
লৈগী লৈতেংনা নিংথিবী,
হয়াও মখোই কাক্নবা,
মখংলেন নাক্তা য়োনবা,
খেক্না-নৌনা, হায়-না হয়া,
খোইরুম-মমোন মাংওইনদি,
চংলি খবালগী ইপোমদা ।
মমিং অনিদি রম্ভাগী,
শজি মিত্তাবা ভমজবী,
পুক্লিং হুনদি ফজবী,
কারিবা সনাগী মরিনা,
নোই শেল্লবা থৈবক অনি,
মওংনি খোইয়াং খোইশাওবা ।
চন্দনগী লৈতেং লাইবক্তা,
মশক্তি পুক্লিং হুনবা,
অয়েকপা লাইগুম নিংথিরি ।
লৈয়াং মনম্না হারবী,
নিংথিবা ফিজোল লৈতেংবী,
হায়দোক-হুমদোকপা শাথেক্তা,
সুংশিবা-মালং লোইনবী,
চৌংলেম্না মাইথোং ফজবী,
কল্লকহনবা শাওং-শাদা,
রস্তা কৌবিদি শক-হেনবী,
লশ্মীমক্তি অনি গুবী,
হায়দবা গুম্মোই কনাসু ।
ভাথরকপা পিগুম অনি,
মশক্কী কামগী লৈরুংদি ।
অনৌবা নোংগুম নিংথিবা,
অশংবা শাড়ী শেৎপদি,
খোইনা খোইয়াংবা মশক্তি ।
ভাথরকপদি থৈবোয়া,
শামু মচাগী নাতোলগুম,
খোইরোক্না পুক্লিং হুবনি,

পুন্নুম তারকপা পান্বোম্না,
খোংনা নৌবনি থম্বালগুম।
অমুক নিংথিবী রাম্ভানা,
লাকপহ্ লাম্মি ময়াইদা,
উবদি কংখি রাবম্না।
উবদা রম্ভাদি রাবন,
ঙাওখি অপাম্বা বাখম্না,
চেনশিন্না ফাখি মথুক্তা,
তনৌবী রম্ভা মাগীদি।
মতৌ অসিদা রম্ভানা,
খাংজখি ইকাই হঙ্গোইনা।
উবদা রম্ভা মতৌদি,
হায়রকই রাবন নোক্লদি,
কদাইদা চংলি নিংথিবী?
কনাগী নিংবা থুংনবা,
চংলিবনো নশামক্লা?
কম্নাদা লাইবক ফগ্রবা,
নংবু ফংজবা মহাক্তো?
থম্বাল থরোগী মনম্না,
খোইথুম্না হারবী মাইথোং,
অমৃতনি অমৃতগী।
ঙসিগী মুমিৎ অসিদা,
অমৃতদি থক্লহনা,
অপেনবদি ফংগদবা,
কনানো লাইবক ফবদো?

মিপাই চাউবীদি ইবেম্মা!
সনা চক্ষু অনিগুম,
য়েংবগী পেনবা নাইদবা,
ক্রিক ক্রিক ইম্না লৈরিবা,
চাউরবা নখোম অনিনা,
কনাগী থবাক অহুদা,
বাইরুগে খম্না চংলিবা?
সনাগী চক্র মতৌগুম,
চাউনা ফন্দোক্লা লৈরিবা,
সনাগী মরি ফারিবা,
নোই-পেনবা ফৈরু অনিগী,
গুমহৎনবী লোকচাউ অহু,
স্বর্গমক্তি তশেংনদি।
কনানো পোথাদৌরিবা,
ঙসিদি মফম অহুদা ?
বিষ্ণু সোরারেন অমদি,
অশ্বিনীকুমার অনিগী,
খোইনা লাইরি বা অহুদি,
কনা লৈরি ঐ নত্তবা,
অচৌবা অমা তাইবংদা।
নংনা ঐবু হন্দোক্লগা,
চংকে হায়রিবা কনাদা?
মিপাই চাউবীদি শকহেনবী!
অফবা ওইরোই নংগীদি।
হে নিংথিজবী নিংজাওবী!

য়েংঙ্, ফজবা মুংপাকসি,
পোথাসি মসিদা হিপ্পা,
মরোল অহুমগী মপুনি,
ঐহাক অসিদি ইবেম্মা,
লৈতবনি ঐ নত্তনা।

মরোল অহুমগীদি মপু,
হিংচাবা রাবন ঐহাক্না,
হায়জরি নংগী নফমদা,
ঙসিগী মুমিৎ অসিদা,
নংনা ঐবু চানবিরম্মু,
ঐগী নিংবা থুংহল্লম্মু।

তাবদা রাবন মবাদি,
তুজুংখি রম্ভা মশাদি,
খাংজখি তনিক তনিক্না,
হায়জরকই মখুৎ লোম্না
অমুক্তদি তপথবিখো,
ঐবু মহুম্না তাকপিবা,
মফম অমনি য়াদবা।

ইবুঙঙা নহাক অসিদি,
গুরুগীশিংদা চনবনি,
ইপামক্নী ঐহাকীদি।

কনাগুম্বা অতোপ্পনা,
তৌবদা অরানবা থবক,
ঙাকথোকপগী থবক অহু,
তৌফম থোকপনি নংগীদি।
মো অমনি শাগেগী,
নচা মুপাগী মুপিনী,
রাফম অসি তশেংবনি।
বাহৈ খরসি হায়রগা,
মশাগী মখোংদা ক্লেংনা,
লৈজখি রম্ভা নিংথিবী,
মরু লুক্না তনিক তনিক।
রাবনগী মতৌ অসিদা,
কিবনা থক থক নিকচখি,
মতু চুংখি মশা পুম্বা।
মতম অসিদা রাবম্না,
হায়রকই রম্ভাদি ক্লেংনা,
অচুম্বরনে ইবেম্মা,
নহাক অসি ইমৌ থোকপা ?
অচুম্বমক্তি ইবুঙঙা,
ধর্ম্মগীদি মতুং ইন্না,
মুপিনি ঐসি নচাগী।
ইবুঙঙা নংগী নয়াম্বা,
কুবেরগীদি মচামুপা,
থরাইগী মপুনি ঐগী।
মরোল অহুমদা মহাক্তি,
খংবনি নলকুবের হায়না।
হায়রিবা নচা অসিদি,
ধর্ম্ম কর্ম্মদা ব্রাহ্মণনি,

কনবদা লৌক্রি মচানি।
শাওরকপদনা মৈথুম্বা,
ঙাকপি হৈবদা পৃথিনি।
লোকপালগী মচা ইবুঙেঙা,
নলকুবেরদি অকনবগা,
লেপ্পথি ঙসি উরসি।
মহাক্কীদমক ঐহাক্না,
লাকচবনি কেনা-নৌনা।
মানা মুংশিবা অচুগুম,
ঐনস্থ মাবু মুংশিজৈ।
অচুম্বনি থংবিদুনা,
থাদোকপিরো হৌজিক ঐবু
ধর্ম্ম লৈবা নকুলবেরনা,
লৈরমগনি ঐবু য়েংনা,
থোইনা মপুক্লিং লাংতক্না।
মাগী মফমদা অয়েৎপা,
পিবা হৌনদে ইবুঙেঙা।
হৌজিক্তি ঐ চৎচগ্রগে,
অফবা মীগী মতৌগুম,
অফবা লম্বী চৎপিয়ু।
ইবুঙেঙা নহাক অসিদি,
তোল্লবী নলাই ঐহাক্কী,
ইকাই থুম্নকম ওইবনি,
গুরুজনশিংদা চনবনি।

ঐবু ঙাকপিবা নথৌনি।
তাবদা বাঙাং অসিদি,
হায়রকই রাবন তপ্পদি।
নংনা খল্লিবা পুম্নমক,
অচুম্বা নত্তে ইবেম্মা
নখোই নুপি পুম্নমক্কী,
নুপা অমমম লৈববু,
মৌনি ইমৌনি হায়গনি।
নহাক্তি স্বর্গদা লৈবী,
জগোই শাবীনি লাইশিংগী।
লাইশিংগী লৈফম স্বর্গনি,
বাফমনি মসি শোইদ্রবা।
জগোই শাবীশিংদি লাইগী,
লৈতে অপাম্নবা নুপা।
নুপি অমা লুহোংলবা,
লৈবা ম্নাদে স্বর্গদদি।
অস্নম্না হায়রগা রাবন,
চিংশিনখি রম্ভা ফাদুনা,
ঙাওখিবনা কাম বাখন্দা,
অচৌবা নুংপাক মথক্তা,
মনিং তৌনা শারাক তমখি,
তিন্নখি রম্ভা নমথুনা।
নৈখাইরকপদা রাবন্না,
ফিজেৎ লৈতেংদি রম্ভাগী,

লোইনা তাখি মশাদগী।
চোইজাইনা তারি মুংপাক্তা,
শমজিথেং-নাচোম লৈরাংশিং।

অচৌবা শামু লমশানা,
নৈখাইবা তুরেল মচাগুম
ওইখি রম্ভাগী মতৌদি,
কপ্লি মপুঙ্লিং মুংশিনা।

শমজী হিকথখি পুল্লম্বা,
নামিবা মুংশিং হুম্বদা,
চোইজাই পাইরি শম্নাংদি।

লোংলৈ মুংশিংনা ফুদংপা,
হৈরাং-লৈরাংগী মতৌগুম,
হিকথনা তারি মুংপাক্তা।

ইকাই মুংশি য়াম্নরবী,
থম্মোই শোক্লবী রম্ভানা,
চৎচখি নলকুবের নাক্তা,
কপ্পদি তুখি মখোংদা।

ফিভম কাইরবী রম্ভাবু,
উরকপদা নলকুবেরনা,
হংলকই তপ্পা তপ্পদি,
করি মতৌনো কজবী?

করি নরালদি লৈবনা,
তুররি ঐহাকী খোংদা?

বাহং অসিদা রম্ভানা,
হিক্লা হিক্লদি কণ্ঠনা,
থৌদোক অছুদি থোকখিবা,
তমজখি তশেং তশেংনা।

থরাইগী মপু ইবুঙেঙা!
হিংচাবা নিংথৌ রাবন,
লান তানবগী স্বর্গদা,
থুংলরে কৈলাস চীংজাওদা।

হৌখিবা অহিং অছুদা,
মাগী লাম্মিশিং লোইননা,
লৈখি লানবন্দি শারগা,
অচৌবা কৈলাস চীংথক্তা।

লাকচবদা ইবুঙেঙা নাক,
উদুনা ঐবু রাবন্না,
হংলকই খুজেংদি ফানা।

কনাগী মুপিনো নহাক?
মতম অসিদা ঐহাক্না,
অচুম্বা পুম্নমক অছু,
হায়জখি মাগী মফমদা,
খজনবা লাম্না ঐবু।

ঐহাকসি নংগী নয়োনি,
ঐবু লাম্না খনবিগনু,
ঐবু ফাবা তৌবিগনু।

থম্মোই শোক্লদি হায়রজবা,
তাবিদনা করিমতা,
তিম্নখি ঐবু নমত্নুনা,
চলহনখি অমাংবা শিংদা।

নুপা ওইবগা নুপিগা,
য়াদে পাঙ্গল চাংদয়বা।
ঐনা পাঙ্গল পুথোক্নুনা,
তৌবা ভমদে নাম্বোকনবা।
তাবদা রম্ভাগী বাদি,
থোইদোক্লা শাওখি নলকূবের।
মতুং অসিদা নলকূবের,
ধ্যান্দি তৌখি মতম খরা।
থংলবদা থৌদোক অহু,
শাওরকখি খুদক অতুদা।
কোরিমুক ভাংনা মমিত্তি,
লৌখংখি ইশিং মখুত্তা,
তৌখি চুম্না আচমন্দি।
মিং, থবাক, খৌরিনচিংবা,
শোক্লগা মকম পুম্নমক,
হিংচাবা রাবন মথক্তা,
তৌখি অভিশাপ তমথিবা।
ওসিদগীদি হৌহ্নুনা,,
কত্রবা রাবন কিংথোনা,
কামগী বাখল্লা লুহুনা,
মশাক্লা ক্লাদবা নুপি,
য়ারোই নমহুনা তিম্নবা।
করিশুক্লা তিম্নরবা,
কাইবা ওইয়ু তরেং থোক্লা,
রাবন মাগী মকোকশিংদি।
অকনবা শাপসি তাবদা,
দুন্দুভি রৈখি লাইশিংনা,
চাইথখি লৈশিং মর্ত্তদা,
জগোইশাবী পুম্নমক্লা,
শাখি জগোই হরাওনদি।
ব্রহ্মানচিংবা লাইরাম্না,
পেমখি থোইদোক হেন্দোক্লা।
রাবনগী মিওং-মিনৈদা,
রাম্নবা মরাম অহুনা,
থংলবদা রাবন শিক্কম,
হরাওখি থোইদোক হেন্দোক্লা।
মুমি খখি পুম্নমক্লা,
থোইদোক হেন্দোক্লা শিত্থশিং,
অপেনবা ওইখি শাপ্তদা।
অকনবা শাপ তৌথ্রে হায়রক্লা,
থংলবদা রাবন কিংথো,
থাদোকখি বাখলশিং অহু,
লৈরমদো নুপিশিংনা।
রাবন মথক্তা তৌশিনা,

ভাজবদা শাপকী যাদি, থোইনা অবাবা কোকপগুম,
মানা হুত্না পুরকপা, [illegible]রাওজখি থোইদোক্লদি,
সতী ওইবি মুপিশিংনা, থাগৎনখি নলকূবেরদি।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ২৬শুবা সর্গঃ লোইরে।

শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ২৭শুবা সর্গঃ

( রাবন্না ইন্দ্রলোক লান তাবা, ইন্দ্রনা বিষ্ণুদা চংজবা, বিষ্ণুনা রাবন হাৎকে রাশকপা, বসুনা সুমালী হাৎখিবা। )

মহর্ষিনা হায় শ্রীরামদা,
শক্তি লৈরবা রাবন্না,
কৈলাস চীংশাং লান্থোক্লগা,
মাগী লান্মিশিং লোইননা,
চংশিনখি ইন্দ্রলোক ম্নোনা।

হিংচাবা লান্মি লাকপগী,
নিল্লকপা খোঞ্জেল অত্থনা,
সমুদ্র নৈবা মতমদা,
থোকখিবা ইরাং অত্থগুম,
পুমনিন নিনখি স্বর্গ লোকসি

পাও তাবদা রাবন লাকপা,
হৌগত্তুনা ইন্দ্ররাজনা,
হায়রকই লাইরাম মফমদা।

আদিত্য, বসু, রুদ্রশিং,
সাধ্য, মরুদ, লাইরাবশিংনা,
শেম শাবিয়ু লান তৌনবা,

ফল্লবা রাবন মথক্তা।
ইন্দ্রগী য়াথং ফংবদা,
ইন্দ্রগুম কল্লবা লাইশিং,
লিংশিন্দুনা লান কবচ,
লৈখি থৌরাংবু তৌনদি।

রাবনবু কিবনা ইন্দ্র,
চংখিত্থনা বিষ্ণু নাক্তা,
হায়জখি য়াম্না নোঙ্কুক্না।
জগৎকী মপু ইবুঙো!
ফল্লবা রাবন মফমদা,
করি তৌনি ননাই ঐনা!
অকনবা হিংচাবসিনা,
লাক্লি মফমদি অসিদা,
লানগীদমক থৌরাং তৌনা।
ব্রহ্মা বরতনা কল্লবা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্নি,

নত্তে মরমদি অতৈনা।
বর অদুবু ওন্থোকপনা,
তৌকম থোকপনি ঐখোইগী।
মমাংঙৈ মতমদা ঐনা,
চংজরগা ইবুঙেঙাদা,
বৃত্র, বলি, নরক শম্বর,
নমুচিনচিংবা অতৈ,
অকনবা হিংচাবা ময়াম,
ঙমজখি লাইনা মাংহনবা,
হন্দকসু মতৌ অদুগুম,
তৌবিয়ু উপায় অমতং।
অচং-চত্ত পুম্নমকসি,
শেম্বিবনি ইবুঙেঙানা,
ইবুঙেঙা নত্তবা অতৈ,
লৈতে ননাইগী চংজকম।
খোইদৌদগী থম্বাল পোকখি,
নংগী খোইদৌ থম্বালদগী,
জগত্তি শেম্বা বিধাতা,
চোংথোকরকখি মতোম্মতা।
নংদি মাংবা লৈতবনি,
নংতনি সনাতন ওইবা।
ফজবা পুম্বা তুংবনা,
থংনবনি শ্রীমান হায়না।
জগৎ চংনফম ওইবনা,
কৌবনি নরায়ণ হায়না।
শেম্বিখি নংনা লোক অহুম,
হাপ্লিখি ননাইবু নিংথৌ,
ওইনদি লাই পুম্নমক্কী।
মরোল অহুমদা লৈরিবা,
অচং-চত্ত পুম্নমকসি,
শেম্বিবনি ইবুঙেঙানা
লৌশিনগনি অমুক নংনা,
লাকপদা প্রলয় মতমদি।
মরম অদুনা ইবুঙেঙা।
উপায় অদু শোইরোইদৌবা,
তাকপিয়ু ননাই ঐঙোন্দা,
জয় ওইনবা ননাই ঐগী।
ওইরগনা ওইথোক্কবা,
চোংথোকপিয়ু ইবুঙেঙানা,
থাং অমদি চক্র পাইনা,
থেংনবিয়ু লান রাবনগা।
তাবদা ইন্দ্র মবাদি,
হায়রকই তপ্পা বিষ্ণুনা,
অমুক কিরমু ইন্দ্ররাজ,
বাহু হায়গে নহাক তাখো।
ফজবা রাবন নিংথৌসি,
পুম্নমসু লাই হিংচাবা,
ঙমোই মাইথিবা পিবদি,
য়ারোই হাংনবা তৌবসু,
হিংচাবা রাবন মকমদা,

পিথোকখ্রে বরন্দি ব্রহ্মানা।
ফত্রবসিগী মথক্তা,
শক্তি পুন্নমক ফংলবা,
য়াওরি ফত্রবা মচাসু।
তৌবা ঙম্বা শক্তি ময়াম,
উংলরনি লানফমসিদা।
ঐহাকী জ্ঞানগী মিৎয়েংদা,
উরে থোক্নদবা পুন্না।
ঐবু নংনা লান তৌ হায়রি,
লান্দি তৌররোই ঐহাক্না,
হিংচাবা রাবন মহাক্না।
লান তৌগ্রবদি ঐহাক্না,
ঙমদ্রি ফাওবা য়েক্লবশিং,
হন্দোকপা য়াদে লান্দগী।
মতম অসিদা রাবন্দি,
কন্না থম্লি ব্রহ্মা বরনা,
য়ারোই মাবু জয় তৌবদি।
ইন্দ্ররাজ নংগী নফমদা,
হায়রি ঐনা বাশক্তুনা,
ওইগনি ঐহাক ইশামক,
শিফমদি রাবন মহাক্কী,
মতুং ইন্না মতম মাগী।
মাগী অরোইবা পুংজানা,
লাক্লবা মতম অহুদা,
মাগী লাম্নিগা লোইননা,
হাৎকনি মহাকপু ঐনা।
অশেংবনি হায়রিবসি,
হৌজিক্তি লাইয়াম নথোইনা,
পুল্লগা অমতা ওইনা,
লান তৌ অকিবা লৈতনা,
হোৎনৌ রাবন্দি ঙম্নবা।
মতুং অসিদা লাইয়ামশিং,
রুদ্র, আদিত্য, বসু,
মরুদশিং, অশ্বিনীকুমার,
পুন্নমক্না শেম-শারগা,
যাত্রা তৌখি লানগীদমক।
অহিং মতম থেংগ্রবদা,
রাবন লাম্নি পুন্নমক্না.
লানগীদমক্না নিল্লকপা,
তাবা ফংখি থোক্লেল অহু,
মন্নায়া লাইশী লাম্নিশিং।
অয়ুক মতম ওইরকপদা,
হিংচাবা লাম্নি ময়ান্না,
হয়াও-তয়াম মথোইকানা,
চেনশিনখি লাইশিং ঙম্দি।
হিংচাবা লাম্নি মন্নায়া,
উবদা চেনশিল্লকপহু,
লাইশী লাম্নিশিং পুন্নমক,

হুংবগনখি ক্হিখিবনা ।
লাইগী মাইকৈদা ইন্দ্ররাজ,
হিংচাবা-দানব মাইকৈদা,
রাবন্না মকোক ওইহনা,
থেংনখি লান অকনবদি ।
অকিবা মশক ফংলবা,
রাবন মন্ত্রি পুম্নমক্না,
মতমদি অসিমক্তদা,
চংশিল্লকখি লানগীদমক ।
মন্ত্রি মারীচ, প্রহস্ত,
মহাপার্শ্ব, মহোদয়,
অকম্পন, নিকুম্ভ, শুক,
সারন, সংহ্লাদ ধূমকেতু,
মহাদংষ্ট্র, ঘটোদর,
জম্বুমালী, মহাহ্লাদ,
বিরূপাক্ষ, সুপ্তঘ্ন,
যজ্ঞকোপ, দুর্মুর্খ, দূষন,
খর, ত্রিশিরা, করবীরাক্ষ,
সূর্য্য শত্রু, মহাকায়,
অতিকায়, দেবান্তক,
নরান্তক, মন্নাম্মক পুম্না,
রাবন মমা পোকপা মপু,
সুমালীনা লুচিংহনা,
তাশিনখি লান লাইরাম থক্তা
অকনবা বোংজৈ-হুংশিনলা,
চাইখাইনগুম অমংবা নোং,
শাওগন্নবা সুমালীনা,
থৌর থৌরবা তেনরামদি,
হৈথহনা লাইশিং থক্তা,
থুগাইখি লাইশিং তেঙ্গোলদি ।
চৈথেংদা হিংচাবশিংগী,
রানা থাংখি লাইগী তেঙ্গোল ।
নোংশাগী খুত্তা শজিনা,
তাবা অরাবা অহুগুম,
তাখি অরাবা ইপাক্তা,
চেন্নখি মাইকৈ খংদনা ।
মতৌ অসিদি উবদা,
বসুশিংগী নিপালগুবা,
সাবিত্র হায়না ফাওরবা,
চংলকখি লানফম অহুদা ।
খুংলাইদি শুনা পাইরগা,
লাইয়াম্না ইকোই কোইশিন্না,
অকি-তুজুংবা পোকহন্না,
হিংচাবা লাশ্মি মাইহ্নোক্তা,
চংশিল্লকখি সাবিত্রনা ।
সাবিত্রগুম্না ফন-থৌবা,
মচা অনি অদিতিগী,
ত্বষ্টা অমদি পূষাসু,
রাওরকখি লাশ্মি মরক্তা ।
মতুং অসিদা অমুক হন্না,

হৌথি লাম্দি লাই-হিংচাবা।
অকনবা লানফম অসিদা,
হৃম্নদে মাইকৈ অনিমক।
হিংচাবশিং মথোই কাবা,
উবদা লাই পুম্নমক্কা,
শাওনথি থোইদোক হেন্দোক্লা।
হিংচাবা লাম্মি ময়াম্না,
তেন লিশিং লক্ষ কাপশিন্না,
লাইশিং পুম্নমক অহুব,
অৱাবা পিথি থোইদোক্লা।
মাইকৈ অমদা লাইশিংনা,
অকিবা ফংনা কল্লবা,
হিংচাবা কয়া হাত্তুনা,
থাথি যমরাজগী লৈবাক্তা।
মতৌ অহুবু উবদা,
সুমালী কৌবা হিংচাবা,
থোইনা শাওবগা লোইননা,
মখুত্তা থুংলাই পাইহুনা,
চংথি লান লাইশিং মাইস্নোক্তা।
সুমালীদি অকনবনা,
তকথাইবদা লাইগী লাম্মি,
থাংথি থোইদোক্লা বানদি।
মহুদি কল্লবা তেনশিং,
কাপথোকরকপা সুমালীনা,
পানবদা লাইশিং ময়ামদি,
চেম্নথি মফম খংদনা।
উবদা লাইশিং অৱাবা,
সাবিত্র কৌবা অকনবা,
শাওরকথি থোইনা হেন্নদি,
কৌরগা মাগী লাম্মিশিং,
চংখিহুনা লানফমহুদা,
থত্তুনা থমখি হিংচাবা।
সাবিত্র সুমালী অনি,
মাইয়োক্লখি লানফমহুদা,
য়েংনহুনা খানা খানা,
থেংনখি অকনবা লান্দি।
অকনবা বম্বু সাবিত্র,
ফর ফরবা তেন কয়া,
কাপশিন্দুনা মথং মথং,
লিনগী দোলাই সুমালীগী,
ম্লানখাইহুনা মচেৎ মচেৎ,
থাদখি পৃথি মথক্তা।
থন্দুনা সুমালী হাৎকে,
পাইখৎখি গদা মখুত্তা,
অকনবা বম্বু সাবিত্র।
হাম্নরিবা গদা অসিদি,
মানবনি কালদণ্ডগা,
লংগ্রবদা গদা অসি,
য়াদবনি লেয়া মাংবা :

অসিগুম্বা গদা অসি,
লংছনা বম্ভ সাবিত্র,
থাখি সুমালী মকোক্না
পানবদা গদা অসিনা,
মকোক অহু সুমালীগী,
কাইখি মগুং চামা থোক্না
মশা অহু সুমালীগী,
শঙ্ক-শয়াং-শদোং পুম্না,
তাখি উৎ ওইনা লানফমদা।

মহাক শিখিবা উবদা,
হিংচাবা লাম্মি পুম্নমক,
চেন্নখি মাইকৈ মরিদা।

তানখাইবদা সাবিত্রনা
নৈবা ঙমখিদে লানফমদা,
হিংচাবা লাম্মি পুম্নমক।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ২৭শুবা সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ২৮শুবা সর্গঃ

( মেঘনাদ অমসুং জয়ন্তগী লান, জয়ন্তবু পুলোমানা লানফমদগী পুথোকখিবা, ইন্দ্রনচিংবা লাইশিং লান সংবা। )

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা,
সুমালীনা উৎ ওনখিবা,
হিংচাবা লাম্মি ময়াম্মা,
লান কাইত্নুনা চেনখিবা,
উবদা মতৌ অসিদি,
রাবন মচা মেঘনাদ,
শাওবগী ভমথৈ লৈখিদে।
হিংচাবা লাম্মি ময়ামদি,
থোমজিনগা অমুক হন্না,
রাবনগী মচা মেঘনা,
চংলকখি লান্দা মশামক।
য়েৌনিংবা মফম য়েৌওম্বা,
মেঘনাদদি হিংচাবা,
তোংহুনা দোলাই অমদা,
পাইশিনখি লাইগী তেজোলদা।

খুংলাই মথল শুনা হৈবা,
মেঘনাদ লান থোয়কপা৹
উবদা লাইশিং পুম্মক,
চেন্নবা হৌখি কিহ্নুনা,
খংদনা মাইকৈ সলাইদি।
মেঘনাদগী মমাংদা,
লাইশিং পুম্মক অমত্তা,
লেপ্পা ভমখিদে মাইয়োক্না।
উবদা লাইশিং মতৌদি,
হায়রকই ইন্দ্র লিংথোনা।
ভাবিয় লাইরাম পুম্মক৹
চেনবিগন্নু লান থাদোক্না।
অকিবদি ত্তৌবিদনা৹
থেংনবিয়ু লান হনজিন্না।
কনা অমত্তনা মাবু

মাইখিবা পিবা ওমত্রথা,
ঐগী ইচা জয়ন্তনা,
চংলক্লে লান তৌনবগী ।

মতম অসিদা জয়ন্ত,
ইন্দ্রগী মচা অকাওবা,
তোংতুনা নিংথিবা দোলাই,
চংলকখি লানফম অতুদা,
শেম-শাতুনা লানগীদমক ।

শচী মচা জয়ন্তবু,
ওাক্লগা পুমকোই কোইশিন্না,
লাইগী লাম্মিশিং ময়াম্না,
মমাংদা মেঘনাদগী,
চংশিনখি তেন কাপ্পা কাপ্পা ।

রাবন মচা মেঘনাদ,
ইন্দ্র মচাদি জয়ন্ত,
মাইক্লোকখি লানবা অনি ।
লাই-হিংচাবা লাম্মিশিংনা,
লানবা য়েংনা মাগী মাগী,
থেংনখি অকনবা লান্দি ।

দোলাই থৌরিবা গোমুখ,
মাতলি মচা গুপাবু,
হিংচাবা মেঘনাদনা,
কাপশিন্দুনা তেন ময়ামদি,
পিখি থোইদোক্লা অবাবা ।

শচী মচা জয়ন্তবু,
মেঘনাদ সারথিদা,
কাপশিনখি তেন মপৈ মপৈ ।
মতৌ অতুবু উবদা,
শাওরক্লনা মেঘনাদ,
মাইকৈ মরি জয়ন্তগী,
থিংতুনা থমখি তেন্তনা ।
শাওরবা মেঘনাদনা,
তেন্দি কুংনা কাপশিন্দুনা,
জ্ঞানদি মাংহনখি জয়ন্ত ।
অকনবা মেঘনাদনা
থৌর থৌরবা তেন মন্নাম,
হৈথখি লাইশিং মথক্তা,
পোকহন্না অকিবা মশক ।
শতঘ্ন, মুশল, পরশু,
প্রাস, গদা, খড়গ খুৎলাই,
চাউর চাউরা চৌংতুমশিং,
কাপশিন্দুনা লংশিন্দুনা,
লাক্লখি লাইগী লাম্মিশিং ।
য়েক্লবা লাম্মি হাৎপদা,
থোইনা মথোইদি কারবা,
মেঘনাদদি হিংচাবা,
মান্নাগী লান্দি হৌতুনা,
মমহনখি মাইকৈ পুন্নমক ।
হোংলকপা লানলোং অসিদা,

ঙাওনখি লাইরাম পুম্নমক।
শচী মচা জয়ন্তগী,
মাইকৈ মরিদা লৈরিবা৷
লাইগী লাম্মিশিং পুম্নমক,
পান্দুনা তেন মনম মনম৷
শোরুখি মশা পুম্নমক।
লাই-হিংচাবা লাম্মিশিংনা,
খংনখিদে মথোং মরম৷
মকোক ঙাওনখি লোইনমক,
চেন্নরি মাইকৈ খংদনা।
শুক্লা মমখিবা মরম্না৷
মাংনখি জ্ঞান মখোই পুম্বা।
লাইমশেল হিংচাবা মশেল,
রান্নরি মখোই মলেশদি।
কনা কনাগুম্বশিংনা,
চেন্নখি লানফম থাদোক্না।
মতম অসিদা পুলোমা,
দৈত্য পুম্নমক্কী নিংথৌ৷
চংলক্লুনা লানফমমনুংদা,
পুথোকখি থাপ্না জয়ন্ত।
দৈত্যগী নিংথৌ পুলোমা,
মপানি শচী দেবীগী,
মধৌনি জয়ন্তগীনা,
মরম অসিনা মহাক্না৷

জয়ন্ত মশু মুপাদি
পুখি সমুদ্র মনুংদা।
লাইগী লাম্মি পুম্নমক্না৷
শিগ্রে খন্দুনা জয়ন্ত৷
ওইখি থোইদোক্না অবাবা৷
চেন্নখি তৌফম খংদনা,
চাইথোক্লুনা মাইকৈ মরি।
অকনবা মেঘনাদনা,
লাইগী লাম্মিশিং মাইকৈদা৷
লাওশিনখি অকিবা ফংনা,
মিপাইহনখি লাই পুম্নমক।
মচাগী মশক উদবা,
লাইশিংনগা চেন্নরকপা৷
উবদা মতৌ অসিদি৷
হায়খি মাতলিদা ইন্দ্র৷
পুরকউ দোলাই ঐগীদি।
ইন্দ্রগী য়াথং ফংবদা,
ঙাইহাক লৈরগা মাতলি,
নিংথিনদি শেম-শারবা,
থোইনা চাউবা দোলাই অমা,
পুরকই ইন্দ্র মনাক্তা।
হান্নরিবা দোলাই অসিদি,
কাথত্লুনা হেক তোংবদা,
পাইবনি পুক্লিংগুম রাংনা।

মতমসিদা দোলাই থক্তা,
অকনবা নোংলৈ-মুংশিংনা,
অথাক-অরাও লোইননদি,
শিত্তুনা মমিৎ কাক্লকখি,
পোকহনখি মীপুম থুদিংমক,
মপুন্সিংদা অকিবদি ।

লানগীদমক ইন্দ্ররাজনা,
মতমসিদা যাত্রা তৌবা,
খোংখি যন্ত্রশিং পুম্নমক,
শকখি ইশৈ গন্ধর্ব্বশিং
শাখি জগোই অপ্সরাশিং
মঙ্গলগীদমক ইন্দ্রগী ।

রুদ্র, বসু, আদিত্যশিং,
অশ্বিনীকুমার, মরুদশিং,
থোরকখি খুৎলাইদি পাইনা,
মতুং ইন্নখি ইন্দ্রগী ।

যাত্রাগী মতম অসিদা,
শিংলকখি অকনবা মুংশিং,
মমশিনখি মুমিংকী মঙাল,
অচৌবা শঙ্গাইশেল কয়া,
তারকখি অতিয়াদগী ।

মতম অসিদা রাবন্না,
বিশ্বকর্ম্মানা শাখিবা,
নিংথিবা দোলাই অমদা,
তোংহুনা লাকখি লানফমদা ।

হায়রিবা দোলাই অসিদি,
লিনজনা য়েংপা দোলাইনি,
মখোইনা কায়কপা ঙম্বনা,
পুম্নংদি লংলি মৈরিগুম ।

দৈত্য-হিংচাবা লাশিনা,
ঙাক্লি চেকশিন্না দোলাইদি ।
ইন্দ্র থোরকপা মপাদা,
লৈরি ঙাইনা রাবন নিংথৌ ।

মচা কৌথোক্লগা রাবন,
মশামক্তা লানগীদমক,
লৈখি থৌরাংদি তৌহুনা ।
তুমিনন্ লৈখি মেঘনাদ,
ফমহুনা দোলাই মথক্তা,
হন্দোক্লগা লানফমদগী ।

হৌখি লান্দি লাই-হিংচাবা,
কাপ্পরকপা তেন ময়াম্না,
তারকপদি পৃথি থক্তা,
ঊখি নোং হৈথরকপগুম ।

অসোমদনা কুম্ভকর্ণ,
অফংবা খুৎলাই পাইহুনা,
চংশিল্লকখি লানফমমুংদা ।
লানবা থিদে মহাকৌদি,
লৈরম্বা অহু মমাংদা,

মাগী থংদে মীগী থংদে,
হেক্তা থেংনৈ লানবা ওইনা,
লৈতে মাগী লানগী নিয়ম ॥

য়ুড়াওবা মীগী মতৌগুম,
থেংনবনি ওনশিন ওনশিন।

শাওরবা কুম্ভকর্ণনা,
লাইকয়া ময়ানা চিন্না,
কয়াদি মথোংনা কাওনা,
কয়ানা খুতুম্না গুনা,
কয়াবুনা লংখত্তুনা,
লান্নরি অবাবা পিনা।

লাইশিং কয়া অমবুনা,
অফংবা খুৎলাই পাইদুনা,
ওৎপি-নৈবিরি ফুগাইনা।

অকিবা মশক ফংলবা,
রুদ্রগী কাংবু অমগা,
কুম্ভকর্ণ মতোমতগা,
থেংনখি অকনবা লান্দি।

লান অসিদা রুদ্রশিংনা,
কুম্ভকর্ণ মশা পুম্বা,
অহাংবা মফম থমদনা,
তেম্নচিংবা খুৎলাইশিংনা,
শোকহনখি কাপশিন-থাজীম্না।

মশা পুম্বা কুম্ভকর্ণ,

উখি ঈনা পুমঙাং ভাংনা,
উবদা থোইনা ফজরি।

অকনবা লানফম অসিদা,
রুদ্র, মরুদনচিংলবা,
লাইগী লাম্মিশিং কয়ানা,
হিংচাবা লাম্মি কয়াদি,
পিখি অবাবা থোইদোক্না।

হিংচাবা কয়াদি শিখ্রে,
কয়ানা ওল্লি লৈমাইদা,
মথোং মথুংশিং কক্তুনা,
খাংলি ওনথোইনা চৈনাখোল।

খরা অমনা দোলাইদা,
ফম্না লৈরি জ্ঞান তাদনা।

হিংচাবা কয়া অমনা,
মাগী মাগী শাদোং ওইবা,
দোলাই, শামু, গধা, শগোল,
উৎ, লিন, গুগুক, বরাহ,
ভূত প্রেতশিংগী মশক ওইবা,
পুম্নমকসিগী মফমদা,
আলিঙ্গোন তৌবগুম কোন্না,
চৎলি মশা জ্ঞান য়াওদনা।

হিংচাবা কয়া অমসু,
তারি পৃথিদা বাম্বনা।

জ্ঞান লাক্তুনা হৌগৎপদা,

অমুক ফুগাইখি লাইশিংনা।
শিনা তাখি লৈমাইথক্তা।
লানকমদা শিচুনা তাবা,
জ্ঞান য়াওদনা রাক্ষরিবা,
মতৌদি হিংচাবশিংগী,
ষাচু হৈরবা অমগী,
মতৌগুম্বনি অঙকপা।

অশিবা লাম্মি ময়ামগী,
ঈনদি চেনখি তুরেনগুম।
ঈথেংগী তুরেন অসিদা,
চাক্তারি কাক লংজাশিংনা।
অতেক-অকাই খুৎলাইশিংনা,
তাওথরি ঙাগী মতৌগুম।
হিংচানা লাম্মি ময়ামবু,
মাংহনখিবচু লাইশিংনা,
উবদি ফংখি রাবন্না।
পাক-চাউরবা লাম্মিরক্তা,
লান তৌনা তৌনা রাবন্না,

চংশিনখি ইন্দ্র মনাক্তা,
মাইয়োক্নখি ইন্দ্র রাবন।
রাবন উবদা ইন্দ্রনা,
তৌখি ধনুগী টঙ্কারদি।

খোম্থাং থৈনা খোনজেন্দুনা,
শব্দোকখি মাইকৈ তরাদি।

টঙ্কার তৌরবা মতুংদা,
ইন্দ্রনা কাপখি রাবন্দা
মৈগুম্লবা তেন ঙাক্তদি।

রাবন নিংথৌসু ইন্দ্রগুম,
হৈথখি তেন্তনা নোংগুম,
অকনবা ইন্দ্র মথক্তা,
পিখি থোইদোক্না অরাবা।

মখোই অনিগী তেন্তনা,
অকাস ফুনখি, মুংশিং খিংখি,
পুম্মম মমখি মাইকৈ মরি,
উবা ঙমদে করিমতা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ২৮শুবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ২৯শুবা সর্গঃ

( লাইগী লান্মি মরক্তগী রাবন থোকখিবা, মেঘনাদনা মায়া লান্দা ইন্দ্র ফাহনা লঙ্কাদা পুখিবা । )

মহর্ষিনা হায় শ্রীরামদা,
মাইকৈ পুম্বা মমশ্রবদা,
লাই-হিংচাবশিং অনিমক,
শক্তি পুম্নমক ফুদোক্লা,
শোক্লখি অকনবা লান্দি ।
হিংচাবা লান্মি অচৌবা,
শরুক তরাগী অমতং,
হিংহৌই লানফম অসিদা,
শিখি শরুক্তি মাপন্না,
মথুত্তদি লাইরামশিংগী ।
অমম্বা লানফম অসিদা,
লাই-হিংচাবা অনিমক্না,
মাগী মীগী থংনদনা,
থেংনখি লান্দি অকনবা ।
ইন্দ্র, রাবন, মেঘনাদ,

অকনবা অহুম অসিদি,
চংখিদে অমম্বা মাল্লা ।
মহাক্কী লান্মি অয়াম্বা,
মিংকুপ খরত মনুংদা,
শিখিবা উবদা রাবন,
শাওখি থাংবা ভমদনদি,
লাওখি কন্না সিংহনাদ ।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
হায়রকই শাথোবা য়েংনা,
য়েরুবা লান্মি মরক্তা,
থৌজিল্লু ঐহাক্কী দোলাই ।
ঙসি ঐগী পাঙ্গলতনা,
মাংহনগে লাইশিং পুম্নমক,
থাগ্রগে যমগী লৈবাক্তা,
থংহনগে ঐগী শক্তিদি ।

ইন্দ্র, কুবের, বরুণ, যমদি,
হাণ্ডোক্লগা মথং মথং,
মাংহনগে লাইয়াম পুম্নমক,
অহুগা ওইগে নিংথৌদি।
পুশিল্লু দোলাই শাথৌবা,
ঐনা বাশক্লি ঙসিদি,
তুম্না হাংকে য়েক্লবদি,
অকনবা লানফম অসিদা।
নন্দনবনগী চংফমসিদা,
থম্মু ঐহাক্তী দোলাইসি।
মফমসিদগী হৌরগা,
লৈবনি উদয়াচল ফাও,
লাইগী লাম্মিদি পুম্নমক।
ফংবদা রাবনগী য়াথং,
পুক্লিং মতৌগুম য়াংলবা,
দোলাই অহু সারথিনা,
পুশিনখি লাম্মি মরক্তা।
রাবন চংলকপা উবদা,
দোলাই থক্তা লৈনা লৈনা,
হায়খি ইন্দ্রনা লাইশিংদা।
তাবিয়ু লাইয়াম পুম্নমক,
হায়জগে কানবা রাদি।
চংনা ফাবতনা রাবন,
থবক্লি খ্বাইদগী ফবা।
থানিন-থাশি পর্বদিন্দা,
সমুদ্র ইথক হৌবগুম,
কল্লবা রাকন নিংথৌনা,
মুংশিং মতৌগুম য়াংনদি,
ঐখোইগী লাম্মি মরক্তা,
থৌজিল্লক্লি মাগী দোলাই।
রাবন মাইথিবা পিবদি,
ঙম্মোই কনা অমতনা।
ব্রহ্মাগী বরদি ফংবনা,
কিদে মহাক্তা কনাম্ন।
মহাকপু ফারে হায়রগা,
থম্বতনা হিংহন্দুনা,
অফবা ওইনি লাইয়ামগী,
শিনবিয়ু মহু থোক্লবা।
বলি পুল্লবা মতুংদা,
মরোল অহুমগী নিংথৌদি,
ওইজবা ঙমখি ঐহাক্তা।
মতৌ অহুগুম রাবনদি,
ওইজগনি ফাবতনা।
অস্নুম্না হায়রগা ইন্দ্র,
চংখি অতোপ্পা মাইকৈদা,
তৌদনা রাবন থেংনবা।
তৌখি লান মাইকৈ অমদা,
অকিবা মশক্তি ফংনা।
রাবম্না অরাং মাইকৈদা,
ইন্দ্রনা মথা মাইকৈদা,

থেংনখি অকনবা লান্দি,
হুম্নবা কৌথা লৈতনা।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
চংখিহুনা খোজন চামা,
লাইগী লাম্মিশিং মরক্তা,
তকথাহৈখি অঙকপা ফংনা।

রাবনগী মতৌ উবদা,
অকনবা ইন্দ্র নিংথৌনা,
থৌজিনহনখি মাগী দোলাই,
মমাংদা হিংচাবা রাবন।
থিংনা থমখি মাইকৈ মরি,
লেপহন্দুনা লানদি রাবন।

রাবনবু থিংনা থমখিবা,
মতৌ অদুবু উবদা,
হিংচাবা লাম্মি ময়ামা,
'শিরেদো ঐখোই' লাওনখি।
খোল্লাও অদুবু তাবদা,
রাবন মচা মেঘনাদ,
দোলাইথক্তা তোংখত্তুনা,
মরক্তা লাইগী লাম্মিশিং
চংখি অকিবা লৈতনা।

শিবশঙ্কর মফমদগী,
ফংখিবা বর অমাংঙৈদা,
মমহনবা অমা মায়াদি,
নিংশিংলকখি মেঘনাদ।
মশাদি লোংনা লৈরগা,
য়েক্নবা লাম্মি মথক্তা,
কাপখি তেন নোংচুবগুম।
মতুংসিদা মেঘনাদ,
হুন্দোক্লগা লাইগী লাম্মি,
চংশিনখি ইন্দ্রদি তম্না।

অদুবু ইন্দ্র নিংথৌদি,
উবা ঙমখিদে মহাকপু।
কল্লবা লাইহ্রাম অদুনা,
কবচদি মেঘনাদ,
য়ানখাইদুনা মশাদগী,
থাদখি পৃথি মথক্তা।
অদুবু মেঘনাদদি
থৌশাখিদে করিমতা।
কাপশিন্দুনা তেন কয়ামুক,
মাতলি মাগী মফমদা,
শিরম্লগা অবাবদি,
কাপশিন্দুনা তেন কয়াদি,
তকথোকখি ইন্দ্র নিংথৌবু।
মতম অশিদা ইন্দ্রনা,
থাদোক্লম্লগা দোলাইদি,
তোংদুনা ঐরাবত থক্তা,
থিরকই রাবন মচাবু।

অকনবা মেঘনাদনা,
লৌহুনা মায়াগী শক্তি,
লৈখি অতিয়াদা লোৎনা।
কাপথখি তেন্দি লক্তুনা,
মথক্তদি ইন্দ্ররাজগী।
ইন্দ্রনা থিনা শোকখিবা,
মতৌ অহুবু খংহুনা,
ইন্দ্র নিংথৌবু ফারগা,
পুনখি মায়াগী থৌরিনা।
পুখি দোলাইদা হাপ্তুনা,
অকনবা মেঘনাদনা।
অকনবা লান মনুংদগী,
হিংচাবা মেঘনাদনা,
ইন্দ্র নমহুনা ফাখিবা,
মতৌ অহুবু উবদা,
রানাখি লাইয়াম পুম্নমক,
খন্নখি করি তৌগনি।
মায়ানা মরম ওইহুনা,
জয় তৌখিবনি ইন্দ্রদি,
মেঘনাদ হিংচাবনা।
হিংচাবা মায়া পুম্নমক,
খংবনি ইন্দ্র মহাকস্থ,
অহুবু মেঘনাদগী,
হেনখিহুনা শক্তিতনা,

পুখিবনি ইন্দ্র ফানা।
মতুং অদিদা লাইয়াম্না,
হিংচাবা রাবন মথক্তগা,
হৈথখি অশাওবা মৈমি।
কাপশিন্দুনা তেন ময়ামদি,
পিখি মাইখিবা রাবনবু।
আদিত্য, বসু মাইয়োক্তা,
ঙমখিদে রাবন লান তৌবা।
পানবদা লাইয়ামগী তেম্না,
থিনা শোকখি রাবন নিংথৌ।
মপানা অরাবা খাংনা,
লৈবা মতৌহু উবদা,
হায়রকই মেঘনাদনা,
শক উহন্দনা রাবন্দা।
লাকপিরো ইপা ইবুঙ্গো,
হল্লসি ঐখোই লঙ্কাদা।
লানবু জয় ওইরে ঐখোইনা,
চিংনবিরন্থ রাকমসি।
লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রদি,
ফাহুনা পুরক্লে ঐনা,
বন্দিদি ওইরে ঐহাক্কী,
য়েথেক্লে নাপল লাইগীদি।
য়েক্লবশিংদি পাবুংনা,
নমহুনা জয় তৌরবনা,

মরোল অহুম্মক অসিগী,
লৈবিরুরো লিংথো ওইনা।
রাজভোগ চাবা ফংলবদা,
অমুক হন্না নোমলুবগী,
কানবা করি লৈবগে ?
কানবা লৈত্রে লানগীসু।
বাহৈদি মেঘনাদগী,
তাবদা লাইয়াম পুম্নমক,
তোক্লখি তৌরম্বা লান্দি।
ইন্দ্র রাওব্রবা লাইশিংনা,
হনজিনখি ময়ুম ময়ুমদা।
নুংঙাইবা পাওদি মচাগী,
তাবদা রাবন নিংথৌনা,
তোক্লগা লান তৌবদগী,
হাংরকই মচাদি য়েংনা।
ইপাগী ইবুঙো মেঘ !
নপাঙ্গলতনা নহাক্না,
থোইনা কল্লবা ইন্দ্ররাজ,
মাইথিবা পিরে লাইনদি।

লাই পুম্নমক অসিগীসু,
য়েথেক্লে নাপল মখোইগী।
মরম অসিনা নহাক্না,
চাউহল্লে শাগৈগী মিংচৎ,
ফংহল্লে ইকাই খুম্নবা।
ইন্দ্রদি দোলাইদা পুম্না,
হনখ্রো নহাক্তি লঙ্কাদা,
নংগী লাম্মিগা লোইননা।
ঐহাকসু নংগী নতুংদা,
ঐগী মন্ত্রিশিং লোইননা,
লাক্লগে হরাও তয়াম্না।
মপাগী রাথং ফংবদা,
অকনবা রাবন মচানা,
মাগী লাম্মিশিং লোইননা,
ইন্দ্র দোলাইদা পুল্লগা,
হল্লকখি লঙ্কা তম্নদি।
লঙ্কা য়ৌরবা মতমদা,
মাগী লাম্মিশিং পুম্নমক,
থাদোকখি বিদায় পিহুনা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ড ২৩শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৩০শুবা সর্গঃ

( মেঘনাদ বর পিরগা ব্রহ্মানা ইন্দ্রবু থাদোকপা, ইন্দ্রনা মশাগী পাপ প্রায়শ্চিৎ তৌবা, মতুংদা স্বর্গ ফংবা। )

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা,
লানফমদগী ইন্দ্র ফানা,
হিংচাবা মেঘনাদনা,
লঙ্কা তাম্না পুথ্রবদা,
লৈহৌবা লাইয়াম অদুনা,
চংখিদুনা ব্রহ্মা নাক্তা,
হঙংচখি মরম পুম্বা।
লাইয়ামগী মপাও তাবদা,
চংখি ব্রহ্মা রাবন নাক্তা।
মচা মনাইনা কোইশিন্না,
ফমলিবা রাবন নিংথৌদা,
হায়খি নোংদম্বা ব্রহ্মানা,
লৈদুনা অতিয়া থক্তদি।
ইবুঙো হে রাবন নিংথৌ,
লানফম মমুংদা নচাগী,
উবদা অকনবা শক্তি,

থোইনদি পেনখি ঐহাক্না।
নংগুম্নে মহাক্কী শক্তি,
য়ারে হেল্লি হায়বা ফাওবা।
মরোল অহুমদি জয় তৌরে,
নংগী শক্তি অদুতনা,
থুংলে নংগী বাশক লোইনা
নখোই অনিগী মফমদা,
ওইরে ঐহাক্কী অপেনবা।
নহাক্কী নচা অসিদি,
থোইনা অকনবা অমনি,
ওসি হায়বা মুমিত্তগী,
লঙ্কাদা ইন্দ্রজিৎ কৌনা,
অকাওবদি ওইরসনু।
থোইনদি কন্নবা নচা,
ইন্দ্রজিৎ মতেংনা নংনা,
লাইয়াম পুম্নমক অসিবু,

জয়দি তৌরে ইরাই লাইনা।
হিংচাবা নিংথৌ অকনবা !
থাদোকউ ঙসিমক ইন্দ্র,
মহাক থাদোকপগী মহুৎ.
হায়য়ু অপাম্বা করিনো ?
ব্রহ্মাগী য়াথং তাবদা,
লানঙম ফিরান্দি পাইরিবা,
মেঘনাদ অকনবনা,
হায়জরকই ব্রহ্মা য়েংনা,
ইন্দ্র থাদোকপা তারবা,
মহাকী মহুৎ অদুদা,
পিবিয়ু 'অমর' ননাইদা।
মেঘনাদনা হায়রকপা
বাফম অদুবু তাবদা,
হায়রকই প্রজা পতিনা,
জগত্তা পোকপা জীবনা,
ফংখিদে 'অমর' খুভমদি।
ব্রহ্মাগী বাহৈ তাবদা,
হায়জখি মেঘনাদনা,
ননাই ঐঙোন্দা হে ব্রহ্মন '
য়াত্রবদি 'অমর' পিবা,
ইন্দ্র থাদোকপগী মহুৎ,
হায়জগে বর অনিঙবা,
পিনবিয়ু মসিমদি।
ননাইনা লানকম খুদিংদা,

জয় তৌনবগী য়েক্লবা,
লানগী যাত্রা তৌদ্রিঙৈদা.
মৈ কৌবা লাইগী মফমদা,
মন্ত্রগা লোইননা ঘীনা,
কৎচগে আহুতি অদু,
কৎচরিবা পূজাসিদা,
পেলহনবিদুনা মৈ মাবু,
পিনহনবিয়ু ননাইদা,
শগোল য়াঙনা দোলাই অমা।
দোলাই অদুবু তোংলগা,
য়েক্লবা মাইয়োক্লবদা,
কনাগুম্বা অমতনা,
ননাইবু হাৎপা ঙমদবা,
ওইহনবিয়ু মসিতদি।
মসি নিয়ম ওইনা ঐগী,
লৈহনবিয়ু মতম চুপ্পা।
করিগুম্বদা ননাইনা,
যজ্ঞ তৌরিঙৈ মতমদা,
যজ্ঞ লোইদনা কাইরবা.
লান্দি অদুম তৌরবদি.
শিজগে ননাই লান্দুদা।
মীওইবা মখোই থরদি,
'অমর' ফংঙি তপস্যানা,
অদুবু ননাই ঐহাক্তি,
ইপাঙ্গলতগী মিংচৎনা,

ফংজগে অমরত্ব খুভম।
ইন্দ্রজিৎ মরা তাবদা,
থোইনম্দি পেনাবিখি ব্রহ্মা,
হায়রকই 'মত্থ ওইজরো'।
ইন্দ্রবু খুদক অত্থদা,
থাদোকপিখি ইন্দ্রজিৎনা।
চৎখি ইন্দ্র স্বর্গরোমদা,
লাইরাম পুম্নমক লোইননা।
মতম অসিদা ইন্দ্রগী,
মাংখি মশাগী তেজ পুম্বা।
তেজ মাংপ্রবা ইন্দ্ররাজনা,
অরাবা রাখন্তা তৌনা,
লৈজখি মতম চুপ্পদি।
রানা লৈবদি ইন্দ্রনা,
খংহ্নুনা প্রজাপতিনা,
হায়রকই ইন্দ্রদি হ্নেংনা,
হে যজ্ঞ চামগী মপু!
নশাগী ফিভম উবদা,
করিগী নংনা রারিবা?
মমাংঙৈ মতমদা নংনা,
থ্বাইদগী ফত্তবা থবক,
তৌখিবহু নিংশিংজিব্রা?
লাইশিংগী নিংথৌ হে ইন্দ্র
ইহান হানবদা ঐহাক্না,
ইশামক্তী বুদ্ধিতনা,
শেমখি প্রজাশিং পুম্নমক,
অমতা ওইবা মাননা।
মখোইগী শাওং-শাদাদি,
থেম্নবা লৈতে অমতা।
মরম অসিদগী ঐনা,
খনবা হৌখি পুক্লিং চংনা,
কাননবা প্রজাশিংগী।
মতৌ অহুম খন্না খন্না,
প্রজা শেম্বা খুংলোইনবা,
শেমখি ঐনা নুপি অমা।
প্রজাশিং মফমদা লৈমা,
ফজবা পুম্নমক অত্থ,
হাপ্লিখি নুপি অসিদা।
অঙকপা ফংনা ফজবী,
গুণ পুম্নমক্না তিল্লবী,
মমিংদি নুপি অসিগী,
থোনবিখি ঐনা অহল্যা।
মশক খিববু তায়বংদা,
খংনৈ 'হল' রাহৈসিনা।
'হল্য' হান্নরা হায়নবদি,
মশক্কি হঙ্গোইনবগী।
ছিদ্র লৈতে নুপিসিদা,
মরম অত্থনা ঐহাক্না,
থোনবিখি 'অহল্য' হান্না।
হে লাইগী নিংথৌ ইবুঙো!

শেন্নবা তুংদা মুপিসি,
অমুকস্ন খনখি ঐহাক্লা,
কনাদা শিন্ননি হান্ননা।
খনখি নংনা মতমসিদা,
নংগী ফমগী মতুংইন্না
নংগী ওইগনি মুপিসি,
কনাস্ন য়েৎলোই মসিদা।
গৌতমদি পুকচেল চাউবদা
মুপি অসি নিংথিজবী,
শিন্নখি ঐনা থাজনা।
চহি কন্নাগী মতুংদা,
থিল্লকখি অমুক ঐঙোন্দা।
গৌতমগী মপুক্লিং শেংবা,
ইন্দ্রি থুহুম চনবা ঙম্বা,
মতৌ অদুবু উবদা,
ওইখি ঐহাকী অপেনবা,
অমুক হন্না পিখি কন্যা,
মুপি ওইনদি মহাকী।
ধর্ম লৈরবা গৌতম্না,
লোইননা কন্যা অসিগা,
লৈমিন্নখি মুংঙাইনদি।
গৌতমদা কন্যা পিখিবা,
উবদা লাইয়াম পুন্নমক,
কাইখি মখোইগী নিংজবা।
শাওখিদো ইন্দ্র নহাকস্ন,
নশাদা কামগী মৈচাক্লা,
চাক্লবদা তক্তনদি,
চক্তুনা গৌতম আশ্রমদা,
মৈগুম্না তেজদি লৈরবী,
কন্যাবু য়েংখি নহাক্না।
কন্যাগী মশক উবদা,
হৌনৈ হৌনদে খন্দনা,
তিন্নখি কন্যা নমতুনা,
লাইগীদি নিংথো নহাক্লা।
মতম অহুদা গৌতম্না,
উবদি ফংখি নহাকপু,
আশ্রম মনুংদা মহাকী।
নহাকী নতৌ অহুদা,
মৈ হৌনা শাওখি গৌতম্না,
অভিশাপ তৌখি নফমদা।
নংনা ফংলিবা দশাসি,
মহৈনি শাপ অহুগীদি।
উবদা মহাকী মতৌ,
গৌতম্না হান্নখি শাওনদি,
অকিবা লৈতনা নংনা,
ঐগী মুপিগী মফমদা,
চৎপগী নত্তবা শাজৎ,
হয়েং লানফমগী মনুংদা,
বন্দী ওইয়ু য়েন্নবগী।
নহাকী শাজৎ কত্তবা,

মরুপ্নীগী থবক অসি
মরক্তা মী ওইবশিংগী,
ওইহৌর্ঝম্ন চৎনবী,
চিংনফম থোক্লে মসিদা।
পাপকী মশক্তি ওইরবা,
মরুম্নীগী থবক অসি,
কনাগুম্বনা চৎলবা,
পাপ অসিগী তংখাই অমা,
ফংগনি চৎলিবা মীনা,
অতোপ্পা তংখাই অদুনা,
ওইসনু নথক্তা তাবা,
মরমদি নহাক অসিনা,
হৌরকফমনি থবকসিগী।
লৈফম থোক্তবা নহাক্না,
লৈরম্মি মফম অসিদা।
নত্তৌ তম্বা মখোইশিংসু,
নংগুম পোথাকম খংদবা,
ওইরসনু মপুন্সিদা।
অস্থুম্না তৌখিবা শাপ্পো,
কাওরব্রা ইন্দ্র নহাক?
মতুং অসিদা মুনিনা,
য়াম্না শাওবগা লোইননা,
শাপ তৌবিখি অহল্যাদা,
হে ফজরবী নহাক অসে,
আশ্রম অসিগী মনাক্তা,
লৈয় নশক উহন্দনা,
নংগী ফজবা পুম্নমক,
মত্তৌস্থ নহা ওইবগী,
ওইপ্রসনু পুম্নাং মাংবা।
নশক-নত্তৌ ফজরগা,
নশাগী ইজ্জৎ ঙাকচবা,
ঙমজদবিনী নহাক্তি।
নংতনা নশক ফজনা,
লৈবা য়াররোই জগতা।
(পোকসনু ফজবী ঙাক্তা।)
মতুং অসিদগী হৌনা,
পোকপা হৌখি ফজবীশিং,
জগৎকী মফম খুদিংদা।
মতম অসিদা অহল্যানা,
হায়জখি মুনি মফমদা,
তপথবিয়ু হে ব্রহ্মর্ষি!
ইবুঙ্গো শক্রম ওইনদি,
শোকপনি ঐবু ইন্দ্রনা,
ঙমখিদে মাবু খংবদি।
থৌদোক অসিদি থোকখিবা,
থোকখিবনি খংদনদি,
নংচদে ওক্তবী ভাবতা।
মরম অসিমা ননাইবু,
অমুক্তদি থৌজানবিয়ু।
মত্তৌ অস্থুম্না হায়জবা,

অহল্যা মবা ভাবদা,
হায়রকই গৌতম মুনিনা,
ইক্ষ্বাকুগীদি শাগৈদা৹
শক্তি পুম্নমক তিল্লবা,
পোক্লকখিনি মহারথী,
তাইবং অসিদা মহাকপু৹
খংনরনি শ্রীরাম হায়না।

ব্রাহ্মণগীদমক খন্দনা,
ভগবান বিষ্ণু মশামক,
রূপ ওইনা শ্রীরামচন্দ্রগী,
পোকনি শায়ওন তৌর্নদি,
কোইরকনি তপবণশিং।

মতম অদুদা নহাক্লা৹
উবা ফংজৌ শ্রীরামচন্দ্র,
খুদক্তা মহাকপু উবা,
নংগী মহৌশা শক্তমদি৹
ওইবা ফংজৌ অমুক হন্না।

শ্রীরামচন্দ্র মহাক্রুনা৹
ঙমগনি পুমকোক কোকহনবা,
লংজখিবা পাপ্তি নংনা।

শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙাবু,
উবা ফংজরবা তুংদা,
লাকউ এহাকী ইনাক্তা৹
সেবা তৌরো অমুক হন্না।

হায়রম্নগা মতৌ অস্নুম৹
চংখি মহামুনি গৌতম৹
মনুংদা মহাকী আশ্রম।

মতুং অসিদা অহল্যা,
অকনবা তপস্যা তৌনা৹
লৈজখি আশ্রমগী নাক্লা।

ঋষি গোতম্না তৌখিবা,
শাপ অদুগী মহৈতনা৹
ফংলিবনি ইন্দ্র নংনা।

অরাবা পুম্নমক অাসং৹
চিংনগন্থ নপুক্লিংদা।

ঋষি শাপ্পা মরম ওইনা৹
তাবনি য়েক্লবা খুত্তা৹
নত্তে অতোপ্পা মরম্না।

বৈষ্ণব যজ্ঞাদি তৌনবা,
থৌরাং তৌক্লরো ভসিমক৹
নপুক্লিং অনি লোংদনা।

যজ্ঞ অসিবু তৌদুনা৹
নশা শেংলবা মতুংদা,
লৈজরু অমুক স্বর্গদা।

নহাকী নচা জয়ন্ত,
শিখিদে লানফম অদুদা।
মমা পোকপা পুলোমানা,
পুখ্রে মহাক সমুদ্রদা,

থমখ্রে শোইদ ডামদনদি ।
ব্রহ্মাগী য়াথং কংবদা,
তৌখি ইন্দ্র বৈষ্ণব যজ্ঞ ।
যজ্ঞ লোইরবা মতুংদা,
কোকখি পাপশিং ইন্দ্ররাজগী
পাপনা কোক্লবা মতুংদা,
চংখিদ্রনা স্বর্গলোকা,
শাসন তৌখি অমুক হন্না ।
ইবুঙো হে রঘুমনি !
ইন্দ্রবু ভম্বা ইন্দ্রজিং,
সিরে মাগী বারি অদু ।
মশাঙগী মপাঙ্গলনা,
তৌখিবনি জয় ইন্দ্রদি,
লৈতে অতোপ্পা বাফমদি ।
বারি তাবদা মুনিগী,
হায়খি রাম লক্ষ্মন অনিনা
অংকপনি ! অঙকপনি !
বারি অসিবু তাবদা,
ভক্লখি য়োংহিংচাবশিং ।

শ্রীরাম মতুংদা স্থগ্রীবা,
বিভীষন কৌবা নিংথৌনা,
হায়রকই মতম অসিদা,
থোকখিবা থৌদোক অঙকপা,
উগ্রবানি ইশামকা,
অদুবু ভসি ঋষিনা,
নিংশিংহল্লে ইনৌ-নৌনা ।
মতম অসিদা শ্রীরাম্না,
হায়জখি ঋষি মফমদা,
অচুম্বনি বারি অসি,
মমাংঙৈদা বারি অসি,
তাখ্রে ঐ বিভীষন্দগী ।
মতুং অসিদা মুনিনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা,
মতৌ অসুম্না রাবন্না,
মচা মনাইশিং লোইননা,
জগৎকী তিংথং মশক ওই,
ইন্দ্র ফাওবদি জয় তৌনা,
লৈখি লঙ্কাদা নুংঙাইনা ।

মসিংদ অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৩০শুবা সর্গ: লোইরে

# শ্রীরাম

## 'উত্তর কাণ্ড"

### ৩১শুবা সর্গঃ

( মহিস্মতীপুরদা রাবন লাকপা, নিংথৌ থেংনদদুনা মন্ত্রিশিংগা লোইননা রাবন্না নর্মদা তুরেল খোংহুংদা শিব নিংবা । )

মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
খুরম্নগা মহর্ষিবু,
মপুক্লিংদি লাংতক্লনা,
হংজখি মুনি মফমদা ।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
লাকপদা পৃথি জয় তৌনা,
মাগা মাইথোক্লবা উস্বা,
লৈখিদব্রা কনামতা ?
অকনবা ক্ষেত্রি নিংথৌশিং,
মখোই অদু নত্রবস্থ,
মখোইদগী হেন্না কনবা,
কনাগুম্বা অমদগী,
য়াওদব্রা মাইথিবা ফংবা ?
নত্রগা মতম অদুদা,
পৃথিদা লৈবা নিংথৌশিং,
মখোই পুম্নমক অদুবু,
মথৌনা মপাঙ্গল য়াংপা,
লানগী বিদ্যাদি হৈতবা,
ওইবনরা মখোই অদু ?
রাবন মথুত্তা লোইনমক,
মাইথিবা ফংখি তাকপিরি ।
শ্রীরামগী য়াহং তাবদা,
শিবগা ব্রহ্মাগা অনি,
য়ারি তৌখিবা অদুগুম,
নোক্লা খুম্নকই মুনিনা ।
রঘু শাগৈগী অথোইবা !
জয় তৌনা নিংথৌ পুম্নমক,
কোইরকখি পৃথি শিন্থুংনা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না ।
অস্নুম্না লাকপনা রাবন,

অমরাবতীগুম স্বর্গগী,
য়েংবদা পুক্নিং হুরবা,
মাহিস্মতীগী লমদমদা,
থুংলখি লাম্মি লোইননা।
লৈবাক অসিদা অগ্নিদেব
লেংদনা লৈ মতম চুপ্পা।
অগ্নিদেবগী থৌজান্না
থোইদোক্লা শক্তি লৈরবা,
মৈগুম্না মঙান্দি চাউবা,
অর্জুন কৌবা নিংথৌ অমা,
লৈরি লৈবাকসি ঙাক্নুনা।
কুশগী থাংপোক মনুংদা,
লৈরিবা অগ্নি কুণ্ডদা,
লেংদনা লৈরি অগ্নিনা,
চাক্নুনা মতম চুপ্পদি।
রাবন নিংথৌনা য়ৌরকপা,
মতমদি অসিমক্তদা,
হৈহয় নিংথৌ অর্জুন্দি,
মাগী মুপিশিং লোইননা,
নর্মদা তুরেন খোংনুংদা,
চংখি হুশিংদা শানবা।
মাহিস্মতা হেক য়ৌবগা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
চংখিহুনা কোন্নুং মনুং,
হংখি মন্ত্রিশিং মফমদা।
কদাইদা লৈ অর্জুন নিংথৌ?
রাবন নিংথৌনি ঐহাক্না,
লাকপনি মাগা লান তৌগে।
পিয়্ পাওখুম খুদকসিদা।
ইহান হানবদা নখোইনা,
নখোইগী নিংথৌ মফমদা,
খংহল্লু পাও ঐ লাকপগী।
রাবনগী মরা তাবদা,
শিংলবা মন্ত্রি ময়াম্না,
হায়রকই রাবন মফমদা,
ঐখোইগী নি থৌ অর্জুনদি,
লৈতে হৌজিক কোন্নুংদা।
নিংথৌ লৈতবগী পাওদি,
খংলবদা মন্ত্রিদগী,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
হিমালয়গুম চাউনা উবা,
বিন্ধ্য চিংগী মাইকৈ তম্না,
চংখি লাম্মিশিং পুহুনা।
হায়রিবা চীংজাও অসিদি,
হায়নিংঙাই লৈতে রাংবদা,
নোংগুম অতিয়া শম্নপ্রি।
ফাওগৎলকপনি চীংজাওসি,
থিনগাইহনা পৃথি লৈমা,

থাজনরি হৌজিক ফাওবা ।
বিন্ধ্য চীংগী চীংদোনশিংনা,
শয়ন্থনা অতিয়াগা
লৈরিবা মফম অদুবু,
উরি লৈইনা চিংবগুম
অতিয়া মকোই অসিদা ।
চীংদোলশিং লিশিং লোশিংনা,
ফজহল্লি বিন্ধ্য চীংজাও
লৈরি চীংদোল খুদিংমক্তা,
শাশিংগী নিংথৌ নোংশাদি ।
খুাইদগী হেন্না ৱাংলবা,
চীংদোল ময়াম অদুদগী,
চেন্থরক্লিবা ইশিংনা,
ওইহল্লি থোইনদি ইংবা,
খন্দবা ঙমদে পুক্লিংদা,
চীংজাওনা মোমোন নোকপনি
দানব, গন্ধৰ্ব্ব, কিন্নর,
লাইশিং পুন্নমক অদুনা,
মা মাগী চানবীশিংগা,
শানরি হয়াও তয়াম্না,
হেনগংহন্না ফজবসি ।
ৱাংমনখিবনা চাংজাওসি,
নিংথিজৈ স্বর্গ মতৌগুম ।
ত্রোং ত্রোং লাওনা চেন্থরকপা,
ইফুৎ মচাশিং অদুনা,
বিন্ধ্য চীংখোংদা চেল্লিবা,
তুরেন মচাদি কয়াদা,
মবুক থলহনবতা নত্তু,
অনন্ত মরৈ লিশিংনা,
লৈবগুম হা হা তন্নদি,
উহল্লি চীংজাও অসিদি ।
গুহাগুন্না হিমালয়গী,
বিন্ধ্য চীংজাও অসিদসু,
লৈরি গুহা ময়াম অমা ।
অনিগুম্না ফজবাস
য়েংনদি লাকপনা রাবন,
য়েৌাখ নর্মদা তোকান্দা,
লোইননা মাগী নাম্মিশিং ।
নুংজেং-মুঙ্গাইলত্তা চেনবী,
ইচেলদি তথক তথকপি,
পুন্যদি চেনবী নর্মদা,
চেহ্নরি তখৎ তখৎনা,
তিন্নগে খন্না সমুদ্র ।
কালেন নুংশাগী মৈশানা,
চাকথেকাপরবা লমশাশিং,
ইরোই, নোংশা, স্মর, শওম,
কৈ, শামু অসিনচিংবা,
মৈশা থাংল লুপ্পদুনা,
ইরোম্মংদা নর্মদাগী ।

মতমচুপ্পগী ময়াই কানা,
কোইরৈ লৈনা পাইবা ঙম্বা,
চক্রবাক, কারণ্ডব, হংস,
জলকুক্কুট, সারস,
উচেকশিং ময়াম অশিনা,
শানরি মতম চুপ্পদি,
ইহনবা নর্মদা মাগী।

নর্মদা কৌবী নিংথিবী,
তুরেল লম্বুগী অথোইবী,
খোইদোক হেন্দোক্না ফজবী,
উরি মতৌগুম নুপিগী।

তোর্বান অনিদা হৌরিবা,
হৈপাল-লৈপাল-উপালশিংনা,
ফিজেৎ-লৈতেংনি মাগীদি।

চক্রবাক লাবা অমোম্না,
খোমজাও অনিনি নিংথিবা,
পাক্না শন্দোকপা লাইজনা,
মথনি তুরেন মাগীদি,
কাণ্ডাশিং পরেং অত্তুনা,
খাংজিনি মাগী নিংথিবী,
লৈগী লৈরিকশিং অত্তুনা,
লাইজ মথক্তা তাওবদি,
মশাদা চন্দন চাইবনি।
অরংবা কোজোল লাইজগী,

শাড়ীনি নাপু মচুগী।
মাগী লাইজদা লুপ্পদা,
লাইজ মাবু শোকপদা,
কয়াগী মতিক নুংঙাইবা।
শাংকাইবা থম্বাল মতৌগুম,
পেনবা লৈতে যেংবগীদি।

যেংনা য়েংনা রাবন নিংথৌ,
চোংথখি দোলাই থক্তুগী,
লুপখি নর্মদা লাইজদা।

মতুং অত্তুদা রাবন্না,
মুনি ঋষি কয়ানদি,
সেবা তৌনদি লৈরিবা,
নর্মদা তের্বান মথক্তা,
ফমখি মন্ত্রিশিং লোইননা,
"তশেংবা গঙ্গানি মসি,"
অসুম হায়ত্তুনা রাবন্না,
থাগৎখি অপেনবা উৎনা।

মনাক্তা লৈবা মন্ত্রিশিং,
মখোই ময়ামগী মফমদা,
হায়রকই রাবন নিংথৌনা,
য়েংঙু নুমিৎ কৌবা লাইসি,
মঙাল মশেক্তি লিশিংনা,
মচুগুম সনা অহিংবা,
ঙাল্লি জগৎ শিন-থুংনদি।

অদুবু মাগী মঙালনা,
অতিয়া ময়াইদা লৈনা,
মৈ চাকপগী মতৌশুম্না,
য়েংলব্রবস্থ পৃথিদা,
ঐহাক্না মফম অসিদা,
পোথানা লৈ খংবদগী,
ইংহল্লি থাজ মঙালগুম ।

নুংশিৎ কৌবা লাই অসিস্থ,
ঐহাকপু কিবা মরম্না,
মনম মুংশিনা ইংলবা,
হৈরাং-লৈরাং মনম পুনা,
থৌগল তৌররি তপ্পদি
তেকখৎহল্লি ঐগী হকচাং ।

নিংথিজবা নর্মদাস্থ,
পিরি থোংদোক্লা নুংঙাইবা,
ঐখোই পুম্নমক আসদা ।

য়েংঙু ইথকী মরক্তা,
মুস্তার, ঙা, উচেক ময়াম্না,
শানরিবসি নুংঙাইনা ।

অদুবু উরি ঐহাক্না,
নর্মদা কৌবী তুরেনসি,
কিথিকিরুম তৌনা লৈবী,
মুপি অমগী মতৌগুম ।

ইন্দ্রগুম্না অকনবশিং,
নিংথৌশিং কয়া অমগা,
লাম্লেংনরকপা মতংদা,
শোকখিবা মফম থুংলাইনা,
রক্ত চন্দম্না তৈবগুম,
ঈনা ঙানা তৈনা লৈরি,
নখোইগী নশা পুম্নমক ।

মরম অদুনা নখোইনা,
ময়াই কারবা শামুনা,
গঙ্গাদা স্নান তৌবগুম,
নুংঙাই য়াইফবা পিঙস্নী,
মঙ্গলগী মশক ওইরিবী,
নর্মদা কৌবী তুরেন্দা,
স্নান তৌ নশা ফনবা ।

ঐস্থ ঙসিগী নুমিত্তা,
মেরা থাজগুম লংসবা,
নর্মদা খোংবাল অসিদা,
জটা পুতুনা লৈরিবা,
মহাদেব ইবুঙ্গোদা,
পূজা তৌগে লৈদি কংনা ।

রাবনগী য়াথং ফংবদা,
প্রহস্ত, শুক, মহোদর,
সারন অমস্তুং ধুম্রাক্ষ,
হিংচাবশিং পুম্নমক্লা,

স্নান তৌখি নর্মদাদা ।
শামন, অঞ্জন, পদ্ম শাম্.
মাইকৈ ভাকপশিং অস্নিনা,
গঙ্গা তুরেন নৈখাইবগুম,
রাবনগী শাম্ ময়াম্না,
কুমথহ্না নর্মদাদা.
শানখি মনিং তৌনদি ।

স্নান তৌরবা মতুংদা,
হিংচাবা ময়াম অহুনা.
শিব পূজাগীদমক্তা,
পুরকখি লৈদি থিরগা ।

লৈ-শুদি ময়াম অহুনা,
শুক্লা মংবা নোং মতুমগুম,
পুক্লিং হুরবী নর্মদা,
হিদেন্দি ১তা ফবদা,
পৈশিনখি চীংহুম মচাগুম ।

শেমগ্রবদা লৈগী চীংদি,
রাবন কুমখি স্নান তৌবা,
শেংলবী তুরেন ইচেলদা ।

বিধিদি কাইদনা রাবন,
স্নান তৌরবা মতুংদা,
জপতি তৌখি মন্ত্র থিনা ।

কাখৎলগা তুরেন্দগী,
অকংবা মফম অমদা,
হোংখি অশেংবা ফিরোনদি
চীংনা চংলকপা মতমদা,
মঙোন্দা হৌবা উ-রাশিং,
চৎপগুম মখোই য়াওনদি,
মখুৎ লোম্ননা রাবন্না,
কারকপদা ইশিংদগী,
মতুং ইনখি হিংচাবশিং,
মুর্তিদি নাইনা চীংজাওগুম

হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
চৎপদি মফম খুদিংদা,
সনানা পুমহৈ হৈরবা,
লোইনরি শিবলিঙ্গদি ।

লৈঙোইগী শেক্তা মথক্তা,
নিংথিবা আসন শেম্লগা,
থমহুনা শিবলিঙ্গদি,
তৌখি পূজা লৈ-শু কৎনা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না ।

ইবুঙেঙা মহাক অসিদি,
থোকপনি লাইবক্তা থাদি,
ভক্তশিংগী মফমদদি,

পিবনি পামজবা বন্নদি। তৌজখি শিব পূজাদি,
মপূক্কিং ফানা য়াবন্না, অগোই শানা লাইমাংদদি।

**মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৩১শুবা সর্গঃ লোইরে।**

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৩০শুবা সর্গঃ

( অর্জুনগা নর্মদা তুরেন খিংগৎপা, রাবনগা লৈশিং তাউথোকখিবা, অর্জুন রাবনগী লান, রাবন বন্দি ওইবা। )

মহর্ষিনা হায় শ্রীরামদা,
নর্মদা তুরেন খোংনুংদা,
থম্মোই পাম্রবা রাবননা,
লৈ-ফুগী চৌংহুম শেম্নগা,
পূজা তৌরি নিংথিজনা।
পূজা মফম অসিদগী,
খরা থাগুকপা হিদেন্দা,
খোইদোক হেন্দোক্না কল্লবা,
অথোইবা নিংথৌ অর্জুনা,
গোইননা মাগী নুপিশিং,
শানরি হরাও তয়াম্মা,
লাইজনুংদা নর্মদাগী।
শামুদি অমোম লিশিংগী,
মরক্তা লৈবা লমশাগুম,
নুপি ময়াম্নী মরক্তা,

লৈবদি অর্জুন নিংথৌনা,
কয়াগী মতিক নিংথিবা।
হায়রিবা নিংথৌ অসিনা,
মশাগী মপাঙ্গল খংনবা,
মাগী মথুং লিশিংহুনা
ইচেল নাইরবা নর্মদা,
থমখি পন্দি খাগত্তুনা।
অকনবা অর্জুন নিংথৌনা,
ইচেল খিংনা থমখিবদা,
চাউখংখি নর্মদা ইশিং,
চেনখি ইচেন্দি হঙ্গংনা,
ইশিং থুমখি পূজা মফম।
ঙা, মকর, নক্র, হৈ-লৈশিং,
কুশনচিংবা পুম্নমক,
নোংজুথা ইশিং লাকপদা,

তাউখিবগুম তুরেন কাওশিং,
পুথখি পূজাগী লৈশিং।
হনগৎনা চেনবা ইশিংনা,
পূজাগী পোৎলম ময়ামদি,
পুখি মকম খংহৌদনা।
পূজা তংখাই চল্লকপদা.
পূজাগী পোৎলম পুম্নমক,
ইচেন্না পুখিবা মতৌ,
উবদা রাবন নিংথৌনা,
পূজা বিধি মতুং ইন্না,
তোরুগা তংখাই অদুদা,
শাগৈগী মোদা নত্রগা,
চানরবীদা য়েংবগুম,
য়েংনা লৈখি নর্মদাদা।

নোংচুপ্তা চেনবা ইচেন্না,
হনগৎনা নোংপোক চেল্লকপা,
মতৌনি ওন্ন-তৈনবা।

সমুদ্র ইথক হৌবগুম,
চাউখৎলকখি পরপ পরপ।

তুরেন নাকন্দা হৌরিবা,
উ-বা পাম্বৈশিং মছাদা,
তোংদুনা উচেক রাম্নাশিং,
ইংনা লৈরি মহৌশাগুম।

লমচৎ ফজবী নুপিদা,
য়েংবগুম রাবন নিংথৌনা,
য়েংখি নর্মদা ইচেন্দা।

মচিন্দা রাদি ঙাংদনা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
মখুৎ য়েত্তি থাঙ্গজুনা,
ইঙ্গিৎ তৌখি শুক-সারন,
হিংচাবা মচিন মনাওদা,
খংলুনবা মরম অদু।

ইঙ্গিৎ ফংবদা রাবনগী,
শুক সারন অনিমক্না,
পাইনা চংখি নোংচুপ পাংনা,
অতিয়া লম্বা অদুদা।

হিংচাবা অনি অসিনা,
যোজন তংখাই পাইরকপদা,
তৌবা ঙম্বদি অমনা,
নুপি ময়ামগা লোইনন,
নর্মদা তুরেন ইশিংদা
শাননা লৈবা অদুব,
উবদি ফংখি নিংথিনা।

থোইনা চাউবা শাল পাম্বাগুম
নুপা অসিগী মশাদি,
রা-চাউই অকিবা ফংনা,
ময়িৎ ঙাংলি ময়াই কারি,
তাউরি নুংঙাইবা ইপাক্কো।

চীংজাওনী মখোং লিশিংনা,
লৈবগুম পৃথি য়ৈম্নশিন্না,
মহাক্কী মথুং লিশিংনা,
থিঙ্গৎনা থম্লি নর্মদা,
ঙমহন্দে চেনবা ইশিংদি।
শাম্ন অমোম লিশিংলগা,
ময়াই কানা মতোম্মগা,
লৈরিবা শাম্ন লাবগুম,
তনৌনা মথোং কারবী,
থোইদোক হেন্দোক্না ফজবী,
নুপিদি লিশিং মরক্তা
লৈরি মনিং তৌনা অর্জুন,
শানরি মপুক্কিং পেন্না।
হিংচাবা শুক সারন্না,
অংকপগী মশক ওইবা,
উবদা অর্জুন মতৌদি,
হল্লক্লুনা রাবন নাক্তা,
তমখি পাওদি মরিক চুম্না।
লঙ্কাগী নিংথৌ ইবুঙো।
শাল পাম্বীগুম রাং-চাউরবা,
অঙকপা মীশক অমনা,
নর্মদা মাগী ইচেন্দি,
থিঙ্গৎলগা মথুংনদি,
শানহল্লি ফজবীশিং।
মগী মথুং লিশিংচুনা,
থিংনা থম্বদা নর্মদা,
হেনগংলকপনি ইশিংনা,
ইহৌবগুম পরপ পরপ।
তাবদা শুক সারন বা,
হন্দুনা অর্জুন ওইগনি,
লানবু পামজবা রাবন্না,
যাত্রা তৌখি লানগীদমক
লোইননা মাগী লান্মগা।
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
লাকপদা অর্জুন লৈফমদা,
লম্বাদা নোংলৈ-নুংশিৎনা,
শিৎলকখি অকিবা ফংনা।
অথাক অরাওগা লোইননা,
চুখ নোং অঙকপা ফংনা।
অর্জুন্না লৈবা মফমদা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
চংখি মাগী মন্ত্রিশিংগা।
অমুবা কাজল মচুগুম,
মুনা কল্লবা রাবন্না,
মিংকুপ থরত মনুংদা,
থুংলখি অর্জুন মনাক্তা।
মতম অসিদা রাবন্না
তিন্নানংবগী ময়াইনা,

ঙাওরবী অমোম ময়াম্না,
ইকোই কোইশিন্না থম্লিবা,
শামু লাবগী মতৌগুম,
মথোইকাবী নুপিশিংনা,
কোইশিন্না লৈবা অর্জুনবু,
উবদি ফংখি থাগুক্লা।

মতৌ অসিদি উবদা,
শাওখি হায়নিংঙাই লৈতনা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না।

কৌবগা অর্জুন মন্ত্রিদি,
হায়বকই রাবন নিংথৌনা,
তাও মন্ত্রি নখোই পুম্নমক,
থিন্দবা তৌদনা হায়রু
নখোইগী নিংথৌ অর্জুন্দা,
রাবন্না লাল লাক্লি হায়না।

রাবনগী বাদি তাবদা,
মন্ত্রিশিং ময়াম অহুনা,
হায়রকই খুংলাই পাইখৎনা,
বা'বা! রাবন! খংলে নংনা,
লানগীদি মতম ফজনা।

হৌজিক ঐখোইগী নিংথৌদি,
পেন্না শানৈ-য়ুনৈরগা,
নিংথিনীশিংদি লোইননা,
শানরি মথোই কানদি,

নর্মদা মাগী ইশিংদা.
মতম অসিদা নহাক্লা,
লাক্লি লান্দি তৌসি হান্ননা।
শামু অমোমশিং মরক্তা,
মনিং তম্লিবা লাববু,
কৈনা লানশিংনরুবগুম,
নুপিশিংগা শানরিবা,
অর্জুন নিংথৌগী নফমদা,
শিংনররি লান নহাকস্থ।

নকোক তরা পানবা রাবন।
পাম্নবদি লান নহাক্লা,
পোথারো ঙসি অহিংসি,
থেংনবিয়ু লান হয়েংসি।

ঙসিদি লান য়ৈথোকপগী,
ঙাকপিয়ু অশোইবা অহু।
লান তৌদবা য়াদ্রগদি,
ঐখোই মাইথিবা পিরমখো,
মতুংদা শোক্নৌ অর্জুনগা।

তাবদা বাহৈশিং অহু,
রাবন মন্ত্রিশিং অহুনা,
অর্জুন মন্ত্রিশিং পুম্নমক,
মাইথিবা পিথি লানফমদা।

মবুক লাম্নবা হিংচাবা,
মখোই খরদি অমনা,

চাখি অর্জুন মন্ত্রি খরা ।
লান্দা কাইত্তুনা চেন্নকপা,
নিন খোংবা অর্জুন লাম্মিনা,
রাবন লাম্মিনা হরাওবা,
খোঙ্গেল অনি তিন্নবদা,
ইথক হৌখি নর্মদাদি ।
অর্জুনগী মন্ত্রি ময়াম্না,
তোমর, প্রাস, ত্রিশূল, বজ্র,
খুৎলাই পুম্নমক কাপ্তুনা,
রাবন অমদি মন্ত্রিশিং,
পিখি থোইদোক্না অরাবা ।
নক্র, মীন, মকর, ঙাশিং,
লোইনরবা সমুদ্রনা,
অকিবগী মশক ফংনা,
হৌরকপগুম ইথক-ইপোম,
হিংচাবা লাম্মি পুম্নমক,
হৌরকখি খুদক অত্থুদা ।
লানজংদা হিংচাবশিংগী,
লাম্মি পুম্নমক অর্জুনগী,
চেন্নখি খাংবা ঙমদনা,
মাইকৈ সলাইদি খংদনা ।
মন্ত্রি শুক, সারন, প্রহস্ত,
অতৈ লাম্মিদি অম্নাম্বা,
অশাওবনা মাংওইননা,
তানখাইখি অর্জুন লাম্মিশিং ।

লেমহৌবা লাম্মি খরনা,
চেনখিত্তুনা থক-থক নিক্না
মমাইকানা শানরিবা,
অর্জুন নিংথৌগী মফমদা,
রাবন মখুত্তো ফংখিবা,
পাও অত্থু লান মাইথিবগী,
তমজখি মথৎাই শোক্নদি ।
তাবদা লানগী পাও অত্থু,
মমাংদা নুপি ময়ামগী,
হায়রকই অর্জুন নিংথৌনা,
“কিনিংঙাই লৈতে নখোইগী” ।
শামু লমশাগুম শাওনদি,
নর্মদা ইরোননুংদগী,
কাখৎখি অর্জুন নিংথৌনা ।
শাওখিবনা অর্জুন নিংথৌ,
ঈ কাখিত্তুনা মমিত্তা,
উরি মহাক প্রলয় মৈগুম ।
সনা অহিংবা মচুনা,
তমজনবা মশক ওইবা,
হৈহয় নিংথৌ অর্জুন্না,
গদা পাইত্তুনা মখুত্তা,
চেনশিনখি থোইনা শাওনদি,
মাইকৈদা হিংচাবশিংগী ।
মখুৎনা গদা লৈরকপা,
শউমগী মত্তেং লৌত্তুনা,

পাইশিনখি অর্জুন নিংথৌনা,
তমহুনা হিংচাবা লাম্মি।
লম্নাদি সূর্য্য দেবগী,
থিংবগুম বিন্ধ্য চৌংজাওনা,
হিংচাবা মন্ত্রি প্রহস্ত,
মুসল খুংলাইদি পাইহুনা,
থিংনদি থমখি অর্জুনবু,
লেংহন্দনা বিন্ধ্য চৌংগুম।
মথোই কারবা প্রহস্ত,
অর্জুন হাংলগে মতাগুম,
য়োংনা হৈহুনা শারবা,
পাইরগা মুসল অমদি,
লংশিনখি অর্জুন তম্নাদি।
প্রহস্তনা লংথোরকপা,
মচিল অহুদি মুসলগী,
লৈরাংনা য়োম্না শাংলবা,
অশোক পাম্বীগী মতৌগুম,
মৈরিনদি পুমডাং ডাংনা,
অর্জুন চাকথেক্কে মতাগুম,
পাইশিনখি ডংনা খোংনদি।
অহুবু অর্জুন নিংথৌনা,
থৌশাবিদনা খুংলাইহু,
ডাকথোকপিখি ইরাই লাইনা,
খুহুনা মাগী গদানা।
মতুং অসিদা অর্জুনা,
মাগী মপাঙ্গোম চামডানা,
অরুম্বা গদা অমমম,
পাইখৎলগা লৈ-না লৈ-না,
চেনশিনখি প্রহস্ত তম্না।
গদাগী চৈথেং ফংবদা,
প্রহস্ত কৌবা হিংচাবা,
বজ্রনা থাবা চৌংজাওগুম,
লোংনা তাখি লৈমাইথক্তা।
প্রহস্ত তুবা উবদা,
মারীচ, সারন, মহোদর,
শুক অমসুং ধূম্রাক্ষ,
চেন্নখি লানফম থাদোক্না।
লান্দা প্রহস্ত তুখিবা.
মন্ত্রিশিংনা চেন্নখিবা,
ঙবদা মতৌ অসিদ,
চেনশিনখি রাবন লানফমদা
মথুং লিশিং পানবা অর্জুন,
কুন্দি পানবা রাবন নিংথৌ,
থেংনবা হৌখ খুদক্তা,
লানদি তুজুংবা ফংলবা।
ইথক কন্নদি হৌরবা,
অচৌবা সাগর অনিগুম,
মরু খিংবা চৌং অনিগুম,
তেজ লৈবা নুমিৎ অনিগুম,
অচাকপা মৈফম অনিগুম,

অকনবা শামু অনিগুম,
যণবী অমগীদমক্তা,
ঙাওরবা লাবা অনিগুম,
মতম অমতদা খোংবা,
নোংগীদি মপৈ অনিগুম,
মপাঙ্গলদা চাউথোক্লবা,
অকনবা নোংশা অনিগুম,
রুদ্র যমরাজদি অনিগুম,
হিংচাবা নিংথৌ রাবনগা,
হৈহয় পতি অর্জুনগা,
গদাগী লান্দি অকনবা,
থেংনখি অরোইবী থানা,
অমনা অমবু ফুনা,
পিনখি চৈনাখোল কন্না।
অকনবা বজ্র শাফুদি,
খাংবগুম চীং পুম্নমক্লা,
অর্জুন রাবন্দি অনিমক,
গদা খুৎফু মাগী মাগী,
খাংনখি থক থক নিক্লদি।
বজ্র তাবগী মখোম্না,
তাবগুম হোৌনা ঙাংনদি,
গদা য়েনবা মখোলনা,
তাবা ফংখি হোৌনা ঙংনা।
রাবন মাগীদি মথবাক,
ফুবদা অর্জুন গদানা,
মৈরিক্তি থোকখি নোংথাংগুম।
গদানা রাবন নিংথৌগী,
ফুবদা অর্জুন থবক্তা,
শঙ্গাইশেন তাবগুম চীংদা,
উবা ফংখি মখোল থোক্লা।
অর্জুন রাবন্দি অনিমক,
য়েনখি পোথানদনা।
বলি ইন্দ্রগী মতৌগুম,
থেংনখি লানবা মাননা।
যন লাবা হাতম অনিনা।
রাইনবগুম মচী মচী,
শামুদি লমশা অনিনা,
য়াথিন্নবগুম শাওননা,
অর্জুন রাবন্দি অনিনা.
থেংনরি ক্রক ক্রক য়েংননা।
মতুংদা অর্জুন নিংথৌনা,
শাওখিহুনা থোইদোক্লদি,
খোমগাইখি মাগী গদানা,
থবাক্তা রাবন নিংথৌগী।
রাবনগী থবাক অচৌবা,
কনবনি বর শক্তিতনা,
ঙমদে করিস্তু শোকপদি,
ফুহুনস্তু হন্না হন্না।
তেকখি অনি খোক্লা গদা,
তাখি পৃথি লৈমাইদদি,

অকনবা অর্জুন নিংথৌগী।
খুৎফুনদি কনখিবনা,
রানদি থোকখি রাবন্দা,
মনিং হন্না চৈনা খাংনা,
লৈখি লিক্লংমুক হন্দোক্লা,
অর্জুন গদাগী চৈথেংদা,
রাবন্না জ্ঞান মাংনা লৈবা,
উরদুনা মতৌ অদু,
গরুড়না লিন্দি ফাবগুম,
ফাখি অর্জুন্না রাবন্দি।

বলি পুনবগুম হরিনা,
অর্জুন মথুং লিশিংদুনা,
নমদুনা ফারগা রাবন,
পুনশিনখি থোইনা চেৎনদি।

রাবনগী দশা উবদা,
সিদ্ধ চারন লাই পুম্নমক,
'য়াইফরে, য়াইফরে' হায়না
লৈ চাইথখি অর্জুন থক্তা।

কৈনা শক্তিদি ফাবগুম,
নোংশানা শামু হাৎপগুম,
হৈহয়পতি অর্জুন্না,
রাবন ফারবা মতুংদা,
হরাওখি থোইদোক হেন্দোক্লা,
নোংদি খোংবগী মতৌগুম,
কয়া লাওখি সিংহনাদ।

রাক্ষসরবা প্রহস্ত,
তারকখি জ্ঞান মতমসিদা,
উবদা রাবন পুনবদু,
য়াম্না শাওনা তফিং তফিং,
চেনশিনখি অর্জুন তম্নদি।

প্রহস্ত মতৌ উবদা,
অতৈ অতৈ হিংচাবসু,
চেনশিন্নখি অর্জুন তম্না।

ইহৌরকপগুম সমুদ্র,
পাইশিনখি হিংচাবা ময়াম।
'থাদোকউ, থাদোকউ, ভাইখো,
অসুম হায়না লাওনা লাওনা,
কাপশিনখি খুৎলাই ময়ামদি,
অকনবা অর্জুন মথক্তা।

থৌশাবিখিদে অর্জুন্না,
খুৎলাই পুম্নমক অদুদি
নাম্থোকহনখি অরেম্বদা,
শোকহন্দনা মশাদদি।
নোংগী মপেবু মুংশিৎনা,
চাইথাইবগুম শরা শরা,
হিংচাবা লাম্নি পুম্নমক,
চাইথাইখি অর্জুন তেম্বনা,
তানথাইখি লানফমদগীদি।

হংচাবা মন্নাম অহুবু, ঃকচখি অর্জুন নিংথৌবু,
াইখিবা পিরগা অর্জুন, াইহুনা হৈ-লৈ-চেং-থোইদিং।
ুরকখি রাবন্দি পুন্না। ালি তাম্হোকশ্রবা মতুংদা
লেবাক প্রজা পুম্নমক্না, ইন্দ্রনা স্বর্গ চংবগুম,
লাইনহুনা ব্রাহ্মনশিংগা, ংখি অর্জুন মাগী কোনুং।

।ং।ং এসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৩৪শুবা সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ৩৩শুবা সর্গঃ

( অর্জুন মকমদগী পুলস্ত্যনা রাবন লোথোকপা । )

মহর্ষিনা হায় শ্রীরামদা,
অর্জুন্না রাবন ফাখিবা,
পাও অদুবু পুলস্ত্যনা,
তাবা ফংখি স্বর্গদগী,
হায়রক্লুনা লাইয়ামশিংনা ।

মবুক তপ্নবা মহর্ষি
ওইরবসু থাংবা কনবা,
মশু নুংশিবা থোরিনা,
পুনখিবনা থোইনা কন্না,
মপুক্কিং তম্মাং-তশোইনা
অর্জুন উম্নগে খন্দুনা,
লাকখি মাহিস্মতীপুরদা ।

পুক্কিং মতৌগুম্না য়াংনা,
নুংশিংকী মমাংদি থানা,
লাকখি অতিয়া লম্বীদা,
য়ৌনবা অর্জুন মফমদি ।

লাকপগুম প্রজাপতিনা,
কোম্নুংদদি অমরাবতী,
ফজবা পুন্নমক তিনবা,
মাহিস্মতী কোন্নুংদদি,
চংখি হরাওনা মহর্ষি,
চিংনদনা মপুক্কিংদা ।

অতিয়াদগী তারকপা,
মতৌগুম নিংথিবা নুমিৎ,
মখোংনা লাকপা মহর্ষি,
উবদা থোংশংবশিংনা,
চেনশিনখিহুনা দরবারদা,
হঙ্গৎচখি মরম পুস্পা,
মফমদা অর্জুন নিংথৌগী ।

থোংশংবশিং মফমদগী,
ঋষি লেংলক্রে তাবদা,
হৈহয়পতি অর্জুন্না,

পুন্দুনা মকোক্তা ফিদি৹
চেন্থোকখি মহর্ষি ওকপা।
ইন্দ্ররাজগী মমাং থানা৹
চৎপগুম বৃহস্পতিনা,
পুরোহিত ময়াম অদুনা,
পুহনা পূজাগী পোৎলম৹
মাংদা চৎলি অর্জুনগীদি।
ব্রহ্মানা লাকপা উবদা৹
খুরম্বগুম ইন্দ্ররাজনা,
নুমিংকুম মঙাল চাউরবা,
উবদা পুলস্ত্য লাকপা,
খুরমখি অর্জুন চেনশিন্না।
মহামুনিগী মফমদা,
মধুপর্ক৹ গো৹ পাদ্য৹ অর্ঘ্য,
কৎলগা পূজাগী পোৎলম৹
হায়জখি মখোল তনিক্না।
তোয়না উবা ফংঙমদ্রবা,
উজরে মহামুনিদি।
মাহিষ্মতী লমদম অসি,
অমরাবতী মতৌগুম,
য়াইফরে থোইনা হেন্নদি।
লাইশিংতনা ফংজরিবা৹
ইবুঙো নখোং থম্বালদি৹
ফংজরে ঙসি ননাইনা,
মহৈ য়াম্লে পোকচবগী,

মপুং ফারে তপস্যাগী।
অমুক হায়নিংঙাই লৈজদ্রে৹
পুন্নমক ফরে ননাইগী।
ননাইগী প্রজা পুন্নমক,
ইচা—ইশু—নুপি—অঙাং৹
পুন্নমক অসি পুল্লগা,
তৌবা য়াবা থবক অদু,
তাকপিয়ু ননাই ঐঙোন্দা।
লৈবাক প্রজা পুন্নমক্কী,
হৃংলগা অফ-ফত্ত পাও,
হায়রকই অর্জুনদি য়েংনা,
মহামুনি পুলস্ত্যনা।
পাঙ্গল চাউরবা হে অর্জুন!
জয় তৌরে রাবনবু নংনা,
মপা লৈত্রে নংগী পাঙ্গল।
কিবদগী রাবন মাবু,
লেপখি নুংশিৎ, তপখি সাগর,
অদুগুম্বা রাবন মাবু,
মাইথিবা পিরগা নংনা,
থমগ্রে বন্দী অমা ওইনা।
ওইরসনু মিংচৎথিবা,
ইশুনুপা রাবন মাগী,
রাবনবু জয় তৌবা গুম্বা৹
ফংজরো নং মিংচৎ অদু।
ঐনা পাম্বা মতুং ইন্না,

থাদোক্লো ডসি রাবনবু ।
মহর্ষি মাথং ফংবদা,
পিদনা পাওথুম অমত্তা,
চংখিত্নুনা খুদক্তদি.
পুরকখি রাবন থাদোক্লা ।
লাইগী য়েক্লবা রাবনবু,
পুরক্লগা অর্জুননদি,
ইকাই খুম্নবা উত্তুনা,
দান তৌখি নিংথিবা ফিরোন,
শানখি মরূপ মৈ পাইনা,
মতুং অসিদা অর্জুন্না,
থুরমজখি মহর্ষিদা ।
মবুধো মুনি মপান্না,
অবাবা কোক্লবা রাবন,
চংলক্তুনা ইকাই ইকাই,
কোম্নখি অর্জুন নিংথৌবা ।
মতুং অসিদা ব্রহ্মর্ষি,
লেংখি ব্রহ্মলোক অদি ।
রাবন্না মাইথিরবসু,
মপান্দগী মবুধোগী,
কোকচখি অরাবা অহু ।
লৈরি অকনবা কন্নাদি,
চাউবা মাদে কল্লি হায়না,
অকনবা ওইগে থনবনা ।
অর্জুনগা মরূপ ওইরবা,
মতুং অসিদা রাবন্না,
কোইখি পৃথি শিন্থুংনদি,
জয় তৌনা নিংথৌ কন্নাদি

মহা· আসদা উত্তর কাণ্ডগী ৩৩শুবা সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৩৪শুবা সর্গঃ

( বালী রাবনগী লান, রাবন মাইথিরবা মতুংদা মখোই অনি মরূপ শানবা। )

অগস্ত্যনা হায় শ্রীরামদা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
কোক্রবদা অরাবদি,
ওইজখি মরূপ অর্জুনগা।
মুংনাংবা অমুক তৌদনা,
কোইখি পৃথি শিন-থুংনদি।
জগত জীবগী মরক্তা,
কল্লিতবু হায়রবদি,
নাপল চাউরবা রাবন্না,
চৎখি মখোইগী মফমদা,
শিংনরুই লান তৌসি হায়না।
মতম অমদা রাবনা,
বালী নিংথৌনা পাল্লিবা,
কিস্কিন্ধা কোবা লৈবাক্তা,
লাকখি লাম্মিশিং লোইননা।
সনাগী লিকফাং শিন্নিবা,

বালী নিংথৌগী মফমদা,
শিংনখি লান তৌসি হায়না।
মতম অদুদা সুগ্রীব,
যুবরাজ অঙ্গদ, সুষেন,
তারনচিংবা মন্ত্রিশিংনা,
লান পাম্বা রাবন্দি য়েংনা,
হায়খি নিংথিবা বাহৈনা।
হিংচাবগী নিংথৌ রাবন!
নংগী লানবা বালী নিংথৌ,
চৎখি সন্ধ্যা তর্পন তৌবা,
নংনা মাইয়োক্নবা ম্রাবা,
কনাদি লৈরি অতৈ য়োং?
মরম অসিনা হে রাবন!
ভাইবিথো মতম থরদং,
সমুদ্র ইরম মরিদা,
লোইরগা তর্পন তৌবদি,

লাক্কনি বালী শোইদনা।
মফম অসি য়েংঙ্, রাবন,
মোইবুং শুম ৬ৌনা পৈরিবা,
লৈপুংনি শরু-ভারুগী।
অকনবা বালী নিংথৌনা,
হাৎপগী লান পামজবশিং।
হিংচাবা নিংথৌ নহাক্না,
থরুবম্ অমৃতদি,
লৈত্রে নংনা হিংগদবা,
চংলবদি বালী নাক্তা।
বিশ্রবাগী মচা রাবন!
য়েংনিংবা পোৎশক পুষ্পক,
য়েংহোরো মতম থরসি,
লাক্লে অরোইবা মতমদি,
নংগী নপুন্সি অসিগী।
থুদক্লা শিবা পায়গা,
চৎলু খা সমুদ্র তান্না,
থেংনগনি মফমদুদা,
অকনবা বালী নিংথৌদি।
বাহৈদ্র তাবদা রাবন,
থিনা চৈরম্গা তারদি,
তোংখত্রুনা পুষ্পক দোলাই,
চৎখি খা সমুদ্র তম্না।
সনাগী চীংদুম শ্রিনবশুম,

অগক্লা থোকপা মুমিংকুম,
মচিনবান্দি তভাং তভাং,
রাংনদি চাউরবা বালী,
সন্ধ্যা উপাসনা তৌনা,
লৈবদু উবদা রাবন,
চোংথখি দোলাই থক্তগী।
ফাগে খন্দুনা য়েংজাওদি,
অকনবা নিংথৌ রাবন্না,
মনা-মনিন্দি নাইদনা,
চংশিনখি বালী তম্নদি।
য়েংথোকরকপদা বালীনা,
উবা ফংখি রাবন লাকপা,
খংলবস্ মহাক লাকপা,
লৈথোকখি খংশিন্নদনা।
শক্তি উবদা নোংশানা,
লিনবু উবদা গরুড়না,
থোওইদবশুম খোইদোক্লা,
রাবন উবদা বালীনা,
তৌখিদে বাখল থোইনদি
মবুক ফজ্রবা রাবন্না,
লাক্লি ঐবু ফাগে খন্না।
খংগনি ঙসি নুমিত্তা,
মথবাক ফানা পুল্লগা,
পুথনা সাগর অহুমদা,

তৌগে সন্ধ্যা উপাসনা৹
খনখি মবুক্তা বালীনা।
গরুড়না ফাখিবা লিনগুম৹
য়েক্কবা রাবন নিংথৌদি৹
মথোং মথুন্তি পুল্লগা৹
ঐগী থবাক্তা চপ্পত্থু৹
উরসনু লাইরামশিংনা।
মতৌ অসুম্না বালীনা৹
খন্না খন্না মপুক্কিংদা,
বৈদিকী মন্ত্র পুম্নমক,
থীরি অমতা বাত্তনা৹
খিন্দুনা চীংজাওগুম্নদি।
মপাঙ্গল ফরবা বালী,
অকনবা হিংচাবা রাবন,
ফাগে খন্না মহৈ মহৈ৹
থৌরাং তৌনরি চেকশিন্না
রাবন লাকপত্থু বালীনা৹
মহাকী খুৎচোং মক্কুংদা,
ম্নৌরক্লে হান্নবা খংহুনা৹
লিনবু ফাবগুম গরুড়না,
চোংশিন্দুনা ফাখি রাবন।
রাবন ফারবা মতুংদা,
অকনবা বালী নিংথৌনা৹
চপ্পুনা মথবাক্তদি,
চোংখি অতিয়া লম্বীদা।
কন্না চপ্পদা নারবা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
খোত্তংখি বালী মশাদা৹
মখুংজিন্না হন্না হন্না।
খোংলিবহু থৌশাদনা,
পুখিবগুম নুংশিংনা নোং৹
পুখি রাবন্দি চপ্পুনা,
অকনবা নিংথৌ বালীনা।
রাবন ফাহুনা পুখিবা৹
উবদা মাগী মন্ত্রিশিং,
খন্দুনা রাবন কনগেদি,
চেনশিনখি বালী তম্নদি।
হায়দোকপ্রবদা নোং মপৈ,
ভৈবগুম নুমিৎ তরংনা,
পাইহুনা চংখিবা বালী৹
উবা ফংখি তরং তরং,
হিংচাবা মন্নাম অহুনা।
বালীদি ফাবা ঙম্মরোই৹
খংলবদা হিংচাবশিং,
প্রোক প্রোক থেক্লা মখুং মশা৹
ফমথখি উপায় লৈতনা।
অবাংবা চীংজাও ফাওবনা,
থুংপা ঙমদ্রবা বালীদা,

ঈ ত্তোংশিংতনা শারবা,
ছিংচাবা মখোই থরনা,
করিদি তৌবা ঙমগনি।
উচেক মতৌগুম পাইওম্বা,
অকনবা বালী নিংথৌনা,
সমুদ্র মাইকৈ মরিদা,
চোংখিহুনা মথং মথং,
অয়ুক্কী মথৌ ওইরবা,
তৌখি সন্ধ্যা উপাসনা।
অসুম্বা বালী নিংথৌনা,
চোংহুনা নোংচুপ সাগরদা,
তৌখি সন্ধ্যা উপাসনা।
মতুংদা স্নান তৌরগা,
চোংখি অরাং সাগরদদি,
লোইননা রাবন নিংথৌগা,
চপ্পুনা মাগী থবাক্তা।
লোইরম্লগা উপাসনা,
অরাং সাগর মফমদদি,
অমুক চোংখি পুক্লিংগুম্বা,
নোংপোক সাগর মাইকৈদদি।
স্নান তৌরগা সাগরদা,
তৌখি সন্ধ্যা উপাসনা,
অকনবা বালী নিংথৌনা।
ইন্দ্রগী মচা বালীনা,

মতৌ অসুম্না তৌহুনা,
লোইখি সন্ধ্যা উপাসনা।
মতুং অসিদা মহাত্মা
রাবন চপ্না চোংলক্নুনা,
য়ৌখি কিস্কিন্ধা বন্দা।
সাগর মরি কোইরুরগা,
লোইননা লঙ্কা রাবনগা,
থুংলখি কিস্কিন্ধাদদি।
য়ৌরক্লবদা কিস্কিন্ধা,
মথবাক্তা চপ্পা রাবন,
থাদোকপিরগা বালীনা,
হায়রকই করেম্হুনা,
'কদাইদগী লাকপনো নং?'
পুমঙক ঙকখি রাবন নিংথৌ,
তথক তথকপা মিয়েংদা,
হায়রকই বালী মফমদা :
হে অকনবা নিংথৌ বালী।
রাবন্নি ঐহাক হিংচাবা,
লান শোক্লনিংহুনা নংগা,
লাকপনি ঐ মফমসিদা।
অহুবু ঐনা লৈহুনা,
নংগী নথবাক মঙ্গুংদা,
থুংব্রে ঐহাকী অনিংবা।
য়োংগীদি নিংথৌ নহাক্না,

পুন্নগা ঐবু শাবনগুম,
পুনা কোইখি সাগর মন্নি।
নংগী নপাঙ্গল নথৌনা,
ভৌবা ওন্না শক্তি অহু,
অওকপা ওইরি ঐঙোন্দা।
অকনবা নংতনা ফাবা,
ওন্ননি ঐবু খুদক্তা।
শিজিন্নহুনা শাদোংগুম,
পৃথিবনি ইয়াং-ন্নাংনা।
অহুগুম্না ভৌবা ওন্না,
কনাগী মতিক লৈগনি?
মন, বায়ু সুপর্ণশিংগী,
অয়াংবা থোংচং অহুগুম,
লৈরি নহাক্কী শক্তিদি,
চিংনফম থোক্কে মসিদা।
হে অথোইবা য়োংগী নিংথৌ!
ঐনা খংলে নংগী শক্তি,
মৈ পাইনা বাশক্লরগা,
মরূপ ওইবহু নহাকা,
ঐনা পামজৈ তশেংনদি,
থুংহল্লু ঐগী অপান্বা।
ঐগী ইতু-ইচা, কোন্নুং,
নিংথৌ খুভম, লনগৈ-পুকৈ,

অসিনচিংবা পুন্নমক,
নংগী ঐগীদি ভাক্তনি।
মতুংদা মখোই অনিমক,
লেংগোন্নখি হল্লাও হল্লাও,
মরূপ শানখি মৈ পাইনা,
চানখি মচিন-মনাওগুম।
রাবন বালী অনিমক্না,
থোইদোক্না হল্লাওমিন্ননা,
গুহাওন্না নোংশাগীদি,
কিস্কিন্ধা কোন্নুং মন্নুংদা,
চংমিন্নখি লেঙ্গোন্ননা।
মরোল অহুমগী য়েক্লবা,
ফল্লবা রাবন হিংচাবা,
মাগী মন্ত্রিশিং লোইননা,
লৈখি থা অমা মুংঙাইনা,
মতৌগুম সুগ্রীবমক্কী,
কোন্নুংদদি কিস্কিন্ধাগী।
রঘুকুলমনি হে রাম!
মাইথিরবন্নু রাবন্না,
বালীগী থৌজাল ফংহুনা,
মরূপ ওইখি অমুক হন্না,
ফংখি খুদোং চাবশিংদি।
বালী মাগী মপাঙ্গলদি,

লৈতবনি চাংদমনিংঙাই, মৈনা শিংবু চাকথেকপগুম,
অহুবু ইবুঙেঙা নংনা, হাংপিগ্রে তেন অমত্তনা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৩৪শুবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৩১শুবা সর্গঃ

( হনুমান পোকপা অমসুং সিদ্ধি ফংবা। )

মতম অসিদা শ্রীরাম্না,
মথুৎ অনি লোম্লবুনা,
থোইনা নোঙ্লুকপা মওংদা,
হায়রখি মুনি মফমদা।
বালী রাবন অনি অসি,
মপাদ্দি লৈতে কনবদা,
অদুবু মথোই অনিসি,
কনবা অমসুং শিংবদা,
য়েংবা ওমদে হনুমান্দি।
খাংবা কনবা লৌশিং লৈবা,
পাঙ্গল ফবা, নিতি চুম্বা,
হৈশিংনা মথৌনা ফবা,
গুণশিং পুম্নমক অসিনা,
লৈরি হনুমান মফমদা।
সমুদ্র উবা মতমদা,
অতৈ য়োংশিং পুম্নমক্তি,
অকিবা পোকখি মশাদা,
অদুবু হনুমান মাদি,
যোজনা চামা পাকপা সাগর,
লানখি অমুক্তং চোংবদা,
অকিবা পোকহনখি য়োংশিং।
লঙ্কাগী লাই অধিষ্ঠাত্রী,
পিরম্লগা মাইথিবদি,
চংখিদুনা লঙ্কা কোনুং,
উম্নখি সীতা মাগদি,
কোকহনখি সীতাগী অৱাবা।
হনুমান মতোম্মতনা,
হাত্তোকখি লঙ্কা মনুংদা,
সেনাপতি মন্ত্রি কয়া,
রাবন মচা অক্ষ য়াওনা,
হিংচাবা কয়া অমদি।
পুনবদগী ব্রহ্মাস্ত্রনা,

নাম্বোক্লগা হনুমান্না,
বারি শাখি রাবনগদি ।
মতুংদা মৈ কৌবা লাইনা,
পৃথিবী তুম্না চাকপগুম,
মৈদি থাখি লঙ্কা তুম্না ।
হনুমান মাগী শক্তিদি,
উবা ফংহৌই ঐহাক্না,
মতমদা লঙ্কা লানগীদি ।
যম, ইন্দ্র, বিষ্ণু, কুবেরনা,
খংলমখিরোই মাগী শক্তি ।
মাগী মপাম্বোম পাঙ্গলনা,
ওমখি লঙ্কা জয় তৌবদি ।
ফংবা ওম্বনি ইরৈবাক,
মরূপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈ,
লক্ষ্মন, সীতা পুন্নমকসি ।
ম্বোং নিংথৌগী মরূপ ওইবা,
হনুমান মহাক অসিনা,
পাংলমদ্রবা ঐগী ইভেং,
নৈত্তে সীতা ফংবগী রা,
থিরুনি সীতা কনানা ?
বালী সুগ্রীব অনিনা,
খৎনবা মতম অহুদা,
হনুমান মহাক অসিদি,
মরূপনি সুগ্রীব মাগী,

বন চাকথেকপগুম লাখৈনা,
কন্নিগী চাকথেক্তে বালী ।
মথবাইমক্লি খন্না নিংবা,
সুগ্রীব মাগী মরূপনা,
অহুক বারবা কাওবদা,
কন্নিগী তুমিন লৈখিবা ?
হায়রিবা মতম অসিদা,
হনুমান মাগী শক্তিদি
ফংদ্রিমাম্লে খল্লি ঐনা ।
হে মহামুনি অথোইবা !
হনুমান মাগী মরমদা,
হংজরিবসি ননাইনা,
খংহনবিয়ু চিৎথদনা ।
মরম চুম্বা রামগী বাহং,
তাবদা অগস্ত্য মুনি,
হায়রকই শ্রীরামদি ম্বোংনা,
হনুমানমকী মমাংদা ।
রঘু শাগৈগী ইবুঙো !
হনুমান মাগী মরমদা,
হায়বিরিবহু নহাক্না,
অচুম্বামক্লি পুন্নমক ।
পাঙ্গন্দা, য়াংনা পাইবদা,
বুদ্ধি লৌশিংদি লৈবদা,
হনুমান মাগা গ্রানবা,

লৈতে কনা অমত্তদি।
অহুবু ইবুঙেঙা হে রাম!
মাংবা রাদে মুনি শাপ।
তৌখি শাপ মুনি খরনা
হনুমান মাগী মকমদা
মরমদি অসি লৈবনা,
ফোংদোকপা ঙমদে শক্তিচু।
অঙাং ওইরিঙৈ হনুমান,
লৈরিঙৈদা অঞ্জনাগা,
মানা তৌখিবা ফত্তবা,
ইবুঙেঙা নংগী নকমদা,
লৈতে শিংথাবা ঙম্বগী।
মরম অহুবু ইবুঙেঙা,
তাবিনিংলবদি নংনা,
তাবিয়ু লিজগে ঐহাক,
রাথল অতোপ্পা খন্দনা।
সূর্য্য বর শক্তিতনা,
সনা অহিংবা মতুমগুম,
থোইদোক্পা নিংথিজরবা,
সুমেরু হায়না খংনবা,
লৈরি চীংচুমদি অমথক।
হনুমান মপা কেশরী,
নিংথৌনি মকম অসিগী।
মশক মতৌ চংথোল্লবী,
অঞ্জনা কৌবী ইবেম্মা,
মুপিনি কেশরী মাগী।
মুংশিং কৌবা লাই অহুনা,
মুপি অসিগী গর্ভদা,
থোইদোকপা অঙাং অমদি,
পিবিথি মচাদি ওইনা।
নিংথিজবী অঞ্জনানা,
নাপু মচুদি ঙমজবা,
মচা অসিদি পোক্লগা,
অরাম-খৌরাংবা কোক্লবা,
থিবদি উহৈ-রাহৈশিং,
চংখি মনাক নকপা বন্দা।
মমানা হুন্দোক্লরবা
পোকপদা ডাইরিবা অঙাং,
অরাম-খৌরাংবগী মৈনা,
শরবন্দা কার্ত্তিকেয়না,
তৌখিবা মতৌ অহুগুম,
কপখি থোইদোক্লা হৌনদি।
মতম অসিদা মুমিংনা,
থোরকখি তরং তরংনা,
অঙাংবা জবাকুসুমগুম।
মুমিং উবদা অঙাংনা,
উহৈদি ওইনা খন্দুনা,
চোংখি মুমিংকী মাইকৈদা।

লংনা চাউরবা অঙাংনা,
অয়ুক নুমিৎ অঙাংবদা,
পাইশিনখি য়োংকেদি থম্না,
অতিয়া লম্বী অতুদা।

পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং,
হনুমান মতৌ উবদা,
লাই-হিংচাবা,-যক্ষশিংনা,
ওইখি থোইদোক্লা অঙকপা।

অঙাং ওইবা হনুমান্না,
পাইখৎখি অতিয়া থক্তা,
য়াংনদি অসুক্কী মতিক,
বায়ু, গরুড়, পুক্লিংনদি,
ঙম্মোই পাইবা মাগুম্নদি।

পোকপদা ঙাইরিবা মানা,
তৌরিবা মতৌ অসিদি,
হয়েং পাখং ফাররুগা,
তৌরক্কনি মতৌ করম?

মহাকমক্কী হেক মচানা,
য়াংনা পাইহুনা চৎপহু,
উবদা নুংশিৎ নিংথোনা,
নুমিৎ মৈশানা মচাবু,
চাকথেকপিগ্রনি থন্দুনা,
উনগুম্বা নুংশিৎ শিৎনদি,
ইম্নখি মচাগী মতুং।

মপাগী শক্তি চংবনা,
ঙম্বনি অঙাংনা পাইবা,
যোজন্দি লিশিং লিশিংবু।
ওইবনা অঙাংগী রাথল,
পাইশিনখি নুমিৎ তমহুনা।

অফ-ফত্তগী রাখন্দি,
খংজবা নত্তে মহাক্তি।
নুমিৎ কৌবা লাই অসিনা
খনবনা মাগী মথৌতা,
চাকপিখিদে অঙাং অসি।

নুমিৎ ফারগে হায়হুনা,
পাইশিনখিবা মতমসিদা,
রাহু লাকখি নুমিৎ উম্বা,
থোকপনা মহাক্কী(রাহুগী)নুমিৎ
সূর্য্যগী দোলাইদা লৈবা,
রাহু অতু হনুমান্না,
হেক থেংনুবা মতমদদি,
কিমনখিদনা রাহুনা,
হুন্দোক্লগা নুমিৎ-থাদি,
চেম্বোকখি খুদক অতুদা।

রাহুদি সিংহিকা মচা,
মপুক্লিং থোইনা মুংশিনা,
চৎখিহুনা ইন্দ্র নাক্তা,
হায়খি বাদি পিগুম-গুক্না।

হে লাইনী নিংথৌ ইবুঙ্গো।
অরাম-খৌরাংবা ঐগীদি,
কোক্লবনি হায়না নংনা,
পিবিখি চন্দ্র সূর্য্যদি,
অতুবু নংনা ঙসিদি,
অতোপ্পা কনাগুম্বদা,
মতৌ করম দাপ তৌখ্রিবা ?
হায়খি মমাংঙৈদা নংনা,
সূর্য্যগ্রহন তৌ থাশিদা।
সূর্য্যগ্রহন তৌগে হায়না,
চংলুবা মতমদা ঐনা,
অতোপ্পা রাহু অমনা,
উমগ্রে সূর্য্যদি ফাহুনা।
তাবদা রাহুগী মরা,
ঙকখি ইন্দ্রদি খম থেংনা,
হৌগংখি ফম্মুম্বদগী,
খোইনা মপুক্লিং খোইরাংনা।
কৈলাস চীংজাওমুক চাউরবা,
ময়াদি মরি পাল্লিবা,
ঐরাবত শামু অথোইবা,
তোংখত্তুনা ইন্দ্ররাজনা,
রাহু মমাংদা থয়গা,
হনুমান সুমিৎ অনিনা,
লৈম্নিবা মফম অহুদা,
চংমিন্নখি খুদক্তদি।
অহুম ওইনমক রাহুদি,
থাদোক্লমগা ইন্দ্রদি,
চেনখি ইন্দ্র মাং থানদি।
মতম অসিদা হনুমান্না,
পাইবতু রাহু মকোক্লা,
মতৌগুম চীংহুম মচাগী,
উজখি উহৈ মতৌগুম।
রাহু মতৌদি উবদা,
থাদোক্লমগা সূর্য্যদেব,
পাইশিনখি রাহুদি তম্না।
মহাকপু তম্না পাইরকপা,
উবদা অঙাংগী মতৌ,
মকোক্তা ঙাইবা রাহুনা,
ফিংনা চেনখি পাখত্তুনা।
রাহুনা কৌরগা ইন্দ্র,
লাওরকখি কনবিয়ু হায়না,
খুদোংথিবা অহুদগী।
হায়া খংলবা ইন্দ্রনা,
শোক্লবা খোঙ্গেল রাহুগী,
তাবদা হায়খি রাহুদা,
কিগনু মহাক হাৎলগে।
অমুক উবদা ঐরাবত,
'হেম্না চাউবা উহৈ লৈরে,

খল্লহুনা হনুমাগ্না,
পাইশিনখি ঐরাবত তম্না।
অঙাংনা শামদি তম্না,
পাইশিল্লকপা শক্রম অত্থ,
উবা মতমদা ইন্দ্ররাজ,
পোকখি মশাদা অকিবা।
অত্থম ওইনমক ইন্দ্রনা,
তৌদনা ইপা-পাখৎপা,
লংশিনখি অঙাংদি তম্না,
বজ্র অত্থ মখুত্তগী।
ইন্দ্র বজ্রনা পানবদা,
তেক্কনা মখুউ ওইথংবা,
তাখি হনুমান চীংমাইদা।
বজ্র চৈনাখোল ফংবদা,
রান্থখি অঙাং জ্ঞান মাংনা।
মচাগী মতৌ উবদা,
শাওখি ইন্দ্রবু নুংশিংনা,
তৌবগী মচা মাংনবা।
জীব পুন্নমক্তা লৈবা,
শক্তি লৈরবা নুংশিংনা,
লেপখি মাগী য়াওল পুম্বা।
স্বর ফুনবনা জীব ময়াম
রাখি হা হাকার লাওনদি।
মচা পুত্থনা নুংশিংনা,
চংখি গুহাদি অমদা।

নোং হৈথত্থনা ইন্দ্রনা,
রাহনবগুম জীব পুম্বা,
নুংশিং থিংবদা নুংশিংনা,
রানখি জীব পুন্নমক।
শাওখিবদগী নুংশিংনা,
ওইখি জীবশিং অরাবা,
স্বরদি থিংখিবা মরম্না,
লৈখি অকংবা পাম্বিগুম।
মরোল অন্থমগী অধ্যায়ন,
যাগ, যজ্ঞ, ধর্ম কর্মশিং,
তৌবা য়াদবা মরম্না,
লৈখি নরক্তা তাবগুম।
মতুংসিদা লাই গন্ধর্ব,
অসুর অমসুং মীওইবা,
তিন্নত্থনা পুন্নমকসি,
লাকচখি ব্রহ্মা মফমদা।
লেপখিবদা নুংশিং শিংপা,
মবুক কংখৎলবা লাইশিং,
লোম্নত্থনা মখুৎ অনি,
হায়জখি ব্রহ্মা মফমদা।
লাইগী লাই ওইবা ইবুঙো
জীবশিং মথল মরিদি,
শেম্বিবনি নহাক্তনা।
পুন্নমক অসিগী পুন্সি,
থম্বি শিন্ননা নুংশিত্তা।

অতুদা পুন্সি ওইরিবা,
নুংশিৎ কৌবা লাই অসিনা,
রাহল্লমগা ঐখোইদি,
নুপিগুম লৈগ্রে লোকনুংদা।

অরাবদা তাহৌরবা,
ননাই ঐখোই পুন্নমক্না,
চংজরক্লি নফমদদি।

চানবিতুনা ইবুঙেঙানা,
তাকপিয়ু মরম অতুদি।

লাইশিংগী মরা তাবদা,
হায়রকই প্রজাপতিনা,
"মরম অমা লৈ মসিগী",
মরমতু হায়গে নখোই তাও।

শাওখিবদগী নুংশিংনা,
থোকখিবনি থৌদোক অসি।

রাহুগী পাওদম ইন্দ্রনা,
লৌখিবদগী থাজনা,
নুংশিংকী মচাদি ঙসি,
হাৎগ্রে বজ্রনা থাতুনা।

মতৌ অসিদি উবদা,
মপুাক্লং বারৌখিবনা,
থোকখিবনি থৌদোক অসি।

মশা লৈতবা নুংশিংনা,
মশা লৈবা জীবশিংদা,
থরাই পিরি কোইচেন চেন্না!

নুংশিৎ য়াওদ্রবা হকচাংদি,
পাংখক্লি অকংবা উগা,
নুংশিৎ হায়রিবা অসিনা,
থরাইনি পুন্নমকীদি,
ওইরি নুংঙাইবা মশক্তি,
জগৎ জীব পুন্নমকী।

লৈত্রবদা নুংশিৎ মানা,
হিংবা ঙম্লোই জগৎ পুম্বা।

জগৎকী পুন্সি ওইরিবা,
নুংশিৎ কৌবা লাই মহাক্না,
থাদোক্লমলে পুন্নমকসি।

নুংশিৎ বাৎপদগী নখোই,
লৈরে উকংগী মওংদা,
অরাবসি কোক্লনবা,
নুংশিংনা লৈবা মফমদা,
চৎসি ঐখোই পুন্নমক,
পেলহনলুদ্রবদি মহাক,
মাংলগনি ঐখোই পুম্বা।

পুন্নমক মাগী থৌশিন্নি।

মতুং অসিদা ব্রহ্মানা,
দেব, গন্ধর্ব্ব, সর্প, গুহ্যক,
মম্নাম পুন্নমক লোইননা,

অশিবা অঙাং লৈকমদা,
চৎমিন্নখি ইন্দ্র য়্যাওনা ।।
মকম অহু য়োৌরকপদা,
লাই, ঋষি, গন্ধর্ব্ব, যক্ষ,
ব্রহ্মা, পুন্নমক অসিনা,

উবদি ফংখি অঙাংহু,
লৈবদি নুংশিং তমপাক্তা ।
অঙাংগী মতৌ উবদা,
লাইয়াম পুন্নমক অহুনা,
পোকখি থোইদোক্তা নুংশিবা ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৩৫শুবা সর্গ: লোইরে ।

## শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৩৬শুবা সর্গঃ

( লাইয়াম্না হনুমান হিংগৎহনবা, অমসুং বর পিবা। মুনিগী শাপ্না হনুমান পংশিনবা, রামগী সভা ফম্বা লোইবা )

মহর্ষিনা হায় শ্রীরামদা,
মচানা শিবদা নুংশিৎ,
বাখি হায়রকম খংদনা।
উবদা ব্রহ্মাদি লাকপা,
মচাদি মথাদা কোম্না,
লৈজখি লেপ্না য়ুম্বীগুম।
সনা ফিগেদি শেংলিবা,
নুংশিৎ কৌবা লাই অসিনা,
তুহুনা ব্রহ্মা মখোংদা,
খুরমজখি অহুমশুক্তি,
সাষ্ঠাঙ্গ প্রনাম ওইনদি।
উফুল তৈখি মশা পুম্বা।
বেদগী মপু ব্রহ্মানা,
চিংখৎপিরগা মহাকপু (নুংশিৎপু),
অশিবা অঙাং মশাদা,
নান্থবিখি মথুৎমক্কা।
শোকপদা ব্রহ্মা মথুৎনা,
অঙাংদি শিনা লৈরম্বা,
জীবনা ইশিংদা লৈবা,
হিংবগুম ইশিং ফংবদা,
হিংগৎলকখি খুদক্তুদা।
উবদা মচা হিংলকপা,
জগৎকী থরাই ওইরিবা,
পেনজখি নুংশিৎ কৌবা লাই।
থিংহুনা থম্বা নুংশিৎ,
থাদোক্তুনা অমুক হন্না,
শিংখি মকম পুম্নমক্কা।
নুংশিৎ মপুক্রিং ইংবদা,
ইংজখি জগৎ জীবদি।
অচৌবা পুক্রি ময়াইদা,

শাৎচরিবা থম্বাল লৈরাং,
হাই-হুম্না হরাওজবগুম,
হরাওজখি জগৎ জীব।
যশ অমস্তুং বীর্য্য,
ঐশ্বর্য্য অমস্তুং শ্রী,
জ্ঞান অমস্তুং বৈরাগ্য,
জুড়ানি অহুমসি যুগকী।
ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর,
লাই অহুমনি মূর্ত্তি নাইবা,
বাল্য, পৌগণ্ড, কৈশোর,
মওং অহুম মী ওইবগী,
পুম্নমক অসিবু শেম্বা,
খ্বাইগী মপুদি ব্রহ্মানা,
নুংশিৎ মপুক্লিং পেম্নবা,
হায়রকই লাইয়াম মফমদা।
মহেশ্বর, ধনেশ্বর, অগ্নি,
মহেন্দ্র, বরুননচিংবা,
লাইয়াম নখোই পুম্নমক্কা,
খংলবনি মরম অসি,
অহুম ওইনমক নখোইদা,
ঐহাক হায়গে কানবা বা।
অঙাং অসিগী হাক্তক্তা,
লাইয়াম নখোই পুম্নমকী,
কানবা থবক পুম্নমক,
শোইদ্রবনি পাংথোকপদি,
মরম অসিনা নখোইনা,
বর পিরম্মু অঙাংসিদা।
মমিৎ লিশিংদি পাল্লবা,
ইন্দ্র কৌবদি নিংথৌনা,
খোইনা হেম্না পেনবিহুনা,
পরেংদি সনাগী থম্বাল,
শিবিরগা অঙাং ঙক্তা,
হায়রকই খোইনা নুংশিনা।
ঐনা লংখিবা বজ্রনা,
থুদেকখি নহাক্কী নখু,
মরমসিনা ঙসিদগী,
'হনুমান' হায়না জগত্তা,
ওইরসনু অফাওবা য়োং।
অতোপ্পা বরদি অমনা,
চংদবা ওইরো নঙোন্দা।
অমম্বা মাবু মাংহনবা,
সূর্য্যদেব ইবুঙেঙানা,
হায়রকই হনুমান ম্নেংনা,
ঐগী মঙাল পুম্নমক্কা,
চামগী শরুক অমদি,
পিরবনি নঙোন্দাদ।
শাস্ত্র পুম্নমক অহৃদি,
হৈগে খল্লবা নহাক্না,
তম্বীগনি মহু ঐনা।

ওইয়ূ ব্রা ঙাংবা · হৈবদি,
নহাকমক্কা শাস্ত্র জ্ঞান্দা,
মানবা লৈরোই কনাস্থ ।
বরুন ঐহাক্কি বরদগী,
ঐগীদি খুৎলাই পুম্নমক
চংদবা ওইরো নঙোন্দা,
চহি লক্ষ তরা ফাওবা ।

মতুংদা হায়রকই যমনা,
হনুমান নংগী নশাদা,
চংদ্রসন্থ ঐগী দণ্ড,
ওইরো নং লাইনা পক্তবা,
লানফম খুদিংমক্তা নংদি,
ফংলগন্থ খুদোংথিবা ।
ঐগী গদানা লানফমদা,
হাৎপা ঙমদবা ওইরো নং।

মতুং অসিদা কুবেরনা,
পিরকই বর হনুমান্দা ।
নহাকপু ঐগী খুৎলাইনা,
ঙমদবা ওইরো শোকপদি ।

মতৌ অসুম্না শিবস্থ,
পিবিথি বর হনুমান্দা ।
খুৎশা হৈবা বুদ্ধি লৈবা,
বিশ্বকর্ম্মাদি অথোইবা,
অঙাং মতৌদি উবদা,
পিরকই বর অসুম হায়না ।

খুৎলাই পুম্নমক অতুদি,
শেমখি-শাখিবা ঐনদি,
ঙমদ্রসন্থ নংবু হাৎপা,
পুন্সিয়ূ মতম শাংনদি ।

মতুংদা প্রজাপতিনা,
পিরকই বর হনুমান্দা,
ওইজৌ নহাক্তি মহাত্মা,
হিংজরো মতমদি শাংনা,
ব্রহ্মাস্ত্র পুম্নমক ঐগী,
চংদবা ওইরো নঙোন্দা ।

লাইয়ামগী বর ফংজরবা,
হনুমান মশক উবদা,
থোইদোক্না পেনবিখি ব্রহ্মা,
হায়রকই নুংশিত্তি য়েংনা ।
নংগী নচাসি হে নুংশিৎ !

য়েক্নবশিংগী কিনফম,
মরূপশিংগীদি মুংঙাইফম,
ওইরগনি খংজহোরো ।
লানফম খুদিংদা মহাকপু,
পিবা ঙম্লোই মাইথিবদি,
অতৈ কনা অমতনা ।

মানা (হনুমান্না) পাম্বা মতুংইম্না,
ওইনিংবা মশক লৌতুনা,

চৎনিং চৎনিংবা মফমদা,
ঙমজরসমু চৎপদি।
পুক্লিংগী মতুং ইমদি,
য়াংবা-তপ্পা অনিমক্তা,
ঙমগনি মনিং তৌবদি,
কনাসু মাগী খোংচত্তা,
পিবা ঙম্লোই অপনবদি।

হনুমান হায়বা মম্লিংসি,
ফাওরগনি জগৎসিদা।
রাবন হাৎনবা মরমদা,
থবক কয়া তুজুংলবা,
তৌরক্কনি হনুমাম্না,
ওইগনি রামগী অচানবা।

ব্রহ্মা অমসুং লাইয়াম্না,
পিরগা বর মতৌ অসুম,
চৎনখি হরাও হরাওনা,
লাইয়াম পুম্নমক অচুনা।

নুংশিৎনা মচা পুহনা,
চৎখি অঞ্জনা মনাক্তা,
থৌদোক পুম্নমক থোকখিবা,
বর ফংবদি হনুমাম্না,
তম্বিরগা মরিক চুম্না,
চৎখি নুংশিৎ মথৌ তৌবা।

ফংলবদা বর ময়ামদি,
হনুমান কৌবা য়োং অসি,
মতৌঙম মহাসাগরগী,
উবা ফংখি ফজনদি।

মতুং অসিদা হনুমান,
লৈতনা অকিবা রাখল,
তৌবা হৌখি উৎপাৎ মরাম,
আশ্রমশিংদা মুনিশিংগী।

মপুক্লিং ইংনা লাইনিংবা,
মহামুনি পুম্নমক্কী,
যজ্ঞগী পোৎচৈ পুম্নমক,
মাংহল্লম্বতা নত্তনা,
উকুগী লৈতেং কয়াদি,
লংথোকখি মফম খৎদনা।

ফত্তবা থবক কয়াদি,
তৌখি হনুমান তত্তনা।
অমরোমদনা ব্রহ্মানা,
ব্রহ্মাদণ্ড পুম্নমক্তি,
থিংনা থমগ্রে চংদনবা,
মফমদা হনুমান মাগী।

রাফম অসিদি খংলবা,
ঋষি পুম্নমক অচুনা,
ঙাকখি মগুণদি ব্রহ্মাগী,
য়েংবিখি হনুমান মরাল।

হন্না হন্না হায়রা ফাওবা,

তাখিদে ঋষি মরাদি ।
মহাক্কী মতৌ অসিদা,
অঙ্গিরা শাগৈদা পোকপা,
ভৃগুনচিংবা মুনিশিং,
শাওবনা মৈগুম হৌরকখি ।
ঋষি পুম্নমক অসিনা,
রাবনা পন্দোল লোম্লবা,
তৌক্কম খংদ্রবা অসিদা,
শাপ তৌরকই হনুমান্দা,
নপাঙ্গলদা চাউথোক্তুনা,
পিরি অরাবা ঐখোইদা,
ঐখোইনা তৌবা শাপসিনা,
নহাক্কী শক্তি পুম্নমক,
মতম কুইনা ফোংদোক্তনা,
লৈপ্রসনু তুমহুনদি,
শক্তিশিং অহুস্থ নংনা,
ওইয়ু নিংশিংবা ঙমদবা ।
অহুবু মতম অমদা,
কনাগুম্বশিং অমনা,
তৌরবদি রারী অহু,
হনুমান নশামক্কদা,
ফংজবা ঙম্মু খুদক্তা,
শক্তি পুম্নমক নহাক্কী ।
শাপ্পা মুনিশিংনা তৌবা,
হনুমান শক্তি পুম্নমক,

উন্না নুংশাদা তুম্বগুম,
মাংখি নিংশিংবা থোক্তনা,
য়োং অমা ওইনা অচম্বা,
কোইচং চংখি আশ্রমশিংদা ।
নুমিৎ মতৌগুম তেজ লৈবা,
বালী সুগ্রীবগী মপা,
ঋক্ষরজাদি কৌবা য়োং,
নিংথৌনি কিস্কিন্ধাগীদি ।
মতম কুইনা নিংথৌসিনা,
লৈবাক ঙাক্লবা মতুংদা,
শিখি মপুন্সি লোইহুনা ।
নিংথৌ লৈত্রবা মতুংদা,
তানহুনা লৈবাক প্রজা,
হাপ্পীখি নিংথৌদি বালী,
বালীগী মফম যুবরাজ,
পিখি সুগ্রীব মফমদা,
মহৌশা মৈগা নুংশিৎকা,
ওইবগুম চানবা মক্কপ,
অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা,
তিম্নরকপা অহুগুম্না,
বালী সুগ্রীব অনিম্থ,
লৈমিন্নখি নুংশিননা ।
অহুবু মতম য়াওন্না,
পুরকখি য়েক্নবা রাখল,
অনিদা বালী সুগ্রীব ।

অতুবু মতম অতুদা.
মুনি শাপ্পদি হনুমান,
মশাগী শক্তি পুম্নমক,
লৈখি করিস্নু খংদনা ।

বালী নিংথৌবু কিবনা,
সুগ্রীব মতুং ইন্নদি,
খাংমিন্নখি অৱাবশিং ।

অৱাবা মন্নাম খাংলিবা,
হনুমানদি অকনবনা,
শক্তি নিংশিংবা থোক্তনা,
শামুনা নোংশা থিংবদা,
নোংশা পুক্লিং খোইরাংবগুম,
বালী সুগ্রীব লানফমদা,
লৈখি হনুমান খোইরাংনা,
ঙমদনা করি তৌবদি ।

মপাঙ্গলদা, মথৌনাদা,
বুদ্ধি লৌশিংদা, মগুন্দা,
হৈশিংবদা, তপথবদা,
নীতি অনীতি অনিদা,
হন্নুমান মাগা মানবা,
লৈতে অতোপ্পা অমদি ।

হনুমান্দি অকনবনা,
হৈনিংডুনা ব্যাকরণদি,
চত্তুনা নুমিৎ মনাক্তা,
থোক্লকপদগী নুমিৎনা,
তাফমদি অহু ফাওবদা,
লৈরগা নুমিৎ মমাংদা.
তমজখি শাস্ত্র পুম্নমক,
নুমিৎ খুদিংগী ওইনদি ।

সূত্র, বৃত্তি, মহাভাষ্য,
বার্ত্তিক, সংগ্রহ, পুম্নমক,
তমখি অর্থদি কোম্নমা,
ফংখি জ্ঞান্দি মপুং ফানা ।

শাস্ত্রশিং অতোপ অতোপ্পা,
খংজিন-হৈজিনবতা নত্ত,
ছন্দ শাস্ত্র খংবদসু,
লৈখিদে মাগুম্না অমা ।

মহে পুম্নমক্কী জ্ঞানদি,
পুন্না ফংগ্রবা হনুমান,
লাইগী গুরুদি ওইরবা,
বৃহস্পতি ফাওবদগী,
ওইখি হেন্না হৈবা অমা ।

ব্যাকরণগী অনৌবা খোম্থোক,
নিংথি ফজনা খংলবা,
ইবুঙঙা নংগী থৌজালসু,
ফংলবা মহাক অসিবু,
ইকাই খুম্নখি ব্রহ্মাগুম ।

প্রলয় মতম্না লাকপদা,

পৃথি চাক্লগে খন্দুনা,
থাও ওইনা মহাসাগরনা,
চংশ্রগা পৃথি মন্নুংদা,
হৌরকপগুম মৈজাও ওইনা,
অকিবা ষমগী মতৌগুম,
থোইনা কল্লবা হনুমান,
কনা ভম্মি মাইয়োক্লবা ?
হনুমান, সুগ্রীব, মৈন্দ,
অঙ্গদ, দ্বিবিদ, নীল,
নল, তার, তারেয় ( অঙ্গদ ),
নল অমদি রম্ভ মখোই,
হায়রিবা য়োং পুম্নমকসি,
ইবুঙ্গো নংগী নতেংগী,
শেমখিবা ভাক্তি লাইশিংনা।
অসিদা নত্তবা অতৈ,
গজ, গবাক্ষ, গবয়,
সুদংষ্ট্র, মৈন্দ, প্রভ,
জ্যোতিমুখ অমসুং নল,
য়োংশিং ঋক্ষশিং অথোইবা,
মখোই পুম্নমক অসিসু,
রাম নংগী নতেং ওইনবা,
শেমখিবা ভাক্তি লাইয়াম্না।
ইবুঙ্গো নহাক্না হংবা,
বারিদি হনুমান পোকপা,
থৌদোক পুম্নমক মহাক্কী,

লিরবনি চিংথদনা।
রাম অমসুং লক্ষ্মন য়াওনা,
য়োং হিংচাবশিং পুম্নমক,
অঙকপা ওইখি তাবদা,
বারিদি মুনিনা লিবা।
মহামুনি অগস্ত্যনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা,
বারি পুম্নমক তাবিরে,
ইবুংঙো নংগা ঐখোইগা,
উন্নতুনা বারি শাবা,
ফংজরিবা অসিনসু,
পেনজরে থোইনা হেন্নদি,
হল্লগে ঐখোই হৌজিক্তি।
অগস্ত্য বাদি তাবদা,
মখুৎ লোন্ননা শ্রীরাম্না,
হায়জখি মুনি মফমদা।
মুনি লেংলকপা অসিদা,
লাই অমদি ইপা ইপু,
পেনবিখ্রে মখোই পুম্নমক।
মরূপ-মপাংশিং ঐগীসু,
পেনজবা ওইরে মখোইসু।
পুক্লিং অসিদা ননাইগী,
ফাওরক্তি বাখল অমদি,
তাবিয়ু মসি হায়জগে,

তৌফম থোকপা অচুম্বতু,
তাকপিয়ু ননাই ঐভোন্দা ।
খাংঙ্ঙরগা অরাবদি,
হনজরক্লে বন্দগীদি,
পুন্নমক্না পাত্র-মন্ত্রি,
পিখ্রে মথৌশিং মা মাগী ।

অতুবু নম্নাথং ইন্না,
তৌজগে যজ্ঞ অমতং ।
অপাম্বা রাখল পোক্তবা,
অফবতা খন্না লৈবা,

অচুম্বদা মাই ওনশিনবা,
মহর্ষিশিং নখোইতনা,
ঙমগনি খনজে পাংথোকপা,
যজ্ঞ অসিদি ঐহাক্কী ।

তপস্যানা পাপ চংদ্রবা,
ঋষি নখোইগী নফমদা,

চংজবতনা ননাইগী,
ওইগনি অথোইবা উপায়,
পেনগনি পিতৃশিংনসু ।

যজ্ঞ হৌরমদাই মতমদা,
লেংবিরকউ ঋষি ময়াম ।

তাবদা শ্রীরামগী বাদ্দি,
ব্রত কল্লবা মুনিনা,
হায়খি মতু ওইরসন্নু ।

মতুং অসিদা ঋষিশিং,
হন্নখি হরাও তয়াম্না,
পিরম্নগা আশির্ব্বাদদি,
মফমদা শ্রীরামচন্দ্রগী ।

বারিশিং অতু তাবদা,
থোইদোক্লদি ঙকখি শ্রীরাম

নুমিৎ ময়ুম চংখ্রবদা,
বিদায় পিখি সভা ময়াম ।

চৎনবিগী মতুং ইন্না,
তৌখি সন্ধ্যা উপাসনা ।

অহিং মতম লাক্লবদা,
লেংশিনখি অন্তঃ পুরদদি ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৩৬শুবা সর্গঃ লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৩৭শুবা সর্গঃ

( সভাসদশিং য়াওনা শ্রীরাম রাজ সভা ফম্বা । )

আত্ম জ্ঞানগী মপু ওইবা,
শ্রীরামগী অভিষেক অদু,
পাংথোকখ্রবা মতুংসিদা,
নুংঙাইরবা অহিং অদু,
হৌখি ইখং খংহৌদনা ।
অয়ুক মতম্মা লাকপদা,
য়াকাইরোল শকপা কাংবুনা.
চংখি শ্রীরাম পোথা শংদা,
য়াইকাইরুনবা শ্রীরামদি ।
মখোই পুম্নমক অসিদি,
কিন্নরাশিংগী মতৌগুম,
ইশৈ নিংথিনা হৈরবা,
মখোলদি থোইনা নৌরবা,
য়াকাইরোল্র শকপা ঙাক্রুনি,
হরাওনা মখোই ময়াম্মা,
তৌবদি হৌখি স্তবগান।

জগৎ মপু ইবুঙোনা,
চেপ্লবদি হৌখ্রিক ফাওবা
মং ওইরনি তাইবং পুম্বা,
পিবিখ্রো বিদায় নিদ্রাদি ।
পাঙ্গন্দা নংদি বিষ্ণুনি.
ফজবা চাংদম্নবদা,
আশ্বিনীকুমার মশক্কি,
বুদ্ধি লৈবদা নহাক্তি,
মতৌনি বৃহস্পতিগী,
প্রজা শাসন্দি তৌবদা,
মশামক্কি প্রজাপতি ।
চিংলেম্বা মতৌ অদুদি,
মশক্কি সমুদ্রমক্কী,
অথাং কনবদা পৃথিনি,
নুমিৎনি তেজ লৈবদদি,
নুংশিৎনি য়াংলা চৎপদা ।

শিবনি লানফমদা নংদি,
থাজনি পুক্লিং হুবদা।
নংগুম্বা নিংথৌ অমদি,
পোকখিদ্রি মমাংঙৈদদি,
পোক্লরোই তুংদা অমুকস্থু।
নংগী থম্মোইদি ধর্ম্মনি,
লৈবাক প্রজাগী শাসন্দা,
ধর্ম্মগী মতুং ইনবনা,
পেনজবনি প্রজাশিংনা।
মিংচৎ অমদি লক্ষ্মীনা,
লৈজবনি থাদোক্তনা
মতম চুপ্পদা নহাকপু।
ধর্ম্ম অমস্তুং ঐশ্বর্য্য,
লৈরি লেংদনা ননাক্তা।
অস্তুম্না শিংথারদুনা,
শক্তি শ্রীরামগী মগুণদি,
য়াকাইরোন শকপা ময়াম্না।
তাবদা য়াকাইরোন শকপা
মিকপ থোকখি শ্রীরাম চন্দ্র,
জ্ঞানদি লাকখি খুদক্তা।
পাপ মাংহনবা নরায়ননা,
থক্তগী অনন্ত শয্যা,
লৈংখৎলকপা অদুগুম্না,
শয্যা থক্তগী শ্রীরাম্না,
য়েংলগা অফবা পুংফম,
যাত্রা তৌখি খরদি য়েংনা।
মিনাইদি লিশিং লিশিংনা,
পাইরগা ইশিংগী পাত্র,
ঙাইজরি শ্রীরাম য়াথংদি:
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
অয়ুক্কী মথৌ লোইরগা,
কৎচখি আহুতি মৈদা।
লোইরগা অহুতি কৎপা,
চংশিনখি হুরাও হুরাওনা।
ইক্ষ্বাকুশিংগী ইরাৎফম,
অশেংবা লাইশং অদুদা।
লাইশিং, পিতৃশিং, ব্রাহ্মনশিং,
পুম্নমক্কী মফমদুদা,
কৎলগা হৌনবী পূজা,
থোরকখি ময়াম লোইননা,
মফমদগী পূজাগীদি।
মৈগা মাননা তেজ লৈবা
বশিষ্ঠনচিংবা ঋষি,
মন্ত্রি, পুরোহিত পুম্নমক,
য়োরকখি মতম অসিদা।
লৈবাক কয়াদগী লাকপা,
ক্ষেত্রি মচা নিংথৌশিংনা,
লাইয়াম্না ইন্দ্র কোইবগুম,

লৈখি শ্রীরামদি কোইশিন্না।
মতমদি লৈবা খিবিক্তা,
যজ্ঞগীদমক্তা ওইনা,
লৈবগুম বেদ অহুম্না,
অকনবা মনাওদি অহুম,
ভরত, লক্ষ্মণ, শত্রুঘ্ননা,
লৈজরি মতম চুপ্পদা,
থৌগল ওইনা শ্রীরামগীদি।

মুদিত হায়না খংনবা
পার্শ্বচর মিনাই কাংবুনা,
চংলক্তুনা মখুৎ লোম্না,
লৈজখি সভা মতুংদা :
মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা,
শক্তি পুম্নমক তিল্লবা,
সুগ্রীবনচিংবা য়োংশিং,
চংগ্রে মখোই কুন * সভাদা।

কুবেরগী সেবা তৌনবা,
তিল্লবগুম যক্ষশিংনা,
হিংচাবা মরি লোইননা,
লৈগ্রে বিভীষন রাম নাক্তা।

অচৌবা শাগৈদা পোকপা,
বেদ খংলবা কয়ানা,
শ্রীরামচন্দ্রগী মফমদা,
খুরম্লগা মকোক নোম্না,
ফমজখি শ্রীরামমনাক্তা।

অথোই অথোইবা ঋষিশিং,
নিংথৌশিং, য়োং-হিংচাবশিং,
কোইশিন্দুনা পুম্নমক্কা,
ঙান্থোইরি শ্রীরাম ময়াইদা।

ঋষি ময়ামদি ইন্দ্রনা,
লৈজবগুম সেবা তৌনা,
মতম লৈবদি খিবিক্তা,
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙানা,
তৌজখি সেবা নিংথিনা,
ঋষি পুম্নমক
ময়াম পুম্নমক অতুনা,
ধর্ম্মগা মরি লৈনবা,

* সুগ্রীব, অঙ্গদ, হনুমান, জাম্ববান, সুষেন, তার, নীল, নল, মৈন্দ, দ্বিবিদি, কুমদ, শরভ, শতবলি, গন্ধমাদন, গজ, গবাক্ষ, গবয়, ধূম্র, রম্ভ অমসুং জ্যোতিমুখ মখোই কুন অমিনি।

তোঙান তোঙানবা হিরমদা, পিনহুনা খুদম ময়াম,
তৌনখি নিংথিবা বারি, য়েংনখি তোঙান তোঙান্না।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৩৭শুবা সর্গ:লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

মতাং অসিদা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ ৫ থক বাল্মীকি রমায়ণগী উত্তর কাণ্ডগী ৩৭শুবা সর্গ। অসিগী মতুংদা য়াওবা থেংনৈ। মথ হাপচরি।

### ১বা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ

( বালী অমসুং সুগ্রীব পোকপগী ৱারি। )

মুনিগী ৱারি তারগা,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
হে মহামুনি অথোইবা!
ঋক্ষরজাগী মগুণদি,
শিংথাবিগ্রে ইবুঙেঙানা;
বালী সুগ্রীব অনিগী,
মপানি মহাক অসিনা,
মমা 'ওইবিদি কনানো?
মতৌ করম্না পোকখিবা?
বালী সুগ্রীব অনিগী,
অপোকপী মমা অদুদি,
হায়বিখিদে মহর্ষিনা,
খংজনিংঙি মরম অদু।
লিবিয়ু ৱারি অদুদি,
মহামুনি ইবুঙেঙানা।
তাবদা শ্রীরামগী ৱাহং,
হায়রকই মহামুনিনা।
নোংমা থাইনা মমাংঙৈদা,
নারদ মহামুনিনা,
লাকপদা ঐগী আশ্রমদা,
লিখি ৱারিদু শমলপ্না,
তাবিয়ু অমুক লিজগে।
মতম অমদা নারদ,
কোইরুরগা মফম খুদিং,
থুংলখি ঐগী আশ্রমদা।
খনজদুনা অতিথিনি,
তৌথি হৌনবী পূজাদি।
আসন লৌথ্রবা মতুংদা,

ৱাহং অসিমক নহাক্কী,
হংজখি ঐনা ঋষিদা।
ত্যাবদা ঐগী ৱাহংদি,
ধর্ম্ম খংবা দেবর্ষিনা,
লিবিখি ৱারি অতুবু,
থোইদোক্লদি শন্দোক্লনা।
সনা মচুগুম নিংথিবা,
মেরু হায়নদি খংনবা,
লৈরি চীংগী নিংথৌ অমা।
ময়াইদা চীংজাও অসিগী,
যোজন চামদি পাক্লবা,
পুক্লিং হুনা ফজরবা,
লৈরি সভা মাগুব অমা,
তিন্নফম ওইবা লাইশিংগী।
হায়রিবা মাগুব অসিদা,
থম্নালদগী পোকপা ব্রহ্মা,
মাইথোং মরিদি পানবনা,
ভাম্নোইরি মতম চুপ্পদি।
নোংমগী সুমিত্তা ব্রহ্মানা,
তৌরিভৈদা যোগ অভ্যাস,
তারকখি পি মরিক অনি।
মখুৎমক্কা ব্রহ্মাগীদি,
তৈথোকখি পি মমিত্তগী।
তৈথোকপা মতমদা পিদি,
তারকখি পি মরিক অমা,
মালেম পৃথিবী মথক্তা।
তাখিবা পি মরিক্তগী,
ওল্লকখি য়োংদি অমখক।
উবদা য়োংগী মশক্তি,
হায়রকই প্রজাপতিনা,
থোইনা নুংশিবা মতৌদা।
য়েংঙু চীংজাও অসি হে য়োং।
মফম অসিদা লাইয়াম্না,
লৈবনি মতম চুপ্পদা।
নিংথিবা চীংজাও অসিদা,
পাল্লিবা উহৈ-ৱাহৈশিং,
লৈয়ু চাহুনা নহাক্কা।
চৎথোক্কনু ইনাক্কগী,
মতম খরগী মতুংদা,
ফংগনি অথোইবা খুভম।
হে রঘুকুলমনি রাম।
তাবদা ব্রহ্মাগী য়াথং,
হায়জরকই য়োংজাওহুনা,
খুরমহুনা মখোং শোক্না।
লাইগী লাই ওইবা ইবুঙো।
ননাই ওইবা য়োংজাও ঐদি,
তাকপিবা মতুং ইন্নদি,
লৈজগনি মতম চুপ্পা,

ইবুঙেঙা য়াথং মখাদা ।
হায়জরম্লগা অসুম্না,
মপুক্লিং হরাও তয়াম্না,
চৎচখি য়োংজাও অতুনা,
মফমদা ব্রহ্মানা তাকপা ।
নিংথিবা উহৈ-ৱাহৈনা,
থল্লবা চীংজাওগী বন্দা,
চাক্তাখি মনিংদি তম্না,
থোইদোকপা য়োংজাও অতুনা
য়োং অসিনা নুমিৎ খুদিং,
থিতুনা নিংথিবা লৈশিং,
লোক্তুনা অফবা থোইহি,
কৎচখি ব্রহ্মা মফমদা.
নুংথিল নুংদাংৱাই খুদিংদা,
লাক্তুনা ব্রহ্মা মনাক্তা ।
মতৌ অসুম লৈরকপনা,
কোইতুনা চীংজাওগী বন্দা,
থংহৌদে মতম হৌখিবা,
চংগ্রে চহি কয়া অমা ।
নোংমগী নুমিৎ অমদা,
য়োং অথোইবা ঋক্ষরজা,
মৈচাক্না ইশিং খোরাংবা,
ঙমখিদে খাংবা থোইনদি,
থিবা চৎখি লাইজ ইশিং,
চীংমাইদা অৱাং মেরুগী ।
য়োরকপদা মফম অমা,
উচেকশিং মথল মখানা,
চাক্তারিবা পুখ্রি অমা,
উবদি ফংখি য়োংজাওনা ।
মপান্দা পুখ্রি অতুগী,
লেপ্পা মতমদা হরাওনা,
তারিবা মমি ইশিংদা,
মাইথোং অতু মশামক্তা,
উজবা ফংখি য়োংজাওনা ।
উবদা মশাগী মমি,
লৈবদি ইশিং মনুংদা,
খল্লকই য়োংজাও অসিনা,
কনানো য়েক্লবসিদি ?
ঐহাক অসিবু মহাক্না,
য়েংলি থোওই উৎশিত্তনা,
উরি থোইদোক্লসু শাওনা,
মহাক অসিদি ফত্রবা,
পিবা তারে চৈরাক অমা,
লান্দারগে ময়ুমসিদা ।
খন্দুনা মতৌ অসুম্না,
য়োংদি মপুক্লিং থেল্লবা,
চোংথখি পুখ্রি মনুংদা ।
অঙকপনি ইবুঙেঙা রাম !

মতমদদি কাখৎলকপা,
য়োং অসি খুদক অহুদা,
ওনখি নুপিগী মশক্তি।

মশক্তি নুপি অসিগী,
অপেনবা লৈতে য়্বেংবগী।

কুচুনা শংবানবীনি,
পিশুম্না খোই-খোই তাবিনি।

ফজনা চাউবা নিংহুনি
মশক্তি কাম পোক্নবদি।

কল্লক মিহৌ চাউরবী,
ইপোমদি নাইবী থবাক্তি।

পুক্লিং শুমহৎপি মাইথোংদি,
খোইরুম মোমোন লোইনবীনি।

কায়াৎ তরুক্তি হকচাংগী,
পুক্লিং হুনা ফজবীনি।

নুপিসিনা অসিগুম্বী,
লৈজরি হায়না-হুম্নদি
মপান্দা পুখ্রি অসিগী।

নত্তে হেম্না হায়জিনবদি,
মরোল অহুম শুমহৎলবী,
থাজগী মঙাল শুমজবী,
অনিগুবা লক্ষ্মীগুম্বী,
লৈরাং অসিনা নিংথিবী,
খোইরাংহল্লি থম্মোইশিংদি।

উমাগুম মঙাল চাউরবী,
লৈরাং অসিনা তোপ তোম্নী,
লৈজরি থেক্না নৌনদি,
শন্দোক্না মঙাল মশেক্তি।

মতম অসিদা ইন্দ্রনা,
খুরমজক্নরগা ব্রহ্মা,
হল্লকখি মাইকৈ অদোমদা।

মতমদি অমতা ওইনা,
সূর্য্যদেব ইবুঙঙোস্নু,
কোইরকপদা অতিয়াদি,
থেংনখি ফজবীসিগা।

মিৎফম অহু লাই অনিগী,
তাখি ফজবী মথক্তা।

ইন্দ্র অমদি সূর্য্যনা,
উবদা ফজবী মশক,
থুমহৎখি কামগী রাখন্দা।

ইথক হৌখি মশা পুম্বা,
তথকখি তাংজলিনহাগুম,
ঙমখিদে থিংবা ইথক্তি।

ফংদবদগী তাঙ্গাদি,
তিন্নবদি নিংথিবীগা,
বীর্য্য অহু ইন্দ্রগীদি,
তাখি ফজবী মকোক্তা।

ইন্দ্রগী বীর্য্য অহুনা,

শোকপদা ফজবী মশম,
ওনখি অথোইবা য়োং অমা।
শমদগী (বালে) পোকই হায়রিদুনা,
থোনখি বালী য়োংগী মিংদি।
সূর্য্যদেব ইবুঙেঙাসু,
ঙাওখিবনা কাম রাখন্দা,
ঙমখিদে থীংবা বীর্য্যদি,
কাপখি ফজবী লেংজুমদা।
অদুবু ফজবীনদি,
হায়খিদে রাহৈ অমতা,
লৈজখি চঙক-মাইঙক্লা।
বীর্য্য অদুদি সূর্য্যগী,
মাংবা য়াদবা মরম্না,
ওল্লকখি য়োংজাও অমদি,
লেংজুমদগী ফজবীগী।
পোকখিবনা লেংজুমদগী,
থংনখি সুগ্রীব কৌনা।
গুণ পুম্নমক্লা তিল্লবা,
য়োংদি অথোইবা বালীদা,
মপা ওইবা ইন্দ্র রাজনা,
লেম্না মাংবদি য়াম্রবা,
সনাগী লিক পরেং অমা,
পিরম্নগা চৎখি স্বর্গ।
মতুং অসিদা সুমিৎনা,
শিন্নখি মচা সুগ্রীব,
মফমদা নুংশিৎ নিংথৌগী,
তৌবিনবা তৌফম থোকপা,
থৌরমদি অঙাং অদুগী।
অম্না শিন্নরম্নগা,
সূর্য্যদেব ইবুঙেঙানা,
চৎখি মহাক্কী লম্বীদা,
অহিং অদু হৌখিদুনা,
নোংনা ঙাল্লকপা মতমদা,
অমুক হন্না ঋক্ষরজা,
ওইখি য়োংগী মশক অদু।
মতুংসিদা ঋক্ষরজা,
বালী অমদি সুগ্রীব,
য়োং মচিন-মনাও অনিদা,
পিথকখি মবুক থন্নদি,
অমৃতগুম্বা থোইহিদি।
অমুক হন্না য়োং ওল্লবা,
মতুংসিদা ঋক্ষরজা,
বালী অমসুং সুগ্রীব,
পুদুনা মচা অনিদি,
লাকচখি ব্রহ্মা মফমদা।
উবদা পিতামহনা,
লাকপদু ঋক্ষরজানা,
লোইননা মচা অনিদি,

কৌশিনবিথি হরাও হরাও,
হৃংলগা মরম অতুদি,
থেমজিনবিথি রাদনবা।
মতুং অসিদা ব্রহ্মানা,
হায়রকই দূতশিংদি য়েংনা,
নখোং য়াংবা দূত নখোইনা,
পুতুনা ঐগী পাও অসি,
চৎলু কিস্কিন্ধা লৈবক্তা।
হায়রিবা লমদম অতুদি,
থোইনা ফজবা লৈবাক্তি,
নুংঙাইবনি লৈবদদি।
লৈবনি মফম অতুদা,
য়োংগী জাৎ মখল শুনদি,
মরমসিনা ঋক্ষরজা,
লৈরুরো মফম অতুদা।
ঐগী য়াথং মতুং ইন্না,
শেম্বনি বিশ্বকর্ম্মানা,
থোইনা ফজনা মফমতু।
লমনি লানবন্না কোইশিনবা,
থোকপনি চংবদা বানা।
রাক্ত-পাদবা লমদমনি,
থনবনি মহৈ-মরোংদি।
জাতি মখল খুদিংমক্কী,
লৈবনি মীনা থম্নদি,
লৈফমনি বর্ণ মরিগী।
তৌবদি ওন্বা অকনবা,
য়োংশিং পুম্নমক অতুনা,
লৈবনি মফম অতুদা।
চৎলগা মফম অতুদা,
অতোপ্পা য়োংশিংগী,
কৌরগা লুচিংবশিংদি,
খংনহল্লু ময়ামতুগা,
মখোই অহুম অসিগদি।
মতুং অতুদা কোংদোকউ,
য়াথং অসিদি ঐহাক্কী,
নিংথৌদি নখোই ময়ামগী.
হাপ্পা তারে ঋক্ষরজা,
মতুংইন্না ব্রহ্মা য়াথং।
উবদদি ঋক্ষরজা,
নুংশিগনি ময়ামতুনা।
য়াথং ফংবদা ব্রহ্মাগী,
মখোইদি লোইননা দূতনা,
চৎখি কিস্কিন্ধা লৈবাক্তা।
নুংশিৎকিদি মতৌগুম্না,
খুদক্তা য়োৌখি কিস্কিন্ধা।
চংখিতুনা গুহানুংদা,
কৌরগা য়োংশিং পুম্নমক,
য়াথং ইন্নদি ব্রহ্মাগী,

হাপথি নিংথৌ ঋক্ষরজা।
চৎনবী মতুং ইন্নদি,
লাংলগা পোৎলম শুনদি,
তৌবিথি রাজ অভিষেক্তি,
লোইননা য়োংশিং পুন্নমক।
দ্বীপ তরেৎনা কোইনা লৈবা,
লমদম পুন্নমক অসিদা,
লৈরিবা য়োং পুন্নমক্কী,
শাসনগী থবক অহুদি,
লৈথি ঋক্ষরজা থুত্তা।
হান্নরিবা নিংথৌ অসিনা,
বালী অমস্থং সুগ্রীব,
মচিন-মনাও অনিমক্কী,
মমা অমস্থং মপানি।

রারিদো অসিনি হে রাম!

রারিসিবু তাহল্লবা,
নত্রগা তাজরবদি,
পাংথোক্ত,না মাগী মথৌ,
ফংবদি ওমজৈ নুংঙাইবা।

ইবুঙেঙা নংগী নফমদা,
হিংচাবা অমস্থং য়োংগী,
হৌরককম মরম পুন্নমক,
লিরবসিনি শমলপা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ২বা প্রক্ষিপ্ত সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ২শুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ

( ৱাবন্না সীতা হুবগী মৱম। )

মনাওশিং য়াওনা শ্রীরাম্না,
তাবদা পৌরানিক ৱারি,
মফমদগী মহামুনি,
অঙকপা পোকখি থোইনদি।
মতুং অসিদা শ্রীরামনা,
হায়জরকই মুনি য়েংনা,
থৌজালনা মহামুনিগী,
তাবা ফংবনি ৱারিসি।

বালী অমসুং সুগ্রীব,
থোইদোক হেন্দোক্লা কল্লবা
ৱারি অসি য়োং অনিগী,
তাবদা ঐগী পুক্লিংসি,
:পাকই থোইদোক্লা খোইরাংবা,
অঙকপা নত্রা মসিবু?
তাবদা শ্রীরামগী ৱাদি,
চফুদা নাওক্কম ওইরবা,

মহামুনি অগস্ত্যনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা,
থাইনা মমাংদৈ মতমদা,
থোকখিবা থৌদোক ঙাক্তনি।
থাইনগী থোইনা নিংথিবা,
লৈরি ৱারি অমগদি,
তাবিয়ু মহু লিজগে।
মরম করিদি লৈবনা,
রাবননা সীতা হুখিবা?
সত্য যুগনা হৌরকপদা,
মুমিং মতৌগুম তেজ লৈবা,
ব্রহ্মাগী মচা ইবুঙঙো,
সনৎকুমারনা ফমলিদৈ
মতমসিদা রাবন নিংথৌ,
থুংলখি মফম অদুদা।
য়াম্না নোমুক্লা রাবন্না,

লোয়ত্তুনা মখুৎ অনি,
অচুম্বা ভাংবা মুনিদা,
হংজরকই য়াহং অসি,
লাইয়াম পুম্নমক অসিনা।
লান ভম্নবা য়েক্লবদি,
চংজরিবা মহাক অদো,
তাকপিয়্ করম্বা লাইনো ?
মহাক্তনা মকল্লব্রা ?
কনাদি পূজা তৌবগে,
ব্রাহ্মণদি ওইবা কাংবুনা ?
কনাবুনা ধ্যান তৌবগে,
যোগী ওইবা কাংবুশিংনা ?
মরম পুম্নমক অসিদি,
তাকপিয়্ ননাই ঐভোন্দা ।
তাবদা রাবনগী য়াদি,
মহর্ষি সনৎকুমারনা,
য়েংবদা ধ্যানদি তৌহুনা.
খংবা ভমখি রাবন পুক্লিং,
হায়রকই রাবন্দি য়েংনা,
তাও হায়বিগে মহাক অহু ।
মহাক্তি জগৎ মপুনি,
হৌরকফম খংদে মহাক্কী,
লাই-চিংচাবা পুম্নমক্কা,
খুরম্নরি মতম চুপ্পা,

নরায়ন ইবুঙো মাবু ।
জগত্তি শেম্বা ব্রহ্মানা,
পোকখি মাগী খোইদৌদগী,
অচৎ-চত্ত জীব পুম্বা,
শেম্বিখি ব্রহ্মা মহাক্কা ।
লাই পুম্নমক অসিনা,
চংজরগা শ্রীহরিদা,
তৌহুনা যজ্ঞনচিংবা,
লৈজখি অমৃত থক্লা ।
ইকাই খুম্ননা হরিদি,
তৌজে পূজা মতম চুপ্পা ।
হায়বা নত্তে অমুক হেন্না,
বেদ, পুরান, পঞ্চরাত্র,
লাইরিক পুম্নমক অসিদি,
পাজরগা যোগীশিংনা,
নিয়ম চুম্না শ্রীহরিদি,
খুরমজে ধ্যানদি তৌরগা ।
দৈত্য, দানব, রাক্ষসশিংনা,
তৌই মাংনবা লাইশিংগী,
হিংচাবশিংদি হরিনা,
মাইথিবা পি লান খুদিংদা ।
পূজা তৌই শ্রীহরিবু,
পুম্নমক্কা জগৎ জীব ।
তাবদা মহর্ষি য়াদি,

খুরমজরগা রাবন্না, পোক্কই অমুক পৃথিদা।
হায়জরকই মুনি য়েংনা, পাপ-পুন্য কর্ম্ম মহৈনা.
দৈত্য, দানব, হিংচাবশিং, থোক্লকপা ঙাক্লি পুম্নমক।
শিখিবা লাইগী মথুক্তা, শিরগা বিষ্ণু মথুক্তা,
মখোইগী গতি করিনো? ফংজখি অরানবা খুভম,
হরি মথুক্তা শিবনা, মরম অসিনা হে রাবন!
ফংবগে করম্বা গতি? শাওবদি হরি মহাক্না,
তাবদা রাবনগী রাহং, অমতনি বর ফংবগা।
হায়রকই মহামুনিনা, তাবদা মুনিগী বাদি,
শিরগা লাইশিং মথুক্তা, রাবন পেনজখি থোইনদি,
ফংজখি মীতু স্বর্গদি, খনজখি শিগে লানফমদা,
লোইরগা মাগী পুন্যনা, মথুক্তদি শ্রীহরিগী।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ২শুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৩শুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ

( সনৎকুমারগা রাবনগা ৱারি মথা শাবা । )

নুংনাংবা মতৌ রাবনগী,
উবদা মহামুনিনা,
হায়রকই রাবন য়েংনদি ।
পাঙ্গল চাউবা রাবন নিংথৌ ।
ফংজরো নহাক নুংঙাইবা ।
ঙাইজরুরো মতম অদু,
থুংগনি নংনা পাম্বদি ।
থৌজাঙ্গ ফংবদা মুনিগী,
হরাওজখি রাবন নিংথৌ,
হংজরকই দেবর্ষিদা
হরি মাগী মশক মতৌ,
খংগদগে করম তৌনা ?
তাকপিয়ু মতু তশেংনা ।
উবদা রাবন থোইরাংবা,
হাইরকই মহামুনিনা,
হে হিংচাবা নিংথৌ রাবন ।

তাও হায়গে মশক মতৌদি ।
হায়রিবা হরি অসিদি,
মাংদবনি, কুপথ্রবনি,
য়ৌবনি মফম খুদিংদি,
মরোল অহুম্মক অসিগী,
অচৎ–চত্ত পুম্নমক্তা,
লৈরিবনি শন্দোক্তুনা ।
তুংদুনা লৈরি মাঙোন্দা,
পৃথিবী, পাতাল স্বর্গ, বন,
উপবন, তুরেনশিং, খুঙ্গং,
পুম্নমক অমতা ওইনা ।
মহাক্কি ওঁকার মশকসু,
মহাক্কি সত্য মশকসু,
মশক্কি সাবিত্রী মাগী,
মশক্কি পৃথিবী মাগী,
করিদি অমুক হায়গনি,

ফংদে উবা৹ ওমদে ফংবা,
বিষ্ণু ইবুঙেঙা মহাক্তি ।
জ্ঞান্তনা মরম ওইহনা৹
মাংহল্লগা মশাগী পাপ,
মপুক্লিং অনি লোংদনা৹
নিংজবনা হরি মাবু৹
ফংবা ওন্মি মাগী মঙাল ।
নৈজবা পুম্নমক অহ,
কংথোকচরগা হরিদা,
শেংলকনি নপুক্লিংহ৹
তিনবা ফংগনি মাঙোন্দা ।
ভক্তনা মবুক শেংবা,
ফংগনি উবা হরিদি ।
উনিংলবা হরি মাবু,
তানিংলবা মাগী বারি৹
হিংচাবা নিংথৌ নহাক্লা,
তাক্লগে মাগী মশক্তি৹
লিরগে মাগী বারিদি ।
লোইখিহনা সত্য যুগনা,
হৌগৎলকপদা ত্রেতা যুগ৹
লাই অমদি মীওইবগী,
কোকহনগে খম্না অবাবা৹
নিংথৌগী মপোক লৌহনা৹
শাইওন তৌরকনি হরি ।
পৃথিদা মতম অহদা,
ইক্ষ্বাকু শাগেদা পোকপা,
দশরথ কৌবা অমনা৹
পাল্লগনি নিংথৌ ওইনা ।
তেজ পুম্নমক্লা তিল্লবা৹
পোক্লকনি মচা অমা,
মমিংনা 'রাম' কৌরগনি ।
হায়রিবা অকনবা শ্রীরাম৹
ঙাকপিহৈবদা পৃথিনি,
মপা লৈরোই জ্ঞান লৈবদা৹
থোইদোক্লা পুকচেল চাউগনি৹
লৈরোই কনবদা মাগুম্বা ।
মাগুম্না মীনুংশি খংবা,
খিবা ফংলোই কনানম্ব ।
য়েক্লবশিংনা লানফমদা
উগনি মহাক অসিবু৹
মুমিৎ মতৌগুম লংনদি৹
ঙম্লোই মাগা মাইয়োক্লবা ।
করি হায়গনি ইবুঙেঙা,
শ্রীনারায়ণ মশামক্লা,
তৌরক্লবনি শাইওন্দি৹
ওইরক্‌না শ্রীরামচন্দ্র ।
ঙাক্‌না মপাগী য়াথং
মনাওগা লোইননা শ্রীরাম৹

দণ্ডকানচিংবা বনদা,
লৈরনি কোইনা চত্তুনা।
সীতাদি মাগী লোইনবী.
মশক মতৌ ফজবদা,
লমচৎ শাজং নিংথিবদা,
জগৎ ফাওগনি লক্ষ্মীগুম.
জনক নিংথৌ মমোম ওইনা,
থোরককনি পৃথিদগী।

গুণ পুম্নমক্না তিল্লবী,
মপা লৈতনা ফজবী,
সীতা কৌবিদি সতীনা,
প্রভা কৌবী শকহেনবীনা,
থাদবগুম থা কৌবা লাই,
রামগী মমিগুম সীতানা,
অরা-নুংঙাই অনিমক্তা,
লৈরগনি শরুক য়ানা।

রামগী পুক্নিং খংবী ওইনা,
অৱাবা কম্না মাইয়োক্না,
ফিদমদি কম্না থনম্না,
লোইখিগনি মাগী পুন্সি।

খাংবা কনবী শাজং চুম্বী,
হৌনবা খংবী ওইনদি,
লৈরনি নুমিৎ মঙালগুম,
নুংঙাইহন্না মীপুম খুদিং
য়ারী পুম্নমক অহুদি,
মরমদা নারায়ণ মাগী
লিরবা অসিনি রাবন,
খল্লো নংগী কাননবা,
করিনা নংগী তোংজবা ঃ

হে ইবুঙঙা রঘুমনি।
য়ারিসি তাবদা রাবন,
খনখি মাগী মপুক্নিংদা,
য়েক্নবা ওইগে নংগদি।

ব্রাফমসি মহামুনিগী,
খংবদা রাবন হরাওনা,
অমুক কোইখি পৃথিবীদি,
অকনবা থিনা লান পাম্বা।

তাবদা য়ারি অসিদি,
থোইদোক্নদি পেনখি শ্রীরাম,
ওইখি থোইনা অঙকপম্ব।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
মপুক্নিং থোইনা হরাওনা,
হায়জখি মহামুনিদা,
লিবিনবা য়ারি অতৈ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী তত্তুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ৪শুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ

(অগস্ত্য মহামুনিনা শ্রীরামচন্দ্রগী মফমদা ব্রাহ্মিগী অরোইবা শরুক লিবা।)

চকুদা নাওফম ওইরবা,
মহামুনি অগস্ত্যনা,
ব্রহ্মানা বিষ্ণু মফমদা,
লিখিবা ৱারি অতুগুম,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা।
ইবুঙেঙা অকনবা শ্রীরাম!
ঐনা তাখিবা খংখিবা,
ৱারি পুন্নমক অতুদি,
লিগে অমতা ৱাত্তনা,
তাবিয়ু পুক্নিংদি চংনা,
লঙ্কাগী নিংথৌ ফত্রবা,
রাবন কৌবা হিংচাবনা,
মরম অসি লৈবদগী,
হুখিবনি সতী সীতা।
সুমেরুগীদি চীংমাইদা,
লিখিবনি ৱারি অসি,

মহামুনি নাবদনা,
মফমদা মুনি ময়ামগী।
নারদ মহামুনিনা,
দেব, গন্ধর্ব্ব, সিদ্ধ,
মুনি পুন্নমক মফমদা,
নোক্না নোক্না ৱারি অসি
লিবিখিবনি ইবুঙেঙা।
পাপ্পু মাংহনবা ঙম্বনি,
মগুন্দি ৱারি অসিগী।
লাই ঋষিশিং অতৈ অতৈ,
ৱারি তাবা পুন্নমক্তা,
মহামুনি নারদনা,
হায়রকই তশেং তশেংনা,
পুক্নিং চংনা ভক্তি লৈনা,
তাজরবদি ৱারিসি,

নত্রগা ভাহল্লবদি, লোইনত্থনা পুম্নমক্কা,
মখোই অনিমক অত্থনা, চংচখিত্থনা স্বর্গদা,
মচা-মশু-শাগৈ-নাতৈ, ফংখি মুংঙাইনা লৈজবা ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৭শুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গ লোইরে ।

## শ্রীরাম

### "উত্তরকাণ্ড"

-

চৌথুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ

( শ্বেতদ্বীপকী ৱারী। )

মহামুনি অগস্ত্যনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা,
জগত জয়রতব পামজবা,
হিংচাবা নিংথৌ রাবন্না,
লোইননা মাগী লাম্মিশিং,
কোইখি পৃথিবিদি শিন্থুংনা।
করি অমুক হায়গনি,
কল্লিতবু তারবদি,
দৈত্য, দানব, রাক্ষস খংদে,
নাগশ চাউরবা রাবন্না,
চংখিদুনা মফমদুদা,
কৌথোক্লগা অকনবদু,
শিংনখি লান তৌসি হায়না।
মতৌ-অমুন্না রাবন্না,
কোইরকপদা পৃথি থুংন
লম্বী অতুদা মহাকী,

থেংনখি নারদ ঋষি,
নুমিৎ মতৌগুম নারদ,
লেংলকপদু নোংথকুদি,
উবা ফংবদা রাবন্না,
হরাওখি থোইনা হেন্নদি
চংখিদুনা ঋষি নাক্তা,
খুরমজখি মখুৎ লোমা।
হরাও হরাওনা রাবন্না
হায়জখি নারদ ঙংবা
ব্রহ্মলোকুগী পৃথিবিদি,
কোইবিদুনা মন্না হন্না।
যেংখিরি লোক পুম্নমকসি
মরম অসিনা দেবর্ষি।
মীশক্না করম্বা লোকী
কনবগে খুত্থুদগী হেন্না। 2,
মীশকা অতুগা শ্রীহ্মা,

ফংজখিবনি শ্বেতদ্বীপ।
লোক পুন্নমক্কীদি মপুং
নরায়ণ মাগী মখুত্রোং
শিজখিবা মখোই অদুং
ফংজবনি স্বর্গ ধামদি।
যজ্ঞ তপস্যা, দানগী ফল,
ফংবদুগা পুন্নমক্কা,
মানবা ওমদে মখোইগা,
ফংদে শান্তিসু মখোইশুম।
হায়রকপা য়াদি ঋষিনা,
তাবদা রাবন নিংথৌনা,
রাথল তৌখি থোইনা ওক্রা।
হায়রকই ঋষিদি য়েংনা,
নারায়ণ মাগা লোইননা,
তৌরুগে লান্দি শোইদনা।
হায়রম্নগা মতৌ অসুম,
চংখি শ্বেত দ্বীপ তম্নদিং
অকনবা রাবন নিংথৌনা।
হায়ক্লিবা ঋষি অসিদিং
খংন-চৈনবা লান্তুবু,
য়েংবা পামজবা অমনি,
মরম অসিনা নারদং
তৌরগা রাথল ওাইহাকং,
অওকপা মশক ফংনদিং
শোক্নগদৌরিবা লানদু,
খল্লদুনা য়েংঙ্গুরগে,
চংখি শেতদ্বীপ তম্নদি!
রাবন্না চংখি শ্বেতদ্বীপং
লোইননা মাগী লান্মিগাং
নিন-থোংনদি মাইকৈ তরা।
য়েংবা মতমদা নারদ,
লাই ফাওবনা য়েংওমদবাং
শ্বেত দ্বীপ কৌবা মফমদা,
থংলখি রাবন নিংথৌসু।
তেজ অদুতনা দ্বীপসিগীং
পুষ্পক দোল্লাইদি রাবনগীং
থিংবগুম নুংশিং চাংনদি,
ওমখিদে চংবা দ্বীপ অসি।
হি চাবা নিংথৌ রাবনগীং
পাত্র-মন্ত্রি পুন্নমক্কা,
কিখিবনা মতৌসিদা,
লাওরকখি অকিবা ফংনা।
মতুংদা মখোই ময়ামাং
হায়রকই রাবন মফমদা,
হিংচাবা নিংথৌ ইবুঙেঙা!
কিবনা ননাই ঐখোইদি,
য়াওখিদ্রে জ্ঞান অমতদি।
ঐখোইনা চংবা ওমদবাং

শাওরক্তুম্মা হিংচাশনা,
নিংথিবী থুম্পি মাচুগী,
চিকথংখি মখুং থুংলাশিং ।
চিকপদা রাবন মরানা,
নাড়মা থুম্পি অদুমা,
তিল অদুবু ফংখিদ্রব
থাদোকখি ফারপ্পদগী ।

অদুবু থুম্পি অমনা,
অমুক ফারগা রাবনবু,
লংখৎখি অতিয়া থক্ত
মতৌ অঙ্গুম হুংহন্দা,
তৌরকপা মতম অসিদা,
হেন্না শাওখি রাবন নিংথৌ

অমুক্ত লাখংকে তৌবদা,
রাবন খুজিন্দি ময়াম্না
মখুং ফাছনা চুপিগী,
খোংখি লৈজবা থান্নদি ।
মতৌ অসিদা রাবনগী,
নাখরম্মা নুপিদুনা,
লংথোকররকপদা চেরাবন্দো,
তাখি সমুদ্র মন্নুংদা ।

চাংশাং মাপোম্নদি বজ্রনা,
ককথরুম্মা সমুদ্রদা,
থাদাখিদ্র অদুগুম্না,

ফত্রবা রাবন হিংচাবা,
তাখি সমুদ্র মনুংদা ।

অদুবু ইবুঙ্গো শ্রীরাম !
শ্বেতদ্বীপ্তা লৈবী নুপি,
ইবেম্মশিং ময়ামদুনা,
কুম্মেগুম্না শানদুনা,
হন্না হন্নদি ফারগা,
লংখৎখি উরুরু লৈনা,
লাক্লখি হন্না হন্নদি ।

উবদা রাবনগী মতৌ,
নারদ মহামুনিনা,
জগোই শাখি হরাওনদি,
য়েংখি মতৌ নোক্লা নোক্লা ।

খংলদুনা পুম্নমক্সি,
ইবুঙেঙা নংগী থবক্সি,
ফত্রবা রাবন নিংথৌনা,
খন্দুনা নথুত্তা শিগে,
হুখিবনি সতী সীতা ।

নহাক অসিদি ইবুঙেঙা !
শঙ্খ, চক্রদি পাইরিরা,
নরায়ণ অদু নহাক্সি ।
লাইশিংনা খুমরবা,
শাঙ্গ, খড়্গদি পাইরিবা,
ইবুঙেঙা অদু নহাক্সি ।

শ্রীরাম

লাইশিংনা পূজা তৌনবা,
শ্রীবৎসগী খুদম লৈবা;
হৃষীকেশ অদু নহাক্কি।

নংনি পদ্মনাভ যোগী,
অকিবদি ভক্তশিংগী,
নহাক্কি কোকহনবিবসু।

হাৎবহন্‌গীদমক রাবন,
জগৎকী মপু নহাক্না,
লৌবনি মাওইবা মপোক।

নারায়ণ ওইবা নশাবু,
করিগী খংদে ইবুঙেঙা ?
শুমহৎপিরগনু হে রাম!

লৈবিদুনা আত্মা জ্ঞান্দা,
নিংশিংবিরো নশাবুদি।
থুম্লদগীসু থুম্লবা,
ইবুঙেঙা নংতনি হায়না,
তাকপিখি পিতামহনা।

ইবুঙেঙা নহাক্কি হে রাম!
সত্ত্ব-রজতম মক্কি,
ঋক-যজু-সাম অহুম্মক্কি,
স্বর্গ-মর্ত্ত্য পাতাল নংনি,
ভূত ভবিষ্যৎ-বর্ত্তমাননি,
ধনু, গান্ধর্ব্ব, আয়ুর্ব্বেদ,
নহাক্কি অহুম্মকসিসু।

য়েক্লবশিংদি লাইশিংগী,
নহাক্কনি মাংহনবসু,
চংদুনা অদিতি পুক্কা,
মনাও ওইনা ইন্দ্ররাজগী,
পোকপিরগা বামন কোনা,
থমখি বলীবু পুন্দুনা,
শুমহৎপিখি মরোল অহুম।

সনাতন বিষ্ণুদু নংনি,
কন্ননবা জগৎ জীব,
পোকপনি তাইবংমী ওইনা।

ইবুঙেঙা নহাক অসিনা,
হিংচাবা রাবন নিংথৌগী,
মচা-মশু-শাগে-নাতৈ,
খোংমী-লান্মিশিং পুম্নমক,
মাংহন্দুনা পুংতুম তুম্না,
তৌবিখ্রে অফবা থবক,
য়েংবিদুনা লাইশিংগীদি।

করিদি অমুক হায়গনি,
থৌজান্না ইবুঙেঙা নংগী,
লাই, মুনি ঋষি পুম্নমক,
ওইজরে অপেনবা অদু,
ফংলে শন্তি জগৎ পুম্না।

লক্ষ্মী শক্তিনা ওইরিবী,
থম্মোই শেংলবী সীতানা,

ইবুঙেঙা নংগীদমক্তা,
থোরক্লগা পৃথিদগী,
পোকচখি জনক শঙ্গাইদা,
মহাসতীবু রাবন্না,
পুথ্রগা লঙ্কা কোন্নুংদা,
থোইনা চেকশিন্না মমাগুম,
থমজখি ভাকহন শেনহন্না।

ইবুঙেঙা নংগী নফমদা,
লিরবনি চিংথদনা,
বারি পুম্নমক অহুদি।

বারি অসিদি রাবনগী,
লিখিবা সনৎকুমারনা,
রাবন হিংচাবা মরমদা,
লিবিখি অমুক ঐঙোন্দা,
পুল্লিরবা নারদনা,
থোইদোক হেন্দোক্লা শন্দোক্লা
লাইরিক লাইশু হৈবশিংনা,
মতম অহুদা শ্রাদ্ধগী,
তাগদবনি বারিসি,
মফমদগী ব্রাহ্মনশিংগী।

তৌজরবদি মহুম্না,
মপা মপুগী মফমদা,
কৎচখিবা পোৎ-চৈশিংদি,
য়ৌখিগনি শোইদনদি।

বারিশিং অসি তাবদা
মনাওশিং লোইননা শ্রীরাম
অডকপা পোকখি থোইনদি।

সুগ্রীব, বিভীষন, য়োংশিং,
হিংচাবশিং, পাত্র মন্ত্রি,
নিংথৌশিং তিল্লিবা ময়াম,
ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্র,
জাতি মরিগী মীয়াম,
মখোই পুম্নমক অহুনা,
তাজবদা বারি অসি,
পেনজখি থোইদোক হেন্দোক্লা।

তিল্লিবা ময়াম অহুনা,
থোইনা হেন্নদি হরাওনা,
য়েংজখি মিংফম হোংদনা,
মাইথোংদি শ্রীরামচন্দ্রগী।

মতুংসিদা মহর্ষিনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা,
ঐখোই ময়াম্না ইবুঙেঙা,
দর্শন ফংজরে নহাক্কী,
নুংঙাইজরে থোইদোক্লদি,
হনজরগে ঐখোই ময়াম।

ইকাইখুম্নবা ফংলবা,
মুনি পুম্নমক অহুনা,
মখোই মখোইগী আশ্রমদা,

श्रीराम

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৩৮শুবা সর্গঃ

( শ্রীরাম্মা নিংথৌ জনক, যুধাজিৎ, প্রতর্দ্দন, অমস্তং অতৈ অতৈ
নিংথৌশিং বিদায় পিথিবা । )

মতৌ অস্নুম্না শ্রীরাম্না,
অঙম-অথৌশিং লোইননা,
লৈবাক প্রজা পুম্নমক্কী,
তৌখি শাসন মুমিং খুদিং
মুমিং কয়ানি মতুংদা
নোংমদি শ্রীরামচন্দ্রনা,
মিথিলা লৈবাক্কী নিংথৌ,
হায়রজখি জনক মফমদা ।
ঐখোইগী অমতং ওইবা,
চংজফম অদু নহাক্কী,
হায়দ্রবস্নু অদুক য়াম্না,
য়োকপি-থাকপিবস্নু নংনি ।
নংগী তপস্যা মহৈনা,
ঙম্বনি রাবন মাংহনবা ।
ইবুঙেঙা লৈবা মরম্না,
ইক্ষ্বাকু মিথিলা অনি,
মুংশিনবা মরি-মতা,
থদংপা ঙম্লোই কনানা ।
মরম অসিনা, ইবুঙেঙা !
ননাইগী খুদোল পুদুনা,
[illegible]বিশ্রো সনা-কোন্নুংদা,
থৌগল ওইনা ইবুঙেঙাগী,
ইলহনজগে ননাই ভরত ।
তাবদা শ্রীরামগী বাদি,
হায়রকই জনক নিংথৌনা.
ফরে 'মদু ওইরসনু' ।
নীতি শাস্ত্রগী মরমদা,
নংনা থং-হৈবা অসিদা,
মুংঙাইরে ঐহাক থোইদোক্লা ।
নংনা ঐঙোন্দা পিরিবা,

খুদোল পোৎ ময়াম অসিদি,
পিরবনি ঐনা অমুক,
দানগীদি মশক ওইনদি,
সীতা, কন্যাশিং মফমদা।

অমুমা হায়রগা রামদা,
মপুক্লিং হরাওনা জনক,
বিদায় লৌখি শ্রীরামদগী,
চৎখি মিথিলা কোন্নুংদা।

জনক চৎপ্রবা মতুংদা,
মখুৎ লোয়না শ্রীরামা,
কেকয়গীদি নিংথৌ মচা,
মাম্মা যুধাজিৎ মফমদা,
হায়জখি থোইনা নোল্লুক্লা।

নিংথৌগী মচা অথোইবা?
ঐ, ভরত অমদি লক্ষ্মন,
অযোধ্যা লৈবাক পুন্নমক,
লৈবনি নংগী নখাদা,
থোইনা হায়বগী কানদে,
নংনি চংজফম ঐখোইগী।

ইবুথৌ অহল ওইরবা,
রারমগনি কেকয়রাজ,
মরম অসিনা ঙসিমক,
থৌরাং তৌবিরো লেংনবা।

সনা-লুপা-মণি-মুক্তা,
পুবিখো মখল কয়াদি,
ইবুঙঙা নহাক্কী থৌগল,
তৌহনজগে ননাই লক্ষ্মন।

মতাংসিদা যুধাজিৎনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা,
চৎলগে ঐহাক চৎপদি,
অতুগা সনা-লুপাদি,
পুক্কে ময়েং তাদনবা,
থমহৌরো নহাক্কী ওইনা।

অহানবদা রামচন্দ্রনা,
মাগী মাম্মা যুধাজিৎপু,
খুরমখি য়েক্তা কোইরগা।
মতুং অতুদা যুধাজিৎ,
থনমগা রামদি য়েক্তা,
যাওা তৌখি নোক্লা নোক্লা।

বৃত্রাসুর হাৎলবা মতুংদা,
ইন্দ্রনা বিষ্ণু লোইননা,
চৎমিন্নখিবা অতুগুম,
কেকেয়েশ্বর যুধাজিৎনা,
চৎখি লক্ষ্মনদি লোইননা।

মখোই চৎপ্রবা মতুংদা,
অকিবা মশক থংদবা,
কাশী নিংথৌ প্রতর্দ্দনদি,
লেঙ্গোয়রগা শ্রীরামা,

হায়জখি থোইনা নুংশিনা।
মতমদা রাজ অভিষেক্কী,
চানবিবা উৎনা থোইদোক্লা,
ভরত লোইননা অদোম্না,
হোৎনবিখি ঐগীদমক।

খুড়া দলান্না লৈতেংবী,
পুক্লিং হুরবী কাশীদা,
তৌবিরো থৌরাং লেংনবা,
ভাইরম্নগনি খৌরাংনা,
প্রজাশিংনা বারানসী।

অমুম্না হায়রগা শ্রীরাম,
হৌগত্তুনা মমক মদগী,
চেক্লেৎনা কোনখি কাশীরাজ।

মতৌ অহুম মুংশিননা,
তৌনখি বিদায় অনিনা।

চংপ্রবা তুংদা কাশীরাজ,
মোমোন নোক্তুনা শ্রীরাম্না,
নিংথৌ চহুমগী মফমদা,
হায়রকই থোইনা নুংশিনা।
ঐগী ইফমদা থম্বিবা,
প্রেমচুদি নিংথৌ ময়ামগী,
ভম্মরোই লমন শিংবদি,
করি তৌরগা ময়ামগী,
ওইগনি অপেনবা অচু।

নিংথৌ ময়ামগী মফমদা
ধর্ম্ম অমসুং সত্যনা,
লেংদনা লৈবা ওইসনু।
পুকচেল চাউবা নিংথৌশিংগী,
পাঙ্গল অমসুং শক্তিনা,
মবুক ফজবা রাবনবু,
মাংহনবনি মরু ফংনা
ওইবনি ঐদি মখিংতা।
রাবনগী মচা, মন্ত্রিশিং,
মাগী লাম্নিশিং পুম্নমক,
হিনবিরিবা পুম্নমক্না,
ফংক্কোকপনি মরু ফংনা।

সীতা লুপ্রে খংলবদা,
মবুকচেল চাউবা ভরতনা,
পুরকপনি নিংথৌ ময়াম।
পুকচেল চাউরবা ময়াম্না,
ঐগী ইতেং পিবিনবা,
হোৎনবিখি থোইদোকদি।
মতম অচুদগী হৌনা,
ভসি ফাওবদি অসিদা,
মতমদি কয়া মাংপ্রবা।
রারৌবিদনা ময়াম্না,
থৌরাং তৌবিরো হন্নবা,
অফবা ওইনি মচুনা।

তাবদা শ্রীরামগী রাওাং,
পেন্নখি নিংথৌ ময়ামদি,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা।

লাইবক ফনা ইবুঙো,
ফংলে লান্দা মাইপাকপদি,
লোইননা নিংথৌ খুভমদি।

থোইনা হান্নবগী কানদে,
য়েক্লবগী মথুক্তগী.
ওমলে কনবা সীতা দেবী।

ঐখোই নিংথৌদি ময়াম্না,
নুংঙাইজবদি থোইদোক্না,
লান ওমত্নুনা ইবুঙোনা,
মাংহনখিবসিনি রাবন।

নংগী হৌনশা ওইবনা,
থাগৎপিরি ঐখোইবুদি।
থাগৎনিংবনি ঐখোইস্তু,
ইবুঙো নহাক অসিবু,

অদুবু ঐখোই ময়ামদি,
থাগৎপদা ফোংদোক্লবা,
খংজদে রাহৈ নিংথিবা।

ইবুঙো য়াথং ওইবনা
হনজরগে ঐখোই লোইনা।
ঐখোইগী থম্মোই মন্নুংদা,
লেংদনা থমগে নশক্তি।

ঐখোইনা নিংজবগুম্না,
ইবুঙো শ্রীরাম নংনস্তু,
কাওবিগনু ঐখোইবুদি।

থম্মোই থম্মোইদি তিন্ননা,
লৈনসি মতম চুপ্পদা।

নিংথৌশিং ময়াম অদুনা,
হায়জরগা মতৌ অমুম,
বিদায় লৌখি শ্রীরামদগী,
চৎনখি লাম্মি লোইননা,
মরৈবাক্তা মাগী মাগী।

মতাং আসদা উত্তর কাণ্ডগী ৮শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৩৯শুবা সর্গঃ

( শ্রীরামদা পিরবা খুদোল পোৎশিং অদু য়োংশিং অমদি মরুপ মপাংশিংবা য়েংবিবা । )

নিংথৌ ময়ামশিং অদুনা,
বিদায় লৌরগা রামদগী,
শগোল-শামু লিশিং লিশিং,
খোংমি লাম্মিদি লোইননা,
পৃথিবী থক থক নিরুদি,
চৎনখি হরাও তয়াম্না ।
নিংথৌ পুন্নমক অসিনা,
রামগী মতেং পাংননবা,
অক্ষৌহিনী লাম্মি কয়া,
পুরক্লুনা অযোধ্যাদা,
লাকখিবনি হরাও হরাও,
মতুং ইন্না ভরত য়াথং ।
মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা,
অকনবা নিংথৌ ঙাক্লনি ।
লক্ষ্মীদা চৎন-চৎনদি,

নিংথৌশিং ময়াম অদুনা,
ঙাংনরকই মহৈ মহৈ,
লান অদুদি রাম রাবনগী,
ফংদ্রে উহৌবা ঐখোইদি,
রারি তাবা নত্তনদি ।
রাবন হাত্তুনা শ্রীরাম্না,
লান পুমলোই লোইশ্রবা তুংদা,
পুরকপনি ঐখোই ময়াম,
অরেপ্পদা ভরতনদি ।
লাক্লম্নবদি হাম্মনা,
ফংলমগনি লান্দি য়াওবা ।
নিংথৌ ঐখোই পুন্নমক্কা,
হিংচাবা লাম্মি পুন্নমক,
হাৎকদবনি তুম্মদি,
চিংনফম থোক্লে মসিদা ।

নিংথৌ ঐখোইগীদমক্তা
লেপ্লবা শ্রীরাম লক্ষ্মননা,
সমুদ্র লাইনা লান্দুনা,
ঙমগনি লান্দি তৌরম্বা।

নিংথৌ পুম্নমক অহুনা,
মপুক্লিং থোইনা হরাওনা,
রারি মখল মখা তৌনা,
হন্নখি মরৈবা কদি।

মখোই মখোইগী লৈবাক্তা,
য়ৌবা মতমদা নিংথৌশিং,
হরাওনখি প্রজাশিং,
উবদা মখোইগী নিংথৌ,
চেক্ল-কাইদনা হল্লকপা।

হায়রিবা লৈবাকশিং অসি,
মনি-মুক্তানা থল্লবা,
ফৌ চেং মরাং কাইনা থোকপা,
নিংথিবা লৈবাক ঙাক্তনি।

ফংনবা শ্রীরাম থৌজালদি,
মখল মখলগী মনিশিং,
শগোল-শামু-দোলাই-চন্দন,
মমল য়াম্নবা ফিরোলশিং,
প্রবাল, মুক্তা, ছাগ, ভেড়া,
অসিনচিংবা পুম্নমক,
কৎচখি শ্রীরাম মফমদা,

নিংথৌশিং ময়াম অহুনা।
ভরত, লক্ষ্মন, শত্রুঘ্ন,
অকনবা মনাও অহুম্না,
খুদোল পোৎ ময়াম অহুদি,
পুরকখি শ্রীরাম মফমদা।

য়ৌরক্লবদা অযোধ্যা,
মচিন-মনাও অহুম্নদি,
কৎশিনখি শ্রীরামচন্দ্রা
খুদোল পোৎ ময়াম অহুবু।

মপুকচেল চাউবা শ্রীরাম্না,
মপুক্লিং য়াম্না হরাওনা
লৌরগা খুদোল পোৎশিংহু,
মহাক্কী মতেং পিরকপা,
য়োংশিংগী নিংথৌ সুগ্রীব,
হিংচাবা নিংথৌ বিভীষন,
য়োং-হিংচাবদি লাম্মিশিং,
মখোই ময়ামগী মফমদা,
মনি-মুক্তাশিং পুম্নমক,
মতিক চাবা য়েংনা য়েংনা,
কনা চিংথবা তৌদনা,
য়েনবিখি হরাও হরাওনা।

অকনবা য়োং-হিংচাবশিং,
মখোই পুম্নমক অহুনা,
মনাদি শ্রীরাম্না পিবা,

থেংখি কনানা মকোক্তা,
শিখি কনানা পাম্বোমদা।
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙ্গানা,
অঙ্গদ হনুমান অনি,
ফমহল্লগা মনাক্তদি,
হায়রকই স্বগ্রীব য়েংনা।
অঙ্গদদি নংগী নচা,
হনুমানদি নংগী মন্ত্রি,
অকনবা অনি অসিনা,
বা তানফমনি নহাক্কী,
পিখি কানবা ঐগীদি।
মরম অসিনা হে নিংথৌ!
নংনা ইকাইখুম্নবগুম,
ঐহাকসু মখোই অনিদা,
উৎচরি ইকাইখুম্নবা।
অসুম্না হায়রগা রাম্না,
ফিরোন মশাদা শেৎলিবা,
মমল য়াম্নবশিং অহৎ,
লৌথোক্লগা নিংথিজনা,
শেৎচিনবি মখোই অনিদা।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
নল, নীল, কেশরী, কুমুদ,
সুষেন, গন্ধমাদন, পনস,
মৈন্দ, দ্বিবিদ, জাম্ববান,
গবাক্ষ, বিনত, ধূম্র,
বলীমুখ, প্রজঙ্ঘ,
মহাবল, সন্নাদ,
দধিমুখ, দরীমুখ,
ইন্দ্রজানু মখোই ময়াম,
য়োং সুচিংবশিং মফমদা,
নুংশিনা মিংয়েং থমগা,
য়াম্না ফজনা থাহৈনা,
হায়রকই থোংনা নৌনদি,
ঐগী হকচাংনি নখোইনা,
মরূপনি থোইদোক হেন্দোকপা,
ইচিন-ইনাওনি অশেংবা।
অমুক করিদি হায়খিনি,
নখোই পুম্নমক অসিনা,
কোকপিখি ঐগী অরাবা,
নখোই ময়ামগী নতেংবু,
থোইনা থাগৎচরি ঐনা।
মরূপ নখোই অসিবুদি,
কাওররোই ঐনা পুন্সিগী;
মতৌ অসুম্না হায়রগা,
মখোই খুদিংদা শ্রীরাম্না,
সনা-লুপা-হিরা-মনি,
ফিরোলদি মমল য়াম্নবা,
পিবিরগা দান ওইনদি,
কোনবিখি মখোই খুদিংমক।

মতুং অসিদা য়োংশিংনা,
চাখি অথুম-অহাওশিংদি,
মমিং ঙাংখি য়ু থকপদা,
হৌরাওজখি নোক-খেনদি।
থা অমা মতম হৌখিবা,
খংহৌদে য়োং-হিংচাবশিং,
লৈমিন্নবনা শ্রীরামগা,
খনজখি মিংকুপ অমগুম।
শ্রীরাম ইবুঙেঙা মহাকসু,
লৈমিন্নবনা ময়ামগা,
লেনখি অরাবা খংদনা,
মতমদি অহুক শাংবতু।
মতো অস্থুমা লৈরকপা,
থা অমসু নিংথম থাগী,
হৌখি মফম খংহৌদনা,
ময়াম পুন্ননক অহুনা।
শ্রীরামগী থৌজাল ওইনদি,
নিংথিরবী অযোধ্যাদা,
লৈখি য়োং-হিংচাবা ময়াম,
হৌরাও তয়াম মতম লেম্না।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৩২শুবা সর্গ লোৎরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ৪০শুবা সর্গঃ

( শ্রীরামনা য়োং-শওম অমস্থং হিংচাবশিং বিদায় পিথিবা । )

মতম খরগী মতুংদা,
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙানা,
য়েংলগা স্থগ্রীব নিংথৌ,
হায়রকই তপ্না তপ্নদি ।
পুকচেঙ্গ চাউরবা ইবুঙেঙা !
নরৈবাক লমদম স্থংশিবা,
লাই-হিংচাবা চংঙমদবা,
কিস্কিন্ধাদি নিংথিজবী,
কুইরক্লে হুন্দোক্লম্বদি,
হনগ্রগা মক্কম অদুদা,
য়েক্লা-তিংথংদি লৈতনা,
পানবিক্লরো স্থংঙাইনদি ।
অকনবা নিংথৌ নহাক্লা,
অঙ্গদ, হনুমান, নলদি,
থোইনা স্থংশিবা মিংয়েংদা,
য়েংবিয়ু মতম চুপ্পদা,

কাওবিগনু মসিতদি ।
নকু স্থষেন, অকনবা তার,
কুমুদ, নীল, শতবল,
মৈন্দ, দ্বিবিদ, গবাক্ষ,
গজ, গবয়, মহাবল,
শরভ, দুর্ধর্ষ অকনবা,
জাম্ববান, গন্ধমাদন,
মথোই পুম্নমক অসিদা,
থম্বিয়ু নুংশিবা মিংয়েং ।
মপাঙ্গল কনবা ঋষভ,
স্থপাটল, কেশরী, শরভ,
শুম্ভ, অকনবা শঙ্খচূড়,
মথোই পুম্নমক মক্কমদা,
তৌবিয়ু চান্না লুনদি ।
মথোই পুম্নমক অসিনা,
মথবাই কাওবা কংথোক্তুনা,

হোংনবিখি ঐগীদমক।
মখোই পুন্নমক অসিদি,
লোইনবিয়ু হরাও হরাও।
অসুম্না হান্নবা শ্রীরাম্না,
চেংনা কোনখি সুগ্রীবদি।
মতুংদা বিভীষন য়েংনা,
হান্নরকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
হিংচাবা নিংথৌ ইবুংঙো।
ধর্ম্ম মাগী মতুং ইন্না,
তৌবিয়ু শাসন লঙ্কাদি।
লৈবাক প্রজা পুন্নমক্না,
হিংচাবশিং পুন্নমক্না,
নম্নাম্বা অহল কুবেরনা,
হায়নৈ নংবু ধর্ম্মমক্তি।
করিগুম্বা মওংদসু,
তৌগে খনবিন্নু অধর্ম্ম,
জ্ঞানদি লৈবশিং অতুনা,
চত্তুনা অচুম্বা ধর্ম্ম,
ফংজরি রাজভোগ পৃথিদা
মতম লৈবা পুন্নমক্না,
ঐ অমদি সুগ্রীববু,
কাওবা তৌবিন্নু ইবুংঙো।
হৌজিক্তি নপুক্লিং ইংনা,
লেংবিরো লঙ্কা কোম্নুংদা,

লোইননা নংগী মন্ত্রিশিং।।
শওম-ম্লোং-হিংচাবশিংনা,
তাবদা শ্রীরামগী বাদি,
লাওনরকখি "সাধু, সাধু"
থাগৎনখি হন্না হন্না।
ইবুংঙো নংগী জ্ঞান-শক্তি,
মশক্তি অঙকপামক্কী।
স্বয়ম্ভু ব্রহ্মা মতৌগুম,
নিংথিজরি মতম চুপ্পা।
মন্নাম্না শ্রীরাম থাগৎপা,
মতমসিদা হনুমান্না,
হান্নজখি শ্রীরাম মফমদা।
ইবুংঙো নংগী নফমদা,
ননাইগী লৈ অকনবা প্রেম,
লোংদনা পুক্লিং অনিদি।
অতোপ্পা পোৎশক অমতা,
লৈত্রে ননাইগী পামজবা।
সংসার অসিদা ইবুংঙো,
বারি অসিনা নহাক্কী,
ভাংন-শোম্নরিবা মথৈ,
ননাইগী থবাই অসিদি,
লৈহনবিয়ু হকচাংসিদা।
নংগী নিংথিবা বাম্নসি,
অপ্সরাশিংদগী কাওবা,

তাবা ফংজগে ননাইনা,
মতম লৈবা খিবিক্লদি ।
মুংশিংনা নোং মাংহনবগুম,
তাজরগা নংগী রারি,
মাংহনগে খোইরাংবা পুক্নিং,
উদবগী ইবুঙেঙাদি ।

তাবদা হনুমান রাদি,
হোগত্লনা শ্রীরামচন্দ্র,
কোল্লগা মাবু চেজেংনা,
হায়রকই খোইনা মুংশিনা ।

হে য়োং অখোইবা হনুমান ।
নংনা পামজবা অতুনক,
ফংবা ওইজরো অকনবা,
চিংনগনু করিমতা ।

মীওইবাশিংগী মরক্তা,
রারি অসিনা ঐহাক্তা,
শক্লা-শোয়রিবা মখৈ,
লৈরসনু নংগী মিংচৎ,
লৈজরো নংস্থ হিংনদি ।

মতেংশিং নংনা পিখিবা,
অমমমগী ওইনা ঐনা,
ঙমগনি পিখোকপা থরাই,
মতুম্না তৌরফাওবদা,
মতেংদি নংগী অরোইবা,
তোল্লগনি ঐহাক্লদি ।
মতেং পুম্নমক অতুনা,
লৈরসনু ইশা পক্লা,
অপাম্বনি মসি ঐগী ।

নংনা রারবা মতমদা,
পাম্মি ঐনা নংবু কনবা ।

মতুং অসিদা শ্রীরামা,
থাগী মঙালগুম নিংথিবা,
হিরাগী পরেং অমদি,
বৈদূর্য মনি থান্নবা,
লৌথোক্লনা মঙক্নগী,
শিবিখি হরাও হরাওনা
মঙক্লদি হনুমানগী ।

সনাগী সুমেরু চাংদা,
মঙাল তাবদা থাজগী,
ফজবগুম ইরং লংনা,
হনুমান মাগী থবাক্তা,
তাবদা মনি মঙালনা,
ফজখি খোইদোক হেন্দোক্লা

মতুং অসিদা য়োংয়াম্না,
হোগৎত্লনা ফমফমদগী,
খুরমখি শ্রীরাম মখোংদা ।
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙানা,
সুগ্রীব বিভীষণ অনি,

বিদায় পিথি চেজেং কোম্না।
রাম কাইনবদা ময়ামদু,
তাখি অবাবা ইপাক্তা।
কনানা খাংখি ওন-থোইনা,
কপ্লি খরা মখোল থোক্না,
চংলি খরা তুরোই-ভয়োই,
তুরি খরনা জ্ঞান মাংনা।
শ্রীরাম কাইনবা অসিদা,

মখোই পুন্নমক অহুনা,
হকচাং লৈত্রবা থবাইগুম,
মকম মরাং খংনদনা,
চংনখি ময়ুম ময়ুমদি।
নিংশিং নিংশিংনা শ্রীরামদি,
য়োং-হিংচাবা পুন্নমক,
মমিত্তা পিরাংদি থম্না,
চৎনখি জ্ঞান য়াওদনদি।

মথাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৪০শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৪১শুবা সর্গঃ

( কুবেরনা থারকপা পুস্পক দোলাই শ্রীরামা অমুক থাদোকখিবা, ভরতনা শ্রীরামবু থাগৎপা । )

শওম য়েনোং হিংচাবশিং,
চংখ্রবা মতুং অসিদা,
মনাওশিং লোইননা শ্রীরাম,
তৌখি নিংথিনা শাসন্দি ।
নোংমা নুংখিলগী মতমদা,
ফম্লিংৌদা মনাওশিংগা,
অতিয়াদগী থোরকপা,
মিরবা খোঞ্জেল অমদি,
তাবা ফংখি শ্রীরামচন্দ্র ।
হে ইবুঙো শ্রীরামচন্দ্র !
অমুক্তদি ঐঙোনলোমদা,
য়েংবিরকউ হরাও হরাও ।
ঐ অসি পুস্পক দোলাইনি,
থারকপনি কুবেরনদি ।

ইবুঙো য়াথং ইন্নদি,
চৎলুবদা কুবের নাক্তা,
তাকপিরকই অমুক হায়না ।
লানফমদা ইবুঙো রাম্না,
পিত্নুনা রাবন মাইথিবা,
ওইখ্রবনি শ্রীরামগীদি ।
ফত্রবা রাবন নিংথৌনা,
ঐগী ইচা, ইনাই-ইশল,
মরূপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈ,
মখোই পুম্নমক অসিবু,
লাক্লখি ওন্থোক্লা থিনা ।
অদুবু শ্রীরামচন্দ্রনা,
জয় তৌরগা রাবন মাবু,
ফংখ্রবনি দোলাই নংবু ।

মরম অসিনা হেং পুষ্পক।
ওইরুরো রামগীদি শাদোং।
জগৎ পুম্বগী চংক্ৰমম,
ওইবনি শ্রীরাম মাতনা।

মাগী শাদোং ওইরুনবা,
চৎলো পুষ্পক অমুক হন্না,
মসি ঐগী অপাম্বনি।

য়াথং ফংবদা কুবেরগী,
লাকপনি ঐহাক ননাক্লা,
লৌশিনবিয়ু চিংনদনা।

ফংলবদা কুবের য়াথং,
কোইবা ওস্মি জগৎ থুংনা,
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
ফংলবদি নংগী য়াথং,
লৈজবা ঐগী শাক্তনা,
জগৎকী মফম পুম্নমক,
ঙমগনি কোইনা পাইবদি।

তাবদা দোলাইগী মরা,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
য়েংহ্নুনা পুষ্পক দোলাইদা
হায়রিবা বাফম অদুনা,
ওইরবদি অরেপ্পহু,
ঐগী পাওতাক মতুং ইন্না,
তৌবদা কাইদ্রে থবক্তি।

মতম অসিদা শ্রীরাম্না,
পুথোক্লুনা হৈ-লৈগুদি,
তৌজখি হৌনবী পূজা।

মতুংদা হায়খি শ্রীরাম্না
পুষ্পক দোলাইদি অপাইবী।
হৌজিক্লি নহাক চৎচগ্রো,
পাম্নকপা মতমদা ঐনা,
নিংশিংলক্কে নহাক অসি,
লাকপিয়ু মতম অদুদা।

কাইনবগীদমক ঐগা,
তৌরুরনু অমুক রাবা।

সপ্পী থিংবা ঙম্বা নংগী,
লৈতে কনাম্বু জগত্তা,
নংনা পাইনিংবা মাইকৈদা,
পাইজগ্রো ননিংদি তৌনা।

তাবদা শ্রীরামগী বাদি,
হায়রকই পুষ্পক দোলাইনা,
লৌজরে নয়াথং অদু।
মতুংদা শ্রীরামচন্দ্রনা,
বিদায় পিখি পুষ্পক দোলাই।
নিংথিবা পুষ্পক দোলাইনা,
ফংবদা শ্রীরামগী য়াথং,
পাইজখি মথা মাইকৈদা।
মতুং অসিদা ভরতনা,

হায়রকই শ্রীরাম মফমদা,
লাইমক্লি ইবুঙেঙা নংদি৹
নংগী শাসন মতমসিদা,
মীওইবশিংতা নত্তনা.
অতোপ্পা জীবশিং ফাওবা,
ঙম্মি বা ঙাংবদি মীগুম।
নংগী অভিষেক তৌখিবা,
হেনগ্রবনি থা অমদি৹
মতম অসি ফাওবদা,
কনাগুম্বা অমতগী,
ফংদে পাও অরা-অনাগী।
প্রজা অনা-অয়েক তৌবা,
য়াওরবসু করিগুম্বা৹
কনাসু য়াওদে শিবদি।
নুপি পুম্নমক অসিনা৹
পোকখি অফবা মচাশিং।
নোই-পেন্নদি লৈ প্রজাশিং
চাম্ন-চিন্ননা প্রজাশিং,
লৈমিন্নৈ মফম খুদিংদা।

পৃথিবী মফম খুদিংদা,
মতম চানা নোংচুবনা৹
অমৃতদি ফংজবগুম৹
হরাওনরি প্রজাশিংনা৹
মনা-মশিং উরা পুম্বা,
উরি তনৌ তনৌনদি।
মঙ্গলগী মশক ওইরবা.
তপ্না শিংলকপা নুংশিংনা৹
হুন্নি মাইকৈদি মরিদা।
লৈবাক প্রজা পুম্নমক্না৹
শক-শোন্নরি মতম চুপ্পা৹
নতিক নগুন্দি নহাক্কী।
শন্দোক্লী খুঙ্গং খুদিংদা৹
মিংচত্তি নংগী নিংথিবা,
নিজরি নংগী মঙ্গলতা৹
তাইবংদি শেম্বা মপুদা।
ভারতকী নিংথিবা রাহৈ,
তাবদা শ্রীরামচন্দ্রনা৹
পেনজখি থোইনা হেন্নদি।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ড ॥ ৯১শুবঃ সর্গঃ লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ৪২শুবা সর্গঃ

( অশোক বন্দা রাম সীতা শানমিন্ন, গর্ভ লৈরবী সীতানবা তপোবন য়েংনিবা অবস্থং শ্রীরামগী য়াথং ফংবা। )

সনানা লৈতেংবা পুষ্পক,
বিদায় লৌনা চংশ্রবদা,
চংখি শ্রীরাম অশোক বন্দা।
মাইকৈ মরিদি বনসিংগী,
চন্দন, অগুরু, দেবদারু,
হৈনৌ য়ুবী, রক্তচন্দন,
মখল কল্লাগী উশিংদি,
হৌরি থোইদোক হেন্দোকুদি
চম্পক, অশোক, পুন্নাগ,
মধূক, কাঁঠাল, শাল,
পারিজাত লৈগী পাম্বিশিং,
হৌরি মফম চানা চানা।
লোধ্র, কদম্ব, নাগকেশর,
অর্জুন, সপ্তপর্ণ, তিনিশ,
মন্দার, কদলী, প্রিয়ঙ্গু,

ধূলীকদম্ব, বকুল, জম্বু,
দাড়িম্ব কোবিদার পাম্বী,
অতৈ অতৈ মোংশোং মচা,
উরি-বারিনা য়েংশিনবা,
লৈরি পরেং চানা চানা,
য়েংবদা পুক্নিং হুনদি।
নিংথিবা হৈপাল লৈপালগী,
ফুগাইনা শাংপা মপান্না,
নুংশিবা মনম লোইননা,
ফজহল্লি থোই-হেন্নদি,
য়েল্লি নুংশিবা মনমদি,
বনগী মাইকৈ খুদিংদদি।
হৈশিংলবা মালীশিংনা,
পাম্বিশিং অহু নিংথিবা,
পরেং চানা মফম চানা,

থাখিবনি ফজনদি ।
তরুই তরুই পাম্বী খুদিং,
চুমজুম্না পাল্লি মহৈশিং,
খুদিংমক্তা হৈরাং-লৈরাং
চুপলি খোইমুনা লৈহিশিং,
পুক্লিংদি হুরি শুমহৎনা,
য়েংলু য়েংলুবা মাইকৈদা ।

নিরবা খোজেল কোকিলগী,
নুংশিনা ডংবা খোইমুগী,
হরাওনা খোংবা উচেক্কী,
তিনখি অমতা ওইনদি,
নুংনাংহল্লি তাবদদি ।

উ খরনা সনা মচু,
খরনা মৈরিগী মচু,
খর অমনা অশংবা,
পুন্দুনা মচু ময়াম্না,
ফজহনবতা নত্তনা,
নুংঙাইহল্লি য়েংবদদি ।

উপাম্নিশিংগী মরক্তা,
ইংলবা ইশিংনা থনলা,
শাংলবা খোংদি কম্লানা,
চেন্না লৈরি খেক্লন খোইনা ।

খোং মচা পুম্নমক অচু,
চনবনি মনি-মুক্তাবা ।

ইশিংদগী চনখৎলকপা,
সিঁত্তী পুম্নমক অহুম্নু,
হৎলি হিরা-মনিতলা ।
যুগাইনা শাংলিবা লৈরাং,
থরো-থম্বাল-থারিকথাশিং,
য়েঙবদা মনি মণ্ডালনা,
ফজরি থোইনা লংনদি ।
চাক্তারিবা চক্রবাক্কা,
ফজহল্লি অমুক হেন্না ।
ডাহুক, শুক উচেকশিংদি,
তোংহুনা উগী উশাদা,
শক্লি ইশৈদি নুংশিনা :
কাণ্ড, ভানু থঙোংশিংনা
শানরি লুপ্না ইশিংদা ।

উরি-বারি পুম্নমক্কা,
মখল-মখাগী মচুদা,
শাত্তুনা মপাল নিংখিনা,
উৎলি মখোইগী ফজবা ।

মখল মখলগী শম্বলশিং,
মখল মখাগী মুক্তাশিং,
থমহুনা মক্ষম চানদি,
ফজহল্লি খোইদোক্লদি ।

মাইকৈ খুদিংদা বনসিগী,
মখল মথা মচুশিংগী,

বৈদূর্য্য মণি মত্তৌগুম,
থম্না হৌরি লেংলেং চংনা।
উপাম্বী কম্না অমদি,
নিংথিনা হৌরি মনাক্না,
লৈদি ঙোম্না মশা পুম্বা।
নুংশিংনা লুম্নদা লৈশিং,
থেংনহ্নুনা মথং মথং,
চোইজাইনা তারি মালেমদা,
উরি ইরং ইরং লংনা,
মত্তৌগুম অতিয়াগীদি
লৈতেংবা থৌরান-মিচাক্না।
নন্দনবনগুম ইন্দ্ররাজগী,
চৈত্ররথগুম ব্রহ্মাগী,
শেমখিবনি নিংথিজনা,
হায়রিবা তপোবণ অসি;
য়ুমগা কোন্নবা কমফমশিং,
উনা-বানাগী খাংপোকশিং,
লৈরি থোইনা মন্নাং কাইনা।
তপোবনসিগী মনুংদা,
লেংশিনখিহ্নুনা শ্রীরাম্না,
কুশগী খুদা মথক্তা,
চাইনা থন্নিবা লৈশিংগী,
কমথখি মথক অহুদা।
শচী দেবীদা ইন্দ্রনা,
অথুপ্পা য়ু পিথকপগুম,
শ্রীরামচন্দ্র মথুংমক্না,
পাইরগা সীতা মথুক্তি,
পিথকখি য়ু মৈরিম্নদি।
থৌগল-মনাইশিং অহ্নুনা,
চান-থক্বা শ্রীরামগী,
মহাও লৈরবা শাদোংশিং,
মখল মখালগী উহৈশিং,
পুশিল্লকখি খুনক্তদি।
জগোই ইশৈদা কাওরবী,
নাগ-কিন্নরী কন্যাশিং,
থৌগলদি ওইনা শ্রীরামগী,
ইশৈ শকখি জগোই শানা।
নিংথিবী কন্যা কয়ানা,
মথোই কাবগা লোইননা,
শাহ্নুনা জগোই থেক-নৌনা,
পেলহনখি শ্রীরামচন্দ্রদি।
পুন্নমক মনিং থুংহনবা,
ধর্ম্ম লৈরবা শ্রীরাম্না,
ফিজেৎ-লৈতেং চংখোম্নবী,
জগোই শাবিশিং পুন্নমক,
মনিং থুংনবা মথোইগী,
পিবিখি অপাম্বা পোৎশিং।
বসিষ্ঠ অরুন্ধতীগুম,

শ্রীরাম্মা সীতা লোইননা,
ফমখি আসন অমতদা,
খোইনা ফজখি য়েংবদা ।
লাইরেম্বীগুম ফজরবী,
বৈদেহী সীতা ইবেম্মা,
লোইনচুনা মুমিং খুদিং,
পেনশনখি শ্রীরামচন্দ্রনা ।

মতৌ অমুম মতম কুইনা,
শানরকপনা রাম সীতা,
থংহৌদে মতম হৌখিবা,
লোইখি অশিং-অবাস্থাদি ।

ধর্ম্ম লৈরবা শ্রীরাম্মা,
অযুক মুংথিলগী ম তমদা,
তৌখি ধর্ম্মগী থবকশিং,
মুমিং তারবা মতুংদা,
পোথাখি অন্তপুর চংনা ।

অয়ুক মুংথিলগী মতমদা,
পূজা তৌজখি সীতানা,
তাইবংগী মপু ঈশ্বরদা,
মপুক্কিং অনি লোংদনা ।

স্বর্গদা শচীদেবীনা,
নিংথিবা ফিজেৎ লৈতেংনা,
লৈজবগুম ইন্দ্র নাক্তা,
বৈদেহী সীতা দেবীনা,
নিংথিবা ফিরোল শেৎলগা
লৈজখি শ্রীরাম মনাক্তা ।

বৈদেহী সীতা মফমদা,
হৈরাং মমি তমখিবা,
নিংথিবা খুদম উবদা,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
'লাইবক্তি ফরে ইনেম্মা'
থাগৎপিখি হরাওনদি ।

নিংথিবী ইবেম্মা সীতে !
হৈরাং মমিদি উবদা,
অপেনবা ওইরে ঐহাক্কী ।

নংগী অপাম্বা করিনো ?
হায়য়ু ননিংদি থুংহনগে ।
মতম অসিদা সীতানা,
হায়জবকই মোমোন নোক্ক
রঘু শাগৈগী অখোইবা !
শেংলবা তপোবনশিংদি,
পামজে ঐহাক্না য়েংজবা ।

উহৈতনা মথবাই ওইবা,
গঙ্গা তোর্ব্বান্দা লৈরিবা,
মহামুনিশিং মফমদা,
অহিং অমা সেবা তৌনা,
লৈজনিংঙি ননাই ঐনা ।

তাবদা সীতাগী বাদি,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
'য়ারে নংগী অপাম্বহু'
চৎনবা তৌরো হয়েংমক

সীতা মফমদা শ্রীরামা,
হায়রম্নগা মতৌ অম্নম,
মাগী মরূপশিং লোইননা
চংখি ময়াইথংবা কানা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৪২শুবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## 'উত্তর কাণ্ড"

### ৪৩শুবা সর্গঃ

( প্রজাশিংগী মফমদগী ভদ্রনা সীতাগী মরমদা ফত্তবা ৱাংনবা তাতুনা শ্রীরামদা তথা। )

মন্নাইথংবা কা অসিদা,
মাগী মরূপশি লোইননা,
মথল মথা বারি তৌনা,
লৈরি নুংঙাইনা শ্রীরাম্না।
রামগী মরূপশিং অতুদি,
বিজয়, মধুমত্ত, কাশ্যপ,
মঙ্গল, কুল, সুরাজি,
কালিয়, ভদ্র, দন্তবক্র,
সুমাগধ, মখোইসিনি।
মরূপশিং থমোই শেংলবা,
মখোই পুম্নমক অসিনা,
নোক্না নোক্না শ্রীরাম মাংদা,
নুংঙাইনা বারি শাতুনা,
লৈনরি মতমদি লেম্না।
মরক অসিদা শ্রীরাম্না

য়ারিগী মতাং অমদা,
হায়রকই ভদ্রদি য়েংনা,
হৌজিক মতমসিদা ভদ্র!
লৈবাক প্রজা অম্নাম্বনা,
ৱাংনরি করি মরমদা?
কোনুং অমম্নুং থুঙ্গংদা,
লৈরিবা প্রজা মন্নাম্না,
ঐগী লমচৎকী মরমদা,
করি হায়না ৱাংনরিবা?
ঐহাক্কী নত্রগা সীতা,
ভরত, লক্ষ্মণ, শত্রুঘ্নগী,
থোইদোক্না ইমা পোক্কবী,
কৈকেয়ীগী মরমদদি,
করিদি ৱাংমশক্নরি?
তাবদা শ্রীরামগী ৱাদি,

মখুৎ লোম্লনা ভদ্রনা,
হুঙ্গৎচখি শ্রীরাম য়েংনা,
লৈবাক প্রজা পুম্নমক্না,
অফবতা ইবুঙেঙাগী,
লৈরি ঙাংন-শোম্নহুনা।

অমরোমদদি ইবুঙেঙা,
লৈবাক প্রজা খরনদি,
রাবন মাইথিবা পিহুনা,
হল্লকপসিদা জয় ওইনা,
ত্তৌনখি রারি কম্লামুক।

ভদ্রগী রাঙাং তাবদা,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
লৈবাক প্রজা পুম্নমক্না,
ঙাংনবহু অফ ফত্ত,
তম্মু তাসি মরিক চুম্না।

মরমহু খংলবা তুংদা,
ফত্তবহু থাদোক্লগা
তৌগে অফবা থবক্তি।
ঙাংনবহু প্রজাশিংনা,
ওইরবস্থ ফত্তবা রা,
মিনমদনা করিমত্তা.
থোইনা অকিবা ভৌদনা,
তম্মু ঐঙোম্বা অশেংবা।
রামগী নিংথিবা রাহৈদি,

তারবদা ভদ্রনদি,
লোম্নহুনা মখুৎ অনি,
হায়রখি শ্রীরাম য়েংনদি।
লৈবাক প্রজা অয়াম্বনা,
বন, উপবন, দুকান, কৈথেল,
মাঙ্গোল অমদি লম্বীদা,
ঙাংনবদি অফ-ফত্ত,
তাবিয়ু ননাই তমজগে।

পল থিংঙমদ্রবা সমুদ্র,
থিংখি ইবুঙেঙা নহারা,
থবক অসি অহানবদা,
দানব-লাইশিং ফাওবনস্থ,
ফংনরমদে তাবা ফাওবা।
শ্রীরাম নংগী শক্তিঙনা,
মাংহনখ্রে ফত্রবা রাবন,
করি হায়নি অমুক হন্না,
শঙম-য়োং-হিংচাবশিংনা,
সুংশিবদগী নহাকপু.
লেপখি মিচং ওইনা নংগী।
লাম্বা হাংথ্রবস্থ রাবন.
সীতাদি শোকখ্রে মহাক্না.
অহু কাওবদা শ্রীরামা,
করিমত্তদি শাওদনা,
পুরকখি সীতা কোম্বংলা।
মমাংথৈগী মতমহুদা.

ফারগা সীতা রাবন্না,
পুখি হুত্থনা লঙ্কাদা,
পমখত্তুনা মতম্বাক্তা।
মতু ফাওবদা শ্রীরান্না,
সীতা দেবীগা লোইননা.
লৈমিন্নবগী নুংঙাইবা,
করিদি হায়না ফংলিবা?
সীতা দেবী ইবেম্মনা,
পামজত্থনা হিংচাবদি.
খাংখিবনি অশোক বন্দা,
অদু ফাওবদা রামচন্দ্র,
পোক্তে সীতাবু হঙ্গোইবা
থবক্তি নিংথৌনা তৌবা,
মতৌ ওন্মি প্রজাশিংনা,
মরম অসিনা ঐথোইস্ন,
মরাল অদু নুপিশিংগী,
লৈবদি তারি খাংহনা।
মতৌ অসুম্না ইবুঙ্গো,

থুন খুদিং মীতিনফম খুদিং,
লৈবাক প্রজা পুন্নমক্না,
ঙাংনরি রাফম অসিদা।
ভদ্রগী বারি তারগা,
থম্মোই শোক্লবা শ্রীরান্না,
হায়রকই মরূপ ময়ামদা,
তমখিবা পাওদি ভদ্রনা,
ওইরব্রা অচুম্বা ঙাক্তা?
হায়বিয়ু মতু ঐঙোন্দা।
ময়াম পুন্নমক অহুনা,
খুরম্নগা মকোক নোম্না,
হায়জখি শ্রীরাম মফমদা,
হায়জরিবসি ননাইনা.
চিংনবিন্নু অচুম্বনি।
তারবদা মন্নামগী বা.
ময়াম পুন্নমক অহুবু,
বিদায় পিখি রামচন্দ্রনা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৪৩শুবা সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড'

### ৪৪শুবা সর্গঃ

( শ্রীরামনা মনাও অহুম কৌবা । )

মরূপ-মপাংশিং পুম্নমক,
বিদায় তৌগ্রবা মতুংদা,
তৌগে নিংবা থবক অহু.
লেপথোক্লগা মপুক্লিংদা,
কৌখি থোংশংবা শ্রীরাম্না ।
ভরত, লক্ষ্মন, শত্রুঘ্নদি,
কৌরুচো নখোই হৌজিক্রমক,
লাক্লবা শ্রেগী ইনাক্তা ।
রামগী য়াথংদি থোংশংবা,
পুখি হাপ্পা মকোক থক্তা,
চৎখি পম্ববা তৌদনা,
শঙ্গাইদি তম্না লক্ষ্মনগী ।
মখুৎ অনি লোম্নহুনা,
চংজরগা লক্ষ্মন নাক্তা,
হায়জখি শ্রীরাম য়াথংদি,
ইবুঙেঙা লক্ষ্মন নহাকপু,

খুদক্তা লাকঙ হায়রহুনা,
তাকপিরকই সনা য়াথং ।
ফংবদা শ্রীরামগী য়াথং,
থিন্থবা তৌদনা লক্ষ্মন.
শঙ্গাইদি তম্না শ্রীরামগী,
চংচখি দোলাইদি তোংনা ।
উবদা লক্ষ্মন চৎখিবা,
খুদক অহুদা থোংশংবা,
চেনজখি ভরত মনাক্তা ।
চংখিহুনা ভরত নাক্তা,
হায়জখি মখুত্তি লোম্না,
ইবুঙেঙা নংবু শ্রীরাম্না
লাক্লবা খুদক অসিদা,
তাকপিরকই সনা য়াথং ।
থোংশংবা মপাও ফংবদা,
অমুক পম্থবা তৌদনা,

মথৌনা কবা ভরতনা
চৎখি খুদক্তা মখোংনা।
উবদা ভরত চৎখিবা,
শত্রুঘ্ন শঙ্গাই তম্নদি,
খুদক্তা চেনখি থোংশংবা।
চংখিহুনা মখুৎ লোম্না,
হায়জখি শত্রুঘ্ন য়েংনা,
ইবুঙেঙা নংবু শ্রীরাম্না,
উনবা পাম্মি হায়হৌই,
কৌবা লাকচরি ননাইনা।
নয়াম্বা ভরত লক্ষ্মনদি,
চৎখ্রে হান্না শ্রীরাম নাক্তা।
থোংশংবা মবা তাবদা,
হৌগত্তুনা শত্রুঘ্ননা,
পৃথিদি মকোক শোক্লগা,
তৌখি যাত্রা শ্রীরাম নাক্তা।
থোংদদি শ্রীরামগী শঙ্গাই,
পুল্লবদা মখোই অহুম,
চংখিহুনা থোংশংবনা,
হঙ্গংখি শ্রীরাম মফমদা,
পাওদি মনাওশিং লাকপগী
থম্মোই শোক্লা বাখিবনা,
বাখল ইপাক্তা লুপ্লবা,
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙানা।

তাবদা মনাওশিং লাক্লে,
হায়রকই থোংশংবা য়েংনা,
চংহনলকউ খুদকসিদা,
মখোই অহুম্মক অতুদি।
ইনাওশিং অহুম অসিনা,
থরাইমক্কি ঐহাক্কীদি,
মখোই অহুমগী মথক্তা,
তাংলিবনি ঐগী পুন্সি।
অমুম্না খম্না লৈরিঙৈ,
মনাওদি অহুম অতুনা,
চংজরকখি মথং মথং।
মাইথোংদি শ্রীরামচন্দ্রগী,
থাজগুম, রাহুনা উম্বা,
মঙাল গুম তারমদাই নুমিৎ,
উজখি মনাও অহুম্না।
নিংথিবা মিৎস্না অনিদা,
শিন্থরি পিদি তত্তুনা,
নৈহৎপিরবা থম্বালগুম,
নিংথিবা মাইথোং থাজদি,
কাহৎনা উরি স্নেংবদা।
উবদা শ্রীরাম মতৌদি,
মনাও অহুম্মক অসিনা,
ঙমদ্রহুনা মথবাই পুবা,
তুথখি তনিক তনিক্লা।

খুয়া খাদা শ্রীরামগীদি ।
তত্তনা শিস্থবা পিদি,
তৈথোক্লগা শ্রীরামচন্দ্র,
মখুং অনি তিংথোক্ত্না,
কোনখংপিরগা মনাওশিং,
ফমহনখি মফম মফমদা ।
নখোইনা ঐগী পুন্সিনি,
ঐগী হান্নবস্থ নখোইনি,

নখোইগীদমক ওইনদি,
ভাকপনি ঐনা লৈবাকসি ।
হায়গদৌরিবসি ঐনা,
মুন্নদি খল্লু নখোইনা ।
ভাবদা শ্রীরামগী বাদি,
থোইদোক্লা নুংশা থিনদি,
ভাইজখি মনাও অন্তম্লা,
রাকম অহু শ্রীরামগীদি ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৪৪শুবা সর্গঃ লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ৪৫শুবা সর্গঃ

( শ্রীরাম্না মনাওশিং যক্ষমবা সীতাগী মরমদা প্রজাশিংনা ভাংনবা অহু
তম্বগা লম্মনদা সীতা থাদোক্নবা য়াথং পিবা । )

অবাবা বাখন্দা লুপ্পা,
ফমগ্রবদা মনাওশিংনা,
মাইথোং মক্লবা শ্রীরাম্না,
হায়রকই মনাওশিং য়েংনা ।

অতোপ্পা বাখন বন্দনা,
নখোইনা তাও ঐগী বাসি ।

লৈবাক প্রজা পুম্নমক্না,
নতৈমা সীতা মরমদা,
বারিদি তোইনা তৌনরে ।

প্রজা মথল খুদিংমক্না,
সীতাগী লমচৎ অহুদা,
ভাংনরগা রাম্না খিনা,
ঐবুনা ওইরি হঙ্গোইকম,
কাইথ্রে থম্মোই মতৌসিদা ।
ঐ অসি মমিং চৎলবা,

ইক্ষ্বাকু নিংথৌ মচানি,
সীতা কৌবিদি মহাক্না,
জনক শাগৈদা পোকচবী,
তশেং তশেংবী অমনি ।

শুক্লবা দণ্ডক বন্দগী,
রাবন্না হুখি সীতাদি,
মহুগী লমন ঐহাক্না,
খুমখি রাবন্দি হাত্নুনা,
মহু খংভি লম্মন নংদি ।

ঐসু খনখি মতমহুদা,
মতম কন্নাদি লঙ্কাদা,
লৈরুরবী সীতা মাবুং
পুশিনগনি মতৌ করম,
অযোধ্যাগী কোম্নুংসিদা ।
অহুবু লম্মন নহাক্তি,

উবা ফংখি মতমত্থদা,
চাংয়েং অত্থ সীতা মাগী ।
য়োং হিংচাবশিং মমাংদা,
হৌগৎলগা মৈদি নংনা,
চংখি সীতানা মৈনুংদা ।
মৈ কৌবা লাই মশামক্পা,
পুথৎলকখি মৈনুংদগী,
মতু নামদি তেক্তনা,
সীতা কৌবিদি সতীবু ।
হায়খি লাইরামগী মমাংদা,
পাপ্তি লৈতবী সীতানি,
চিংনবা তৌগন্থ হে রাম ।
অসিদা নত্তনা অতৈ,
মুমিৎ, থা, মুংশিৎনচিংবা,
স্বর্গগী লাইরাম পুম্নমক,
থোইদোক হেন্দোক্পা ঋষিশিং,
মখোই পুম্নমক অত্থনা,
হায়খি অমতা ওইনদি,
ধর্ম্ম কাইদবী সীতানি ।
লঙ্কাদা লাক্পা ইন্দ্র,
লাই-গন্ধর্বশিং মমাংদা,
পিখি সীতা ঐগী থুত্তা,
হায়ত্থনা সীতা সতীনি ।
সীতা অশেংবীনি হায়বা,
খংভি ঐগী আত্মানদি ।

মরম অসিদি লৈবনা,
সীতা দেবীবু ঐহাক্না,
পুরকপনি অযোধ্যাদা ।
অত্থবু হৌজিক অসিদা,
লৈবাক প্রজা পুম্নমক্না,
ঙাংনরকপসিদা থিনা,
ঙমদ্রে পুবা ঐগী থম্মোই ।
মীনা থিনা ঙাংনবদি,
তারবনি নরক মীত্থ ।
মিংচৎ থিরবা মীশিংদি,
নিন্দা তৌই লাই ফাওবনা
থাগৎলি অফবা মীদি,
জগৎ জীব পুম্নমক্না ।
পুকচেল চাউবা পুম্নমক্না,
য়েংনা মিংচৎ মাগীদমক,
তৌই অফবা থবকশিং ।
মীনা থিনা ঙাংনবদি,
থল্লি ঐদি য়াম্না কিনা ।
ঐহাকী পুন্সি অমদি,
নখোই পুম্নমক অসিন্থ,
ঙমগনি ঐনা থাদোকপা,
মিংচৎ মাগীদমক্তদি.
সীতা মাখি লাইরদনা ।
অত্থনা য়েংঙ, নখোইনা,
মিংচৎ মাগী থক্লুবদা,

ত্তারে ঐদি অরাবদা ।
ওন্থোকপা হ'য়বা অহুনি,
অসিদগী হেন্না রাবা,
থেংনখিদ্রি অমুক্তদি ।
হয়েং অয়ুক লক্ষ্মন নংবা,
পুন্থো সীতাদি :দাঙ্গাইদা,
য়াওনা সুমন্ত্র সারথি ।
কোনুং অসিগী রাংমদা,
তমসা তুরেন মপান্দা,
মহামুনি বাল্মীকিগী,
স্বর্গ মতৌশুম শেংলবা,
ৈলবনি আশ্রম নিংথিবা,
থনমগা মফমহুদা,
হন্নকউ খুদক অহুদা ।
নংনা ডাকউ ঐগী য়াথং,
হিরম অসিগী মরমদা,
অতোপ্পা রাফম অমদি,
হায়গে নিংঙ্গগনু নখোই
অমুক খন্নবা তৌদনা,
চংলু ঐগী য়াথং ডাঙ্গা ।
ইন্দ্রবা ঐনা হায়বা,
খল্লু ঐগী অরাবদো ।

য়েংথোক য়েংশিন তৌনহুনা,
পিরবদি অপনবদি,
লৌগনি য়েরুবা ওইনদি ।
ঐগী মিংচত্তি নখোইনা,
থম্না পাম্নবা ফজনা,
ঐহাক্না তৌবা শাসন্দা,
অকাইবা লৈতে খল্লবা,
ঐনা হায়বসি লৌহুনা,
থাদোকলু সীতা বন্দদি ।
মতম খরাগী মমাংদা,
হায়খি সীতানা ঐঙোন্দা,
গঙ্গাগী তোর্ব্বন্দা লৈবা,
আশ্রমশিংদি মুনিশিংগী,
কোইনা য়েংজগে হায়নদি ।
মরম অসিনা হে লক্ষ্মন !
থুংহনুরো মাগী আশা,
মসিনা ঐগী অরোইবা,
রাহৈনি নংগী নফমদা ।
অসুম্না হায়রগা শ্রীরাম,
পিনা চোংখি মশা পুম্না,
লেংশিনখি শঙ্গাই মহুংদা,
লুপ্ত,না বাখল ইপাক্লা ।

মথাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৪৫শুবা সর্গ: লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৪৬শুবা সর্গঃ

( লক্ষ্মন্না সীতা থাদোক্নবা দোলাইদা পুবা অমসুং গঙ্গা তোর্বন্দা থুংবা। )

হৌখ্রদুনা অহিং মতম,
নুমিৎনা তরং খোরকপা,
নুংঙাইরবা মতমসিদা,
থম্মোই শোক্নবা লক্ষ্মন্না
হায়খি সুমন্ত্র কৌরগা।
শাথোৌবা ইপু সুমন্ত্র।
অয়াংবা শগোল লোইনবা,
নিংথিংবা দোলাই অমদি,
শেম্বিরগা চেকশিন্নদি,
সীতা দেবী লেংশিন্নবা,
মোন্দুম মোন্তেকী ফিদাদি,
লৌক্নরগা শঙ্গাইদগী,
থাজিনবিয়ু মফম চানা।
মতুং ইন্না শ্রীরাম য়াথং,
সীতাদি পুন্নগা ঐনা,
চৎপা তারি আশ্রম য়েংবা।
অমুক থিন্থবা তৌদনা,
শেম-শাবিরু দোলাই অমা।
য়াথং ফংবদা লক্ষ্মনগী,
চৎখিদুনা সুমন্ত্রনা,
ফজবা ফমুং কোন্নবা,
অচৌবা দোলাই অমদা,
অয়াংবা শগোল পান্নগা,
লাক্লুনা লক্ষ্মন মনাক্তা,
হায়জরকই সুমন্ত্রনা,
মনাও ইবুঙঙো অকনবা,
পুজরক্লে দোলাই অমা,
তৌবিরো অপাম্বা অদু।
তাবদা সুমন্ত্র বাদি,
চৎখিদুনা সীতা নাক্তা,

পরমজরগা মতৈমা,
হায়জরকই মরু লুক্না ।
ইমা ইবেম্মা লাইরেম্বী ।

মতম খরগী মমাংদা,
শ্রীরামচন্দ্রগী মফমদা,
বাদি আশ্রম য়েংনিংবগী,
হায়খি হায়না তাকপিরকই ।

মরম অহুনা বৈদেহি,
গঙ্গা তোব্বান্দা লৈরিবা,
আশ্রমদা মুনিশিংগীদি,
থৌরাং তৌবিরো চৎনবা,
নিংথৌ য়াথং মতুং ইন্না,
পুজগে ইমা দোলাইদা ।

তাবদা লক্ষনগী মবা,
থোইনদি হরাওখি সীতা,
থৌরাং তৌখি চৎননবা,
খোইরাংনা মপুক্লিংদদি ।

সনা-লুপা-মনি-মক্তা,
শেৎন চানবা ফিরোনশিং,
অনৌ অনৌবা ফজবা,
মুনি, মুনি হুপিশিংদা,
দানদি তৌনবা হায়ত্থনা,
পুনখি ময়োম তোঙান তোঙান ।

থৌরাংদি তৌবা লোইবদা,
মনাও ইবুঙঙা মফমদা,
শিন্নখি ময়োম পুম্নমক,
থম্মুনবা দোলাইদদি ।

মতুং অসিদা সীতানা,
কাখৎখি দোলাইগী থক্তা,
শোন্দ্রনা শ্রীরামগী মিংদি ।
থৌখি দোলাইদি লক্ষন্না,
নিংশিং নিংশিংনা রাম য়াথং ।

তপ্প তপ্পদি দোলাইনা,
থৌরকপা মতম অসিদা,
মপুক্লিং চিংনবা পোক্লা,
হায়খি সীতানা লক্ষন্দা ।

ইবুঙঙা লক্ষন নুংশিবা,
ফত্রবা খুদম ঙাক্তদি,
উবা ফংলি নতৈমনা ।
চোংলক্লী য়েংথংবা মিত্তি
তনিক তনিক্লি হকচাংসি ।

থম্মোই অসি ইহাং হাংঙি,
তয়াং তশোই পুক্লিং অসি,
হায়ফম খংদে মতৌ অসি ।
পুমহাং হাংলি মাইকৈ পুম্না,
নুংশিবা ইনাও ইবুঙঙা,
ফনা লৈরিকো নম্নাম্বুং ?
ইনেম ইবেম্মশিং ময়াম,

অশোই-অঙামদি য়াওদেকো ?
লৈবাক প্রজা য়াইফরিকো ?
মতৌ মসুম্না হৎলগা,
মথুৎ লোম্নবা সীতানা,
মঙ্গলদি লৈবাক প্রজাগী,
নিঙ্খি লাইয়াম মফমদা ।
উবদা সীতা মতৌদি
অরাবা ওইখি লক্ষ্মনদি ।
হরাওবা উৎনা সীতাদা,
হায়জরকই তপ্না তপ্না,
পুম্নমক য়াইফরি ইমা ।
মতুংদা অসুম লাকপনা,
য়ৌহুনা গোমতী তোর্ব্বান,
চংলগা আশ্রম অমদা,
পোথাখি অহিং অহুমা ।
অহিং অহু হৌখ্রবদা,
ঙন্না হৌগত্তুনা লক্ষ্মন,
হায়খি সুমন্ত্র কৌরগা,
দোলাই থৌরাংদি তৌরুরো,
ঙসিগী নুমিৎ অসিদা,
ভাগীরথীগী ইশিংদি,
পুখিবগুম মকোক থক্তা,
মহাদেব ইবুঙেঙানা,
থোনগৎপা তাব্রি ঐহাকসু ।

পুক্লিংগা মাবনা য়াংবা,
শগোল পাল্লগা দোলাইদা,
মথুৎ লোম্নবা সারথি,
হায়জখি সীতা মফমদা,
দোলাই কাবিরো ইবেম্মা ।
তাবদা সারথি মরা
কাথৎখি সীতা দোলাইদা ।
মিত্তা ফজবী ইবেম্মা,
সুমন্ত্র, লক্ষ্মন লোইননা,
পাপ্তি মাংহনবা ঙম্লিবী,
থুংলখি গঙ্গা তোর্ব্বান্দা ।
উবদা ভাগীরথীদি,
নুমিৎনা য়ুংবা মতমদা,
থম্মোইশোক্লা মখোল থোক্লা,
হিক্লদি কপখি লক্ষ্মনদি ।
ধর্ম্ম খংলবী সীতানা,
রাখল তৌনা মপুক্লিংদা,
হায়রকই লক্ষ্মন য়েংনদি,
কব্রি মরমদি লৈবনা,
ইবুঙেঙা নংনা কপ্লিবা ?
মতম কুইনদগী ঐনা,
নিংজরকপনি জাহ্নবী,
উবা ফংজরে ঙসিদি ।
নুংঙাইবা নুমিৎ অসিদা,
নহাক্লা ঐবু রাহনবা,

মরম অচু করিগীনো ?
মতম পুম্নমক্তা নংদি,
থাদোক্তবনি শ্রীরামবু
কাইনবদা অহিং অনি,
অরাবা ওইবা নংগীদি ।

থবাইদগীম্বু হেন্নদি,
মুংশিজে ঐনা শ্রীরামদি,
অচুবু ইবুঙেঙা লক্ষ্মন,
বাদে ঐদি ইনাওগুম্না,
করি মরমদি লৈবনা,
নংনা হেন্দোক্না বারিবা ?

পুবিরো গঙ্গা বাংমদা,
উনজগে ঋষিশিংগা ।
সনা-লুপা ফিরোনশিংদি,
কৎলমগে দানবু ওইনদি ।

মহর্ষিশিংগী মকমদা,
নতিক চাবা দান তৌরগা,
পোথারুসি অহিং অমা,
শেংলবা আশ্রম মনুংদা,
মতুংদা হনসি কোন্নুংদা ।
থম্বাল লৈকাদি ঙমজবা,
মিম্নানা মাগী ওইরিবা,
চেংলবা মখুাং অচুনা,
থোইদোক্না পুক্লিং শুমহৎপা,
ফম্না চাউরবা থবাক্না,
নোংশা মতৌগুম ফজবা,
অচুগুম্বা নয়াম্বচু,
উনিংঙি সীতা ঐনম্বু ।

তাবদা মতৈমা মবা,
মপি তৈথোক্লগা লক্ষ্মন,
কৌখি হিরোইদি লাক্লবা ।
হিরোই লাক্লবা মতমদা,
লক্ষ্মনা সীতা লোইননা,
তোংচুনা হীদা চেকশিন্না,
লাম্বোকখি গঙ্গা বাংমদা ।

৩াং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৪৬শুবা সর্গঃ লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৪৭শুবা সর্গঃ

( গঙ্গা খাংমা য়ৌরগা লক্ষ্মণনা সীতাগী মফমদা মাবু থাদোক্লবা রামগী য়াথং অতু ফোংদোকপা। )

নিংথিজনা শেম শাৱবা,
অচৌবা হিদি অমদা,
থাঙ্গৎখি সীতা লক্ষ্মণনা,
কাথৎখি মহাক মতুংদা।
থম্মোই কাইরবা লক্ষ্মণনা,
পিখি য়াথং সুমন্ত্রদা,
লৈরম্বা খাংমসিদা,
থোরাং তৌহনা দোলাইদি :
মতুংদা হায়খি হিরোইদা,
হি হোল্লো গঙ্গা খাংমদা।
গঙ্গা খাংমদি লান্দুনা,
য়ৌরবদা তোর্ব্বানথক্তি,
মমিত্তা ইরাদি চেম্না,
থম্মোইদি তনিক তনিক্লা,
হায়জরকই সীতা য়েংনা,
মথুং লোয়না লক্ষ্মণনা।
ইমা ইবেম্মা বৈদেহি!
জ্ঞান লৈরবস্তু শ্রীরাম্না,
ঙসিগী সুমিং অসিদা,
মতম চুম্লদা ঐহাকসি,
মীনা থিনা ঙাংনবা,
পিবিরি থোৗদা অমদি,
থল্লুবদা মরম অসি,
নুংনা শুবগুম থম্মোইদা,
ওইরে অবাবা ঐগীদি।
ওইরিবা ঐগী মতৌসি,
পাংথক ওইরে অশিবগা,
হেন্নদি ফরে শিবনা।
শিবু শিগ্রবদি ঐনা,
তোকখিনি থিনা ঙাংনবা,

কোকশ্রগনি অরাবস্থ ।
নিংথিবী ইমা ইবেম্মা ।
রারৌবিম্ন নপুক্লিংদা,
ইরাল পুম্নমক ঐগীদি,
ঙাকপিরম্মু ইমা নংনা ।
হায়রম্নগা মতৌ অস্থম.
তুখি লক্ষ্মন পুথি থক্তা ।
মতৌ অসিদি উবদা,
রাজখি সীতা ওস্তোক্তা.
হায়রকই মনাওদি য়েনা ।
ইনাও ইবুঙেঙা অকনবা ।
নংনা কম্নগী মরমদি,
খংবদি ঙমদে ঐহাক্তা,
হায়য়ু মরমতু তশেংবা ।
উদে নশা ঙমদনম্নু,
য়াইফরিকো ইনিংথোদি ?
ঐহাক্তা অস্থম খনবদা,
শাপ তৌবদগী নিংথৌনা,
অরাবা ওইরে নহাক্তী ।
মরম অতুদি তশেংবা,
হায়য়ু ঐঙোন্দা ইবুঙেঙা ।
মতৈমা য়াথং ফংবদা,
মপুক্লিং রানা লক্ষ্মম্না,
হায়জরকই মখোল নিম্না ।
ইমা ইবেম্মা জনকী,

খুঙ্গংদা, লক্ষ্মী-সরোক্তা,
মিংচৎ অথিবা ইমাগী,
ঙাংনবতু প্রজাশিংনা,
তাবা ফংখি শ্রীরাম্নদি,
মমাংদা রাজসভাগীদি ।
থম্মোই কাইরবা শ্রীরাম্না,
তৌফম থোকপা পুম্নমক্তি,
তাকপিরম্নগা ঐঙোন্দা,
লেংশিনখি শঙ্গাই মনুংদা ।
শাওহুনা শ্রীরামচন্দ্রনা,
ফোংদোক্লকপা থম্মোইদগী,
রাহৈ পুম্নমক অতুদি,
নফমদা ইমা নহাক্তী,
হায়জবা ঙম্মরোই ঐদি ।
ইমা মরাল লৈতবীনি,
তাকপিখি তশেং তশেংনা,
অতুবু লৈবাক প্রজাগী,
থিনা ঙাংনবা কিবনা,
থাদোকপনি ইমা নংদি,
মরম অসিনা ইমানা,
খনবিরুগনু লাম্নদি ।
গর্ভ লৈরবা ইমাগী,
অপাম্বা অতু থুংহনবা,
নিংথোগীম্নু য়াথং ঙাকপা,
তৌফম থোকপনি ঐগীদি ।

মরম অসিনা ইমাদি,
লৈহৌবা তারে আশ্রমদা।
য়েংবিয়ু গঙ্গা তোর্ব্বান্দা,
মহর্ষিশিংগী তপোবন,
লৈরিবসি নিংথিজনা।
লৈবিয়ু মক্ষম অসিদা,
ফংলোই থোইনদি অবাবা।
মিংচৎ চাউরবা মহর্ষি,
বাল্মীকি হায়না ফাওরবা,
মরূপনি পাবুং নিংথৌগী,
মরম অসিনা ইমানা,
মাগী মক্ষমদা চংলগা,
লৈবিয়ু লাইদি নিংহুনা,
পতিব্রত্য ধর্ম্ম লৌনা,
থম্মোইন্নুংদা শ্রীরাম থম্মা,
নিংবিয়ু মতম চুপ্পদি,
মহুনা ইমা নংগীদি,
পুরকনি মঙ্গল ওইবা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৪৭শুবা সর্গ: লোইরে।

শ্রীরাম

## ৪৮শুবা সর্গঃ

( সীতানা অবাবা ইপাক্তা তাবা, শ্রীরামগী মফমদা পাও থাজখিবঃ অমস্থং লক্ষ্মন চৎখিবা । )

লক্ষ্মনগী থম্মোই কাইরবা,
তমখিরবা বাহৈশিংনা,
থোংনা নৌরবী সীতাগী,
হৈরকপদা থম্মোইনুংদা,
খাংজবা ঙমখিদে সীতা,
তাখি বাম্বনা পৃথিদা ।
জ্ঞান্না লাক্রবা মতুংদা,
মমিত্তা মপি শিম্বনা,
য়ান্না অতোনবা মওংদা,
হান্নরকই লক্ষ্মন য়েংনদি ।
ইবুঙো লক্ষ্মন অকনবা !
বিধাতান! ঐহাক অসি,
শেম্নকপনি বাননবা,
মরম অদুনা ঙসিদি,
অবাবা মপৈ অদুনা,
লাক্রবনি মশক নাইনা,
উবা ফংলে তশেংনদি.
চিংনফম থোক্তে মসিদা
হৌখিবা মপোক্তা ঐনা,
লংজখিবা পাপ অদুনা,
অদু ইনৎ-নত্রগনা,
কনাগুম্বগী মুপিদি,
শিল্লম্বা য়াই কাইননবা ।
মরম অদুনা ঐহাক্না,
লমচৎ ফজবী অমদি,
ওইরবা ফাওবা অসিদা,
থাদোক্লকপনি শ্রীরাম্না ।
মমাংঙৈগী মতমদদি,
ঐনা ইশানা শামজনা,
খাংদুনা বনগী অবাবা,

ইনজবনি শ্রীরাম মতুং ।
অদুবু হৌজিক্তি কদাই,
মরূপ মপাংশিং য়াওদনা,
ইথন্তা অরাবা খাংনা,
লৈবা তারি আশ্রমসিদা ।
ঐগী পুক্লিংগী অরাবা,
ফোংদোক্লগনি কনাদা !
করি মরমদি লৈবনা,
শ্রীরাম্না নংবু থাদোকপা ?
করি লংজবা লৈত্রবা ?
মতৌ অসুম্না ঐঙোন্দা,
হংলকপদা মুনিশিংনা,
করিদি খুমগনি ঐনা ?
ইবুঙেঙা লক্ষ্মন অকনবা !
গর্ভ নুংদদি ঐহাক্কী,
তমথ্রে মমিদি হৈরাংগী,
হৌজিক ঐনা শিরবদি,
ওইরগনি শাগৈ মুৎপা,
অদু নত্রবদি লক্ষ্মন,
থবাই অসি জাহ্নবীদা,
কংপা ঙমগনি হৌজিকমক
ইনাও ইবুঙেঙা নুংশিবা,
য়াথংদো নিংথৌনা হায়বা,
ঙাকউ নহাক্না শোইদনা,

ঐদি কনা লৈত্রবীনি,
থাদোক্লম্মো মফমসিদা ।
তাখো নং রা অমতংদি ।
ঐগী ইচুৎশিন্না নংনা,
লোম্নচুনা নখুৎ অনি,
ইনেম নিংথেম নুবীশিংদা,
খুরম্নীয়ু ঐদি শক্না ।
মতৌ অদুম্না শ্রীরামদা,
ভক্তি তৌনা খুরম্নগা,
হংবিয়ু পাওদি নিংথিবা ।
ইবুঙেঙা লক্ষ্মন নুংশিবা !
কোনুং মনুংগী লৈমশিং,
ইথক থোংবা পুন্নমক্তা,
ঐ ওইনা খুরম্নারগা,
তম্নীয়ু পাওদি ঐহাক্কী ।
ধর্ম্মবু চেংনা ঙাক্লিবা,
ঐগী ইবুঙেঙা শ্রীরামদা,
খংহনবিয়ু ঐগী পাওদি ।
হুঙ্গৎলু নংনা নিংথৌদা,
সীতাদি পুকচেল শেংবীনি,
শ্রীরামদা পুক্লিং লুপচবা,
মতম লৈবা পুন্নমক্তা,
শ্রীরামগী খুংঙাইনবতা,
থম্না লৈজবী অমনি ।

হায়রিবা পুন্নমক অসি,
তশেংনা নংদি খংবনি।
মীনা থিনা ঙাংনবদি,
হঙ্গোইবদগী মহাক্না (শ্রীরাম্না),
হুন্দোকপিবনি সীতাদি.
অদু ওইরবা ফাওবদা.
তৌফম থোক্লবা থবক্তিং,
শ্রীরামচন্দ্র মহাক্না,
চংজফমনি সীতাগীদি।
ফরে হৌজিক্তি ইবুঙঙা,
য়া অসিমগা হঙ্গংলু,
ননাওশিংগা লৈনরিবা,
নিংথিবা মরি অতুগুম.
লৈনবিয়্ প্রজাশিংগা.
মতম লৈবদি খিবিক্তা।
মতৌ অদুম তৌবতনা,
ফংগনি অথোইবা মিংচৎ,
ওইগনি অচুম্বা ধর্ম।
লৈবাক প্রজাগী মফমদা,
অচুম্বা শাসন তৌবনা,
ওইবনি পুন্য তানশিনবা,
ফংডি ধর্ম, মিংচৎ পুন্না।
লাইবকথিবী ঐহাক্কীদি,
খনবিগনু করিমতা।
লৈবাক প্রজাগীদমক্তা.
অবাবা ওইরি শ্রীরাম্না,
মতুগুম্না ঐহাক্কু,
ইবুঙঙো মাগীদমক্তা
ওইরি থোইদোক্না অৱাবা
মপুরোইবা মহাক্না.
নুপি ওইবি ঐখোইগীদি,
লাইনিং মক্লপনিং শুকনি।
মরম পুন্নমক অসিনা,
তারবস্থ থৱাই থাবা.
নুপি ওইবী পুন্নমক্তা.
মপুরোইবা পুন্নমক্কী.
তৌবা তাবনি অপাম্বা।
ঐনা হায়জবা পুন্নমক,
হঙ্গংলু শ্রীরাম খুয়াদা।
থা কয়াদি হৌব্রবনা,
ওইরক্লে নাওকুম্বা মতম.
মসিদং খংনা নং চৎখো।
থম্মোই শোক্লবী সীতাগী,
তাবদা অরোইবা ৱাসি,
কাইখি লক্ষ্মনগী থম্মোইদি।
তৌরিবা মতৌ অসিদি.
করিদি হায়মা শিংথানি.
মকোক্তি শোক্না পৃথিদা,
খুরমজখি মতৈমদা,
ৱাদি ঙাংথোকপা ঙমদনা.

লৈজখি মতম থরদি।
ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা,
কপখি লক্ষ্মন মখোল থোক্লা,
কোইরগা সীতা য়েংং ওইনা৹
হায়জরকই তপ্না তপ্না।
নিংথিবী ইমা ইবেম্মা।
করি তাকপিখি নচাদা?
পাপ চেন্দ্রবী মহাসতী।
মমাংঙৈগী মতমদদি,
অমুক্তবু উজখিদে,
নিংথিবী নশক ইমাগী,
নখোং থম্বাল অনিতুতা,
উজবা ফংখি ঐহাক্লা।
অতুবু ইমা ঙসিদি,
শ্রীরামচন্দ্রস্থ য়াওদ্রবা,
চিক্লবা বনগী মঙ্গুংদা,
নতোম ঙাইরবী ইমাবু,
মতৌ করম দর্শন তৌনি?
মতুং অসিদা লক্ষ্মন্না৹
থাংবা ঙমখিদে বাবনা,
মখোল থোক্লা কপ্না কপ্না,
থুরম্নগা মতৈমদি,
কৌখি হীরোই মখুৎ হৎনা।
য়াথং ফংবদা হীরোইনা৹
থমখি থৌরাং তৌনা হৌদি।
হি কারবদা লক্ষ্মন্না
হোনখি হীরোইনা বাংমদা:
য়ৌরবদা গঙ্গা রাংমা,
তৌফম খংদ্রবা লক্ষ্মন্না
চৎখিতুনা পবপ পরপ,
কাখৎখি দোলাই মথক্লা।
গঙ্গা রাংমদা লৈহৌবী,
কনা লৈত্রবী সীতাবু,
হন্না হন্নদি য়েংহনা,
চৎখি দোলাই অতু থৌনা।
দোলাইনা থাপলকলবদা,
থম্মোইদি শোক্লা য়েংলকপা৹
সীতাগী মিৎয়েং অহুদি,
উরুবা মতমদা লক্ষ্মন,
শেগাইখি মাগী থম্মোইদি,
জ্ঞানদি মাংখি দোলাইথক্তা।
মিংচৎ চাউবী সতী সীতা৹
কনবিনবা কনামতা,
উরক্ত্রবা মতমসিদা,
তাখি অবাবা ইপাক্তা।
কপ্তুনা মখোন্দি থোক্লা,
খাংখি ওস্থোইনা পৃথিদা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৪৮শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৪৯শুবা সর্গঃ

( মুনিগী অঙাংশিংনা পাও পিবদগী বাল্মীকিনা সীতাবু আশ্রমদা লৌশিনলুবা । )

আশ্রমদগী থাওক লৈবা,
মুনিগী অঙাংশিংহুনা,
কপ্পুনা লৈবা সীতাগী,
উবদা মতৌ অহুদি,
মহামুনি বাল্মীকিনা,
লৈরিবা মফম অহুদা,
পাওদি তমখি চেনখিহুনা ;

মুনিগী অঙাংশিংহুনা,
তুরগা মুনি মখোংদা,
সীতা কপ্পগী মরমদি,
তমজখি তফিং তফিংনা ।

লক্ষ্মী ইমাগুম ফজবী,
কনাগুম্বা মহাত্মাগী,
মুপী অমা য়াম্না ৰানা,
কপহৌরি ভেংথা-নাওইনা ।

অসিগুম্বী মুপী অসি,
উবা ফংদ্রি অমুক্তদি ।

চংপিহুনা মুনিনদি,
নাম্থরকপী স্বর্গদগী,
দেবী মতৌগুম ফজবী,
উনবিয়ু মুপী অসি ।

তোর্বান্দা গঙ্গা তুরেনগী,
মুপী অসিনা ফজবী,
লৈরি কপ্পা তেংথানদি ।

ৰাফম থোক্লবী মুপিনি,
অহুবু মহাক অসিনা,
অমগুম কনা লৈত্রবী,
মপান্দা গঙ্গা তুরেনগী,
ইপাক্তা লুপ্পা ৰাখলগী,
লৈরি মতোমতা কপনদি ।

উরগা মাগী মতৌদি,
চেল্লকপনি মুনিনাক্তি।
ঐখোইনা নিংজৈ মহর্ষি,
নুপীসি নত্তে তাইবং মী।
আশ্রমগীদি মনুং ওইনা,
লৈরি খরদি থাগুক্লা,
নিংথীবি নুপী অসিনা,
পিবিবা চুম্মি চংজফম।
সতী অসিনা ভগবন!
য়েংজরী মাগী চংজফম,
কোকহনবিয়ু মাগী বাবা।
তপস্যাতগী মহৈনা,
পুন্নমক উরবা মুনি,
তাবদা অঙাংশিং মরা,
তৌগদবা থবক অদু,
খন্না খন্না মপুক্লিংদা,
সীতা লৈরিবা মফমদা,
চংখি মহর্ষি বাল্মীকি।
শিষ্য পুন্নমক অহুম্ব,
ইন্নখি মতুং ঋষিগী।
লাকপদা মহামুনিনা,
য়ৌরকখি জাহ্নবী তোর্বান।
য়ৌরকপদা মফম অদু,
কনাদি লৈজদবগুম,
রামগী চানবী সীতানা,
লৈরম্বদু মতোম্মতা,
ওন-থোইনদি মালেম থক্তা,
কপ্তুনা তেংথা-না-ওইনা,
উবদি ফংখি ঋষিনা।
চংশিনখিহুনা ঋষিনা,
ৱারবী সীতা দেবীবু,
ন্নুংঙাইবা আশা পিহুনা,
হায়রকই থোইনা ন্নুংশিনা।
মহাসতীদি ইবেম্মা,
শ্রীরামগী চানথোইবী।
জনক নিংথৌদি মমোমলোই,
দশরথ মমৌ ইবেম্মা,
অশোই-অরাক্তি লৈত্রিকো?
নহাক য়ৌরক্লনি হায়রবা,
খংগ্রবনি ঐদি হায়রা।
যোগ শক্তিনা ঐগীদি,
সীতা লাক্লগনি হায়বা,
ফাওরক্লবনি পুক্লিংদা,
থোকখিবা পুম্বা মহাকী,
খংবনি ঐদি নিংথিনা।
অসিদা নত্তবা অতৈ,
অরোনবা মরোল অক্নগী,
উবা ঙম্মি ঐহাক্লদি।
ঐগী তপস্যা শক্তিনা,
খংই নং পাপ লৈতবীদ্রি।

মরম অসিনা বৈদেহি।
বারগনু নপুক্লিংদা৹
লৈরসি আশ্রম অসিদা।
লাপুক্লা আশ্রমসিদগী,
উরিবা মফম অসিদা৹
লাইনিংবা ঋষি পুন্নমক৹
লৈরি তপস্যা তৌনদি।
মখোই পুন্নমক অসিনা৹
য়েংগনি মচানুপীগুম।
লৌ নংনা ঐগী অর্ঘ্যসি৹
চিংনগনু নপুক্লিংদা৹
থাদোকউ অকিবা পুম্বা।
নুংঙাইনা লৈয়ু আশ্রমদা৹
খল্লহনা নয়ুম্মকনি।
মুনিগী খোঞ্জাল ফংবদা৹
চংশিনখিহনা সীতানা৹
খুরমজখি মখোং শোক্লা।
হায়জরকই মখুং লোন্না৹
ইনজগে মুনি য়াথংদি।
মখুং অনি লোন্না সীতা,
মতুং ইনজখি মুনিগী।
সীতা লোইননা মুনিনা,
উবনা আশ্রম চংলকপা,
নুপীশিংহনা আশ্রমগী,

মনাক য়ৌরকপা মতমদা৹
হায়জরকই হরাও হরাও।
মহর্ষি লেংলকপাসিদা৹
য়াইফরে ঐখোই পুন্নমক।
মতম কয়াগী মতুংদা
য়ৌবিরক্লে আশ্রমসিদা,
লেংশিনবিরকউ হরাওনা৹
তাকপিয়ু অপাম্বা অহু ?
তাবদা ময়ামগী বাদি,
হায়রকই মহামুনিনা৹
লাক্লিবী অসি সীতানি৹
শ্রীরামগীদি মহারানী।
দশরথ মমৌ ইবেম্মা,
জনকীদি মচা নুপী,
নিংথৌগীদি মমৌ নুপী৹
নিংথৌগীদি মহারানী৹
পাপকী শরুক্তি য়াওদবী,
মপুরোইবদি নিংজবী,
অহুবু খোইনা ঙকপদি,
থাদোকপিরক্লে সতীসি,
শ্রীরামচন্দ্র মবুঙেঙানা,
লৈবা তারে আশ্রমসিদা।
মাবু নখোই পুন্নমক্লা,
খনবিয়ু নচানুপীগুম৹

তোবিয়ু থোইনা লুনদি। মতৌ অসুম্মা হায়রগা,
পুকচেল চাউরবী নথোইনা, মহামুনি বাল্মীকিনা,
লৌহুনা ঐহাকী বাদি, শিরখি সীতা চেকশিন্না,
মুংশিবিয়ু সীতা মাবু। মফমদদি লাইনিংবীশিং

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৪৯ শুবা সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তরকাণ্ড"

### ৫০ শুবা সর্গঃ

( লক্ষ্মন অমসুং সুমন্ত্র অনিগী বারি

মাইকৈ অসোমদনা লক্ষ্মন, রাম সীতা অনি কাইনবা,
সীতানা আশ্রম চংখিবা, থোইনশিন্নি মসি লাইগী,
মতৌ অদু উবদদি, তশেংনা খংলে ঐহাক্না।
থোইনদি হেনখি অবাবা। লাইগী নোংদম অদুবুদি,
থম্মোই কাইরবা লক্ষ্মন্না, ককপা ঙমগনি কনানা।
হাম্বরকই সুমন্ত্র য়েংনা, শাওরক্লবদি শ্রীরাম্না,
সীতা ইমা কাইনবদা, লাই-হিংচাবশিং পুম্নমক,
করম্না থাংগনি শ্রীরাম, হাংপা ঙমগনি মিংকুপ্তা,
অৱাবা অদু মহাক্কী, অদুবু মহাক অসিনু,
য়েংবিয়ু নংদি খল্লগা। মখা-পোনব্রে লাইগী খুজিন
মহৌশানা পুকচেল শেংবী, মমাংঙৈ মতমদা শ্রীরাম,
শ্রীরামগী মথৱাই ওইরিবী, য়াথং ঙাক্তুনা পাবুংগী,
মহা সতী সীতা দেবী, দণ্ডক বন্দি অশুকপদা,
কাইনব্রে অমুক হন্নদি, লৈখি চহি তরা মরি।
মসিদগী হেন্না বাবা, মতম অদুদা ফংখিবা,
লৈরমখিব্রা অতোপ্পামা ? অৱাবশিং অদুদগী,

হৌজিক ফংলিবা অসিনা
হেনগনি শরুক চামদি ।
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙোনা,
লৌহুনা প্রজাগী বাদি,
মরাল লৈজদবী সীতা,
থাদোকপা ওম্নি বন্দদি ।
মতৌ অসিদি শ্রীরামগী,
থম্মোই কনগ্রবা অমনি ।
ওইদবা ঙাক্তা ঙাংলিবা,
লৌহুনা প্রজাগী বাদি,
মরাল লৈজদ্রবী সীতা,
অমুক অরাবা পিবদি,
করম্না ধর্ম্ম ঙাক্লিবা ?
তাবদা লক্ষ্মনগী বাদি,
জ্ঞান লৈরবা সুমন্ত্রনা,
বাখল মুম্নদি তৌরগা,
হায়রকই লক্ষ্মন মফমদা'
সুমিত্রা মচা ইবুঙেঙা !
বাগনু সীতা থাম্নদি ।
থাইনা মমাংঙৈ মতমদা,
সীতাগী তুংঙী বাম্নিদি,
নপাবুং নিংথৌ মফমদা,
লিগ্রবনি ব্রাহ্মনশিংনা ।
নয়াম্বা ইবুঙেঙা শ্রীরাম,

ফংবদি য়ারোই সুংঙাইবা,
হন্দক্কী মপোক অসিদা ।
চান্নবা পুন্নমক মাগী,
কাইনখিগনি মমৈদা,
ওইনি মাগী অরাবতা ।
কানদে য়াম্না হায়্রবগী,
ধর্ম্ম লৈরবা শ্রীরাম্না,
ধর্ম্মগী মথা পোন্দুনা,
ভরত, শত্রুঘ্ন, সীতাদি,
থোইদোক্না লক্ষ্মন নংবুসু,
কাইনগনি অরোইবদা ।
নপা ইবুঙেঙা নিংথৌনা,
নখোই পুন্নমক্কী ওইনা,
থোক্লকদোবশিং তুংদা,
হংখি দুর্ব্বাসা মফমদা ।
মতমতুদা দুর্ব্বাসানা,
হায়খিবা পুন্নমক অদু,
তাহনবা য়াদে নখোইদি,
অসুম্না খিংখি নিংথৌনা ।
বশিষ্ঠ অমসুং ঐহাক,
খ্বাই পুন্নমক্কী মমাংদা,
হায়খিবনি দুর্ব্বাসানা,
মফমদা নপাবু নিংথৌ ।

তারগা মুনিগী ৱাদি,
হায়খি নিংথৌনা ঐভোন্দা,
অথুপ্পা ৱাদি ঙসিগী,
ফোংদোক্কনু নং অতৈদা ।
নিংথৌগী য়াথং অসিদি,
তাহনবা য়াদে লৈবাক্তা,
মসিনা ঐগী ৱাশক্লি,
থম্মকপনি ফোংদোক্কনা,
মতমদি অস্থক কুইবসি ।
নংনা খোইরাংবা উবদা,
ৱারিদি অসি লৈ হায়না,
ফোংদোকপনি থৱদংদি,
নফমদা ইবুঙ্ঙো নংগী ।

হায়দোকপা য়াদে হায়হনা,
থিংলম্মবস্থ নিংথৌনা,
ককপা য়াদে লাইগী নোংদম,
খংহনবতনি মহুতা ।
নংস্থ রামমাগীদমক্তা,
গুরি অৱাবা শরুক্তি ।
ভরত, শত্রুঘ্ন অনিদা,
ফোংদোক্কনু ৱাফম অসি ।
লুরবা ভাবনা তিল্লবা,
তাবদা ৱাহৈশিং অসি,
সুমন্ত্র য়েংনা লক্ষ্মন্না,
ৱারি অহু মপুং ফানা
লিবিয়ু হায়না হায়জখি ।

মথাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৫০শুবা সর্গ: লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৫১শুবা সর্গঃ

( লম্বোদা সুমন্ত্রনা লক্ষ্মনদা ৱারি লিবা । )

তাবদা লক্ষ্মন মৱাদি,
ৱারি অহু সুমন্ত্রনা৹
লিথরকখি মথং মথং,
মতুং ইন্না দুর্ব্বাসাগী ।
থাইনা মমাংঙৈ মতমদা,
অত্রিমুনি মচানুপা,
মহামুনি দুর্ব্বাসানা,
বশিষ্ঠ মুনি আশ্রমদা,
লৈখি নোংজুখা মরিদি ।
নোংমা নপাবুং নিংথৌনা,
খুরুমগে খন্না বশিষ্ঠ,
চৎখি মাগী আশ্রম তন্না ।
আশ্রম অহু য়ৌরকপদা৹
দুর্ব্বাসা মহামুনিনা,
বশিষ্ঠ ওইদা ফম্মবা,
উবদি ফংখি নিংথৌনা ।

ঋষি অনিনা ফম্বা,
উবা মতমদা নিংথৌনা৹
খুরুমজখি চংশিন্দুনা৹
থোইনা নোল্লুকপা উংনদি ।
নিংথৌবু মুনি অনিনা,
ওক্লগা তরাম তরাম্না৹
আসন, পাদ্য, অর্ঘ্য, হৈ-লৈ,
পুম্নমক অসি পিহুনা,
উংখি ইকাই খুম্নবদি ।
মতুং অসিদা নিংথৌনা,
ফমখি মুনিশিং মরক্তা ।
নুমিৎ য়ুংলমদাই ওইবনা৹
তিন্নহুনা মুনি মন্নাম,
ৱারি ৱাতাইদি নিংখিবা,
লৈরি ঙাংন-শানহুনা ।
মতম অসিদা নিংথৌনা,

বারিগী মতাং অমদা,
লোমহনা মথুং অনি,
দুর্ব্বাসা মুনি মফমদা,
হংজখি রাহং অসিদি,
ঐগী বংশনা ভগবান!
হিংগনি কয়া কুইনদি।
রাম পুন্সিনা কয়া শাংবা?
অতৈ মখোই অহুমগীনা,
মপুন্সি কয়া শাংলিবা?
মখোইগী মচাশিংহুনা,
মপুন্সি কয়া শাংগনি?
শাগৈ অসিনা ঐহাক্কী,
লৈখিগনি চহি কয়া?
তাকপিয়ু মহু পুন্নমক,
তৌবিদনা চিংনবদি।
নিংথৌগী রাহং তাবদা,
তেজ লৈরবা দুর্ব্বাসানা,
হায়রকই নিংথৌ মফমদা,
ইবুঙো নিংথৌ অকনবা!
তাও রারি লিগে থাইনগী।
থাইনগী মতম অহুদা,
লান শোক্লখি লাই-হিংচাবা
অহুগুম্বা লানফমহুদা,
হিংচাবশিংবু লাইশিংনা,
তৌবিখি য়াম্না শাথিনা।
কিহুনা হিংচাবশিংনা,
চংজখি ভৃগু মুপীদা।
মখোইবু ভৃগু মুপীনা,
পিবিহুনা চংজফমদি,
কোকহনবিখি অকিবদি।
হিংচাবা মখোই পুন্নমক,
লৈখি অকিবা লৈতনা।
চংজফমদি হিংচাবগী,
পিথ্রে থংবদা শ্রীবিষ্ণু,
শাওহুনা ভৃগু মুপীদি,
ককথৎখি মঙক চক্রনা।
উবদা মতুদি শিবা,
শাওখিবনা ভৃগুমুনি,
শাপ্প তৌরকই বিষ্ণুদা,
হাৎফম থোক্কবা মুপীদি,
ঙমখিহুনা অশাওদনা,
হাৎথ্রে ইবুঙো নংনদি,
মরম অহুনা ইবুঙো,
পোকলুরো তাইবংমী ওইনা।
নংসু মুপী কাইনহুনা,
চহি মতম য়াম্না শাংনা,
লৈরুরো অরাবা থাংনা।
শাপ তৌথোকপ্রবা মতুংদা,

তৌরকই রাখল মুনিনা।
ঐগী ইশান্নুংদা লৈবা,
ঈশ্বর মাবু চৈরুবনা,
ঈশ্বর মাবু নিংননবা,
ওইহল্লে মরম অদুদি।
শাপ অরেম্বদা তাপ্রদ্রা,
খনবদা ভৃগু মুনিনা,
তৌখি অকনবা তপস্যা,
লৈখি শ্রীবিষ্ণু নিংনদি।
ভক্তনা খুত্তম চল্লবা,
জগৎকী মপু বিষ্ণুনা,
ভৃগুগী লাইনিং অদুদা,
হান্নবিরকই পেনবিদুনা।
পৃথিদা পোকপা জীবগী,
কোক্লনবা অরাবদি,
উৎনবা অচুম্ব। মশক,
লৌরে ঐনা নংগী শাপ্তি।
মমাংঙৈগী মতমদুদা,
তৌখিবা শাপ্তি ভৃগুনা,
হন্দকী মপোক অসিদা,
নচা ওইনা নিংথৌ নংগী,
পোক্লবনি শ্রীবিষ্ণুনা,
লৌদুনা শ্রীরাম মিংথোলদি।
ভৃগু মুনিনা তৌখিবা,
শাপ নুপীদি কাইনৌ হান্নবা,
ফংবতনি মদু রান্না।
অদুবু মতম কুইনদি,
ওইনি নিংথৌ অযোধ্যাগী।
মহাকী শাসন মখাদা,
লৈবিবা লৈবাক পুম্নমক,
ওইগনি নুংঙাইনা লৈবা।
চহি লিশিং তরা মাথোই,
পাল্লগনি নিংথৌ ওইনা,
অশ্বমেধ যজ্ঞ কয়া,
তৌরমগনি মমাই পাক্না।
নিংথৌ শাগৈ চাউখৎহন্নি,
লৈবাক কয়া শেম্নমগনি।
সীতাগী গর্ভদা রামগী,
পোকনি মচা অনিদি।
মহামুনি দুর্ব্বাশানা,
হাযরগা রাসিদি তুংগী,
লৈখি তুমিন বা গাংদনা।
তুমিন লৈপ্রবদা মুনি,
নপা ইবুঙো নিংথৌনা,
থুরম্নগা মুনি অনি,
হল্লকখি অযোধ্যাদদি।
হায়খিবশিংদি মুনিনা,
মিনম্বা ওইরোই থোকনি,

মসি ঐগী থাজবনি।
মুনিগী ৱানা চুম্ববা,
সীতাগী মচা অনিদি,
হাপ্লখিনি নিংথৌ রাম্না,
অযোধ্যা লৈবাক অসিদা
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
মরমদা শ্রীরাম সীতাগী
ৱাকুরন্নু অমুক হন্না।

তাবদা সুমন্ত্র ৱাদি,
লক্ষ্মন মপুক্কিং ফাথখি,
থাগৎখি 'সাধু' হায়নদি
সুমন্ত্র লক্ষ্মন অনিনা,
লাকপদা ৱারি তৌনদি,
নুমিৎ তাখি খংহৌদনা।
কেশিনী তুরেন মপান্দা,
পোথাখি অহিং অতুমা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৫২শুবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৫২শুবা সর্গঃ

( অযোধ্যা য়োরগা লক্ষ্মন্না শ্রীরামবু থেমজিনবা। )

কেশিনী তুরেন মপান্দা,
পোথারগা অহিং অতু,
লক্ষ্মন সুমন্ত্র অনিনা
হৌগৎলগা অয়ুক ঙন্না,
খোংশানখি অযোধ্যা তন্না।
নুমিৎ য়ুংলমদাই মতমদা,
হরাও তয়াম্বা প্রজানা,
ইকোই কোইশিন্না লৈরিবা,
মনি-মুক্তানা থল্লবী,
কোন্নুংদদি অযোধ্যাগী,
থুংলখি দোলাই অতুদি।
মতম অসিদা লক্ষ্মন্না
থল্লকই মপুক মন্নুংদা,
মফমদা শ্রীরামচন্দ্রগী,
পাওদমগনি করি হায়না?

খন্না খন্না চংলকপদা,
নিংথিবা শঙ্গাই শ্রীরামগী,
থাজগুম অকাসতা থোকপা,
উবা ফংখি মাগী মাংদা।
কুমথরগা দোলাইদগী,
চংখি লক্ষ্মন রাম শঙ্গাইদা,
খোইনা অৱাবা শক্তমদা।
অৱাবা ৱাখন্দা লুপ্না,
মকশিল্লবা মাইথোং থাদা,
মপি শিন্থনা লৈরিবা,
শ্রীরাম মতৌদি উবদা,
চেনশিনখিহুনা মখোংদা,
খুরুম্নগা মকোক শোক্লা,
হাম্নজরকই লক্ষ্মন কপ্পা।
য়াম্বুং য়াথং মতুং ইন্না,

মরমচৎ মতৌ ফজবী,
মরাল লৈজদ্রবী সত্তী,
বৈদেহি সীতা ইমাদি.
গঙ্গা তোর্ব্বান্দা লৈরিবা,
বাল্মীকি মহামুনিগী,
অশেংবা আশ্রম অতুদা,
হুনজরক্লে থনম্লগা,
তৌগে খন্না নখোং সেবা ।

অসিনি মতমগী য়াওন,
তৌবিরনু অমুক ৱাবা,
বুদ্ধি লৈবা কনানস্থু
লাকচহন্দে অৱাবনা ।

চাউখৎপা পুম্বা সংসারগী,
মাংহনখি মতম মানদি,
অৱাংবদা কারবদি,
কুমথবদি শোইদবনি,
তিম্নবগী অরোইবদি,
কাইনবনা ওইরিবনি,
পুন্সিসিস্থু মীওইবগী,
শিখিবনা অরোইবনি ।

মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
নুপী-অঙাং, মক্কপ-মপাং,
সনা-লুপা-লনগৈ-পুকৈ,
মিহৌফম থোক্তে খোইদোক্না,

মখোই পুম্নমক অসিগা,
শোইদে অমুক্তং খাইনবা ।

আত্মানি নংদি আত্মাগী,
পুক্লিংনি নংদি পুক্লিংগী,
নশানা খংনা শেমজবা,
অৱাবা অত্থু নশাগী,
লৌবিয়ু অত্থুম নশানা ।
ৱাখল চাউবা কনানস্থু,
শুমহৎখিদে অৱাবনা ।

লৈরবদি ৱাতুনতা,
হল্লকনি মিংচৎথিবা,
ওৎলগনি অমুক হন্না ।

মিংচৎ থিবদি কিতুনা,
থাদোকখ্রে সীতা বন্দা,
মসিদা অমুক ৱারবা,
মিংচত্তি নংগী ফত্তবা,
ঙাংনরক্কনি প্রজানা ;
লৈবিরো পুক্লিং ফাজিন্না,
চৎহনখ্রো অপংবা ৱাখল,
তৌবিরনু নিংঙমদবা ।

তাবদা লক্ষ্মনগী ৱাদি,
পেনখি দোইদোক্না শ্রীরামদি ।

ইবুঙেঙা লক্ষ্মন নুংশিবা,
ঐগী য়াথং পাংথোকপনা,

অফবনি পুম্নমকী । ইংহল্লে ঐগী পুক্লিংদি,
নংগী নিংথিবা রাহৈনা, মাংগ্রে মুংনাংবা পুম্নমক ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৫২শুবা সর্গ: লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৫৩শুবা সর্গঃ

( শ্রীরামনা লক্ষ্মন মফমদ, নুগরাজগী রারী লিবা অমসুং লক্ষ্মনবু মথোংদা থবা । )

খোইদোক্লা মমল য়াম্লবা,
মনাওগী পাওতাক ফংবদা,
অপেনবা ওইখি শ্রীরামগী,
হায়রকই মনাওদি য়েংনা ।

অতাংবনি নংগী বুদ্ধি,
খংই নংনা ঐগী পুক্নিং ।
পাওতাক অসি অসিগুম্বা,
অতাংবনি মতমসিদা ।

ঐগী পুক্নিংদা লাক্লীবা,
রাখল অসিদি হায়গে তাও,
তারবা তুংদা নহাক্লা,
ওস্থোকউ থবক ওইনদি ।

হৌজিক্লে হুমিৎ মরিনিদি,
থবক্তি লৈবাক প্রজাগী,
তৌহোদে করিমতদি,
কাইরে খনবদা থম্মোইসি ।

নংনা প্রজাশিং, পুরোহিত,
মন্ত্রিশিং, থবক থিবশিং,
অমদি থবক থিবীশিং,
কৌরকউ মখোই পুম্নমক ।

প্রজাগী থবক নিংথৌনা,
তৌদ্রবদি নুমিৎ খুদিং,
মুংশিং শিত্তবা নরক্তা,
রানা লৈবনি তাত্নুনা,
চিংনফম থোক্কে মসিদা ।

রারি লৈ মতাং অসিগী,
রারিহু লিগে নহাক তাও ।

থাইনা মমাংডৈ মতমদা,
নুগ হায়নদি খংনবা,
লৈরম্মী নিংথৌ অমদি ।

ব্রাহ্মনদি লুনা তৌজবা,
অচুম্বদা মাই ওনশিনবা

নিংথৌ অমনি মহাকসি ।
মতম অমদা নিংথৌনা,
চত্তুনা পুস্কর তীর্থদা,
ষনবীশিং কোটি অমদি,
লোইননা মচা অমমম,
কংখি ব্রাহ্মনশিং মফমদা ।
দান তৌখিবা মতমসিদা,
ভিক্ষানা মথরাই হিংজবা,
লাইরবা ব্রাহ্মন অমগী,
ষনবী ষন্নাও অনিখক্তি,
য়াওথোকখ্রে মরক অহুদা ।
ষন মপু ব্রাহ্মন অহুনা,
অরাম-খৌরাংবা খংদনা,
কোইনা চংখি লৈবাক খুদিং,
থিরহুনা মাগী ষনশিং,
অহুবু ঙমখিদে ফংবা ।
কনখল কৌবা লৈবাক্তা,
য়ৌরকপদা ব্রাহ্মনসিনা,
ষনগোলদা ব্রাহ্মন অমগী,
উবা ফংখি মাগী ষনদি ।
ময়াং কংদ্রে ষনবী অসি,
ফজরে থোইনা য়েংবদা,
চাউরয়ে মচা অহুসু ;
মতম অসিদা ব্রাহ্মনা,

মহৌশা কৌবা মিংগৌদা,
কৌখি ষন্দি লাও লাও হায়না ।
খোঙ্গেল অহুবু ষনবীনা,
খংবা ঙমখি নিংথিজনা ।
খোঙ্গেল অহুদা ব্রাহ্মনগী,
খংহুনা ষনবী অহুনা,
ইন্নখি মতুং ব্রাহ্মনগী ।
মতৌ অহুবু উবদা,
মপুহুনা অকোনবগী,
হায়রকই তান্নরক্তুনা,
ষনবী অসি ঐহাকীনি ।
নৃগ নিংথৌ মশামক্না,
তৌরকপনি দান ঐঙোন্দা ।
অসুম্না ঙাংনরকপদা,
খংনখি ব্রাহ্মন অনিহু ।
খংন-খংননা লাকপদা,
য়ৌখি নৃগ নিংথৌ কোন্নুং ।
অহুবু মখোই অনিনা,
ফংদবনা নিংথৌ য়াথং,
মমাংদা কোন্নুং মথোং,
ফৌনা লৈখি মতম কুইনা ।
কুইরক্লবদা মতম্না,
শাওরকখি ব্রাহ্মন অনিমক,
ঙমক্তুহুনা খাংবদা,

ব্রাহ্মন অনিমক অহুনা,
তৌরকই অকনবা শাপ্তি।
খংনবা ঐখোই অনিগী,
বিচার তৌগেন্নু হায়দবা,
উনগে হায়বন্নু থিংবা,
ফরে নিংথৌ নহাক অসি,
জীবনা উবা ফংদবা,
হক্কোক ওইনদি লৈজরো।
নহাক চহি লিশিং কয়া,
হক্কোক্কী মশক লৌহুনা,
লৈরুরো গুহা মনুংদা।
লাকনি যহু শাগৈদা,
শাইওন ওইনা শ্রীবিষ্ণুনা,
বাসুদেব মিংথোল লৌনা।
মতম অহুদা হে নিংথৌ!
কোকচৌ শাপ অসিদি নংগী
শ্রীকৃষ্ণগী শাইওন ওাইনা,
লৈরুরো হক্কোক ওইনদি।
কলি যুগনা লাক্লবদা,
বিষ্ণুনা নর-নারায়ন,
ঋষি অনিদি ওইহুনা,
পৃথি অরুম্বা কোক্লবা,
লাকনি শাইওন ওইনদি।
মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মন্না,
তৌখি শাপ নৃগ নিংথৌদা।
ব্রাহ্মন অনিমক অহুনা,
পেনখি শাপ অহু তৌবদা।
মনবী হনুবী অহুদি,
অতোপ্পা ব্রাহ্মন অহুদা,
দানদি তৌখি অমুক হন্না।
মরাইবক থিবা নিংথৌনা,
অরাবা তাখি শাপ্নদি।
মরম অসিনা অকনবা,
থবক থিবা লাকপশিংবু,
পেলহনবনা নিংথৌগীদি,
অথোইবা মথৌ অমনি,
রারৌপ্রবদি মখোইনা,
খুদোংথিবনি নিংথৌগী।
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
লৈরুরগা স্ন-থোংদা,
থেংনরুরো অরাকপশিং,
পেন্নবা তৌ মখোইগীদি।

মতাং অদিদা উত্তর কাণ্ডগী ৫৩শুবা সর্গঃ লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৫৪শুবা সর্গঃ

( নৃগ নিংথৌনা নিংথৌ খুডম মচাদা শিন্নংম্নগা শুহাদা চংখিবা । )

শ্রীরামগী ৱারি তারগা,
তত্ত্ব পুন্নমক খংলবা,
লক্ষ্মননা মখুৎ লোন্নবা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা ।
রাজর্ষি নৃগ নিংথৌবু,
মখোই ব্রাহ্মন অনিহনা,
করি নত্তবা মরালদা,
যমগী অকনবা দণ্ডিগুম,
তৌখিখি অকনবা শাপ্তি ।

খংলবদা শাপ তৌরম্লে,
রাজর্ষি নৃগ নিংথৌনা,
অশাওবা ব্রাহ্মন অনিদা,
হায়খিবগে করি হায়না ?
তাবদা লক্ষ্মনগী ৱাহং,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
রাজর্ষি নৃগ নিংথৌনা,

খংলবদা শাপ তৌরম্লে,
মানা তৌখিবা থবকশিং
হায়গে তাও নপুক্লিং চংনা ।
মহাকপু শাপ তৌব্রে হায়বা,
পাও ফংলবদা নিংথৌনা,
মাগী পুরোহিত, মন্ত্রিশিং,
অঙম-অথৌ পুন্নমক্তি,
কৌরগা মাগী মনাক্তা,
হায়রকই থম্মোইদি শোক্লা ।
নারদ অমদি পর্ব্বত,
লেংলক্লুনা মুনি অনি,
তৌরম্বা শাপ্তি ব্রাহ্মন্না,
তাকপিরম্নগা ঐঙোন্দা,
খুদক্তা লেংখি ব্রহ্মলোক ।
মরম অসিনা যুবরাজ,
ঐগী ইচা অহল বসু,

হাপ্পিরসি নিংথৌ ঙসি,
শিন্নরগে লৈবাক অসি ।
লৈবাক প্রজা পুন্নমক্লা,
কৌরগা খুংশা-হৈবদি,
তৌহনবিয়ু গুহা অমা,
লৈননবা ঐহাক্নদি ।
গুহা অহুদা লৈরগা,
লোইবা ঙাইনা ব্রাহ্মনগী শাপ,
লৈজগে মতমদি লেন্না ।
নিংথমথাদা ইংদনবা,
শাদনবা কালেন থাদা,
নিংথম-কালেন অনিম্নক্তা,
অম্বিং-অশা মানহনবা
শেমহনবিয়ু মতৌ অহুম ।
হৈ লৈশিংদি মখল গুনা,
থাবিয়ু মাইকৈ মরিদা,
উপান্বী অচৌবশিংদা,
য়েৎহলবিয়ু উরি-বারি,
শাৎহল্লু লৈদি নিংথিনা ।
যোজন মখাই অমমম্না,
ওইহল্লু মরাক ময়ুংদি,
নিংথিবা লৈকোন অসিগী ।
মতম চুপ্পা শাৎপা লৈশিং,
থাবিয়ু মরাং কাইনদি,

ফংনবা লৈগী মনমদি,
খাক্তনা অহিং মুংথিলদি ।

মতুং অসিদা নিংথৌনা,
কৌরগা মচা বম্নুদি,
ফমহনখি সিংহাসন থক্তা ।

মতুং অসিদা নৃগনা,
হায়রকই মচা বম্নুদা,
ইপাগী ইবুঙেঙা বম্নু !
ক্ষেত্রি ধর্ম্ম মতুং ইন্না,
শাসন্দি তৌ লৈবাক অসি

থোইনা লুদবা মরালদা,
শাওহুনা ব্রাহ্মন অনিনা,
তৌখিবনি শাপ ইপাবু,
মসি নংম্নু খংলিবনি ।

অহুবু নহাক রারুনু,
ফংলিবা দশাসি ঐনা,
মপোক্তদি নহাল মুক্তি,
মহৈনি তৌরকপা পাপকী ।

ঐনা তৌবা ঐনা ফংবা,
হৌনবিনি তাইবংসিগী ।
অরা—নুংঙাইবা অনিমক,
লাকপনি কর্ম্ম মহৈনা ।
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,

বাক্লগন্ন ইপাগী।
রাজর্ষি নৃগ নিংথৌনা,
পিরগা পাওতাক অসুম্না,
মফমদা মচা বসুগী,
চংজখি মহাক শুহাদা।

অসুম্না রাজর্ষি নৃগ,
ব্রহ্মশপ্তি তমথিরবা,
লৌরগা হরাও হরাওনা,
লোইবা ভাইনা শাপকী মতম,
লৈজখি গুহা মনুংদা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৫৪ শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৫৫শুবা সর্গঃ

( মহর্ষি বশিষ্ঠ অমসুং নিংথৌ নিমি অনিনা মহৈ মহৈ শাপ তৌনহূনা মশা থাদোকপা। )

শ্রীরাম্মা হায়খি হে লক্ষ্মন !
বারিদি নুগ নিংথৌগী,
তারে নংনা নিংথিনদি।
বারি অমা অসিগুম্বা,
তানিংলবদি নহাক্না,
লৈরি লিখিগে নঙোন্দা।
তাবদা শ্রীরামগী বাদি,
হায়রকই লক্ষ্মন হরাওনা,
বারিদি অঙকপা ফংবা,
অপেনবা লৈত্রে তাবগী ;
লক্ষ্মন মপুক্লিং খংবদা,
বারি অমা ফজরবা,
হৌরকই লিবা শ্রীরাম্মা।
থাইনা মমাংঙৈ মতমদা,
নিমি কৌবা নিংথৌ অমা
লৈরম্মী পৃথি অসিদা।
মহাক অসি ইক্ষ্বাকুগী,
* তরানিথোইশুবা মচা,

---

* শ্রীমদ্ভাগবতকী ৯ শুবা স্কন্ধগী ৬। ৪ শ্লোক, বিষ্ণুপুরানগী ৪। ২। ১১ শুবা শ্লোক, অমসুং মহাভারতকী ২। ৫ শুবা অনুশাসন পর্ব্বগী মতাংদা ইক্ষ্বাকুগী মচা চামা পোকপগী বা ইরি। মখোইগী মরুংদা বিকুক্ষি, নিমি, দণ্ড অহুমসিনা অথোইবনি। নিমিনা অনিশুবা মচানি। অদুবু বাল্মীকি রামায়ন্দদি ইক্ষ্বাকু মচাশিংগী ১২ শুবনি ইরি। গুণগী মথুংইন্না মচা অহমগী মরুংদা ২ শুবা অমসুং ১২ গী মরুংদা ১২ শুবহুনি লৌবিয়ু।

থোইনা অকনবা নিংথৌনি
মতমত্থদা নিংথোসিনা,
গৌতম মুনি আশ্রম নাক্তা,
লাইরৈবাক্কুম নিংথিজবা,
শেমখি মহাক্কী কোনুংদি।

হাম্নরিবা লমদম অসিদি,
ফাওজখি মতম অত্থদা,
কৌত্থনদি 'বৈজয়ন্ত'।

মপা ইক্ষ্বাকু পেম্নবা,
ফজবা সহর শেম্নগা,
খনখি রাজর্ষি নিমিনা,
তোগে যজ্ঞ মতম কুইনা।

মহাক্কী মপা ইবুঙেঙা,
মনু মচাদি ইক্ষ্বাকু,
লৌরগা য়াথং মাগীদি,
বরিখি ঋষি বশিষ্ঠ,
রাজর্ষি নিংথৌ নিমিনা।

মতুং অসিদা রাজর্ষিনা,
ভৃগু, অত্রি, অঙ্গিরাবু,
বরিখি মথং মথংদি।

মতমসিদা বশিষ্ঠনা,
হায়রকই রাজর্ষি য়েংনা,
ঐহাক্তি ইন্দ্র নিংথৌনা,
বরিপ্রবনি হাম্লনা,

লোইদ্রি ফাওবা ইন্দ্র যজ্ঞ,
ভাইরমখো ঐবু নহাক্না।

লেংপ্রবদা বশিষ্ঠনা,
অথোইবা ব্রাহ্মন গৌতমা
মহুৎশিন্না বশিষ্ঠগী,
পাংথোকখি যজ্ঞ অত্থদি।
অসোমদস্থ বশিষ্ঠনা,
লোইশিনখি ইন্দ্র যজ্ঞদি।

মমাং ওইনা কোনুংগীদি,
নাকল অমদা হিমালয়,
পুরগা ব্রাহ্মন ময়ামদি,
চহি লিশিং মঙা চংনা,
তৌখি যজ্ঞদি নিমিনা।

ইন্দ্র যজ্ঞ লোইরবদা,
থোইনা হরাওনা বশিষ্ঠ,
লাকখি নিমিগী মনাক্তা,
পিনবগী যজ্ঞ হোত্তৃ।

অহুবু গৌতম মুনিনা,
মহুৎ শিন্দুনা মহাক্কী (বশিষ্ঠগী),
উবদা লোইথোক্লম্বত্থ,
মহামুনিদি বশিষ্ঠ,
পান্দম লৈখিদে শাওবগী।

খন্দুনা নিংথৌ উম্নগে,
ভাইখি পুং অনি ঋষিনা।

অদুবু মুমিৎ অসিদা,
রাজর্ষি নিমি নিংথৌদি,
তুমথুনা লৈরি মুংঙাইনা।
মতৌ অসিদা বশিষ্ঠ,
শাওরকখি থোইনা হেন্নদি,
হৌগত্লনা বশিষ্ঠনা,
চৈরকই নিংথৌ মফমদা।
নংনা ঐবু থৌশাদনা,
বরিবগী অতোপ্পদা,
হিঙ্গৎপা লৈতনা নংদি,
তাবা ওইরো জ্ঞান য়াওদনা
পোথাবদগী নিংথৌনা,
মতমথুদা হৌগৎলকপা
তাবা ফংখি শাপকী রাদি,
তৌখিবদু বশিষ্ঠনা।

শাওখিবনা নিমি নিংথৌ,
হায়খি বশিষ্ঠ মফমদা।
তুমলুবা মরম্না ঐদি,
থংখিদে মুনি লাকপদি,
অদুবু মুনিনা শাওনা,
তমখিবা শাপ্তি ঐঙোন্দা,
পিবিখি যমগী দণ্ডগুম।
মরম অসিনা হে মুনি!
ঐগুম্না মুনি নহাকসু,
জ্ঞান য়াওদনা তাবা ওইরো,
চিংনফম থোক্কে মসিদা।
অশাওবগী মথা পোনবা,
ব্রহ্মর্ষি রাজর্ষি অনি,
শাপ তৌনখি মহৈ মহৈ,
মাংখি মশা অনিমক্কী।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৫৫শুবা সর্গ: লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৫৬ শুবা সর্গঃ

( ব্রহ্মগী য়াথং মতুং ইন্না বশিষ্ঠনা বরুণগী বীর্য্যদা চংখিবা ব্রহ্মা উর্ব্বশী মফমদা মাগী বীর্য্য শিন্নবা অমসুং মিত্রগী শাপ্না উর্ব্বশী লৈখা তাবা, পুরুরবদা মচা পোকপা। )

বারি তারগা শ্রীরামগী,
বশিষ্ঠ মহামুনিনা।
মখুৎ লোয়না লক্ষ্মনা।
খংলহনা মশা লৈত্রে,
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা।
অতোপ্পা হকচাং ফংনবা,
বশিষ্ঠ অমসুং নিমি,
চৎখি মপাগী মনাক্তা।
লাইশুম্বা মখোই অনিনা,
ধর্ম্ম লৈবা বশিষ্ঠনা,
মশা মাংপ্রবা মতুংদা
মপা ইবুঙো লাইগী লাই,
অমুক অনৌবা মশাবু,
ব্রহ্মা নাক্তা চৎখিহনা,
ফংখিবগে মতৌ করম ?
শুরমজরগা মখোংদা,
তাবদা মনাওগী বাহং,
নুংশিৎকী মশক্তি ওইনা।
হায়খি শ্রীরামনা লক্ষ্মনদা,
হায়জরকই খোইনা বানা।
বশিষ্ঠ নিমি অনিনা,
ইপা ইবুঙো ভগবন।
শাপ্না মরম ওইহনা,
নিমিনা তৌখিবা শাপ্না,
মাংজখি মশা মশাদি,
মাংপ্রে হকচাংদি ননাইগী,
লৈনখি নুংশিৎ মতৌগুম।
লৈজরি ঐহাক নুংশিৎকুম।

হকচাং লৈত্রবা মীশিংনা,
করি হায়গনি ব্রাবদি,
থবক পুম্নমক অমতা,
লৈবনি তৌবা য়াদনা ।

থৌজানবিডুনা ননাইবু,
পিনবিয় হকচাং অমা ।
তাবদা বশিষ্ঠ মরা,
হায়রকই প্রজাপতিনা,
নুমিৎ অমস্তুং বরুণগী,
বীর্য্য মরক্তা নহাক্না,
চংখ্রো তেজগী মশক ওইনা
লৈরবস্থ বীর্য্যডুদা,
তানশিল্লু নংনা ধর্ম্মদি,
নাওফমদি ফংলোই নহাক্কী,
অডু ওইরবা ফাওবদা,
ঐগী নুংশিবা মিৎয়েংনা,
ফংগনি নংগী নশাদি,
মহৌশা মতৌ অডুগুম ।
ব্রহ্মাগী থৌজাল ফংবদা,
খুরম্নগা বশিষ্ঠনা,
চৎখি বরুণগী মনাক্তা ।

মুনিনা লাকপা মতমদা,
উবা ফংখি মফমডুদা,
নুমিৎ অমস্তুং বরুম্না,
পুম্না ফমডুনা লৈরগা,
অতৈ অতোপ্পা লাইশিংনা,
লৈবডু পূজাদি তৌনা ।

মতম অসিদা উর্ব্বশী,
মকোক ওইবী জগোই শাবী,
মাগী সখিশিং লোইননা,
য়োরকখি মফম অডুদা '
মশক মতৌ ফজরবী,
জগোই শাবী উর্ব্বশীনা,
ক্ষীরদ সমুদ্র খোংনুংদা,
লৈয়িবডু শানডুনা,
উবদা বরুণ নিংথৌনা,
খোইরাংখি মাবু পাম্বনা ।

থম্বাল মিত্তাদি তারবী,
থানিন থাজদি ঙমজবী,
উর্ব্বসী মাগী মফমদা,
হায়খি তিম্ননিংবা ব্রাদি,
ইশিংগী নিংথৌ বরুম্না ।

মতমসিদা উর্ব্বসীনা,
হায়জরকই মখুৎ লোম্না,
মফমদদি বরুণ নিংথৌ,
ব্রারৌবিগনু ইবুঙেঙা,
(নুমিৎ) মিত্রদেবগা ঐহাক্কা,
ঙাংনবা লৈশ্রে ঙসিদি ।

শ্রীরাম

কামগী বাখন্দা ঙাওরবা,
ইশিংগী নিংথৌ বরুন্না,
হায়রকই উর্ব্বসী য়েংবা,
থোইনা ফজবী ইবেন্মা।
নহাক্কা ঐগা তিন্নবা,
য়াদ্রবস্থ পান্না পান্না,
লাইনা শেম্বা চফুসিদা,
থাদোক্লগে ঐগী বীর্য্য,
তৌরবতদা মহুন্না,
ওইরগনি ঐগী পেনবা।

নিংথিবা রাঙাং বরুনগী,
তাবদা উর্ব্বসী কৌবী,
থোইনা পেনজখি মপুক্লিং,
হায়রকই য়াম্না নুংশিনা।
অপাম্বদি ইবুঙেঙানা,
তৌবিরো ননিং থুংনবা।
ঐনা ইবুঙেঙা নিংবগুম,
নিংবি ইবুঙেঙা নংনস্থ,
অহুবু হুকচাংদি ঐগী,
ওইগ্রে ঙসিদি মিত্রগী।

উর্ব্বসী মবা তাবদা,
বরুন্না মহাক্কী বীর্য্য,
মৈগুম্না তেজদি লৈরবা,
হৈথখি চফু মন্নুংদা।

মতুং অসিদা উর্ব্বসীনা,
চৎখি মিত্রগী মনাক্তা,
উন্নগে থম্না মহাক্কা,
অহুবু শাওখি মিত্রনা,
উবদা উর্ব্বসী মশক,
চৈথি অথিবা বাহৈনা।

হে লমচৎ নাইদবী মুগী!
ঐনা হান্না নং কৌরগা,
হুন্দোক্তুনা ঐবু নংনা,
অতোপ্পা মীশক অমগা,
করিগী লৈমিন্নরুবা?
মরাল অহুমক্তনা নং,
ওইরো লৈখা তাবদি,
মীওইবশিংগী মরক্তা,
লৈরুরো মতম খরদি।

নপুকচেল শেংদবী নংদি,
কাশী নিংথৌ পুরুরবা,
বুধগী মচা মুপাগা,
লৈমিন্নরু নবা ওইনা।
শাপ ফংলবী উর্ব্বসীনা,
লাক্তুনা কাশী লৈবাক্তা,
চংজখি পুরুরবাদা।

উর্ব্বসীগী মফমদগী,
পুরুরবা নিংথৌগীদি,

খোইনা মতিক মগুণ লৈবা,
ফংজখি মচা আয়ুদি।
নহুষদি পোকখি আয়ুনা,
কনবদা মাদি ইন্দ্রনি।

বৃত্রাসুরদি হাৎলুবনা,
লাইশিংগীদি নিংথৌ ইন্দ্র,
য়াখিদে লৈবা স্বর্গদা,
মতম অহুদা নহুষনা,
ইন্দ্রগী মহুৎ শিন্দুনা,
পানখি চহি লিশিং চামা।
মিত্তা ফজবী উর্ব্বশী,
মিত্রগী শাপ্না পৃথিদা,
লৈরম্লগা মতম কুইনা,
শাপ্না লোইরবা মতুংদা,
হনজখি অমুক স্বর্গদা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৫৬শুবা সর্গ: লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৫৭শুবা সর্গঃ

মফমদগী শ্রীরামচন্দ্র,
তাবদা অঙকপা ৱারি,
পেনজখি লক্ষ্মন থোইনদি,
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা।

বশিষ্ঠ নিমি অনিমক,
ঋষি মকনি অথোইবা,
লাই ফাওবনসু মখোইদি,
মীশক্তি ইকাই খুম্নবা।

মাংখিবা হকচাং মখোইগী,
ফংখিবগে মতৌ করম ?

তাবদা লক্ষ্মনগী ৱাহং,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
বশিষ্ঠনা মাগী হকচাং,
ফংখিবগী ৱারি অদু,
হায়রগে তারো ইবুঙ্গো।

মিত্র অমসুং বরুণগী,
বীর্য্যদি তেজনা থল্লবা,
হাপখিবগী ৱা চফুদা,
হায়গে হান্নবা ইবুঙ্গো।

বীর্য্যসিদগী হায়রিবা,
পোকখি মথং মথং ওইনা,
ব্রাহ্মন অনিদি তেজ লৈবা
চফুসিদগী হায়রিবা,
হান্না পোকখি অগস্ত্য।

হায়খি মহাক্না মিত্রদা,
'নত্তে ঐদি নংগী নচা',
চংখি হায়রম্লগা ৱাসি।

বীর্য্য অসি মিত্রগীনি,
য়ানদুনা উর্ব্বশীগা,
অহানবদা মশামক্না,
মনুংদা চফু অদুগী,
হাপখিবনি মাগী বীর্য্য,

মতুংদা বরুণ বীর্য্যগা,
পুনখি অমতা ওইনদি।
মতুংদা মতম খরগী,
তেজদি লৈরবা বশিষ্ঠ,
মিত্র বরুণ অনিমক্কী,
য়োমহুনা বীর্য্য অহুনা,
পোক্লকখি চক্রহুদগী।
অমকপা লৈতবা মুনি,
পোক্লবদা অমুক হন্না,
ইক্ষ্বাকুদি মশামক্না,
মাগী শাগৈ চাউখৎনবা,
থিন্দোকখি ফমদি পুরোহিত
বশিষ্ঠনা মাগী হকচাং,
অসিনি ফংখিবগী রা।
ওইখিবা মওং নিমিগী,
হায়গে অমুক মথংসিদা।
নিমিগী হকচাং লৈতবা,
উবদা মহর্ষিশিংনা,
ওইখি থোইনদি অরাবা,
দীক্ষা লৌরগা মখোইনা,
তৌখি যজ্ঞ মাগীদমক।
ঋষি পুন্নমক অহুনা,
তানহুনা পাত্র-মন্ত্রি,
অতৈ অতৈ পুন্নমক্কা,

মশা অহুবু নিংথৌগী,
হৈ-লৈদি মনম মুংশিবা,
য়েম্নগা ময়াম অহুনা,
য়েৎশিন্দুনা নিংথিবা ফি,
থমখি থোইনা চেকশিন্নদি
মতুংদা যজ্ঞ লোইরবা,
হায়রকই ভৃগু মুনিনা,
( নিংথৌ মশাদা লৈরিবা,
কৌরগা জীবাত্মাহুদি, )
ঐনা নহাক্কী নফমদা,
ওইরে অপেনবা হায়বহু,
মরম অহুনা নহাক্কী,
জীবচেতনা শক্তিদি,
হনজিনজরো নশাদদি।
পেল্লহুনা লাইশিংনস্তু,
হায়খি নিমি জীবাত্মাদা,
নিয়ু নিংথৌ অপাম্বা বর।
কদাইদা থম্মুগে নংগী,
জীবচেতনা শক্তিসি ?
ফংবদা লাইশিংগী য়াথং,
হায়খি নিমি চেতনানা,
মমিত্তা জীব খুদিংগী,
পামজৈ ঐহাক্না লৈজবা।
তাবদা রাহু লাইশিংনা,

হায়রকই নিমি মফমদা,
থুংজরো নংগী অপাম্বা,
মমিত্তুদা জীবশিংগী,
মতৌ অহুগুম নুংশিংকী,
লৈরুরো কোইনা চত্তুনা।
পৃথিগী মপু হে নিংথৌ।

নহাক্লা নুংশিং মতৌগুম,
কোইনা পাইহুনা চৎপদা,
চোকথরক্কনি ৱাহুনা,
মতম অহুদা জীবশিংনা,
হৰ্ধাম চন্না উইরক্কনি,
পোথাবনি মহু নংগী।

মতুং অসিদা লাইশিংনা,
হন্নখি স্বর্গদি তম্না।

মতুংদা মহর্ষিশিংনা,
পুরক্লগা নিমি হকচাং,
হাপকংখি যজ্ঞ্রং শীংথক্কা,
মন্থন্দি তৌখি নমহুনা।
মন্ত্র থিনা হন্না হন্না,
মতমদা মন্থন তৌরকপা,

তেজ পুন্নমক্লা তিল্লবা,
থোরকখি মিথি কৌবদি।
হায়হুনা মন্থন্দা পোকই,
মহাক অসি ঋষিশিংনা,
থোনবিখি 'মিথি' হায়নদি।

অঙকপা ওইনা লাকপনা,
খংনখি 'জনক' হায়নস্থ।
বিদেহ নিমিদগীস্থ,
হায়হুনা পোক্লকপনিদি,
ফাওখি 'বিদেহ' হায়হুনস্থ।

মমাংঙৈগী মতমহুদা,
বিদেহ রাজ জনক 'মিথি'
ফাওজখি অস্থম হায়নদি।
জনক্কী শাগৈ অসিস্থ,
খংনখি 'মিথিল' কৌনদি।

মহার্ষি বশিষ্ঠ শাপ্পা,
ওইখিবা নিমি মতৌদি,
অমুক নিমি মাগী শাপ্পা,
ওইখিবা মতৌ বশিষ্ঠ,
লিরবনি শস্তোক্লদি।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৫৭শুবা সর্গ। লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড'

### ৫৮শুবা সর্গঃ

( যযাতি মক্ষমদা শুক্রাচার্য্যগী শাপ। )

অঙাকপা বারি শ্রীরামগী,
তারবা তুংদা লক্ষ্মণনা,
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা।
বশিষ্ঠ নিমি অনিগী,
অঙকপা বারি থাইনগী,
তাজবা ফংবা অসিদা,
ওইরে ঐগীদি অঙকপা।
নিংথৌ নিমিদি ক্ষেত্রিনি,
অহু ওইরবা ফাওবদা।
মহাক্কি যজ্ঞ মপুদি,
পুরোহিতনি বশিষ্ঠদি,
করিগী ঙাকপিদে মানা,
বশিষ্ঠ মহামুনিবু :
তাবদা লক্ষ্মণগী বাদি,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
গুণ অসি ঙাকপিহৈবগী,

লৈতে মীওইবা খুদিংদা।
খেন্নবগুম শক খুদিংমক,
খেন্নবনি পুক্নিং খুদিং।
ইবুঙেঙা লক্ষ্মন নুংশিবা।
সত্বগুণনা মাগী ওইবা,
থাদোকপা ঙম্বা অশাওবা,
নিংথৌ অথোইবা যযাতি,
তাও লিগে বারি মাগীদি।
প্রজা ফনবতা খনবা,
নহুষ নিংথৌ মচা নুপা,
মিংচৎ চাউরবা যযাতি,
নিংথৌনি লৈবাক অসিগী।
রানী অনি লৈ মহাক্কী,
মশক মতৌ ফজবদা,
রানী অনিগা মানবা
লৈখিদে মরোল অহুমদা।

শ্রীরাম

রানী অনিগী মরক্তা,
বৃষপর্ব মচা মুপি,
দৈত্য নিংঙোল শর্মিষ্ঠানা,
চান্নথোইবীনি নিংথৌগী।
শুক্রগী মচা ইবেম্মা,
দেবযানী কৌবী শকহেনবী.
রানীনি অনি শুবীদি।
অদুবু যযাতিনদি.
লুনা তৌখিদে থোইনদি।
রানী অনিদগী নিংথৌ,
ফংখি মচা নুপা অনি।
শর্মিষ্ঠানা পোকখি পূরু,
যদুনি দেবযানীগীনা।
মমা নুংশিবা মরম্না,
যযাতি কৌবা নিংথৌনা,
লুনা তৌখি পূরুবুদি।
উবদা মতৌ অসিদি,
মপুক্লিং ৱারৌখি যদু,
হায়রকই মমা য়েংনদি।
মহামুনি ভার্গবগী, (শুক্রগী),
অচৌবা শাগৈদা পোকপী,
থোইদোক হেন্দোকপী,
অদুক ৱানা নপুক্লিংদা,
লৈবগে করিগী খাংনা ?

ইমা ইচা অনিমক্তা,
শিরসি মৈনুংদা চংনা,
নিংথৌনা দৈত্য নুপিগা,
লৈহৌরসম্ম নুংঙাইনা,
খাংবা পাম্নগা ইমানা.
লৈহৌরো অৱাবা খাংনা,
শিথ্রগে ঐদি শোইদনা,
পিবিরো নংগী য়াথংদি।
মপুক্লিং ৱানা মচানা,
হায়জরকপা মতৌসিদা,
থম্মোই শোক্লবী দেবযানী,
নিংশিংলকখি মপা শুক্র।
মচা নুপী দেবযানীনা,
কৌরকপদু থম্মোইশোক্লা,
ফাওরকখি শুক্র মশাদা।
অমূক থিন্নবা তৌদনা,
য়ৌরকখি দেবযানী নাক্তা
থম্মোই শোক্লবী মচাগী,
উবদা মতৌ অদুদি,
হংলকই শুক্রাচার্য্যনা,
করি লৈবগে পেন্নবা ?
অথোইবা মহামুনিনা,
হংলকপদা হম্না হম্না.
খুমজরকই দেবযানীনা।

খারবা হুবু চারগা,
নত্রগা মৈদা ইশিংদা,
চোংথত্নুনা থরাই অসে,
থাজপ্রগে নমোম ঐদি,
হিংনিংদ্রে মিংকুপ অমতা।
নমোমদি ঐনা ফংলিবা,
ইকাইবদি অরাবদি,
খংবিদে ইপা মুনিনা,
শিংথাগনি করি হায়না।
থৌওইবিদবা পাম্বীনা,
মাংজবগুম মহৈ পুম্বা,
ইবুঙেঙা নহাক অসিবু,
উংশিত্তবদা নত্তনা,
ঐহাক অসি ফাওবদসু,
থৌওইবিদ্রে নিংথৌসিনা।
ত্তাবদা মচাগী ৱাদি,
থোইদোক্লা শাওখি ভার্গব,
খনখি নিংথৌ শাপ তৌরগে।
হে নহুষগী মচা নুপা!
নং অদু য়্যৌনা ফত্রবা,
ঐহাক ফাওবা উংশিত্ত্ুবা,
ফরে অদু ওইরবদি,
অহল ওইরো ঙসিদগী,
নহুষগী মচা যযাতি,
লৈরো লেংঙম শাঙমদনা।
শাপ তৌরবা মতুংসিদা,
থেমজিল্লগা মচানুপী,
মহর্ষি শুক্রাচার্য্যনা,
হনখি মহাক্কী আশ্রমদা।
মতৌ অসুম্না ভার্গব,
নুমিৎ মতৌগুম তেজ লৈবা,
অথোইবা মহামুনিনা,
শাপ তৌরগা যযাতিদি,
লেংখি মহাক্কী আশ্রমদা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৫৮শুবা সর্গ: লোইরে!

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৫৯শুবা সর্গঃ

( মচা পূরুদা যযাতিনা অহলগী মতৌ অদু শিন্নবা, ভোগ চাবা পেল্লবা তুংদা মচা পূরুদা অমুক হন্না নহা ওইবা মতৌ পিরগা নিংখৌ হাপ্লিবা। )

শুক্রনা শাওপ্রে তাবদা,
থোইনদি রাখি যযাতি।
চেনখিহুনা শুক্র নাক্তা,
মখুৎ অনি লোন্ননা,
লৈশি-লৈথোনবা রাহৈনা,
হায়জখি শুক্র পেন্নবা।
পেনবিরহুনা শুক্রনা,
তাকপিখি শিন্নবা য়্যানি,
লৈরবদি কনাগুম্বা,
শিন্নসি হায়বদা য়্যাবা,
নংগী অহল ওইবা অদু।
ফংবদা থৌজাল অদুদি,
হল্লক্তুনা যযাতিনা,
হায়রকই মচা যদুদা,
ইপাগী ইবুঙো যদু!

ধর্ম্মদি লৈবা নহাক্কি,
ইপাগী অরাবা খংনা,
ফিভম অসি অহল ওইবা,
লৌ মতম খরদং নহাক,
তাইবং ভোগ চাখিগে ইপা।
পেন্দ্রি ইপানা ভোগ চাবা,
পেল্লবা মতম অদুদা,
ইপা লৌগে অমুক হন্না,
লাইথুং অসি নঙোন্দগী।
তাবদা মপাগী রাদি,
পিরকই পাওখুম যদুনা,
ইপা ইবুঙো নিংজবা,
নচা পূরুগী মফমদা,
শিন্নবিয়ু লাইথুং অদু।
ইন্থোকপিরবা ঐহাক্কি,

তাকপিখিদে থোৌদোক খুদিং
চামিন থকমিন্নবা নচা,
পূরু মাগীদি মফমদা,
শিন্নবিয়্ লাইথুং অতু ।
মতুং অসিদা যযাতিনা,
হায়রকই পূরু কৌরগা.
খন্দুনা ইপাগীদমক,
নংনা লৌ ইপাগী লাইথুং ।
মপাগী য়াথং ফংবদা,
মখুৎ লোন্নবা পূরুনা,
হায়জরকই হরাও হরাও,
ইপাগী শাসন মথাদা,
লৈজবা নচা ঐহাক্কি,
লৌজগে য়াথং হরাওনা ।
তাবদা পূরুগী ৱাদি,
থোইদোক্না পেনখি যযাতি,
লাইথুং অতুদি মহাক্কী
শিন্নখি পূরু মফমদা ।
মতুং অসিদা যযাতি,
যজ্ঞ লিশিং লিশিং তৌনা,
চহিদি লিশিং কয়াবু,
নুংঙাইনা পানখি পৃথিদা ।
মতম কুইরবা মতুংদা,
মপা যযাতি নিংথোৌনা,

হায়রকই পূরুদি য়েংনা ।
ইপাগী ইবুঙেঙা পূরু !
লাইথুং নঙোন্দা পিখিবা,
অমুক লৌরগে ইপানা,
কোকচরো নংগী অৱাবা ।
নংনা ঙাকথ্রে ঐগী য়াথং,
ওইরে ইপাগী অপেনবা,
নংগী নফমদা ইপানা,
শিন্নরগে নিংথোৌ খুভম ।
মতুংসিদা যযাতিনা,
থোইদোক হেন্দোক্না শাওনদি,
দেবযানীগী মচানুপা,
যতু মফমদা হায়রকই ।
নংদি ঐহাক্কী ইচানি,
ক্ষেত্রি মচাদি ওইরগা,
চৎপনি হিংচাবা মচৎ,
অতু নত্রবদি নংনা,
ঙাক্লমগনি ঐগী য়াথং ।
মসিনা মরম ওইতুনা,
নং অমদি নচাশিংনা,
ফংলগনু নিংথোৌ ওইবা ।
ঐহাক অসিদি নহাক্কী,
নপা অমসুং গুরুনি,
অতুবু পিখি হ্রইকাইবা ।

নচা—নগুশিং পুম্নমক,
ওইসনু লোইনা হিংচাবা।
য়াম্না ফত্তবনি নংদি,
নংগী নচা—নগুশিংদি,
পোকসনু নংগুম্বা ঙাক্না।

মখোই মশেল খৎনবদা,
ঙমদ্রসনু নিংথৌ ওইবা।
মতৌ অসুম শাপ তৌরগা,
শিন্নখি নিংথৌ খুভমদি,
মফমদা মচা পূরুগী।

মতুং অসিদা যযাতি,
চৎখি বন্দদি লাইনিংবা।
মাগী পুন্সিনা লোইরগা,
ফংজখি স্বর্গলোক অদু।
ধর্ম্ম লৈরবা পূরুনা
কাশীগী মনুংদা লৈবা,
প্রতিষ্ঠান কৌবা লমদমদা,
নিংথিবা কোনুং শেমদুনা,
ঙাকখি লৈবাক নিংথিজনা।
নিংথৌ ফংদ্রবা যদুনা,

অকিবা মশক ফংলবা,
ক্রোঞ্চ বনগীদি লমদমদা,
মচা-মগু লিশিং লিশিং,
হিংচাবা ঙাক্না পোকক্তুনা,
লৈজখি থোইনা নুংঙাইনা।
যযাতি কৌবা নিংথৌদি,
লৌখি হুরাওনা শুক্র শাপ.
অদুবু নিমি নিংথৌদি,
ঙাকপিখিদে বশিষ্ঠদি।

ৰারি পুম্নমক হে লক্ষ্মন।
লিরবনি চিৎথদনা।
অফবা থবক খুদিংদি.
তৌগদবনি থিন্দনা।

নৃগ নিংথৌগী মতৌগুম,
শোইদনবা থবক অদু,
শিল্লুচো ইবুঙেঙা নংনা।
থাজ মাইথোংদি ঙমজবা,
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙোনা,
হায়রকপা মতম অসিদা,
চংথিদুনা নুমিৎ ময়ুম,
লেংশিনখি রাম শঙ্গাইনুংদা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৫৩শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১বা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ

মতাং খসিদা প্রক্ষিপ্ত সর্গ: অহুমথক হাপলি। কনাগুম্বা টীকাকারশিংনদি মসি য়াওহন্দে, অদুবু বারিগী মতাং চানবদুদা হাপচরি।

( শ্রীরামগী স্বথোংদা থবক থিবা হুই অমা লাকপা, শ্রীরাম হুইবু দরবারদা চংহল্লকপা হায়রথিবা। )

অয়ুক্কী হৌনবী মথৌ,
লোইরবা তুংদা শ্রীরাম্না,
ফমখি ধর্ম্মগী সভাদা।
ব্রাহ্মনশিং শাস্ত্র খংলবা,
কশ্যপ, বশিষ্ঠ পুরোহিত,
মখোই পুম্নমক অসিগা,
হৌখি খন্নবা লৈবাক-না।
লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিং,
মহৈ হৈবা নিতি খংবা,
পাত্র-মন্ত্রিশিং পুম্নমক,
সভানি পুন্না তিল্লিবা।
অসিগুম্বা সভা অসি,
নিংথিজখি থোইদোক্লদি,
সভাগুম যম বরুণগী।
মতম অসিদা শ্রীরাম্না,
হায়রকই লক্ষ্মন মফমদা,
ইবুঙেঙা লক্ষ্মন নহাক্না,
লৈরুরো সনথোংদদি,
থবক থিবা কনাগুম্বা,
য়েংঙ্‌চো লৈ-লাকপ্রা হায়না
লাক্লবদি করিগুম্বা,
হংলগদি মরম অদু,
থাজিল্লকউ সভাসিদা।
ফংবদা শ্রীরামগী য়াথং,
চংখি লক্ষ্মন সনথোংদা।
য়েংজখি লৈ-লাকপ্রা হায়না,

শ্রীরাম

থবক থিবা কনাগুম্বা।
রাম্না পানবা মতমসিদা,
রাথম্না লাইথুংনা নাবা,
লৈখিদে কনা অমতা।

জুন জুম পানখি মহৈ মরোং,
হৌখি হিদাক পাম্বীশিংনা
মফম খুদিংদা পৃথিবী
লৈখিদে অরাং-অপাদি!

লৈতে শিবা অঙাং ওইনা,
পাখং অমম্লং নহাশিং,
শিখিদে মতম চাদনা।

মরমদি শ্রীরামচন্দ্রনা,
শাসন তৌখি ধর্ম চুম্না,
লৈতে কনাগী পেন্দবা,
লৈখিদে রাকং অমতা,
লৈবাক নিংথৌগী মফমদা।

শাসন তৌরিঙৈ শ্রীরাম্না
থবক ফংদবগী রাবা,
লৈখিদে কনা অমতা।

মখুং লোম্নমা লক্ষ্মনা,
চংলক্লুনা শ্রীরাম নাক্তা,
হুঙংচখি লৈবাক্কী পাও,
অফ-ফও পুন্নমক্তি।

লক্ষ্মন মফমদা শ্রীরাম্না,
হায়রকই মোমোন্দি নোক্না,
হম্না চংলগা অমুক্তং,
য়েংঙু থবক থিবা লাকপ্রা।

মতিক চানা চুম্না তৌবা,
শক্তিতুনা রাজ শাসনগী
তাম্থোকখি অধর্মশিংদি।

কিবদগী নিংথৌশিংদি,
প্রজা মখোই মশেম্নদি,
ঙাক্লতুনা মহৈ মহৈ,
লৈজখি লৈবাক অত্নুদা,
থোইনতুম চাম্ন-চিন্ননা।

থবক তৌবদা নিংথৌগী,
মতৌগুম্না ইশামক্কী,
তৌহল্লু মখোই পুন্নমক।

লৈবাক কন্নবা থৌরাংদা,
লৈহল্লু মতম চুপ্পদা,
প্রজাশিং মখোই পুন্নমক;
অত্নুগা লক্ষ্মন নংনদি,
থৌরাং তৌ মখোই কন্নবা।

য়াথং মতুং ইন্না রামগী,
থোকখিবদা সনথোংদা,
লৈরম্বত্নু হুই অমদি,
উবা ফংজখি লক্ষ্মন্না।
উবদা লক্ষ্মনদি হুইনা,

খোংখি ঙরং ঙরং ঙংনা।
মতৌ অতুদা লক্ষ্মনা,
হংলকই হুইগী মফমদা।
অপাম্বা করিনো নংগী?
হায়য়্ অকিবা লৈতনা।
তাবদা রাদি লক্ষ্মনগী,
হায়জরকই হুই অতুনা।
কনাবুস্থ কিহন্দবা,
জগৎ জীবদি ঙাকপিবা,
মফমদা শ্রীরামচন্দ্রগী,
লাকচবনি রাকৎপদি।
তাবদা হুইগী মরাদি,
চংখি লক্ষ্মন খুদক্তদি,
হঙ্গংখি শ্রীরাম মফমদা
অপাম্বদি হুই অতুগী।
তম্মুরগা পাও শ্রীরামদা,
থোরক্লনা অমুক হন্না,
হায়রকই হুইগী মফমদা,
নহাক্লা হায়নিংবা রাদি,
অচুম্বতু লৈরবদি,
য়ারগনি হঙ্গৎপদি।
য়াথং ফংবদা লক্ষ্মনগী,
হায়জরকই হুই অতুনা,
দেব মন্দিরদা, রাজালয়দা,
যুমশিংদা ব্রাহ্মনশিংগীদি,
অনল, শতক্রতু, ইন্দ্র,
সূর্য্য, বায়ু মখোইসিনা,
মফম অতুদা লৈরিবা,
চংবা য়াদে হুই ঐখোইনা,
মরমদি হুই ঐখোই অসি,
ওইবনা অতোনবা মপোক।
মরম অসিনা ইবুঙো,
অচুম্বতবু ঙাংলবা,
মতম চুপ্পা কানবতা,
খন্না লৈবা জীবশিংগী,
মশক্তি ওইবা ধর্ম্মগী,
অতুগুম্বা শ্রীরাম নাক্তা,
চংগনি মতৌ করম্না?
ওইথোকপা য়াত্রা মতুবু?
নিংজবদি পুন্নমক্না,
থুংহনবা ঙম্বা শ্রীরামনি,
নিতি খংবা ইবুঙোনি,
মপুনি গুণ তরুকমক্কী,
পুন্নমক খংবা মহাক্কি,
লোইনমক উবা শ্রীরামনি।
ইবুঙো মহাক অসিনা,
চন্দ্র, সূর্য্য, মৃত্যু, কুবের,
বহ্নি, শতক্রতু, বরুন,

যম, ইন্দ্র পুম্নমক্কীদি,
মশক ওইবনি মাতনা।
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
য়াথং য়াওদনা শ্রীরামগী,
চংবা ঙমজরোই ননাইদি,
ঙাকপিগনি ইবুঙেঙানা।
পুকচেল চাউরবা লক্ষ্মন্না,
তাবদা হুইগী মবাদি,
নুংশিবিহুনা থোইনদি,
চংখি শ্রীরামগী মনাক্তা,
পাওদমজখি হুইগী ৱাদি।
ইবুঙেঙা রঘুমনি রাম!

থোদোক অহু হৌজিক থোকপা,
সনথোংগী মাইকৈদদি,
হুঙ্গৎচগে ননাই ঐহাক।

হুই অমদি থবক থিবা,
লৈজহৌরি সন-থোংদা,
য়াথং ভাইনা ইবুঙেঙাগী।

তাবদা লক্ষ্মনগী ৱাদি,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
থিম্বা তৌদনা অমুক,
হুই অহু ৱাকৎপা পাম্বা,
পুশিল্লকউ সভাসিদা।

মথং: অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১বা প্রক্ষিপ্ত সর্গ: লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ২শুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ

( হুইগী মফমদা শ্রীরামগী নিত্তি, হুইনা পাখা মতুং ইন্না ব্রাহ্মন অমদা মঠাধীশ কম পিবা ।)

য়াথং ফংবদা শ্রীরামগী,
জ্ঞান্দি লৈরবা লক্ষ্মন্না,
পুশিনবিখি হুই অতুবু,
মমাংদদি শ্রীরামচন্দ্র ।
উবদা হুইদি শ্রীরাম্না,
হায়খি নিংথিবা রাহৈনা,
করিনো নংগী অপাম্বা ?
হায়য়ু অকিবা লৈতনা ।
হুইহূনা মকোক কাইরবা,
উবদা শ্রীরামচন্দ্রনা,
ফম্বহু সভা ময়াইদা,
হায়জরকই তপ্না তপ্না ।
নিংথৌনা জীব ময়ামগী,
মপু অহুনি অয়োকপা ।
তুমশ্রবস্থ পুন্নমক্না,

হৌগত্র্না লৈ নিংথৌদি,
মতম চুপ্পদা প্রজাদি,
লৈবি ভাকপি-শেনবিহূনা ।
নিংথৌতনা পুন্নমক্কী,
মপুনি ভাকপি শেনবীবা ।
ভাক্তনা ধর্ম্ম নিংথিনা,
তৌদ্রবদি প্রজা শাসন,
মাংখি প্রজাদি পুন্নমক ।
জগৎকী মপা নিংথৌনি,
প্রজাবু ভাকপা নিংথৌনি,
প্রজা কনবস্থ নিংথৌনি,
কাল অমস্থং যুগ নিংথৌনি,
মশক্তি জগৎ পুম্বগী,
ওইবনি নিংথৌ মাতনা ।
মতুং ইন্না ধর্ম্ম মাগী,

অচৎ-চক্ত জীব পুম্বা,
হায়দুনা ঙাকপিবনিদি,
নিংথৌ মাবু পণ্ডিতশিংনা,
খংনখি 'ধর্ম্ম' হায়নদি
য়েক্লবশিংদি নিংথৌগী,
লাকশিন্না থম্মি মশানা,
ধর্ম্ম য়েংনা প্রজাশিংদা,
তৌবি বিচার অফ-ফক্ত,
মরম অসিনা নিংথৌগী,
শাসন অমসুং পালনবু,
খংনখি 'ধারন' হায়নদি,
মসিনি অশেংবা 'ধর্ম্ম',
লেপথ্রবনি শাস্ত্রশিংনা।

মতৌ অসুম প্রজা শাসন,
তৌবিরবদি নিংথৌনা,
ফংঙি মহে পরলোক্তা।

ধর্ম্ম মানা ফংঙমদবা,
লৈতে করিসু সংসারদা,
থাজৈ চেৎনদি ননাইনা।

সাধুশিংবু পূজা তৌবা,
লমচৎ-শাজৎ ইচম চম্বা,
দানদি তৌবা থৌজাল হৈবা,
হায়রিবা পুম্নমক অসি,
ইহলোক পরলোক, নিদা,
কানবা মরম ঙাক্তনি,
হায়নৈ অথোইবা ধর্ম্মনি।
হে শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙো।
নংতনি প্রমানগী প্রমান।
লমচৎ অতুদি সাধুগী,
খংবা ঙম্মি নহাক্তনা।
নংনি ধর্ম্মগী চংজফম,
নংনি গুণগী মহাসাগর।
অতুবু ননাই ঐহাক্না,
ওইবনা অপংবা অমা,
ঙাংলি মরমদা ধর্ম্মগী,
নফমদা ধর্ম্ম হৌরকফম।

কোক শোক্না নখোং থম্বালদা,
হায়জরি খুরমজদুনা,
ঙাকপিয়ু ননাই ঐহাকপু,
লংজখিবা ইরালশিংদি।

তাবদা হুইগী রাঙাংদি,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা!
নংগী করি পাংথোকউগে,
হায়য়ু অপাম্বা ঐঙোন্দা,
চিংনদনা নপুক্লিংদা।

য়াথং কংবদা শ্রীরামগী,
মকোক কাইরবা হুইদুনা,
হায়জখি শ্রীরাম নফমদা।

নিংথৌনা নিংথৌ খুম্ভমদি,
ফংবা ঙম্মি ধর্ম্মতনা,
য়েংহনা ধর্ম্ম অদুতা,
লৈবাক ঙাকই নিংথৌশিংনা :
চৎনবী ধর্ম্ম কর্ম্মশিং,
ঙাক্নদি চৎলি হায়দুনা,
কৌনরি 'রক্ষক' নিংথৌদা,
অকিবা পুন্না জগৎকী,
ঙম্মি মাংহনবা নিংথৌনা।
পুন্নমক খংবা ইবুঙেঙা।
পাংথোকপিয়ু থবক অসি,
হায়জরগে মরম অদু,
সর্ব্বার্থ সিদ্ধদি কৌবা,
ব্রাহ্মন অমদি চাকনিবা,
লৈরি ব্রাহ্মনশিং আশ্রমদা।
চাকনিবা ব্রাহ্মন অসিনা,
ফুবিখি ননাই ঐঙোন্দা,
লৈতনা মরাল অমতা।
রাকৎ অদু হেক তাবদা,
থাখি থোংশংবা শ্রীরাম্না,
কৌরুনবা ব্রাহ্মন অদু।
সর্ব্বার্থ সিদ্ধ ব্রাহ্মন্না,
য়ৌরক্লবদা রাজ সভা,
খুরুমজরগা সভাদা,
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা।
পাপ চেন্দ্রবা ইবুঙেঙা রাম!
ননাই কৌবগী কানবা,
তাকপিয়ু মরম অদুদি ?
তাবদা ব্রাহ্মনগী বাদি,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা।
হুই অসি ফুনগী মরম,
হায়য়ু অশেংবা হে ব্রাহ্মন!
করি লানখিবা লৈবনা,
অসুক খিনদি তৌবগে ?
অশাওবদি জীবশিংগী,
থরাইদি মাংহনবা ঙম্বা,
য়েক্লবনি থোইনা চাউবা।
অশাওবা মশক অসিদি
চিনবান থোংদা মরূপ শাবা,
মপুক্তদি হুবু ফুম্বা,
য়েক্লবনি ফংখিদ্রবা।
অথৌবা থাংগী ময়াঙুম,
মগুণ লৈবা মীশক কয়া,
মাংহনবা ঙম্বনি লাইনা।
মীওইবশিং কয়াগীদি,
তপস্যা, যজ্ঞ, দান পুন্না,
মাংহনখি অশাওবা মানা,
মরমসিনা অশাওবাদ,

থাদোক্কনি মতম চুপ্পা।
ইন্দ্রি পুম্নমক অসিনা,
মতৌগুম ফজ্রবা শগোল,
তুং ইনখি অপাম্বা পোৎকি,
মরম অসিনা চেকশিন্না,
শগোল মশক ওইরবা,
ফাজিল্লগা ইন্দ্রিশিংদি,
থমগদবনি লাকশিন্না।
মীওইবগী হকচাং, পুক্লিং,
ৰাহৈ অমস্থং মিৎয়েংনা,
পুম্নমক্কী কানবতা,
থন্না তৌরবদি থবক,
ৰারৌবা তৌরোই কনানা,
চংলোই পাপ্নস্থ মশাদা।
আম্মাদা পুক্লিং লুপত্রবা,
ফজ্রবা পুক্লিং অহুনা,
তৌরকপা থবক অহুদি,
খোংনদি নেৎলুবা লিম্না,
মথৌদি ফরবা থাংনা,
তৌরকপা মতৌ অহুনা,
ম্নৌবা ঙমদে করিমতা।
নোঙ্গুক্লা মহৈ তমহুনা,
মাগী মহৌশাগী শাজৎ,
হোৎনরবস্থ চুমথোকে,

ঙমদে থাদোকপা মহাক্কী,
মহৌশা ফওবা লমচৎ।
হোৎনহুনস্থ লোৎনবা,
মতমদা থবক তৌরকপা,
ফোংদোকরকই ফত্তবহু,
শোইদ্রবনি মসিমদি।
ব্রাহ্মন মফমদা শ্রীরাম্মা
পাওতাক অস্থম পিরবদা,
হায়জরকই ব্রাহ্মন্নদি,
য়েংহুনা শ্রীরামগী চরন।
মতমদি চাদনা ঐনা
থোক্লকপদা ভিক্ষা নিবা,
ফংখিদে ভিক্ষা অমতা।
হল্লকপদা নিংবা কাইনা,
ফুখিবনি হুই অসিদি।
হুইনা লম্বী ময়াই থৎনা,
তুমহুনা লৈবা উবদা,
হায়জখি লম্বী থাদোকউ,
অহুবু খোশাদে হুইনা,
তানা তানা ঐগী য়াদি।
তাশিন্নদা খোশাদনা,
লৈখি লম্বী থাদোক্কনা।
মতম অসিদা ঐহাক্লা,
অরাম খৌরাংবা মৈচাক্লা,

ওইখিদুনা অঙাওবগুম
ফুখিবনি হুই অসিদি।
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
তৌগ্রে অরানবদি এৈনা,
পিবিয়ু দণ্ডি ননাইদা।
ইবুঙেঙা নিংথৌ নহাক্না,
পিরবদি দণ্ডি অদু,
অকিবা লৈত্রে ননাইগী,
মরমদা নরক তাবগী।
মতম অসিদা শ্রীরাম্না,
মফমদা সভা ময়ামগী,
হংজখি করি তৌগনি ?
করি দণ্ডি পিবা য়াবা,
তাকপিয়ু সভা ময়াম্না।
মরালগী মতিক চাবদি,
য়েংলগা দণ্ডি পিবদি,
ওইবনি প্রজা চাউখৎপা,
মরম অসিনা ব্রাহ্মন্দা,
পিবা য়াবা মতিক চাবা,
খনবিয়ু দণ্ডি অদুদি।
মনুংদা সভা অসিগী,
মরম খংলবা শাসনগী,
বশিষ্ঠ, কাশ্যপ, আঙ্গিরস,
ভৃগু, কুৎস ঋষি পুম্বা,
দণ্ড নীতি খংলবশিং,
ধর্ম্ম-লাইরিক হৈবশিং,
লোইশংগী মকোক ওইবশিং,
অতৈ অতৈ পণ্ডিত ময়াম,
শুনা লৈরিবা মতমনি।
রাজ ধর্ম্মদা হৈ-শিংলবা,
সভাসদ ময়াম অসিনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা।
পিবা য়াদে হাৎপা দণ্ডি
মফমদদি ব্রাহ্মনশিংগী।
শাস্ত্রগী ৱা মতুং ইন্না,
হায়রম্বনি মুনিশিংনা।
প্রজাগী মপু নিংথৌনি,
অদুগা নংদি ইবুঙেঙা,
মপুনি মরোল অহুমগী,
নংনি তশেংবা বিষ্ণুদি।
তাবদা ময়াম ঙাংনবা,
হায়জখি হুইনা শ্রীরামদা,
ইবুঙেঙা নংনা হে নিংথৌ !
চানবিরবা ননাই এৈবু,
তাবিয়ু ননাইগী ৱাদি।
করি তৌগে হায়দুনদি,
তাকপিখি ইবুঙেঙা নংনা,
তোল্লবা ননাই মফমদা।

মরম অতুনা ইবুঙেঙা,
পিনবিয়ু ব্রাহ্মনসিদা,
ফম অদু কুলপতিগী (মহন্তগী)।
কালঞ্জরগী মঠ অমদা,
হাপ্পিয়ু কুলপতি ফম।

তাবদা হুইগী বা অদু,
খুদক্তা শ্রীরামচন্দ্রনা,
ফম অদুদি কুলপতি,
হাপ্পিখি ব্রাহ্মন মফমদা।

মতুং অসিদা ব্রাহ্মনা,
হরাওনা লৌরগা ফমদি,
তোংদুনা শাম্ন মথক্তা,
চৎখি কালঞ্জরদি তম্না।

মোমোন নোক্না সভানদি,
হায়জখি শ্রীরাম মফমদা,
শাপ তৌবিগন্ত্রা হায়রগা,
পিবিগ্রে বরদি তশেংনা।

তাবদা সভাগী বাঙাং,
ষ্নেংদুনা ময়াম পুম্নমক,
হায়খি বাফমদি মনুংগী,
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙানা।

মনুংগী অথুপ্পা বাফম,
খংবিদ্রে ময়াম পুম্নমক,
খংঙি মরমদু হুইনদি।

মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
হংবদা হুইগী মফমদা,
হায়জরকই হুই অদুনা ;
ওইজরম্মী ঐহাক অসি,
কুলপতি কালঞ্জরগী।

লাই অমসুং ব্রাহ্মনশিংগী,
পুক্লিং চংদুনা পুজাদা,
লৈজখি মতম চুপ্পদি।
মতুদি তৌরগা ঐনা,
চিঞ্জাক অদুতা অরেম্বা,
চাক্কৈ ঐনা মতম চুপ্পা।
ইনাই ইশল পুম্নমক্না,
পিজখি পিফম থোকপদি।

নোম্লুকপগা লোইননদি,
মফমদা জীব পুম্বগী,
তৌখি কানবতা থম্না।

অদু ফাওবদা ঐহাক্কী,
অবাবা মশক ওইরবা,
মপোৎসি তোল্লবা শাগী,
ফংলিবসিনি ইবুঙেঙা।

ফত্রবা ব্রাহ্মন অসিনা,
কানদে অমুক হায়বগী,
ঙমখিদুনা অশাওবন্না,
থাদোকখি ধর্ম্ম পুম্নমক,

তৌখি মাংনবা জীবগী।
অশাওবনা খুত্থুম চনবা,
মহৈ হৈতবা ব্রাহ্মনসি,
ফত্তবা তৌবা মহৈনা,
পুরোল তরামরি য়াওনা,
তাগনি মহাক নরক্তা।
ফত্রবা ব্রাহ্মন অসিনা,
ফমসিদি কুলপতিগী,
কনবা ঙম্লোই করিমতা।
মচা-মশু, মন্নপ-মপাং,
লোইনত্থনা পুম্নমক্না,
তাগনি নরক শোইদনা।
লাইগী সেবা, ব্রাহ্মন সেবা,
ঘন সেবানস্থু কানরোই।
লাই, ব্রাহ্মন, নুপী অঙাংগী,
লৌরগা মরন-মথুমশিং,
দান তৌরগা অতোপ্পদা,
লৌবদি অমুক হুরাম্না,
মাগী মন্নপ-মপাং য়াওনা,
শোইদবনি মাংমিন্নবা।
লাইগী ব্রাহ্মনগী মপোৎপু,
হুরানবা মীশক অত্থুদি,
তাই অবীচি কৌবা নরক;
ফত্রবা ব্রাহ্মন অসিনা,
মপোত্তি লাইগী ব্রাহ্মনগী,
লৈরি হুগেতা খন্নদি,
মরম অসিনা মহাক্না,
তানি নরকী নরক্তা।
তাবদা হুইগী ৰাঙাংদি,
থোইদোক্না ঙকখি শ্রীরামদি
মতুংসিদা হুই অত্থুনা,
হনজখি মাগী মফমদা।
লৈরবস্থু দোষ অত্থুদি,
পোক্লকপগী হুই ওইনদি,
হৌখিবা মপোক অত্থুদা,
তৌজখিবা পুন্যত্থুনা,
চৎপ্রগা বারানসীদা,
থাজখি মাগী মথবাইদি,
ফংজখি অথোইবা খুভম।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ২ শুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### তশুবা প্রক্ষিপ্ত সর্গঃ

( লংজা অমসুং মকু খংনবগী বিচার। )

মখল মখাগী নিংথিবা,
য়েংবদা পুক্লিং হুরবা,
উপাস্বীশিং থন্না হৌবা,
লৈরী চীংয়াদা বন অমা।
তুরেন কয়ানা থেক-খোইনা,
চেল্লি বনসিগী মনুংদা।
চাক্তাফমনি কৈ নোংশাগী।
পোস্বী চেক্লাগী কাংবুনা,
তোংহুনা উশা খুদিংদা,
খোংথি মপুগী গুণ থানা।
অসিগুম্বা বন অসিদা,
চহি কয়া মমাংদগী,
লৈরক্লি য়াম্না হুংঙাইনা,
লংজা অমা মকু অমা।
নোংমগী হুমিৎ অমদা,
মবুক ফত্রবা লংজানা,

'য়ুম অসি ঐগীনি' হায়না,
হায়রকই মকু মফমদা।
অসুম্না মখোই অনিনা,
খংনরকপা মতমসিদা,
কনাগী য়ুম্নো খংনবা,
বিচার তৌহনসি শ্রীরামবু,
লেপ্পখি মখোই অনিনা।
শাওনরবা লংজা মকু,
খংন-খংননা লাকপনা,
য়ৌরকখি শ্রীরাম মমাংদা।
খংনরকপনা লম্বীদা,
চোকথরবা লংজা মকু,
চরন্দি শোক্না শ্রীরামগী,
খুরমজখি মখোই অনি।
মতুং অসিদা লংজানা,
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা,

ইবুঙঙো নহাক অসিনা,
মকোক্নি লাই-হিংচাবগী,
বৃহস্পতি শুক্রাচার্য্য,
হেনবনি অনিদগীদি ।

মাইথোংনা থাজগুম্বনি,
প্রক্লিংদি জীব পুম্বগী,
খংবা ভম্বনি তশেংনা ।

থম্মোই ৱাংবদা হিমালয়,
লংনা ফজবদা ন্নুমিৎ,
চিং লেম্বদদি সমুদ্র,
শক্তি লৈবদা লোকপালনি

ভাকপিহৈবদা পৃথিনি,
য়াংনা চৎপদা ন্নুংশিৎনি,
গুরুনি জগৎ জীবগী,
মপুনি গুণ পুম্নমক্কী,
নংতনি মিংচৎ চাউবদি ।

য়েক্লবা ফত্রবশিংদি,
ঙমই মাংহনবা খুদক্কা,
শিজিন্নবদা খুৎলাইশিং,
হৈবনি মপা লৈতনা ।

ৱাকৎ অমতং ননাইগী,
হঙ্গৎচগে ইবুঙোদা ।
মমাংঙৈদগী হোৎনা,
লৈজরকপা ইহুম অমা,

ফত্রবা মকু অসিনা,
মুনবিশ্রে মাগীনি হায়না ।
অৱাবদি ননাই ঐগী,
কোকহনবিয়ু ইবুঙোনা ।

ৱাকৎ লোইবদা লংজাগী,
হায়জখি মকু শ্রীরামদা,
য়েক্লবা মাংহনবা হে রাম !

ন্নুমিৎ, থা, ইন্দ্র, বরুন, যম,
অংশনদি পুম্নমক্কী,
পোক্লকপনি নিংথৌ ওইনা,
মী ওইজবনি মশাতা ।

নহাক্তি খ্বাই পুম্নমক্কী,
চংজফমনি হৌরকফম্নি,
কৌরি অতুনা নারায়ণ ।

নফমদা ইবুঙো নংগী,
অমতনি পুম্নমকসি,
লৈবনি অমতা ওইনা ।
অথিবম্ভ থিদবম্ভ,
অহৈবম্ভ হৈতবম্ভ,
চপ মানরি ইবুঙোদা,
খংনরি নংবু সোমাংশ ।

প্রজাগী মপু ইবুঙো !
অকিবা কোকহনবা নংনি,
দান মতম্মদা দানত্থ নংনি,

অশাওবা মাংহনবা নংনি,
কনবিবস্ত দণ্ডি নংনি,
মরমসিনা নং ইন্দ্রনি।
জগৎ জীব পুন্নমক্লা,
খংগে হায়না হোৎনবদা,
তোকশ্রবনি খংওমদনা,
অফোংবা মপু নহাকপু।
লৈবনি তেজ মৈগুম্নদি,
নুমিৎকুম মৈশা পিবনি,
মফমদা জগৎ জীবগী,
নাইদনা অচান-মিরাইদি।
হেনবনি কুবেরদগীদি,
লেংদনা লৈরি ননাক্তা,
লনগী মবেম্মা লক্ষ্মীনা।
ওইরি নংনা ঐখোইগীদি,
ধনপতি মতম চুপ্পা।
চানবা য়েক্লবা অনি,
লৈতবনি নভোন্দদি,
ধর্ম্ম অমদি চৎনবী,
মতুং ইন্নদি নহাক্লা,
তৌবিরি শাসন লৈবাক্কী।
শাওরকপদা ইবুঙেঙানা,
লাই ফাওবদি অশিবগী,
চেনখিবনি ননাক্তগী,
জগৎনা খংনৈ যম হায়না।

জীব পুন্নমক মফমদা,
ওইবিদুনা ভাকপি হৈবা,
নিংথৌ ওইনা মীওইবগী,
লৈবিরি মিংচত্তি ফংনা।
নিংথৌ হায়বা অসিতনা,
মপু লৈতবগী মপু,
পাঙ্গল লৈতবগী পাঙ্গল,
মমিৎ তাংবশিংগী মমিৎ,
গতি লৈতবগী গতি,
ওইরিবনি পুন্নমক্তা।
মরম অসিনা ইবুঙেঙা।
তাবিয়ু ননাইগী ৱাকৎ,
ইহুমদা ননাই ঐগীদি,
চংলক্লুনা লংজাসিনা,
পিবিখি ঐবু অৱাবা,
তৌবিয়ু অচুম্বা বিচার।
তাবদা অনিগী ৱাকৎ,
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙানা,
কৌখি পাত্র-মন্ত্রি ময়াম,
খন্ননবা ৱাফম অসি।
ধৃষ্টি, জয়ন্ত, সিদ্ধার্থ,
বিজয়, রাষ্ট্রবর্দ্ধন, অশোক,
ধর্ম্ম পাল, সুমন্ত্র মন্ত্রি,
শাস্ত্র পুন্নমক খংলবা,
নীতি জ্ঞান্দা চংখোল্লবা,

রা তানবদা হৈ-শিংবা,
হাকুক্তগীদি দশরথ,
লৈরক্লবা মন্ত্রি ওইনা,
অহল লমন পুন্নমকসি,
হাপ্তুনা পুস্পক দোলাইদা।
লংজা অমস্তুং মকুগী,
মফমদদি খৎনরিবা,
পুরকখি শ্রীরামচন্দ্রনা।
য়ৌরবদা মফম অদু,
হুংখি রাম্না লংজা য়েংনা,
নহুম অসিদি নহাক্কী,
চহি কয়াদি শুরবা ?
হায়য়ু ঐঙোন্দা অশেংবা।
ফংবদা শ্রীরামগী য়াথং,
হায়খি লংজনা শ্রীরামদা।
হে রঘুকুলমনি রাম !
মীওইবশিং পুন্নমক্লা,
পোক্লক্তুনা মথং মথং,
লৈপ্রবদা পৃথি শিন্না,
শাখিবনি ইলুম অসি।
মতুং অসিদা মকুনা,
হায়জখি শ্রীরাম মফমদা,
পৃথিদা উনা হোৌরকপা,
মতম অদুদগী হৌনা,
শাজরকপনি ইলুমসি।
তাবদা রাজাং অনিদি,
হায়খি সভাদা শ্রীরাম্না,
সভাদি অহল য়াওদ্রবা,
য়াদে সভা অমা ওইবা,
অহল লমনশিং অদুনা,
পাওতাক পিদ্রবা ধর্ম্মগী,
মশিং চন্নদে মখোইদু,
অহল-লমন্নি হায়নদি।
সত্য লৈতবা ধর্ম্মাদ,
য়াদে ধর্ম্মনি কৌবদি,
চিরোল লৌবা সৈত্য অদু,
অশেংবা নত্তে সত্যদি।
সভা তিন্নবা মতমদা,
চিন্তাতা তৌদুনা লৈবা,
রাস্থ ঙাংথোকপা তৌদবা,
অপাম-পামদা মত পিদবা,
অদুগুম্বা মীশক অদু,
মীশক্তি মিনম্বা ঙাংবা,
হেন্দোক্লা পুন্নমক্তগী।
খংলবস্থ মরম অদু,
অপাম্বানা, অশাওবনা,
নত্রগস্থ কিবদগী,
রাহংগী পাওখুম পিদ্রবা,
মখোই অদুগী মফমদা,

যমগী থৌরি লিশিং লিশিং,
ঙাইতুনা লৈ মতম চুপ্পা,
পুনগদবগী মখোইতু ।

চহিনা মপুং ফারগা,
মাংখি থৌরি অমমম,
মরম অসিনা সত্যদি,
খুদক অতুদা হেক থংবা,
হায়ফম থোকই মী অতুনা ।

তাবদা শ্রীরামগী বাদি,
পাত্র-মন্ত্রি পুম্নমক্না,
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা,
হায়জরিবসি মকুনা,
অচুম্বা মক্তি ইবুঙেঙা,
মিনম্বনি লংজাসিদি ।

হৌজিক্তি ইবুঙেঙা নংনা,
অপাম্বা অতু থল্লগা,
তৌবিরো তৌফম থোকপদি ।

প্রজা পুম্নমক অসিগী,
নংতনি অথোইবা গতি,
চংজরগতা নঙেঙান্দা,
চাউখৎপা ঙমজে প্রজানা ।

বাদি তাবদা সভাগী,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
ইরম্বশিংদি পুরান্দা,

তাবিয়ু ঐহাক হায়জগে ।

থাইনা মমাংঙৈ মতমদা,
নুমিৎ, থা, থবানমিচাকশিং,
চীং, বন, উবা, নাপি-শীংবী,
মরোল অতুম্মক অসিদি,
লৈখি লুপ্পা সমুদ্রদা ।

মতমতুদা অনিঙবা,
মতৌগুম্না মেরু চীংগী,
লৈখি শ্রীবিষ্ণু মতোনতা,
তাউতুনা যোগ শক্তিনা ।

পথিনা লক্ষ্মী লোইননা,
লেংশিনখি বিষ্ণু মবুক্তা ।

শক্তি মপুদি বিষ্ণুনা,
পুরগা পুম্নমক পুন্না,
চংখিতুনা সাগর নুংদা,
লৈখি চেপ্পা চহি কয়া ।

চেপপ্রবদা শ্রীবিষ্ণুনা,
রুদ্র স্রোতদি খংলবা,
মহাযোগীদি ব্রহ্মানা,
চংজখি বিষ্ণু পুকনুংদা ।

মতুংদা মতম থরগী,
খোইদোদগী বিষ্ণু মাগী,
হৌরকখি থম্বাল সনাগী,

পোকখি ব্রহ্মা থাবালদগী।
মতম অসিদা ব্রহ্মানা,
খন্দুনা সৃষ্টিদি তৌগে,
পৃথিবী, নুংশিং, চাংঙ্গাওশিং,
উরা, মী, লিয়দি চিংবা,
গর্ভদা, মরুমদা পোকপা,
শেম্বিখি জীব পুম্নমক।
মতমদি অসি মক্তদা,
মহাশক্তিনা তিল্লবা,
মধু অমস্তং কৈটভ,
পোকখি হিংচাবা অনিদি,
নাকোংদগী শ্রীবিষ্ণুগী।
ব্রহ্মা উবদা অনিনা,
শাওখি অঙকপা ফংনদি,
চেনশিনখি ব্রহ্মাদি তম্মা।
উবদা অনিগী মতৌ,
পাখৎখিতুনা ব্রহ্মানা,
লাওরকখি অকিবা ফংনা।
খোল্লাওতুদা নারায়নদি,
মিৎকপ থোকখি চেপ্পদগী,
শোরুখি লাম্দি অকনবা,
মধু কৈটভ অনিগা।
মাংহনখি মখোই অনিদি,
কক্তুনা বিষ্ণু চক্রনা।

লুপখি ঈনদি পৃথিবী,
জগত্তি কনবা হরিনা,
শেদোকপিরগা পৃথিদি,
অমুক হৌহনখি উ-রাদি।
মখল নখা পুম্নমক্কী,
হৌহন্দুনা হিদাক লাংথক,
নিংথিজহনখি পৃথিবী।
থনখি পৃথি মেদো মনম,
মেদোদি নম্মি হায়রতুনা,
খংহনখি মেদিনী হায়না,
নিংথিবা পৃথি অসিদি।
মরম পুম্নমক অসিনা,
মহুমসি ঐগী রাখন্দা,
ওইফম থোকপনি মকুগী।
ফজরবা লংজা অসিনা,
মুল্লগা মকু মহুমদি,
পিরি অরাবা কয়াদি,
ফংবা তাই দণ্ডি লংজানা।
লাওরকই মতম অসিদা,
রাম তানবা আকাসবানী।
তাবিয়ু ইবুঙেঙা শ্রীরাম!
গৌতম শাপ লৈবা লংজানি,
হাংকে থনবিয়ু ইবুঙেঙা।
অককতা তৌজিরম্মা,

ব্রহ্মদত্ত কৌবা নিথৌ,
মহাক অদু লংজাসিনি।

মতমগী মখা পোনবনা,
ফংখিবনি গৌতমগী শাপ।

নিংথৌ অসিগী মফমদা,
নোংমা লাক্লগা গৌতম্না'
হায়রকই মতৌ অসুম্না,
ঐহাক অসিনা হে নিংথৌ,
লৈদুনা নংগী কোন্নুংদা,
ইশা থাক্কে চহি চামা,
চানিং চানিংবা চাদুনা।

রাংহনবা য়্যারোই নহাক্লা,
অপাম্বা পোত্তি ঐহাক্কী।
মতুংদা ব্রহ্মদত্তনা,
পূজা তৌজখি মুনিবু,
পুথোক্তুনা পাদ্য অর্ঘ্য;
নিংখিবা চান-থক্লবা,
কৎলকপদা পোৎচৈশিংদি,
য়াওরকপদু শাগী মতুম,
উবদা মহামুনিনা,
মৈদি হৌখি শাওখিবনা।
হায়রকই নিংথৌ মফমদা,
'লংজা ওল্লো নিংথৌ নংদি',
তৌবিখি শাপ তমথিরবা।
শাপ তৌবিনু! শাপ তৌবিনু!

য়াওখিবনি খংদদুনা,
শাগী মতোংশিং অসিদি।

থৌজানবিদুনা মুনিনা
ভাকপিয়ু ননাই ঐহাকপু।
য়্যাররোই মাংবা ঐগী শাপ,
খংদনা তৌবনি হায়বা,
খংলে ঐহাকসু মরমদু।

ইক্ষ্বাকু শাগেদা শ্রীরাম,
পোক্লকনি শাইওন তৌনা,
শোকপা মতমদা মহাক্লা,
কোক্কনি শাপ্তি নহাক্কী।

তাবদা আকাসবানীদি,
পৃথিগী মপু শ্রীরাম্না,
শোকপিখি ব্রহ্মদত্তদি।

লংজা ওইরম্বা নিংথৌনা,
মাংখিদুনা লংজা মশক,
মহৌশাগী ব্রহ্মদত্ত,
চোংথোকরকখি খংহৌদনা।

মতুংদা ব্রহ্মদত্তনা,
খুরুমজরগা শ্রীরামদা,

হায়জরকই তপ্না তপ্না৹ ফংজরে ননাই মুক্তিদি ।
ধর্ম্ম মশক ওইবা হে রাম ! পন্থুংফমদি ননাইগী শাপ,
থৌজাম্না ইবুঙেঙা নংগী, ওইবিরে ইবুঙেঙা নংনা ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী প্রক্ষিপ্ত সর্গ:গী ৩শুবা সর্গ লোইরে ।

প্রক্ষিপ্ত সর্গ: শিংস্থ লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৬০ শুবা সর্গঃ

(শ্রীরামগী সভাদা চ্যবন্নচিংবা মহর্ষি ময়াম লাকপা, মহর্ষিশিংনা শ্রীরামবু থাগৎপা।)

শ্রীরাম লক্ষ্মন অনিমক্লা,
নুমিৎ খুদিং রাজদরবারদা,
ধর্ম্মগী বারি তৌনদি,
শাসন্দি তৌখি লৈবাক্কী।
হৌব্রগা, নিংথম থানদি,
লক্ত্রিংদৈ ওৎলাং থানদি,
পুক্লিং হুনা নিংথিরবী,
অহিং অমা বসন্তগী,
য়োরকখি অযোধ্যাদদি।
অহিং অসি হৌখিহুনা,
লাকপদা অয়ুক্কী মতম্না,
নিত্য-কর্ম্মনচিংবদা,
মপুক্লিং লুপ্পা শ্রীরাম্না,
লোইথোক্লগা মথৌ ময়াম,
থোরকখি রাজ সভা তম্না।

মতম অসিদা সুমন্ত্রনা,
চংখিহুনা শ্রীরাম মাংদা,
হঙ্গৎচখি মখুৎ লোন্না,
হে রঘুমনি রামচন্দ্র!
লাইনিংবশিং মখোই থরা,
লাক্লি ইবুঙেঙা উনবা,
ননাইশিং থোংশংবশিংনা,
থোংদা থম্মি চংহন্দনা।
ভার্গব চ্যবন্নচিংবা,
অথোইবা মুনি কয়ানা,
উন্নগে হায়না ইবুঙেঙা,
লাকপনি মক্কম অসিদা,
ননাইবু পাও লৌরু হায়না,
থারক্লি ইবুঙেঙা নাক্তা।
হায়রিবা মুনিশিং অসি.

যমুনা তুরেন মপান্দা,
লেংদনা লৈবা ভাক্কুনি,
মখোই পুম্নমক অসিনা,
প্রেমদি লৈরি ইবুঙেঙাদা।
ধর্ম্ম লৈবা রামচন্দ্রনা,
তাবদা স্থমন্ত্র ৱাদি,
হায়রকই স্থমন্ত্র য়েংনা।
অথোইবা মুনি পুম্নমক,
চংহল্লকউ মফমসিদা।
য়াথং ফংবদা শ্রীরামগী,
থোংশংবা কাংবু অদুনা,
থাজিনখি মুনি পুম্নমক।
চামদগী হেনবা মুনি,
মখোই পুম্নমক অদুনা,
চংখি রাজসভাদি তম্না।
মুনি পুম্নমক অদুনা,
ইশিংদি তীর্থ মম্নামগী,
পুরক্লুনা খুজ্জাই থম্না,
কৎখি শ্রীরাম মফমদা,
মশক ওইনা খুদোলগীদি
নিংথিবা উহৈ-ৱাহৈশিং,
কয়াবু খুদোল ওইনা,
পিশিনখি শ্রীরামচন্দ্রদা।
খুদোল পুম্নমক লৌরগা,
শিন্নখি মনাইশিংদদি,
ইবুঙেঙা শ্রীরামচন্দ্রনা।
থোইনা হরাওনা শ্রীরাম্না,
থোইনা হেন্নদি নোল্লুক্লা,
হায়জরকই মুনিশিংদা।

লেংশিনবিয়ু আসনশিংদা,
ঋষিশিং মম্নাম পুম্নমক,
য়েংবিদুনা মাগী মাগী,
মতিক চাবা আসনশিংদি।

তাবদা রাম্না হায়জবা,
ঋষি পুম্নমক অদুনা,
সনাগী আসনশিংদদি,
ফম্নখি মথং মনাওদি।

মুনি মম্নাম ফমগ্রবদা,
ধর্ম্ম খংলবা শ্রীরাম্না,
লোম্নদুনা মখুৎ অনি,
হংজখি ম্নাম্না নোল্লুক্লা।
করি মরমগী লেংলকপা?
করি পাংথোকচৌ হায়বগে?
ঋষি ম্নাথংনা ইথৌনি,
তাকপিয়ু অপাম্বা থবক।
ত্রৈগী লৈবাক, পুন্সি, থম্মোই,
লৈজবা পুম্নমক

পুম্মমক্কৌনি ঋষিশিং,
চিংনবিগন্নু মস্মিদা ।
তাবদা শ্রীরামগী ৱাঙাং,
'সাধু, সাধু' হায়তুনদি,
থাগৎনখি ঋষিশিংনা ।
শ্রীরাম নংতনা হায়বদা,
ৱাক্কমনি মতিক চাবদি,
নত্তে অতৈ কনাগীদি ।
লৈবাক কয়াগী নিংথৌনা,
ঙম্বা নত্তে অস্তুম হায়বা ।

ঙমদে কনাস্তু ৱাশকপা,
নংগুম্না শ্রীরাম ইবুঙ্গো ।
ঐখোই লাকপগী মরম,
খংদনা শ্রীরাম নংনদি,
মফমদদি ব্রাহ্মনশিংগী,
উত্তৄনা শ্রদ্ধা লৈবদি,
ইরাই লাইনা ৱাশকপিরি ।
মরম অসিনা ইবুঙ্গো,
কোকহল্লু নংনা শোইদনা,
ঋষি ঐখোইগী অকিবা ।

মতাং অসিদা : উত্তর কাণ্ডগী ৬০শুবা সর্গঃ লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৬১শুবা সর্গঃ

( ঋষিশিং মফমদগী শ্রীরাম্মা বর ফংবা, লবনাস্থরগী বারি শ্রীরামদা ঋষিশিংনা লিবা অমস্থং মাবু হাৎপিয় হায়বা । )

তাবদা ঋষিশিং বাদি,
অমুক হংজখি শ্রীরাম্মা৹
তৌজো হায়বা মরম অহু,
তাকপিয়ু ননাই ঐভোন্দা,
হজোইবিনু ঋরিমতা ।
তাবদা শ্রীরামগী বাদি,
হায়খি ভার্গব ঋষিনা,
লৈবাক প্রজা পুন্নমক্লা,
থোইদোক্লা ঋষি ঐখোইনা,
হায়গে কিবগী মরমদি ।
থাইনা সত্য যুগ মতমদা,
দৈত্য শাগৈদা পোক্লবা,
লোলা কৌবা দৈত্যসিগী,
মচা মুপা থ্বাইগী অহল,
বুদ্ধি লৌশিং ম্নাম্না লৈবা,
পোকখি মধু কৌবা অমা ।
দৈত্য অসিদি হায়রিবা,
ব্রাহ্মন্দা ভক্তি লৈজবা,
চংজরকপবু কনবিবা,
মপুকচেল য়াম্নদি চেৎপা,
থোইদোক্লা পুকচেল চাউবনি
মরূপ ওইবনি লাইশিংগা,
লৈমিন্নৈ থোইনা নুংশিনা ।
মপুক্লিং অনি লোংদনা,
দৈত্য অথোইবা মধুনা,
অকনবা নিয়ম তুংইন্না,
নিংজখি মহাদেবদি ।
পেনবিহুনা শিবনদি
পিবিখি বরদি অথোইবা ।
পেনবিরবা মহাদেবনা,

শ্রীরাম

শূল অতুদগী মহাক্কী,
অতোপ্পা শক্তি লৈরবা,
পুথোক্লগা শূলদি অমা,
হায়খি মধুদা পিরগা।
ধর্ম্ম ক্বাইদবনা নংনা,
ওইরে ঐহাক্কী অপেনবা,
মরম অসিনা ঐহাক্না,
খুংলাই অসিদি অথোইবা,
পিরবনি নঙোন্দদি।
লাই অমদি ব্রাহ্মনশিংগী,
মফম অতুদা নহাক্না,
চত্ত্রিবমখৈ অরানবা,
লৈগনি শূলসি ননাক্তা,
অরানবতু চৎলবদি,
উবা ফংলোই শূলগী মশক।
চিংনবা লৈতনা নংগা,
লাকপা মী অতু লান তৌগে,
মাংহল্লগা শূল অসিনা,
লাক্কনি নখুত্তা অমুক।
মবুঙেঙা বর ফংজবদা,
থোইনা পেনজতুনা মধু,
খুরম্মগা মবুঙেঙাদা,
হায়জরকই মখুৎ লোম্না।
লাইগী লাই ওইবা ইবুঙেঙা।

মথং মথং ওইনা শূলসি,
লৈজসমু ইচাশিংদা,
পিনবিয়ু মসিতদি:
তাবদা মধুগী মৱা,
হায়রকই মহাদেবনা,
ওইবা ম্মারোই মতুমদি।
অতুবু হরাওনা নংনা,
হায়জবসিদা ঐঙোন্দা,
তাহল্লরোই অৱেম্বদি,
নচা অমনা নহাক্কী,
ফংজসনু শূল অতুদি।
শূলতুনা লৈরিবা মখৈ,
মখুত্তা নচা অতুগী,
ঙম্লোই জয় তৌবা মহাকপু,
লানফমদি কনানমু।
অসিগুম্বা অঙকপা বর,
ফংলবদা শিবদগী,
অকনবা মধু দৈত্যনা,
অঙকপদি ফংনা চাউবা,
শাখি নিংথিবা য়ুম অমা।
বিশ্বাবসুগী লোইনবী,
অনলাগী গর্ভদগী,
পোকচখিবী কুম্ভীনগী,
থোইদোক হেন্দোক্লা ফজবা,

মরোল অহূমদা ফাওজবী,
লোইনবীনি মধুগীদি।
নিংথিবী কুম্ভানসীনা,
পোক্লকখি লবন হিচাবা।
লবন মাগী মরমচত্তি,
মশক্তি থোইনা অকিবা।
পিক্লিডৈদগী হোতুনা,
তৌতুনা পাপকী থবক্তা,
লৈরক্লবা হিংচাবনি।
মরমচৎ থিবা লবনগী,
মতৌদি উবদা মধু,
শাওনিংবা পোকখি মশাদা,
থোইনদি রাখি মপুক্লিং।
অতুবু ভাংখিদে রাদি,
মচা লবন মফমদদি।
মতম খরগী মতুংদা,
লবন মাগীদি মখুত্তা,
শূল শিন্নরগা মধুনা,
লিবিখি রারিদি শূলগী,
মতৌ করম্না ফংলকপা,
শিবা মাগী মফমদগী।
মতুং অসিদা মধুনা,
থাদোক্লম্মগা সংসারসি,
চৎখি বরুণগী লোক্তদি।

শিগ্রবদা মধু মানা,
অকনবা দৈত্য লবন্না,
শূলগী শক্তি অতুতনা,
জীবশিং মরোল অহুমগী,
থোইদোক্লা তপসিশিংদি,
হাৎপা হৌখি মনিংতম্না,
থিংবা ঙমদে কনানদি।
হে ইবুঙ্গো শ্রীরামচন্দ্র!
শক্তি লৈবগুম শূলসিনা,
লৈবনি শক্তি লংন্দি।
মৈগা মৈগা তিন্নবগুম,
তিন্নখি শক্তি অনিসি।
মরম অসিনা ইবুঙ্গো!
অপাম্বা অতু নহাক্লা,
তৌবিয়ু মুন্না খল্লগা।
ঋষি ঐখোই পুন্নমক্তী,
থোইদোক্লা প্রজা ময়ামগী,
চংজফম অতু নংতনি।
তিংখং মতৌগুম তমথিবা,
মাংহনবিয়ু লবন মাবু।
হায়জখি নিংথৌ কয়াদা,
অতুবু তাখি অরেম্বা,
থৌশাখিদে কনানসু,
কিবদগী লবন মাদি।

খোংজোম লোইননা রাবনদি,
মাংহনবিগ্রে ইবুঙেঙানা,
খংজবদগী রাফমসি,
লাকপনি ইবুঙেঙা নাক্তা।

লবন মাদি হাৎপিরগা,
কোকহনবিয়ু অকিবদি,
লৈবাক প্রজা পুম্নমক্কী।

হায়ফম থোকপদি পুম্নমক,
হায়জরবনি নকমদা।

থবক্তি মতুং তাবগী,
তৌবিরো অপাম্বা অহু।

শক্তি লৈবা ইবুঙেঙানা,
থুংহনবিয়ু অপাম্বসি।

মতাং অশিদা উত্তর কাণ্ডগী ৬১ শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৬২শুবা সর্গঃ

( ঋষিশিং মফমদা শ্রীরাম্না লবনগী মরমদা হংবা অমস্তুং শত্রুঘ্ন মফমদা লবন হাৎনবা য়াথং পিবা। )

তাবদা মুনি. ৱাকমদি,
মথুং লোম্লনা শ্রীরাম্না.
হংজখি মুনি মফমদা,
লবম্না কদাইদা লৈবা ?
চাকচা-য়ুথক্না কমদৌবা ?
মরমচৎনা করম তৌবা ?
তাবদা শ্রীরামগী ৱাহং,
হায়রকই মুনিশিংহুনা,
মরমদা লবন দৈত্যগী।
জীব অমতা থাক্কনা,
মুনিশিংদু ফাওবদি য়াওনা,
মচিনজাক্কি লবন মাগী।
লমচৎ-শাজত্তি মহাক্কী,
তমথি অকিবা ফংননি,
লৈফম্নি মধুবন মাগী।

নুমিৎ থুদিংগী লবম্না,
নোংশা, কৈ, শজি, উচেক, মী,
পুম্নমক জিশিং জিশিংদি,
চারি থুজিংদি ওইহুনা।
প্রলয়গী মতম লাকপদা,
ময়াকাথোক্ত্না যম্না.
য়োংখিবগুম জগৎ জীব,
হিংচাবসিনা ক্ষত্রবা,
জীব পুম্নমক অসিদি,
য়োংখি ময়া কাথোক্ত্না।
তাবদা ঋষিশিং ৱাদি,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা.
কিম্বিরম্থ কম্নমতা,
হাংচগে দৈত্য শোইদনা।
ঋষি ময়াম্গী মফম্দা,

রাশরুগা শ্রীরামদি,
হায়খি মনাওশিংদি য়েংনা।
লবন কনানা হাৎকনি?
ভরত নত্রগা শত্রুঘ্ন,
নখোই অনিগী মরক্তা,
থৌরাং তৌ লবন হাৎনবা,
হায়য় কনানা চৎকেগে?
ফংবদা য়াথং শ্রীরামগী,
হায়জরকই ভরতনদি,
থবকসি লবন হাৎপগী,
ওইজগে শরুক ননাইগী।
তাবদা বাঙাং ভরতকী,
লক্ষ্মন মনাও শত্রুঘ্ননা,
হৌগত্তনা ফম-ফমদগী,
মখুৎ অনি লোম্নরগা,
হায়জরকই রাম য়েংনদি।
অকনবা য়াম্নুং ভরত্তি,
পাংথোকশ্রে থবক কয়াদি,
থাদোক্কনা অযোধ্যাদি,
চৎশ্রিঙৈ য়াম্নুনা বন্দি,
মহুৎশিম্না মহাক্নদি,
শাসন তৌখি অযোধ্যাদি,
ইংনা থমখি লৈবাক অসি
উকুশেৎ জটা পুনদি,

চাতুনা উহৈ-রাহৈশিং,
হিপ্তুনা মালেম থক্নদি,
লৈজখি নন্দী গ্রামদদি,
থংতুনা অরাবাশিংদি।
অরাবা কয়া নংগ্রবা,
য়াম্নু ভরতকী মফমদা,
অরাবা অমা অতোপ্পা,
করিগীনো পীবিরিবা?
বাঙাং অদু শত্রুঘ্নগী,
তাবদা শ্রীরামচন্দ্রনা,
হায়রকই থোইনা নুংশিনা।
অচুম্বানি নংনা হায়বা।
নংনা ঙাকউ য়াথং ঐগী,
নিথিরবী মধুপুরগী,
হাপ্পগে নংবু নিংথৌদি।
নংনবু তৌগে নিংলবা,
জয় তৌরগা লৈবাক অমা,
ঙমগনি হাপ্পা নিংথৌদি,
নয়াম্বা য়াইম ভরতপু।
নহাক অসিদি জ্ঞান লৈবা,
লৈবাক শেম্বদা হৈ-শিংবা,
থৌনাফবা অকনবনি।
যমুনা খোংনুংদা নংনা,

শেম্নগা খুনশিং অনৌবা.
লৈইনলুরো প্রজা ময়াম।
প্রজা মপুক্লিং পেন্নবা'
শেম্মুরো নংনা নিংথিনা।
নিংথৌ ওইবা অমনদি,
অতোপ্পা নিংথৌ অমৰ,
মাংহল্লবা মতুংহুদা,
হাপত্রবদি মহুৎ অমা.
শেমগৎত্রবা লৈবাক অদু,
নরক্তা তায় মহাক অদু।
ঐনা হায়বসি লৌহ্না.
হাংলগা ফজ্রবা লবন,

ধর্ম্ম মাগী মতুং ইন্না,
শাসন তৌরু মফমহুদা,
পিরনু অমুক অয়েৎপা।
য়াথং ইনবনা অহনগী,
নথৌনি নহা নখোইগী.
চিংনফম থোক্কে মসিদা।
বশিষ্ঠনচিংবা ঋষি,
মমাংদা পুম্নমক্কীদি,
মতুংইন্না বেদ বিধি,
তৌগে ওসিমক অভিষেক।
চিংনদনা নপুক্লিংদা,
য়ারো নহাক হরাও হরাও।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৬২শুবা সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৬৩শুবা সর্গঃ

(শ্রীরামনা শত্রুঘ্ন অভিষেক তৌবিবা অমসুং লবন হাৎনবা উপায় তাকপা।)

তাবদা শ্রীরামগী য়াথং,
থোইনা ইকাইখি শত্রুঘ্ন,
হায়জরকই তপ্পা তপ্পা,
য়েংনা শ্রীরামগী চরন্দি।
লৈরিঙৈদা ময়াম্বনা,
তৌবদি মনাও অভিষেক,
হৌনদে খনজৈ ননাইনা,
থবক্কি অধর্ম ওইবা।
য়াথংদি ইবুঙেঙা নংগী,
ইনজগে ননাই শোইদনা,
অভিষেক নত্তবা অতৈ,
তাকপিয়ু ননাই ঐঙোন্দা।
বাফম অসি বেদদগী,
থোইদোক্লা ইবুঙেঙাদগী,
খংজখি ননাই ঐনদি।
চৎনবীগী মতুং ইন্না,
ময়াম্বা অমগী মথৌ,
লোইড্রিবঙৈ মতম অদুদা,
কানদে মনাওগী বাদি।
হায়দোকখ্রে ননাই ঐনদি,
বাহৈদি হায়ফম থোক্লবা,
হাৎকে হায়না লবনাসুর,
ঙাকপিগনি বাহৈ অদু।
বাঙাংদি অসিনা হৌনদবনা,
ফংলে মনা হৌনদবা।
( কাল্লগা ময়াম্বা অহল,
মনাওদি অভিষেক তৌবা।)
হায়প্রবদা ইয়াম্বনা,
শক্তি লৈতে ননাইগীদি,
পাওখুম পিবা হনগৎনদি।

পরলোক্তা ননাই ঐগী,
থবক অদু ফগদবা,
শিনবিয়ু ইবুঙো নংনা।
ধর্ম্ম খংলবা য়াম্নংনি,
য়াথং অদু তৌবিনিংবা,
তৌবিয়ু ননাই ইনজগে,
য়েৎচররোই অমুক হন্না।
অভিষেক্তা ননাই ঐগী,
ওইরবদি দণ্ডি অদু,
তৌজররোই অমুক য়েৎপা,
দণ্ডিদি অনিরকণ্ডবা,
ফংজররোই ননাই ঐহাক।
ইবুঙো নংগী য়াথংদা,
পিজররোই অয়েংপদি।
পাম্বীবা মতুং ইন্নদি,
তাওথবিরো নয়াথংদি,
পাংথোকচগে ননাইনদি।
য়েংদুনা রাজ অভিষেক্তি,
হায়জবা নত্তে ননাইনা,
খনবিরবদি মদোমদা,
ওইগনি অধর্ম্ম মশক,
থাদোকপিয়ু রাখল অদু।
তাবদা শত্রুঘ্ন মরা,
পেনবিরদুনা শ্রীরাম্না,
ভরত লক্ষ্মন অনি য়েংনা,
হায়খি নিংথিবা রাহৈনা।
নখোই অনিনা চেকশিন্না,
পোৎ চৈদি রাজ অভিষেক্কী,
পুরকউ থৌরাং তৌদুনা,
ঐনা ঙসি শত্রুঘ্নদি
তৌবিরগে রাজ অভিষেক।
মতুং ইন্না ঐনা হায়বা,
পুরোহিত বেদ হৈবশিং,
ঋত্বিক অমসুং মন্ত্রিশিং,
কৌরকউ মফম অসিদা।
য়াথং ফংবদা শ্রীরামগী,
ভরত অমসুং লক্ষ্মন্না,
হান্না কৌখি পুরোহিতশিং,
মতুংদা চংগদবা পোৎ,
রাজ অভিষেক তৌবদদি,
লাংদুনা থমখি নিংথিনা।
য়ৌরকখি মতম অসিদা,
ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রি পুম্নমক্তি,
লাক্কনা দেশ অতৈদগী।
মতুংসিদা শত্রুঘ্নগী,
থোইনা চীংলেম্না ফজবা,
পাংথোকখি রাজ অভিষেক্তি।
থৌদোক অসিদা শ্রীরাম্না,

থোইনা হেন্নদি প্রজানা,
ফোংদোক্লখি নুংঙাইবদি।

থাইনা মমাংগৈ মতমদা,
ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংনা,
কার্ত্তিক অভিষেক তৌবগুম,
তৌখি শত্রুঘ্ন অভিষেক।
নুমিৎ মতৌগুম লংনদি,
উখি শত্রুঘ্ন মাইথোংদি,
নিংথৌ হাপ্পদা শত্রুঘ্ন,
অহল ওইরবী কৌশল্যা,
কৈকয়ী, সুমিত্রা, রানী,
অতৈ অতৈ লৈমকোনগী,
নিংথেমনুবী পুম্নমক্না,
নিংজখি মঙ্গল ঈশ্বরদা,
শত্রুঘ্ন মাগীদমক্তা।

যমুনা তোর্ব্বন্দা লৈবা,
ঋষি পুম্নমক অহুনা,
উবদা অভিষেক তৌবা,
শত্রুঘ্নদি অকনবগী,
খনখি 'লবন শিরে' হায়না।

নিংথৌ হাপ্লবা শত্রুঘ্ন,
কোনবিহুনা রামচন্দ্রনা,
হাপ্পিখি পাজল মনাওগী।

হায়রকই মনাওদি য়েংনা,
মাংবা হৌনদ্রবা তেনসি,
য়েংঙু, শত্রুঘ্ন নংনদি,
ঐনা পিরিবা তেনসিনা,
লবনবু ঙমজৌ হাৎপদি।

স্বয়ম্ভু ভগবন বিষ্ণু,
মাংবা লৈত্রবা মশক্তা,
লৈরিগৈ সাগরদা চেপ্না,
লাই-হিংচাবা কনানস্থ,
উবা ফংদে বিষ্ণু মাবু।

ফোংদোক্তনা লৈখি মহাক,
মফমদদি জীবশিংগী।

মতম অহুদা বিষ্ণুনা,
থোইনা ফত্রবা হিংচাবা,
মধু অমদি কৈটভ,
অতৈ হিংচাবা ময়ামদি,
হাৎননবা হায়হুনদি,
শেমখি অঙকপা তেন অসি

মরোল অহুমসি বিষ্ণুনা,
শেমগে খল্লকপা মতমদা,
মধু অমসুং কৈটভ,
মচিন-মনাও অনিনা,
পিখি অপনবা কয়াদি।

মতম অদুদা লানফমদা,
মধু কৈটভ অনিদি,
হাৎখিবনি তেন অসিনা।
হাংলবা তুংদা মথোই' নি,
য়াইফনবা জীবশিংগী,
লোকশিংদি মখল মখলগী,
শেম্বিখি ইবুঙেঙা মানা।
রাবন হাংপদা তেন অসি,
শিজিন্নখিদে ঐহাক্না,
মরমদি তেনসি কাপ্পদা,
শিগনি খনখি মী য়াম্না।
মবুকচেল চাউরবা শিব,
মমিৎ অহুমদি পানবনা,
মাংহন্নিংদুনা য়েক্কবা,
শূল অসিদি ময়াই কনবা,
পিবিখি মধু মফমদা।
নুমিৎ খুদিং পূজা তৌনা,
থোইনা হেন্নদি চেকশিন্না,
থমজরি মাগী কোন্নুংদা,
ফংলবদা লবননদি,
মপা মধু মফমদগী।
ফত্রবা দৈত্য লবন্না,
পৈশিল্লি চান-থক্কবা,
হাত্তুনা থেংনবা খুদিং।
মথৌনি মসিনা মাগী,
নুমিৎ খুদিংগী ওইনদি।
লান পাম্বা কনাগুম্বনা,
শিংনররবা মহাকপু,
মতেংতনা শূল অসিগী,
মাংহনবা ঙম্মি লাইনদি।
মরম অসিনা শত্রুঘ্ন,
লৈত্নুনা খুঙ্গং রাংমদা,
লবন হিংচাবা মখুত্তা,
শূলদি পাইদবা মতমদা,
নখুত্তা খুৎলাই পাইদুনা,
ঙাইনদি লৈয়ু মহাকপু।
কোন্নুং চংদ্রিঙৈ লবন্না,
শিংনৌ মহাকপু লান তৌসি,
মতুম তৌরবদি নংনা,
ঙমগনি হাৎপা মহাকপু।
নত্রবদি লানলোং অসি,
অতোপ্পা উপায় অমনা,
ঙম্মোই খংঙু মাবু হাৎপা।
ঐনা হাম্নবসি তৌরবা,

ঙমগনি মাবু শোইদনা।  শূলনা মথুত্তা লৈরবা,
শূল অছুনা য়্যাওদ্রবদা,  চংবা ঙম্লোই কনানস্থ,
মতমনি মাগী মাংনবা।  থূংলাইনি মাংবা য়্যাদবা।

মতাং অনিদা উত্তর কাণ্ডগী ৬৩শুবা সর্গঃ লোইরে!

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৬৪শুবা সর্গঃ

( শ্রীরামনা য়াথং মতুং ইয়া লান্নি থাগ্রবা থা অমনা মতুংদা শত্রুঘ্ননা মধুপুরদা চৎখিবা। )

মতুং অসিদা শ্রীরাম্মা,
থাগৎলগা শত্রুঘ্নদি,
হায়খি নিংখিবা বাহৈনা।
য়েংঙু শগোল লিশিং মরি,
দোলাই মথল লিশিং অনি,
লান হৈরবা শামু চামা,
মথক্তা পুম্নমকসিগী,
লম্বী লমথাংদা পোৎ য়োনবা,
হুকান কম্বশিং কয়ানা,
ইনগনি নংগী নতুংদা।
মখোই অসিগা লোইননা,
জগোই শাবা হৈবা-হৈবী,
ইশৈ শকপা ঙম্বা-ঙম্বী,
মখোই পুম্নমক অসিম্বু,
য়াওহনগনি খোংচৎসিদা।

সনাগী শেনয়েক লক্ষ তরা,
শেনজোইশিংদি মপুন মপুন,
পুখো নহাক্তা চৎপদা।
শেনগা শাদোংগা অনিদি,
থম্মু ননাক্তা চেকশিন্না।
লান্মিশিং পুম্নমক অহু,
শেৎ-চাহম্মু নিংথিজনা,
মপুক্লিং পেন্নবা মখোই,
তৌবিয়ু হরাও তন্নাম্মা,
নংগী য়াথংশিং পুম্নমক,
হরাও হরাওদি ইম্নবা,
পেলহম্মু লন-থুম পিহুনা,
ঙাংবি-শকপিয়ু সুংশিন্না।
খুদোং থিরবা মতমদা,
লন, সুপি ইচিন-ইনাওশিং,

মন্নপ-মপাংশিং ফাওবনা,
থাদোক্ত্‌না চৎশ্রবদা,
নংবু নিংজবা ননাইশিং,
মখোই খরা অহুতনা,
লেংদনা লৈনি ননাক্তা,
ইনগনি নংগী য়াথংদি,
মতৌগুম মপু নিংবা হুই।
নহাক্না মরম অসিনা,
লাম্মি পুম্নমক অসিদি,
পেলহল্লু পুক্লিং মখোইগী।
থাগ্রগা মাংথানা লাম্মি,
চৎলু মতুংদা নহাক্না,
পাইতুনা খুৎলাই নখুত্তা,
মধুবন লৈবাক তম্নদি।
চিংনবা তৌদনা নংনা,
ঐগী পাওতাক মতুংইন্না,
চৎশ্রো মধুবন তম্নদি।
মধু মচা লবন্নদি,
লাক্লিবসি নহাক্নদি,
লানগী নত্তে কোইরকপনি,
উৎলু মাগী মফমদদি।
উপায়দি মহাক হাৎনবা,
তাক্লবসিনি নঙোন্দা,
মতু নত্তবা অতোপ্পা,
লৈতবনি উপায় অমা।

শূল পাইহনদি লৈরিবা,
হিংচাবসিগী মাযোক্না,
লেপ্লরবা মী অতুনা,
লৈখিদে অমুক হল্লকপা,
নত্তনা মথরাই মাংখিবা।
কালেন থানদি লোইশ্রগা
চংলকপদা নোংজু থানা,
হাৎলু লবন হিংচাবদি,
ফত্ত্রবা হিংচাবসিগী,
খংঙ্‌ অরোইবা মতমনি।
লোইননা মর্হর্ষিশিংগা,
থাগ্রো নংগী লাম্মিশিংদি,
হৌশ্রবদি কালেন থানা,
চাউশ্রনি জাহ্নবী তুরেন।
তুরেন অতুগী তোর্বান্দা,
থম্নগা নংগী লাম্মিশিং,
খুৎলাই পাইতুনা নতোমতা,
চৎলু খোইনদি চেকশিন্না।
পাওতাক ফংবদা শ্রীরামগী,
শত্রুঘ্নদি অকনবনা
কৌরগা সেনাপতিশিং,
তাকপিখি মরম পুম্নমক।
লাম্মিশিং নখোই পুম্নমক,
লম্বী লমশাং চৎলকপদা,

লৈরু লৈরুবা মফমদা,
তৌরুন্নু প্রজা মাংনবা,
অরাবা পিন্নু কনাদা,
থাদোকউ য়েরুবা রাখল,
লৈয়ু মিৎকুপ নাহুম শিংনা।
অহিংগী মতম লাকপদা,
পুংফম নাইনা মিৎশেং খাংবা,
থম্মু তেঙ্গোল পুম্নমক্কী।
পাওতাক ফংলবা মতুংদা,
অচৌবা লান্মি অতুনা,
চংখি লানগী লাম্মাং থানা।
মতুং অসিদা শত্রুঘ্ন,
খুরমজখি মমা অহুম।

মতুংদা অমুক শত্রুঘ্ন,
খুরমখি ময়াম্বা অহুম,
মখোংদি শোক্লা মকোক্লা।
খুরমজরগা বশিষ্ঠ,
শত্রুঘ্নদি অকনবনা,
চৎচখি রাজদরবারদগী,
য়াথং লৌরগা শ্রীরামগী।
লান্মি থাগ্রবা মতুংদা,
থা অমা চুপ্পা শত্রুঘ্ন,
লৈজখি শ্রীরাম মনাক্তা।
মতুংদা লবন হাৎনবা,
চৎচখি মধুবন তম্মা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৬৪শুবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৬৫ শুবা সর্গঃ

( শত্রুঘ্ন মফমদা মহর্ষি বাল্মীকিনা কল্মাষপাদগী বারি লিবা । )

লাম্মি পুম্নমক অতুনা,
চৎখ্রবা তুংদা মধুবন,
থা অমা চুপ্পা শত্রুঘ্ন,
লৈঙ্গখি শ্রীরাম মনাক্তা ।
মতুং অতুদা শত্রুঘ্ন,
কনা য়াওদনা মতোমতা,
চংখি অকনবা খোংচত্তা,
তম্না মধুবন মাইকৈদি ।
হৌগ্রবদা অহিং অনি,
অয়ুক্তা হুম্মি শুবগী,
ফংখি বাল্মীকি আশ্রমদি,
থোইদোক হেন্দোক্পা শেংলবী ।
উবদা মহামুনিদি,
মখোং শোক্পা মকোক্নদি,
খুরুমজখি শত্রুঘ্ননা ।
মতুং অতুদা শত্রুঘ্ন,

হায়জখি মথুং লোম্নদি,
মফমদা মহামুনিগী ।
শ্রীরামগী য়াথং ঙাকপনা
খনজতুনা ইথৌমক্নি,
লাকচবা মতম অসিদা,
য়ৌরকপনি আশ্রমদদি ।
লেনজরগা অহিং অসি,
নোংঙাল্লকপদা হয়েংগী,
চৎচখিগে নোংচুপ পাংনা,
লমদমদি বরুণ নিংথৌগী ।
তাবদা শত্রুঘ্ন মরা,
হায়রকই মহামুনিনা,
মিংচৎ চাউরবা শত্রুঘ্ন !
ওইয়ু মঙ্গল নহাক্কীদি ।
উরিবা আশ্রম অসিদি,
রঘু শাগৈ নখোইগীনি,

মরম অসিনা চিংনদনা,
আসন, পাস্ত, অর্ঘ্যাদি লৌ।
অতিথি ওইরবা তুংদা,
শক্রুম্নদি অকনবনা,
চাক্তখি উহৈ-রাহৈশিং,
থোইনদি পেন্না মপুক্লিং।
পোথারবা তুংদা ঙাইহাক,
হংজখি মুনি মফমদা,
মমাংদা আশ্রম অসিগী,
থাইনা যজ্ঞ তৌখিবগী।
উবা ফংলিবা খুদমশিং,
তৌখিবনো কনানদি ?
তাবদা রাহং অতুদি,
খুমকই মহামুনিনা,
যজ্ঞ মফমনি থাইনগী,
তাও রারিহু ঐহাক লিগে।
থাইনা মমাংঙৈ মতমদা,
রঘুনখোইগী লাইগুরু,
নিংথৌ অমা সুদাস কৌবা,
লৈরম্মী মফম অসিদা।
হায়রিবা নিংথৌ অসিগী,
থোইদোক্নদি ধর্ম্ম লৈবা,
পোকখি মচানুপা অমা,
মমিংনা বীরসহ(মিত্রসহ)কৌবা
হায়রিবা অঙাং অসিনা,
পাখং ওইরকপা মতমদা,
চৎখি নোংমদি শা তানবা,
অচৌবা বনগী মনুংদা।
মতম অতুদা মহাক্না,
থেংনখি হিংচাবা অনি
চৎনা লৈবা হুঙ্গৎ-হন্দা,
মনুংদদি বন অতুগী ;
হিংচাবা অনি অতুনা,
লৌরগা কৈগী মওংদি,
শক্তিশিং লিশিং কয়াদি,
হাত্তুনা চার ফাওবদা।
লৈখিদে মখোই অপেনবা।
চাউরবা বনগী মনুংদা,
উবদা শক্তি লৈতবা,
শাওখি সৌদাস মপুক্লিংদা
মতৌ অসিদি ওইরিবা,
খংহুনা হিংচাবননি,
হাৎখি হিংচাবা অমদি,
কাপখিহুনা তেন অমদি।
থোইনদি কল্লবা সৌদাস,
হাৎলবা হিংচাবা মশা,
য়েংনা লৈখি চিংনদনা।
হিংচাবনা হিংহৌরিবা,

শ্রীরাম

উবদা সৌদাস মতৌদি,
হায়রকই মথরাইদি শোক্লা।
লানজদবা ঐগী মরূপ,
হাৎপিগ্রে ফজ্রবা নংনা,
মরম অতুনা হে পাপী!
ফংগনি মতুগী মহৈ,
মতম অমদা নহাক্লা।
হায়রমলগা রাহৈ অসি,
মাংথোকখি হিংচাবা অতু।
মতুংদা চহি কয়াগী,
অযোধ্যা নিংথৌ সুদাসগী,
মচা নুপা মিত্রসহ,
ফংজখি নিংথৌ খুভমদি।
মতমদা নিংথৌ ওইরবা
মমাংদা আশ্রম অসিগী,
তৌখি অশ্বমেধ যজ্ঞ,
ঙাক্লগা যজ্ঞ অতুদি,
বশিষ্ঠ মহামুনিনা।
চহি নিশিং কয়া চংনা,
তৌরবা তুংদা যজ্ঞদি,
লোইশিনখি থোইনা ফজনা।
লাইগী যজ্ঞগুম যজ্ঞসি,
পাংথোকখি থোইদোক হেন্দোক্লা।
যজ্ঞনা লোইবা মতমদা,

মাগী থাইনগী য়েক্লবা,
ফজ্রবা হিংচাবতুনা,
লাক্লগা বশিষ্ঠ শানা,
হায়রকই সৌদাস মফমদা।
নুমিৎসিদা যজ্ঞ লোইবা,
পিজৌ ঐহাকপু মীশাদি,
রাখল তৌক্লনু মতুদা।
ব্রাহ্মনগী মশক ওইরিবা,
তাবদা হিংচাবা রাদি,
মফমদা পুজারিশিংগী,
পিখি য়াথংদি নিংথৌনা।
চাবদা মহাও লৈনবা,
খোংলগা মাশাদি ঘীদা,
পুরকউ খুদক অসিদা,
কৎশিল্লু মুনি মফমদা।
য়াথং ফংবদা নিংথৌগী,
খনজখি পুজারিশিংনা,
ঙসি গুরু বশিষ্ঠনা,
চাহৈদবা চাগে হায়বা,
করি মতৌনো অসিদি?
চিংনবা মতৌ উবদা,
পুজারি ময়াম, মরক্তা,
হৈ-শিংলবা হিংচাবনা,
ওইখি পুজারি অমদি।
লোইরবদা মীশা থোংবা,

পুজারি মশক লৌরিবা,
ফত্রবা হিংচাবত্নুনা,
হায়জখি নিংথৌ মফমদা,
মতুং ইম্না তাকপিরকপা,
থোংলগা মীশাদি ঘৌদা,
পুজরক্লে মফমসিদা।

তাবদা পুজারি হ্রাদি,
সৌদাসনা মহাক্কী রানী,
মদয়ন্তীদি লোইননা,
হিংচাবনা থোংগা মাশা,
কংখি বশিষ্ঠ মফমদা।

মহামুনি বশিষ্ঠনা,
মাগী চানবা পুরকপা,
উবদা চিঙ্গাক অত্নুদি,
খংত্নুনা মীশানি হায়বা,
হায়রকই থোইনদি শাওনা।

নংনা ঐবু চাও পিরিবা,
চিঙ্গাক অসি ওইরো নংগী,
চিংনরগনু মসিদা।

(হায়বদি নং মীশা চাবা,
হিংচাবা অত্নুমক ওইরো।)
তাবদা শাপসি সৌদাসনা,
শাওখিত্নুনা থোইদোক্লদি,
লৌখংখি ইশিং মখুংত্তা,

খল্লকখদা শাপ তৌরগে,
খামখি মহাক্কী রানীনা।
হায়জখি মদয়ন্তীনা,
মহামুনি বশিষ্ঠদি,
গুরুনি ঐখোই ময়ামগী,
পুরোহিতনি লাইগুম্লবা।
শাপ তৌবদি মহর্ষিদা,
অফবা নত্তে ইবুঙেঙা।
ধর্ম্ম খংলবা নিংথৌনা,
তেজ চংথ্রবা অশাওবগী,
হৈথখি ইশিং অত্নুদি,
অত্নুবু ইশিং অত্নুনা,
তাখি মহাক্কী মখোংদা।

থৌদোক অসিদা থোকখিবা,
মখোং অনিমক নিংথৌগী,
খামখি মুশুক-মুশিন্নদি।
থৌদোক অসিদগী হৌনা,
'কল্মষপাদ' হায়নদি,
খংনখি শৌদাস নিংথৌদি।
মতুং অসিদা নিংথৌনা,
লোইননা মাগী রানীগা,
ময়া তৌত্নুনা লাক্লম্বা,
মরম অত্নু হিংচাবগী,
হঙ্গংচখি বশিষ্ঠদা।

তাবদা নিংথৌগী রাদি,
মহামুনি বশিষ্ঠনা,
খংবা ঙমখি তশেংবদি,
হায়্রকই নিংথৌদি য়েংনা।
শাওখিবদগী ঐহাক্না,
ওইরসনু হায়খিবহ্
অহুবু পিরগে বরদি।
তুংদা চহি তরানিথোই
কোকপা ওইয়ু শাপ অহুদি,
থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক,
চহি তরানিথোইসিদা,
খংদবা ওইয়ু নংনদি।
শাপ মতম্না লোইশ্রবদা,
হনজিন্দুনা নিংথৌ খুভম,
সুংঙাইনা লৈজখি সৌদাস।
আশ্রম অসিদা লৈরিবা,
বারিদি যজ্ঞ মফমগী,
লিরবনি চিংথদনা।
অশেংবনি যজ্ঞ ভূমি,
কল্মষপাদ নিংথৌগী।
মখোইগী লাইগুরু ওইবা,
কল্মষপাদগী বারি,
তাবা ফংবদা শত্রুঘ্ন,
হরাওজখি থোইদোক্লদি।
খুরমজরগা মহাষি,
চংজনি পর্ণ শালাদা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৬৫ শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৬৬শুবা সর্গঃ

( সীতাগী মচাহুপা অনি ফাইবোক ওইনা পোকপা, মুংঙাইবা পাও খংলগা শত্রুঘ্ন চৎখিবা। )

বাল্মীকি উ-না খাংপোক্লা, খরা তৌবিয়ু মুনিনা।
শত্রুঘ্ননা লৈবা অহিং, তাবদা অঙাংগী বাদি,
অহিংদি অসিমক্তদা, খুদক্তা চৎখি মুনিনা,
সীতা দেবী ইবেম্মনা, মকমদা অঙাং উন্নফম।
ফাইবোক পোৎখি অঙাং অনি য়ৌরকপদা মকম অহু,
অঙাংশিংহুনা মুনিগী, উবা ফংখি অঙাং অনি,
মতমদা অহিং নোংম্মাইগী, লৈরম্বহু সীতা নাক্তা,
সীতানা মচা পোকপগী, নিংখিনা খোকপা খাজঙম।
পাও অহুদি মুংঙাইরবা, উবদা অঙাং অনিদি,
তম্মখি মুনি মকমদা। হরাওখি বাল্মীকি মুনি,
মহামুনিদি অথোইবা! ভূৎ-প্রেত, হিংচাবা হিংচাবী,
শ্রীরামগী ইবেম্মা সীতা, মথৌদি চংদনবগী,
ফংলে মচামুপা ফাইবোক, তৌবিখি অঙাং অনিগী।
ফত্তবা গ্রহশিংদগী, পুরক্লগা কুশ খরা,
উপায় অহুদি কম্নবা, খাইদোক্তুনা তংখাই তানা,

মমাংদুনা 'কুশমুষ্টি'
মখাদুনা 'লব' কৌনা
শেম্বিখি মহামুনিনা,
অঙাং অনিগী অমমম,
শিবিনবা অমমমদি।
অহানবা তাবা অঙাংদা,
মন্ত্র শোল্লগা মুনিনা,
শেংখি হায়দুনা কুশনা,
কুশ থোনখি অঙাং মমিং।
কোন্না তারকপা অঙাংনা,
অহল ওইবীশিং অদুনা,
শেংখি হায়দুনা লবনা,
লব থোনখি মাগী মমিং।
অস্থুম্না অঙাং অনিদি,
কৌখি কুশ লব হায়না,
অফাওবা ওইখি পৃথিদা।
মতুংসিদা পাপ চেন্দ্রবী,
অহন ওইবী পুম্নমক্কা,
কুশমুষ্টিগা লবগা,
লৌরগা মুনি খুত্তগী,
অঙাং অনিদা অমমম,
শিবিখি নিয়মদি চুম্না।
মুনিগী আশ্রম মমুংনা,
সীতা অঙাং উন্নবগী,
লাংনবা অদু ময়াম্না,

মতমদদি অহিং-নোংয়াই,
তাবা ফংখি শত্রুঘ্ননা,
মতমদুদা শত্রুঘ্ননা,
চেনখিদুনা সীতা নাক্তা,
হায়জখি মতৈমা য়েংনাং
লাইবক ফবনা ইমানা,
ফংলে ঙসি অঙাং অনি।
মচা পোকপদা শ্রীরামগী,
থোইদোক্না পেনখি শত্রুঘ্ন।
নোংজু মতম ইঙেন থাগী,
অহিং অদুদি শাংলবা,
খ্বাইদগী তেনবা অহিংগুম,
থোকখি শত্রুঘ্ন মফমদা।
অহিং অদু হৌখিদুনা,
লাকপদা অয়ুক মতম্না,
অয়ুকী মথৌ পুম্নমক,
পাংথোক্লগা শত্রুঘ্ননা,
মখুৎ অনি লোমদুনা,
চংশ্রগা মুনি মফমদা,
খুরমদুন মখোং শোক্না,
লৌজখি বিদায় চৎনবা।
মহামুনি বাল্মীকিদি,
কোইয়ম্নগা য়েৎওইনদি,
যাত্রা তৌখি নোংচুপ পান্না।
মতৌ অস্থুম্না শত্রুঘ্ন,

অশুকপা বনগী লম্বিদা,
মুনি ময়ামগা লোইননা,
চংলগা নুমিং তরেংনি,
ধর্ম্মগী তত্ত্ব ঙাংনবা,
য়োথি যমুনা তোর্ব্বান্দা
য়াজখি শরুক শত্রুঘ্ন।
চংহুনা মুনি আশ্রমদা,
তানজা ঙাইনা শত্রুঘ্ননা,
লৈজখি ময়াম মরক্ত। ।
পাওতাক লৌনা মুনিশিংগী,
ভার্গব মুনি আশ্রমদা,
লৈজখি আশ্রম মনুংদা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৬৬শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৬৭শুবা সর্গঃ

( চ্যবন মুনিনা শত্রুঘ্নদা লবনগী শূলগী ৱারি লিবা অমসুং নিংথৌ মন্ধাতা হাৎখিবগী ৱারি। )

লাকপদা অহিংগী মতম,
ভৃগুগী মচা চ্যবন্দা,
হংজরকই শত্রুঘ্ননা,
হায়রিবা লবন হিংচাবা,
কনবগে কয়াদি য়াম্না ?
কয়া ফবা শূল শক্তিনা ?
নিংথৌশিং কনা কনানা,
মায়োক্নবদা মহাক্না,
মাইথিথিবা মতৌ করম ?
তাকপিয়ু মহু ননাইদা।
ৱা তাবদা শত্রুঘ্নগী,
হায়রকই চ্যবন মুনিনা।
হে রঘুনন্দন শত্রুঘ্ন !
তৌথিবা থবক লবনা,
ওমদবনি শিংথাবদি,

হায়গে ৱা লানফম অমগী,
ইক্ষ্বাকু শাগৈদা পোকপা,
ৱারিনি মান্ধাতা মাগী।
থাইনা মমাংদৈ মতমদা,
মরোল অহুমদা ফাওরবা,
যুবনাশ্বদি নিংথৌনা,
পোকপা অকনবা মান্ধাতা,
নিংথৌ ওইখি অযোধ্যাদা।
অকনবা নিংথৌ অসিনা,
পৃথি জয় তৌরবা তুংদা,
খনখি জয়দি তৌগে স্বর্গ।
খন্দুনা স্বর্গ জয় তৌগে,
লানগী থৌরাংদি তৌরকপা,
উবদা মান্ধাতা মতৌ,
ইন্দ্রনচিংবা লাইরাম্না,

অকিবা পোকখি মপুক্লিং ।
মান্ধাতা ঐনা পৃথিবী॰
মপু ওইবতা নত্তনা,
স্বর্গগী রাজ্য তংখাইগী,
মপুদি ওইগে শোইদনা ।
উৎহনগে ইকাইখুম্ববা,
লাইয়ামশিংনস্থ স্বর্গগী ।
মান্ধাতা পুক্লিং উবদা,
লাক্লুনা হায়খি ইন্দ্রনা॰
মান্ধাতা মাগী মফমদা॰
থেমজিনবা মওং ওইনদি ।
ইবুঙেঙা নহাক অসিদি,
মপু ফাওবা পৃথিবীগী॰
ওইবা ঙমদ্রিবা নিংথৌনি,
অদুগা মতৌ করম্মা,
লাইগী নিংথৌ ওইগদৌরি ?
পৃথি পুম্মমক্কী মপু॰
ঙম্ববদি নংনা ওইবা,
খোংমি-লাম্মিদি পুম্মমক,
পুররুগা স্বর্গদদি,
লৈবিয়ু নিংথৌ ওইনদি ।
তাবদা ইন্দ্রগী মৰা॰
ঙৰুদি থোকখি মান্ধাতা,
হায়রকই ইন্দ্রদি ঙ্গেংনা,

মান্ধাতা কৌবা ঐহাক্না,
শাসন তৌদবা পৃথিদা॰
লৈবগে করম্না লৈবাক ?
তাবদা মান্ধাতা মৰা,
তপ্না হায়রকই ইন্দ্রনা,
মধুবন্দা লৈবা লবন,
হিংচাবা মধুগী মচা,
অকনবা মহাক অদুদি,
লৈতে নহাক্কী নথাদা !
তাবদা ইন্দ্রগী ৰাদি,
ইকাইখিবনা মান্ধাতা॰
লৈখি তুমিন মরু লুক্না,
ঙাংথোকপা ঙমখিদে ৰাদি ।
মতুংসিদা মান্ধাতানা॰
হায়ফেং ঙ্গেংদুনা ইন্দ্রদা,
পিজখি বিদায় চৎনবা !
চৎথ্রবা তুংদা ইন্দ্রনা॰
অকনবা নিংথৌ মান্ধাতা,
লবন থুদুম চনগে খন্না॰
শগোল-শামু খোংমি-লাম্মি,
পুদুনা পুম্মমক অসি,
যাত্রা তৌখি লানগীদমক ।
লান পায়বা মান্ধাতানা,
হিংচাবা লবন মফমদা,
দূততি থাখি লানগীদমক ।

লবন হিংচাবা মফমদা,
মান্ধাতা দূত চংখিত্রুনা,
হায়রুবদা লানগী পাওদি,
শাওত্রুনা লবন নিংথৌনা,
চাথোকখি দূত্তি ফারগা।
লাক্কবা উবদা দূতনা,
শাওখিত্রুনা মান্ধাতানা,
তেন কাপ্পা মাইকৈ মরিদা,
লান্দাখি লবন মথক্তা।
মতম অসিদা লবম্না,
পাইরগা শূলদি মথুত্তা,
নিংথৌগা লাম্বিগা পুম্না,
খন্দুনা হাংলগে হায়না,
লংখি শূলদি নোক্লা নোক্লা
লংলবা খুংলাই অত্রুনা,
পাইশিনখিত্রুনা লানফমদা,
তুম্না চাকথেকখি মান্ধাতা,
লোইননদি মাগী লাম্মি।
চাকথেক্লম্মগা য়েক্লবা,
হনখি খুংলাই লবন খুত্তা।
শূল অসিদি লবন খুংলাই,
লৈবনি শক্তি থোইদোক্লা,
হেনবনি পুম্নমক্কী।
হয়েংগী অয়ুক নহাক্লা,
শূল য়াওদ্রিবৈদা লবম্না,
হাংনবা তৌহৌ খুদক্তা,
জয় ওইগনি শোইদনদি।
থবক অসি পাংথোক্লবা,
অফবনি পুম্নমক্কী।
কাওরগম্মু পাওতাক অসি।
অঙকপনি শূলগী শক্তি,
লৌশিং তৌত্রুনা ইন্দ্রনা,
মাংহনখিবনি মান্ধাতা।
হয়েং অয়ুক অঙনবদা,
থনম্মগা শূল ময়ুমদা,
থোরকনি চিঙ্গাক থিবা,
হাংলু মাবু মতমত্রুদা।

। ৫৭ং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৬৭শুবা সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৬৮শুবা সর্গঃ

( মচিঙক থিবা লবন থোরকপা, শক্রুঘ্ননা লমথাংদা
উন্নরগা বা ঙাংনবা । )

মতৌ অসুম ৱারি তৌনা,
লেনখি অহিংদি শক্রুঘ্ন,
মুনিশিং ময়াম মরক্তা,
হৌখি অহিং খংহৌদনা ।

অয়ুক্কী মতম লাকপদা,
মহৌশা মতৌ অচুম,
চান-থক্কবা মচিঙাক,
থিবদি চৎখি লবন্না ।

মতমদি অসিমক্তদা,
শক্রুঘ্নদি অকনবনা,
পাইচুনা লিরুং মখুত্তা,
লাল্লগা যমুনা ৱাংমা,
ঙাইনা লৈখি স্নথোংদা,
হিংচাবা নিংথৌ য়েৌরকপা
মুমিৎ য়ুংলমদাই মতমদা,

ফত্রবা হিংচাবা লবন,
অহাৎপা শা ময়াম পুনা,
হল্লকখি কোন্নুংদি তম্না ।

মতম অসিদা লবন্না
মখুত্তা খুৎলাই পাইচুনা,
স্নথোংদা শক্রুঘ্ননা,
উবদা লৈরম্বা অচু,
হায়রকই করেম্মনদি,
খুৎলাই অচুনা নংগীদি,
করি তৌগনি ঐঙোন্দা ?
মীওইনা পোকপা অপংবা !

শাওরকপদদি ঐহাক্না,
নংগুম্না খুৎলাই পাইরকপা,
চাখি মীদি লিশিং লিশিং,
মরমসিনা নহাক অসি,

ওইগনি থারকপা কালনা।
অপংবা নহাক অসিনা,
লাক্তুনা নখোং থোংনদি,
চংলক্লি ঐগী খন্নাত্তা,
থুংলগনি নংগী নিংবা।
মতৌ অসুম করেম্ননা,
হায়রকপদা লবন্নদি,
শাওখিবদগী শত্রুঘ্ন,
মশা নিকখি হুমাং কাখি।
শাওরকপদা শত্রুঘ্ননা,
কাপথোকরকখি মঙাল ময়াম,
মাগী মশা মন্নুংদগী,
উবা ফংখি পুম্নং লংনা।
হিংচাবা লবন মক্ষমদা,
হায়খি শাওনা শত্রুঘ্ননা,
বুদ্ধি লৈতবা হিংচাবা,
শেন শাক্তরো লানগীদমক,
নথরাই লৌরগে ঙসিদি।
নিংথৌ অথোইবা দশরথ,
মচানি ঐহাক অসিদি,
মনাওনি শ্রীরামচন্দ্রগী।
রেক্লবা ঙম্মি হায়হুনা,
কৌবনি ইমিং 'শত্রুঘ্ন'।
নহাকপু হাংকে হায়হুনা,
লাক্লিবনি মক্ষমসিদা।
ঐহাক্লা পাম্মি লান নংগা,
থেংনসি ঐখোই অনিতা।
চেনবা য়ারোই নথরাই পুনা।
তাবদা শত্রুঘ্ন বাদি,
নোক্লা হায়রকই লবন্না,
ঐহাক্কী লাইবক ফবনা,
লাকপনি অপংবা নংদি।
রাবন হায়বা নিংথৌ অহু,
ঐহাক্কী ইমাগী মচে,
মবুংনি শূর্পনখাগী।
মাগী হুপিগী মরমদা,
হাংখি রাবন্দি শ্রীরাম্না।
শাগৈ পুম্নমক রাবনগী,
তুমগ্র ফাওবদা ঐহাক্লা,
লৈবা ঙম্বদি খাংহুনা,
ফংদবননি পাও অহু।
মরমদি অহুমক্তনা,
হিংলিবনি নখোই মন্নাম।
লান তৌগে লাকপা নখোইদি,
নাপিগুম খল্লি ঐহাক্লা,
মাংহল্লি ইরাই-লাইনদি,
লানফম খুদিংমক অহুদা।
মতুংদা লাকপা মখোইসু,

কংগদি দশা মাননা,
ঙসিনা নংগী সুমিৎনি।
নংনা পামজবা লান অহু,
পিগনি ঐনা শোইদনা,
অহুবু অপংবা নংদি,
ঙাইরম্মু মিৎকুপ খরদং,
লৌরুগে ঐহাক খুৎলাইদি,
শেম-শারুগে লানগীদমক।
নংগুম্বা অমা হাৎপদা,
চংগনি খুৎলাই খরদি,
মরম অহুনা ঐহাক্না,
চংঙ্খিগে কোন্নুংদদি,
খুৎলাইশংদগী খুৎলাইশিং,
লৌরুখিগে নং হাৎনবা।

তাবদা রাঙাংশিং অহু,
খুদক্তা খুমখি শত্রুঘ্ন,
চেনবা য়াম্রোই নথরাই পুনা
তাও অসিমসু তাকপিগে,
জ্ঞানবু লৈবা কনানসু,
তৌদে য়েক্রুবা থাদোকপা
রাখল লৈতবা মীতনা,
য়েক্রুবশিংগী মফমদা,
পিবনি খুদোং চাবদি।
মতৌ অহুম তৌবতনা,
শেমজখি মোংকম মশাগী।
য়েংনিংবদি য়েংজহোরো,
ঙসি অসিনা নহাক্কী,
খংজৌ নুমিৎনি অরোইবা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৬৮শুবা সর্গ: লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৬৯শুবা সর্গঃ

( শত্রুঘ্ন লবন অনিগী লান্দা লবন তুবা। )

রাঙাং অতু শত্রুঘ্নগী, পুহনখ্রগে যম লৈবাক্তা।
তাবদা লবন হিংচাবা, লাইয়ামশিংনা স্বর্গগীদি,
শাওবনা মৈদি হৌরকখি, উখিবগুম রাবন হাৎপা,
হায়রকই শত্রুঘ্ন য়েংনা। নংবু ঐনা ঙসি হাৎপা,
খংলে খংলে ওক্রে তোক্লো। উরসনু মুনিশিংনা।
প্রোক প্রোক থেক্লা মখুৎ মশা, ঐনা নংবু হাৎলবদি,
লান তৌসি থোরকউ হায়না, লৈবাক প্রজা পুম্নমক্কী,
কৌখি তোইনা শত্রুঘ্নবু। ওইগনি লাইবক ফবদি,
মতৌ অতুদা লবনগী, ইংলগনি পৃথি অসি।
নোক্লা হায়খি শত্রুঘ্ননা। লৈকাম্নুংদা থম্বালগীদি,
অপংবা হিংচাবা নংনা, চংবগুম মুমিৎ মঙালনা,
নিংথৌশিং অতোপ অতোপ্পা, তেন্না বজ্রগা মানবা,
মাইথিবা পিনা হাৎখিবা, খিনগাইগে নহাক্কী থম্মোই।
পোক্লি ঐদি মতমতুদা, তাবদা শত্রুঘ্ন বাদি,
মরম অতুনা ঙসিদি, শাওবনা লবন জ্ঞান মাংখি।
নংবু ঐগী তেন অসিনা, উপান্বী অমা চাউরবা,

ফক্ত্না লবন হিংচাবা,
লংখি শক্রুম্ন তম্নদি।
অকনবদি শক্রুম্ননা,
মতুপ মতুপ চামা থোক্না,
তেম্নদি কক্না থাদখি,
তাহনখি অরেম্বদদি।

উনা অরেম্বা তাখিবা,
উবদা মতৌ অহুদি,
থোইনা শাওহুনা লবম্না,
ফুক্লগা উপাম্বী মম্নাম,
লংশিনখি মনম মনমদি,
তমহুনদি শক্রুম্নদি।

লংলক্লীবা উম্নাম অহু,
তেন অহুম মরি থক্তনা,
ককথংখি অমমম ওইনা,
শক্রুম্নদি অকনবনা।

মতুংদাদি শক্রুম্ননা,
কাপশিন্দুনা তেন মম্নামদি,
য়োমহনখি লবন মশাদি,
অহুবু নাচুংদে লবন।

মতম অসিদা লবম্না,
উপাম্বী অমা মখুত্তা,
চেংনা পাইহুনা নোক্লগা,
ফুখি শক্রুম্ন মকোক্তা।

থুংফু অসিদা শক্রুম্ন,
তাখি লৈমাইদা রাম্বনা।
তুখিবদা শক্রুম্ননা,
ঋষি, গন্ধর্ব্ব, লাইয়ামশিং,
জগোইশাবী পুম্নমক্না,
নিম্নখি হাকার লাওনদি।

রাম্বহুনা শক্রুম্ননা,
লৈবসিদা লৈমাই থক্তা,
শিরে হায়নদি শক্রুম্ন,
থনজখি লবন পুক্লিংদা।

মতম অসিদা লবম্না,
চংহুনা কোন্নুং মন্নুংদা,
লৌবা য়াবনি মাগী শূল,
অহুবু শুমহংখিবনা,
চৌহৌদ্রে মহাক মহুদি।

শিরে থন্দুনা শক্রুম্ন,
চাহুনা মাগী শাশিংহু,
লৈথোকখি হুরাও তম্নাম্না।

মতম থরগী মতুংদা,
জ্ঞান তারক্তনা শক্রুম্ন,
চেনশিনখি স্নথোং তম্না।
মতৌ অহুবু উবদা,
থাগংনখি ঋষিশিংনা।
মতুং অসিদা শক্রুম্ন,

শ্রীরাম

লেম্না মাংবদি য়াদ্রবা,
অকিবা মশক ফংলবা,
শৎখি লাইগী তেন অহূদি ।

শৎ-শৎলকপদা তেন অসি,
মৈদি হৌখি মাইকৈ তরা ।

তেনজিম্না বজ্রগুম কনবা,
য়াংবদশু বজ্রগুম্বা,
কাপশ্রবদা তেন অসিদি,
লেম্না মাংবা য়াদবনি ।

মেরু, মন্দর চীংজাওগুম্না,
লুম্বনি থোইদোক হেন্দোক্না ।
তেনগীদি মশা পুম্নমক,
তৈবনি রক্ত চন্দন্দি,
উচেক মশাকশিং য়েরুবা,
তেন্নি থোইনদি নিংথিবা ।

উবদা তেনশক অসিদি,
লাই হিংচাবা পুম্নমক্না,
পোক্নখি থোইনা মিপাইবা

প্রলয় মতমগী মৈগুম্না,
উবদা অচাকপা তেনসি,
কিনখি জীব পুম্নমক ।
লাই হিংচাবা গন্ধর্ব্বশিং,
জগোইশাবী মুনি ঋষি,
মখোই পুম্নমক অসিনা,

কিবদগী তেন উবদা,
চেন্নখি ব্রহ্মা মনাক্তা ।

জগৎ সংসার মাংগদবা,
উবদা মতৌ অসিদি,
কিরহূনা ননাই ঐখোই,
লাকচরি ইবুঙেঙা নাক্তা ।

জগৎকী মপু ইবুঙেঙা !
য়োরক্লব্রা প্রলয় মতম ?

থোদোক অসি অসিগুম্বা,
থেংনখিদ্রি অমুক্তদি ।
মতৌ উবদা ময়ামগী,
হায়রকই প্রজাপতিনা,
মরমদা থোদোক অসিগী ।

কিগনু নখোই পুম্নমক,
লবনাসুরদি লানফমদা,
লৌনবগীদমক মথবাই,
শৎপনি তেন শত্রুঘ্ননা ।
উবদা তেনগী শক্তিদি,
কিনরে নখোই পুম্নমক,
জগৎকী মপু ওইরিবা,
তেন্নি শ্রীবিষ্ণু মাগীদি ।
তেন অসিবু শ্রীবিষ্ণুনা,
মধু কৈটভ অনিদি,
পুথোকখিবনি হাৎনবা ।

মণ্ডপ অহুদি তেনসিগী,
খংবনি বিষ্ণু মাতনা
মশামক্কি তেন অসিদি।

হন্নত্রো নখোই পুম্নমক,
রামগী মনাও শত্রুঘ্ননা।
হাৎপহু লবন হিংচাবা,
উবা ফংগনি নখোইনা।

তাবদা ব্রহ্মাগী বাদি,
ময়াম পুম্নমক অহুনা,
লবন শত্রুঘ্ন অনিনা,
শোক্করিবা লানফমদদি।
চৎনখি খুদক অহুদা।

য়োৎবদা লানফম অহুদি,
ময়াম পুম্নমক অহুনা,
শত্রুঘ্ন মথুং অহুদা.
প্রলয় মত্তৌগুম চাক্লিবা,
উবা ফংখি তেন অহুদি।

অতিয়াদা লাইয়ামশিংনা,
লৈবহু কুম্মৈ য়েংহুনা,
উবদদি শত্রুঘ্ননা।
কন্না লাওখি সিংহনাদ।
উবদা শত্রুঘ্ন মত্তৌ,
থোইদোক্না শাওহুনা লবন,
তাখি লান্দি শত্রুঘ্নদা।

মতম অসিদা শত্রুঘ্ন।
অমকপা লৈত্রবা তেনদি,
নাকোং ফংনা লিরি চিংখি,
তমহুনা লবন মথবাক,
কাপশিনখি খুদক অহুদা।

মাংবা য়াদ্রবা লাইগী তেন।
থিনগাইরগা লবন থম্মোই।
ফাওদোক্না চৎখি পৃথিদা।

মতুংদা মতম খরগী,
থোরক্নুনা পৃথিদগী,
চংখি শত্রুঘ্ন তেন্দোংদা।

চীংহুমগুম বক্তুনা থাবা।
পানবদা শত্রুঘ্ন তেন্না,
মথরাই মাংখি লবনাসুর।
লোংনা তাখি পৃথি থক্তা,
উপাস্বীগুম মখোং ককপা।

শিত্রবদা লবনাসুর,
পাইখি শূলদি মতোম্মতা,
মফমদা মবুঙো শিব।

শূলনা পাইখিবা আসদি,
লাই-হিংচাবা। মুনি ঋষি।
গন্ধর্বশিং পুম্নমক্না।
উবদি ফংখি তরংনা।
হরাওনখি থোইদোক্নদি।

মন্নাম পুন্নমক অসিনা । উবদদি লাইন্নামশিংনা ।
অমম্বনা মাংপ্রবদা, লাইশিং, ঋষিশিং, সর্পশিং,
ফজবগুম মুম্বিৎনদি, জগোই শাবা শাবীশিংদি,
জগৎ জীবনা কিনবা, মখোই পুন্নমক অসিনা,
হাংপ্রবদা লবনাসুর, থাগৎনখি শক্রম্নবু ।
তেন অমনা শক্রম্নগী, লাইবক ফবনা নংনদি,
অরাবা কোকখি জগৎকী, ঙম্বনি হাংপা লবনদি,
থোইনা ফজখি শক্রম্ন, ইংহল্লে ঐখোই মন্নামদি ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৬০শুবা সর্গ. লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৭০ শুবা সর্গঃ

( লাইশিংনা শত্রুঘ্নদা বর পিবা, চহি তরানিথোই মধুপুরগী নিংথৌ ওইরবা মতুংদ' রাম মনাক্তা হল্লকপা। )

ইন্দ্র অগ্নিনদি চিংবা,
লাইয়াম পুম্নমক অসিনা,
লবন হাংথিবা অসিদা,
থোইদোক্না খুংঙাইখিহুনা,
হায়রকই শত্রুঘ্ন য়েংনা।
লাইবক ফবদগী নংনা,
হাংলে লবন হিংচাবদি,
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
নিয়ু নংগী অপাম্বা বর।
নংবু বর পিগে হায়হুনা,
লাকপনি ঐথোই ময়ামদি,
খনবনি নংগী মঙ্গলতা।
উন্নরবদি ঐথোইগা,
ওইবদি য়ারোই অরেম্বা।
ফংবদা লাইশিংগী থৌজাল,
মকোক নোম্না শত্রুঘ্ননা,
হায়জরকই লাইয়াম য়েংনা।
চানবিরবদি লাইয়াম্না,
ওইহনবিয়ু মধুপুরসি,
থোইনা পুক্রিং হুবা মফম,
তাহনবিয়ু প্রজা ময়াম,
শেম্বিয়ু নিংথিবা কোন্নুং,
পিবিয়ু মসি বর ওইনা।
পেনবিহুনা লাইয়ামশিংনা,
হায়রকই শত্রুঘ্ন য়েংনা,
থুংজরো নংগী অনিংবা।
নিংথিরবা সহরসিদা,
নংগী অকল-অথৌ পুম্বা,
লৈরসনু হরাও হরাও,
চিংনরগনু মসিদা।

অসুম্না বর পিরম্নগা,
হম্নখি লাইশিং স্বর্গদা,
মতুংসিদা শক্রম্ননা,
গঙ্গা তোর্ব্বন্দা লৈরিবা,
মাগী লাম্মিদি অচৌবা,
পুশিল্লকখি মধুপুরদা।

লাম্মি পুম্নমক অতুনা,
য়েৌবদা মধুপুর কোন্নুং,
থম্নতুনা শক্রম্নগা,
শেমগৎপা হৌখি সহরদি,
চংলকপদা শ্রাবন থাদি।

চহি তরানিথোই চংনা,
ফজগ্রবা সহর অসি,
শেমখিবনি শক্রম্ননা।

লৈজখি প্রজা পুম্নমক,
খুয়া তুশিংনা ইংনদি,
লৈতনা কনা অকিবা।

অণংবা ফিজোল লৈতেংবী,
পাক্না তাবা লবুক লমহাং,
হৈরাং লৈরাংগী মনম্না,
চুরবা মালংবা নুংশিং,
হুম্মি মাইকৈ তরা থুংনা।

অচৌবা পাম্বি কয়াদা,
চুমজুম য়াল্লি মহৈ মরোং,
নোংনা চুরি মতম চানা;
শাসন নিংথিনা তৌবনা,
য়াওদে কনাসু অনাবা।

থেক্না চেল্লি যমুনানা,
ফুরা দলান্দি কয়ানা,
ফজরি অমুক থোইদোক্না।

নিংথিবা পোৎচৈ পুম্নমক,
বাক্তনা ফংলি কৈথেন্দা।

ব্রাহ্মন-ক্ষেত্রি, বৈশ্য-শূদ্র,
জাতী খুদিংমক্কী মীনা,
পুম্না লৈরি নুংশিননা,
নিংথিবা সহর অসিদা।

হান্না শেমজবা লবম্নি,
মতুং তাবনা শক্রম্ন,
রাশি হাপ্তুনা সহরসি,
পুক্নিং হুহনখি থোইনদি।

বন, উপবন, শানফমশিং,
লাইশং অমদি মীতিনফম,
লৈরি মফম চানা চানা,
শেমতুনা নিংথি-ফজনা।

লল্লোনবশিং মীরৈবাক্কী,
লাক্তুনা সহর অসিদা,
য়োল্লরি পোৎচৈ অনৌবা।

চাউখৎলকপা সহরসিগী,
উবদা মতৌ অসিদি,
থোইনা পেনজখি শত্রুঘ্ন।
চহি তরানিথোই মতুংদা,
নোংমা শত্রুঘ্ন পুক্লিংদা,
পোল্লকখি রামদি উনিংবা।

পুক্লিং হুরবী মধুরা ( মথুরা ),
নৌনা শেম্নগা শত্রুঘ্ন,
শাসন তৌখি নিংথিজনা,
লোইননা মনাই মশনগা।
মপুক্লিংদদি শত্রুঘ্ন,
খনখি রাম উনবা চৎকে।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৭০ শুবা সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৭১শুবা সর্গঃ

(লাম্নি খরগা লোইননা শত্রুঘ্ননা অযোধ্যা লাকপদা বাল্মীকি আশ্রমদা অঙাং অনিগী ইশৈ তাবা)।

চহিদি তরানিথোইনা,
হৌখ্রবা মতুং অসিদা,
লাম্নি খরগা লোইননা,
থন্দুনা অযোধ্যা চৎকে,
তৌখি থোরাং শত্রুঘ্ননা।

মরু ওইবা পাত্র-মন্ত্রি,
সেনাপতিশিং অথোইবা,
থনম্নগা মধুপুরদা,
অথোইবা শগোল চামগা,
নিংথিবা দোলাই খরগা,
তৌখি যাত্রাদি শত্রুঘ্ন,
তম্না অযোধ্যা মাইকৈদি।
বন, উপবন, খুঙ্গং, তুরেন,
লাকপনা কয়া লাম্দুনা,
সুমিৎ নিপাম্নি চনবদা,

থুংলখি বাল্মীকি আশ্রম।
মফমদা বাল্মীকি মুনি,
চংখিদুনা শত্রুঘ্ননা,
খুরমজখি মখোং শোক্না।
লৌজরগা পাদ্য, অর্ঘ্য,
মখুত্তগী মহামুনি,
হায়জখি অতিথি ওইরে।
মহামুনি বাল্মীকিনা,
নিংথিবা রাহৈ কয়াদি,
হায়খি শত্রুঘ্ন মফমদা।
রঘু শাগৈগী অকনবা!
লবন হাত্তুনা নহাক্না,
পাংথোক্লে থবক অমদি।
অকনবা লবন হিংচাবা,
মাগী লাম্নিগা লোইননা,

হাৎখিবসি ইবুঙেঙানা,
থবক্কি খ্বাইদগী ফবা।
জগৎনা কিনবা মশক,
লবন ছিংচাবা হাৎপদা,
অকিবদি পুন্নমক্কী,
কোকহল্লবনি নহাক্না।
রাবন হাৎপদি শ্রীরাম্না,
মতম চংখি ৱানা থোকখি।
লবন হাৎপদি নহাক্না,
থোক্লবস্তু থোইনা লুনা,
পাংথোকখি ইরাই লাইনদি।
লবন মানা শিখিবদা,
হরাওজখি লাই প্ননমক।
তাইবং জীব পুন্নমক্না,
পোকখি নহাকপু নুংশিবা।
ঐনা ইন্দ্রগী সভাদা,
লৈরিবৈ মতম অত্তুদা,
লান অত্তু লবন হাৎপগী,
উবা ফংখি লাই মিৎয়েংদা।
নংগী লাল্লোং ঐনা পেনখি।
মনম নমত্থনা নকোক্তি,
খ্বাইদগী ৱাংবা চংনবী,
উংকে খুদমদি মুংশিবা।
অসি হায়রগা মুনিনা,

মকোক নমখি শত্রুঘ্নগী।
লাম্মি ময়াম শত্রুঘ্নগী,
পুশিনখি অতিথি ওইনা।
চাবা থকপদি লোইরগা,
মতমদা ঙাইহাক পোথাবা,
তাবা ফংখি শত্রুঘ্ননা,
হৌখিবা পুন্সি শ্রীরামগী,
শক্লকপত্তু শৈরেং ওইনা,
মথং মথং চিংথদনা।
থোম্থোক্তি চুম্না শক্লকপা,
রামগী পুন্সি-শৈরেং-ইশৈ,
মপা লৈতে ফজবদা,
তাবদা পুক্নিং হুবনি।
( মহামুনি বাল্মীকিনা,
পুন্সি শৈরেংদি শ্রীরামগী,
ইশ্রে হায়বদি হায়না,
খংগ্রবনি শত্রুঘ্ননা। )
কাব্য ছন্দগী স্থরদা,
তাংজবনি বীনা স্বরনা।
থম্মোই, খৌনাও, কোক্রগীদি,
থোক্লকপা তশেং তশেংবা,
পুক্নিং হুরবা খোম্থোক্না,
অনেম অৱাং মম্মাই ওইবা,
উত্তুনা তরং তরংনা,

শক্লক্লি থম্মোই শোক্লদি।
লাইগী মরোল সংস্থুক্তা,
ইখিবনা শৈরেং ওইনা,
ব্যাকরণ, ছন্দ পুম্নমক,
য়াওদে অশোইবা অমতা,
ফজরি থোইনা হেন্নদি;
নিয়মদি সঙ্গীত শাস্ত্রগী,
কাইবা লৈতে পরেং খুদিং,
মপা লৈতে নিংথিবদা।
পরেং খুদিংমক ইশৈগী,
থোকখিবা থৌদোক্তা রামগী,
মাম্নে অমতা ওইনদি।
শৈরেং ইশৈদি অঙকপা,
তাবা মতমদা শত্রুঘ্ন,
হেনখিদ্রুনা নুংঙাইবনা,
থ্রান্থখি লৈমাইথক্তদি।
মতুংদস্থু জ্ঞান লাক্লবা,
হন্না তাখি ইশৈ অদু।
ইশৈনদি থারক্লিবা,
থৌদোকশিং পুম্নমক অদু,
থোকপগুম্না হৌজিক্তদি,
খনখি শত্রুঘ্ন মশানা।
পাত্র-মন্ত্রি খোংম্নি-লাম্নি,
মখোই পুম্নমক অদুনা,
তাকরগা ইশৈ অদু,
'অঙকপনি, অঙকপনি,'
শোম্নখি মথৌ ওইনদি।
কদাইদা লৈরি ঐখোইনা?
তৌরিবা অসিবু মংলা?
উথিবদু মমাংদৈদা,
অযোধ্যা কোন্নুং মন্নুংদা,
অমুক হন্না আশ্রমসিদা,
তাবদি ফংলে ঙসিদি।
অসিগুম্বা শৈরেং-ইশৈ,
তাখিদ্রি মংফাওবদস্থু।
মম্নাম পুম্নমক অদুনা,
হায়জরকই গুরুদুনা,
মফমদদি শত্রুঘ্নগী।
ইবুঙো নিংথৌ শত্রুঘ্ন!
হংবিয়ু মহামুনিদা,
মরমদা ইশৈ অসিগী।
মতমসিদা শত্রুঘ্ননা,
খোইরাংলবা মম্নাম য়েংনা,
হায়্নরকই থোইনা নুংশিনা।
মফমদদি মহামুনি,
ইতিক ওইদে হংনবগী।
আশ্রমদদি মুনিশিংগী,

থম্না লৈবনি অঙকপা ।
খংনিংবনি হায়রহুনস্থ,
হংবদি হৌনদে মহু ।
মতুং অসিদা শত্রুঘ্ন,

চংখিহনা মুনি নাক্তা,
খুরুম্নগা মখুৎ লোম্না,
লোইননা মাগী লাম্মিশিং,
চংখি পোথা-থাংপোক-শংদা

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১১শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৭২শুবা সর্গঃ

( বাল্মীকিদগী বিদায় লৌরগা শত্রুঘ্ননা অযোধ্যাদা চৎখিবা। মুহিৎ তরেৎনি মতুংদা অমুক রামগী য়াথং মতুং ইম্না মধুপুরদা হনখিবা। )

হিপ্না হিপ্না শত্রুঘ্ননা,
খল্লকই মপুক্লিংদদি,
শকখিবা ইশৈ অহুগা,
থোদোকশিংদি রামগী পুন্সি:
মানরি অমতা ওইনা।
তুম্বা য়াখিদে রাখম্না,
বীনাগী খোঞ্জেল ঙমজবা,
পুক্লিংদি হুনা শুমহৎপা,
তানা তানা শৈরেং ইশৈ,
খংহৌদে অহিং হৌখিবা।
অয়ুক মতম্না লাকপদা,
পাংথোক্লগা নিত্যকর্ম্ম,
মখুৎ লৌম্মনা শত্রুঘ্ন,
চৎখিহুনা মুনি নাক্তা,
হায়জরকই খুরমহুনা,
মখোং শোক্নদি মকোক্লা।
মহামুনি পুকচেল চাউবা!
উম্নগে খনজরি শ্রীরাম,
মরম অসিনা ইবুঙঙা,
লাম্মিশিংগা লোইনহুনা,
য়ানবা আশ্রম থাদোকপা
পিনবিয়ু নয়াথংদি।
তাবদা শত্রুঘ্ন য়াদি,
চেৎনা কোল্লগা শত্রুঘ্ন,
মহামুনি বাল্মীকিনা,
পিবিখি বিদায় নুংশিনা।
রাখলদা রাম উনিংবনা,
লাংতক্লরবা শত্রুঘ্ন,
খুরমজখি মখোং শোক্না।
মতুং অহুদা শত্রুঘ্ন,

মনাই-মশলদি লোইননা,
তোংহ্নুনা নিংথিবা দোলাই,
চৎখি অযোধ্যা কোনুংদা।
নিংথিজরবী অযোধ্যা,
শ্রীরাম চন্দ্রনা পাল্লিবা,
য়োরকপদা শত্রুঘ্ননা,
কুম্নগা দোলাই থক্তুগী,
চংজখি শ্রীরাম নাক্তদি।
লাই ময়ামগী ময়াইদদি,
ঙাম্নোইবগুম ইন্দ্ররাজনা,
মাইথোং থম্বালগুম ফজবা,
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙানা,
সভা ময়ামগী ময়াইদা,
লৈরম্বা অহু ঙাম্নোইনা,
উৎদদি ফংখি শত্রুঘ্ন,
চেনশিনখিহ্নুনা মখোংদা,
খুরমজখি মকোক শোক্না।
মতুং অহুদা শত্রুঘ্ন,
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা।
সনা য়াথং মতুংইন্না,
পাংথোকচরে থবক পুম্বা।
হাংলগা লবন হিংচাবা,
শেমজরয়ে সহর অমা।
চহি তরানিথোই অসি,
কাইনবদা ইবুঙেঙোগা,
খাংজখি ওহ্নোক্না বানা,
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
থাদোকপিরম্নু ননাইদি,
লৈজরগে সনা নাক্তা,
ফংজরগে সনা থোৗগল।
অঙাং মচানা মমাদি,
ঙমজদবগুম থাদোকপা,
ঙমজদে ননাই ঐহাকম্নু,
থাদোকপদি ইবুঙেঙাবু।
তাবদা শত্রুঘ্ন মরা,
কোনবিখি মাবু শ্রীরাম্না।
তপ্পা হায়রকই মতুংদা,
রাজাং অহুদি ইবুঙেঙা,
নত্তে ক্ষেত্রি মচাগীদি,
থাদোকউ রাখল অহুদি।
লংফৈ চৎপদা নিংখৌনা,
উৎপা হৌনদে অরাবা।
মতুং ইন্না ক্ষেত্রি ধর্ম্ম,
প্রজা ঙাকনি নিংথৌনা।
নহাক্না ঐগা উনবা
লাকউ লাক্লিংবা মতমদা,
উনরবা তুংদা ঐগা,

শ্রীরাম

হনখো অমুক মধুপুরদা ।
নহাক অশিবু ঐহাক্পা,
হেন্না নুংশি থরাইদগী,
চিংনগনু হায়রিবসি ।
লৈবাক অছুদা নহাক্পা,
শাসন্দি তৌকম থোকপনা,
থাদোকপনি নংদি ঐনা ।
মতম কুইরবা মতুংদা,
লাকপনি নং মফমসিদা,
লৈরগা নুমিৎ তরেৎনি,
অমুক মফম অসিদগী,
লোইননা থোংমি-লাম্মিদি,
হনখো মধুপুর লমদদি,
লৈরু নপুক্সিং ইংনদি ।
ধর্ম্মগী ওইবা শ্রীরামগী,
তাবদা পাওতাকশিং অছু,
মপুক্সিংদা থোইনা বানা,
হায়জরকই শত্রুঘ্ননা,
'লৌজরে য়াম্বুং নয়াথং'
মতুংদা নুমিৎ তরেৎনি,
থোইদোক্পা হুরাও তয়াম্না,
থৌরাংদি তৌখি পত্রুঘ্ন,
চৎননবা মধুপুরদা ।
মতুং ইন্না শ্রীরাম য়াথং,
ভরত অমসুং লক্ষ্মণা,
থিন্দোকপিখি শত্রুঘ্নদি,
তোংহুনা দোলাই অমদা ।
থিন্দোক্লগা থরা থাগুক,
বিদায় পিখি শত্রুঘ্নদা ।
শত্রুঘ্নদি অকনবনা,
চৎখি মধুপুর লমদমদা,
লোইননা মাগী লাম্মিগা ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৭২শুবা সর্গঃ লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড'

### ৭৩শুবা সর্গঃ

( ব্রাহ্মন অমনা অশিবা মচা পুরক্ক্না নখোংদা লাক্লগা শ্রীরামগী মফমদা বাকৎপা। )

শত্রুঘ্ন চৎথ্রবা তুংদা,
শ্রীরাম—ভরত-লক্ষ্মন পুন্না,
তৌখি শাসন অযোধ্যাগী,
থমখি লৈবাক মরা তপ্না।

মতম খরগী মতুংদা,
নোংমগী নুমিৎ অমদা,
জনপদদা লৈজবা,
অহল ওইবা ব্রাহ্মন অমা,
মচা অমদি অশিবা,
পুরক্ক্না সনখোংদা,
রাকৎপা লাকখি শ্রীরামদা
মচা নুশিবগী মৈনা,
থোইনদি চাক্লবা ব্রাহ্মন,
ইপাগী ইবুঙো কৌনা,
কপচরি তেংথা নাওইনা,
ওন-থোইনা পৃথি মথক্তা।

অরাবনিদা হে ঈশ্বর!
মমাংগী মপোক অহুদা,
করি লানবা তৌখিহুনা,
মপোক অসিদা হন্দক্কী,
ফংলিবনো অরাবসি।

হিংনা ইচা অমতদি,
তমদ্রমালে ফংঙু হায়বা,
ওঃ অরাবনি অরাবা!
হা পুত্র! অঙাংনি নংদি,
পাখং ফাওবা ফাদ্রিবনি।
নুমিৎ লিশিং মঙা রোমদা,
(চহি ১৩ থা ১০ নুমিৎ ২০ নি)
ঙাইরিবা অঙাং অমনি!
অহুবু নহাক অসিনা,

অবাবা পিনবা ঐদি,
শিখিবা নত্রা নহাক্লা ?
নংগীদমক্লা বাবনা,
নমাগা ঐগা অনিদি,
মতম খরগী মমুংদা,
শিরগনি শোইদনদি।
মিনম্বা ভাংখিত্রি ঐহাক,
তৌখিত্রি জীবদি হিংসা,
বাগদবা থবকশিংদি,
কনাগুম্বগী মকমদা,
তৌখিবা লৈতে ঐহাক্লা,
নিংবা ফাওবা নিংশিংখিদে।
অহুবু করি মরম্মা,
অঙাং অসিনা ঐগীদি,
পিতৃকর্ম্ম তৌরমদনা,
চৎখ্রিবনো অশি-থোংদা ?
লৈবাক অসিদা শ্রীরামগী,
শিবসি মতৌ অমুম্মা,
উবা ফংদে মমাংভৈদা,
তাবা ফাওবসু তাখিদে।
শ্রীরাম্মা পানবা লৈবাক্তা,
শিবা অসিদি অঙাংনা,
পাপ থরা শ্রীরাম মশাদা,
লৈরম্বা তাই শোইদনদি,

চিংনফম থোক্লে মসিদা।
অতোপ্পা নিংথৌগী লমদা,
শিবদি অঙাং ওইবনা,
লৈতে থোইনদি অকাইবা।
অহু ওইরবা ফাওবদা,
অঙাং অসিদি শিরিবা,
হিংগৎহনবিয়ু ইবুঙ্ঙো।
হায়জবসি তৌবিদ্রবা,
নুপিগা ঐগা লোইননা,
কনা লৈজদ্রবগুম্না,
থাজরগে থরাই অসি।
পুবিহৌরো পাপ অহুদি,
ব্রাহ্মন হাৎপগী ইবুঙ্ঙো।
ইবুঙ্ঙো নংগী লৈবাক্তা,
লৈবনি ঐখোই মুংঙাইনা,
মরম অসিনা হে নিংথৌ !
নহাক অমদি ননাওশিং,
পুম্নিরো মতম শাংনদি।
নখাদা লৈবা ঐখোইনা,
থেংনরি ইতত্তুনা,
দবাদি অঙাং শিবগী,
ফংলি মহুগী মৈচাক্তি।
ইচাশিং মথোইগীদমক,
শিগে থল্লে ঐখোই ফাওবা

মরম অদুনা ইবুঙ্গো।
লৈবাক অসিদা নংগীদি,
ঐখোই পুম্নমক অমত্তা,
লৈত্রে মুংঙাইবা কৌবদি।
পুকচেল চাউবা ইক্ষ্বাকুগী,
নংগুম্না নিংথৌ অমনা,
পাল্লিবা লৈবাক অসিদা,
থোক্লে মপ পান্দবগুম,
মরম অদুনা ইবুঙ্গো,
মনুং মতমদি চাদনা,
শিবনি ঐগী অঙাংনা।
লৈবাক প্রজাগী রাম্লেন্দা,
নিংথৌনা তৌবা মরালনা,
অরাবা ফংঙি প্রজাদা,
নিংথৌনা লমচৎ চুনদ্রগা,
মতম চাদনা প্রজাশিং,
চংখি অশিবা থম্নাক্তা।
থুঙংদা সহ্নরদা লৈবা,
অথাপ্পা লরাই-থরাইদা,
প্রজাশিং মখোই থরনা,
তৌরবদি পাপকী থবক,
অরাবা ওই প্রজাশিংনা।

অদুগুম্না অরানবদু,
থিংহৌদ্রবদি নিংথৌনা,
লৈবাক প্রজা পুম্নমক্না,
কিনৈ শিগদ্রা হায়নদি,
মনুং মতমদি চাদনা।

মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মন্না,
অরাবা মৈচাক পুঙমদা,
কপচখি তেংথা-নাওইনা,
রাকৎচখি হন্না হন্না,
মফমদদি শ্রীরামচন্দ্র।

মতুং অদুদা ব্রাহ্মন্না,
চেক্লেৎ কোনশিনখি মথাদা,
অশিবা মচা অদুদি।

মপাঃ অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৭৩শুবা সর্গ : লোইরে।

# শ্রীরাম

## উত্তর কাণ্ড

### ৭৪শুবা সর্গঃ

( নারদ লাক্লুনা শ্রীরামগী মফমদা পুত্র লাইথিংবগী মরমদা বা হায়বা । )

মচা কাইনবা মৈচাক্না,
তেংথা-নাওইনা ব্রাহ্মন্না,
কপ্লকপা অদু ওন্থোইনা,
উবা ফংথি শ্রীরামনদি ।
মুংঙাইখিদবনা শ্রীরাম,
হৌগংথি ফমুন্দগী ।
রাথলদি ঙাইহাক তৌরগা,
কৌহনখি বশিষ্ঠ মুনি,
পাত্র-মন্ত্রীশিং পুম্নমক,
লোইননা মাগী মনাওশিং ।
বশিষ্ঠ মহামুনিনা,
মার্কণ্ডেয়, মৌদগল্য,
বামদেব, কাশ্যপ, কাত্যায়ন,
জাবালি, গৌতম, নারদ,
মখোই নিপালগা লোইননা,
চংলক্লুনা শ্রীরাম নাক্তা,
মঙ্গলদি পিখি হরাওনা ।
মথুং লোমদুনা শ্রীরাম,
থুরমজখি ব্রাহ্মনশিংদা ।
হায়জখি লেংশিনলিনবা,
লৈরিবা আসনশিংদুদা ।
মতুংদা পাত্র-মন্ত্রিশিং,
মখোই পুম্নমক মফমদা,
পিখি য়াথং ফমুনবা,
মখোই মখোইগী ফমফমদা ।
ফমুরলদা মন্নাম্না,
হারি লিদুনা শ্রীরাম্না,
তাহনখি ব্রাহ্মনগী খোদোক
হৌজিকমক ব্রাহ্মন অদুনা,
কপ্লা লৈরি সনখোংদা,
ঙাইদুনা ঐহাকী বাদি ।
খোইনা হায়বা শ্রীরামগী,

তাবদা বাকম অছুদি,
ময়াম পুম্নমক মমাংদা,
হায়রকই নারদ ঋষিনা।
হে শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙো।
অতাং অতুনা ব্রাহ্মনগী
মরম অদুদি শিবগী,
তাবিয় ঐহাক হায়রজগে।
হারগা ঐনা হায়জবা,
পোবয়ু তৌফম থোকপদি।
সত্য যুগকী মতমদদি,
ব্রাহ্মনতনা মাই লাইনিংবা।
হায়রিবা মতম অসিদা,
ব্রাহ্মন নত্তনা অতৈনা,
য়ারগদে তৌবা তপস্যা।
মতমসিদা সত্য যুগকী,
শক্তিনা তপস্যাগী,
লেখি মৈশুম্না ভাম্নদি।
খ্বাইগী মকোক্কি ব্রাহ্মনা,
মরমসিনা যুগ অত্থুদা,
মীওইবশিং পুম্নমক্না,
খংবা ঙম্মি মতম অদুম,
শিবত্ত মতম চাদনা,
য়াওরমদে কনা অমত্তা।
সত্য যুগনা লোইরকপদা,
মাংখি স্বভাবত্ত ব্রাহ্মনগী,
হৌখি চংলকপা ত্রেতাযুগ।
হৌনা মতম অসিদগী,
শুহাখ মকোক ক্ষেত্রিশিংনা,
তৌখি মখোংনা তপস্যা।
তপ তৌবনা সত্য যুগতা,
থংখিবা মহৈ অদুনা,
তপস্যা তৌনা ত্রেতাদা,
ফংবা মহৈ অতুদগী,
হেনখি খোইদোক হেন্দোক্লদি।
সত্য ত্রেতা যুগ অনিবা,
সত্তাদা ব্রাহ্মন মকোক্কি,
তপস্যা অমত্থং বাথা,
লেপে ক্ষেত্রি মচাগীদি,
অদুবু ত্রেতা যুগতদি,
ব্রাহ্মন ক্ষেত্রি অনিমক্না,
লেখি শক্তি মাননদি।
অদু ওইরবা ফাওবদা,
মরক্তা ব্রাহ্মন ক্ষেত্রিগী,
ব্রাহ্মনগী ক্ষেত্রিশিংনা,
হেনাখ শক্তি তপস্যাগী।
ঊবদা মতৌ অসিদি,
মপুনচিংবা লাইশিংনা,
মপুক্কিং অমত্তা ওইনা,

চংহনখি বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম
মতম অসি ত্রেতাযুগকী,
লাক্লবদা পাপকী শরুক,
মখোং অমা অধর্ম্মগী,
থাদখি পৃথি মথক্তা।
মরমসিনা মী পুম্নমক,
মাইকৈরোমদা অধর্ম্মগী,
চংনখি মপুক্লিং অহ্নু,
মাংখি শক্তি পুম্নমক্তি।
সত্য যুগতা লৈবশিংনা,
থবক্তি লৌউশিংউবা,
পোক্লকপা রজোগুনদগী,
থাদোক্লখি মতমদুদা।
মতুং ত্রেতাযুগ চংবদা
তৌনবা হৌখি থবকসি,
মখোং অমা অধর্ম্মগী,
তাখি কেন্না পৃথি থক্তা।
অসত্য মশক ওইরবী,
মখোংদি নাম্মা অসিনা,
লৈরবদা পৃথি থক্তা,
অধর্ম্ম ত্রেতা যুগসিদা,
পুন্সি অহু সত্য যুগকী,
ভমখিদে য়ৌনা পুন্সিবা
অধর্ম্মদি ওইনবগী,
মিনম্বা মখোং অমনা,
তাক্করবসু পৃথিদা,
জীব পুম্নমক অসিনা,
মখোং তাখিনি মপুন্সি,
কিখিবনা খনবদগী,
মমাই ওনশিন্না ধর্ম্মদা,
তৌখি দান যজ্ঞনচিংবা,
লৈনখি মপুক্লিং লুপ্না,
পুন্য কর্ম্মগী থবক্তা।
ত্রেতা যুগ মতমদা লৈবা,
ব্রাহ্মন ক্ষেত্রি পুম্নমক্না,
তৌদুনা যজ্ঞনচিংবা,
শেংদোক্লগা মপুক্লিংদি,
লৈজখি তপসা তৌনা।
বৈশ্য শূদ্র অনিমক্তা,
ব্রাহ্মন ক্ষেত্রি অনিমক্কী,
সেবাদা মপুক্লিং চংনা,
লৈজখি ধর্ম্মদি তান্না।
থবক্লা সেবা তৌবগী,
বৈশ্য শূদ্র অনিমক্কী,
ধর্ম্মনি খ্বাইদগী হেনবা।
ব্রাহ্মন-ক্ষেত্রি-বৈশ্য অহুম,
সেবা তৌরগা শূদ্রনা,
ফংজখি অথোইবা গতি,
ধর্ম্মনি মসি মখোইগী।
লোইরবদা ত্রেতাযুগনা,

বৈশ্য শূদ্র অনিমক্তা,
পান্নক্কনি অধর্ম্মদি,
ব্রাহ্মন-ক্ষেত্রি অনিগীনা,
মাংথরক্কনি চাউখংপা।
মতমত্তুদা অধর্ম্মগী,
মাংখিত্তুনা মখোং অনি,
তাখিগনি পৃথি থক্তা,
কৌগনি মতমত্তু দ্বাপুর।
দ্বাপুরগী যুগ অসিদদি,
ধর্ম্মগী মখোং অনিদি,
মাংখিবা মরম অত্তুনা
ওইদবা চুমদবা ডাক্তা,
লাক্লগনি মথং-মনাও।
বৈশ্যশিংনা দ্বাপুর যুগতা,
তৌনি তপস্যাগী থবক।
সত্য যুগতা ব্রাহ্মনশিংগী,
ত্রেতা যুগতা ক্ষেত্রিশিংগী,
দ্বাপুর যুগতা বৈশ্যশিংগী,
অধিকারনি তপস্যাগী।
সত্য, ত্রেতা, দ্বাপুর যুগতা,
ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রি, বৈশ্যশিংগী,
অধিকারদি তপস্যাগী
লৈবগুম্মা মথং-মনাও,
অধিকারদি তপস্যাগী,

লৈখিদে শূদ্রশিংগীদি,
হায়রিবা যুগ অহুমসিদা।
লাকখিগনি মতম অমা,
অতোনবা বর্নগী মীনা,
অকনবা তপস্যা তৌবা।
কলি যুগনা চংলক্লগা,
মত্তুদা পোক্লক্কদবা,
মচাশিংত্তুনা শূদ্রগী,
তৌরক্কনি তপস্যাদি।
দ্বাপুর যুগ অত্তু ফাওবদা,
শূদ্রগী জাতি অত্তুনা,
তৌরবদি তপস্যাসি,
পাপ অমনি থোইনা চাউবা
অত্তুবু ত্রেতা যুগসিদা,
কনাগুম্বা তমথিরবা,
শূদ্র জাতি অমনদি,
লৈবাক অসিগী চিদাইদা,
তৌরি অকনবা তপস্যা।
মরম অসিনা হে নিংথৌ!
মচাদি ব্রাহ্মন অসিগী,
শিবনি মতম চাদনা।
ফত্তবা কনাগুম্বনা,
নিংথৌগী লৈবাক অমদা,
নত্রগা খুঙ্গং অমদা,

নত্তবা থবক তৌরবা,
অধর্ম্ম শাজং চংলবা,
ৈলবাক অতু খুঙ্গং অতু,
মমাই ওন্থোকখি লক্ষ্মীনা,
নরক্তা ভাই নিংথৌ অতু,
চিংনফম থোক্লে মসিদা,
ধম্ম মাগী মতুং ইন্না,
তৌরবদি প্রজা শাসন,
নিংথৌনা প্রজানা তৌবা,
অকবা থবকা মহৈ,
ফংডি শরুক তরুক অতু।

পুন্য তৌবগী মহৈদি,
তরাগী তরুক ফংলগা,
করিগীদমক নিংথৌনা,
ভাক্লিংদবগে প্রজাদি ?
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
থিরগা য়ায়া চেকশিন্না,
চুমথোকপিয়ু অশোইবসি।
য়াইফগনি প্রজা মরাম,
হবুঙেঙা নহাক নশাস্র,
ওইগনি পুন্সি-মুংশাংবা,
হিংগনি অভাং অসিন্থু।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৭৬শুবা সর্গ: লোইরে।

শ্রীরাম

"উত্তর কাণ্ড"

৭৫ শুবা সর্গঃ

( পুষ্পক দোলাই তোংদুনা শ্রীরামনা তপস্বী থিবা, মমৈদ মথা মাইকৈদা থেংনবা। )

তাবদা নারদ মরা,
য়াম্না হরাওনা শ্রীরাম্না,
হায়রকই লক্ষ্মন মফমদা।
ইবুঙেঙা লক্ষ্মন অকনবা।
থেমজিল্লগা ব্রাহ্মন অদু,
থনম্মু কোম্নুং মনুংদা,
অশিবা মশা মচাগী,
থাদদুনা থম্মু থাওদা ;
তেক্ক–কাইদনা লৈনবা,
অশিবা মশা অঙাংগী,
থম্মু কনা শোকহন্দনা,
থোইদোক হেন্দোক্লা চেকশিন্না
মতৌ অদুন্না শ্রীরাম্না,
অশিবা অঙাংগী মশা,
শিন্নখি লক্ষ্মন মফমদা,
পাওতাক পিনা হন্না হন্না।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
নিংশিংলকই পুষ্পক দোলাই
লাক্লবা থুদক অদুদা।
ফংবদা শ্রীরামগী ইঙ্গিৎ,
মিৎকুপ্তা পুষ্পক দোলাইদি,
পাইরকখি শ্রীরাম মনাক্তা।
য়ৌরকপগা পুষ্পক দোলাই,
খুরমজরগা শ্রীরামদা,
হায়জরকই নোংক্রদি,
খুন্না থাগী ননাই ঐনি,
লাকচরে থৌগলগীদমক,
তাকপিয়ু অপাম্বা অদু।
তারগা দোলাই মবাদি,
রামচন্দ্র ইবুঙেঙানা,

খুরম্নগা মুনি ময়াম,
কাখৎখি দোলাই মথক্লো।

তেন্না থনবা তেন্দোং অনি,
লিরুং অমদি থাংশাংবু,
ছাপকত্তুনা দোলাইথক্লা,
শিন্নরম্মগা অযোধ্যা,
ভরত অমসুং লক্ষ্মন্দা,
নোংচুপ মাইকৈদদি শ্রীরাম,
চৎখি যাত্রাদি তৌহুনা,
থিনবা শূদ্র লাইনিংবা।

থিরকপনা নোংচুপ্পগী,
হিমালয় চাংনা কোল্লিবা,
য়ৌখি অরাংগী মাইকৈদি।

পাপ তৌবা কনা অমতা,
থেংনদ্রবদা শ্রীরাম্না,
যাত্রাদি তৌখি নোংপোক্লা,
কোইথি থিথি মফম খুদিং।

নোংপোক্কী মাইকৈ অসিদা,
মফম খুদিং হন্না হন্না,
য়েংলকপদা দোলাইদগী,
উবা ফংদে পাপ্পীমতা।

মথা মাইকৈদি ভমহুনা,
লাকপদা শ্রীরামচন্দ্রনা,

অরাংবা শৈবল চীংদদি,
পুক্লিং হুনদি ফজবা,
লৈরিবহু পুখ্রি অমা
উবা ফংখি দোলাইদগী।

মপান্দা পুখ্রি অহুগী,
তপস্বী অমা অরাংবা,
লৈবদি তপস্যা তৌনা,
উবদি ফংখি শ্রীরাম্না।

কুমথহুনা দোলাইদগী,
চংশ্রগা তপস্বী নাক্তা,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
মঙ্গল ওইয়ু হে লাইনিংবা!

দশরথ মচানি ঐদি,
কৌই ইমিংনা রামচন্দ্র,
হংবনি খংনিংবদগী,
পোকপগে করি জাতদি?

অতোপ্পা কনাগুম্বনা,
তৌভমদ্রবা তপস্যাদি,
তৌবিরি ইরাই লাইনাদি,
ইবুঙ্গো নংগী অপাম্বা,
করি লৈহুনা তৌবনো?

তাকপিয়ু মহু ঐঙোন্দা।

তপস্বী নহাক ব্রাহ্মনলা?
নত্রগা ক্ষেত্রি মচারা?

অহু নত্রগা বৈশ্যরা ?
অহু ইনং নত্রগনা,
শূদ্রগী জাতুদি পোকপ্রা ?
হায়বিয়ু অচুম্বা অহুগী ।
ওইগনি অফবা নংগী ।

তাবদা শ্রীরামগী ৱাহং,
লাইনিংবা নুপা অহুনা,
মহাক্কী অশেংবা জাতি,
মহাক্কী অপাম্বা মরম,
হায়জখি তশেংবা অহু,
মফমদা শ্রীরামচন্দ্রগী ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৭৫তবা সর্গ: লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৭৬শুবা সর্গঃ

( শ্রীরামনা শম্বুক হাৎপা, লাইশিংনা শ্রীরামবু থাগৎপা, অগস্ত্য মফমদগী শ্রীরামনা ফিরোল ফংবা। )

তাবদা শ্রীরামগী বাহং,
মাই লুরুবা তপস্বীনা,
পিরকই পাওখুম শ্রীরামদা।
ঐহাক অসিদি ইবুঙেঙা,
পোকপনি শূদ্রগী জাত্তো।
স্বর্গ চংনা কানিংবনা,
নিংজরিবনি লাই ওইগে।
মরম অসিদি লৈবনা,
তৌরিবনি তপস্যাদি।
মিনম্বা নত্তে ইবুঙেঙা,
তৌনিংবদগী স্বর্গ জয়,
তৌখিবনি তপস্যাসি।
শূদ্রগী জাত্তদি পোকপা,
শম্বুক কৌবনি ঐহাক্তি,
পিরবনি বাহং পাওখুম।

মবা তাবদা শম্বুকী,
থাংশাংদি শৎখি শ্রীরামনা,
ককথৎখি মঙক শম্বুকী।
হাৎখিবা উবদা শম্বুক,
ইন্দ্র, অগ্নি, বায়ু, ব্রহ্মা,
লাইয়াম পুম্নমক অসিনা,
'সাধু সাধু'দি হায়দুনা,
থাগৎখি শ্রীরাম মফমদা।
লাইয়াম পুম্নমক অদুনা,
চাইথখি নিংথিবা লৈশিং,
মথক্তা শ্রীরামচন্দ্রগী।
নুংশিবা লৈগী মনয়া,
পাইখি মাইকৈ তরা শিন্না।
পেল্লদুনা লাইয়ামশিংনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা,

থবক অতু লাইগী ওইবা.
পাংথোক্লে ইবুঙেঙা নংনা।
শিরবস্থ শূদ্রসিনা,
নথক্রা ইবুঙেঙো নংগী.
ওইররোই স্বর্গ ফংবদি,
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
বর নিয়্ নংনা অপাম্বা।
তাবদা রাদি লাইশিংগী.
মথুৎ লোম্লনা শ্রীরাম্না,
হায়জরকই ইন্দ্র য়েংনা।
চানবিরবদি লাইশিংনা,
অঙাং অহুদি অশিবা,
হিংহনবিয়্ অমুক হন্না,
অসিতনি পামজবা বর।
মচাদি ব্রাহ্মন অতুগী,
শিখিবনি অঙাং ওইনা,
দোষ অতুনা ঐহাক্তদি।
'হিংহনগনি নংগী নচা',
অসুম হায়না ঐহাক্তদি,
রাশকপ্রে ব্রাহ্মন মফমদা,
মরম অসিনা লাইয়াম্না,
হিংহনবিয়্ ব্রাহ্মন মচা।
কাইহনবিনু ঐগী রাশক,
ওইবিয়্ মঙ্গল লাইশিংগী।

তাবদা রাম্না হায়জবা,
থোইনা পেন্দুনা লাইশিংনা,
হায়রকই নোক্ল নোক্লদি।
ইবুঙেঙা রঘুমনি রাম!
অঙাং অহুদি হায়রিবা,
হিংগৎপ্রবনি হায়না,
রাকরনু মাগীদমক।
লাইনিংবা শূদ্র অতুনা,
শিখিবদি হেক শূদক্লা,
হিংপ্রবনি অঙাং অতু।
মঙ্গলদি ওইয়্ ইবুঙেঙা!
হল্লগে ঐখোই নুংঙাইনা,
দর্শন তৌরুগে অগস্ত্য,
খন্নরি লাইয়াম ঐখোইনা।
তেজ লৈরবা মুনিসিনা
ইশিং থক্লা দিক্ষা তৌনা,
লৈখি চহি তরানিথোই,
তৌনা অকনবা তপস্যা!
হৌজিক মতম অসিদদি,
লোইপ্রে মাগীদি তপস্যা।
মরম অতুনা ইবুঙেঙা,
দর্শন তৌরুনবা মুনি,
চৎকে নিংবনি ঐখোইনা।
মহামুনি অগস্ত্যদি,

দর্শন তৌরু ইবুঙেঙাম্ন।
'ফরে মদু ওরসন্ন'.
অসুম্না হায়রগা শ্রীরাম,
লাইগী য়াথং ঙাকপা ওইনা,
কাখৎখি পুস্পক দোলাইদা।

লাইশিং পুম্নমক অদুনা.
দোলাই তোংনা মাগী মাগী,
চংশ্রবা মতুং অদুদা,
চংখি মতুংইন্না শ্রীরাম।

উবদা লাইশিংনা লাকপা,
ওকচরগা হরাও হরাও,
তৌজখি পূজা নিংথিনা,
অগস্ত্য মহামুনিনা।

পূজা লৌরবা মতুংদা,
লাইশিং পুম্নমক অদুনা,
থাগৎখি মহামুনিদি।

মতুং অসিদা লাইয়াম্না,
থোইনা মপুক্কিং হরাওনা,
হৃম্নখি স্বর্গ তম্নদি।

চংশ্রবদা লাইয়ামশিংনা,
কুমথরগা দোলাইদগী,
মুনি মফমদা শ্রীরাম্না,
খুম্নমজখি চংশিন্দুনা।
মহামুনি অগস্ত্যনা,

হরাওনা ওক্লগা য়ামদি,
ফমহনখি আসন অমদা।
মতম অসিদা শ্রীরাম্না,
ওইজরগা অতিথিদি,
ফমজখি আসন অদুদা।

ফমশ্রবদা শ্রীরামচন্দ্র,
হায়রকই মহামুনিনা.
য়াইফরিদনা ইবুঙেঙা ?
ঐহাক্কৌ লাইবক ফবনা,
আশ্রম অসিদা ঐগীদি,
খোংদাবিরক্লে ইবুঙেঙা।

ইবুঙেঙা নংগী গুণতনা,
চিংশিন্দুনা ঐহাক অসি,
নিংহল্লি মতম চুপ্পদা।
লাইয়ুমদা ঐগী থম্মোইগী,
লাৎচরি নংগী মুর্ত্তিদি।

মথক্তা পুম্নমকসিগী,
লাকপনা অতিথি ওইনা,
থোইনা হেন্না অমুক্কাদ,
নিংজরি 'ইবুঙেঙা নংবু।

তমখি লাইশিংনা ঐভোন্দা,
অধর্ম্মনা মাগী ওইবা,
শম্বুক কৌবা শূদ্রদুবু,
হাৎলগা ইবুঙেঙা নংমা,

অশিবা ব্রাহ্মন মচাদি,
অমুক তিংগৎহনথি হায়না।
ঙসি অহিংশি ইবুঙেঙা,
লৈবিরো ঐগী আশ্রমদা।
পুস্পক তোংলা হয়েং অয়ুক,
লেংবিখো অযোধ্যাদদি।
নংদি সনাতন পুরুষনি,
মপানি জগৎ পুম্নগী,
নারায়ণ মক্তি নহাক্তি।
বিশ্বকর্ম্মানা শেমখিবা,
নিংথিবা ফিজোন লাইগীদি,
লৈরিবা অসি অসিদা,
কয়াগী মতিক ফজবা।
দান ওইনদি ফংলকপা পোৎ,
তৌবদি অমুক দান ওইনা,
অতোপ্পা মতিক চাবদা,
হায়নৈ মহে চাউই হায়না।
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
দানসি লৌরবদি নংনা,
ওইগনি অপেনবা ঐগী।
ফিরোনদি শেৎ-চানবা,
শেৎলবদি ইবুঙেঙানা,
ফজগনি থোইনা হেন্না,
মরমদি শ্রীরাম নংতনা,
কনবা ওহনি লাইশিংদি।

কৎচগে ফিজোনশিং অসি,
দান ওইনদি ইবুঙেঙাদা.
লৌবিয় নিয়ম চুম্নদি।
তাবদা মুনিগী বাদি,
বাখল চাউরবা শ্রীরাম্না,
ক্ষেত্রি ধর্ম্মগী মরমদা,
খন্নগা থোইনা মুন্নদি,
হায়রকই মহা মুনিদা।
দান লৌবা হায়বা অসিদি,
দোষ লৈ ব্রাহ্মন ফাওবদসু
অমুক হেন্না ক্ষেত্রিদনা,
চাউফম থোক্কনি দোষ অসি,
মরম অসিনা ঐহাক্না,
ক্ষেত্রি অমসু ওইরগা,
করম লৌগনি দান অসি?
ওইরবসু মওং অমা,
দানসিদি ব্রাহ্মন্না পিবা,
মতৌ করম্না ঐখোইনা,
লৌবা য়াবা মওং অদু,
তাকপিয়ু ইবুঙেঙা নংনা।
অর্থদি লৈনা ভাংলকপা,
তাবদা শ্রীরামগী বাঙাং,
হায়রকই মহামুনিনা।
সত্যযুগকী তাজিন্দদি,
জীব পুম্নমক অসিনা,

ওইবনা ব্রহ্মাগী মশক,
লৈরমদে নিংথৌ প্রজাগী,
অতুব লাইগী মরক্তা,
শতক্রতু ইন্দ্রতনা,
লৈরম্মী নিংথৌ ওইনদি।
মতমতুদা প্রজাশিংনা,
চংখিত্নদা ব্রহ্মা নাক্তা,
হায়জখি মখুং লোম্বনা,
লাইশিং মখোই পুম্নমক্তা,
হান্নিরে নিংথৌ ইন্দ্রদি,
লাইগীদি লাই ইবুঙেঙানা।
মরম অতুনা ইবুঙেঙা,
ননাই ঐখোইগী মরক্তা,
মীখোই মীহেনবা অমদি,
হাপ্লিয়ু নিংথৌ ওইনদি;
মহাক অতুবু ঐখোইনা,
পূজা তৌরগা নিংথিনা,
ইংনদি লৈজগে ঐখোই।
করিগুম্বা মওংদসু,
লৈবা ঙমজরোই ঐখোইনা,
লৈবাক্তা নিংথৌ পান্দবা,
মসিদি ননাই ঐখোইগী,
পুক্লিংনি অরেপ্পা অতু।
মতম অসিদা ব্রহ্মানা,
ইন্দ্রনচিংবা লোকপালশিং,

কৌরগা মখোই পুম্নমক,
হায়রকই মখোই স্নেংনদি।
লাইশিং নখোই পুম্নমক্তা,
তেজদগী নখোই নখোইগী,
খাইথো শরুক খরা খরা।
য়াথং ফংবদা ব্রহ্মাগী,
লোকপাল পুম্নমক অতুনা,
খাইখি শরুক খরা খরা,
তেজদগী মখোই মখোইগী।
মতম অসিদা ব্রহ্মানা,
হাকথি খনখি খংহৌদনা।
হাকথি খনবদা ব্রহ্মানা,
খুদক্তা পোকখি ক্ষুপ নিংথৌ
মতৌ অতুদি উবদা,
হায়রিবা নিংথৌ অসিদা,
তেজশিংদি লোকপালশিংতুগী,
হাপ্লিখি শরুক পুম্নমক,
প্রজাপতি ইবুঙেঙানা।
মতুংদা প্রজা ঙাক্নবা,
পিখি ক্ষুপ্তা নিংথৌ খুভম।
মতমসিদা ক্ষুপ নিংথৌনা,
তেজ শরুক্তা ইন্দ্রগীদি,
শাসন্দি তৌখি পৃথিবী।
শরুকদি বরুনগী তেজ,
প্রজাগী মশা ফনবা,

শত্রুক অচুনা যমগীদি,
অচুম-অরান্দা প্রজাগী,
শিজিন্নখি ক্ষ্ুপ নিংথৌনা।
নিংথৌনি নংস্তু ইবুংঙো,
তেজশিংদি লোকপালশিংচুগী,
লৈরিবনি নঙোন্দস্তু।
ইবুঙো নফমদা লৈবা,
শত্রুক্তুনা ইন্দ্রগী তেজ,
লৌবিয়ু ফিজোল অসিদি।
ওইবিয়ু মঙ্গল ইবুংঙো,
থুংহল্লু ঐগী নিংজবা।
মুনিগী বাঙাং নিংথিবা,
তাবদা শ্রীরামচন্দ্রনা,
নিংথিবা ফিজোল অচুদি,
লৌজখি হরাও হরাওনা।

মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
হৌরকফমদি ফিজোনসিগী,
খংনিংবনা খোইরাংচুনা,
হংজখি মুনি মফমদা।
অঙকপগী মশক ওইবা,
ফিজোলশিংদি লাইগী ওইবা,
ফংখিবগে মতৌ করম?
রুনাশুগ্বনা নত্রগা,
অতৈ মফম অমদগী,
পিরকপ্রা মহামুনিদা?
উবদা রামগী খোইরাংবা,
হায়রকই মহামুনিনা।
রারি অসিদি ইবুঙো,
থোকখিবনি ত্রেতাযুগতা,
লিগে তাবিয়ু নিংথিনা।

মতাং অসিদা, উত্তর কাণ্ডগী ৭৬ শুবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৭৭শুবা সর্গঃ

( অগস্ত্য মহামুনিনা শিপ্রবা মীনা অশিবা মশা অত্ত চাবগী বারি লিবা

অগস্ত্য মহামুনিনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা,
থাইনা ত্রেতা যুগ তাজিন্দা।
যোজন্দি চাম চামনা।
মরাক ময়ুং ওইরিবা,
অকিবা ফংনা চাউথ্রবা।
লৈরম্মী বন অমথক্তি।
শা-উচেকশিং অমত্তদি,
লৈত্তে বনসিগী মন্নুংদা।
মী-শা-উচেকপিং উদ্রবা,
চাউথ্রবা বনগী মন্নুংদা,
তপস্যা তৌনা অকনবা,
লৈখি ঐনা মতম খরা।
তপস্যা মন্নুং অসিদা,
নোংমা ঐনা কোইনিংহুনা।
মাইকৈ মরিদা বনসিগী।

চৎলম্মী দৃশ্য য়েংনদি।
অত্তুবু বনগী ফজব,
হৈ-লৈগী মনম নুংশিবা,
করিগুম্বা অমত্তদি,
থেংনখিদে মফমসিদা।
ময়াইদদি বন অসিগী,
কাঙঙ-ভান্নু থঙ্গোংশিংনা,
চাক্লাফম ওইনদি লৈবা।
যোজন চাম্নদি কোইবা,
উবা ফংখি পুখ্রি অমা।
থন্না হৌরি থরো থম্বাল।
হাপ্নরিবা পুখ্রি অসিদা।
কংদি লৈত্তে অমত্তদি।
অঙকপা মশক ফংলবা।
পুখ্রিনি খনখি ঐহাক্না,
ইশিংদি লুই মহাও লৈনা।

লৈখোম-লৈনাং চেনবা উদে,
অদুবু লাম্থোক লানশিন্দি৹
থাজদে তৌবা ঙমগনি ।
নিংথিজবা উচেকশিংদি,
পাইরি পুথ্রি অকোইবদা ।

মনাক্তা পুথ্রি অসিগী,
আশ্রম অমথক থাইনগী,
উবা ফংখি ঐহাক্নদি৹
অদুবু আশ্রম অদুদা,
লৈতে তপস্বী অমতা ।

আশ্রম অদুদা ঐহাক্না৹
লেপ্লগা কালেনগী অহিং,
হৌগৎত্তুনা অয়ুক ঙন্তা,
স্নানদি তৌগে চৎপদা৹
থোইনা নোই-পেম্না চাউরবা৹
অসিবা হকচাং অমদি৹
তাওত্থনা লৈরম্বা অদু৹
উবদি ফংখি ঐহাক্না ।

শিনা তাউরিবা হকচাংগী৹
ফজবা মতৌ অদুদি,
করিদি হায়না শিংথানি,
নাইদে য়েংবগী পেনবদি ।

হে রঘুনন্দন ইবুঙঙো!
চিংনথুনা মতৌসিদা,
রাখনদি তৌনা ঐহাক্না৹
লেপ্তুনা পুথ্রি মপান্দা৹
লৈখি মঙমদি খরদং ।

মতুংদা ঙাইহাক লৈরগা৹
থোইদোক্না অঙকপা ওইবা,
কাঙডশিংনা চিংবা দোলাই,
পুক্লিং হুনা ফজরবা৹
পুক্লিংগা মাননা য়াংবা৹
উবদি ফংখি পাইরকপা ।

মনুংদা দোলাই অদুগী,
মী অমা স্বর্গগী ওইবা,
মশক মতৌ ফজরবী৹
জগোই শাবি ময়াম্না৹
কোইনদি থৌগল তৌদুনা,
লৈরিবা অদু ঐহাক্না৹
উবদি ফংখি তরংনা ।

কনানা জগোই শারি৹
কনানা ইশৈদি শক্লি৹
পুংদি য়ৈবা যন্ত্রথোংবা,
ময়াম পুম্নমক অদুনা৹
পুম্নিন্দি নিল্লি দোলাইদু ।

জগোই শাবিদি খরনা৹
থৌগল তৌরি চামরহুম্না ।

মরুমদগী মেরুচীংগী,

থোরকপগুম নুমিৎনদ্রিং
মীওই অসিদি স্বর্গগী,
কুমথরকখি দোলাইদগী।
মতুং অসিদা মহাক্না,
হকচাং অহুদি অশিবা,
চাখোকখি ইমাংমক্তদা।
চানিংবা চারবা তুংদা,
মীওই অহুনা স্বর্গগী,
ইশিং অহুদা পুথ্রিগী,
শেংদোকখি মখুৎ-মশাদি।
শেংদোক্লগা মখুৎ-মশা,
মীওই অসিনা স্বর্গগী,
অমুক তোংতুনা দোলাইদা,
চংকে তৌবা মতমতুদা,
মাবু য়েংলগা ঐহাক্না,
হংখি খাম্লগা মহাকপু।
ইবুঙো হে লাইবক ফবা!

কনানো নহাক অসিবু?
করি মরমদি নৈবনা,
অমুক হঙোইরবা শাক্তং,
থবক্তি মীশা চৎবগী,
পাম্লিবনো ইবুঙোনা?
হায়য়ু মরমতু ঐঙোন্দা।
লাইগুম্না ফজবা নংনা,
চিঙাক অহুক তুকচবা,
করিগী পাম্লি চাবদি?
থংবদি পাম্মি মরমতু।
ইবুঙো রঘুমনি রাম!
মীশক অহুদা স্বর্গগী,
মতৌ অসুম্না ঐহাক্না,
হংখি বাহং কন্নামরুম।
তাবদা ঐগী বাহংদি,
মাগী থোকখিবা থৌদোক্তি,
লিথরকখি বারি ওইনা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১৭ শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৭৮ শুবা সর্গঃ

( নিংথৌ শ্বেতনা অগস্ত্য মহক্কী মপানা অশিবা মপা চাবা ৱারি লিবা। )

হায়রকই মুনিনা রামদা,
তাবদা ঐগী ৱাহংদি,
মীশক অহূনা স্বর্গগী,
হায়রকই মখুং লোয়দি।
মহর্ষিনা হায়বিরিবা,
হৌখিবা ৱারিদি ঐগী,
অরা-মুংঙাইবনা থনবা,
তাবিয়ু ঐহাক লিঙ্গগে।
থাইনা মমাংঙৈ মতমদা,
বিদর্ভ কৌবা লৈবাক্তা,
মরোল অহুমদি কাওরবা,
'সুদেব' কৌবা নিংথৌনা,
শাসন তৌরম্মী নিংথিনা।
ইপানি ঐগী নিংথৌসি।
রানী অনিনা মহাক্কী,
পোকখি মচা মুপা অনি,

শ্বেত কৌবনা ঐহাক্নি,
সুরথ কৌই ইনাওদি।
মখা পোনবনা মতমগী,
নোঙ্গাখি পাবুং নিংথৌদি।
পাত্র-মন্ত্রি পুম্নমক্না,
তৌবিখি ঐবু অভিষেক।
ফংলবদা নিংথৌ খুভম,
য়াম্না চেকশিন্না ঐহাক্না
শাসন তৌখি ধর্ম খোংনা,
তাম্নহুনা পাত্র-মন্ত্রি।
মতৌ অসুম্না ঐহাক্না,
মতুংদি ইম্না ধর্মগী,
তৌরকপদা লৈবাক শাসন,
হেন্দোকখি চহি লিশিংদি।
খংজবা অমা লৈবনা,
খংলবদা লাক্লে হায়রবা,

মতমদি ঐনা শিবগী,
লাইনিংগে হায়রতুনা বন্দা,
লাকখি ঐহাক মফমসিদা ।

মতম অতুদা ঐহাক্না,
শা-উচেকশিংদি লৈত্রবা,
অচিকপা মফম অসিদা,
তৌগেদি খনখি তপস্যা ।

ইনাও মুপা মুরথদা,
পিরম্গা নিংথৌ খুভম,
মনাক্তা পুখ্রি অসিগী,
লাইদি নিংখি মতম কুইনা ।

মমুংসিদা বন অসিগী,
চহিদি লিশিং অহুমথক,
তৌখি অকনবা তপস্যা ।

মহৈত্নুনা তপস্যাগী,
ফংজখি ঐনা ব্রহ্মলোক ।

অহুম ওইনমক মহর্ষি !

ফংলবস্তু ব্রহ্মলোক,
অরাম-খৌরাংবা ঐগীদি,
লৈখি কোকপদি ঙমদনা ।

ইন্দ্রি পুম্নমক ঐগীদি,
প্রোক প্রোক চাকখি খৌরাংবনা ।

মতম অসিদা ঐহাক্না,
মরোলদি অহুমগী মপু,
চংজরগা ব্রহ্মা নাক্তা,
অরাবা মরম ঐগীদি,
হায়জখি খুত্তি লোম্না ।

ননাই ঐহাক্না ভগবন !
অরাম-খৌরাংবা লৈত্রবা,
ফংলবদসু ব্রহ্মলোক,
করম্বা দোষদি লৈবনো,
অরাম-খৌরাংবা মৈনদি,
চাক্তুনা লৈরে ননাইদা ।

চানবিত্নুনা ননাইদদি,
অরাম-খৌরাংবা কোক্লবা,
তাকপিয়ু উপায় অদুদি !
তাবদা ঐনা হায়জবা,
হায়রকই প্রজা পতিনা
মুদেবগী মচা নুপা !

চত্নুনা নংনা মর্ত্তলোক,
শামতোং নংগী নশাগী,
চারুচো নুমিৎ খুদিংগী,
মতুনা চিঞ্জক্লি নংগী ।
ইবুঙো হে শ্বেত নিংথৌ !

তপস্যাতা তৌনা নংনা,
য়োকখি নহাক্কী নশাতা ।
পোত্তি দানগী মশক ওইবা,

তৌখিদে নংনা অমতা,
পৈশিন্দে পুন্য অমত,
জীব পিজ-পিথক তৌনা।
ইবুঙো নহাক অসিনা,
লাইশিং, পিতৃশিং, অতিথি,
মখোই পুম্নমক অসিদা,
তৌখিদে দান করিমতা,
তৌখি কম্না তপস্যাদা।
মরম অদুনা নহাক্কা,
ফংলবস্ত স্বর্গলোক্কি,
পোকপনি অরাম-খোরাংবা।
মরম অসিনা ইবুঙো!
নশাদি নংগী অনোইবা,
য়ায়া হাওনা অমৃতগুম,
ওইজরো পেনবা চারগা,
মতুনা কোকচো অরাম্বা।
মহামুনিদি অগস্ত্য,
য়োরক্কনি বন অসিদা,
কোক্কনি মতম অদুদা,
অরাবা অদু নহাক্কী!
মুনি অসিদি হায়রিবা,
লাইশিং ফাওবনা স্বর্গগী,
ইকাই খুম্নবা মুনিনি।
নহাক্কী অসিগুম্বদি,
করিদি লৈনি মাঙোন্দা।
ভগবন পিতামহগী,
ইন্দুনা মাগী য়াথংদি,
হঙ্গোইবা মশক ওইরবা,
লৈরি থবক অসি তৌনা।
চারগা ইশা অশিবা,
থোইদোক্লা পেনজে ঐহাক্কা
অদুবু থোইনা ঙকপদি,
অস্থক কুইনা চারকপদা,
পোকখিদে নুংঙাইতবদি,
লৈখিদে ইশা শোকপদি।
চিংনবা অমনা ঐনা,
কুম্ভ যোনিদা পোকপদি,
মুনি অগস্ত্য নত্তনা,
লাকপগী মফম অসিদা,
লৈতবনি শক্তি অদু,
মরম অসিনা নহাক্কা,
শোইদনা ওইনি অগস্ত্য।
মঙ্গল ওইয়ু মহামুনি,
ননাইগী ওইবা অরাবা,
কোকহনবিয়ু মহর্ষিনা।
লাইগী ওইবা ফিজোল অসি,
কৎচরি মহামুনিদা,
লৌবিয়ু চিংনদনদি।

মফমদা মহর্ষিশিদি,
কৎচরি ননাই ঐহাক্না,
সনা-লুপা, ফিরোল য়াওনা,
চান-থক্লবা ময়ামসি,
চিংনদনা পুক্লিংসিদা।
লৈজবা পুন্নমক ঐগী,
কৎচরবনি মুনিদা,
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
কোকহনবিরো অবাবদি,
য়েংবিরো থৌজাল মিৎয়েংদি,
তোল্লবা ননাই ঐঙোন্দা।
থম্মোই শোক্লবা মহাক্না (খতগী),
তাবদা বারি অহুদি,
পুংশিবা অমা য়াওনদি,
লৌরগা মাগী দান অহু,
কোকহনবিখি মাগী বাবা।
লৌবা মতমদা ফিরোলদি,
মাগী হানগী মশাদি,
মাংথোকাখ মফম খংদনা।
মাংখ্রবদা অশিবাদি,
য়াম্না পেনজাখ নিংথৌনা।
খুরুম্নগা ইখোং শোক্না,
চৎচখি হুরাও হুরাওনা,
তোংদুনা মাগী দোলাইদি।
হে শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙা!
খেতাদ কৌবা নিংথৌনা,
ফিজোলশিংদ লাইগী ওইবা,
পিরম্বনি ঐঙোন্দদি,
কোকহনবগী মাগী বাবা।

ম া, শিদা উত্তর কাণ্ডগী ৭৮ শুবা সর্গঃ লোইরে।

## শ্রীরাম

### "উত্তর কাণ্ড"

৭৯শুবা সর্গঃ

( ইক্ষ্বাকু মচা রাজা দণ্ডগী ৱারি। )

ৱারি অহু অগস্ত্যগী,
তাবদা শ্রীরামচন্দ্রনা,
য়াম্না ঙকপগা লোইননা,
হংজখি মুনি মফমদা।
বিদর্ভ নিংথৌ শ্বেতনা,
বনগীদি লাইনিংন লৈরগা,
মরম করিদি লৈবনা,
লৈত্রিবনো শা-উচেকশিং ?
নত্তনা পা-উচেকশিংদা,
তাইবং মী ফাওবা লৈত্রবা,
অহুগুম্বা বন অহুদা,
করিগী বিদর্ভ রাজনা,
পামলুবা তপস্যা তৌবা ?
খংজনিংঙি মরম অহু।
তাবদা শ্রীরামগী ৱাদি,
লিখি ৱারি অমুক হন্না,
মহামুনি অগস্ত্যনা,
মফমদা শ্রীরামচন্দ্রগী,
কোক্ৱা মাগী খোইরাংবা।
সত্যযুগ তাজিন্দা হে রাম!
দণ্ডধর মনুগী মচা,
ইক্ষ্বাকু কৌবা অমদি,
লৈরম্মী মতম অহুন্দা।
শাগৈ অসিগী মহাক্না,
মশক্তি চাউথোকচনিংঙাই।
মচা অসিবু মনুনা,
হাপ্লগা পৃথিগী নিংথৌ,
হারখি নিংথিবা বাহৈনা,
পৃথি অসিদা নহাক্না,
শন্দোকউ নিংথৌ শাগৈদি

স্নাথং ঙাক্তুনা মপাগী,
থুংহল্লবদা নিংবদি,
পেনবিরহুনা মন্নুনা,
হায়রকই মচা য়েংনদি।

ইপানা পেল্লে ইবুঙেঙা,
ঐহাক্না হায়বা পুন্নমক,
ঙমগনি নংনা পাংথোকপা,
চিংনবা লৈত্রে মসিদা।

তৌহুনা দণ্ডিনচিংবা,
তৌরুরো প্রজাগী পালন,
মরম চাদবা মক্ষমদা,
পিরুগনু দণ্ড অহু।

অরানবা তৌবা মীদদি,
লৈগনি দণ্ড মশানা।

মণ্ডং চুম্না শিজিন্নবা,
দণ্ড অহুনা নিংথৌদি,
পুখিগনি স্বর্গদদি।

মরম অসিনা "ইবুঙেঙা,
শিজিন্নফম দণ্ড মাগী,
শিজিন্নৌ মুম্না থল্লগা,
অহু ওইরবদি নংনা,
চাউথংলকনি ধর্ম্মদি।

মতৌ অস্নুম্না মন্নুনা,
মচা ইবুঙেঙা মক্ষমদা,
পিরগা পাওতাক কন্নাদি,
চংখি ব্রহ্মলোক তম্নদি।

মপা চংথ্রবা মতুংদা,
ধর্ম্ম লৈবা ইক্ষ্বাকুনা,
মচা মন্নামদি পোকনা,
রখল তৌখি মপুক্লিংদা।

যজ্ঞ, দান, ব্রত, তপস্যা,
তৌরকপদা নিয়ম চুম্না,
মচা চামদি লাইগুম্বা,
ফংখি ইক্ষ্বকু নিংথৌনা।

ইতোন তোনবা মচাহুদি,
ওইখি খ্বাইদগী অপংবা।

মহৈ হৈতে হায়বা ইন্দ্রে,
মান্নদে মন্নাম্বশিংগা।

ময়াম্বশিং পুন্নমক্কী,
তৌনিংদে সেবা অমত্তা,
মশক থংদে অহল-লমন।

অপংবা মচাগী থক্তা,
তারনি দণ্ড শোইদনা,
থংবদগী ইক্ষ্বাকুনা,
থোনখি মমিং 'দণ্ড' হায়না

অপংবা মচা অসিগী,
মত্তিক চাবা দেশ অমতং,
য়েংলকপদা ফংদ্রহুনা,

বিন্ধ্য অমসুং শৈবল,
চীংশাং অনিগী মরক্তা,
লৈরিবা লমদম অদুদি,
শেন্থীরগা নিংথিজনা,
হাপ্লীখি দণ্ডদি নিংথৌ ;
শাসন তৌবদা কোম্লবা,
অহল ওইবা পাত্র–মন্ত্রি,
লৌশিং শিংবদি পুম্নমক
থম্নীখি দণ্ড মনাক্তা।
পুক্নিং হুনা ফজরবা,
লমদম অসিদি চীংলকী,
শেমজখি নিংথৌ দণ্ডনা,
তাম্নহনা প্রজাশিংগা,
থোইনা হেন্নদি ফজনা :
মমিংদি লমদম অসিগী,

থোনখি মধুমন্ত হায়না।

শুক্রাচার্য্যদি অথোইবা,
বরিখি পুরোহিত ওইনা,
ইক্ষ্বাকু মচা দণ্ডনা।

স্বর্গ ফংবগুম ইন্দ্রনা,
মধুমন্তগী লমদমদা,
ফংজহনা নিংথৌ খুত্তম,
শাসন তৌজখি প্রজাশিং,
লোইননা শুক্রাচার্য্যগা,
থোইনা হেন্নদি নুংঙাইনা।

ইন্দ্র বৃহস্পতি পুন্না,
শাসন তৌবগুম স্বর্গদা
দণ্ড শুক্রাচার্য্য পুন্না,
শাসন তৌখি মধুমন্ত।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৭৯শুবা সর্গ: লোইরে

# শ্রীরাম

## 'উত্তর কাণ্ড'

### ৮০শুবা সর্গঃ

( নিংথৌ দণ্ডনা ভার্গবগী মচা হুনি নমহ্নুনা তিন্নবা। )

মহামনি অগস্ত্যনা,
মফমদা শ্রীরামচন্দ্রগী,
লিথরকই ৱারি অদু,
অমুক হন্না মথং মথং।
য়েক্লবা তিংখং লৈতনা,
অকনবা নিংথৌ দণ্ডনা,
শাসন তৌখি মতম কুইনা।
নোংমদি নিংথৌ দণ্ডনা,
নিংথিবা শক্তিবু থাগী,
পুক্লিং হুরবা মতমদা,
কোইরকখি আশ্রম য়েংবদি,
পুরোহিত শুক্রাচার্য্যগী।
মতম অসিদা শুক্রগী,
মশক মতৌদি ফজবী,
মরোল অহুমদা তাংলবী,
মচা মুপ'দি শকহেনবী,

লৈরম্বা বন্দা কোইনদি,
ফংখি নিংথৌনা উবদি।
কন্যাদি উবা খুদক্তা,
মবুক ফত্রবা দণ্ডনা,
ঙাওহ্নুনা কামগী ৱাখল্দা,
কিজরবী কন্যা নাক্তা,
চংশিনখি অমুক পন্দনা।
হায়রকই কন্যা মফমদা,
থোইদোক্লা নোনজ ৱাহৈনা,
লৈশি-লৈথোন্দি তৌহ্নুনা।
হে শক ফজবী ইবেম্মা!
পম্বৌ কনাগী মমোমনো?
করি লমদগী লাকপনো?
মিত্তা ফজবী ইবেম্মা,
উবদগী নহাক অসি,
অঙাওবা ওইরে ঐহাক্তি,

তাকপিয়্ অশেংবা অহূ ।
কাম্না ভাওরবা দণ্ডনা,
তাবদা হায়রকপা রাঙাং,
মচা মুপীনা শুক্রগী,
হায়জখি থোইনা নোমুক্লা ।
ঐহাক অসিদি হে নিংথৌ ।
অচৌবা থবক কয়াদি,
তৌবা ঙম্বা ইরাই লাইনা,
মমোম্নি শুক্রাচার্য্যগী ।
অহম্নি ঐনা খুাইগীদি,
ইমিংনা অরজা কৌজৈ ।
আশ্রমদা লৈবিনী ঐদি,
খংবিয়্ মসি ফাওবদি ।
ইপাগী য়াথং মথাদা,
লৈজবী কন্যা ঐহাক্নি,
মরম অহুনা ইবুঙেঙা,
তৌবিগনু ঐদি শোকপা ।
পুম্নমকসিগী মথক্লা,
ঐগী ইপা ইবুঙেঙাদি,
গুরু অমনি নহাক্কী,
শিষ্যনি নংনা মাগীদি ।
মহাক মহাতপস্বীনি,
শাওরক্লবদি মহাক্লা,
তৌরক্কনি শাপ শোইদনা,
ওইগনি নংগী অমাংবা ।
পাম্বিরবদি ঐহাকসি,
ধর্ম্মগী ওইবা উপায়দি,
থিবিয়্ ইবুঙেঙা নংনা,
হায়জবিহুনা ইপাদা ।
অহু নত্তনা নহাক্লা,
মাংনবা তৌরবা ঐদি,
ওইরোই নহাক্কী অফবা,
অমাংবা ওইগনি ঐস্নু ।
শাওরক্লবদি ইপানা,
মরোল অহুম আস ফাওবা,
ঙমগনি লাইনা তুমহনবা ।
ঐনা তশেংনা হায়জার,
হায়জরবা ইবুঙেঙানা,
শোইদনা পিনি ইপানা,
ঐহাক অসি নখুত্তদ ।
তাবদা অরজা রাদি,
কাম্না ভাওরবা দণ্ডনা,
হায়জরকই মথুং লোম্না,
মফমদা কন্যা ফজবী ।
পুবা ঙমদ্রে ঐগী থম্মোই,
লৈবা ঙম্মরোই খাংহুনা,
মিংকুপ অমতা ফাওবসু,
পেলনমু হৌজিকমক ঐবু ।

## শ্রীরাম

লৈফম থংদ্রে ঐহাক অসিং
হোৌরে পুক্নিং মথুম-মরাং,
শুমহৎগ্রে থরাই হকচাংদি।
ভক্তনি ঐদি নহাক্কী,
থুংহল্লো নিংবদি ঐগী।
নংগী থৌজাল ফংজররবা,
শিরবস্ত্র ম্নারে ঐদি,
ফরে নরক তারবস্ত্র,
মরম অসিনা নিংথবী,
কোকহল্লো ঐগী থৌরাংবা।
অস্তম্না হায়রগা দণ্ড,
কিনা লৈজরিবী কন্যা,
ফাহনা মখুং অনিনা,
কোক থোকখি মাগী থৌরাংবা,
অশুকপা বনগী মস্তুংদা;
থুগাইরগা সতী ধর্ম,
নিংথিজবী অরজাগী,
অপংবা দণ্ড নিংথোনা,
চংখি মাগীদি কোন্নুংদা,
তৌদনা অমুক চিংনবা।
কপ্পা কপ্পা অরজাদি,
মর্য্যাদা আশ্রমগী লক্ষ্মী,
থোইনা নুংশিনা মপুক্নিং,
লৈজখি ফিরুক থুম্নদি,
নিংথিবা মাইথোং মহাক্কী,
ঙাইনা মপা হল্লকপদি।

মতাং শাঁসদা উত্তর কাণ্ডগী ৮০ শুবা সর্গ: লোইরে।

## শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৮১শুবা সর্গঃ

( শুক্রাচার্য্যনা দণ্ডগী লৈবাক অমম্বং মচা মত পুন্নমক শাপ তৌবা । )

খোইদোন অসিদি উহৌবা,
মুনিগী শিষ্য খরনা,
চেনখিহনা মুনি নাক্তা,
ইমখি পাওদি মরিক চুম্না ।
তাবদা পাওদি মুনিনা,
শাওহনা খোইদোক-হেন্দোক্না,
হল্লকখি মাগী আশ্রমদা,
লোইনহনা শিষ্যশিংগা ।
মতমদদি আশ্রম য়ৌবা,
উবদি ফংখি ঋষিনা,
অয়ুক্তা রাহুনা উম্না,
মুমিংনা মম্না লৈবগুম,
উফুল-খাইফুলদি তৈরবী,
মচানুপীদি অরজানা,
মাইখোংদি ইমক মকশিম্না,
লৈরন্দি মথরাই শোক্না ।

মতৌদি মচানুপীগী,
উবা খুদক্তা ঋষিনা,
জগৎ চাকথেক্কে মতাগুম,
শাওনা হায়খি শিষ্যশিংদা
অশাওবা মৈদগী ঐগী,
থোরকপা শক্তি অহনা,
দণ্ড নিংথৌদি ফত্রবা,
মেংজহৌ করি থোকপগে ।
ফত্রবা নিংথৌ অসিনা,
শম্নবদা মৈ অসিগা,
নিংথৌ মাগী শাগৈ-নাতৈ,
মনাই-মশলগা লোইননা,
তুমগনি খুদক অহুদা ।
রাখল থেনবা নিংথৌসিনা,
তৌজরুবা পাপকী মহৈ,
ফংবা তাবনি মশানা ।

পাপ চেন্নবা নিংথৌসিনা।
মঙ্গুংদা মুমিৎ তরেৎনি,
মাগী মতু-মচা। লাম্মি,
মথোই পুম্নমক লোইননা,
তুম্নসনু ঐগী শাপ্পা ।

লাইগী মপু ইন্দ্ররাজনা।
লৈবাক অসিদি ফত্তবা।
লমদমদি যোজন চামগী।
চাকহনসনু উফুল তানা ।

অচৎ-চত্ত জীব পুম্বা,
লৈরিবা বনগী মঙ্গুংদা,
য়াওগ্রসনু উৎ ওনবদা।
অমত্তা থাকপা লৈতনা ।

দণ্ডনা শাসন তৌরিবা।
লমদম পুম্নমক অহুম্ন,
য়াওগ্রসনু উৎ ওনবদা,
মঙ্গুংদা মুমিৎ তরেৎনি ।

মতুংসিদা শাপ তৌগ্রবা।
মমিৎ ওাংশং ওাংনা শুক্র,
হায়রকই শিষ্যশিং য়েংনা,
চৎগ্রো নথোই পুম্নমকম্ন।
লৈবাক য়াংমদা দণ্ডগী।
লৈক্করো নপুক্লিং ইংনা ।
আশ্রমদা লৈবা শিষ্যশিং,

তাবদা শুক্রগী শাপ্পি।
লৈবাক য়াংমদা দণ্ডগী,
লৈখি মক্কম চাবা য়েংনা,
চৎখিত্না মথোই লোইনা ।

চৎগ্রবদা শিষ্যশিংনা।
মচা মুপীদা শুক্রনা,
হায়রকই থোইনদি শাওনা।
অপংবা নংদি আশ্রমদা,
ধ্যানবু তৌদুনা ঈশ্বরদি,
লেয়ু নপুক্লিং লাকশিন্না ।

পুখ্রি অসিগী মঙ্গুংদা।
কোন্দ্রি ফাওবা নংগী পাপ্পা।
লৈক্করো মতমদি ডাইনা,
চিংনবা তৌদু নপুক্লিং ।

ননাক্তা লাকপা জীবশিং,
মুমিৎ তরেৎনি মঙ্গুংদা,
মথোই পুম্নমক অহুদি,
য়াওদ্রসনু উৎ ওনবদা ।

মপাগী য়াথং অহুদি,
তাবা ফংবদা অরক্তা,
হায়জখি মথবাইদি শোক্কা,
লোজরে শাপ্পি নমোন্না ।
মতুংদা শুক্রাচার্য্যনা।
চৎখি অতোপ্পা মক্কমদা ।

ব্রহ্মাগী মশক ওইরবা,
মহামুনিগী মিচৈনা,
মুমিৎ তরেৎনি মমুংদা,
দণ্ড মশাগা লোইননা,
মাগী লৈবাক প্রজা য়াওনা,
পুমতুম তুমখি উং ওইনদি।
বিন্ধ্য অমদি শৈবল,
চীংজাও অনিগী মরক্তা,
লৈরম্বা লমদম অচৌদি,
মক্কম অসিনি ইবুঙো।

ক্ষত্রবা দণ্ড মরাললনা,
উং ওইখি মাগীদি লৈবাক।
মতম অচৌদগী হৌনা,
খংনখি লমদম অসিদি,
'দণ্ডকারণ্য' হায়নদি।
মতম খরগী মতুংদা,
তপস্বী ময়াম অমনা,
লৈনখি মক্কম অসিদা,
মতমচৌদা অমুক হন্না,
খংনখি জনস্থান হায়না।

ইবুঙো নংনা হংখিবা,
পাওখুম পুন্নমক অচৌদি,
পিরবনি চিংথদনা।

সন্ধ্যা উপাসনা মতম,
হেনখিদৌরে ইবুঙো।

স্নান লোইরগা ঋষি ময়াম,
কংনরে সূর্য্য পূজাদি।

মরম অসিনা ইবুঙো,
তৌবিরো স্নান নহাকস্থ,
পূজা কংলো আচমন তৌনা,
চংল্লিউৈদা সূর্য্য ময়ুম।

মংহ: অসিদা উত্তরকাণ্ডগী ৮: শুবা সর্গ: লোইরে।

## শ্রীরাম

### "উত্তর কাণ্ড"

#### ৮২শুবা সর্গঃ

( মুনিশিং আশ্রমদগী শ্রীরাম অযোধ্যাদা হল্লকপা। )

মতুংদা রারি লোইরবা,
শ্রীরামচন্দ্র ইকুঙোনা,
সন্ধ্যা উপাসনা তৌবা,
চংখি পুক্রি অদু তম্না।
সায়ং সন্ধ্যা লোইরহুনা,
আচমন তৌরবা মতুংদা,
হল্লকখি মুনি আশ্রমদা।
মহামুনি অগস্ত্যনা,
নিংথিবা উহৈ-রাহৈশিং,
হিদাক ওইবা উরু-রারু,
চান-থরুবা পুম্নমক,
হকচাংদা থোইনা কানবা,
থোইনদি মচি লৈরবা,
পুথোকুনা আশ্রমদগী,
পিজখি শ্রীরাম মফমদা।
অমৃতগা মানরবা,

নিংথিবা উহৈ-রাহৈদি
হরাওনা চাখি শ্রীরামদি।
চাবা লোইরবা মতুংদা,
পোথাজখি অহিং অদু।
মথং অয়ুক্কী শ্রীরাম্না,
লোইরগা অয়ুক্কী মথৌ,
অযোধ্যা য়ৌগে খন্দুনা,
লাকচখি মুনি মফমদা।
য়ৌবদা অগস্ত্য মনাক,
খুরুমজরগা শ্রীরাম্না,
হায়রজখি মুনি মফমদা,
য়ৌনিংহুনা অযোধ্যাদি,
লাকচরি রাথং লৌবদি,
পিবিয়ু বিদায় ননাইদা।
মহামুনি উজবদা,
মহৈদি য়াল্লে ননাইগী,

ফংজরবদি মতম্মা,
পুক্লিং শেংনবা ননাইগী,
দর্শন তৌবদি মহর্ষি,
লাকচগে অমুক হন্নদি।
নিংখিবা রাহৈ শ্রীরামগী,
তাবদা মহামুনিদি,
পেনখিদুনা থোইদোক্লদি,
হায়রকই শ্রীরাম য়েংনদি।
রাঙাংনা কয়া ফজবা,
কন্নাদা পুক্লিং হুপ্রবা,
নংতনা জগৎ জীবদি,
ঙম্লিবনি শেংদোকপদি।
নহাকপু মিৎকুপ অমতং,
উজবনস্থু জীবনা,
ফংবা ঙমজখি স্বর্গদি,
লাই ফাওবনস্থু নহাকপু,
তৌজরি পূজা তত্তনা।
নংবু ফত্তবা মিৎয়েংদি,
য়েংখিবা মখোই অদুদি.
চৎখিদুনা নরক লম্বী,
ফংজখি দণ্ড যমগীদি।
ইবুঙো নহাক অসিনা,
মফমদদি জীবশিংগী,
পিবিবনি কানবদি।
শোনজবনা নংগী নমিৎ,

সিদ্ধি ফংজৈ জীবশিংনা,
লৈরিবা মখৈ পৃথিদা।
হল্লো চিংনবা লৈতনা,
খুদোংদি থিরোই লম্বীদা।
মতুং ইন্দুনা ধর্ম্মগী,
তৌবিয়ু শাসন লৈবাক্কী,
শ্রীরাম ইবুঙো নংতনা,
জগৎ জীব পুন্নমক্কী,
আশ্রমনি অমতা ওইবা।
মতৌ অসুম্মা হায়রকপা,
তাবদা মুনিগী রাদি,
মথুৎ লোন্ননা শ্রীরাম্মা,
খুরমজখি মহর্ষিদা।
বিদায় লৌরগা শ্রীরাম্মা,
মফমদগী মুনিগীদি,
তোংখত্তুনা পুষ্পক দোলাই,
যাত্রা তৌখি অযোধ্যাদা,
মপুক্লিং হরাও তয়াম্মা।
পূজা তৌনা লাইয়ামশিংনা,
থাগৎপগুম ইন্দ্ররাজদি,
মুনি পুন্নমক অদুনা,
লেপ্তুনা মাইকৈ মরিদা,
আর্শীবাদ পিখি হরাওনা,
মফমদা শ্রীরামচন্দ্রগী।
তোংদুনা পুষ্পক দোলাইদি,

শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙ্গোনা,
অহাংবদা অতিয়াগী৷
পাইবগুম নোংগী মতুম্না,
পাইখি অযোধ্যা তম্নদি।
য়্নৌখি য়্নৌখিবা মকমদা,
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙ্গোনা৷
পূজা তৌনখি মীয়াম্না।
মতৌ অসুম্না লাকপনা৷
মুমিৎ য়ুংবদি মতমদা৷
থুংলখি অযোধ্যা কোন্নুং।
মতমদা অযোধ্যা য়ৌবা৷
মনিং তৌনা পাইবা ওম্না,
পুষ্পক দোলাইদা য়েংহুনা৷
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
মঙ্গল ওইয়্ পুষ্পক দোলাই,
নংদি য়ারগনি চৎপা৷
শিরবনি বিদায় ঐনা।
মতুংদা শ্রীরামচন্দ্রনা,
হায়রকই খোংশংবা য়েংনা,
ভরত লক্ষ্মনগী মকমদা,
পিরু পাওদি ঐ লাকপগী।
হায়য় খুদক্তা লাক্লবা,
মখোই অনি ঐগী নাক্তা।

মথাং অশিদা উত্তর কাণ্ডগী ৮২ শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৮৩ শুনা সর্গঃ

( ভরতনা হায়বা মতুং ইন্না শ্রীরামনা রাজসূয় যজ্ঞ তৌগে খনবা । )

পাও ফংকদা ভরত-লক্ষ্মন,
চেল্লকখি শ্রীরাম মনাক্তা ।
ভরত লক্ষ্মনদি অনিমন,
উবদা চেল্লকপা অহু,
ওকপিরগা মনাও অনি,
চেৎনা কোমবিখি শ্রীরাম্না ।
তাও ইবুঙেঙা নখোই অনি,
অরুবা থবক রাজনগী,
পাংথোক্রবা মতুংসিদা,
নিংথৌশিংনা তৌনরম্বা,
যজ্ঞ অহুদি রাজসূয়,
তৌবদি পাম্মি ঐহাক্না ।
অমাং অতাদি লৈত্রবা,
যজ্ঞনি রাজসূয় অসি ।
মহৈ অহুদি শোইদনা,

ঐনা খল্লি পিবি হায়না ।
ধর্ম মাতবু য়োকখৎপা,
পাপীশিংবকু মাংহনবা,
যজ্ঞনি অহুগুম্বা ।
নখোইনা ঐগী থবাইদা
ঐনা পাম্মি মরমসিনা,
লোইননা নখোই অনিগা,
তৌবদি রাজসূয় যজ্ঞ,
মরমদি যজ্ঞ অসিদা,
তৌফম থোকপহু নিংথৌগী,
লৈরি অমতা রাজনা ।
য়েক্নবা মাংহনবা ওম্বা,
মিত্রদেবদি কৌবনা,
পাংথোকপদগী যজ্ঞসি,
ফংখি খুভমদি বরুনগী ।

ধর্ম্ম লৈবা সোমদেবনা
মতুংদি ইন্না ধর্ম্মগী,
পাংথোকখি রাজসূয় যজ্ঞ,
মহৈ অহুনা যজ্ঞগী,
ফংজখি অথোইবা মিংচৎ।
মরম অসিনা ঐখোইনা,
নুমিৎ অসিদা ঙসিগী,
খন্নসি যজ্ঞ তৌনবা।
হৌজিক্কীসু মতুংগীসু,
কানবা অহু ফংনবা।
তাবদা শ্রীরামগী রাদি,
রাহৈ-বাতাদি হৈরম্ব,
মনাও ইবুঙেঙা ভরতনা,
হায়জরকই মখুৎ লোন্না।
খ্বাইদগী রাংবা ধর্ম্মগী,
নহাক্কি হৌরকফম অহু।
মিংচৎ, পথি, পুন্নমক্কা,
লৈবনি নফমদা পুন্না।
লাইপুন্নমক্কা ব্রহ্মাবু,
লোকনাথ, মহাত্মা হায়নদি,
খংনরিবা অহুগুম্না,
ইবুঙেঙাবুসু ঐখোইনা,
থোইদোক্না মহীপালশিংনা,
মহাত্মা অমদি লোকনাথ,
খংনরি অসুম হায়নদি,
খংনহৌনি মতুংদসু।
মপানা মচা য়েংবগুম,
নিংথৌ মম্নাম অসিনসু,
করিদা শোইখিনি হায়না,
লৈজরি নহাকপু য়েংনা,
উত্তনা ইকাইখুম্নবা।
জগৎকী জীব পুম্নমক,
ওইরিবনি চংজফমদি,
নফমদা ইবুঙেঙা নংগী।
অমুক হন্না যজ্ঞ তৌগে,
করিগীনো খনবিরিবা,
মহুনা নিংথৌ পুম্নমক,
ওইরোইদ্রা পুংতুম তুমখিবা?
পৃথি অসিদা লৈরিবা,
অকল-অথৌ পুম্নমক্কা,
শাওখিবদগী যজ্ঞাদ,
শিল্পকনি মাংননবা,
পিরক্কনি অপনবদি,
চিংনাবিন্নু মরমসিদা।
নগুন্তা ইবুঙেঙা নংগী,
শোম্নরি জগৎ অসিনা,
শিংথানরি অফবদা।
মাংহনবদি জগৎ অসি,
হৌনদে খনজে ননাওনা।

ফজবা জ্ঞাম্না তিল্লবা,
অমৃত মশক্তি ওইবা,
তাবদা ভরতকী ৱাদি,
থোইদোক্লা পেনখি শ্রীরাম ।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
হায়রকই ভরত মফমদা,
পাপ্তি চেন্দ্রবা ইবুঙো !
নিংথিবা পাওতাক নহাক্কী,
তাবা ফংবদা ঐহাক্না,
মানরে স্বর্গ ফংবগা,
থোক্লে ৱাখলগী নুংজিন্দি :
নহাক্কী পাওতাক অসিনা,
ওইবনা ধর্ম্মগী থোংদি,
কনবিরে পৃথি লৈমদি ।
ধর্ম্ম খংলবা নহাক্কী,
সাধু ওইবা ৱাঙাংহনা,
থোইদোক হেন্দোক্লা ফরবা,
তোক্লগে রাজস্যুয় যজ্ঞ ।
ওইরে যজ্ঞ অসিনদি,
মাংনবা জগৎ পুম্নমক ।
হায়রবদি অফবনু,
ওইরবসু অঙাং অমা,
লৌফম থোকই মতু ঐনা,
কানরে বা তানবগী ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৮৩ শুবা সর্গঃ লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড'

### ৮৪শুবা সর্গঃ

( অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌনবা লক্ষ্মণনা ইন্দ্র অমসুং বৃত্রাসুর অনিগী ৱারি লিবা, ইন্দ্রনা বিষ্ণুদা চংজবা । )

রামচন্দ্র অমদি ভরত,
ৱারিনা মখোই অনিগী,
লোইশ্রবা মতুং অসিদা,
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা,
মনাও ইবুঙেঙা লক্ষ্মণনা ।
পাপ পুন্নমকপু মাংহনবা,
অৱাবা কোকহনবা ঙম্বা,
তোপ তোপ্পা যজ্ঞ অমদি,
অশ্বমেধ কৌবা অসিনি ।
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
তৌনবা যজ্ঞ অসিদি,
খোৱাং তৌবিয়ু নিংথিনা ।
ব্রাহ্মন হাৎপগী পাপনদি,
ৱাখিবতু ইন্দ্ররাজনা,
অশ্বমেধদি যজ্ঞসি,

তৌবদগী নিয়ম চুম্না,
কোকচখি মাগী অৱাবা ।
ৱারিদি মরম অসিগী,
তাজবা ফংখি ঐখোইনা ।
থাইনা মমাংগৈ মতমদা,
লাই হিংচাবা অনিমক্তা,
মতৌগুম মচিন-মনাওগী,
লৈরিবৈ অমতা ওইনা,
বৃত্র হায়না খংনরবা,
পোকখি হিংচাবা অমদি ।
মহাক অসি পুন্নমক্কী,
চানবা মীশক অমনি ।
মহাক্কী মশা অসিদি,
চাউবনা যোজন চামনি,
ৱাংবনা যোজন চহুম্নি ।

জীব পুম্নমক মফমদা,
কল্লক মিহৌবা য়াওদনা,
মানবা মিংয়েং থম্বনা,
মগুণনি মাগী ত্তোপ তোপ্পা
ধর্ম্ম লৈনা বাপ্নক চেৎপা,
বৃদ্ধি লৈরবা বৃত্রনা,
মহৈ-মরোংনা থল্লবী,
পৃথিবী কৌবী অসিগী,
তৌজখি শাসন চেকশিন্না।
মহাক্কী শাসন মখাদা,
মফম খুদিংদা পৃথিগী,
মহৈ-মরোংদি পুম্নমক,
ফংনখি বাত্ত পাদনা,
নিংবা থুংখি প্রজা পুম্বা।
থবক্তা লৌউ-শিংউগী,
মহৈ য়ালহনখি পৃথিনা,
চেন্দুনা লৈবাক লৈহাওদি।
মতম অসিদা বৃত্রনা,
খনজখি মাগী পুক্কিংদা,
তপস্যা তৌগে হায়নদি।
মুংঙাইবা পুম্নমক অসি,
মংনি ঙাইহাক্তগী ওইবা।
তপস্যাতনা মরুনি,
খল্লদুনা মতৌ অম্নুম,
মচা খ্বাইগী অহন্দদি,
শিন্নরগা নিংথৌ খুভম,
তৌখি অকনবা তপস্যা।
মহাক্কী লাইনিং অসিদা,
কিনখি লাইয়াম পুম্নমক।
মিপাইদুনা ইন্দ্ররাজনা,
চৎচখি বিষ্ণু মনাক্তা,
হায়জরকই মথুং লোম্না।
জগৎকী মপা ইবুঙেঙা!
লাইনিং অসিনা বৃত্রগী,
জয়দি তৌগ্রে লোক-পুম্নমক,
শাসন্দি ঙমদ্রে ননাইনা।
মতৌ অম্নুম্না বৃত্রনা,
লৈরবা তপস্যা তৌনা,
মরোল অহুম্মক অসিদি,
লৈখিবা তারে মখাদা!
চানবিবদগী বৃত্রদি,
ইবুঙেঙা নহাক অসিনা,
কনখিবনি অসি-য়ৌনা,
শাওবিরবা ইবুঙেঙানা,
তুমগনি বৃত্র মিৎকুপ্তা।
ইবুঙেঙাগা মহাক্কদি,
ওইবনা চানবা মরূপ,
ওইখিবনি মহাক্কদি,
মপুদি লোক পুম্নমক্কী।

থৌজানবিদ্ধনা ইবুঙ্গো, কোকহনবিয়ো অবাবসি।
থম্বিয়ু মানবা মিংথৌ, মমাংঙৈ মতম অঙ্কদা,
ফংনবা জগৎ শান্তি। পিবিথিবগুম মতেংদি,
নখোংদা লাই পুম্মক্কা। পিবিয়ু মতেং হন্দকম্ব,
চংজরি অমতা ওইনা, ইবুঙ্গো নহাক অসিনা,
হাৎপিয়ু ফত্রবা বৃত্র, চংজকমনি লাই ঐখোইগী।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৮৪ শুবা সগ : লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৮৫শুবা সর্গঃ

( শ্রীবিষ্ণুগী তেজনা ইন্দ্র অমস্তুং বজ্রদা চংবা, বৃত্রাসুর হাৎলুলবদা ইন্দ্রনা দোষ ফংবা । )

রারি তারগা লক্ষ্মনগী,
হায়রকই শ্রীরাম হরাওনা,
পেনবা নৈত্রে নংগী রারি,
লিথরকউ মখা অদু,
মরমদা বৃত্র হাৎপগী ।
ফংবদা শ্রীরামগী য়াথং,
মনাও ইবুঙেঙা লক্ষ্মন্না,
লিথরকই রারি মখা ।

ইন্দ্র অমস্তুং লাইয়াম্না,
তারবদা হায়জবদু,
নোক্না হায়খি শ্রীবিষ্ণুনা ।
লাইশিং নখোই পুম্নমক্না,
হায়দ্রিবঙৈ মমাংদা রাসি,
বৃত্রনা ঐহাক অসিদি,
পুনশ্রে প্রেম্না মরূপ ওইবা,
নুংশিরবসু নখোইদি,
ঙম্মরোই মাবু হাৎপদি ।
অদুবু ফনবা মরম,
লাইশিং পুম্নমক নখোইগী,
মুন্না তাও ঐহাক হায়বিগে ।
উপায়সিতনা ইন্দ্রনা,
ঙমগনি হাৎপদি বৃত্র ।
শক্তি অসিদি ঐহাক্কী,
খাইদোক্লগে শরুক অহুম,
তৌবতনা মতৌ অসি,
ঙমগনি বৃত্র ইন্দ্রনা ।
অহানবা শরুক ইন্দ্রদা,
অনিশুবনা বজ্রদা,
অহুমশুবনা পৃথিদা,
হাপ্লগে ঐগী শক্তিসি,

মন্থু তৌবতনা ইন্দ্র,
হাৎপা ভমগনি বৃত্রদি ।
য়াথং ফংবদা বিষ্ণুগী,
হায়ৰখি লাই পুম্নমক্না,
জগৎকী মপু ইবুঙেঙা ।
হায়বিবদু শোইদনদি,
থোকহনবিয়ু ইবুঙেঙানা
মঙ্গল ওইবিয়ু ইবুঙেঙা,
খনজরগে বৃত্র শিরে,
তেজদি ইবুঙেঙা নহাক্কী,
পিনবিরো ইন্দ্রদদি ।
মতুং অসিদা ইন্দ্রনা,
লোইননা লাইয়াম পুম্নমক,
চৎখি বৃত্র লাইনিংফমদা ।
য়েৌবদা লাইনিংফম বন্দি,
ফংখি উবদি লাইয়াম্না,
বৃত্রদি লৈবা লাইনিংনা ।
তেজতনা মাগী তপস্যা,
মতাগুম জগৎ চাকথেক্কে,
ভান্না লৈরি মাইকৈ তরা ।
উবদা মতৌ অসিদি,
কিনখি লাইয়াম পুম্নমক ।
লাইয়াম পুম্নমক অতুনা,
খম্নখি অমতা ওইনা,
উপায়দি বৃত্র হাৎনবা,
মাইথিবা অমুক তৌদনা ।
খম্নখিনৈদা লাইয়াম্না,
মথুৎ অনিদা ইন্দ্রনা,
পাইখত্নুনা বজ্র অতু,
লংখি বৃত্র মকোক তয়া ।
বজ্র অসিদি ইন্দ্রগী,
মতৌগুম প্রলয়গী মৈদি,
চাকখি মাইকৈ তরা শয়া,
ওইখি অকিবা মশক্তি ।
পাইশিনখিতুনা বজ্রনা,
ককখি মঙক বৃত্রাসুরগী,
তাখি অককপা মকোক্না,
নিকহন্না পৃথি অসিদি ।
বৃত্রদি মরাল লৈত্রবা,
হাৎলুবা অসিদা ইন্দ্র,
থোইদোক্না বাখি মপুক্লিং,
চাকখি মৈনা নিংভমদবা ।
মফম ইথং খংহৌদনা,
লোকালোক পুম্নমক অসি,
পুমকুপ কুপখি অমম্বনা ।
মশা মমুংদা ইন্দ্রগী,
লাক্তুনা তপ্ন তপ্নদি,
চংশিনখি ব্রহ্মহত্যা পাপ ।

মতৌ অসিদা ইন্দ্ররাজ,
লৈফম থংখিদে মৈচাক্লা,
তাখি অরাবা ইপাক্লা।
মাংহনগ্রবস্থু য়েক্লবা,
লৈত্রবদা ইন্দ্ররাজনা,
অগ্নিনচিংবা লাইয়ায়া,
চংগ্রগা শ্রীবিষ্ণু নাক্লা,
পূজা তৌখি হয়া হন্না।

মতুং অতুদা লাইয়ায়া,
খুরমজরগা বিষ্ণুদা,
হায়জখি লৈশি লৈথোম্না,
নহাক অসিদি ইবুঙেঙা,
হৌরকফমনি পুম্নমক্কী,
চংজখমনি জগৎ্কিদি।

জগৎ কনবিদি হায়হনা,
কৌনবনি বিষ্ণু হায়না।
হায়রি বৃত্র হাৎপদি,
অতুবু ইন্দ্ররাজনদি,
ফংজরে ব্রহ্মহত্যা পাপ,
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
কোকহনবিয়ু পাপ অসিদি।
তাবদা লাইশিংগী বাদি,
হায়খি লাইয়ামদা বিষ্ণুনা,
হায়য়ু ইন্দ্রদা নখোইনা,
পূজা তৌনবা ঐবুদি,
শেংদোকপিগে অমুক মাবু।
তৌহল্লগা অশ্বমেধ,
পেলহল্লু ঐহাক অসিবু,
পিবিগে মাগী খুভমদি।

অমৃতগা মানরবা,
তাবদা বিষ্ণুগী বাদি,
পেনজখি লাইয়াম পুম্নমক।
মতুং অসিদা লাইয়ায়া,
খুরমজরগা বিষ্ণুদা,
হনজখি মফম মফমদা।

আসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৮৫ শুবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### চঙশুবা সর্গঃ

( অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌরগা ইন্দ্রগী অৱাবা কোকপা । )

ৱারি অহু বৃত্র হাৎপা॰
লোইরবা মতুং অসিদা॰
শমথরকখি ৱারি মখা,
লক্ষ্মণনা শ্রীরাম মফমদা ।
খিনফম ওইবা লাইয়ামগী,
হাৎখি বৃত্রদি ইন্দ্রনা ।
মহৈনা বৃত্র হাৎপগী,
ফংজখি ব্রহ্মহত্যা পাপ,
অকনবা ইন্দ্র নিংথৌনা ।
লৈখি তৌফমদি খংদনা,
অপংবগুম জ্ঞান্দি মাংনা ।
লোক পুম্নমক্কী অরোইবা,
মমগ্রবা মফম অহুদা,
লিনগুম গুহাদদি লৈবা,
লৈজখি মতম শাংনদি ।
সোমদদি সংসার পুম্নমক॰
উদ্রবদা ইন্দ্র মশক॰
তাখি অৱাবা ইপাক্কা ।
লৈহাও চেনখিদ্রে পৃথিদি॰
লৈক্রক চৎখ্রে লবুক পুম্বা॰
কংখ্রে উ-ৱা মনা—মশিং॰
ইচেলদি লেপখ্রে তুরেনশিং ।
চুখিদ্রে নোং মতম চানা॰
অৱাবা ওইখ্রে জীবশিং ।
নোংমা নোংমগী জীবশিং,
মশা শোনখি মম্লাং কংখি ।
উরকপদা মতৌ অসি,
মিপাইবা পোকখি লাইয়ামশিং
খুদক অসিদা লাইয়াম্না,
নিংশিংলকই ৱাফম অহু.
তাকপিখিবা বিষ্ণুনদি ।
মতুং অসিদা লাইশিংনা॰

কৌহুনা বৃহস্পতিদি,
লোইননা মহর্ষিশিংগা,
চংখি পুন্দুনা ময়াম্মক,
অকিবনা থুমহৎলবা,
মনাক্তদি ইন্দ্ররাজগী।
মৈচাক্লা ব্রহ্মহত্যাগী,
চাকথেকপিরবা ইন্দ্রদি,
খমগা শুাইগী মমাংদা,
থৌরাংখি যজ্ঞ তৌনবা,
লাইয়াম পুন্নমক অহুনা।
পাওতাক লৌহুনা লাইয়ামগী,
কোক্লবা ব্রহ্মহত্যা পাপ,
তৌখি অশ্বমেধ যজ্ঞ,
লাইয়ামগী নিংথৌ ইন্দ্রনা।
লোইরবদা যজ্ঞনদি,
মশাদগী ইন্দ্ররাজগী,
চোংথোকখি ব্রহ্মহত্যা শাপ।
হায়জরকই লাইয়াম য়েংনা,
কদাইদনো ঐগী লৈফম,
তাকপিয় মফম অহুদি?
রাদি ব্রহ্মহত্যা পাপকী,
তাবদা লাইয়াম অহুনা,
হায়রকই পেনবিরহুনা,
শক্তি লৈবা ব্রহ্মহত্যা!

নশা অহু মরিথোক্লা,
খাইদোকউ শরুক মাননা।
য়াথং ফংবদা লাইগীদি,
মশাহু ব্রহ্মহত্যানা,
খাইদোক্লগা শরুক মরি,
নিখি লৈফম তোঙান তোঙান,
মখুৎ লোয়ননা লাইশিংদা।
শরুক অমনা ঐহাকী,
ওইজগে কামদি পামজবী,
নাপলদি অতোপ্পশিংগী,
মশক লৌহুনা মাংহনবী।
লৈজগে নোংজুথা মরি,
ইশিং থল্লবা তুরেন্দা।
হায়জরি ঐনা রাশক্লা,
শরুকসিনা অনিশুবা,
লৈজগে মতম চুপ্পদা,
মথক্তা পৃথি অসিগী।
শরুকসিনা অহুমশুবা,
নাপলনা মথোই কারবী,
মথোৎ কারকপীশিংহুগী,
নুপা নুপি তিন্নবগী,
রাখল অহু মাংহন্নবা,
লৈরুগে অহিং অহুমদি,
থাদি অমগী মনুংদা,
মফমদা নুপী ওইবীশিং।

মরিগুবা অরোইবনা,
মিনম্বা বাদি ভাংতুনা,
অতোপ্পবু বাইল্লিবা,
ব্রাহ্মন বৈষ্ণবশিং মফমদা,
মাংনবা শিনবা মীশিংদা,
লৈজকপগে হুংভাইনদি।
তাবদা বাহৈশিং অসি,
পেন্নখি লাইয়াম পুম্মনক,
হান্নখি ব্রহ্মহত্যা য়েংনা,
থুংজরো নংগী অপাম্বা,
চত্নুনা খুদক অসিদা,
লৈরুরে ননিং তৌনদি।
মতুং অসিদা লাইয়াম্মা,
পেনজখি খোইদোক-হেন্দোক্না।
খুরমজখি লাইয়ামাশিংনা,
মফমদদি ইন্দ্ররাজগী।
চিংনবা লৈতনা ইন্দ্র,
কোকখি পাপ পুম্নমক অহু।
খুভম ফংবদা ইন্দ্রনা,
হরাওজখি জগৎ পুম্বা।
মতম অসিদা ইন্দ্রনা,
মতিক মগুনদি যজ্ঞগী,
থাগৎচখি হন্না হন্না।
মরম অসিনা ইবুঙো।
মতিক মগুন য়াম্না চাউরা,
যজ্ঞ অসি অশ্বমেধ,
নিংশিংজরি তৌবিনবা।
মনাও লক্ষ্মনা লিরকপা,
তাবদা নিংথিবা বারি,
পেনজখি শ্রীরামচন্দ্রদি।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৮৬ শুবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৮৭শুবা সর্গঃ

( শ্রীরামনা লক্ষ্মন মকমদা ইল নিংথৌগী ৱারি, লিবা, ইলনা মুপা মুপা থা অমমম ওইবা। )

ৱারি তারগা লক্ষ্মনগী,
হায়ফেৎ নোক্তুনা শ্রীরামনা,
হায়রকই মনাও লক্ষ্মনদা।
বৃত্রাসুর হাৎপগী ৱারি,
থোইনদি অশ্বমেধগী,
খংলে কানবা মরমদি,
লৈরি মানবা ৱারিদি,
মকমদদি শ্রীরাম ঐগী।
তাখি ঐহাক্না ইবুঙেঙা,
থাইনা মমাংগী মতমদা,
বাহ্লীক কৌবদি লমদমদা,
কর্দম প্রজা পতিনা,
ইল হায়নদি কৌরবা,
পোকখি মচা নুপা অমা।
মিংচৎ চাউরবা ইলনা,
প্রজা পুম্নমক পৃথিগী,
ম্নোকপিখি মচা মতৌগুম;
মবুকচেল চাউরবা লাইশিং,
মরল লৈরবা দৈত্যশিং,
মপাঙ্গল ফরবা নাগ,
যক্ষ, রাক্ষস, গন্ধর্ব্বশিং,
মথোই পুম্নমক অসিনা,
কিবদগী ইল নিংথৌ,
পূজা তৌখি মতম চুপ্পা!
শাওরবদি নিংথৌসিনা,
মরোল অহুম অসি ফাওবা,
ঙমগনি লাইনা মাংহনবা।
লৈরকত্রু শক্তি ময়াম,
হায়রিবা ইল নিংথৌদি,
ধর্ম্মগী ৱাখল্না তৌনা,

লৈজখি মতম চুপ্নদি।
বসন্ত ঋতু চংলকপা,
পুক্কিং হুরবা মতমদা,
নোংমা ইলদি নিংথৌনা,
নিংথিবা বনগী মঙ্গুংদা,
লোইননা মনাই-মশলগা,
চৎখি শক্তি-শঙাই তানবা।

শা তানবসিদা নিংথৌনা,
চামা চামা লিশিং লিশিং,
হাংল ফাওবদা শক্তিশিং,
লৈখিদে পেনবা কৌবদি।

মথল মখা কয়াগী শা,
লিশিং তরাদি ইলনা,
হাৎপা ঙমখি বন মঙ্গুংদা।

হিংহৌবা শাশিং খরনা,
কিবদগী ইল নিংথৌ,
চেনখি অতোপ্পা বন্দদি।

বন অসিদদি হাপ্পরিবা,
লাইগীদি লাই মহাদেব,
শানরি হরাও তম্নাম্না,
লোইননা উমা দেবীগা।

মহাক্কী দোলাই ফিরান্দা,
বৃষভ খুদম লৈরিবা,
ভগবান মহাদেবনা,
লৌতুনা নুপিগী মশক,
ইবেম্মা উমা পেন্নবা,
য়েংতুনা চীংগী নিংথিবা,
পুরগা মফম কয়াদা,
য়েংহন্না ফজবশিংদি,
শানরি মপুক্কিং পেন্না।

মনুংসিদা লৈবা বনগী,
জীব পুম্নমক অতুদি,
ওইরি নুপীগী মশক্তি,
য়াথং ইন্না শিবগীদি।

অচৎ-চক্ত জীবশিংনা,
লৌথ্রবদা নুপী মশক,
মতমসিদা ইল নিংথৌ,
লোইননা মনাই মশলদি,
থুংলখি বনগী মনুংদা।

চংখিবদা বন মনুংদা,
মনাই মশল পুম্নমক্কা,
লোইননা ইল নিংথৌদি,
ওন্থোকখি নুপি মশক্তি।

ওইরিবা মতৌ অতুদি,
খল্লুবদা ইল নিংথৌ,
তাখি অরাবা ইপাক্তা।

থৌদোক অসিদি থোক্লিবা,
থবক্কি শিব মাগীদি,

খংজরবদা ইলনা.
অকিবা পোকখি মশাদা।
মনাই-মশল পুম্নমক্কা.
লোইননা ইল নিংথৌনা৷
জটা পুবা মঙক শংবা,
শিব মাগীদি মফমদা,
চংজখি মখুৎ লোম্নন।।
উমাগদি লোইনতুনা৷
ভাম্বোইরিবা ইবুঙেঙানা,
মোমোন নোক্কুনা ইলদা৷
হায়রকই থোইনা নুংশিনা৷
অকনবা হে ইল নিংথৌ!
হৌগংলু ঐহাক রা হায়গে,
নিজো অপাম্বা বর অমা৷
হায়গন্নু নুপা ওনগেদি।
নুপাগী মশক ওইরিবা,
রারবা ইল নিংথৌনা,
মওং অসি বর নিবগী৷
অকাইবা অমা ওইবনা,
নিখিদ্রে বর অতোপ্পদি।
অতুবু থম্মোই শোক্লদি,
খুরমজখি উমা দেবীদা,
হায়জরকই মখুৎ লোম্না৷
বর পিনহৈবী ইবেম্মা।

নিজবা খুদিংমক অতু৷
ইবেম্মনি পিনহৈবী,
উজবদি ইবেম্মদি৷
মাংদবনি খক লেম্নদি৷
মরম অসিনা নিংথিবী৷
থৌজানবিতুনা ননাইদা,
থম্বিয়ু নুংশি মিৎয়েংদি।
পুক্লিং অতু ইলগীদি৷
খংবিতুনা দেবীনদি৷
মমাংমক্কা মবুঙেঙাগী,
হায়খি নিংথিবা রাহৈনা৷
ঐখোই অনিদগী নংনা,
বর অতুদি পামজরিবা,
পিরসন্নু তংখাই অমা,
ঐগী ইবুঙেঙা শিবনা,
অতোপ্পা তংখাই অতুনা৷
পিরগে ঐনা নঙোন্দা।
মরম অসিনা নহাক্না,
নুপা ওইবা নুপী ওইবা,
অনি অসিগী মরক্তা৷
হায়য়ু পিগে অপাম্বতু।
চানবিবা রাহৈ দেবীগী৷
তাবদা ইল নিংথৌনা,
হায়জরকই হরাও হরাও।
হে থৌজাল হৈবী ইবেম্মা!

চানবিরবদি ননাইবু,
থা অমদি নুপী ওইবা,
থা অমনা নুপা ওইবা,
পিনবিয়ু বর অসিদি ;
তাবদা বর মনি অসি,
হায়রকই দেবীনা নোক্না,
থুংজরো নংশী অপাম্বা।
অতুগা নহাক অসিনা,
নুপা ওইরিবৈ মতমদা,
কাওবা ওইরো নুপী মতৌ,
নুপী ওইরবা মতমদা,
কাওবা ওইরো নুপা মতৌ।
মতুং অসিদা ইলনা,
থা অমদি নুপী ওইনা,
থা অমনা নুপা ওইনা,
লৈজখি মতমদি লেন্না।
নুপী ওইবা থা অসিদি,
কৌহুনা ইলা হায়নদি,
ফাওজখি মরোল অহুমদি,
শক ফজবদা মাগীদি।

মতাং অসিদা উত্তরকাণ্ডগী ৮৭ শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৮৮শুবা সর্গঃ

( হৌদপা বুধগা উনবা, বুধনা হুপী ময়াম অদু কিনরী থোক্লগা চীংদা লৈহনবা। )

বারি তাবদা শ্রীরামগী,
ভরত লক্ষ্মন অনিমক্কি,
পেনখি অঙকপা ফংনদি।
অনিমক্না মথুৎ লোম্না,
ইলনা হুপী ওইবগী,
অমুক্কা হুপা ওইবগী,
থোদোক পুম্নমক অদুদি,
লিবিনবা মখা তানা,
হায়জখি শ্রীরাম মফমদা।
হুপী ওইরগা কমদোবা,
হুপা ওইরগনা অমুক,
করম্বা শাজৎ চৎখিবা ?
তাবদা অনিনা হংবা,
মখা তারকই শ্রীরাম্না,
মরমদা ইল নিংথোগী,
শন্দোক্না হেন্দোক থোইদোক্লি।
অহানবা থাদা ইলনা,
মরোল অহুমদি শুমহৎপী,
থোইদোক হেন্দোক্না ফজবী,
ওইজখি হুপী অমদি।
ইলাদি কৌনা ইলনা,
লোইননা মনাই হুপীশিং,
হৈপাল লৈপান্না থল্লবী,
নিংথিবা বনগী মমুংদা,
লাকখি মখোংনা কোইনদি।
নোংমা হুমিত্তা ইলানা,
চীংজাওগী থেলগী ময়াইদা,
লৈরিবা উমং খুদিংদা,
কোইখি মনাইশিং পুদুনা।
থাপক্না বন অদুদগী,

লৈরিবা পুখ্রি অমদি,
উবদি ফংখি ইলানা
মখল মখাগী উচেকশিং,
চাক্তারি পুখ্রি অসিদা ।
পুখ্রি মনাক য়েৌরকপদা,
ইলা কৌবীদি শকহেনবী,
থানিন থাজ থোরকপগুম,
শাওং শাদাদি ফজবা,
উজখি বুধ লৈরম্বা ।
অকনবা তপস্যা তৌনা,
লৈরি বুধ লাইজম্নুংদা,
কনানা মহাক অসিবু,
ঙমগনি খুদুম চনবদি ।
কাম বীর্য্যনদি থল্লবা,
থোইদোক্না মিংচৎ চাউরবা,
পাখং ওইবগী ফজবা,
য়েংবগী পেনবা নাইদনা,
ঙাম্থোইনা লৈরি ইশিংদা ।
বুধ উবদা ইলাদি,
শুমহৎখি মাগী মপুক্সিং,
কাওথোক্না মশাগী রাখল ।
নুপী পুক্সিং ওইপ্রবনা,
মাগী মনাইশিং লোইননা,
পুখ্রিগী ইশিং চাইনদি,
লৈজখি ইলা ইবেম্মা ।
ইলা উবদা বুধনু,
শুমহৎখি কামগী রাখন্দা,
ঙমখিদে মপুক্সিং ফাবা,
জ্ঞান মাংখি ইশিংদা লৈনা
মরোল অহুমদি শুমহৎপি
উবদা মশক ইলাগী,
খোইরাংবনা মপুক্সিংদা,
লৈফম খংখিদে বুধনা ।
লাইদগী হেন্না ফজবী,
কনানো নুপী অসিদি ?
উখিবশিং মমাংঙৈদা,
লাই, নাগ, অসুর, অপ্সরা,
নুপী পুম্নমক অহুনা,
ফজরি য়েৌবা ঙমদনা,
য়াওদরি মাগা মানবা ।
নুপাসিনা করিগুম্বা,
পাল্লমত্রবা ময়ুম মকৈ,
মহাক্তনা ঐগী নুপী,
ওইবদা মতিক চাবীনী ।
অসুম্না থন্না বুধনা,
কাখৎলকখি ইশিংদগী ।
রাখন তৌনা চৎখিবনা,
য়েৌখি আশ্রমদা বুধনা,

কৌশিনখি নুপী ময়ামদি ।
নুপী পুন্নমক অত্থনা,
চংশিল্লগা বুধ নাক্তা
খুরমজখি মকোক নোম্না ।
মতম অসিদা বুধনা,
হংখি নুপীশিং মফমদা,
কনানো শকতেনবী অসি ?
করি মরমদি লৈবনা,
লাক্লিবনো মফমসিদা ?
হায়যু মরমত্থ ঐঙোন্দা,
অমুক থিন্থবা তৌদনা ।
তাবদি পোইথুম্নবা,
ফজবা রাদি বুধগী,
হায়রকই নুপী ময়াম্না ।
শকহেনবীসিদি ঐখোইগী,
মবেম্মনি পুন্নমক্কী,
লুহোংদ্রিবীনি মহাকসি,
মরম অসিনা মহাক্না,
কোইরিবনি মনিং তৌনা,
নিংথিবা বন মনুংসিদা,
লোইননদি ঐখোই ময়াম ।

তাবদা নুপীশিং রাদি,
জ্ঞানদি লৈরবা বুধনা,
য়েংলকখি ধ্যানদি তৌত্থনা,
মরমদা নুপী অসিগী ।
থৌদোক্তি নিংথৌ ইলগী,
খংলবা তুংদা বুধনা,
হায়রকই নুপীশিং য়েংনা ।
কিন্নরীদি কৌনা নখোই,
লৈরুরো চীংমাই অসিদা,
শেম্মুরো লৈফম খুদক্তা ।
উইহে-রাইহেশিং চাবনা,
ওইজরো হিংনবা উপায়,
কিংপুরুষশিং ময়াম্না,
ওইরো নখোইগী নপুরোইবা ।
তাবদা বুধগী মরা,
ফজবী নুপীশিংসিনা,
শেমখি লৈফমদি চীংমাইদা ।
হেনগৎখি মীশিং মখোইগী,
থিবা ঙমদনা মশিংদি,
ফাওখি কিংপুরুষী হায়না ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৮৮ শুবা সর্গঃ লোইরে ।

# শ্রীরাম

## উত্তর কাণ্ড

### ৮৯ শুবা সর্গঃ

( বুধ অমসুং ইলানা পুরুৱৱা পোকপা। )

কিংপুরুষীশিং পোকখিবা,
তাবদা ৱাৱি অসিদি,
ভরত লক্ষ্মন অনিমক্তা,
হায়জ্জরকই শ্রীরাম য়েংনা.
'ৱারিনি থোইনদি ওকপা'।
মতুংদা শ্রীরামচন্দ্রনা,
লিথরকখি অমুক হন্না,
ৱারিদি ইল নিংথৌগী।
নিংথিবা চীংগী চীংমাইদা.
চৎগ্রবদা কিন্নরীশিং
মুনি অথোইবা বুধনা,
হায়রকই ইলাদি য়েংনা.
নোক্তুনা খোইরুম মোমোন্দি।
মাইথোং ফজবী ইবেম্মা!
মচানি ঐ অসি সোমগী (থাগী)।

নিংথিবী নংনা ঐ অসি,
য়েংঙু পামজবা মিৎয়েংদা,
লোংদনা নপুক্কিং অনি।
কনাদি য়েংবা উদ্রবা.
চিক্লবা মফম অহুদা,
তাবদা বুধগী ৱাদি,
তপ্না হায়জখি ইলানা।
লাইবক ফাবা সোমগী মচা!
নিংতমজবীনি ঐহাক্কি.
অহুম ওইনমক ইবুঙো,
পোনজরে নংগী নখাদি.
কৎচরে থরাই মঙামক,
হায়জরি অরেম্বা ৱাদি।
কামগী ৱাখন্দা লুপ্পবা.
থাগী মচাদি বুধনা,

থংলবদা ইলা পুক্লিং,
হরাওখি ঙমখৈ লৈতনা,
লৈমিন্নখি ইলাগদি,
তিন্নবা থম্মোই থম্মোইদি ।

মতৌ অসুম্বা বুধনা,
ফজবী ইলা লোইননা,
লুপ্তুনা কামগী ইপাক্তা,
লৈমিন্নখি বৈশাখ থাদি ।

লোইরকপদা বৈশাখ থানা,
থাজগুম মাইথোং ফজবা,
মিকপ থোক্তুনা ইলদি,
হৌগৎলকখি ফমুংদগী ।

মখুৎ থাঙ্গৎনা বুধনা,
লৈরম্বত্থু ধ্যান্দি তৌনা,
উবদা ইলা নিংথৌনা,
হংজরকই ইঙক ঙরা ।

ননাই ঐহাক্না ভগবন !
গুরুবা বন মনুংসিদা,
লোইননা ঐগী লাম্মিদি,
চংলকপনি শাদি তানবা,
অত্থুবু লাম্মি পুম্মক,
উবদি ঙংদে অমত্তা,
চংগ্রবনো কন্নাইদদি ?
মতম অসিদা নিংথৌনা,

রাদি মানা মুপী ওইবা,
ঙমজখিদে থংজবদি ।
ইল মরা তাক্না,
সোমগী মচাদি বুধনা,
হায়রকই থেমজিনবা ওইনা
নংগী ননাইশিং পুম্নমক,
অকিবা ফংনা চুরকপা
নুংগী নোংদি অকনবদা,
শিগ্রবনি মখোই পুম্বা ।

নিংথৌ নহাকসু ইবুঙেঙা,
থুপলবনি আশ্রমসিদা,
কিত্থুনা নুংগী নোংত্থুদি,
অত্থুবু নহাক অসিনা,
তুমথখি অন্নাবা খাংনা!

ওইয়ু মঙ্গল নহাক্কীদি,
অকিবা লৈতনা নংনা,
খন্দনা বাখন্দি অতৈ,
চাত্থুনা উহৈ-রাহৈদি,
লৈবিয়ু মফম অসিদা ।

পাওদি লাম্মি শিখিবগী,
তাবা ঙংবদা ইলনা,
সোমগী মচা বুধদগী,
ওইখি মপুক্লিং অরাবা,
হায়রকই থম্মোইদি শোক্না,

বৃথ মফমদা ইলনা ।
মাংগ্রবস্থ ঐগী লাম্মি,
থাদোকপদি ঐগী লৈবাক,
ঙমজরোই ননাই ঐহাক্তি ।
মিংকুপ অমতং ফাওবদি,
লৈজনিংদে মফমসিদা ।
মরম অসিনা মুনিনা,
হনখিনবা ইরৈবাক্তা,
পিনবিরো নয়াথংদি ।
ধর্ম্ম লৈবা মিংচৎ চাউবা,
ঐগী ইচা খ্বাইগী অহন,
শশবিন্দুদি কৌবনা,
লৈরমগনি ইহুৎ শিন্না,
মতমসিদা ঐ লৈতবা ।
ইরৈবাক্তা ইচা ইশু,
শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক্তা,
লৈরমগনি হরাও-তন্নাম,
থাদোক্লুনা মখোই অহু,
লৈবা ঙমজরোই অসিদা ।
মরম অসিনা ইবুঙঙা,
বাঙাং অহু থম্মোই শোকপা,
হায়বিরন্থ অমুক হন্না ।
বাঙাং অহুদা ইলগী,
নোক্না হায়রকই বৃথনা,

লৈবনা মফম অসিদা,
অফবদি নিংথৌ নংগী,
পুরকনি শোইদনদি ।
পাঙ্গল চাউরবা হে নিংথৌ !
খোইরাংবা তৌরন্থ অমুক,
চহি অমা ফারকপদা,
লাকনি নংগী অফবা ।
জ্ঞানদি লৈরবা বৃথনা,
তাবদা হায়রকপা রাদি,
পুকচেল চাউরবা ইলনা,
খনখি লৈরগে হায়নদি,
নিংথিবা মফম অসিদা ।
মতৌ অস্থম্না ইলনা,
থা অমা নুপী ওইহুনা,
লৈমিয়ৈ বৃথ লোইননা,
অতোপ্পা থা অমনদি,
নুপা ওইনা নিংথৌ ইল,
লৈখি ইংনা ধর্ম্ম তান্না ।
মতৌ অস্থম লৈরকপনা,
হৌগ্রবদা থা নিপালনা,
শুরকপদা থা মাপলনা,
ইলাদি নিংথিজবীনা,
পোকখি মচা পুন্নরবা ।

মতিক মন্নাইদি কল্লবা, মতৌ অসুম্না ইলনা,
থোইদোকপা অঙাং অসিদি, থা থা খুদিংদা ওনখিবা,
শ্রিম্নখি হেক পোক্লকপগী, নুপা নুপীগী মতৌদা,
অথোইবা বুধ মফমদা, নুপী ওইরগা বুধগা,
ইলা কৌবী নিংথীবীনা। নুপা ওইরগা ধর্ম্মদা,
মপা মতৌগুম অঙাংসি, লৈহুনা মপুক্লিং চংনা,
ফজৈ অঙকপা ফংনদি। লেনজখি চহি অমদি।

মথাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৮৯ শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১০শুবা সর্গঃ

( অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবগা ইলানা নুপা ওইবা। )

শ্রীরামচন্দ্রনা লিরকপা,
পোকপগী পুক্করবনা,
বারি অহুদি অঙকপা,
তাবদা ভরত লক্ষ্মনা,
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা।
বুধনা ইলা লোইননা,
লৈরবা তুংদা চহিদি,
করিদি অমুক তৌখিবা?
লিবিয়ু মখা অহুদি।
মখোই অনিনা হংজবা,
বাহং অহুগী পাওখুমদি,
পিরকই শ্রীরামচন্দ্রনা
বারি লিহুনা ইলগী:
থা অমা ইল নিংথৌনা,
নুপা ওইবা মতমসিদা,
জ্ঞানদি লৈরবা বুধনা,

কৌথি মহাত্মা সংবর্ত্ত।
ভৃগু মুনি মচা চ্যবন,
মহর্ষি অরিষ্ট নেমি,
প্রমোদন, মোদকর ঋষি,
দুর্ব্বাশা অসিনচিংবা,
কৌথিময়াম পুম্নমকসু।
লাক্লবদা মুনিশিংনা,
তত্ত খংলবা বুধনা,
হায়রকই ময়াম মফমদা,
নিংথিবা বাহৈ বাত্তানা।
প্রজাপতি কর্দ্দমগী,
মচা নুপা ইল অসি,
তারে ওস্তোকপা দশাদি,
ময়ামসু মহু খংবিরি।
মঙ্গল ওইনবা মহাকী,
য়েংসি উপায় অমতংদি।

ব্রাহ্মন মন্নামগা বুধগা,
মতমদা বাক্সি তৌরিবৈ,
শক্তি লৈরবা কর্দ্দম,
য়ৌরকখি আশ্রম অসিদা।

অতৈ অতৈ তেজ লৈরবা,
পুলস্ত্য, ক্রতু, বষটকার,
ওঁকারনচিংবা মুনিশিং,
মখোই পুম্নমক অসিস্থ,
থুংলখি আশ্রম অসিদা,
তুংথ-মাংথ কর্দ্দমগা।

মন্নাম পুম্নমক অসিনা,
ফমতুনা অমতা ওইনা,
মরমদা ইল নিংথৌগী,
খন্নখি থোইনা কুপ্নদি।

খন্দুনা মচা ফনবা,
প্রজাপতি কর্দ্দমনা,
হান্নরকই মন্নাম মফমদা,
তাবিয়ু ব্রাহ্মন ময়াম্মক,
মঙ্গল ওইনবা ইলগী,
হান্নজগে রাফমতু ঐহাক।

নিংথৌ অসিনা ওইরিবা,
কোক্লবদি দশা অসি,
ভগবন শিব নত্তনা,
ঙম্মোই অতৈদি অমনা।

যজ্ঞদগী অশ্বমেধ,
হেন্না ফবা যজ্ঞ অমা,
লৈত্রবনি অতোপ্পদি।
যজ্ঞসিতনা শিবদি,
লেপ্পা ঙমগনি পেলহনবা।
মরমসিনা ঐখোই পুন্না,
খন্দুনা ইলগীদমক,
পাংথোকসি যজ্ঞ অসিদি।

তাবদা কর্দ্দম বাদি,
ব্রাহ্মন পুম্নমক অতুনা,
ভগবন মহাদেবদি,
খন্দুনা পুজা তৌরগে.
থৌরাং তৌখি যজ্ঞ পোৎলম।

মহামুনি সংবর্ত্তগী,
অফাওবা শিষ্য অথোইবা,
মরুত্ত কৌবা নিংথৌনা,
পোৎলম পুম্নমক যজ্ঞগী,
পুরকখি থৌরাং তৌরগা।

আশ্রম অসিদা বুধগী,
পাংথোকখি যজ্ঞ অসিদি,
মহর্ষি ময়াম অতুনা।

যজ্ঞ অসিদা রুদ্রনা,
পেনবিখি থোইদোক হেন্দোক্না
লোইরবদা যজ্ঞদি,

চোংথোক্লনা ইল মাংদা,
হায়রকই মহাদেবনা,
য়েংলগা ব্রাহ্মন পুন্নমক।
হে মহর্ষিশিং পুন্নমক।

নখোই পুন্নমক্না তৌবা,
ভক্তি অমদি যজ্ঞদা,
অপেনবা ওইরে ঐহাক্কী।

হায়য়ু করি তৌবা পাম্বা,
বাহ্লিক্কী নিংথৌ ইলগী?

থৌজাল ফংবদা রুদ্রগী,
ব্রাহ্মন পুন্নমক অহুনা,
হায়জখি অমতা ওইনা,
নুপা ওইনবা ইলদি।

পেনবিরহুনা রুদ্রনা,
পিবিখি বরদি ইলদা,
ওইনবা চাননা নুপা।

পিরম্মগা বর অসিদি,
মাংথোকখি শিব ইবুঙো।

শিব লেংথ্রবা মতুংদা,
লোইশিনখি যজ্ঞ অহুদি।

মতুংসিদা ব্রাহ্মন ময়াম,
থোইদোক হেন্দোক্না হরাওনা,
চৎনখি বিদায় লৌহুনা,
আশ্রমদা মখোই মখোইগী।

ইল নিংথৌনা হরাওনা,
থাদোক্লগা বাহ্লিক লমদম,
গঙ্গা অমসুং যমুনা,
তুরেন অনিনা তিন্নকম,
মনাক্তা লৈবা লমদমদা,
শেমখি নিংথিবা সহরদি,
থোনখি মমিং প্রতিষ্ঠানপুর।*

মফম অসিদা ইলনা,
লৈজখি নিংথৌদি ওইনা।

মচানুপা অহল ওইবা,
মফমদা শশবিন্দুগী,
হাপ্নীখি নিংথৌ বাহ্লিক্কী।

শিরবদা ইল নিংথৌ,
ইলা ওইনদি পোকখিবা,
মচাদি পুরুরবনা,
ফংজখি নিংথৌ থুভমদি।

---

* প্রয়াগগী নোংপোক্তা লৈবা গঙ্গাগী বাংমদা হৌজিক লৈরিবা ঝুসী হায়না কৌবা মফম অসি খাইনগী প্রতিষ্ঠানপুর অহুনি।

নখোই অনিনা হৌজিক্তি, তারেদো ঐনা লিদুনা
থোইদোকপা মহৈ পিওন্বা। যজ্ঞ অসি তৌবতনা।
অশ্বমেধ যজ্ঞগী রা, ফংবনি মহৈ অথোইবা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৯০ শুবা সর্গ: লোইরে।

শ্রীরাম

"উত্তর কাণ্ড"

৯১ শুবা সর্গঃ

( শ্রীরামগী পাওতাক মতুংইন্না অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবা । )

মনাও অনিদা শ্রীরাম্না৹
লিরগা ৱারি অসিদি৹
হায়রকই লক্ষ্মন মফমদা,
ধর্ম্মগী ৱাদি নিংথিবা ।
ইবুঙেঙা লক্ষ্মন অকনবা ।
ঐখোই ময়াম তানরগা,
তৌসি অশ্বমেধ যজ্ঞ,
থৌরাং তৌ মতুংগীদমক ।
বশিষ্ঠ৹ বামদেব,
জাবালি, কশ্যপ অমদি৹
অতৈ অতৈ ব্রাহ্মনশিংদি৹
কৌরকউ মখোই পুম্নমক৹
থন্নরগা অকুপ্পা ৱা,
য়েংতুনা হৌমিং অফবা৹
থাখিসি যজ্ঞগী শগোল ।
ফংবদা শ্রীরাম য়াথংদি,
চংচখি লক্ষ্মন খুদক্তা৹
কৌরুরগা ব্রাহ্মনশিংদি,
পুশিল্লকখি শ্রীরাম নাক্তা ।
মহর্ষি ময়াম অতুনা,
উবদা শ্রীরামচন্দ্রদি৹
থাগৎ-ৱাহৈগা লোইননা,
পিখি আশীর্বাদ শ্রীরামদা
মতম অসিদা শ্রীরাম্না,
লোয়্ননা মথুৎ অনিদি৹
হায়জরকই যজ্ঞগী ৱা৹
মফমদদি ব্রাহ্মনশিংগী ।
ব্রাহ্মন পুম্নমক অতুনা৹
তাবদা শ্রীরামগী ৱাদি,
খুরুম্নগা শিবজীদি,
থাগৎলকখি যজ্ঞ অসি,
লিতুনা ৱারি ময়ামদি,

মরমদা অশ্বমেধগী ।
কানবা বাদি যজ্ঞগী,
তাবা ফংবদা শ্রীরাম্না,
মফমদগী ব্রাহ্মনশিংগী,
পেনজখি থোইদোক হেন্দোক্লা ।

যজ্ঞ তৌবগী অয়াবা,
মফমদগী ব্রাহ্মনশিংগী,
ফংজরবদা শ্রীরাম্না,
হায়রকই লক্ষ্মন য়েংনদি ।

ইবুঙেঙা লক্ষ্মন নহাক্লা,
থাখো পাওদি সুগ্রীবদা,
তৌবা তারে যজ্ঞ হায়না ।

পাও অসিনা হেক ফংবগা,
য়াওনবা যজ্ঞ মহোৎসব,
লাকউ লোইননা লাম্নিগা,
অযোধ্যা কোম্লুং তম্নদি ।

থাখো পাও বিভীষন্দদি,
খংহনখো যজ্ঞগী মরম,
হিংচাবা লাম্নি লোইননা,
হায়খো অযোধ্যা য়েরকউ,
হৌবা নংনবা যজ্ঞদি ।

মরু ওইবা মরূপ-মপাং,
মখোই পুম্নমক অহুগা,
খন্নরগা নিংথিজনা,
তৌফম অহুদি যজ্ঞগী,
লেপ্‌স্নরো খুদক্তসিদা ।

অথাপ্পা লমদমদা লৈবা,
ঐখোইবুদি নুংশিবিবা,
ধর্ম্ম লৈবা ব্রাহ্মনশিংদা,
য়্বাওরনবা যজ্ঞ অসি,
দুত থাখো বার্ত্তন পিহুনা ।

বন্দা লাইনিংবা ঋষিশিং,
ময়ুমদি পানবা ব্রাহ্মনশিং,
পিখো পাও মখোই ময়ামদা
লাক্নবা যজ্ঞ অসিদা ।

তালদি থাবা সূত্রধারশিং,
জগোইদি শাবা শাবীশিং,
পাও পিখো যজ্ঞ য়াওনবা ।

নৈমিষা বনগী ময়াইদা,
গোমতী তুরেন মপান্দা,
লৈরিবা লবুক অহুদা,
অচৌবা যজ্ঞ অসিগী,
ওইনবদি মফম অহু,
হায়খো দূতশিং ময়ামদদি ।

মাইকৈ মরিমক অহুদি,
য়াম্না চেকশিন্না ঙাক্নবা,
শিন্নখো দূতশিং মফমদা ।
মীওইশিংদি ধর্ম্ম লৈবা,

লাক্কনা চামা চায়না,
যজ্ঞ অসি নৈমিষাগী,
য়েংলগনি শোইদনদি।
কৌরু নংগী মী পুন্নমক,
সেবা তৌনবা যজ্ঞদা।
যজ্ঞ অসিদা য়াওনবা,
অরাকপা মীশক খুদিংদা,
তৌ নিংথিনা পিজ পিথক,
পেলহল্লু মখোই পুন্নমক,
তৌহনা সেবা নিংথিনা।
হুলহনখো ময়ুম ময়ুমদা,
পিরগা দান মতিক চানা।
চেং মচং গাড়ি লক্ষ অমা,
শাগী গাড়ি লিশিং তরা,
মুগ, ছলা, কুলিখ, ঙা, থুম,
পুহনা পুন্নমক অসি,
চংখো নংনা মাং থারগা।
মসিগা মপা চানবা,
ঘী, থাও, শঙ্গোম, দধি, চন্দন,
মনম নুংশিবা পোৎচৈশিং,
পুখো নহাকা লোইননা।
সনা তাঙ্গা কোটি চামা,
শেনগী ময়েক কোটি চামা,
পুরগা ভরত নহাক্কা,
য়ৌশ্রো যজ্ঞ মফমদদি।
নহা ওইবী জগোই শাবী,
ইশৈ শকপি মখোল ফবী,
মখোইশিং কয়া অমদি,
য়েংহনা মফম চাবদি,
লৈহল্লু খোয়াং তৌনদি।
মখোই নলোন-ইতিক তৌবা
শিল্লম্বু হুকান ফম্বা,
য়েংহনা মফম চাবদি।
ভরত নংগী নমাংদদি,
চংহল্লু লাম্মিদি হায়া।
মহৈ-হৈবশিং পুন্নমক,
নহা-অহল, পুকৈ ঙাকপা,
কিঙ্করশিং, ইমা ইবেলশিং,
নুপি-নহাশিং কোন্নুংগী,
ইমা ইবেম্মা রানীশিং,
মনৌ নুপিশিং ময়ামদি,
সনাগী মূর্ত্তি সীতাগী,
মাংদা থম্না পুন্নমক্কী
দীক্ষা তৌনবা যজ্ঞগী
চংহনখো তপ্প-তপ্পদি।
য়াথং ফংবদা শ্রীরামগী,
ভরত লক্ষ্মন অনিমক্কা,
তৌজখি খোয়াং নিংথিনা।

মতুংদা থোৱাং লোইরবা,
পুন্থনা পোৎচৈ পুম্নমক,
চৎখি যজ্ঞগী মফমদা,
লোইনথুনা লাম্মিশিংগা।

য়াওজখি মখোই পুম্নমক।
য়ৌরকখি বিভীষন নিংথৌ,
মফম অথুদা যজ্ঞগী,
লোইননা হিংচাবা লাম্মি।

লোইননা য়োংগী লাম্মিদি,
থুংলরে সুগ্রীব নিংথৌ,
সেবাদদি ব্রাহ্মনশিংগী,

পূজা তৌবদা ঋষিশিং,
য়াওজখি মহাক মশামক,
লোইননদি নুপীশিংগা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৯১ শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৯২শুবা সর্গঃ

( শ্রীরামগী যজ্ঞগী দান মওং । )

পোৎ চৈ পুন্নমক যজ্ঞগী,
য়ৌগ্রবদা যজ্ঞ মফম,
কৃষ্ণসার শজিগুম মুবা,
অফবা খুদম্না তিনবা,
যজ্ঞগী শগোল শ্রীরাম্না,
থাদোকখি শগোলশংদগী ।
শগোল মতুংদা লক্ষ্মন্না,
লোইননা পুরোহিতশিংগা,
চৎখি নৈমিষাগী বন্দা,
ভাক্তুনা মাগী লাম্মিনা ।
মফম অতুদা শেম্নম্বা,
অঙকপা ফংনা ফজবা,
থৌরাং অতুদি যজ্ঞগী,
উবদা লক্ষ্মন পেনজখি ।
নৈমিষাদা লৈরম্নীবা,
লাক্লিবা যজ্ঞ য়্যাওবদি,

নিংথৌশিং ময়াম অতুনা,
মাগী মাগী লৈবাক্কগী,
পুরক্লিবা খুদোল পোৎশিং,
য়ৌখি শ্রীরামগী মফমদা ।
নিংথৌ পুন্নমক শ্রীরাম্না,
একপিখি হরাও হরাওনা ।
নিংথৌ পুন্নমক অতুগা,
মতুংদা শক খংনরবা,
ভরত শত্রুঘ্ন অনিনা,
মাগী মাগী মতিক চাবা,
য়েংহুনা পোৎচৈ পুন্নমক,
অচা-অথক ফিরোনশিংদি,
খুৎশিন্নখি মরাং কাইনা,
মখোই মখোইগী মীশিংদা ।
মতমসিদা সুগ্রীবনা,
লোইননা মাগী য়্রোংয়ামগা,

থৌখি সেবা ব্রাহ্মনশিংগী।
লঙ্কা নিংথৌ বিভীষন্না,
লোইননা মাগী মনাইশিং,
ঋষি পুন্নমক অতুগী,
থৌখি সেবা নিংথিজনা।
পৃথিবী নিংথৌ অচৌবা,
মখোই পুন্নমক অতুনা,
মনাই-মশলগা লোইননা,
লাক্লখি যজ্ঞ অসিদা।
অরাকপা মীপুম খুদিংগী,
লৈফমশিং মতিক চাবদি,
পিখি অমতা রাত্তনা।
হৌরবদা যজ্ঞসিনা,
শগোন্না পৃথি কোইবদা,
য়াম্না চেকশিন্না লম্মন্না,
ইন্নখি শগোল মতুংদি।
মতৌ অসুম্না শ্রীরাম্না,
পাংথোকখি মহাযজ্ঞদি।
মাইকৈ মরিদা যজ্ঞগী,
খোঞ্জেল অমতং নত্তনা,
তাবা ফংখিদে অতৈদি।
চাক্লি ফিনিবা কাংবুনা,
পোৎ চৈশিংদি অপাম্বদু,
'পিয়ু পিয়ু' হায়নবা নিবা,

খোঞ্জেলতনা পুম্নিন নিনখি
মখোই অসিদা নত্তনা,
অরাকপা কাংবু খুদিংমক,
পেন্নবা থৌখি শ্রীরাম্না।
পিয়ু পিয়ু নিবশিংদা,
য়োং হিংচাবশিং মন্নাম্না,
পিখি পুথোক পুথোক্লুনা,
পামজবা মখোই মখোইনা।
যজ্ঞ অসিদা শ্রীরামগী,
কনাগুম্বগী পেন্দবা,
নিংবা থুংদবা অবাবা,
তাবা ফংখিদে অমতা।
মতম কুইনা পুল্লিরবা,
মুনি ঋষিশিং কন্নানা,
য়ৌরকখি যজ্ঞ অসিদা।
থাইনা মমাংদৈ মতমদা,
যজ্ঞ অমা অসিগুম্বা,
ফংখিদে উবা-তাবদি,
ফোংদোক্লখি মন্নামতুনা।
সনা পাম্বশিংদা সনা,
লুপা পাম্বদনা লুপা,
মনি পাম্বশিংদা মনি,
ফিরোনশিং পাম্বদা ফিরোন,
মতৌ অসুম্না শ্রীরাম্না,

অপাম অপান্বা পোৎশিংদি•
অপাম অপান্বা মীশিংদা,
তৌখি দান মনিং থুংনবা।
ইন্দ্র, সোম, যম, বরুণনদি,
তৌখিবা যজ্ঞশিংতুনা,
য়েৌবা ঙমদে শ্রীরাম যজ্ঞ,
ঙাংনখি মতৌ অসুম্না,
মহর্ষিদি পুম্নমক্না।

মতৌ অসুম্না শ্রীরাম্না•
সনা-লুপা-মনি-মুক্তা•
ফিরোম্নচিংবা পুম্নমক,
তৌখি দান্দি যজ্ঞসিদা।
চহি চংনা দান তৌবদা,
ময়েং তাবগী মহুত্তা•
হেনগৎখি থোইনা হেন্নদি,
পুক্কৈ অত্থু শ্রীরামগীদি।

মতাং অসিদা উত্তরকাণ্ডগী ৯২ শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১৩শুবা সর্গঃ

( শ্রীরামগী অশ্বমেধ যজ্ঞদা মহর্ষি বাল্মীকি লাকপা, কুশ লব অনিদা রামায়ন শক্কবা হায়রকপা। )

লোইশ্রবা তুংদা যজ্ঞনা,
লোইনহুনা শিষ্যশিংগা৹
লাকখি ভগবান বাল্মীকি,
মফম অহুদা যজ্ঞগী।
অঙকপা ফংনা চাউনদি,
তৌখিবা যজ্ঞ অসিদা,
ঋষি ময়াম্না লৈনবা,
শাখি খাংপোকশং ময়ামদি
ময়াম অসিগী মনাক্তা৹
শেম্নগা অনৌবা অমা৹
পোথাহনখি মফমহুদা৹
কাংবুদি মহামুনিগী।
মীনাইশিংনা নিংথৌগীদি,
বাল্মীকি মহামুনিগী,
চান-থক্কবা পুম্নমক,
লোইননা উহৈ-রাহৈশিং,
থমখি পৈতুনা থাগুক্লা।
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙানা,
মুনি পুম্নমক লোইননা,
বাল্মীকি মহামুনিবু৹
পূজা কৎলকপা অহুদা,
অপেনবা ওইখি বাল্মীকি।
মতুংসিদা মহর্ষিনা৹
হায়রকই কুশ লবদা৹
ইবুঙেঙা নখোই অনিনা৹
ঋষি ময়াম্না লৈরিবা,
অশেংবা আশ্রম মনুংদা৹
ব্রাহ্মনশিংগী ময়ুমশিংদা,
নিংথৌগী কোনুং মনুংদা,
অচৌ-অচৌবা সোরোক্তা,

ময়ামগী পুক্লিং পেন্নবা,
মকারান্নদি নপুক্লিং,
শকলু রামায়ন ইশৈদি।

মমাংদা শ্রীরামগী শঙ্গাই,
মফমদা যজ্ঞ তৌখিবা,
চৎলগা নখোই অনিনা,
ঋষি পুন্নমক মমাংদা,
শকলু ইশৈ রামায়নদি।

চীংশাং অসিদা হৌরিবা,
মহৈদি পান্নিশিংসিগী,
নপুক লান্নবা মতমদা,
চারগা শকউ ইশৈদি।

নখোই অনিনা ইবুঙ্গো,
মহাও নিংথিনা লৈরবা,
চারবদি উহৈ অসি,
লৈরোই অরাম-খোরাংবদি,
খংলোই নখোল শিথবদি।

করিগুম্বা রামচন্দ্রনা,
কৌহুনা নখোই অনিদি,
ইশৈ শকউ হায়রবদি,
তিল্লিবা মরাম মমাংদা.
শকউ রাগ কাইহন্দনা,
থোইনা নুংশিবা নখোন্দা।

মমাংঙৈ ঐনা তাকখিবা,
নিংথিবা ছন্দ অহুদা,
থোইদোক হেন্দোক্লা চুন্নদি,
সর্গঃ কুন নুমিৎ খুদিংগী,
শকউ তান্দি কাইহন্দনা।

বন্দা লৈবনি ঐখোইদি,
হিংবনি উহৈ-রাহৈনা,
কান্নদে সনা-লুপাদি,
মরম অহুনা নখোইনা,
পিরবমু সনা লুপা,
মীশকশিংনা কনাগুম্বা,
লৌরুগমু মিহৌহুনা।

করিগুম্বদা নখোইদা,
কনাগী মচানো হান্ননা,
হংবা খোক্রবা শ্রীরাম্না,
খুম্মু শিষ্যনিতা হায়না,
মহামুনি বাল্মীকিগী,
তারুমু মথা অতৈদি।

মফম মতমদি য়েংলগা,
নৌরবা সুরদা নখোইনা,
রামায়ন শৈরেং ইশৈদি,
শকউ চিংনবা লৈতনা।

নিংথৌ হান্নবা অসিতনা,
নখোই ঐখোই পুন্নমক্না,
ইপানি ধর্মগী ওইবা,

মরম অসিনা ঐখোইনা, মচা অনিনা সীতাগী.
হিক্লোকফদে মাগী য়াথং। হাযজখি মখুং লোন্নদি,
মরম অসিনা নখোইনা, মফমদা মহামুনিগী,
হৌরগা আদিদগীদী 'ইনজগে মুনি য়াথংদি'।
শক্লম্ ইশৈ নুংশিনা। মতুংদা মখোই অনিনা,
হয়েং অয়ুক্কী হৌনা, য়েংওইনা কোইবগা মুনি,
মমাংদা মন্নাম পুম্নমক, থোকচখি খাংপোক মপান্দা।
শকউ শৈরেং ইশৈ অদু, অশ্বিনীকুমার অনিনা,
ওমজনা বীনাগী স্বরদি। শুক্রনা লিবা সংহিতা,
মতৌ অম্ৰম্মা মুনিনা, তাখিবা মতৌ অদুগুম,
অতাং অনিগী মফমদা, ৱাতুদি মহামুনিগী,
পিরগা পাওতাক নিংথিনা, তাজরগা কুশ লব,
লৈখি তুমিন য়া ওাংদনা। ইংনা লেনজখি অহিংদি।

মত্রাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৯৩ শুবা সগ : লোংরে

# শ্রীরাম

## 'উত্তর কাণ্ড'

### ১৪ শুবা সর্গঃ

( কুশ লব অনিনা রামায়ন শৈরেং শকপা। )

হৌখিহ্নবা অহিং অহু,
লাক্লবা মতমদা অয়ুক,
কুশ লবদি অনিনা,
লোইজখি স্নান তৌবদি।
লৌজরগা মুনি য়াথং,
হৌখি রামায়ন শকপদি,
মফম অহুদা যজ্ঞগী।
আদি কবি বাল্মীকিনা,
নিয়মদি সঙ্গীত শাস্ত্রগী,
ইশ্রবনি কাইহন্দনা,
ফজবদা বাহৈ-বাতা,
মপা-লৈত নুংশিহনবা,
থোং-নৌনদি থম্মোই শোকপা,
শৈরেং ইশৈদি রামায়ন,
তাবদি ফংখি শ্রীরামনা,

লোইননদি সভাশিংগা।
অঙাং অনিনা শরুকপা,
নুংশিনা মিরবা স্বরদা,
তালনা তাংজবদি শইবা,
বীনাগী স্বরদি নমহৎনা,
মম্নেক কাইদবা খোম্থোক্লা,
অরাং-অনেম-অশাংবদা,
খেন্নবদি স্বর তরেৎকী,
উৎলগা মর্য়েক্ত শেংনা,
শরুকপদা তান্দি নেৎনা,
খোইরাংনা নুংঙাইখি শ্রীরাম
অতাবা কাংবু পুন্নমক
শুমহৎখি ময়া কানদি।
মতুং অসিদা শ্রীরামনা,
তানজাদি য়েংনা অহাংবা,

যজ্ঞদা লাকপা মুনিশিং,
নিংথৌশিং, বেদ হৈবশিং,
পৌরানিক্তা ফাওরবশিং,
অহল ওইরবা ব্রাহ্মনশিং,
ব্যাকরন্দা মমিং চৎপশিং,
স্বরগী মওং খংলবশিং,
ইশৈ তাবদা হৈবশিং,
সামুদ্রিক বিদ্যা খংবশিং,
সঙ্গীত বিদ্যাদা ফাওবশিং,
থোইনদি নিগমাগমদা,
হৈথো-ইশিংথোই লৈরবশিং
অতোপ অতোপ্পা ছন্দগী,
অনেম-অরাংগী খোঙ্গোকশিং,
চরন শুনা খং-হৈবশিং,
বৈদিক ছন্দ খুৎলোইবশিং,
জ্যোতিষ শাস্ত্র খংলবশিং,
নত্তনা পুম্নমক অসি,
অতৈ-অতৈ বিদ্যাশিংদি,
মশক থোক্লা খংলবশিং,
কৌহনখি মম্লাম লাক্লবা।
মথক্তা পুম্নমকসিগী,
মরৈ য়েৎপা হৈরবশিং,
প্রমান-পাষ্টে ফরবশিং
নিতি শাস্ত্র খংলবশিং,
লাইয়েকপদা ফাওরবশিং,
ধর্ম্ম পুম্নমক খংবশিং,
কল্পনা তৌবা ওম্বশিং,
বেদান্ত অর্থ খংবশিং,
ব্রহ্মদি মশক খংবশিং,
কৌহনখি মথোপ্প পুম্নমক।
তিল্লরদা ময়ামসিনা,
কৌশিন্দুনা অঙাং অনি,
ফমহনখি শ্রীরামচন্দ্রনা,
মযাইদা সভা মম্লামগী।
নতুং ইন্না সভাগী বা,
কুশ লব অনিমক্না,
তাবদা পুক্নিং শুমহৎপা,
হৌরকই শৈরেং শকপদি।
গন্ধর্ব্ব শৈশক্তি ওইবা,
ইংনা খোইথুম্লবা স্বরদা,
হৌরকখি ইশৈদি শকপা।
তাবদা শৈহৌ অদ্ভুতা,
অতাবা মীপুম খুদিংমক,
লৈখিদে পেনবা কৌবদি,
তানিংখি হন্না হন্নদি।
তিল্লিবা ঋষি পুম্নমক
অকনবা নিংথৌ মম্লাম্মক,
ইশৈ তারিবা লোইনমক,

ইশৈ পেনবতা নত্তুনা,
মাইথোং ফজবা অঙাংগী,
য়েংহনা হন্না হন্নদি,
পেনজখি থোইদোক হেন্দোক্লা।

হান্নখি অমতা ওইনা,
মথাম পুন্নমক অহনা,
শক্তমদি অঙাং অনিগী,
অমতনি শ্রীরামগদি।

মমিগা মিংশেন্দা তাবা,
ওইবগুম মশা অমতা,
উরি অমতা ওইনদি।

মকোক্তা অঙাং অনিগী,
য়াওদ্রবা পুরিবা জটা,
লৌথোক্লবা উকু শেংপা,
লৈমিন্নবদা শ্রীরামগা,
হায়বা ভগ্নোই খেন্নবদি,
লৈরিবা মগ্নাম অসিনা।

থুজংগী প্রজা অমদি,
তিল্লিবা মীন্নাম অহনা,
বারি তৌরিবৈ অসুম্না,
সোমদদি অঙাং অনিনা,
ইশুনা নারদ য়াথং,
হৌরগা আদিদগীদি,
শকপা হৌরকখি রামায়ন,
শৈরেংদি নিংথিজরবা।

হৌবদগী শরুকপনা,
কুন শুবা সর্গঃ ফাওবদি,
শরুকখি অঙাং অনিনা।

লোইবদা কুন শুবা সর্গঃ,
মৌথি নুমিৎ য়ুংবা মতম।

মতম অসিদা শ্রীরাম্না,
হায়রকই ভরত মফমদা।
অকনবা মনাও ইবুঙো!
অঙাং অনিগী মফমদা,
নিংথিবা সনাগী তাঙ্গা,
পিখো লিশিং তরা নিপাল,
অহগা অতোপ অতোপ্পা,
পোৎ-চৈশিং মখোইনা পাম্বা,
পিবিখো মনিং থুংনবা।

য়াথং ফংবদা ভরতনা,
পিখি সনাগী তাঙ্গদি,
মফমদা অঙাং অনিগী।

অহবু অঙাং অনিনা,
লৌখিদে সনাগী তাঙ্গ,
হায়রকই কুশ লবনা,
করি তৌননি সনানা।
বন্দা লৈবনি ঐখোইদি,
উহৈ-বাহৈনা বনগীদি,

ওইবনি চিঙাক ঐখোইগী,
সনা তাঙদি অসিনা,
করি তৌরুনি ঐখোইনা,
মঙ্গুং অহুদা বনগীদি ?
বাঙাংদি অঙাং অনিগী,
তাবদা ময়াম অহুনা,
অঙকপা পোক্লখি থোইনা।

ময়াম অহুতা নত্তনা,
অঙকপদি পোকখি শ্রীরাম।

মতৌদা অঙাং অনিগী,
চিংনবদি পোকখি শ্রীরাম,
খল্লকই মবুক মঙ্গুংদা,
মগুন্তনা কাব্যসিগী,
ওইরিগদ্রা মতৌসিদি ?

মতুং অসিদা শ্রীরামনা,
হংলকই অঙাং অনিদা।

কয়া চাউই কাব্য অসি,
শ্লোকশী মশিংনা কয়ানো,
কনানো অইবা মুনি,
কদাইদা লৈ মহাক অহু ?
তাবদা শ্রীরামগী বাহং,
খুমজখি অঙাং অনিনা,
হৌরককমদি কাব্যসিগী,
মহামুনি বাল্মীকিনি,
ইবুঙেঙা নংগী নগুন্তা,
শক্তি কাব্য অসিদদি।

হৌখিবা, হৌজিকশী, তুংগী,
থৌদোকশিং ময়াম অহুদি,
থারিবনি শৈরেং ওইনা,
হৌজিক যজ্ঞ মফমসিদা,
লৈরি মহর্ষি বাল্মীকি।

কাব্য আসিদি অচৌবা,
পুন্না শ্লোক লিশিং কুনমার,
উপাখ্যান চামদি য়াওনা,
থম্মি নিংথিনা লেংহুনা।
তৌজিক ফাওবদা মুনিনা,
ইবা লোইরে কাণ্ড তরুক,
হৌরক্লগা আদিদগী।

চামঙা শুখে সর্গঃ মশিং,
ইথরি হৌজিক মথাদি,
শরুক অহু উত্তর কাণ্ড।

কবি গুরুনা ঐখোইগী,
পুন্সি অহু ইবুঙেঙাগী,
ইজরি মরিক চুন্নদি,
থোকখিবা থৌদোক খুদিংদি,
থেংনগনি তশেংবদি।

কাবা অসি ইবুঙেঙানা,
লৈরবদি তাবিনিংবা,

মতুংদা থবক লোইরবা,
তাবিয়ু চিংনবিদনা,
লোইননা ননাওশিংগনি।
তাবদা অঙাংগী বাদি,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
'ঐনা য়ারে হায়রিবহু।
মতুংদা অঙাং অনিনা,
য়াথং লৌরগা শ্রীরামগী,
চৎচখি হরাও হরাওনা,
মফমদা মহামুনিগী।

শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙ্ঙোনা,
মতুংদা ইশৈ তাববা,
লেংশিনখি যজ্ঞ মণ্ডপ্তা,
লোইননা সভা ময়ামগা।
মতৌ অসুম্না শ্রীরাম্না,
অহানবা মুমিং অদুদা,
কুশ লব অনিমক্না,
বীনা লোইননা শকখিবা,
নিংথিবা শৈরেং রামায়ন,
তাখি সভা ময়ামপুন্না।

মথাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৯৪ শুবা সর্গ : লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তরাকাণ্ড"

### ৯৫ শুবা সর্গঃ

( সীতাগী অশেংবা উৎনবা অমুক হন্না রাশকউ হায়না শ্রীরাম্না হায়বা । )

মতৌ অহম্না শ্রীরাম্না,
নিংথৌশিং অমদি য়োংশিং,
মুনিঋষি পুম্নমক্কা,
তাখি নুমিৎ কয়ানিমুক,
কাব্য ইশৈদি নিংথিবা ।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
শৈরেং ইশৈদি শক্লিবা,
কুশ লব অঙাং অনি,
খংহুনা সীতা মচানি,
রাখল তৌখি মপুক্লিংদা ।
ঙাইহাক লৈরগা শ্রীরাম্না,
দূতশিংদি মবুক্চেল শেংবা,
কৌরগা হায়খি তপ্নদি,
বাল্মীকি মহামুনিগী,
নাক্তা চৎলগা নখোইনা,
হায়রু রা অসি ঐহাক্কী ।

মরমচৎত্তা সীতা মাগী,
লৈত্রবদি অমকপন্থ,
মহামুনি মশামক্কা,
শেংদোকপিয়ু মরম অদু,
হায়য়ু ঐনা হায়জরকই ।
সীতা মপুক্লিং খংলবা,
মহামুনি বাল্মীকিগী,
অশেংবা ফিরেপ খংলগা,
খংহল্লো ঐবু খুদক্তা ।
সীতানা মাগী অশেংবা,
লৈরবদি ফোংদোক্লিংবা,
মমাংদা সভা ময়ামগী,
কোক্লবা লরাল ঐগীদি,
শিল্লু অদু ওইরবদি,
থোক্লবা মতু নখোইনা,
রাশক্লবদি সীতানা,

লাক্লগা হয়েং অয়ুক্তা,
ময়াম পুন্নমক মমাংদা।
অঙকপা বাদি শ্রীরামগী,
তাবদা দূতশিং অহুনা,
থুদক্না চংখি চেন্নদি,
মনাক্তা মহামুনিগী।
য়ৌবদা বাল্মীকি নাক্তং,
খুরুমগা দূতশিংহুনা,
নিংথিবা বাদি শ্রীরামগী,
হঙ্গৎচখি মহর্ষিদা।
মহামুনি বাল্মীকিনা,
তাবদা বাদি দূতশিংগী,
খংলহুনা রামগী পুক্নিং,
হায়রকই দূতশিং য়েংনদি।
মঙ্গল ওইয়ু নখোইপুম্বা!
ওইরসনু মহু থোকপা।
মপুরোইবনা মুপীগী,
গুরুনি অনতা ওইবা,
অপাম্বা অহু শ্রীরাম্মা,
তৌবা তাই সীতাদেবীনা।
খংলবদা মুনি পুক্নিং,
চৎখিহুনা দূতশিংনদি,
হায়জখি বাকম অহুদি,
মফমদা শ্রীরামচন্দ্রগী।

ফংবদা পাওথুম নিংথিবা,
মফমদগী মহামুনি,
হুরাওনা শ্রীরামচন্দ্রনা,
হায়রকই সভাদি য়েংনা,
মহামুনি পুন্নমক্না,
লোইনহুনা শিষ্যশিংগা,
ঙাক্লোইবিরে সভাসিদা।
পাত্র-মন্ত্রিশিং লোইননা,
লৈতেংবিরে নিংথৌ ময়াম
হয়েং সীতানা বাশকপা,
সভা ময়ামগী মমাংদা,
সাক্ষি ওইবিয়ু পুন্নমক।
তিল্লিবা ময়াম অহুনা,
থোইদোক্না ঋষি মহাত্মা,
'সাধু সাধু' হায়হুনদি,
থাগৎনখি হুরাও হুরাও,
তাবদা শ্রীরামগী বাদি।
তিল্লিবা নিংথৌ ময়াম্মা,
হায়রকই অমতা ওইনা,
পৃথি অসিদা হে নিংথৌ।
ইবুঙেঙা নহাক নত্তনা,
থবক অসি অসিগুম্বা,
ঙম্মখিদে তৌনবদি,
অতৈ কনা অমত্তনা।

মতুং অসিদা শ্রীরাম্না।
হায়রকই মম্লামদি য়েংলা,
থোকনি থবকসি হয়েং।
মতুংসিদা বিদায় পিখি,
তিন্নিবা মম্লান পুম্নমক।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
নিংথৌ, ঋষি, য়োং-হিংচাবা,
মখোই পুম্নমক মফমদা,
সীতানা হয়েং বাশকপা,
য়াওনবা হায়য়ু হায়তুনা,
য়াথং পিরম্লগা দূত্তা,
লেংশিনখি পোত্থাশংদদি।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৭৫ শুবা সর্গ লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১৬শুবা সর্গঃ

( মহর্ষি বাল্মীকিনা সীতাগী অশেংবা হায়বা । )

অহিং অতু হৌখিতুনা,
লাক্লবদা অয়ুক মতম,
লেংথোকপ্রগা শ্রীরামচন্দ্র,
যজ্ঞ তৌফমদি শংতুদা,
কৌহনখি মহর্ষি ময়াম ।
বশিষ্ঠ, বামদেব, কাশ্যপ,
বিশ্বামিত্র, দীর্ঘতমা,
জাবালি, পুলস্ত্য, শক্তি,
ভার্গব, বামন, নারদ,
পুন্সিরবা মার্কণ্ডেয়,
তপস্যা কনবা দুর্বাসা,
মিংচং চাউরবা মৌদগল্য,
ধর্ম্ম খংবা শতানন্দ,
মহামুনি গর্গ, চ্যবন,
শক্তি লৈরবা ভরদ্বাজ,
মমিং চংলবা গৌতম,

মৈগীদি মচা সুপ্রভ,
পর্বত, কাত্যায়ন, সুযজ্ঞ,
মহামুনিদি অগস্ত্য,
মখোইশিং অসি নত্তবা,
অতোপ অতোপ্পা মুনিশিং,
মখোইগী শিষ্য লোইননা,
য়ৌরকখি যজ্ঞ মফমদা.
মপুক্লিং থোইনা লাংতক্না ;
শক্তি লৈবা য়োং-হিংচাবা,
মখোই পুম্নমক অহুস্ত,
য়ৌরক্লুনা সভা মাণ্ডপ,
ফম্নখি চরাং থোইরাংনা,
মতুংদা মুনি মম্নামগী ।
ব্রতদি কল্লবা ব্রাহ্মন,
লাক্লুনা লিশিং লিশিংদি,
থুংলখি সভা অসিদা,

য়েংনবা সীতা রাশকপা।

ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্র পুম্না,
ত্থিল্লরে সভা অসিদা।

য়েংনবা সীতাগী রাশক,
জ্ঞাননিষ্ঠ, কর্মনিষ্ঠ,
যোগনিষ্ঠ পুম্নমক্না,
থুংলরে সভা অসিদা।

উন-বাইমুক চিক্না সভানা,
নুংগী মুর্ত্তিগুম লৈরবা,
মতমসিদা বাল্মীকিনা,
চংলকখি সীতা লোইননা।

সীতাদি জনক নন্দিনী,
লোম্নহনা মথুং অনি,
রামদি খন্না মপুক্লিংদা,
পিরাংদি চেন্না মমিত্তা,
মক লুক্না মকোক খুম্না,
মতুংদা মহামুনিগী,
ইনজরকই তপ্না তপ্না।

মখ্যাম্না মতম অসিদা,
ব্রহ্মাগী তুংদি ইনজবী,
শ্রুতি দেবী মতৌগুম্বী,
বাল্মীকি তুংদা সীতানা,
উবদা তপ্না চংলকপা,
থাগৎনখি 'সাধু' হায়না।

অয়েংবশিং পুম্নমক্না,
উবদা মতৌ অসিদি,
ওইহনা অরাবা মশক,
নিম্নরকখি থোইনা হেন্না।

মরক্তা অয়েংবশিংগী,
খরনা সীতা মরমদা,
খরনা রামগী মরমদা
পুন্নদি মখোই খরনা,
মগুনদি রামসীতা অনি,
থাগৎনরি মতৈ মহৈ,
হন্না হন্না খোঞ্জেল রাংনা।

মতমসিদা বাল্মীকিনা,
লোইননা সীতা দেবীদি,
চংলক্লগা সভা মাংদা,
হায়রকই শ্রীরামদি য়েংনা।

ধর্ম্ম লৈবা শ্রীরামচন্দ্র!
মপুরোইবা নিংজরবী,
ধর্ম্ম কাইদবী সীতাদি,
প্রজানা থিনা ভাংনবা,
হঙ্গোইখিবা মরমদগী,
থাদোক্লকখি ঐগী বন্দা।

ইবুঙেঙা নংনা কিরিবা,
লৈবাক প্রজানা ভাংনবা,
অথিবা মরাল অহুগী,

কোক্নবা মরম অহুদি,
তাবিয়্ ঐহাক হায়জগে,
মমাংদা সভা অসিগী।

অঙা' অনিদি নিংথিবা,
পোকচবনি জানকীনা,
তশেংবনি নংগী নচা,
হায়রি ঐনা সত্য তৌনা।

ঐ অসি, ইবুঙেঙা নিংথৌ!
মচানি তরাদি শুবা,
মাইকৈদি ঙাকপা বরুনগী।
ঙাংখিদ্রি ঐহাক মিনম্বা,
খনখিদে খনবা ফাওবস্থ।

মরম অসিনা ইবুঙেঙা,
হায়জরি ঐ রাশক্কুনা,
নুমিৎ থা শাক্ষি ওইনদি,
নচানি অঙাং অনিসি,
পোকচবনি জানকীনা।

অমুকস্থ ঐনা রাশক্কি,
জানকীনা শেংলমদ্রবা,
চহি লিশিং কয়া চংনা,
ঐনা তৌরকপা তপস্যা,
মাংসন্থ মহৈ অহুদি।
লৈত্রবদি পাপ সীতানা,
ঙাংলমদ্রবদি মিনম্বা,

পুক্নিং হকচাংনা ঐহাক্কী,
ফংগে মহৈদি পুন্যগী।
ঐহাক্কীদি ইন্দ্রি মঙা,
তরুক শুবদি পুক্নিংনা,
রাখল তৌরগা মুম্নদি,
সীতা অশেংবীনি হায়বা,
খংলহুনা ঐহাক্নদি,
লৌশিনবনি য়োকে খম্না।

ইশিং খোং ময়াদা লৈবা,
বনগী খাংপোকশং অমদা,
আশ্রমগীদি মম্না নক্না,
থম্বনি সীতা চেকশিম্না।

হৌজিক ফাওবদা সীতাদি,
লিচৎ-শাজৎ চুম্নীবিনি,
মশাদা পাপ চেন্দ্রিবীনি,
লাইনি খম্না মপুরোইবদি,
পুজা তৌনা লৈজবীনি।

মহু ফাওবদা নহাক্না,
থিনা ঙাংনবা প্রজানা,
কিখিবদগী সীতাদি,
খংনা খংনা তশেংবীনি,
থমখিবনি হুন্দোক্কুনা।

ঐহাক্না ইবুঙেঙা নিংথৌ!
সীতাগী অশেংবা লিচৎ,

উগ্রবনি লাই মিংয়েংদা ।
মরম অসিনা সীতানা,
য়োরকপনি ঐগী আশ্রম
মীনা থিনা ঙাংনবদি,

হঙ্গোইবদগী নহাক্না,
মপুরোইবা নিংজরবী,
সতী অশেংবী সীতাদি,
ঙমখিবনি হুন্দোকপদি ।

**মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ৯৬ শুবা সর্গ: লোইরে**

# শ্রীরাম

## 'উত্তর কাণ্ড'

### ১৭শুবা সর্গঃ

( সীতানা রাশকলম্মগা লৈন্নংদা চংথিবা। )

মহামুনি বাল্মীকিগী,
তারবদা রাহৈশিংদি,
সভা মমাংদা লেপলিবী,
সীতা য়েংনদি শ্রীরাম্না,
পিজখি পাওখুম মুনিদা,
লোন্নদুনা মখুৎ অনিদ।
হে মহামুনি অথোইবা।
মশক্কি নহাক ধর্ম্মগী,
অশেংবা লমচৎ সীতাগী,
অচুম্বনি তাকপিবদি,
ঐনস্থু থাজে জানকী।
মমাংঙৈদস্থু সীতানা,
রাশকখি অচুম্বা অদু,
মমাংদা লাই পুম্নমক্কী।
থাজখি মদুদা ঐনা,
মরম অসিনা সীতাদি,
পুরকপনি অযোধ্যাদা।
প্রজাশিংনদি চিংনবা,
হোৎরকখি থিনা ভাংনবা,
মরমদা সীতা মাগীদি।
লৈবদগী মরম অসি,
খাদোকপনি সীতা ঐনা।
ঐনা খংজে মহামুনি,
পাপ লৈতবীনি সীতাদি,
অদুবু থিনা ভাংনবা,
ঙমদবদগী তাবদি,
হুন্দোকপা তাখি সীতাদি,
ঙাকপিয়ু মরালদি ঐগী।
কুশ-লব অঙাং অনি,
খংজে ঐহাক্কী ইচানি,
অদুবু সীতা মানদি,
মমাংদা মরোল অহুমগী,

উৎপা অহু অশেংবীনি,
খংহৌনবা মতুংগীদি,
পামজৈ ঐনা মহামুনি।

রাম্না পাম্বা মতুং ইন্না,
সীতা রাশকপদি শোইদ্রে,
খংলবদা লাই পুম্নমক,
লাক্লখি কুম্মেদি য়েংবা,
লোইননা প্রজাপাতগা।

আদিত্য, বসু, বিশ্বেদেব,
রুদ্র, মরুৎ সাধ্য সর্প
গরুড় অমসুং সিদ্ধশিং,
ময়াম পুম্নমক অসিনা,
য়েংনবা সীতা রাশকপা,
মপুক্লিং হরাও হরাওনা,
য়োরকখি মফম অহুদা।

লাইশিং মুনিশিং ময়াম্না,
উবদা সভা য়োরকপা,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
মফমদা সভা ময়ামগী।

তিনবিররে সভাসিদা,
অথোইবা লাইশিং পুম্নমক,
তাকপিখিবা মতুং ইন্না,
মহামুনি বাল্মীকিনা,
অশেংবা সহু সীতাগী,

থাজবা ভয়ে ঐহাক্কি,
অহুবু লৈবাক মমাংদা,
উৎলবদি খুদম ওইনা,
ওইগনি হেন্না ফবদি।

রাঙাংদি নিংথিজরবা,
হায়দোকরকপদা শ্রীরাম্না,
মনম নুংশিবা মালংদি,
শিৎলকখি তপ্ন তপ্নদি,
মরক্তা সভা ময়ামগী,
পোকহনখি থোইনা ইংবদি

সত্য যুগকীদি মতৌগুম,
ত্রেতা যুগ মতমসিদসু,
অঙকপা ফংবা মালংবা,
শিৎলকপা মতৌ অসিদা,
লৈবাক অতৈদগী লাকপা
মীয়াম পুম্নমক অহুনা,
ঙক্লখি থোইনা হেন্নদি।

মতমসিদা অসিগুম্বা,
গেরুয়া শেৎপি সীতানা,
উবদা সভা ময়ামদি,
মরু লুক্কা পৃথি য়েংনা,
হায়জরকই মথুৎ লোন্না।

রাম নত্তবা মীশক অমা,
খনখিবা লৈতে পুক্লিংনা,

শোকউবদি লাইরদনা,
চুম্নবদি মসিমক্কা,
ইমা ইবেম্মা পৃথিবী,
গর্ভনুংদা ইমা নংগী,
পিনবিয় চংজফমদি ।

পুক্নিং-থবক-রাহৈনদি,
শ্রীরামত্ত মতম চুপ্পা,
লৈজবী ঐনি নিংতুনা,
মসিনা চুম্নবা ইমা,
পিবিয় লপ্পী অদুদি,
চংনবা নংগী গর্ভদা ।

শ্রীরাম নত্তনা অতৈদি,
খংজবা লৈখিদে ঐনা,
হায়জরিবসি ঐহাক্না,
ওইরবদি অচুম্বত্ত,
ইমা ইবেম্মা পৃথিবী,
পিনবিরো চংজফমদি,
লৌশিনবিরো নতম্বাক্তা ।

সীতানা মতৌ অস্তুম্না,
মতমসিদা রাশক্লকপা,
ওইরকখি অঙকপা অমা,
গর্ভনুংদগী পৃথিবী,
সিংহাসন্দি লাইগী ওইবা,
ফাওগংলকখি খংহৌদনা ।

মনি মুক্তানা থাম্নবা,
ফিজেৎ লৈতেংবা নাগশিং,
ওইতুনা লাইগী মশক্তি,
মকোক্তা থোংনা সিংহাসন,
ফাওগংলকখি মফমতুদা ।

পৃথি মাতা ইবেম্মনা,
তিংথোক্তুনা মখুৎ অনি,
কোনখৎপিখি জানকীদি,
তৌনরগা রাহুং পাওহুং,
ফম্মিন্নখি সিংহাসন্দা ।

পৃথিনুংদদি চংলমদাই,
মতম অসিদা লাইয়াম্না,
চাইথখি লৈ খুজোক খুজোক,
মথক্তদি সীতাগীদি ।

থাগৎনখি লাইয়াম্নদি,
সীতা নংদি তশেংবীনি,
সীতা নংদি তশেংবীনি,
নহাক্লি লাইবক ফবিদি,
লমচৎ-শাজত্তা নহাকী,
লৈতবীনি অমকপদি ।

পাতাল চংখিবা সীতানা,
উবদা মতৌ অদুদি,
লাইয়াম পুম্নমক অদুনা,

তৌনখি ৱারি হৱাওনা ।
যজ্ঞদা লাকপা নিংথৌশিং,
মহর্ষিশিং পুম্নমক্কা,
থোইদোক হেন্দোক্লা প্রজাশিং
তৌরিবা মতৌ অসিদা,
ম্নেংনখি পুমণক ঙক্লদি,
লৈনখি তুমিন তুমিন্না ।
কনানা লাওরি হৱাওনা,
মিংম্নেং অমদা থরনা,
লৈরি চিন্তাদি তৌদুনা,
কনানা ম্নেংলি শ্রীরামদা,
ম্নেংদুনা লৈরি থরনা,
চংখিবা মফম সীতানা ।
উবদা মতৌ অদুদি,
অৱাবা-নুংঙাইবা অনি,
তিনখিপুল্লপ মফমদুদা ।
শুমহত্তুনা মতম থরা,
লৈনখি উন-ৱাইমুক চিক্লদি ।

মতাং অসিদা উত্তরকাণ্ডগী ৯৭ শুবা সর্গঃ লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৯৮ শুবা সর্গঃ

( সীতাগীদমক শ্রীরাম্না রাবা, মাইশিংনা শ্রীরামবু থেমজিবা, উত্তর কাণ্ডগী হৈশৈ শ্রীরাম্না তাবা। )

সীতানা পাতাল চংখিবা,
উবদা থোঁদোক অদুদি,
তিল্লিবা ময়াম অদুনা,
লাওখি 'সাধু সাধু' হায়না।
মতম অসিদা শ্রীরামদি,
রাখিবনা থম্মোই শোকখি,
মরু লুক্না খাংনা লৈখি,
মমিত্তা চেন্না পিরাংদি।
কপ্পরগা মতম কুইনা,
শাওরকখি শ্রীরামচন্দ্রনা,
হায়রকই থোইনদি রানা।
ভসিগী মতৌগুম রাবা,
থোকখিদ্রি থক মমাংথৈদা।
ঐহাক্কী ইমাং মক্তদা,
উনা উনা জানকীনা,

মাংখি লক্ষ্মীগী মতৌগুম।
মতমদদি মমাংথৈগী,
পুখ্রবস্থু সীতা হুনা,
সমুদ্র রাংমা লঙ্কাদা,
উদ্রবস্থু মতম খরা,
পুরকখি অমুক ঐহাক্না,
মতৌ অদুগুম সীতাদি,
লৌরুগে পৃথিল্লুংদগী,
চিংনফম থোকপ্রা মসিদা?
হে পৃথি ইমা ইবেম্মা!
পিবিয়ু সীতা ঐভোন্দা,
পিদ্রবদি ইমা নংনা,
শাওরকপা মতমদা ঐনা,
খংবিগনি শক্তি ঐগী।
মতমদুদা মমাংথৈগী,

পাইত্নুনা লাঙ্গোল মখুক্তা,
খোইবদা পৃথি জনক্না,
গর্ভনুংদগী নহাক্কী,
ফংখিবনি সীতা মাদি,,
মরম অসিনা নহাক্তি,
ইনেম্বোক্সী ঐহাক্কীদি,
চিংনফম থোক্তে মসিদা।
মরম অসিনা সীতাদি,
পিনবিয়ু অমুক হন্না,
অতুনত্রগনা ইমা,
পিনৌ চংজফম ঐগীস্তু।
ওইরবস্তু স্বর্গ, পাতাল,
লৈমিন্নজগে সীতাগা,
থোকহনবিয়ু মতুতদি।
পুক্লিং অসিদি ঐহাক্কী,
লৈফম খংদ্রে খোইরাংবনা,
খনবদা সীতা মাগীদি।
মরম অসিনা ইমানা,
পিবিয়ু সীতা পুদক্তা।
সীতাদি, ইমা নহাক্না,
পিদ্রবদি অমুক হন্না,
চীং অমদি বন লোইন্নুনা,
লৈজবা পুম্নমক নংগী,
মাংহল্লগনি ঐহাক্না,

ওইহনগনি ইশিং ঙাক্না,
পৃথি পুম্নমক অসিদি,
থম্নরোই জগৎ অসিদা।
মতৌ অস্থুম্না শ্রীরাম্না,
অশাওবগা অরাবগা,
হায়রকপদা অনি পুন্না,
লাইয়াম লোইননা ব্রহ্মানা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা।
য়েক্লবা ঙম্বা ইবুঙেঙা।
মতৌ অস্থুম্না নহাক্না,
নপুক্লিং তয়াং-তশোইবা,
থবক নত্তে মতিক চাবা:
মমাংদা করি ওইরম্বা,
হৌজিক্তা করি ওইরিবা,
শাইওন করিগী তৌরকপা,
নিংশিংবিয়ু ইবুঙেঙানা।
থুপগ্রবা রাকম অসিদি,
নংচদে কোংদোকপগী রা,
য়াদনদগী হান্নদবা,
থুদক্তি অসি মক্রুদা,
নিংশিংবতনি ঐহাক্না,
শাইওন্নি নংদি বিষ্ণুগী,
নিংশিংবিয়ু পুম্নমকসি।
ইবুঙেঙা নতুং ইনজবী,

সতী 'শেংলবী সীতাদি,
নিংনা নিংনা ইবুঙেঙাদি,
য়ৌপ্রে নুংঙাইনা নাগলোক।
অমুক হন্না স্বর্গ লোক্তা,
তিন্নবিরুরো ইবুঙেঙা।
চিংনবিনু রাফম অসি।
সভা ময়ামগী মমাংদা।
তাবিয়ু রাসি হায়রজগে।
কাব্য হায়রুনা লৈরিবা,
মনুংদা পুন্নমকসিগী,
খ্বাইদগী হেন্দোক থোইদোকপা।
রামায়ন কাব্য অসিদা,
ইথ্রবনি নংগী পুন্সি।
তাজরবা শৈরেং অসি,
ফংগনি অথোইবা জ্বান্দি।
চিংনফম থোক্তে মসিদা।
পোকপদগী ইবুঙেঙানা।
ঙসি ফাওবদা ওইরিবা।
সীতা থুপথ্রবা মতুংদা,
তুংদা থোক্কদবা থৌদোক,
অরা–নুংঙাইবা পুন্নমক।
থমথ্রবনি ইত্বুনদি,
মহামুনি বাল্মীকিনা।
কাব্যসিদি ইহান হানবা।

ইবনি নংগী মরমদা।
নহাক নত্তনা কনানা।
ওইগনি কাব্যগী মিংচৎ?
কাব্য অহানবা অসিগী,
নায়েকতি শ্রীরাম নংতনি :
লাইশিংগা লোইননা শৈনা,
মমাংঙৈগী মতমদদি।
তাথ্রবনি কাব্য অসি।
লৈতবনি অরোন-অথুপ।
ইরিবা পুন্নমক অসি।
খংবিয়ু অচুম্বতনি।
থোক্কদবশিং মতুংদা।
য়াওবনি উত্তর কাণ্ডদা,
য়াম্না চেকশিন্না ইবুঙেঙা,
তাবিয়ু মতাং অহুদি।
শরুক অহুদি অরোইবা।
খংনবনি উত্তর কাণ্ড,
মুনিশিংগদি লোইননা,
তাবিয়ু ইবুঙেঙা নংনা।
ইবুঙেঙা নহাক নত্তনা।
শরুক অসিদি অরোইবা।
কনাদি লৈ তাবিনবা,
অতোপ্পা মতিক চাবদি।
হায়রম্নগা মতৌ অসুম,

লাইগীদি লাই প্রজাপতি,
হনখি লাইয়ামদি লোইননা।
মতুং অসিদা ঋষিশিং,
ময়াম পুম্নমক অদুনা,
ব্রহ্মাগী য়াথং তুংইন্না,
তাননবা উত্তর কাণ্ড
লৈজখি শ্রীরাম সভাদা।
মতম অসিদা শ্রীরাম্না,
হায়জখি বাল্মীকি য়েংনা,
রাময়ন মহাকাব্যগী,
অরোইবা শরুক অদুদি,
লৈজরি তাজনিংদুনা,

ময়াম পুম্নমক অসিনা।
শিনবিয়্ন ইশৈ হৌনবা,
হয়েং অয়ুক অঙনবদা।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
বিদায় পিখি সভা ময়াম।
কুশ-লব অঙাং অনি,
লোইননা মহামুনিগা,
চংখি উনাগী খাংপোক্তা,
পোথানবা অহিং অদু।
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙাদি,
লেনজখি অহিং অদুমা,
ৱানা সীতাগী ৱাখন্দা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১৮ শুবা সর্গ: লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ৯৯শুবা সর্গঃ

( সীতানা লৈত্রবা মতুংদা শ্রীরামগী পুন্সি, রামরাজ্যগী মরম অমসুং মমাশিং শিংখিবা। )

জেংলুং মতম হৌখিহুনা।
অয়ুক মতম লাক্লবদা।
শ্রীরামচন্দ্র ইবুংঙোনা,
কৌরগা মহর্ষিশিংদি,
যাথং পিখি মচা'নিদা,
শক্রবা রামায়ন ইশৈ।
শরুক অহু উত্তর কাণ্ড,
চিংনদনা মপুক্লিংদা।
তিল্লবদা মহর্ষিশিং,
কুশ-লব অনিমক্তা।
শরুকখি রামায়ন শৈরে
শরুক অহু উত্তর কাণ্ড।
সোমদদি শ্রীরামচন্দ্রনা,
খন্দনতা সীতাগীদি,
লৈবি তৌফমদি খংদনা

লোইশ্র ফাওবদা যজ্ঞদি,
হেন্না ওইখি অবাবদি।
উররোই খনবদা সীতা।
উাংখ জগৎ শূন্য ওইনা,
ফংখিদে শান্তি ঙাইহাক্তা।
চাকখি থম্মোই মনুং-মপাল।
শগুম, য়োং-হিংচাবা। নিংথৌ।
মুনি ঋষি পুম্নমকপা।
লেমহৌরিবা সনা লুপা।
পোৎচৈশিং পুম্নমক অহু,
য়েন্থোপিখি দান ওইনদি।
খাকহৌদনা অমা ফাওবা।
ব্রাহ্মণচিংবা মুনিশিং'
চৎথ্রবদা বিদায় তৌনা।
রাখন্দা লুপা সীতাগী।

হল্লকখি শ্রীরাম কোনুংদা।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
লৈখি মচাশিং লোইননা।
পাতাল চংখ্রবদা সীতা,
লৈখ্রে রাম পাখ্রাদি ওইনা।
যজ্ঞ তৌবাদি খুদিংদা,
সনানা শাবা সীতানা,
মচুং শিন্না হুপ্পা মফম,
পাংথোক্লখ থল্লক পুম্নমক।
চাহ লিশিং তল্লা চুপ্পা,
তৌখি যজ্ঞদি শ্রীরাম্না।
অশ্বমেধ যজ্ঞ কয়া,
বাজপেয় যজ্ঞনা কয়া.
পাংথোকখি মথং মথংদি।
যজ্ঞ খুদিংমক অসিদা,
মশিং লাকউমদবা সনা,
তৌখি দক্ষিনা ব্রাহ্মন্দা।
দক্ষিনা য়াওবা অগ্নিষ্ঠোম,
অতিম্নাত্র গোসব যজ্ঞ,
অতৈ অতৈ মরু ওইবা,
যজ্ঞ কয়াদি অমস্তু,
পাংথোকখি শ্রীরামচন্দ্রনা,
তৌখি দানস্থ সনাতনা।
মতৌ অস্থম্না শ্রীরাম্না,

মপুক্লিং চংনা ধর্ম্মদা,
খন্দুনা প্রজা ফনবা,
ওার্কখি লৈবাক চেকশিন্নদি
য়োং-হিংচাবা শওমশিংনা
লৈরি শ্রীরাম য়াথং ইন্না,
নিংথৌ পুম্নমক অজুনা,
সেবা তৌনা নুমিৎ খুদিং,
পেলংনখি শ্রীরামচন্দ্রদি।
নোংনা চুখি মতম চানা,
নরা কাইখি অচা-গথক।
ইংনা লৈখি মাইকৈ খুদিং,
নু শিনা তিন্নৈ প্রজাশিং।
লৈনখিদে অকি-অখ,
য়াওদে নহা ওইনা শিবা,
খংনদে অনাবা মশক।
মি.চৎ চাউরবী কৌশল্যা,
মমা ইবেম্মা শ্রীরামগী,
নোঙ্গাখি মতম অসিদা।
কৈকয়ী স্থমিত্রা অনি,
মতুং ইনখি কৌশল্যাগী।
কর্ম্ম ময়াম মমাশিংগী,
পাংথোকখি শ্রীরামচন্দ্রনা।
মমা ইবেম্মা অহুম্মক,
অফবা কর্ম্ম মহৈনা:
লৈজখি অমুক পুম্নদি,

শ্রীরাম

নিংথৌগদি দশরথ,
মফম অতুদা স্বর্গগী।
মতম মতমগী ওইনদি,
মমা ইবেম্মা অহুমগী,
সনা লুপা ফিরোনশিংদি,
দানবু তৌখি ব্রাহ্মন শিংদা,
ধর্ম্মদি থংবা শ্রীরাম্মা।
সনা-লুপা য়াম্না চংবা,
যজ্ঞ কয়াদি শ্রীরাম্মা,
পাংথোক্ত্না মতমতুদা,

পেলহনখি লাইশিং পিতৃশিং
তৌখি দানদি মতিক চাবা.
মফমদা মুনি ঋষিশিং,
পেলহনখি মথোই খুদিংমক
মফম খুদিং কোইনা য়েংখি,
থংদোকই প্রজাগী পুক্নিং।
চাউখৎহন্দুনা ধর্ম্মদি,
ইংনা লৈবাক মরা তপ্না,
পানখি চহি লিশিং কয়া,
ধর্ম্মদি লৈবা শ্রীরাম্মা।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১১ শুবা সর্গ : লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১০০ শুবা সর্গঃ

( কেকয় লৈবাক্কী ব্রহ্মর্ষি গার্গ্য লাক্পা, মুনিগী পাও মতুং ইন্না শ্রীরামনা ভরতপু মচাশিং য়াওনা থাবা। )

মতম খরগী মতুংদা,
নোংমা কেকয়গীদি নিংথৌ,
ধর্ম্ম লৈবা যুধাজিৎনা,
মশামক্কীদি পুরোহিত,
অঙ্গিরা মচা গার্গ্যদি,
থারকই শ্রীরাম মফমদা।
নুংশিবদি উৎপা ওইনা,
মফমদা শ্রীরামচন্দ্রগী,
শগোল লিশিং তরা, কম্বল,
মনিশিং মথল মথাগী,
ফিরোনশিং শেৎন-চানবা,
পিরকখি খুদোল পোৎ ওইনা।

মাগী মাম্মা যুধাজিৎনা,
খুদোল পোৎ লোইননা গার্গ্য,
পাও ফংবদা থারকপগী,
মনাইশিং লোইননা শ্রীরাম,
লাক্লগা ক্রোশ অমারোমদি,
ওকচখি গার্গ্য ঋষিদি।
স্বর্গগী ইন্দ্র নিংথৌনা,
লাইগী গুরু বৃহস্পতি,
পূজা তৌখিবা অদুগুম,
তৌজখি পূজা মুনিদি,
হৈ-লৈনচিংবা পোৎলম্না,
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙানা।

পূজা লোইরবা মতুংদা,
লৌজখি খুদোল পোৎশিংদি।
মুনি অমদি মাম্মগী,
পাওদি নুংঙাই-য়াইফবগী,
হংজখি শ্রীরমচন্দ্রনা,
মফমদদি মহামুনি।

মুনি অথোইবা গার্গ্যনা,
লেংশিনথরবদা আসন্দা,
হংজখি শ্রীরামচন্দ্রনা,
মাম্মা নিংথৌ যুধাজিৎনা,
তাকপিরকপা করি পাওদি ?
বৃহস্পতিগী মতৌগুম,
ৱাঙাং হৈরবা মুনিনা,
পার্কপিবা মরম করিগী ?
তাবদা ৱাহং শ্রীরামগী,
হায়রকই গার্গ্য মুনিনা,
অঙকপা থৌদোক অমদি,
থোক্লনবা মরম অদু ।

রঘুকুলমনি হে রাম !
যুধাজিৎনা নংগী মাম্মা
থোইনা মুংশিবা ৱাহৈনা,
হায়বকপা ৱাদি ইবুঙঙো,
হায়জগে তাবিয়ু মুন্না ।

নাক-য়েত্না সিন্ধু তুরেনগী,
লনদমদি লৈরিবা অসি,
ভৈহে ৱাহৈনা পল্লবী,
থোইদোক্না পুক্কিং ছুরবী,
লৈবাক্কি গন্ধর্বগীদি ।
মপাঙ্গল মথৌনা ফবা,
থোইদোক্না লান্দি হৈরবা,

শৈলূষ গন্ধর্ব রাজগী,
মচাশিং কোটি অহুম্না,
পাইরগা মথুত্রা খুৎলাই,
লৈরি ভাক্তুনা লমদমসি ।
ইবুঙঙো নংগী মাম্মনা,
গন্ধর্ব লাম্মি পুম্নমক,
পিরগা লান্দা য়াইথিবা,
অনৌবা" সহর অমদি,
শেমহল্লিংঙি ইবুঙোবু ।

কানবা য়েংনা ইবুঙঙো,
শেম্বসু য়াই খুঙ্গং অনি ।
লমদমনি পুক্কিং ছুরবা,
অদুবু মফম অসিদা,
চংবদি ঙমদে কনাসু ।
লমদম অসি ইবুঙঙোনা,
খনবিয়ু জয়দি তৌনবা ।
অতৈ অতোপ্পা ৱাফমদি,
হায়জররোই ইবুঙঙোদা,
মতু অকাইবা ওইবা য়াই ।
মহর্ষি গার্গ্য মফমদা,
হায়রকপা ৱাদি মাম্মগী,
তাবদা শ্রীরামচন্দ্রনা,
পৈনজখি থোইনা হেন্নদি,
"ওইগনি মতু শোইদনা„

হায়রগা শ্রীরামচন্দ্রনা,
য়েংলকই ভরত মফমদা।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
মথুং অনিদি লোম্বনা.
হায়জরকই মহর্ষিদা,
মচা অনিদি ভরতকী,
তক্ষ অমদি পুস্কলদি,
থাজরগে লমদমতুদা।
মাম্মনচিংবা ময়াম্না,
য়েংবিরগা মখোই অনি,
মপুক্লিং লুপা ধর্ম্মদা,
ঙাক্লসনু লৈবাক অতু।
অঙাং অনিদি পূহনা,
লাম্মি লোইননা ভরতনা,
চংলসনু মফমতুদা।
জয় তৌরগা গন্ধর্ব্বশিং,
অকনবা ইনাও ভরতনা,
শেম্নসনু লৈবাক অনি।
ধর্ম্ম খংলবা ভরতনা,
লৈবাক অতুদি গন্ধর্ব্ব,
শেম্নগা অনি থোক্লদি,
মফমদা মচা অনিগী
হাণ্ডনা নিংথৌ অমমম,
তৌহল্লসনু শাসন্দি।

মতৌ অস্নুম্না শ্রীরাম্না,
হায়জরগা ব্রহ্মর্ষিদা,
য়াথংদি পিখি ভরত্তা,
চংনবা লাম্মি লোইননা।
খুদক অতুদা শ্রীরাম্না,
মচা অনিদি ভরতকী,
ময়াম পুম্নমক মগাংদা,
তৌথোকপিখি রাজ অভিষেক।
মতুং অসিদা ভরতনা,
য়েংতুনা পুংফম অফবা,
গার্গ্য য়াওনা মচা অনি,
লোইননা মাগী লাম্মিশিং,
চংখি লান যাত্রা তৌনদি।
ইন্দ্রগী লাইগী লাম্মিগুম,
ভরতকী লাম্মি অচৌবা,
থোরকখি কোন্নুংদগীদি।
মখোই পুম্নমক শ্রীরাম্না,
থিজ্বোকরকখি হরাও হরাও।
লাম্মি অসিদি অচৌবা,
পিবা ঙম্লোই মাইথিবদি,
তেঙ্গোল ফাওবনা লাইগীদি।
শাহিংদি চাবা জীবশিং,
লোইননা হিংচাবশিংগা,
খন্দুনা ঈ থকপা ফংবনি,
ইম্নখি ভরত মতুংদি।

মতুং অদুদা ভরতনা,
হল্লকসনু ইনাক্তদি।
মীশা পাম্নবা ফত্রবা
ভূতশিং কয়া অমনস্থং
খন্দুনা চাবা ফংগনি,
মচাশিংদি গন্ধর্ব্বগী,
মতুং ইম্নখি লাম্নিগী।

কৈ. নোংশাং শূকর, উচেকশিংং
মখোই পুম্নমক অসিনাং
মতুংদি ইল্লি হল্লাওনা।
থা মথাই অমগী লমদি,
চংলবা তুংদা ভরতনা,
মনাক্তা কেকয় নিংথৌগী,
থুংখি লাম্নিশিং লোইননা।

মতাং অসিনা উত্তর কাণ্ডগী ১০০ শুবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১০১ শুবা সর্গঃ

( ভরত অমসুং মচাশিংনা গন্ধর্ব্ব লৈবাক জয় তৌরগা ভরত মচা অনিদা লৈবাক অমমম পিবিবা। )

সেনাপতি ওইনা ভরত,
লোইনহুনা গার্গ্য মুনি,
থুংলরে হায়বা তাবদা,
কেকয়গী নিংথৌ যুধাজিৎ,
নুংঙাইবা পোকখি থোইনদি
পাও হেক ফংবগা যুধাজিৎ.
লোইননা মাগী লান্মিশিং,
চংখিহুনা খুদক্তদি,
তিন্নখি ভরত লান্মিগা।
তিন্নরগা লান্মি অনি,
যাত্রা তৌখি লানগীদমক,
ওন্নিংবতা ওনবা ভম্বা,
লৈবাক্তা গন্ধর্ব্বশিংগী।
ভরত যুধাজিৎ অনিনা,
পুন্দুনা অমতা ওইনা,

চংখিহুনা পল্লমদনা,
য়ৌখি গন্ধর্ব্ব লৈবাক্তা।
পাও ফংবদা ভরত লাকপা,
থৌনা ফবা গন্ধর্ব্বশিং,
থৌরাং তৌখি লানগীদমক,
লাওরকখি সিংহনাদদি।
অহিং তরেৎ অকনবা লান,
শোরুখি অকিবা ফংনা,
অহুবু নাকসু অনিমক,
লৈখি লান্দি ভম্নদনা।
মাইকৈ মরিদা লানফমগী,
হাৎন-থিন্নবা ঈতনা,
চেম্থরি লৌখোংদি ওইনা,
তাউরি খুৎলাই অতেকপশিং,
থাং-তা, গদা মূশল, তেনশিং।

মতম অসিদা ভরতনা,
শাওখিদুনা থোইদোক্লদি,
শংখি তেন সংবর্ত্ত কৌবা,
অমাং-অতাদি লৈত্রবা ।
কাপশিনখি তেন্দু ভরতনা,
মথক্তদি গন্ধর্ব্বশিং ।
মিৎনা কুপ্পগী মনুংদা,
কোটি অহুমদি গন্ধর্ব্ব,
হাংখি অকনবা ভরতনা ।
পুনশিল্লগা কালপাশনদি,
গন্ধর্ব্ব লাম্মি পুম্নমক,
চিংথদনা অমা কাওবা,
চাকখি সংবর্ত্ত থুংলাইনা ।
লান অসিদি অসিগুম্বা,
উখিদে লাই ফাওবনদি
থোকখিবা মমাংঙৈদদি ।
মনুংদা মিংকুপ খরগী,
চাকখি গন্ধর্ব্ব তুম্নদি ।
মতুং অসিদা ভরতনা,
হাংলগা গন্ধর্ব্বশিংদি,
শেমগংখি সহর অনিদি,
থোইনা হেন্না ফজনদি ।
নিংখিবা লৈবাক অমনা,
থোনবিদুনা 'তক্ষশিলা',

হাপ্পীখি মচা তক্ষদি,
নিংথৌ ওইনা লমদমসিগী ।
অতোপ্পা সহর অহুনা,
কৌদুনা 'পুস্কলাবত',
ওইহনখি নিংথৌ পুস্কলদি ।
লৈবাক অনিমক অসিদা,
সনা-লুপা মহৈ-মরোং,
ফংখি থোইনা মরাং কাইনা ।
লৈবাক অমগা অমগা,
লৈমিন্নৈ চান্ন-চিন্ননা,
অমতা ওইনা মপুক্লিং,
তৌমিন্নৈ শাসন প্রজাগী ।
পুক্লিং হুই লৈবাক অনিমক
অরাংপা লৈতে য়েংবদা ।
মপুক শেংডি প্রজা পুম্বা,
তৌনদে হুরান-চিন্থিবা ।
লৈবাক অনিমক অসিদা,
থম্না লৈ হৈকোন-লৈকোনশিং ।
লংদাইদা লৈবাক অনিগী,
কাহল্লি কৈথেল চাউনদি ।
মথোল তরেৎ রাংনা শাবা,
অচৌ অচৌবা দোলানশিং,
য়েংববা পুক্লিং হুরবা,
লৈরি কয়াদি নিংথিনা,

সহর অনিমক অসিদা ।
মতাদি চাবা মফমদা,
লৈরি লাইগী লাইশংশিংদি ।
মাইকৈ মরিদা তাল, তোমাল,
বকুল, তিলক পাম্বিশিংনা,
হৌরি থোইনা নিংথিজনা,
মাননা সহর অনিমক ।
ভরতনা মতৌ অসুম্মা,
শেম্নগা লৈবাক অনিদি,
অনিমক্তা মচা মুপা,
পিবিখি লৈবাক অমমম ।
মচা অনিগী মনাক্তা,
লৈহুনা চহি মঙাদি,

তম্বিখি প্রজা শাসন্দি ।
মতুংদা মতম খরগী,
হল্লকখি ভরত রাম নাক্তা ।
অযোধ্যা য়োবদা ভরত,
ব্রহ্মা মফমদা ইন্দ্রনা,
পাওদমজখিবা অদুগুম,
ধর্ম্মগী মশক শ্রীরামদা,
পাওদমজখি খুরমহুনা ।
থোকখিবা থোদোক পুম্নমক,
তমজরগা চিংথদনা,
খুরমখি শ্রীরাম খুয়াদা ।
তারবদা পাও পুম্নমক,
অপেনবা ওইখি শ্রীরামদি ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১০১ শুবা সর্গঃ লোইরে ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১০২শুবা সর্গঃ

(শ্রীরামগী মাথংনা ভরত অমসুং লক্ষ্মণ অনিনা কারুপথ লৈবাক্তা কুমার অঙ্গদ অমসুং চন্দ্রকেতু অনিবু নিংথৌ হাম্মিবা।)

তাবদা ভরতকী মপাও,
থোইদোক্লা পেনখি শ্রীরাম্মা.
তৌনখি রাম্নি নুংঙাইনা,
লোইনহুনা মনাওশিংগা।
মতুংদা শ্রীরামচন্দ্রনা,
হায়রকই মনাও অনিদা।
ইবুঙেঙা লক্ষ্মন নুংশিবা।
নচা অনি নহাক্কীদি,
থোইদোক্লা ধর্ম্ম লৈরবা,
অঙ্গদ-চন্দ্রকেতুদি,
শাসন তৌবদা প্রজাশিং,
ঙম্নগনি চিনিংথিজনা।
মরম অহুনা মথোইনা.
লৈরুবদা লৈবাক ঙাক্লা,
লমদমদি নুংঙাইগদবা,
লৈহাও থোইনা চেনগদবা,
য়েংঙু ইবুঙেঙা নহাক্লা,
হাপ্পগে নিংথৌ মথোইনি।
হায়রিবা লমদম অহুদা,
হেক লৈরুবদা মথোইনা,
নিংথৌশিং কনাদগীদি,
ফংলোইদবা খুদোংথিবা,
লানলোইদবা ঐথোইদমু,
মাংলোইদবা আশ্রমশিংদি,
য়েংঙু অহুগুম্বা লমদি।
তাবদা শ্রীরামগী বাদি,
হায়জখি ভরতনা তপ্পা,
কারুপথ লৈবাক অসি,
লমদমনি থোইনা ফজবা,
কিক্ষম লৈতে করিমতা,

অনা-অয়েক মফমদগী ।
মফমসিদা অঙ্গদগী,
শেম্বিসি অনৌবা লৈবাক ।
চন্দ্রকেতু ইচাগীনা,
চন্দ্রকান্ত হায়না কৌবা,
শেম্বিসি অনৌবা লৈবাক,
থোইদোক্লদি নিংথিজনা ।
ভাবদা ভরতকী বাদি,
লমদম অচু কারুপথ,
খুছম চল্লগা শ্রীরাম্না,
হাপ্লিখি নিংথৌ অঙ্গদ ।
লৈবাক অসিদি শ্রীরাম্না,
থোনখি অঙ্গদীম্না হায়না,
শেমগৎখি নিংথি-ফজনা,
পিখি মচা অঙ্গদদা ।
স্বর্গগুম পুক্লিং হুরবা,
শেমবিরগা লৈবাক অমা
মচা তোনবা চন্দ্রকেতু,
থম্বিখি নিংথৌ হাগুনা ।
মমিংদি লৈবাক অসিগী,
থাজগুম ইংভি হায়রুনা,
থোনখি চন্দ্রকান্ত হায়না ।
মতৌ অস্রুম্না শেম্লগা,
রাম-ভরত-লক্ষ্মন অছুম্না,
মফমদদি মচাশিংগী,
পিবিখি লৈবাক অমমম,
লোইননা নিংথৌ খুভমগা,
তৌবিহুনা রাজ অভিষেক
মতুংইন্না রামগী য়াথং,
নোংচুপ মাইকৈদা অঙ্গদ,
অরাংদনা চন্দ্রকেতু,
লৈজখি লৈবাক ভাক্লদি ।
অঙ্গদ মতেংনা লক্ষ্মন,
চন্দ্রকেতুগীনা ভরত,
শিন্নখি শ্রীরামচন্দ্রনা,
মচা অমমম অনিদা ।
অঙ্গদ মনাক্তা লক্ষ্মন,
মপুং ফানা চহি অমা,
লৈরবা তুংদা নুংঙাইনা,
হুনজরকখি অযোধ্যাদা ।
চন্দ্রকেতু মনাক্লদি,
চহি অমা থরা হেম্না,
লৈরবা মতুংদা ভরত,
হল্লক্কুনা অযোধ্যাদা,
লৈজখি রাম সেবা তৌনা ।
ধর্ম্ম লৈবা ভরত-লক্ষ্মন,,
মচিন মনাও অনিমক্না,
চরন্তবু শ্রীরামগীদি,

নিংজখি মতম চুপ্পদা।
মতম লৈবা পুম্নমক্তা,
য়েংহুনা শ্রীরামগী য়াকা,
তৌজখি থবক খুদিংমক।

মচিন মনাও অহুম্মক্তা,
থবক্তা লৈবাক প্রজাগী,
লৈখি মপুক্লিংদি চংনা,
লিক্লম কাইদনা ধর্ম্মগী,
তৌখি শাসন লৈবাক্কীদি।

চহি লিশিং তরা হেনখি,
মতৌ অম্তুম লৈরকপনা।
করিগুম্বা মতমদনা,
মচিন-মনাও অহুম্মক্তা,
কোইহুনা থুঙ্গংশিংদদি,
তাখি প্রজাশিংগী রাকং,
পেন্নবা তৌখি মখোইগী।
যজ্ঞগী মৈফম অহুমগুম,
অযোধ্যা কোবা লমদমদা,
ভাস্থোইরি মখোই অহুম্না।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১০২ শুবা সর্গ: লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১০৩ শুবা সর্গঃ

( শ্রীরামগী মফমদা কাল লাকপা, কালনা শ্রীরামগা রাশক্করগা ৱারি শাবা। )

ধর্ম্ম লৈরবা শ্রীরাম্মা,
মতৌ অসুম্মা প্রজাগী,
খন্দুনা নুংঙাইনবতা,
লৈখি মতম পুন্নমক্তা।
অদুবু নোংমা নুমিত্তা,
কাল কৌবদি লাই অদুনা,
লৌদুনা তপস্বী মশক,
লাকখি অযোধ্যা কোন্নুংদা
সনথোংদা লক্ষ্মন লৈবা,
উরদুনা কাল কৌবনা,
হায়রকই লক্ষ্মন য়েংনদি,
অরুবা রাফম অমগী,
লাকপনি ঐ মফমসিদা,
মরম অদুনা ইবুঙেঙা,
হুঙ্গৎলু শ্রীরাম মফমদা,

উননবা ঐহাক্নদি।
খংঙু ঐদি দূত অমনি,
থারকপা শ্রীরাম মফমদা,
অচৌবা মুনি অমনা,
ৱা ঙাংননবা শ্রীরামগা।
তাবদা তপস্বী মৱা,
লক্ষ্মন চেনখি শ্রীরাম নাক্তা,
রাফমদি মুনি লাকপগী,
হুঙ্গৎখি শ্রীরাম মফমদা।
হে শক্তি লৈবা ইবুঙেঙা!
রাজ ধর্ম্মতনা নংগীদি,
ঙম্বা ওইবিয়ু জয় তৌবা,
ইহলোক পরলোক অনি।
শক্তিতনা তপস্যাগী,
তেজ লৈবা নুমিৎ মতৌগুম,

অমথক্না তপস্বী দূত
লাক্লি নংবু দর্শন তৌবা।
তাবদা লক্ষ্মনগী রাদি,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
পুশিল্লকউ খুদকসিদা,
দূত ওইব তপস্বী অদু।
য়াথং ফংবদা লক্ষ্মন্না,
চেনখিদুনা সনথোংদা,
পুশিল্লকখি তপস্বীদি,
মমাংদা শ্রীরামচন্দ্রগী।
য়ৌরবদা তপস্বীনা,
মমাংদা শ্রীরামচন্দ্রগী,
হায়রকই থোইনা হৱাওনা,
জয় ওইবিয় হে রামচন্দ্র।
মনি নাক্তা চংশিন্দুনা,
খুরমজরগা শ্রীরাম্না,
কৎচখি হৌনবী পূজা,
হংজখি মতুংদা পাওদি।
পাওখুম পিরগা য়াইফবা,
মগুণ লৈরবা তপস্বী,
ফমথখি চংশিনখিদুনা,
সনাগী তাংবল মথক্তা।
ফমথ্রবদা তপস্বীনা,
হায়জখি শ্রীরামচন্দ্রনা,

লেংবিরকপদা মুনিনা,
য়াইফরে ঐখোই পুম্নমক,
লাকপিরিবদি দূত ওইনা,
লৈবগে করি মরমদি ?
তাবদা শ্রীরাম রাহংদি,
হায়রকই তপস্বী কালনা,
পায়বদি মঙ্গল ওইবা,
ফম্মিন্নরগা অনিতা,
শাগদবনি রারিসি।
থাজরগা মুনি রাদি,
ঙাকপা তাই নিয়ম অসিদি।
রারিদি ঐখোই অনিগী,
তাবা য়ারোই কনানদি।
উনবা য়ারোই কনাসু,
কনাগুম্বা অমতসু,
য়ারোই খংঙু চংহল্লকপা,
শোইরবদি হায়রিবসি,
হাৎপা তাই চংলকপা অদু,
সত্য তৌবিয় রাফমসি।
তাবদা তপস্বী রাদি,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
'য়াজরে রাফমদি তাকপিবা।
রাশল্লগা তপস্বীদা,
হায়রকই লক্ষ্মনদি য়েংনা.

থাদোকখ্রগা থোংশংবশিং,
ঙাকউ থোংদি নশামক্লা।
ফম্মিন্নগে অচিকপদা,
শাগে অরূবা রারিদি,
দূত তপস্বীগা ঐগদি,
রাশক্তি ঐগী খংলে নং,
তাবা য়ারোই রারি অসি,
য়ারোই কনাদি চংলকপা,
চংলক্রবা মীশক্তুদি,
ফংগনি দণ্ডি অশিবা,
অতাবা মহাক অত্নস্থ,
ফংগনি মানবা দণ্ডি,
মসি ঐগী অরেপ্পনি,

চংখ্রো নং মসি খংনদি।
মতৌ অস্থম্না শ্রীরাম্না,
য়াথং পিরগা লক্ষ্মন্দা,
হায়্জরকই তপস্বীদা,
তাকপিবা য়ারে রাফমদি
তেজ লৈরবা মহর্ষিনা,
হায়রকপত্থ হায়রু হায়না,
মফমদা শ্রীরাম ঐগীদি,
ওইরবস্থ অমা অমা,
হায়্বিরো চিংনদনদি,
তানিংবনা ননাই ঐদি,
খোইরাংলে খাঙমদনদি।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১০৩শুবা সর্গঃ লোইরে

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১০৪ শুবা সর্গঃ

( কালনা শ্রীরামগী মফমদা ব্রহ্মাগী পাও তম্বা মমস্তং শ্রীরামনা রাশকপা । )

তপস্বীনা মতুংসিদা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা,
মরমদি ঐনা লাকপগী,
হায়জগে তাবিয়ু হে রাম !
থারকপনি ঐহাক অসি,
পিতামহ ব্রহ্মামক্না ।
ইবুঙেঙা নহাক্না হে রাম !
হিরণ্য গর্ভনুংদগী,
মতমদুদা চোংথোরকপা,
মায়াগা লোইননা ঐনা,
চোংথোকখি ইবুঙেঙাদগী,
নচানি ঐদি নহাক্কী ।
পুম্নমক অসি মাংহনবা,
কাল কৌবদু ননাই ঐনি ।
লোক পুম্নমক্কীদি মপু,
পিতামহ মশামক্না,

হায়জরকই ইবুঙেঙোদা.
কন্ননবা জীব ময়াম,
পৃথিদা ইবুঙেঙা নংনা
কুমখিবনি শ্রীরাম ওইনা.
অদুবু হেনগ্রে মতমদি ।
মতম অমদা নহাক্না,
জীব পুম্নমক অসিদি,
পুশিনখি নশা মনুংদা ।
মায়া অদুতনা নংগী,
লৈরগা তুম্না ইথক্কা,
পুথোকপিখি ঐহাক অসি ।
মতুংদা অনন্ত কৌবা,
মতোক চাউবা মশা চাউবা,
ইশিংদদি য়াইহিপ্পবা,
শেম্নগা লিনজাও মায়ানা,
অতোপ্পা জীব অনিদি,

পুখোকপিখি ইবুঙেঙানা।
মমিংদি মখোই অতুগী,
মধু অমসুং কৈটভ,
থংনখি অসুম হায়নদি।

হেক পোক্লকপদা চীংজাওগুম,
প্রমথন থনখি পৃথি অসি।
মতুংদা ইবুঙেঙা নংগী,
নুমিৎ মতৌগুম তেজ লৈবা,
খোইদৌ থস্বাল অতুদগী,
পুখোকপিরগা ননাইদি,
য়াথংদি প্রজা শেম্নবা,
পিবিখি ননাই ঐঙোন্দা।

ফংজবদা নয়াথংদি,
থবক অতু প্রজা শেম্বা,
থুরমতুনা ইবুঙেঙোদা,
হায়জখি ননাই ঐহাক্না,
শেমজরিবা জীবশিংদি,
কনবিনবা ইবুঙেঙানা।

পেনবিতুনা হায়জবদা
কন্নবগী জীবশিংদি,
সনাতন পুরুষ নহাক্না,
লৌবিখি বিষ্ণুগী মশক,
কনবিনবা জগৎ জীব,
কাইদনবা ঐগী থুশেম।

মতম অমদা নহাক্না,
মচা ওইনা অদিতিগী,
পোকপিরগা বামন কৌনা,
অরাবদি ইন্দ্ররাজগী,
কোকহনবিখি ইরাই লাইনা।

জগৎকী মপু নহাক্না,
মখুত্তা রাবন নিংথৌগী,
উবদা প্রজাগী রাবা,
কন্নবগী প্রজাশিং,
শাইওনবিখি শ্রীরাম ওইনা
মালেম পৃথিবী অসিদা।

মতম অতুদা ইবুঙেঙানা,
চহি লিশিং তরা মাথোই,
লৈনি হান্নতুনা মর্ত্তদা,
তাকপিরম্বনি ননাইদা।

মতুং ইন্না তাকপিরম্বা,
মচা ওইনা দশরথ,
শাইওনবিগে মর্ত্তদদি।

অতুবু চহি অতুদি,
হেন্দোকপ্রে তাকপিরম্বগা।

মরম অতুনা ইবুঙেঙা,
হনবিরক্কবা স্বর্গদা,
নিংশিংজরকই ননাইনা।
তাকপিরকই মসিমসু,

হংগৎনবা ইবুঙেঙাদাঃ
লাইগী লাই ওইবা ব্রহ্মানা৹
করিগুম্বা ইবুঙেঙানা৹
খল্লবদি লৈবিখিগে,
পালন্দি তৌনা প্রজাশিং,
লৈবিয় মঙ্গল ওইনদি।
ঙাকপিনিংলগা লাইশিংদি৹
হল্লক্লগা স্বর্গদদি,
লৈবিহুনা বিষ্ণু ওইনা,
ঙাকপিরো ননাই ঐখোই :
পিতামহনা হায়রকপা৹
তাবদা বাফম অসিদি,
মোমোন নোক্লুনা শ্রীরাম্না,
হায়রকই কালগী মফমদা।
নফমদগী কাল নহাক্কী,
পাও অসি পিতামহগী,

তাবা ফংবদা ঐহাক্না৹
মুংঙাইরে থোইদোক হেন্দোক্না।
য়োরকপসিনা নংনদি৹
ওইরে ঐগীদি অপেনবা।
থবক্তি মরোল অহুমগী৹
পাংথোক্কে খম্না ঐহাক্না৹
লাকখিবনি মর্ত্ত সিদা।
য়াম্না ফরে নংনা লাকপা,
হল্লগনি ঐ শোইদনা।
পুম্নমকপু মাংহনবা কাল!
লাক্লিবসি নহাক্নদি৹
খনবননি ঐনা নংদি,
চিংনফম থোক্কে মসিদা।
নিংজবত্তু ব্রহ্মানদি৹
পাংথোক্লগে থবক ওইনা৹
নুংশি ঐহাক্না লাইশিংদি।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১০৪ শুবা সর্গ: লোইরে

# শ্রীরাম

## 'উত্তর কাণ্ড"

### ১ ৫শুবা সর্গঃ

**(দুর্বাসাগী শাপ কিবদগী লক্ষ্মনা িয়ম থুগাইদুনা শ্রীরাম নাক্তা চংলকপা, রামগী রাশক থুগাইবদা লক্ষ্মনা রাবা।)**

শ্রীরামগা কালগা অনিনা,
লৈরিবৈ রারি তৌনদি,
মতিক মশুন্দি লৈরবা,
দুর্বাসা মহামুনিনা,
লাকখি নিংথৌ সনথোংদা,
উনগে হায়না শ্রীরামদি।
লাক্লগা লক্ষ্মন মনাক্তা
হায়রকই মহামুনিনা,
থুদকসিদা রামগা ঐগা,
হায়রুচো উনবদি,
নত্রবদি ঐগী থবক,
শোইখিবা তারে ইবুঙেঙা।
রা তাবদা দুর্বাসাগী,
থুরমগা মথুং লোম্না,
হায়জরকই লক্ষ্মনদি,

মকমদা মহামুনিগী।
করি মরমগী লেংলকপা,
মহামুনি ইবুঙেঙানা,
তাকপিয়ু মরম ননাইদা।
করি সেবাদি তোগনি ?
মতম অসিদা শ্রীরামদি,
তৌজরি থবক অমতং,
ঙাইবিথো মতম খরদং।
তাবদা লক্ষ্মনগী রাদি,
ঋষি অথোইবা দুর্বাসা,
মৈদি হৌথি শাওখিবনা,
মমিং ঙাংনা খানা য়েংনা,
হায়রকই লক্ষ্মন মকমদা।
হৌজিকমক শ্রীরাম মকমদা,
পিথো পাওদি ঐ লাকপগী।

সুমিত্রাগী মচা লক্ষ্মন।
নংনদি ঐ লাকপগী পাও,
পিরুদ্রবদি শ্রীরামদা৹
খংগনি ঙসি নুমিত্তা।
নখোই নচিল-ননাও মরি৹
রাম,—লক্ষ্মন-ভরত—শত্রুঘ্ন৹
লৈবাক, কোন্নং৹ নচা-নশু,
শাগৈ-নাতৈশিং পুন্নমক,
তুমহনগে শাপ্তি তৌহুনা।
অশাওবা অসিদি ঐগী,
ঙম্মরোই থিংহুনা থস্না।
উবদা মুনিগী মতৌ৹
খন্না খন্না করি তৌনি৹
লৈখি লক্ষ্মন মতম খরা।
"পুন্নমক শিবগী মহুৎ,
হেন্না কৈ ঐ শিখিবনা',
খন্দুনা অস্থুম্না লক্ষ্মন,
চংশিনখি শ্রীরাম মনাক্তা,
পাওদি দুর্বাসা লাকপগী,
হায়জখি শ্রীরাম মফমদা।
তাবদা পাওদি লক্ষ্মনগী,
বিদায় পিখি কাল শ্রীরাম্না।
থোরক্লগা খুদক্তদি,
ওকচাখ মহামুনিদি।

মখুৎ অনি লোম্নহুনা,
খুরমজরগা শ্রীরাম্না৹
হংজখি করি পাম্বিবা,
মহামুনি মফমদদি?
তাবদা শ্রীরামগী রাদি,
হায়রকই মহামুনিনা৹
তাও হায়গে ঐগী অপাম্বা
চহি লিশিং অমা চংনা,
ব্রত অসি অনশন,
তৌরকই ঐনা কাইদনা।
ঙসি নুমিৎনি অরোইবা,
নুমিৎ অসিদা অরোইবা,
তৌগনি ঐ চাবা থকপা,
মরম অসিনা ইবুঙ্গো,
পুরকউ চান-থক্লবা,
পুরকপা অহু নহাক্তা,
লোগনি ঐনা হরাওনা।
তাবদা রাদি মুনিগী,
পেল্লহুনা শ্রীরামচন্দ্র৹
চান-থক্লবা পুন্নমক৹
থোরাং নিংথিনা তৌরগা,
কৎশিনখি মুনি মফমদা।
অমৃতগা মানরবা,
চিঞ্জাক অহুদি চাবদা৹

পেল্লদুনা মহামুনি,
থাগৎলম্লগা শ্রীরামদি,
চৎখি মাগী আশ্রম তম্না।
চৎখ্রবদা দুর্ব্বাশানা,
বাশকখিবা কাল মফমদা,
নিংশিংলকই শ্রীরামচন্দ্র,
অবাবা ওইখি খনবদা;
খাংখি মরু লুরূা শ্রীরাম,
ঙমখিদে বাদি ঙাংথোকপা
লৈখি তুমিন মতম খরা।
কুইনা বাখল তৌরূরগা,
'করিস্থু নত্তে পুম্নমক,
লৈতে অকাইবা অমতা।'
অরেম্বনি পুম্নমকসি,
লেপখি মবুক্তা অস্থুম্না,
লৈখি বাদি ঙাংথোক্তনা।

তোং অসুমদা উত্তরকাণ্ডগী ১০৫ শুবা সর্গঃ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১০৬ শুবা সর্গঃ

( শ্রীরাম্না লক্ষ্মন থাদোকখিবা, লক্ষ্মন্না চংনা স্বর্গ কাবা। )

থাজগুম রাহুনা উম্বা,
মাইথোং লাংশিন্না শ্রীরাম্না,
রাথন তৌনা লৈবা মতৌ,
উবদা মনাও লক্ষ্মন্না,
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা!
ঐগীদমক্তা য়াম্বুংনা,
রাবিবা চুমদে থোইনদি!
থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক,
রায়েন্নি মতম মাগীদি।
তৌবিদনা চিংনবদি,
ঙাকপিয়ু রাশক অত্থুদি,
হাংপিদ্রবদা ননাইদি,
শোইদনা তানি নরক্তি।
য়েক্রবা মাংহনবা শ্রীরাম্না!
ননাই ঐবু নুংশিরবা,
হাংপিয়ু ঐ চিংনদনা,
ঙাকপিয়ু ইবুঙেঙা রাশক,
চাউখৎহনবিয়ু ধর্ম্মদি।
অসিগুম্নবা লক্ষ্মনগী,
তাবদা নিংথিবা রাদি,
ইন্দ্রিদি শ্রীরামচন্দ্রগী,
চাক্লকখি হায়কম খংদনা।
মতম অসিদা শ্রীরাম্না,
পাত্র-মন্ত্রি পুরোহিতশিং,
কৌরগা মখোই পুম্নমক,
থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক,
মতুংদা রারি লিরবা,
খন্নখি তৌগদবদি।
রারি তরগা শ্রীরামগী,
পাত্র-মন্ত্রি পুম্নমক্না
লৈনখি তুমিন তুমিন্না।
মতমসিদা বশিষ্ঠনা,

হায়রকই শ্রীরাম মফমদা।
মমাংদৈ মতমদা ঐনা,
ঐগী যোগগী শক্তিনা,
মাংখিগদবা নহাক্না,
কাইনগদবা লক্ষ্মনগা,
থোঁদোকশিংদি তুজুংলবা,
উবা ফংখি তশেংনদি।

লেপ্তুবা মতম খোংচৎনি,
থাদোকউ নংনা লক্ষ্মনদি।

কাইহনগন্নু রাশক নংগী,
রাশক মাবু ঙাক্লুবদি,
ঙাক্লুবনি ধর্ম্ম মাদি।
মাংখ্রবদি ধর্ম্ম মানা,
মাংখিগনি জগৎ পুম্বা,
লেমহৌররোই জীব কনা,
চিংনফম থোক্কে মসিদা।

কন্নবা মরোল অহুমদি,
থাদোকখো লক্ষ্মন নহাক্না,
থাদোকখ্রগা লক্ষ্মন মাদি,
থম্মু জগৎ নিংথিজনা।

ধর্ম্ম অমদি যুক্তিনা,
তিল্লবা রাঙাং মুনিগী,
তাবদা শ্রীরামচন্দ্রনা,
হায়রকই লক্ষ্মন য়েংনদি,
মমাংদা পাত্র-মন্ত্রিগী।
ধর্ম্ম মাবু থাদোকপদি,
তৌনখিদে কনামতা,
মরম অসিনা হে লক্ষ্মন!

থাদোক্লবনি নহাকসি।

মরমদি থাদোকপসিগা,
হাৎপগী দণ্ড পিনগা,
চপ্পু মান্নৈ সাধুশিংদা।

য়াথং ফংবদা শ্রীরামগী,
ময়ুম চংদনা লক্ষ্মন্না,
মমিৎ অনিদি পিনা থন,
চৎচখি খুদক অহুদা।

য়েৌবদা সরয়ু তুরেন্দি,
আচমন তৌরগা লক্ষ্মন,
ফমখি মথুক্তি লোন্নবা,
থিংখি শ্বর হোন্দোক হোনজিন্দি।

অস্নুম্না লৈবা লক্ষ্মনগী,
উবদা মতৌ অহুদি,
লাই, ঋষি, অপ্সরাশিংনা,
লোইনহুনা ইন্দ্ররাজগা,
চাইথখি লৈ খুজোক খুজোক,
মথক্লা লক্ষ্মন মাগীদি।

মতম অসিদা লক্ষ্মন্না,
লুপখিহুনা ধ্যান তৌবদা।

উবা ফংখিদে কনাহ্নু ।
থুংক অহুদা ইন্দ্রনা,
হাপকৎতুনা দোলাইথক্কা,
পুখি লক্ষ্মন স্বর্গদদি ।

বিষ্ণুগী শরুক মরিগী,
ফংবহুদা শরুক অমা,
হরাওনখি লাই পুম্মক,
তৌজখি পূজা লক্ষ্মন্দা ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১০৬ শুবা সর্গ: [illegible] ।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১০৭ শুবা সর্গঃ

( বশিষ্ঠ সহ মুনিগী পাওগাক মতুংইন্না শ্রীরামনা প্রজা ময়াম লোইননা স্বর্গ কাখিবা থনবা কুশ-লব অনিদা নিংথৌ থৃভম পিবিরম্বা। )

থুপগ্রবদা লক্ষ্মননদি,
লুপখি অবাবা ইপাক্তা,
শ্রীরামচন্দ্র ইবুংঙোনা।
য়েংহনা পাত্র-মন্ত্রিদি,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা।
ঙসি হায়বা নুমিৎসিদা,
হাপলগা নিংথৌ ভরত্তা,
অযোধ্যা লৈবাক অসিগী,
চংথ্রগে বন্দা ঐহাক্তি।
অমুক থিন্থবা তৌদনা,
পুরকউ পোৎ অভিষেক্কী,
মরমদি ঐহাক আসমু,
লক্ষ্মনমা চংপা লম্বিদা,
চংথ্রগে থুদক অসিদা।
তাবদা শ্রীরামগী বাদি,

প্রজা পুম্নমক অহুনা,
মকোক্তা মথুক্তি হাপা,
লৈখি তুমিন মরাই লুক্তা।
মতম অসিদা ভরত্তি,
লৈখি ঙাইহাক জ্ঞান্দি মাংনা,
হায়রকই মতুং অহুদা,
নিন্দা তৌনা নিংথৌ থুভম।
সত্য য়েংনা রাশক্তুনা,
হায়জরি ঐনা নত্তোন্দা,
নত্তুনা নংগী চরন্দি,
পামজদে নিংথৌগী থুভম,
লৈজনিংদে স্বর্গদমু।
কুশ লব অনিমক্তা,
শিন্নবিয়ু নিংথৌ থুভম।
কোশল লৈবাক্তা কুশদা,

অরাং কোশলনা লবদা,
পিবিহনা মখোইনিদা,
লৈবাক অমমম ওইনদি,
তৌবিয় ওসি অভিষেক।

ইনাও শত্রুঘ্ন মফমদা,
দুতশিংদি মখোং খাংলবা,
থাবিহনা খুদকসিদা,
খংহনখিখো থৌরাং অসি।

ভরতকী রাজাং তাবনে,
প্রজাগী পুক্নিং উবনে,
অরাবা পুম্বা খংলবা,
মহামুনি বশিষ্ঠনা,
হায়রকই শ্রীরাম মফমদা:

য়েংবিয় ইবুঙেঙা শ্রীরাম,
তুরিবসি প্রজা ময়াম,
লৈমাই থকসিদা পৃথ্বীগী,
খল্লগা মখোই অসিগী,
তৌবিয় ফগদবদি।

পামদবা থবক প্রজাগী,
তৌবিফম থোক্তে ইবুঙেঙা
পাওতাক ফংবদা মুনিগী,
হৌগৎপিরগা প্রজাশিং,
হায়রকই শ্রীরামচন্দ্রনা,
হায়য় অপাম্বা করিনো?

য়াথং ফংবদা শ্রীরামগী,
হায়জখি প্রজা ময়াম্না,
ইবুঙেঙা চৎপা মফমদা,
ইনজগে নতুংদি ঐখোই।

প্রজা পুম্নমক ঐখোইবু,
চানবিরবা ইবুঙেঙানা,
অঙাং নুবিশিং লোইননা,
থোগল তৌজগে নতুংদা!

থাদোকপিগনু ঐখোইবু,
চীং, তুরেন, বন, উপবনশিং,
ইবুঙেঙো চৎপা খুদিংদা,
য়ানহনবিয় মফম খুদিংদা,
ইবুঙেঙা নতুং ইননদা
পিখিরবদি অয়াবা
লাইবক ফরবনি ঐখোই।

নংগা লোইননা চৎপগী,
ফংহনমিয় নুংঙাইবদি।

ভক্তিদি প্রজা ময়ামগী,
খংলবদা শ্রীরামচন্দ্র,
'ফংজরো অপাম্বা অদু,
হায়রম্মগা প্রজাশিংদা,
কৌশিনখি কুশ লবদি,
তৌহল্লগা থৌরাং পুম্বা,
হাপ্লিখি নিংথৌ কুশদি,

থা থংবা কোশল লৈবাক্তা৹
অবাং থংবা কোশলদনা,
হাপ্লিখি নিংথৌ লবদি ।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
অযোধ্যাদা মখোই অনি
তৌরগা রাজ অভিষেক৹
পাম্বিখি মতম্বাক্তদি ।
মকোক অতু অনিমক্কী,
নম্বিখি থোইনা নুংশিনা ।
মচাগী মঙ্গল পিরগা,
শ্রীরামচন্দ্র ইবুঙেঙানা৹
মচা নিংথৌদি অনিবু,
থাবিখি প্রজা লোইননা৹
মাগী মাগী মরৈবাক্তা,
য়েন্থোকপিরগা সম্পতি৹
অনিথোক্লা মাননদি ।

মচা নুপা অমমমদা,
দোলাইদি লিশিং অমমম,
শগোলশিং লক্ষ অমমম,
শামু লিশং তরা তরা৹
লোইননা লাম্নি মন্নামদি৹
পিবিখি শ্রীরামচন্দ্রনা ।
সনা-লুপা-হিরা-মনি,
লৈরিবা পুম্নমক অতু,
য়েনবিখি তংথাই তানদি ।
প্রজা পুম্নমক অতুস্নু,
পেলহনখি শ্রীরমচন্দ্রনা,
য়েনবিতুনা সনা-লুপা ।
মতৌ অসুম্না শ্রীরাম্না,
পাংথোক্লগা থবক পুম্বা৹
থাখি অথম্নবা দূতশিং,
মকমদা মনাও শত্রুঘ্ন ।

১.ভাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১০৭ শুবা সর্গ লোংগে

# শ্রীরাম

## 'উত্তর কাণ্ড'

### ১০৮ শুবা সর্গঃ

( মনাওশিং, য়োং-শওমশিং পুম্নমক লোইনবা শ্রীরামনা পরমধাম চৎকে নিংবা, বিভীষন অমদি হনুমাননচিংববু পৃথিবীদা লৈহনহোবা । )

য়াথং পুদুনা চৎখিবা,
দূতশিং অদুনা শ্রীরামগী,
পোথাবা অমুক তৌদনা,
চৎখি য়ৌনবা মথুরা ।
দূতশিংদুনা অহিং অদুম,
নুংথিল অদুম পোথাদনা,
চৎলগা থোইনা কন্নদি,
য়ৌখি শত্রুঘ্ন নাক্তদি,
তমজখি পাওদি শ্রীরামগী ।
লক্ষ্মন সংসার থাদোকপা,
শ্রীরামনা বাশক ভাকখিবা,
কুশ লবগী মফমদা,
নিংথৌ খুভমদি পিখিবা,
লোইননা শ্রীরামচন্দ্রগা,
চৎপা পাম্বা প্রজাশিংনা,
পাওশিং, পুম্নমক অসিদি,
তমজখি মথং মথংদি ।
মনাগী বিন্ধ্য চীংজাওগী,
'কুশাবতী' কৌবা কোন্নুং,
শেমদুনা কুশগীদমক,
লৈহনখিবা নিংথৌ হাপ্পা,
তমখি অমতা বাত্তনা ।
মতৌ অম্মুম্না লবগী,
শেম্নখি 'শ্রাবস্তী' সহর,
থোইদোক্না পুক্লিং লুব্নবা ।
মতুং অসিদা ইবুঙেঙা !
শ্রীরাম অমদি ভরতনা,
পুদুনা অযোধ্যা প্রজা,
খোরাংপ্রে স্বর্গ চৎনবা,
মরম অসিনা ইবুঙেঙা,

থৌরাং তৌবিরো হন্নবা।
তাবদা দূতশিংগী ৱাৰ্দি.
মপুক্লিংদা শত্রুঘ্নগী,
অৱাবা ওইখি থোইনদি।
তাবদা ৱারি ময়ামদি৹
মাংথরকপগী শাগৈনা৹
পাত্র-মন্ত্রি৹ পুরোহিতশিং,
কৌরগা খুদক অতুদা,
খংহনখি ৱারি শাতুনা
থৌদোক অতু অযোধ্যাগী।
লোইননা ময়াম্শিংগা,
চৎলগে থনখি শত্রুঘ্ন।
খুদক অতুদা শত্রুঘ্ন,
কৌরগা মচা অনিদি,
শিন্নখি নিংথৌ খুভমদি।
মচা অনিগী মফমদা,
সুবাহুনা মধুবাদা ( মথুরাদা ),
শত্রুঘাতীনা বিদিশার,
পিবিখি মথং মথংদি ;
লনগৈ-পুকৈ, খোংমি-লাম্মি,
পিবিখি মচা অনিদা,
য়েন্থোক্লগা তংখাই তানা।
মরৈবাক্তা মাগী মাগী৹
থনম্লগা মচা অনি,
তোংহুনা দোলাই অমতং৹
শত্রুঘ্নদি অকনবনা,
খুদক্তা চৎখি অযোধ্যা।
য়ৌবা মতমদা অযোধ্যা৹
রাম্মা মুনিশিং মরক্তা৹
অঙানবা মৈবুল মতৌশুম৹
লৈরম্বা অতু ঙাম্থোইনা,
উবা ফংখি শত্রুঘ্ননা।
মখুং অনি লোন্নহুনা৹
খুরমজখি চংশিন্দুনা৹
চরন্দি শোক্না শ্রীরামগী৹
অকনবদি শত্রুঘ্নন ;
মতুংদা থম্মোইদি শেংনা৹
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা।
য়াম্মুং ইবুঙেঙো অকনবা !
ননাইনা অঙাং অনিদা,
পিরম্লগা নিংথৌ খুভম,
লাকচরবনি ননাক্তা,
মরমদি ননাই ঐহাকসু,
থনজরে থৌগল তৌগেদি।
নিংজবদি ঙসি ঐগী,
খনবিরম্নু থুগাইবিগে৹
খনবিরবদি থুগাইগে,
মহুনা ওম্থোক্না চাউবা,
ওইরগনি দণ্ডি অমা,

থোকহনবিন্নু মতুতদি ।
তাহনবিরনু ননাইবু,
অমূকস্নু য়াথং ইন্দবা ।
মবুকচেঙ্গদি শত্রুঘ্নগী,
খংলবদা অরেপ্পনি,
হায়খি রায়া 'মতু য়ারে' ।
মতমসিদা ভাংনরিবৈ,
য়োং-হিংচাবা-শওমশিংনা,
পুন্দুনা অমতা ওইনা,
য়ৌরকখি শ্রীরাম মফমদা ।
তাবদা স্বর্গ চংগ্রনি,
মাইথোং থাজদি শ্রীরামগী,
খন্দুনা দর্শন তৌহৌগে,
থুংলখি হান্না সুগ্রীব ।
ময়াম পুম্নমক অসিদি,
কনানা লাইগী মচানি,
কনানা ঋষি, গন্ধর্ব্ব,
মচানি মখোই পুম্নমক ।
তাবদা রাম্না থুপগ্রনি,
খন্দুনা উম্নহৌনবা,
লাকপনি মখোই পুম্নদি ।
য়োং-হিংচাবা পুম্নমক্না,
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা,
ননাই ঐখোই পুম্নমক্না,
লাকচবনি নতুং ইনবা ।

হন্দোক্লনা ঐখোই ময়াম,
চংগ্রবদি ইবুঙোনা,
থনজগনি ঐখোইনদি,
যমগুম্না ইবুঙো নংদি ।
মতমসিদা সুগ্রীবনা,
খুয়াদা শ্রীরামচন্দ্রগী,
হায়জখি খুরমজরগা ।
ননাই ঐহাক্না ইবুঙো,
মফমদদি অঙ্গদগী,
তৌরম্নগা রাজ অভিষেক,
লাকচরবনি ননাক্তা ।
ঐ অসিসু ইবুঙোগী,
ইনজগে নতুং শোইদনা,
থোকহনবিয়ু মতুতদি ।
পুক্নিংশিংদি অতোপ্পগী,
চিংশিনবা ভন্না শ্রীরাম্না,
তাবদা সুগ্রীব বাদি,
খন্দুনা মানু মরূপনি,
হায়খি নিংথিবা বাহৈনা,
য়েংদুনা সুগ্রীব নিংথৌ ।
তাবিয়ু মরূপ ঐগী বা,
নহাক য়াওদনা ঐহাক্না,
অতৈ অমদি হায়রুনু,
দেবলোক, পরমপদ,
থাম অনি অসি ফাওবদা,

চৎলোইদবনি খংবিয়ু।
য়োং-হিংচাবশিং ময়াম্মা,
হায়জখিবা মতুং ইন্না,
হায়রকই হায়কেত্তি নোক্না,
'য়ারে ময়াম্মা পাম্বত্ত'।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্মা,
হায়রকই বিভীষন য়েংনা।
অকনবা হিংচাবা নিংথৌ!
লৈরিবা মথৈ জীবনা,
নংনা মতম অদু ফাওবা,
নিংথৌ ওইহৌরো লঙ্কাদা;
মুমিৎ, থা, পৃথিনচিংবা,
গ্রহ পুষ্পক অসিনা,
লৈরিবা মথৈ কাইদনা,
মীওইবশিংগী মরক্তা,
হিংলিবমথৈ রাম মিংনা,
নংগী লৈবাক্না পৃথিদা,
লৈরসনু মাংদনদি।
মরূপ মমদি ওইবনা,
পিক্কবনি পাওতাক অসি,
মরম অদুনা মরূপপা,
ইন্দুনা ধর্ম্মগী খোঙ্গুল,
তৌবিয়ু প্রজাগী শাসন।
ঐনা হায়জবা অসিগী,
তৌবিনু ওন্ন-তৈনবা;
পিজগে পাওতাক অমগা,
তাবিয়ু হিংচাবা নিংথৌ,
ইন্দ্রনচিংবা লাই ফাওবা,
তৌবনি ইরাং-থৌনিদি,
ইক্ষ্বাকু শাগৈগী ওইবা,
লাই অথোইবা জগন্নাথ।
মরম অসিনা মরূপসু,
নিংবিয়ু জগন্নাথদি।
তাবদা শ্রীরামগী পাওতাক,
রাখল তৌরগা বিভীষন,
হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা,
'য়াজরে তাকপিবা অদু'।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্মা,
নুংশিৎকী মচা অকনবা,
হায়রকই হনুমান য়েংনা।
পুন্সিবগী রাদি শাংনা,
অমুক হায়দ্রবসু হন্না,
ঐগী রারিনা পৃথিদা,
শরু-শোন্নরিবা মথৈ,
পৃথি কোইদুনা নহাক্না,
লৈয়ু নপুক্কিং ইংনাদি,
ভাক্না চৎলু ঐগী য়াথং।
থৌজাল ফংবদা শ্রীরামগী,
থোইনা পেনজখি হনুমান।

হায়জরকই শ্রীরাম য়েংনা৹
পৃথিদা ইবুঙেঙা নমিং৹
শক্ক-শোন্নরিবা মথৈ,
মাথং ঙাক্না ইবুঙেঙাগী,
লৈজগে পৃথিদি কোইনা,
শোন্দুনা ইবুঙেঙা মিংদি।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না,
ব্রহ্মাগীদি মচা অহল
হায়রকই জাম্ববান য়েংনা,
হায়বগুম্না হনুমান্দা।
অকনবা নখোই মঙানা৹
ওইজরো হিংদুনা লৈবা,
চংলগিদি বমথৈ কলি।
হনুমান বিভীষন অনি৹
হিংঙু প্রলয় মতম ফাওবা।
জাম্ববান৹ মৈন্দ৹ দ্বিবিদ৹
অকনবা নখোই অহুম্না,
দ্বাপর যুগনদি লোইশ্রগা,
চংলকপদা কলি যুগনা,
লানবা ফংজো কৃষ্ণ খুত্তা।
মতুং অসিদা শ্রীরাম্না৹
হায়রকই ময়ামদি য়েংনা৹
অপাম্বা মতুং ইন্নদি,
চংলসি ঐগা লোইনন।।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১০৮ শুবা সর্গ লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১০৯ শুবা সর্গঃ

( শ্রীরামগা লোইননা ময়াম্না পরমধাম চৎখিবা । )

হোত্রবদা অহিং মতম,
লেংলক্লে অদুক লাইরেম্বী,
নিংথিবী ফিজেং লৈলেংদা ।
মতমসিদা নুংঙাইরবা,
মথবাক ফম্না চাউরবা,
থগা মগী মিত্রা তানবা,
শ্রীরামচন্দ্র ইন্দ্রেংনা,
হায়রকই পুরোহিত য়েংনা ।
মৈ পাইনা অগ্নি হোত্রগী,
চৎহল্লু ব্রাহ্মনশিং মাংদা ।
অরোইবা খোংচৎ পুন্সিগী,
মতম অসিদা ঐহাক্কী,
খাঙ্‌দগী নিংথিবা ছত্র,
বাজপেয় যজ্ঞ মতমদা,
খনখিবা অতু ইমাংদা,
চৎহল্লু নিংথিনা খম্না,

লোইন লোইননা ঐগদি ।
তাবদা শ্রীরামগী বাদি,
বশিষ্ঠ মহামুনিনা,
খোংচৎ অসিগী অরোইবা,
তৌখি থৌরাংদি ফজনা ।
মতম অসিদা শ্রীরাম্না,
পাইরগা মখুত্তা কুশ,
মন্ত্রদি থিনা বেদগী,
লাকখি ময়ামগা লোইননা,
মাইকৈদা সরযূ তুরেনগী ।
বেদ পাবদি নত্তনা,
ঙাংখদে বাদি শ্রীরাম্না ।
চৎপগী থবক নত্তনা,
অরা-নুংঙাইবা সংসারগী,
থাদোকখি বাখল পুম্নমক ।
য়েত্তা লক্ষ্মী ইবেম্মনা,

ওইদা পৃথিবী দেবীনা,
মাংদা শক্তি দেবীনা,
থোগল তৌজখি শ্রীরামগী।
তেন, গদা, লিরুংনচিংবা,
খুৎলাই পুম্নমক অতুনা,
লৌতুনা মীওইবা মূর্তি,
মতুং ইনজখি শ্রীরামগী।
ফিজেৎ শেতুনা ব্রাহ্মনগী,
তুং ইনখি বেদ মরিনা।
পুম্নমক ডাকপি-কনবিবা,
গায়ত্রী অমসুং প্রনবনা,
মতুংদা শ্রীরামচন্দ্রগী,
চৎচরি ভক্তি মওংদা।
মহর্ষি, ব্রাহ্মনচিংবা,
ময়াম পুম্নমক অতুনা,
জগৎকী চংজফম থোংজাও,
মফমদা শ্রীরামচন্দ্রগী,
চংশিনজরি ধ্যান তৌনদি।
লৈমশিং কোন্নুং মন্নুংগী,
নহা-অহল, নিংথেমনুবী,
নপুংসক পুম্নমকসিনা,
মতুংদি ইন্না শ্রীরামগী,
চৎচরি সরযু তম্নদি।
ভক্তিগা লোইননা ভরত,
চৎলি শ্রীরাম থোগল তৌনা।
ময়াম লোইননা কোন্নুংগী,
তুংদি ইনজরি শত্রুঘ্ন।
ব্রাহ্মন বৈষ্ণব পুম্নমক্না,
লোইননা মচা-মশুশিং,
মৈদি পাইনা অগ্নিহোত্র,
চৎলি মমাংদা শ্রীরামগী।
পাত্র-মন্ত্রি, মরুপ মপাং,
শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক্না,
লোইনতুনা মীনাইশিংগা,
ইনজখি মতুং শ্রীরামগী।
শ্রীরামদি নুংশিজরবা,
পাপ চেন্দ্রবা প্রজাশিংনা,
লোইনতুনা শাগৈ-নাতৈ,
চৎচরি হরাও হরাওনা।
থোইদোক্না উচেক-রায়াশিং,
ময়াম পুম্নমক অতুনা,
মপুক্লিং হরাও-তম্নাম্না,
ইনজখি মতুং শ্রীরামগী।
শ্রীরামগী ভক্ত মোংশিংনা,
থোইদোক্না হরাও-তয়াম্না,
লোইরগা অয়ুক্কী মথো,
মচিন্দা শ্রীরামমিং শোম্না,
ইনজখি ময়াম মতুংদি

চংলিবা ময়াম পুম্নমক,
মশাদদি ইকাই-ইকি,
পোকখিদে কনা অমত্তা,
লৈনখিদে অরা-অনা,
শোন্দুনা শ্রীরামগী মিংদি,
ইনজখি মতুং শ্রীরামগী।
খন্দুনা স্বর্গ কাবনি,
ময়াম পুম্নমক অহুনা,
য়েংনা য়েংনা শ্রীরামচন্দ্র,
চংলি চিংনবা লৈতনা।
ভলুক, য়োং-হিংচাবা, প্রজা,
ময়াম পুম্নমক অসিনা,
অমত্তা ওইনা মপুক্লিং,

মতুং ইনজখি শ্রীরামগী।
ভূত প্রেত মশক উদবশিং,
মখোই পুম্নমক অহুম্ন,
কংনিংবদগী স্বর্গদি,
মতুংদি ইনখি শ্রীরামগী।
অচং-চত্তু জীব পুম্বা,
উবদা শ্রীরাম্না লাকপা,
মওংদা থোগল তৌবগী,
ইনজরি তুংওইননদি।
অযোধ্যা মন্নুংদা লৈবা,
প্রজাশিং অমা ফাওবদি,
লৈহৌদনা ময়ুমদদি,
মতুং ইনজখি শ্রীরামগী।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১০৯ শুবা সর্গ: লোইরে।

# শ্রীরাম

## "উত্তর কাণ্ড"

### ১১০শুবা সর্গঃ

(মনাওশিং য়াওনা শ্রীরামনা বিষ্ণুরূপপু তিনখিবা, মতুং ইনবা প্রজানা সন্তান লোক য়ৌখিবা।)

অযোধ্যা কোন্নুং ৱাংমদা
চংলগা যোজন তংখাইমুক,
নোংচুপ মাইকৈদা লৈরিবা,
সরযু তুরেন পুন্য চেনবী,
উবদি ফংখি শ্রীরামনা।

মতমসিদা শ্রীরাম লাকপা,
ইথক হৌরকখি সরযু,
ওকচবা মওংদা শ্রীরাম।

মাইকৈ মরিদা শ্রীরামনা,
কোইনা য়েংলবা মতুংদা,
প্রজাশিংগা লোইনহুনা,
লেংশিনখি মফম চাবদা।

খুদক অসিদা ব্রহ্মানা,
নুমিৎ কোটি চামগুম্না,
লংলবা দোলাই তোংনদি,

থুংলখি শ্রীরাম মনাক্তা।
মুনি ঋষি, প্রজাশিংনা,
ইকোই কোইশিন্না শ্রীরামদি,
লৈরি সরযুগী তোর্ব্বান্দা,
ভাইদুনা যাত্রাগী পুংফম।

তশেংবা অতিয়া থক্তা,
মঙালনা লাই পুন্নমক্কা,
ফাওদোকরকখি ইরং লংনা।

তশেংনা মনম নুংশিবা,
নামিবা মালয়া নুংশিৎ,
শিংলকখি মফম খুদিংদা।

চাইথরি লৈ খুজোক খুজোক,
অতিয়াদগী লাইশিংনা।
গন্ধর্ব্ব চামা চামনা,
ইশৈ শক্তি পুক্নিং হুনা।

জগোইশাবীশিং কয়ানা,
শারি জগোই তান্দি চানা
মতম অসিদা শ্রীরাম্না,
কুমথখি সরযু তুরেন্দা।
খুদক অসিদা ব্রহ্মানা
হায়রকই অতিয়াদগী,
হে রঘুমনি রামচন্দ্র!
মঙ্গল ওইবিয়ু ইবুঙেঙা,
লাইবক ফবনা ঙসিদি,
চৎনবগীদক স্বধাম,
য়ৌবিরক্লে মফমসিদা।
লোইনতুনা মনাওশিংগা,
সনাতন ওইবা নশাদা,
লেংশিল্লো অমত্তা ওইনা,
নত্রগা নশা অদুদা,
নিংলবস্থ লেংশিনবিগে,
তৌবিরো অপাম্বা অদু।
তেজগীদি মশক ইবুঙেঙা।
বৈষ্ণবী ওইবী নশাদা,
নত্রগা মাংবা লৈত্রবা
ব্রহ্মদি ওইবা মশক্লা,
মরক্তা অনি অসিগী,
খল্লগা অপাম্বা অদু,
লৈবিররো ঙাম্থোইনদি।

জীব জগৎ পুম্নমক্কী,
নংতনি চংজফম অদু।
ইবুঙেঙা নংগী লোইনবী,
পুম্নমক অসি উজবী,
মিক্তা ফজনা লাওরবী,
নত্তনা যোগমায়াদি,
অতৈ কনানা নংবুদি,
ঙমজখিবগে খংবদি।
ইবুঙেঙা নহাক অসিদি,
খনবদা য়ৌবা ঙমদ্রবা,
অমাং-অত্তাদি লৈত্রবা,
লাইনা লাইথুংদি চেন্দ্রবা,
অহৌ-অরোইদি নাইদ্রবা,
শূন্যগী মশক্তি ওইবা,
মশক্তি পরব্রহ্মগী।
মরম অসিনা ইবুঙেঙা!
মওং অদুদা অপাম্বা,
তৌবিরো লেংশিন্নবদি।
তাবদা ব্রহ্মাগী বাদি,
বাখন্দি ঙাইহাক তৌরগা,
মনাওশিং লোইননা শ্রীরাম,
বৈষ্ণব তেজদা মশামক্কী,
লেংশিনখি খুদক অদুদা।
বিষ্ণু মশক ওইপ্রবদা,

ইন্দ্র অমদি অগ্নিনা,
লোইননা লাইয়ামশিংগদি,
পূজা তৌখি হৈ-লৈ কংনা।
দেবর্ষি, গন্ধর্ব্ব, নাগ,
অপ্সরা, গরুড়, যক্ষশিং,
দৈত্য, দানব, হিংচাবশিং,
মখোই পুন্নমক অসিনা,
খুরমজখি শ্রীবিষ্ণুদা।
থাহুনা মাগী মণ্ডপদি,
শকচখি ইশৈ ময়াম্না,
লোইননদি গন্ধর্ব্বশিং।
লাইয়াম পুন্নমক অহুনা,
হায়্নজরকই হুরাওনদি,
লেংবিরকপদা ইবুঙোদা,
নুংঙাইজবে ননাই ঐখোই।
লৈখিদ্রে পাপ্তি স্বর্গদা,
অফবা ওইরে পুন্নমক।
মতম অসিদা বিষ্ণুনা,
হায়্নরকই ব্রহ্মাদি য়েংনা,
ঐগী তুংইন্না চাত্রবা,
ময়াম পুন্নমক অসিদি,
যৌহল্লু অখোইবা লোক্তি।
মখোই পুন্নমক অসিদি,
ভক্ত ভাক্তনি ঐহাক্কে,
নুংশিবদগী ঐহাকপু,
থাদোক্তুনা মশা ফাওবা,
ইল্লকপনি ঐগী ইতুং,
ঐগা থানবা য়াত্রবা,
মরূপনি মতম চুপ্পগী।
তাবদা রাদি বিষ্ণুগী,
হায়ব্জখি পিতামহনা,
মখোই পুন্নমক অসিদি,
যৌখ্রনি সন্তানক লোক।
শা উচেক্কী মপোক খংদে,
তোল্লবা জীবগী খংদে,
তুমিং-কাংশিংগীনি খংদে,
মতম অহুদা শিরমদাই,
থম্মোইশেংনা ভক্তি লৈনা,
বিষ্ণু নংবু নিংনা নিংনা,
শিখিবা মহাক অহুমা,
ব্রহ্মলোক মনাক্তা লৈবা,
সন্তানক হায়্না খংনবা,
লোক অহুদদি মখোইনা,
লৈবা ফংগনি নুংঙাইনা।
শওম খংদে য়োংনি খংদে,
লাইশিংনা ওনখিবা ময়াম,
হনজিনখ্রো লাইশিং নফমদা।
সূর্য্যদা সুগ্রীব নংদি,
চংশিনজখ্রো মহৌশাওম।
য়োংশিং পুন্নমক নখোইসু,

হনজিনখ্রো নশাগী লাইদা ।
মতৌ অসুম্মা হায়রকপা,
বাদি তাবদা ব্রহ্মাগী,
ময়াম পুম্নমক অহুনা,
শিন্থখি পিদি হরাওবা,
মতুং অহুদা মখোইনা,
লপখি সরযু ইরেন্দা ।
কনাগুম্বা মী অহুনা,
ইরুবগা সরযুদা,
থাজরবদি মথ্রবাইহু,
থনম্মগা মাগী মশা,
ওইহুনা লাইগী শক্তমদি,
কাজখি স্বর্গ লোক্তদি,
তোংহুনা লাইগী দোলাইদি
শা-উচেক-তুমিৎ-কাং খংদে,
শিবদবু শিরবদি,
চোংথহুনা সরযুদা,
শিরিবা জীব অহুনা,
ফংজহুনা লাইগী মশা,
লৈখি নুংঙাইনা স্বর্গদা ।
মতৌ অসুম্মা জীবশিং,
ব্রহ্মাগী য়াথং অহুবু,
হাপ্তুনা মকোক থক্তদি,
চোংথনখি সরযুদা
অচৎ-চত্ত জীবশিংনা,
সরযু মাগী ইশিংদা,
লুপ্লুনা মথবাই থারগা,
লাইগী হকচাংদি ফংলগা,
কাক্সখি দেবলোক্তদি ।
হেয়া হায়বগী বা নতে,
যোং হিংচাবা, ভালুক, শওম,
ময়াম পুম্নমক অহুনা,
মথবাই থারগা সরযুদা,
চৎনখি স্বর্গ তম্নদি ।
মতুং অসিদা ব্রহ্মানা,
থোইনা মপুক্লিং হরাওনা,
চৎখি স্বর্গ লোক তম্নদি,
লোইনহনা লাইয়ামশিংগা ।

মতাং অসিদা উত্তর কাণ্ডগী ১১০ শুবা সর্গ লোইরে ।

## শ্রীরাম

## 'উত্তর কাণ্ড"

### ১১১ শুবা সর্গঃ

( রামায়ন কাব্যগী অরোইবা অমস্থং মহিমা। )

( হায়রকই কুশ-লবনা, )

বাল্মীকি মহামুনিনা,
লেংথ্রবা শৈরেংগী রারি,
উত্তর কাণ্ড শরুক য়াওনা,
খংনথ্রবনি জগৎনা,
রামায়ন কাব্য হায়নদি।
কাব্য অসিদি রামায়ন,
মথৱাইমক্তি ব্রহ্মাগীদি।
চংখিদুনা শ্রীরামচন্দ্র,
অমুক হন্না বিষ্ণুরূপা,
হনজিনখি পরমধামদা।
মরোল অহুম্মক অসিগী,
অচৎ-চত্ত জীবশিংদি,
লৈখি ভাকপি-শেনবিদুনা।
নুমিৎ খুদিংগী স্বর্গদা,
লাইশিং পুম্নমক অদুনা,
লোইননা গন্ধর্ব্ব, সিদ্ধ,
ব্রহ্মর্ষি পুম্নমক্কদি,
তারি রামায়ন কাব্যদি।
রামায়ন কাব্য তাজবা,
মখোই মীশকশিং অদুদি,
হিংগনি পুন্সি নুংশাংনা,
ওইগনি লাইবক ফবদি।
মন্ত্রগুম্না বেদমক্কী,
কোক্কনি পাপ মীওইবগী।
মতম অদুদা শ্রাদ্ধগী,
পণ্ডিত ওইবা মীশিংদুনা,
তাগনি কাব্য অসিদি।
পারবদি কাব্য অসি,
পোক্কনি মচা পোক্তবা,
মরল লৈতবা কাংবুনা,

মরল লৈগনি শোইদনা।
কনাগুম্বা মী অমনা,
নুমিৎ খুদিংগী ওইনদি,
পারবস্ শ্লোক অমতং,
নত্রগা পাদ অমতং,
মানা তৌরুবা পাপ পুম্বা,
কোকখিগনি ইরাই লাইনা।
নুমিৎ খুদিংগী মীতুনা,
তৌরবস্ পাপ ময়ামদি,
শ্লোক অমতং রামায়নগী,
পারবা মপুক্লিং চংনা,
মাংখিগনি মাগী পাপশিং।
পারিবা মীদা রামায়ন,
ফিরোন, সনা-লুপা ষনবী,
কংকদবনি দান ওইনা,
মরমদি রামায়ন কাব্য,
পারিবা মীশক অতুনা,
অপেনবা অতু ওইরবা,
পেনবিখি লাইশিং ফাওবনা,
মগুন্না রামায়ন মাগী।
পুন্সি-নুংশাংবা পিনবা,
রামায়ন কাব্য পাবদি,
ইহলোক পরলোক অনি,
মচা-মগুশিং লোইননা,
লৈজবা ফংডি নুংঙাইনা।

কনাগুম্বা মী অতুনা,
লাকশিল্লগা মাগী পুক্লিং,
অয়ুক, নুমিৎ য়ুংবা, সন্ধ্যা
মতমদি অহুম অসিদা,
পাজরবদি রামায়ন
মাংবা লৈত্রে অমুক হন্না,
মাগী শরুক নুংঙাইবনি,
অৱাবা কৌবা অতুনা,
চংবা ঙমদে ইমুংতুদা,
মগুন্না রামায়ন মাগী।

স্বর্গ কাগ্রবদা শ্রীরাম,
পুক্লিং হুরবী অযোধ্যা,
তাখিদে মী মতম কুইনা।

নিংথৌ ওইনা ঋষভনা,
পাল্লবা মতম অতুদা,
হৌনখি মীশিং খুনতাবা।

প্রচেতাগী মচানুপা,
মহামুনি বাল্মীকিনা,
অশ্বমেধগী মতুংদা,
উত্তর কাণ্ড শরুক য়াওনা,
রামগী তুংদা থোকদবা,
থৌদোকশিং পুম্নমক অতু,
শন্দোক্না ইবা কাব্যনি।
পুন্সি নুংশাংবা পিরিবা,

রামায়ন কৌবা পুরাম্নি।
ইরবা তুংদা কাব্যসি,
মহামুনি বাল্মীকিনা,
চুমথোকপিখি নিংথিজনা,
পিতামহ ব্রহ্মানদি।

মতুং অদুদা ব্রহ্মানা,
পিবিখি মাগী অয়াবা।
শৈরেংসিগী সর্গঃ অমা,
তাবওদা মী অহুনা,
অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশিং,
বাজপেয় লিশিং তরাগী,
ফংবা ওম্মি মহৈ অদু।

রামায়ন তাজবা মীদি,
প্রয়াগনচিংবা তীর্থশিং,
গঙ্গানাচিংবা তুরেনশিং,
নৈমিষানচিংবা বনশিং,
কুরু ক্ষেত্রমচিংবদি,
মফম পুম্নমক পুন্তগী,
লুপ্না, চৎলুবা মহৈদি,
ওম্মি পুন্নপা ফংবদি।

মতমদা সূর্য্য গ্রহনগী,
কনাগুম্বা মী অমনা,
তীর্থদা কুরুক্ষেত্রগী,
দান তৌখনী সমাপ্পা।

মহৈ পুম্নমক অহুগা,
রামায়ন নুমিৎ খুদিংগী,
তারিবা মীশক অহুগা,
চপ মাপ্পৈ মহৈ ফংবদি।

থবাই য়াওনা মী অহুনা,
তারবদি রামগী বারি,
কোকথিহনা পাপ পুম্নমক,
য়েৌবা ওম্মি বিষ্ণু লোকা।

অহুগুম্বা মী অহুনা,
কাব্য অসিদি রামায়ন,
তাজরবা ভক্তি লৈনা,
ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী রূপ,
ওমগনি ফংবা লেপ্নমক।

তাজবনা রামায়নদি,
ফংবা ওম্মি মতু-মচা,
হেনগৎলই মরন-মথুন।
পুমশেং শেংবদি শৈরেংনি,
খঙ্গুনা মতৌ অস্তুম্না,
তাগনি মহাকাব্যসি।

গায়ত্রীগী মশক ওইরবা,
কাব্যনি খাইদগী হেনবা।
নুমিৎ খুদিংগী মীহুনা,
ভক্তিগী মওং অহুদা,
বারি অসিদি শ্রীরামগী;

তাজরবা পাজরবা,
লুপ্পা মপুক্লিং অদুদি,
কোকখিত্তুনা পাপ পুম্নমক,
পুক্লিবা ওই মতম শাংনা।
চাউখৎপা পাম্বা মীশিংনা,
নিংগনি রাম নুমিৎ খুদিং।
তাহনগনি রামগী রারি,
লিবিত্তুনা ব্রাহ্মনশিংদা
মতমদি লৈবা খিবিক্তা।

শ্রীরামগী পুক্লিগী রারি,
ভক্তি লৈনা থরাই য়াওনা,
পাজরবা মপুং ফানা,
শিরবা মতুংদা মহাক্না,
ফংবা ঙম্মি বিষ্ণু লোক্তি,
চিংনফম থোক্লে মসিদা।
অসিদা নত্তনা মাগী,
অহল-লমন মপা মপু,
পুরেন নাককপা ফাওবসু,
ফংগনি শোইদনা বিষ্ণু,
চিংনগনু মসিদদি।

ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ,
মরি অসিনা তিল্লবা,
রারিনি রামগী শেংলবা।
মরমসিনা নুমিৎ খুদিং,
অথোইবা কাব্য অসিদি,
পাজগনি তাজগনি,
পুক্লিং অনিদি লোংদনা।

কনাগুম্বা মী অমনা,
রামায়ন কাব্য অসিগী,
পাদ নত্রগা চরনদি,
তাজরবা ভক্তি লৈনা,
ফংবা ঙম্মি ব্রহ্ম লোক্তি,
ইকাই খুম্নে লাইফাওবানা।

মরমসিনা মতৌ অসুম,
লিরবা পুরান অসিদি,
পাও থাজবগা লোইননা।

মঙ্গল ওইয় পুম্নমক্কী।
ভগবান বিষ্ণু শক্তিনা,
জয় ওইসনু মতম চুপ্পা।

মতাং আগদা উত্তরকাণ্ডগী ১১১ শুবা সর্গঃ লোইরে

শ্রীমদ্‌, বাল্মীকি রামায়ন লোইরে মতাংসিদা ॥



হৌজিক্ হৌজিক্ প্রেসতা নম্লিবা
অয়িবগী লাইরিকশিং —

১। 'শ্রীরাম' কাণ্ড তরুক।
২। কৃষ্ণ দ্বৈপায়ন্ বেদব্যাস।
৩। শাইওন্ অমা, শ্রীকৃষ্ণ।
৪। রুক্মিনী চেন্‌বা।

মমল:— পাকা বাইন্ডিং — লুপা ৭৫
কাচা বাইণ্ডিং - লুপা ৬০